# মনিপুরী লোক সাহিত্য

( মৈতৈ খুন্নাইরোল ফুঙ্গা বারী )

অহানবা শরূক

অইবা:— ও, ভোগেশ্বর



মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা হৌথিবা চহি কয়া অসিগী মনুংদা মণিপুরী সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াদা লাইরিক ফোঙবগী থবক পায়খৎচরক্লি। মসি একাদমি অসিনা লৌখৎ-চরকলিবা তোঙান তোঙানবা থৌরমশিংগী মথক্তনি। হৌজিক ফোঙ-বদা একাদমিনা ফোঙজরিবা লাইরিক অসি চাউরাক্পা ১৫ মুকনি। অদুবু লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবদি একাদমি অসিনা ফেলোসিপ পীজদুনা চহি অনীথক্কী মনুংদা থিজনবীরুবা হীরম কংদা রিসর্চ ওইদুনা পুথোকচরকলিবা লাইরিকশিং অসিনি। মসিগী চথখরকলিবা পরীং অসিদা একাদমিনা অহানবা ওইনা শ্রীগুরু অরিবম সুরচান্দ শর্মানা থোমজিন্দুনা পুথোরকপা 'রস কুমকুমরি' হায়বসি ফোঙ-জখ্রে। হন্দক অমুক একাদমিনা পুথোকচরিবা "মণিপুরী লোক সাহিত্য" হায়বসি শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী ফেলোসিপকা মরী লৈনবা মমল য় মলবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিগী মরমদা শ্রীভোগেশ্বর সিংহনা মহাক্কী' ৱামাংয়ানবা' হায়বা মতাংদগী শুগাইনা পনবিরী। লাইরিক অসি একাদমিনা পুথোকচনিংলকপা য়াম্না কুইরবনি অদুবু মরী লৈনবা কমিটি কয়না মসিবু অমুক কূপ্না য়েংশিনবগী দরকার লাকপনা মসি ফোঙদোক্লুবা হোৎনবদা খরদং পঙ্খিবনি। অদুবু মসিবু য়েংশিনবগী মপূং ওইবা থৌদাংসু লৌবিরিবা শ্রীভোগেশ্বর সিংহগী মমল নাইদ্রবা মতেং-দগী লাইরিক অসি মীয়ামগী মমাঙদ পুথোকচবা ঙমজরে। মসিগীদমক্তা একাদমিনা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী মফমদা তৌবিমল থঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি মণিপুরী লোক সাহিত্যগীদমক্তদি য়াম্না মরুওইবা অমনি হায়না লৌজে। ৱারী ৬০ য়াওবা, লামাই ৪০০ ( চামরি ) মুক পানবা লাইরিক অসিনা মণিপুরী লোক সাহিত্যগী মরমদা থিজিন-বীরিবা মীপুম খুদিংমক্তা অচৌবা মতেং অমা পীবা ঙমগনি খঞ্জে।

মণিপুরদা থায়নবৈদগী চীন্থাং ওইনা লীনরকপিবা ফুঙ্গা ৱারীশিং অসি অয়াম্বনা খঙনবিরবা চাক্তনি। মথোয়শিং অসি জাতি অসিগী অচৌবা সাহিত্যগী মফম ওইদুনা লৈরিবনি। মসিবু লাইরিক ওইনা খোম-জিন্দুনা পুথোকচবা হায়বসি একাদমি অসিগী অচৌবা মঙ অমনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসিগী মথক্তা অতোপ্পা। কয়া অমসু শোয়দনা লৈরমগনি অমদি পুথোকচরিবা ৱারীশিং অসি হেন্দোক হেনজিনদা মাল্লদবা কয়াসু থোংনবিবা য়াই। অদুবু মরী লৈনবা পণ্ডিত কয়াগা খংশিনদুনা য়ারিবমখৈ। মসু চুন্না পুথোকচনবা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনজে। কারিগুম্বা অশোয়-অঙান য়াওবগা লৌক্রবস্ত ঈদা শাগৎশিংবা ফাকসীনক-লবদি একাদমিনা মতম চানা শেমদোকচনবা হোৎনজগনি। লাইরিক অসিনা চেনা মশিং থব য়ামখিবনা মসিবু য়েংশিনবীবগী ভার লৌবি-রিবা গীতা- প্রিণ্টর্সকী মফমদসু থাদোং চাদবা কয়া মায়োক্নখিদব। নত্তে অদুবু কন্না হোৎনবিবগী লাইরিক অসি মতম চানা ময়ামগী মাঙদা পুথোকচবা ঙমজরে। মসিগীদমক্তা একাদমিনা গীতা প্রিণ্টর্সগী মফমদা থৌনিমল খঙবা উৎচবি।

লাইরিক অসি মণিপুরী লোক সাহিত্যগী অহানবা শরুকনি। মণিপুরী লোক সাহিত্যগী অনীশুবা শরুক অমসু পুথোকচনবা শেম-শাজরে। অহানবা শরুক অসিদনা ফুঙ্গা ৱারীশিংনা মপুঙ ওইরি। অনীশুবা শরুক্তা খুন্নং ঈশৈ, পাউরো, পাউথোং অমসুং শান্নবোন্নচিংবা অসিনা মপুঙ ওইরগা পুথোকচগনি। ফোংদোকপিরিবা লাইরিক অসিনা খরদং ওইরবসু মণিপুরী সাহিত্যগী লমগেদা হাপচিঙবা ঙমলগদি একাদমিনা হোৎনজরিবা অসিগী মহৈ য়াম্না খঙগনি।

ইম্ফাল
তাং ৪।২।৮৫ ইং

সেক্রেটরি
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি

# ৱামাং য়ানবা

মৈতৈ লৈবাক, মতম কয়াগী মমাঙদদি য়াম্না পাক চাউরবা লৈবাক অমা ওইনা লৈরম্বগী ৱাকম মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা অমস্থ পোং নিংথৌ লময়েন্নবা অরিবা পুয়া কয়ানা ওাবই। লৈবাক অসি মনিঙ-তম্বা লৈবাক মচা কয়ানা পূনবা লমদম অমা ওইরম্মী হায়বস্থু অতুম মউংনদ। অসিগুম্বা লৈবাক অসি চাংগা তমগা অ.না পূল্লগা শেম্বা লমদম্মি হায়বসিম্থ অরিবা ইতিহাসনা অমদি লোক সাহিত্যগী শরুক্কা তাক্লি। চীংদা চীংমীগী মীওই মখল কয়া, তমদা তমগী শলাই কয়ানা খুন্দাক্না লৈবাক অসিগী মীওই থুদিংদা চখোক চংশিন তৌদুনা অমগা-অমগা লেত্ত লায়রবগী মায়য়োক য়ামিন্নরকই। ওসিদ-মন্তুনা তকোয়বদা লৈবা-তৌপ্পা লৈবাকী মীশিংন উশিং থৌওইদবগী মতৌ তৌরক্লবদা চীং-তম অনীগী মীশিংনা মচিল মনাউ ওইবগী মতৌনা পাম্বাম থিংনদুনা অকনবা থৌনা উংপগা লোয়ননা খোয়গী মপা-মপুগী মংক মগুনস্থু ওাক্লবকই।

মতৌ অস্থম্না লুংশিননা চাম্ন চিন্ননা লৈমিন্নরকপনা ইতিহ সকী অমদি ধর্মগী য়াওল যুগকী পোৎথাং কয়দা অওনবগী নোংলৈ ন্যুশিংকা মায়য়োক্লবস্থু লমদম অসিগী মীওইশিংন মাখোয়গী মপা মপুগী মনাং অহু ওাক্ল-ওাক্লা হিংমিন্নবকপদা মুংহন শবা ওম্নক্লি। অসিগুম্বা মনাং অসিনা ফ্রুপশিংগী চাউখৎ খোওথাংদা লোক সাহিত্যনা জাতিংগী মশক তাকপদা মিরাংগী মশক্তুম্না অমগা অমগা, মবী-মরী শম্নহন্দুনা শেংনা খওহল্লি। অস্থম্না হিংমিন্নরকপনা মতম কুইনগী মতুংদদি লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী মনাং অহু হেন্না হেন্না মপুং মরৈ ফারকই। লৈরমদবা হীরম কয়া পুথোক্লরকই, অরাংপা কয়াস্থ মেনখংনবকই। অস্থম্না চীং-তম অনীনা পূল্লবা লৈবাক অসিগী অপূনবা মনাং (কৃষ্টী)

অসিনা মতম কুইররুবগী মতুংদদি মপাল গউ চাউরবা মশা-মরেং ফল্লবা মনা পুংশবা খোংনাং পাম্বীগুম অমদি উহয়না জুম-জুম লাউনা য়াম্থরবা হয়পালগুম নিঙখিজরকখি মৈতৈগী লোক সাহিত্য।

অসিগুম্বা লৈবাক অসিগী অপুনবা ফুরুপশিংগী অপুনবা লোক সাহিত্য অসি কনাগুম্বা মতিক মগুণ লৈবা, নিংথৌ, পণ্ডিতনচিংবা মীওই অমত্তগী মরম্নাইগী ওইবা পোংশক নত্তে। অপূনবা লৈবাকসিগী মীওইশিংগী অপূনবা মরল্লি। মুরম অতুনা লোক সাহিত্য হায়বসিগী মন্নাই ওইবা মপু লৈতে। হোৌরকফম থিবা রায় কদায়দগী করম্না কনানা অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী মচাকশিংবু নশীং শুনা মীশক অসিনা হৌদোক্লম্বনি-পুথোক্লম্বনি হায়বসি তাকপদা অরাবা ওইনরি। অতুমকপু লোক সাহিত্যগী হীরম করিগুম্বা খোঙ্গোক অমবু মফম অমসুং মতম নাইখিবা অমদি খৌদোক্কী ওইবা রাফম ইথোক থোক্তবদি নত্তে। অসুম্না লোক সাহিত্যনা লৈবাক অতুগী অমদি জাতিতুগী মশক তাক্লবা লমজিং অমগী শরুক য়ারি হায়বা য়াই। অসিগুম্বা লোক সাহিত্য অসিদা উচ্চ সাহিত্য, পল্লী সাহিত্য হায়দুনা মথল অনিনা মথরাই ওইনরি। মতুগী মনুংদা অমুকস্থ উচ্চ গীত, লোক গীত অমদি পল্লীগীতকী মচাক কয়ানা ফিজেং লৈতেং ওইদুনা লোক সাহিত্যগী মতিক মগুন হাপ্পরি। অসিগুম্বা লোক সাহিত্যনা জাতিসিগী তংন-থানব লৈতনা মথরাই ওইদুনা শাগোল্লদুনতা লৈরবা লোক সাহিত্য মীওইবা সমাজ হিংনবগী লানফমদা থোদোক রাথোক থৌরমদা তংন-থানবা লৈতনা শাগোম্নরিবা শৃঙ্গারদা, করুন্দা য়ুম্ফম ওইরগা নিঙথিরবা পুক্নিং শুক্নাংলা রাহয়-রাতাগী উপমা অতুগা অলঙ্কার রীতি-নীতিনচিংবা শিজিন্নবা সাহিত্যগী থৌদাং কয়া লৈ, মাখোয়শিং অতু উচ্চ সাহিত্যনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা উচ্চ সাহিত্যগী ঈচন্দি রাংশবা চীংজাউদা অরুংবা অতিয়াদগী নোং চুরগা অনেম্বা তম্পাক্কী লমদা অতংপা লেতনা ঈশিংনা চেম্থবগুম পারু শন্না মশা-মরেংগা লোয়নননা চেম্থরকইবা অসিগা খেন্নদে।

অহুগা নোং তারগা মালেনদা হৌজবা পাম্বীশিংনা অনৌবা য়েন্নিং ছুল্লকুনা মখোঙ ঈংনা লৈজরগা মাখোয়না ইশংদ-শংনা নিঙথিজবা মতৌ ফোঙদোকপগুম্না উচ্চ সাহিত্যনা জাতি অহুগী লমদম অহুগী মনাং অহু কুইর-কুইরগা অস্নুম অস্নুম নপুং ফাহল্লনা মশাবু মশানা কঙ্গে। মতিক মঙাল অতুম মশঙ্গে অঙগা ঈরোম্নুংদা লৈরবা কয়াবু শক্তাকপগা লোয়নননা ফোঙদোকচরকই।

অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী মচাকশিংনা ওইরক ওইরক্লিবা মতমগী য়াওস থূদিংগ চুনবা। শৈশক রাবী রাতায়, পাউরৌ, পাউংখোং, শান্নরোল, হায়ন-শেংলবকপা অমদি নুংশি হু ওনগী রাহয় রাতা শংক ন্যাং ঙাওন শক্তবন চিংবা মথক্স কয়ানা অঙকপা ফংনা অস্নুম চেম্নরকই। অস্নুম্না চীংতম অনাগী অপূনবা মীওইশিংগা অপূনবা রাহয়গী শৈরেং গ্রেখোয়না তত্তনা তাবা ফংলি মহুদি ঃ—

"চীংনা কোয়না পংশাব
হাওনা কোয়না পনঙ'কপা
মনিপুর সনা লয়ময়োল
খয়ন যাঙ্কোক মঙংনি।"

শৈরেং মতেক অসিনা লৈবাক অসিগী মওং মতৌ লমদম অসিদা লৈবা চীংগা তমগা লৈনবা মরী অহু পুক্লিংদা ফাওহনবগা লোয়নন্না মনুংগী হুন্দোকুবা য়াত্রবা, তংন-খানদ্রবা রাফম্ব পল্লি। চীংনা কোয়না পঙ ওইনা থাজিল্লগা পনগী মথক্ত, লৈবা মীওইশিংনা অতোপ্পা মপাল লমদগী হাইজিল্লকপা য়েক্লবশিং—লান্দারকপশিং অহু পম্নুংদা লৈজবা

---

(i) হাও — চীংদা খুন্দাখ্রবা ফকপা মক্তাংশিগী মনাংকা শৈহোদা হৌ হায়না শৈহৌবদগী হাও হায়না হায়নখি।

(ii) হাও — রাহয়গী খোম্লোক মান্নকুবতনি। লমচং নাইদবা থকসি থাসি লৈতবা থক খা থঙদবা চংনবী রাংনা লানববুম্ন হাও হায়না চৈনৈ।

পাম হাইবা, লৌ য়ানবা লিংবা মুক্লা কাঙজৈ হি-চিংবা অহুগা মমান্নবা নায়ম্বোক য়াবকপদা অমদি মথৌনা উৎনরকপদা শীজিন্নবা রাইয়গী শক শৈর'উ, নূপীনা নূপীগী থৌদাং নিপানা নিপাগী থৌদাং ওইবা রাইয়গী খোম্বোক, মুংগি অওক অথোংগী পাউরৌশৈনচিংবগা থোন্নবা তৃংদা থোরক্লগদোবা কয়াবুসু পাম্বে ওইনা সাহিত্যক্কী লমদা দা শাগোন্নবা মথল মথেলগী ওইবা সাহিত্যগী মচাক ফংহৎপা লৈরে হায়বা য়াই। অহুগা মীয়াম্দা পনবা য়াদবা রাইয়বু ইরম্ব লায়না ফজহল্লবা রাইয়গী মচাকসু থন্না লৈরি। অসিগুম্বা সাহিত্য মচাক্লা মথল্লাই ওইবদা লোক সাহিত্য য়েংসি :—

লোক সাহিত্য মপু লৈতে, মীশক অমগী নত্রগা কনাগুম্বা মীওই অক্কানি হায়বা লৈতে, মদুদি লৈবাক অহুগী ফুরুপ অহুগী মীয়ামনবা মরন্নি। মসি, কনাগুম্ব মতিক মগুন লৈবা জ্ঞান লৈবনা মীওই অমনা হোৎনদোরম্বনি নত্রগা পাথোক্লম্বনি হায়বসি পুথোকপা য়ারা নুং অহুনা অশেংবা মশক লেপ্পা ওন্নদে হায়বসি মথকসু পনগে। অহুম ওইনমক মতিক মগুন লৈবা কনাগুম্বা অমনা শৈরেং শৈহেক অমা হায়দোবকপা অহুদা শৈরেগী মগুনা য়াওবা রাইয় ওইবদগী মা অয়াম্বনা য়াম্না পাম্নবা রাইয় ওইখিবহুন অহুম মথং-মথং চিন্নাং লাম্নবকপদগী নমৈদদি লৈবাক্কী শৈশক ওইশিনসু লৈ। অহুনা মতমগী য়াওলগা চানহুনা শেমদোক শেমজিল তৌনা হিংলকপা শৈশক শৈরোল, রারী রাতায়, পাউরৌ, পাউখ্রা অমসু, হায়নশোন্নরকপা ( Traditional Sayings ) নচিংবা কয়াসি লোক সাহিত্য ওইরকই। অসিগুম্বা শৈশক্কী শৈহেক শৈদা অমত্তদা রাইয় অহুখনা হাপতোক হাপচিন তৌরগা লৈবাক্কী ওইবা খুঙ্গংগী ওইবা মথল অনী থোরনা শীজিন্নবসু মরৈ। অমত্তং তৌখদুনা য়েংবা থাবদা —

কনাগুম্বী মমা অমনা পীক্লিবা অঙাং নচাদু ঈকবিবদা অঙাংগী শেগ্রাক অনীদা মনাহুগী মখুৎ অনীনা চপ্পুনা থাঙ্গৎলগা ঈরাংগী নচুম তয়থাক্তি ঙৈদা অসুমনা হায়নৈ —

তিং তিং চাউরো !
ক্লমিংনা কারিডৈ কাহৌরো ;
থবীনা রাংলিডৈ রাংহৌরো !
ইপা মচুম তারো !
ইপূ মচুম তারো !’

শৈশক অসিমক লায়র-ইনাকথুনবা খায়না লৈতনা লৈবাক শিন্থংনা লৈরিবা মমা কয়াগী শৈশক্লি। অসিহৃম্বা শৈশক অসি করিগুম্বা মতম যমদা কনাগুম্বী মমা ওইবী অমনা মচাবু হুংশিজবদগী খোম্লোক অসি খোকখিবা ওইরমগনি তৌইগুম্বসুং করম্বী মমানা করম্বা মতম নত্রগা করম্বা মফমদা শরুকখিবা শৈশক্লো। হায়রবত্তুগী অরেপ্পা মতম, মফম অমসুং শকখিবী মীশক অদু তাকপা ঙম্ম্রে। খোইদোকপা অমনা চুম্নগী মচা ওইবগী হৌনবা হুংশিজবগী মথম্মোয়দগী পোরকপা রাহয় নক্রুনা মনা গা ঈচেল য়াওবা মপা মপূগী লিংজেল খেনা অদু চেন্না মী ওইরে৷ হায়বগী রাখল থাকপা অমদি মজাত্তি মফমরুপকী মতক মাঙহল্লিংদবগী ঈচেন্নরবা শৈশক নশানা অদুম মউংচে। মসিমক মপু পান্দবা, মতুম লেপ্পা ওন্দবা মফম থাকপ ঙমদবা সাহিত্যনি। মরম অদুনা লৈবাক চহুগা ওইবা মফমরুপ অদুগা অমশংবা সাহিত্যনি হায়বা শেংনা অদুম মউংচে। অসিগুম্বা শৈশক অসিনা এখোয়গী থম্মোয় অসিদা চৎহল্লিবদি নমা ওইবী মশংগী মথম্মোয়দা মচাহুবু হুংশিজবগী ঈযুং অমদি অথকপা লৈতনা চেম্প্রজবগা মওং উংলি। অদুগা মচাগী অফ-হুংঙাইগী পুন্সিদা চেল্লিবা মমাগী হুংশিজবগী ঈচেন্নজবা খোম্লোক অদু শৈশক অসিনা এখোয়গী থম্মোয়দা খং লাউনা হেক পালহল্লি। মসিমক মমা ওইবা পুম্নমক্কী থম্মোয থুংদদা অথকপা লেংনা থবয়ৈনচুনা মরাকচরবা শৈশক্লি। এবম অদুনা শৈশক অসি মপুংদ পান্দ্রবা অদুগা লৈবাক্কী হায়বত্তুদি ওইরবা লোক সাহিত্য হায়বচু ওই .

মতৌ অসুম্না মনিংথৌগী মফমদা মুংশি শক্তম্মরবী সন্নরেম্বীনা লমথুন্নুগী লাংওন ওইরবক্তাওবদা মুংশিবগী অমৃতগী মহয় অতুবু কাউ-ডমখিদবনা মথম্মোয়গী নিঙঙমদবা মপাউখোলনা তেংথাজহনা মনিংথৌগী শাজং অমদি চাইশ্রাগী শাওং-শাদী অমসুং শকওং অতুগা লমচংপু শৈথারনা পাউহোমজে। তাইবং ওইবগী পুন্সিদা মশানা শৃজরম্বা মশিঙ্গাং লোইশিল্লনদবগী অরাবা তেংথাখোল অসিনা যুগ খুদিংগী মীরোল খুদিংগী মফমদা তাবদা থম্মোয় শুদ্ধাং শুদ্ধাতুনা চেম্বরক্লি। অসুম্না মখল-মখেল কয়াগী রারীনা লোক সাহিত্যগী নিঙথিবা শৈদমখোলগী ঈচেলবু পনঙাক্তুনা লৈরকপা অরাংপা নত্তে। অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী মসুংদা উচ্চ সাহিত্য, পল্লী সাহিত্য মখল অনিনা লেঙ্গাংরকপগী রাফম অমসুং অনিগী মান্নবা-খেন্নবা অদু খেংসি —

পল্লী সাহিত্য — খুঙ্গংগী (খুনুংগী) ওইবা সাহিত্য।

পল্লী সাহিত্য, লোক সাহিত্য মখল অমনি তৌইগুম্সসুং লোক সাহিত্যগা মপান্থোংদদি মান্নবা উই। মনূং হুঙ্গিন্না য়েংলুরগদি চাউনা খেন্নবা অদু উবা ফংই। খোংবান্দা লৈবা ঈশিংসু ঈশিংনি। পাক্লবা সমক্রদা লৈবা ঈশিংসু ঈশিংনি, ইমান মান্নৈ হায়বা য়াই। অদুমওইনমক মফমগী মতৃংইন্না মশক মচু অমসুং মহাউ মান্নদে, শিজিন্নফমসু তোঙাল্লি। মতৌ অসুম্না লোক সাহিত্য অমসুং পল্লী সাহিত্য অনি অসি মপান্থোংদদি মান্নবা উরবসু থরদং মনূং হুঙ্গিন্না য়েংলুরগদি য়াম্না চাউনা খেন্নবা কয়া লৈ। অদুমওইনমক লোক সাহিত্যনা যুগ কয়াগী য়াওল কয়াদা হিংদুনা লৈরকপগুম পল্লী সাহিত্যসু অদুম হিংদুনা মরাকই। লোক সাহিত্যনা লৈবাক্কী ওইবা পোংশক্কী পোথোকনি। অদুগা পল্লী সাহিত্যনা করিগুম্বা মফম (খুঙ্গং) অমত্তগী ওইবা সাহিত্যগী পোথোক্লি। মহাক্কি মফম অমসুং মীওং খল্লি। মসিনা খুঙ্গংদুগী মীওইশিং অদুগীভা ওইদুনা নিঙথিজবা শকম অমদি অদুম চেন্নৈজ। মাহ্নুনা

পল্লী সাহিত্যাগী মথরাই ওইজে। (তশেংনা হায়রবদা খুঙ্গং অমনদি খঙনজবা, শোয়গ্রবা অতু লৈবাক হুপ্পদি খঙনদবা মখল হায়বদি অপিকপা কাংলুপ অমথক্তংগীদা ওইবা শৈশক শৈহেক, রারী রাতায়শিং অসি পল্লী সাহিত্যনি।) (তৌইংগুম্বসুং খুঙ্গংগীতা নত্তনা লৈবাক্কী ওইরবস্থু অচৌ অপিক্কা রাকমদা চংলক্লগস্থ পল্লী সাহিত্যতু লোক সাহিত্যগী মচাক ওইনৈ।)

রাজম অমদনা মতম অমদা মৈতৈ লৈবাক অসি মতম কুইনগা [illegible] না নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইতুনা মপু ওইবা কাংলুপ অমা অদুগা না ওইবা কাংলুপ অমা অমুম্না লৈবাক অ সদা মপুগা মনাইগা অনি-। খুনিং খুনবান্দনা লৈবাক অনি পল্লম্মী। মপু ওইবা কাংলুপ্পা লৈবাক্কী পৌদোক রাথোক্কী থৌরম-থৌওং কয়াতু মচা তানা যাংলগা শীন্দোকই অমুম্না শীন্দরকপা থৌরম-থৌওংশিং অতু থবক ওইনা পাঙথোক্লকপগী থৌরমতুনা মনাই ওইবা কাংলুপশিং অতনা হেক-হেক পাঙথোকই। অমগ্না লৈবাক পানবগা হৌনবা মপুগা মনাইগনা পুন্না খুৎশম্নতুনা হিংমিন্নলকই। অননা অমগী মতেং পাংনরকই। মসিবু লৈবাক্কা নাম্না অদুগা নিংথৌনা নাম্মা হায়তুনা এখোয়না তানরক্লি।

মসি অমগ্না লোক সাহিত্যনা লৈবাক্কী ওইনা যুগ কয়া য়াওল কয়ানা হিংতুনা লৈবকগুম্না পল্লী সাহিত্যস্থু অমুম তুইন্নরকই হায়বদি লোক সাহিত্যাগী ওইবা শৈহেক অমা কনাগুম্বা মমা ওইবী অমনা ৯০ [illegible] না মথক্তা পনথ্রবা শৈশক অতু পল্লী সাহিত্যদদি মপা- ম্হোংদদি মাম্না উরবস্থু শৈশক অতুনা মশাগী শকওং অতু অতুম নত্তাকটে। পল্লী সাহিত্যদদি লোক সাহিত্যগী শৈশক্কী মমাঙদা খুঙ্গংলগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শৈহেক উংপগী রাফম য়েংনি —

‘ইমাগী দি নিংথৌরেল !
নিংথৌগীদি শজিকলোয় !
হিং-তিং চাঙ্করো !

মুমিৎনা কারিডৈ কাহৌরো !
থবীনা রাংলিডৈ রাংহৌরো ;
ইপা মচুম তারো।
ঐপু মচুম তারো।

শৈশক অসিদা লোক সাহিত্যগী শক্তম ওইবা শৈশক্কী চৈকোক্তা— পল্লী সাহিত্যগী ওইবা :—

"ইমাগীদি নিংথৌরেল
নিংথৌগীদি শজিকলোয়"

হায়না শিজিন্নরিবা রাতোপ অসিনা তাক্লি মতুদি :— মমা ওইবী অমগী মফমদদি মচা অতুদা মুংশিজবগী শক্রোন্দা শৈথাজবা খোম্থোক্লি হায়বদি মমাগী মফমদদি মচা অতু নিংথৌরেলনি। অতুগা থুঙ্গংদা লৈতুনা পোকচবা মীচম ওইবনা লৈবাক্কী নিংথৌগী মফমদদি অচানবা শজিক ফানবা মনাই শজিকলোয় অতুমক ওইদোরিবনি হায়বগী মুংশিবগী খোম্থোক্তা চনখ্রবা সাহিত্যগী রাহে অতু শিজিন্নরি। অসুম্না হাপকংলিবা শৈরেং মতেক অনিসিদি থুঙ্গংগী মনুংদা লৈবা মমাশিংতুগীতা নত্তুনা লৈবাক্কী মমা ওইবীশিং পূন্নমক্কী মফমদসু মচাবু মুংশিজবগা লোয়ননা শিজিন্নে অতুনা মমা অমথক্কীতা ওইবা নত্রগা থুঙ্গং অমগীতা ওইবা, নিংথৌ-কোন্দদি শিজিন্নদবা ওইবনা শৈশক অসিমক পল্লী সাহিত্যগী থৌদাংনি—শৈশক্লি। মরম অতুনা মচা মনাই ওইবশিংগীনা থুঙ্গংদদা শৈশক অসনা মুগ কংদা য়াওল কয়দা থুঙ্গংগী মমা ওইবাশিং গী মথৎম্মোইদি পানবনিন থুঙ্গংগী ওইনা অতুম চৎনরক্লি। অসুম্না পল্লী সাহিত্যনা লোক সাহিত্য কয়গা লেঙ্গোম্মতুনা হিংলকপা রাণীগীত। পাউরৌ পাখোং কয়ানা পল্লী সাহিত্য ওইনা হিংলক্লগা লোক সাহিত্যগী মখৱাইগী মচাক ওইতুনা লৈরক থুংক্লা কোয়চৎ চৎপ মওবগী শক্তমগুম পল্লী সাহিত্যসু অদুম হিংলকই।

উচ্চ সাহিত্য অরাংবা থাক্কী সাহিত্য।

উচ্চ সাহিত্যদি মপূ লৈ। লোক সাহিত্যনা মপু পান্দে অনি অসি য়াম্না খেন্নৈ। উচ্চ সাহিত্যদি মপূ লৈবা মরম্না মফম মতম তাক্তুনা মজাতিগী মফৎরুপকী ওইনা শক তাকপগী পল ঙাক্লকই। মপূ অদুনা

মতম অতুগী মকমতুগী যুগকী অমদি য়াওল অতুগী ওইবা নিঙথিরবা শক্তমদা মখল মথেল কয়াগী মচু মমেনগা কোন্নরবা ফিজেং লৈতেং তৌরগা অরাংবা রাখলগী খোর্জেদগী থোক্লকপা খুৎফম্নি। মরম অসিদগী অরাংবা পাক্কী রাখন্দা তোংলগা য়েক্লকপা শকফম ওইবা মরম্না অরাংবা থাক্কী মীওইশিংগী ওই। নোংচুপলোমগী সেক্সপিয়ার, রাড সরাথনচিংবা কয়ানা মরৈবাক্কী মজাতিগী ওইবা মতমগী খোঙথাং য়েংনা উচ্চ সাহিত্যগী পল ওাক্লকই। মতৌ অতুগুম্না এখোয়গী ভারতস্তু মশীং রাংপা লৈতে। মহাকবি কালিদাসকী রঘুবংশ, অভিজ্ঞান শকুন্তলম, বানভট্টগী কাদম্বরিনচিংবা অরাংবা থাক্কী সাহিত্যনা পনওাক-পঞ্জেল তৌরক্নি।

মতৌ অসুম্না লৈতে লৈবাক্তস্তু লোক সাহিত্যগী ঈচেম্না মখল মথেল কয়াগা শাগোম্লনা লোকগীত, প্রেম কাব্যনচিংবা মথং-মথং পাথাঙ পুথাঙ কান্দনা ঈচেম্নহনা পল ওাক্লকই। লোয়নননা অরাংবা সাহিত্যগী খুৎয়েক পান্থোইবা খোঙ্গুম্না ময়েক শেংনা অচৌবা পল ওাক্লকই। মতম অতুগী লৈবাক থুম্লাইগী চৎনরোলদ রাহয়ুগী লৈতেং কয়ানা মফেল ওইদুনা শারবা ফিজোল অতু তুরি পায়বা হৈরবা অশৈবগী খুৎয়েকতা তুরি ওাংয়েক চন্থ ওইহল্লিবী মালেম লৈবাক লৈমবু "লাইজ কানক্লবী, তমপা নৈবী হান্দোংবী" অসুম্না মিংথোল্লগা অমম্বগী মশক ওইবা খাবা মরানয়াইদা মপা মমানা খাজক্লবু মুর্শবগী ফম্লেন্দি নুংশিবগী তাঙবন্দা নত্তনা যক্ষদবগী রাফম ওইদুনা মশাবী ওইহল্লিবা লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চাংশোম্বগী মনাক্তা চঙদুনা নুংশিবগী অরাংবা লমথুং আদশ অহু য়েকই। অসুম্না প্রেম কাব্যগী লমদস্তু মোইরাং কংকোং-জাম্বা ফৌওইবী, নোংবাল পোনবী লুরাউবা, নাউথিংখোং পিতাংঙা, হেঞ্জুনাহা লাইরোলেম্বী অমদি খম্বা থোইবীগী রারীনচিংবা কয়ানা জাতি অসিগী পল ওাক্লনা অতুম মরাকই।

মরা থেঙথরবা মতমদা ডাঃ কমলগী খোর্জেদগী থোক্লকপা মাধবীগী খুৎয়েক, হিজম অঙাংলগী খম্বা থোইবী ১দি শিংঙেল ইন্দুনা

জাতি অসিগী উচ্চ সাহিত্যগী লমদাঙদা পন ঙাক্লক্লবা খুংফম্নি।

মতৌ অস্থুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা চেস্থরক্লিবা লোক সাহিত্যা অসিদি তশেংনমক মৃত্তি নাইরবা মীওইশুম ঐখোয়গা হুত্তুনা অয়ুক নুমিদাং লোয়নতুনা লৈরক কোনশাংদা কোয়চৎ-চৎমিন্নরি হায়বা য়াই। অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী খুৎফমদা থাবনদগী হৌনা পাথাও পুথাও লান্না চেস্থরক্লিবা চৎনরোল হায়ন-শোন্নরকপা অমদি শৈশরক্লবকপা শৈহেক কয়ানা তত্তুনা নাকোংদা ঙংতুনা লাক্লিবা উচ্চ নিচ্চ সাহিত্যগী মরক্তা উচ্চগীত নিচ্চগীতকী থৌদাংনা নাকল ১/১ পুতুনা লোক সাহিত্যগী মচাক ওইরকপগী রাফম মখাদা পঙ্গরক্কে। মরকসিদা পঙ্গনিংবা অমনা পাংখাংগী শরুক, পাউরৌগী শরুক কয়ামম্তু লৈরি। অতুগা পূংকক চাউরক্লবা অঙাংশিংবু নুমিদাংদা শুম্মাঙ ময়ায়দা মচেম্মনেমশিংনা পুথোক্ল-গা থাদ্দা ক্লেংহল্লি। অতুগা নাউথেম ঈশৈ, নাউরোই ঈশৈ ওইনা "থা থা থাবুংতোন নচা মোরাম্বী পোবিগে, পোবি শনম নম্বিগে, হৈবোং মচা অমত্তং থাদবিরকউ" অসিনচিংবা মথল কয়াগী চংনরোলনা লোক সাহিত্যগী মচাক ওইরক্লি অতগা হায়ন শোন্নরকপা পাউরৌদা "নশুম্মাঙ শীত্তুনা মীশুম্মাঙ শীংকনু, মথিক নেম্বনা অরাংবা থাব্ লাম্পা ফংবরা, কৈনা তোকপা পোকপরা, চেঙ পূংগা চেঙ-শিং যৌ পূলগা ফৌ শিং, ওক্লা নীল্লগা হুইনা মনা পাবা" অসিংম্বা পাউরাক। অসিনা লোক সাহিত্যগী মচাক ওইতুনা পন ঙাক্লকই।

অস্থুম্না লোক সাহিত্যগী অথকপা মৈতৈব ঈচল্লনা চেন্নরকপগা লোম্বননা জাতি অসিগা চংনবী মনাং কাস্তু লেঙাল্লদুনা লাকখিন্নে। হায়ন-শোন্নবগী রাফমদা অঙাংনা নুমিদাংদা মখোঙ তোরনা হান্নবদা মমা মচেম মবুং মৌপুং অয়াম্বনা অসিগী তমম্বা মতমদা অঙাং মখোঙ হাম্বা অতু লেপ্পা ঙাইবা তম্নতুনা অমদ অমনা ঈনশিন্নে। অমবু অমনা নঙ লেপ্পু, নঙ থরা লেপ্প্রবা হায়দুনা ঈন্নে। মতু কোক্লনবগী দমক নুমিং তান্ত্রিভৈদা অঙাং অমবু যৌ শুনবা শম্বল

মখূন্দা মথুল্ মপা চানা ফজ্ঞাল্লগা হায়হল্লি মথ্‌ূল অতু শুহল্লি মতুদি :— "শৃ শল নঙ ওসি ফায়রো, ঐ হুয়েং ফায়রগে।" অস্থুম্না মনিঙ (মথ্‌ূল) শুবসিনরুসু অঙাংদুনা অহিংদা মখোঙ হেক-হেক হাম্বা অতু ফহল্লি। মতৌ অস্থুম্না চৎনবীনা জাতিগী লোক সাহিত্যদা থোঁদাং য়ারকপগী মখল মখেল কয়ানি। অমত্তংগা পনবা তারবদা অঙাংগী ময়া তেক্লুবদা ময়া অতেকপতু পায়রগা খুমথক্তা "হা পিথ্রাই খোমদ্রাইবী! নঙগী নয়া অফ-বগা ঐগী য়া ফত্তবগা শিন্নরসি" অস্থুম্না হায়হল্লগা লংখৎনৈ। ব্রাফম অসিদা পাল্লিবা পিথ্রাই খোমদ্রাইবী করিমো মানা করি থোঁদাং পুবগে, মীওইবগী মকমদা মহাক্লা করি তৌরিবগে, মহাক কনানো হায়বা ব্রাখল খন্থনফমগা মরী লৈনবা শৈশক্লি। অস্থুম্না শান্নরোলদা কয়ামনি, মশীং ব্রাৎপা লৈতে। মমা মপা মপু মবেল কয়ানা লীতুনা তাহনবা ফঙ্গারারীদা নখল-মখেল কয়াগী লৌশিং হাপ্না অসি য়েংলবদি অঙাংশিংগী অহানবা শিক্ষাগী মরু অসি লোক সাহিত্যনা মচাক ওইদুনা তাকপনা মপু মবেলশিংনা শিক্ষাগুরুনি হায়না য়াই। অস্থুম্না য়াম্না পিক্লিব অঙাং ওইরিবৈগী নাউথেন নাঙশম তৌবদগী পুকক চাউরক্লবা শনশেন শনঙাক শরা খরা ওম্নরুবা মকমদা শান্নবগা শান্নরোল, পাখং লৈশাবী ওইরক্লবদা পাখোং অনদি হুংশি-হুংঙংগী খুলং ঈশৈগী অওক অথোং প্রমাণ পীদুনা কয়া অসিনা লোক সাহিত্যগ মচাক ওইদুনা জাতি অসিগী লোক সাহিত্যগ লয়দনদা থোঁদাং হাৎকলি। অস্থুম্না চহি লিশিং কয়াদগী পাওখুম পুথাওে লাক্না লৈরক্ল। মীওইশিংনা মথং মমং লীনরুকপা ব্রারী কয়া অহিংবু লিখদনা পুন্দনবা হায়বসি তরুইবা থবক অমা নত্তে। মসিনক পুংশিবা ওম্নবা ঙখোয়গীসু অরবিয়ান নাইটকুশ্বা ব্রারী কয়াগী অপুনবা পোথুক পুথকপা ওম্নমগনি হায়বা অতু থাজবা লোকই।

মতৌ অস্থুম্না লোক সাহিত্যগী মনুংদা পল্লী সাহিত্যনা উক্ত সাহিত্যদা মচাক হায়বৎ খেক গীত কয়ানসু শেংগৎলি। অস্থুম্না

লোকগীত অংগী শৈশেক শৈরেংনা মীওইবগী থপ্নোয়বু তত্তুনা জয় তৌই। মতুনা মতম পূম্নমক্তা ইনৌদ-নৌতুনা য়ুগ কয় তত্তুগা য়াওন কয়াগী ঈথিল ঈরৈথক্তা তাউথরক্কুনা হৌজিকক এবা জাতি অসিগী, লোক সাহিত্যগী পল অতু ঙাক্লকই। য়েংসি করম্বা মতংনদগী, করম্বা মীনা মফম কদায়দা হৌদোকখিবা হায়বত্ত অারপ্পা হায়নবা ঙমদ্রিবা :—

চেক্লা পাইখরবনা পোনবী হজিল্লকপদা,
চেক্লাগী কাইদোংফম খঙদবনা,
পোনবী ককঙাওনখরে—
শাবি ইনেম্মচা পাম্মুবী,
চীংনুংগী সনা লোক্লগী,
পাইবিরক্লোদা নুংশিবী।

অসিগুম্বা শৈশক্কী (গীতকী) মনুংদা করম্ববু চেক্লা, করম্বা অমবুনা পোনবীনো হায়বা য়ম্না খন্থনিঙাই ওইরবা শৈরেং অসিমক্তদা শৈথারিবা অসিনা কনাবু খঙহল্লিবা অতুগা কনাদা হায়রিবা? অমুক্তা শাবি হায়বনা কনাবুনো, ইনেম্মচা হায়ববুনা কনানো হায়বসিগী রাখন্দা নৌজরবা রাহয়না থপ্নোয় পানবা মীওইবগী মফমদা করি পীরিবগে করগা পলবু ঙাক্লিবগ খন্দবা ঙমদে। মসিমক্তা শশক্কী (গীতকী) মনুংদম্থ অরাংবা রাখলগী লম য়োরগা শৈথারোম্নি হায়বা য়াই। অমগা অমুক য়েংসি—

লানশোনবীগী লময়াইদা
মোন্নুনা রারে পোথাফম
ঈপামগী লমদম য়েংলুবদি
নুংশিবা মায়কৈ তাম্নোরে।
শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী।

অস্পুম্না অতাবা মী পূম্নমক্তা থপ্নোয় শুক্নাত্তুনা গূক্লিংবু জয় তৌরিবা মৈতৈগী খুম্নং ঈশৈ (লোকগীত) গী খোদাং মফম চাউনা কল্লি। হৌজিক

লাম্তোকচরিবা অসিদা তাঙ্কক ৮ গী মন্নংদা তাঙ্কক মরিফাওবদং লাম্থোক-চবনি। থোক্নদোবপা অমনা মৈতৈ সাহিত্যগী পূক্কৈ থলহনবিরম্বা তুশেংনমক নিংথৌকোন্দা কমচুনা লৈবাক্কী অৱা-অনা অফ অত্ত য়েংবিরম্বা সাহিত্যগী মচাক বংথোকহনবিরম্বা মায়চৌ মায়নৌশিং অসিত নত্তনা লৈবাক শীন্নুংনা লৈখ্রিবা ইপু ইবেনশিংগী চীঙ্খাং য়েনরকপা ফুঙ্গা ৱারীনস্ত অচকপা ফংনা লৈখ্রি। ফুঙ্গা ৱারীশিং অহু তারগা পীক্লিবা অঙাংশিংবু কিহন্দুনা নিঙাই তৌরম্ববু ফহনবা, ৱারী অহু তারগা লৌশিং হাপ্পা, মপা মমাবু নুংশিবা খঙবা, মরুপ-মপাং তিন্নবা অমদি চেকশিলহৌদ্রগা মরু ফংনা মাঙনখিবা অমসুং ওজা গুরুগী মফমদা চংকদবা শাজং-চমচং মশীং নাইদনা শীংথানিঙাই ওইবা কয়ানি।

মতৌ অসুন্না অহল-লম্মনশিংনা পাইরক্কী লৌশিং খঙহৌনবা খুদক খুদক্তা কনাগুম্বনা হায়রকপা হংলকপা পাউখুম কয়া অহু হেক খুম্বা ঙম্নবা পাউখোং চনবা হায়রবা ৱাহ কয়া হংবগী থবকসু চথরম্মী। মাসিনকুস্ত মৈতৈ সাহিত্যগী পূক্কেদা লোক সাহিত্যগী থৌদাং ওইনা অচৌবা শরুক য়ারি। থোক্নদোকপা অমনা করিগুম্বা ৱাফম অমদা প্রমাণ পান্থে লৌনা পাউরৌ ওইনা কনাগুম্বগী শাজং লমচত্তা তাকপা ৱাফম কয়ানা শীংথোনিঙাই ওইনা লৈ। মতুনা কনাগুম্বা মীতুগী মফমদা অপানদা হায়বা তাকপা মত্তুনা পাউরৌ ওইনা শীজিন্নতুনা মীতুগী ৱাখল খল্লংনবগী ৱাফমস্ত মশাং লাকঙমদনা চহী লীশিং অ নগী মমাঙদগী হৌনা হাপ্তিদগী সাহিত্যগী ঈপোমদা তাউতুনা লৈরক্লি। লোয়ননা খোমজিনবদা ৱাংহৌগদবা অরিবা পুয়াশিংদা ইতুনা লাউরম্লবা ৱাহৈগী লৈ.তং পান্থৈগী শরুক কয়াদি মশাং শীংথাজন্দ্রিবা শরুক্তি মসিমক নিপা অমগী শিন্থা ওইনা খোমজিনবা তাঙ্কবদা চহী অনিদা অতুমদা মপুং ফাগনি হায়বসি থাজবগী ৱাংমদা লৈ। অমুম ওইনমক মৈতৈ লৈবাক অসিদা একাদেমীগী অচৌদা মত্তেংনা মায়য়াক য়াবিবদগী থরদং অসি খোমজিজবদা অয়াম্বা ৱাগদৌবা ভার পুবিখিবদগী থরদংসি পাঙথোকপা ঙমজবিবনি।

মসিদা যৌদা পুডুনা গোঙদাজক্কবা পাওদ্রবা ঐনা খরদং ফংনবা মথল খবী ওইবা সাহিত্যগী মতাক মবলশিং অসি খিজিন্নবদা চহী অমগী মথাইগী শেলগী মতেং পীনবিথিবা একাদেমীগী সাহিত্যগী সব কমিটি মেম্বরশিং অমদি মক ওইনা সেক্রেটরী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহগী মফমদা তৌবিমল লম্মল ঙাম্লবসু লৈবাক্কী অচৌবা থৌদংদা অচৌবা থবক অমা পাঙথোকহনখিবনি ভদ্রলোকশিং অসিননি হায়না মীমাঙদা উথোকচনি ই। ব্রাফন অসিদা নিঙঙমহৌদবা পনবদা নতিক চারবা লৈবাক্ক ওজাশিং, ইমা ইবেনশি মশক মখিংদি খঙহৌদ্রবা লম্বীদা কৈথেলদা ডাঙনবদগী ডাজহনা ইশিঙ্গহৌবা পাউবোগী শকক অহুগা ঐভান্দা কনা রানা মথল কয়া লাবিবকপা ইযাম্বা ইপিশিংগী মফমদসু শিঙমদ্রবা লম্মন তৌনশিনখি।

অসিগুম্বা লৈবাক্ক ওইবা সাহিত্যগী থৌদাং লৌকবদা লমজিং-লিখিব, অফ যত্ত ওাকপি পাকপিরক্লুনা অরাবা কোঙ্গাই শকক হাবিখিব সনা কৌন্নু ইম্ফালগা পণ্ডিত লোয়মশঙগী পণ্ডিত অচৌবা ওইরিবা শ্রীগুম্মল্লম্বম যাইমা সিংহনা অহল ওইবগা রারবা চিল্লবা ময়াম কয়া কাইথোকপিহনা হংলুবা লম্বী খুদিদা তাকপিরকখিবা অসি-মক ঐগা পুন্সিদদি তুশিনমক চাউথ্রবা লম্মন তৌনশিঙ্গবনি। লম্মন অসি ঐগী পুন্সিদা শিংবা ঙম্বগা ইতিক ওইদে। মবম অতনা তেং-বানবগী মপুনা অহল ওইববা ওজাবু মতম চুপ্পদা থোজাগবিনবা ঐনা হন্না হন্না খুরুমজে।

অরোইবদা পনবদা মতিক চাববা, পলহৌদ্রবদি পূক্নিংদা ইনুংদ মুংঙাইতবা ওইহনা পুন্সিগী লাইমন ওইবগদ্রা চিংনজবা ভদ্রলোক কয়াসু লৈরি। মখোয়গী ভদ্রতা পৃম্নমক অহু চিংথদনা পনবদা মতিক চাবনি। অহুম ওইনমক ভদ্রলোকশিংগী মনুংদগী অমগুং অহানবদা লৌখচ্চবা তারবদা অহানবা এবু একাদমীগী অসিগুম্বা সাহিত্যগী লম্বীদা চঙশিনবা য়ারেমহৌশা।

অসিগুম্বা লম্বীদা খোঙদারকপা মীওইনা তূমিন্না লৈথোকপা অসি নুংঙাইতে। মপূং ফানা একাদেমীগী মক্তং লৌরগা জাতিগী সেবা তৌহন্নিংই হায়না তাকপিরকখিবা শ্রীযুক্ত গুরুময়ুম সুরচান্দ শর্ম্মগী মফমদা মশাং নাইদনা ধন্যবাদ তৌজরি।

অনিশুবদা ঐগী ইথ্রাম্বা শরুবা শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ স্কোলার, সুপারিন্টেণ্ডেন্ট ওফ রেকোর্ড এণ্ড লাইব্রেরী মণিপুর সেক্রেটরীয়েটকী মফমদসু তৌবিমল উচ্চরি।

অহুমশুবদা কাছাবগী শ্রীবার খুঙ্গংদা লৈবা শ্রী অশাংবম গৌরমনি শ্রীবার এল পি স্কুলগী হেড পণ্ডিত অদুগা শ্রীলাইশ্রম রাজকিশোর সিংহ মণিপুরী লিটরেরী ৱার্কর, বনতেরাপুর অদুগা রাজকুমার গুলাপসনা সিংহ কার্ত্তাজ ফিরবন্দ কোন্নুং লৈকাই অমস্তুং শ্রীলৌবেম্বা পাঞ্জি কাম্রংখ দা লৈবা ভদ্রলোকশিংগী মফমদগী মমল নাইদ্রবা সহানুভূতি ফংজখি। মসিগীদমক তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

অরোইবদা পঞ্জনিংবদি মণিপুরী লোক সাহিত্য অসিগী হীবমসিনা খরা চাউখিবনা অহানবা শরুক্তা ফুঙ্গা ৱারীগী ওইনা তোলুমনা অহানবা শরুক ওইনা থমজরি।

ওইনাম ভোগেশ্বর

# ৱাহয় অমত্তং

মৈতৈ জাতিগী সাহিত্যগী পাক-চাউখ্রবা পূকৈন্নদগী মশা অমনি হায়না খ্বাইনা খঙনরিবা লোক সাহিত্যগী (খুন্নাইরোলগা) থোদাং অসিমকন্ন অঙকপা ফংনা পাক্লবা চাংজো ভীঙমদ্রবা সমুদ্রগুম্বনি। অসিগুম্বা পাক্না-চাউনা চহী লীশিং কয়াদগী চংনরক্লবা নাংশিং অসিবু কনানন্ন শীংথা-নবিদবুনা লৈয়্রক খুল্লক্তা পঙংম্না তাহনা লৈবগুম উনরবা সাহিত্যগী পোংচাকশিং অসিবু তৌডিক্তা নোনা খোমজিনবা হৌরগনি অমম্মুং মন্থ নৈনহুনা লৈবাক্তা পুথোরগা কংলগনি হায়না খোঙদারক্লিবা, ঐগোদি ইনাও ওইরবন্ন ইচাগুম্মা খন্দুনা থমজরবা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বরবু ঐনা মতাংবু লুংশিবা মীওইনি খনবদগা থাগৎনিওই। মরমদি পৃথিবাগী অচো-অচৌবা জাতি খুদিংনা মজাতিগী সেবাদা ফনা য়াম্না থুমাও চাও-শিন্নখ্রে। মৈতৈ জাতিগোদি থৌশাবিরবদগী ভূমহুনা লৈক্লরবন্ন অমুক নোনা য়াকাইংগনি হায়না খোঙদারকপসিদা লৈবাক্তী মফমদদি করিন্ন লৈতবা ঐনা গাইচ শুক্র অমা ওইক্লবসি লৈখিন্ত্রবা ওঝাশিংগী মওানদগী থরদংদা ফংজখোবহুনা ইনাউসিবু লমজিংবা অমা ওইক্লবতনি। লৈবাক্তী ওঝা ইক্লশিংগী মফমদদি মতিক চাদবনি অহুবু পীরিবা ডিসার্টেসন অসিদা ঐনা খঙজনা খবদং অহু তাংথোক তাশিন ত্তৌবসিমক্তা পূমচুন চুম্লে হায়বদি হায়মনব থোক্কনি। মতমগী মচিল ভুমখংলক্লিবা, লুশিংগা (কুপশিন্না) য়েংশিনবা অমসুং খওজিনবা ওম্নবা ইচা ইনাউ কুয়াগী মংগেনা ভুংদা মসিবু অমুক্ক হেন্না পান্থোকহল্লকখিগনি থন্নি। মরম অহুনা মসিদি মচিল খরনং কাওথোক্লকপতনি হায়না লৌবিগনি। অসিগুম্বা অমুক চাউখ্রবা থোদাং অসিবু হেনগ্রবা চহী অমা মথায়তগী মনুদা চাবা থকপা ভুংওইননা মজাতিগীনি খন্না হোৎনরিবসিমক থোইদোক্লা থাগৎনিংঙাইনি। অসিগুম্বা খুন্নাইরোল (লোক সাহিত্য)গী শরক্তা ডিসার্টেসনগী চাউখ্রবা পন্থুংফম অসিবু য়োননবা হোৎনবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনন্ন

# মণিপুরী লোক সাহিত্য

( মৈতৈ খুনাইরোল )

অহানবা তাঙ্কক

## ফুঙ্গা ৱারী ( চাকঙাই ৱারী )

১

## তপ্তা

খায়না মমাংঙৈদনে নিপা অমগা নুপী অমগা মতৈ মনাও মাখোয় অনী পাল্লম্বোইএ। মাখোয় অনীদুগী অঙাং মচা পিশক অমত্তা লৈরম্মেএ। মাখোয় অনীগী শগোল য়াম্না লোইরম্বোইএ। শগোল মন্নাম অদু মীনা ৱায়বদগী ফংলকপা শেন্না অচা-অথক লয়দুনা পাল্লম্বোইএ। মাখোয় অনীগী মচা অদু অয়ুক নুংথিল্দদি য়ুমলোম্নবগী অঙাংশিংগী মতৌ খরা-য়েং, অমনা অমুক হেক পম্, অমা হেক পো-বি তৌদুনা ইকপ-কপ্পে। নোংমদি অহিং অদু নোংস্থ য়াম্না কন্না চুবোইএ। নুমিৎ অসিগী নুমিদাং অদুদি কৈ অচৌবা অমস্থু মচিঙাক অস্থুম থিরকপদগী মতৈ-মনাও অনী অসিগী শগোল শঙদা চঙলক্লেদো অদুগা শগোল অমত্তং লাক্লগা চিঙ্গুন পুরগে হায়না লুম্লম্বোইরে। মতম অদুমক্তদা হুরানবগী নিপা অমস্থু শগোল অমত্তং হুগে হায়দুনা নোং মরক অদুদা প্রপ-প্রপ হেক লাকপোইএ। শগোল শঙ মনুংদা চঙলগা অচৌবা শগোল অমত্তং খনগে হায়দুনা মহাক্না অমত্তা অদুদা মখোঙ অচৌবা খল্লিবনি হায়দুনা শগোল মখোঙশিং অদু তাপ্ তাপ্ পায়দুনা য়েংলম্বোইএ।

অস্থুম্না নোংস্থ কন্না তারিঙৈ, হুরানবস্থ চঙ্ডকৃঙৈ অদুগা কৈনস্থ শগোল চাগে লুম্লিঙৈ অসিদা নুপী অদুনা চন্নমৈ য়াঙদুনা-চাক থোংবদা

অঙাং অহুনা পাঙবপ্পা কল্লবোইরে। মমা হাঙুনা ভৌথম খঙত্রদুনা চক্কমৈ য়াউনা-য়াঙনা অঙাং অহু থেমই। অহুবু তঙাং অহু শুক্লোক তোকপা লৈরবোইরে। মহাক্না মচানা কল্লবা অহু খংবা হায়দুনা "শামু লাকই-রা নোংশা-কৈ লাকই" হায়দুনা কিহুন্নবা ফনস্মু মহোংনৈ। খবা কৌবদা মরৈ অদো। হায়চম থেমকম খঙলক্লবা মতম তদুদা লোং শাংবগী মখোল "তপ্-তপ্" থোউবা অহু তাবদা খনহুন তান চারে খন্দুনা অঙাং অহুনা "হ্রা তপ্পা লাকই" হৈক হায়রবোইরে। মতম অদুদা অঙাং অহুস্মু কিরদুনা কপ্পা অহু খাত্তোব তোকখ্রেদো।

অস্মুন্না অঙাং অহু কপ্পা তোকখ্রবা মতম অদুদা তাঞ্জা ডাইদুনা লৈরিবা কৈ অহুনা খনখ, "ওস্ শামু লাকএ নোংশা লাকএ, কৈ লাকএ" হায়বদদি কিদ্রগা তপ্পা লাকএ হায়বদা কপ্পা তোকাখ্রবসিংদি তপ্পা হায়বা অহুদি য়াম্ন মতিক মগুন লৈবা অমা ওইরম্বা তারে" হায়দুনা কিমনখিবনা মশা অহু থুপ্পুনা লৈরবোইরে। অস্মন্না য়ান্না চিংননা লৈরিভেদা ভুরানবা অহুনা অস্মুম অস্মুম শগোল মখোঙ অচোবা খল্লক-পদা কৈ অহুদা থোক্লরে। কৈ অহুনা হ য়রিবা তপ্পা হায়বঙ ওইবা তারে খন্দুনা মশা থক-থক নীপুনা লৈরিভৈদা হুরানবা অহুনা "মসিনা মখোঙ চাউই. মসি অচোবা শগোল ওইবা তারে' খন্দুনা কৈ অহুদা য়াচল চল্লেদো। কৈ অহুস্ম প্পানা ঐবু ফারবনি খন্দনা ভোক্কবমখৈ নিঙাক তৌবা লৈতনা য়ারবোইরে। মমৈথদা হুরানবা অহুনা কৈ অহুগী মথক্তা তোংখদুনা শাজৈ কারল শাক্লগা কন্না থৌরক্লবোইরে। হুরান-বনস্মু তপ্পা হায়বহ্ পেংনদ্রিভৈ হায়দুনা শাজৈ নমথা নমথা থাদুনা থৌরে। অহুগা কৈ অহুনস্মু ঐবু তপ্পা হায়বসিনা ফারবনি হায়দুনা কিখিবনা মপাঙ্গল ফুদাকপমখৈ কন্না চেল্লরেদো।

মতৌ অস্মুন্না কৈগা হুরানবগা নাথোয় অনীদি অস্মুম অস্মুম তপ্পাগী য়াখল তৌদুনা লম্বী লমশাঙ ইন্না পঙচেন্দা চেল্লকপদা অহিং লোইরক্লদুনা নোং ভানফুং-ভানফুং ভৌরক্লেদো। খরা খরা তুউনরকপা অমম-অঙাল

শিন্নরকপা মতম অতুদা হুন্নানবা অতুনা কৈ অতুদা তোংনা-তোংনা "হিঃ ঐনা শগোন্নি হায়না তোংলক্লিবা অসিদি কৈনিনা ! করমনো ! ঐ ঙসিদি কৈ অসিনা হেক খঙলকপদা ঐবু শোয়দনা চাহ্নুনা শিবা তারেদকো !" অস্পূন্না খনবদগী থৌন-থৌনা অশূকপা মোংশোং অমা য়ৌরবোইরে। হুন্নানবা অতুনা কৈগী মথক্তগী নাম্থোকহৌনবা খুদোং অমা অস্থম য়েংলকপদা মতা চারুহুনা মাঙদা ফৈনা মশা নেমথন হাইথবা উপাল অচৌবা অমা হেক উরুরেদো। হুন্নানবা অতুনা উশা অতুদা য়ান্দুনা লৈহৌরগে খল্লহুনা উজাউ অতুগী মশা হাইথবা মপা অতু হেক য়ৌবগা কৈগী মথক্তগী ফন্-হেক চোংখত্তুনা য়াঞ্জহৌরি। কৈ অতুনস্থু তপ্পানা ঐবু থাদোকপিরে খনবদগী হন্ন তুনা য়েংলমদনা মশা অতু থংয়াং-য়াংজরহুনা মমৈ থেক্তুনা ঙম্মমখৈ য়াঙনা চেনশ্রবোইরে।

কৈ অতুনা মনিংশা থবেৎ-থবেৎ হোল্লহুনা চেল্লকপদা লম্বৈদা শঙম অমা কোক হেক থেংনরুরে। শঙম অতুনা কৈ অতু উবদা "মরূপ ! নঙনা করিগীনো ? অস্থক তাফিং-তুফিং নিংশা-শোর মপী হোল্লহনা চেল্লকইবরো" হায়না হংলম্মোইরে। অতুদা কৈ অতুনা রামনখিবনা নিংশা থবেৎ-থবেৎনা মথেক মতেক ওইনা খুম্নকপোইএ "ইতাউ ! ঐ ঙসি তপ্পা থেংনরুরে। শিরমগদৌরবনি, শমদা লৌৎলক্লবনি। অতুর লাইরক ফবদগী থরায়দি হিংজহৌরে, মানা ঐবু থাদোকপিরক্লে। য়েংউ থয়াং অসি, মানা য়াচল চল্লগা ইথক্তা তোংহুনা খৌরক্লবনি। ওন্থোক্লা নপাঙ্গল কনখ্রে।"

কৈগী রাসি তাবদা শঙম্না অস্থয় হায়রকপোইএ ইতাউ ! অমুক্তা তপথংখো ! নঙ য়াম্না রারে। হৌজিক নঙনা হায়খিবা তপ্পা হায়বগুদি কদায়দা লৈহৌই ?"

কৈনা—"মাদি উজাউ অন্নদা নংলুনা লৈহৌরে।" শঙম্না -"অহুঙ্গি লাউ ইতাউ ! অমুক্তং য়েংউসি।" রা অসি তাবদা কৈ অতু কিমনখিবনা অহানবদা খুথিখিবদগী মপূক্তা য়ানিঙদবা ওইরবস্থু মাগী মতাউ অতুগী

মমাংদা ঈকাইরতুনা "ক্বরে চত্তি চৎলসি অতুবু ইতাউ। খরদি চেকশিন-সিকো" হায়না-হায়না মাখোয় অনী লাকমিন্নরেদো। অস্থূন্না কৈগা শওমগা মাখোয় অনী লাকমিন্নরিবা অতু হুরানবা অতুনা লাপ্না হেক উরবোইরে। অতুদদি হুরানবা অতুনা মথন্নাই হিংনবা কদায়দা লোৎসিগে নত্রবদি হন্দক্তি ঐ শোয়দনা শিবা তারে খন্দুনা অস্থুম কোয়য়েং য়েং-লকপদা উক্রোং অহোবা অমা হেক উরুরে। ফরে উক্রোং অসিগী মনূংদা চঙতুনা লোৎলগে খন্দুনা উথক্তগী কূমথরগা উক্রোং মনূংদা চঙতুনা লোৎ-চরেদো। অস্থূন্না লোৎলিঙৈদা কৈগা শওমগা অনীমক থুংলরে। কৈনা য়াম্না কিনা "অতুনি-অতুনি উজাও অতুদনি মানা লৈহোবা" হায়রগা মাদি কিবনা চেনগদবগী থোরাং তৌতুনা লৈরি। মতম অসিদা উজাউ অতুদা য়েংবদদি কনাসু করিসু লৈবা উদরে। কোয়য়েং য়েংবদা উক্রোং অতু উবদগী অসিদতুম চঙলম্বা য়াই ঐ অমুক্তং য়েংখিগে হায়তুনা শওন্না উক্রোং মনূংদা মমৈ অতু থিংজিন্দুনা ফ্রৎ-ফ্রৎ হাইরুরে। হুরানবা অতুনা তৌফম খঙত্রতুনা মমৈ অতু তাপ পায়রগা মনূংদা ঙম্বমথৈ কন্না চিংল-বোইরে। শওমসু খংবোই করিবোই "ইমাইপেম্মা ঐবুসু ফারেদনা" হায়না খনবদগী নাম্থোকচবা য়াননবা হায়তুনা মনিঙ তেকপমথৈ কন্না চিংলম্মী। হুরানবা অতুনা শওমগী মমৈ অতু খংথা হেক থাদোকপদা শওম অতু মমাঙলোমদা উপ্‌থুননা হেক তুরে। ফূক হোগৎলগা "এঃ মসিদি তপ্পা নত্তরে মৈচিংবীনি" হায়খি।

রা অতু তাবদা কৈনা "করি রানোদা ইতাউ! তপ্পানিনে হায়"। শওন্না "নত্তেনে ইতাউ! মৈচিংবীনিনে" অস্থূন্না মখোয় অনী কন্না য়েং-নরক্লেদো। মমৈথংদা অস্থূন্না মাখোয় অনী য়েংন-য়েংননা লাকপনা লম্বীদা শামু অমগা ওক্করম্মী। মাখোয় অনীনা য়েংনরিবা রাফম অতুবু করম্বা রাফমনো হায়না হংবোইরে। শামুগী রা তাবদা কৈ অতুনা অহানবা মানা মুপী নিপা মতৈ মনাউ অনীগী শগোলশঙদা লুপ্লিঙৈদা তাখিবা তপ্পাগী রাফম পুন্নমক অমত্তা চিথদনা তম্লে। অতুবু য়েংলুসি হায়তুনা অমুক

ভুন্না য়েংলুবদদি ইতাউনা তপ্তা নত্তে মসিদি মৈচিংবীনি হায়রে অতুগী য়েংনবনি" হায়না পাউ তম্লেদো।

শামুনা "ফরে অতুদি ঐ অমুক য়েংগে চৎলসি" হায়তুনা মাখোয় অতুম অমুক তল্লাক লাকখিবোইরে। উক্রোং মযম য়োরক্লেদো। ভরানবা অতুনস্ু মাখোয় অতুম লাকপা অতু লাপ্পা হেক উবদগী করম তৌরগা থরায় হিংগদগে খন্দুনা নাশোন থোক্তুনা তুমিল্লা মৈশিন্দুনা উক্রোং মন্নুদা অতুম লোৎলে। শামুদা শত্তমতুনা উক্রোং অতুগী মনাদা লৈরবনি য়েংবিরে হায়রেদো। শামুনা "ফবে ঐ য়েংগে" হায়তুনা মনাশোল অশাংবা অতু শর্ হেক খিংজিন্দুনা মনুং মত ওৎলগে লৌরকপদা ভরানবা অতুনা অসাই পায়রকপা শাজে মচিল তুম্বা অতুনা শামুগী মনাতোল তোত্তনাউ অতুদা খংখিল-খংখিল হেক থিল্লবতুদদি শামু অতুস্ু থাত্তবা ত্তমদতুনা নামনগ্রতুনা কে লাউনা খোংলগা মনাতোল অত শর্ হেক চি থোক্লে অতুগা হায়রকই। "নখোয় অনানা হায়্রিবা পুন্নমক পগাল লাল্লে। মসিদি তপ্তাস্ু নত্তে, মৈচিংবীস্ু নত্তে; মমৈনা খিনবনি মৈথিনবীনি" হায়খি।

মতৌ অস্মা মাখোয় অতম্মক কন্না নিংতাই তৌনতুনা লাক্লগা নোংশা নিংথৌদা ৱাকংলম্মী। মাখোয় অতুমগী ৱাকং অতু তারগা শাগী নিংথৌ নোংশানা হায়্রবোইরে। নখোয় অতুম্না হায়রিবত অচুম্বা খঙলরোই। উক্রোং তাল্লা চতুনা য়েংবা তাই। অৱানবা অতুদি চেরাক ফংগদবান অতুনা লৈরিবা শা নখোয় পুন্নমকস্ু অমত্তা চিংখদনা মফম অতু য়োনবা -থারাং তৌবা" হায়তুনা য়াথং লাউথোক্লেদো। নিংথৌগী য়াথ তাবদা কনাগী শামু, লমশন, শওম, কে, হুই, হৌদোং, লমহুই, লমওক, শদুংন-চিংবা পুন্নমক উক্রোং তাল্লা চৎনবা পুন্নাও-লাওনরে। শায়ামগী থোঙ্গল তাবদা ভুরানবা অতুনা হন্দক্তি ঐ শোয়দনা শিবা তারে। খুল্লক-লাল্লক ওইরিবৈ অসিদা চেলহৌদবা য়াদরে খন্দুনা মফি তাথতুনা উক্রোং মনুংদগী মমিং কোইরু-কোইরু য়েংলতুনা ভম্মখৈ য়াওনা চেস্থোক্তুনা মথরাই হিংরে।

ঙাইহাক লৈরগা নোংশানা লমজিংতুনা শা পুন্নমক উক্রোং মনাক তানা লাক্লে অদুগা উক্রোং অদু ময়াম চঙতুনা ফক্কায়দুনা য়েংবদা করিস্সু কনাস্সু লৈরমদরে।

মতুং অদুদা নোংশানা মাথোয় অদুমদা হায়খি। "নথোয় অদুম্মক ওইদবা মীনম্বা ঙাঙবা ঙাক্তনি। হৌজিক হায়েনবা তারে। হায়রু কৈ। নঙনা তপ্পানি হয়বসি করম্না থঙই!"

কৈনা খুমই—'ইনিংথৌ! ঐ মহাক্কী মনা অদুদি উজহৌই। ঐগী ইথক্কা তপ্‌ নপ্পুনা তোলকই। অদুগী হেন্দোক্কুনা য়াচল চল্লকপগী ঐগী থয়াত্তা থৌরীনা য়াংপগী খুদম লৈরিবসি য়েংবিয়ু" হায়দুনা ময়া কাথোক্কুনা য়েংহল্লবোইরে।

নোংশানা "ফরে! নঙগী য়াকম থঙলে। শঙম! নঙনদি করম্না মৈচিংবীনি হায়রিবনো?"

শঙম্না—"ইনিংথৌ! মাগী মশকমক্তি উজহৌদরে। কৈনা উক্রোং অসিদা লৈরম্বা তাই হায়বদুদা ঐনা ঐগী ইমৈ অসি থিংজিন্দনা য়েংজবদা ইমৈ অসি তংকদোবমথৈ কন্না উক্রোং মনুংদা ঐবু চিংশিল্লে, ঐস্সু করমো শিবা তারে খন্দুনা ইমৈনা তংলগা-লং খোকঅবা অমা লাক্লগনি খন্দুনা কন্না চিংবদা মহাক্কা থংথা থাদোকপদা ঐহাক উপথুননা তুশিন্দুনা ইমায় নাকল অসিমা কায়রিবসিনি" হায়না নিংথৌদা উচ্চরবোইরে। "অদুনা ননাই ঐনা মসিদি মৈচিংবীনি হায়জবনি" হায়না হঙচদুনা থুক্কমলে।

নোংশানা "ফরে—নঙগীস্সু থঙলে। শামু নঙনদি করম্না মৈথিনবীনি হায়রিবা?"

শামুনা খুমখি - "ইনিংথৌ! য়েংবিয়ু ঐগী ইনাতোনগী তোঙনাউ অসি হৌজিক ফাওবা ঈ থকপা লেপত্রি। মাথোয় অনীনা হায়বা মতুংইন্না উক্রোং অসিদা লৈরবনি হায়বদগী ঐনা ঐগী ইনাতোল অসি থিংজিন্দুনা ওৎলগা য়েংজরুবনি অদুদা ঐগী তোঙনাউ অসিদা কন্না-কন্না থিল্লকই, মদুদা ঐনা মৈথিনবীনি হায়জবনি, ঐ মশকমক্তি উজহৌদে।

পঙহাপ্পা হাপ্লকই হাম্নরগা ফুক হৌগত্তুনা মখুৎ হামগ্রে। মচিল ময়া শেংলুরে। হপ্পিল্লক্লগা মখুৎ প্রপ-প্রপ তৈথেক্কুনা ফমূং তম্না চঙশিল্লক্লেদো। ইমূং মনুংগী অক্ল অহেন ময়াম অহু অপওগী পুনসিদা অমুক্তা উখি্রবনিনা ইওক ওক্কুনা কোয়চৎ চৎলগা অমদা অমুক য়েং অমদ, অমুক চৎ তৌরি-তৈদা ময়ামসু চাবা থকপা লোইনরেদো। মথং মথং পোং-চৈ লোইশিন-খমজিল্লগা মহৈ-মহৈ তুম্নবা থৌরাংগীদমক মাগী মাগী যমূং তম্না চঙহুনা হীপ্পগ্রে। মতম অহু খওহৌদে হেক্তা থেঙজিল্লকখি অহুফাওবা অপওদি অমুক্তুসু উখিদ্রিবা অমদি খওখিদ্রিবনিনা কাওখল অহুনা জোন-জোন থাধবা ফমূং অহুদা করম্না তুমগদগে খনবদা মহাক ইওক ওক্লমই। মমৈ-থংদা ফমূং মনাক্তগী চামখূমলোমদা অমুক-চৎ, চাকখুমলোমদগী ফমূংলোমদা অমুক লাক তৌহুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলিভৈদা অতৈদি মিকপ্‌ অমমম তানগ্রে। খ্রো-খ্রো নাখোক্কুনা তুম্নগ্রে। মতুংদদি মহাক মফম খওমল্লক্কুবা অহুদদি ফরে খাঙেন মথক্তা কারগা ফমূং মম্নায়দা চোংথরগে খন্দুনা খাংঙেল মথক্তা কাখৎলেদো। খাঙেন্দগী মথং মথং ফমথক শগাইদা লাক্লগা ফমূং ময়ায় চানা চোংথরগে খন্দুনা কাওখল মথক্তা ফন্‌ লাউনা চোংথরবোইরে। কাওখল অহু শেগায়হুনা ফমূং ময়ায়দা তারগা মহাক হীপথখরে। মহাক্না খাংঙেন্দগী চোংথরগা তারকপা মখোল "দূপ" লাউবা অহুনা মনেম মকু অপুম্বা তুম্নহদগী খংহুনা লম্নাই ঈশিং থারহুনা নেমথনখি।

অপওগী মনেম মকু অনীসি লৌউ-শিংউহুনা ইংখোল কোইহুনা চাবা থকপা ম্নাক্তনবা হোৎনজবা মীওইনি। পোইসু লৌরোৎপা মতম ওঙ-ক্লহুনা চাক ঈশিং থৌরাং লোইরগা ময়া নপা অপও অহু পুহুনা লৌবুক্তা চৎপোইরে। লম্বীদা অপও অদো মখোঙ ম্নায়া হাম্লিংলকলেদো। মহাক্না ক্লেক ওবমথৈ চপশিন্দুনা খাঙনা খাঙনা লাকপনা তুরেল অমনবা অমা শেংনরবোইরে। মফম অহু খোওহামকম মতা চারে খন্দুনা অপও অহু মনেম মকুগা চৎমিল্লরদগী লৈথহৌরে। অহুগা মহাক্না তারক য়েংহুনা তুরেল অহুগী মপান্দা মী-প্লোং উৱা-উদবা কক্লিসু খন্দুদনা হেক্তা ক্লমথরগা

মখোঙ হায়ম্মী। মপা থোক্লুহুনা তুরেল মপান্দা লুংশা য়াইরম্বা খেঙ্গু অমগী মথক্তা অপঙগী খোঙহামকম ওইরক্লবোইরে। অমাংবা কোঙ্‌-কোঙ্‌ শাবা অহুনা খেঙ্গু অহু লৈবা য়ারক্তুহুনা তুরেল্লোমদা চৎল্লেরো। মহু উবদা অপঙনা "ইহে! লহানমখৈ ঐদি খঙলুক্লেদনা! ঐগী অমাংবা অসিদি মরম ওকপা ঙাংনি। মকম চাদে হায়রিবরা করিনো চৎলিদনা অসিদে" অস্তুম খল্ল-খল্ল অমাংবহু চায়গা মাঙদা চৎখিবা মনেম মকুগী মনাক তম্মা প্রপ-প্রপ তানখৎলগা লৌ খাওবগী খবক য়াওখি।

অস্তুম্না অপঙনা লেল্লকপনা নোংমদি অহিংদা অপঙ অসি মখোঙ য়াম্না হামনিংলমই, মতু হৌদোকদবস্থু ঈকাইরহুনা মান্না খনখি। ঐগী অমাংবদি মখোঙনা থোংনা চৎপনি অহুনা অরাপ্পদা চৎলরোই। মুপীস্থু খঙহল্লরোই ফম্মাংদা অস্তুম হেক্তা হায়গে খল্লহুনা ফম্মাংদা মখোঙ হামদোকলে। অমাংবা মনম্মা খাঙবা ঙম্রহুনা ইমুংগী মী অয়াম্বা তুম্বা য়াত্রহুনা য়াহৌ ঙস্তা-ঙস্তা হৌনরবোইরে। অপঙগী ফম্মাংদা মখোঙ হায়ম্বা অহু উবদা মনেম্না "অঙাং! নঙদি ফম্মাংদা নখোঙ হায়বোইরেকো" হায়খিবোইরে। মনেমগী বা তাবদা "হাইমা! মহৌশাদি মাদি হেক-হেক মথম্নতা চৎচখিবনি। ঙসিদি কৈদোরবনো! ফরে" হায়হুনা অপঙনা ঈকাইবোই-করিবোই তৌহুনা মাগী লুথুমদা খম্বা কাঙজে কাঙহু অহু তাপ পায়খৎলগা হায়খি। "ঙসিদি নঙ চত্রবদি করি তৌরে? তম্নবরা? ফরে ঙসাইমখৈ নঙনা চৎলমদবহু ঐ ঙাকপিরগে। হৌজিক থুনা-য়াঙনা চৎল্লো! নত্রবদিনে নঙ ঐগী কাঙহু অসি উল্লেদনা" হায়হুনা মাগী কাঙহু অহু অমাংবহুদা উৎলবোইএ। অমাংবনদি চৎপা হৌনদবনিনা অস্তুম লেঙদনা লৈবহু উরহুনা অপঙ অহু মমায় ঙাড়শিল্লক্লে, শাউরনা মুতোন কাল্লবোইরে। অহু য়োরবফাওবদা অমাংবনদি চৎপা হৌনদবনিনা লেঙদনা লৈবহুদা অপঙনা হায়ঃ—"ফরে, নঙ খঙহুকো! ঐগী ইঙিক খঙদবা শারি" হায়হুনা কাঙহু অহুনা অমাংবা অহু পোপ লাউনা খোমদৎলেদো। অহুগা "ফত্রোই?" হায়খিবোইএ। অহুদা অমাংবহু পুমচাই চাউহুনা

ফমুংগী কিয়োল কাংথোল উপু ফক্লাংনচিংবদা চোংছুনা পূমতৈ হৌরে। মছু উরগা অপঙনা "হৌজিক্তি করিগী চেল্লি কিররিনিদো" হায়খিবোইএ। মতৌ অছু উবদা মনেম্মা "করিনো তৌরিবা মতৌ অসিবো লোইনা মাং-লেদনা" হায়না শোনবা তাবদা অপঙনা "মীনা ঙসাইমখৈ নিঙথিনা চৎপ্রো হায়রিঙৈদা য়াদবদগী হৌজিক্তি কাঙছু চারেদো! কিরমাল্লে চেন-খ্রেনসে" হায়বোইরে।

অস্মুম্মা নিংঙোল মরা অসিবু পঙই খঙনা-খঙনা লৈবনা মনেম মকুনা লুনা অছুম মতৌবি। শাউনিংবা কোঙ্গায় শাউদ্রবোইরে। নোংমদি মনেম্মা মম্মা অপঙদা "অঙাং ঙসিদি কৈথেন্দগী হাওগদবা, থুমগদবা লফোই অছুমদংদি লৈরু" হায়না পাউখোল শীবোইরে। অপঙসু পৈশা পুদুনা হয়াউ হয়াউনা কৈথেল কায়ক্লেদো। লফোই য়োনফম চঙলে। লফোই অছুম লৈরে। অসাই মনেম্মা হায়রকপছু য়েংফম থোকই খন্দুনা লম্বীদা মহাক্না হাওব্রা য়েংগে হায়ছুনা অমা চারে। অছুগা থুমবরা হায়ছুনা য়েংবদা অমগা অমুক চাথোক্লে। অরেম্বা অমত্তং অছু হাউরে থুমলে হায়ছুনা প্রপ-প্রপ ময়ুম তানা লাক্লগা মনেমদা লফোই অমছু পীররে।

মনেম্মা "অঙাং! ঐনদি নঙোন্দা লফোই ও লৈরকউ হায়খি অছুগা নঙনা অমখক্তং লৈরক্লগা লাক্লবদি করি তৌরে" হংখি। মনেমগী বা তাবদা "অবোকপু ঐনা লৈজবদি অছুমনি, অমনা হাউবরা য়েংবদা চা-থোকপ্রে। অমনা থুম্বরা য়েংবদা চাগ্রবনি অছুনা অরেম্বা অমছু পুরকপনি। মতৌ অস্মুম্মা য়েংবনি" হায়ছুনা অমছুস্মু অমুক চাথোকখরে।

অস্মুম্মা ময়ানিপা অপঙগা লোয়নরকপা অসিনা পোইস্মু লৌ লোক্লবা মতম য়োরক্লেদো। নোংমদি মনেম্মা অঙাং! ঙসিদি লৌ য়েং-উচো! থাওবা য়াবা মতম ওইরক্লে। উচেক-রায়া তাবা খরা ঙাকলু" হায়খিবোইরে। মছু তাবদা অপঙনা উচেক-রায়া ঙাক্লবা মখুত্তা রাশাগী শ্মাক্লে নাপ্-নাপ্ লাউবা অমা পায়ছুনা চাক ঙত্তা চারগা লৌবুক চৎপ্রেদো।

অপণ্ডনা লৌবুক য়োরকপা মতমদা চাকহৌ পোইরৈতোন থানা লৌবুক থোক্লুরে। চাকহৌগী চরোং ফজবা ইমু-মুনা জুম-জুম য়াম্থবহু উরগা অপণ্ডনা "ইস্! ঐখোয়গী লৌ অসিদি হয়িং খোইয়াম্বীনা পুম-য়োম য়োমলে করমনো" হায়রুনা নিংশা থীবপা লোয়ননা মাগী শাজে অহুনা চাকহৌগী চরোং অমুবশিং অহু লোইনা কম্থৎলে। ফৌ অমুবশিং অহুনা মথাদা কেন্দুনা লৈবা উবদা "কমদৌই? নখোয় লোইনা নথরাই মাণ্ডলেদো" হায়রম্লগা ময়ুমলোমদা হল্লকখি।

অপণ্ডনা হরাউ-হরাউ ময়ুম কারকপা মতৌ উবদা মনেম্লা "অণ্ডাং! কমদৌই উচেক-রায়া তাবরা চরোংনা কমদৌই।" হংলবদা অপণ্ডনা "এ অবোকপু! অবোকখোয়গী লৌহুদি হয়িংখোইয়াম্বীনা পুম্মু মুরম্লে অহুবু ঐনা তান্ন-তান্নহুনা মখোয় অহু লোইনা হাৎচরম্লে মথাদা শিহুনা তাহৌরে।"

য়া অসি তাবদা মনেম্লা "কয়িনোনে অণ্ডাং! নণ্ডনা হায়রিবসিবো?" অসুম হায়হুনা থরক হুনগস্তুনা চেল্লগা য়েংলুবদদি চাকহৌগী ফৌ পুম্নমক অহু লৈবাক্তা লোইনা খিকথহুনা তাহুনা লৈরম্লে। মহু উবদা মনেম অহুনা "গুম্মোকপা ইরাইবক্লি, পণ্ডজরবসু থরা লোয়নরগা ফরক্কদরা খনবনি অহুবু গুম্মোকপনি; গুম্মোকসু পণ্ড্রেদকো! অসিবু ইমা ওইমু হায়না তমগ্রবরা' হায়হুনা মরাইবক খুহুম গুহুনা থাণ্ডখিবোইরে। অহুনা মী অপণ্ডবা লাম্লোইনৈ হায়বগুম্লা মনেম অহুনা মমৈথংদা শাউহুনা কান্নররোই থল্লবোইরে। ময়ানিপা অপণ্ড অহুবু অমুক ইনৌ নৌনা পোৎ খুদিংগী মমিং মশক অহুগা চৎনরোল পুম্বা তম্বিহুনা মমৈথংদা অফবা মমা হায়রবা ইনবা অমা ওইররবা হোৎনহুনা মুংণ্ডাইনা পান্থিবোইরে।

---

৩

# উ-শূবা অমসুং চাউরেন

থায়না মমাংঙৈদা লৌ-উবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। মাগী মমিংদি চাউরেন কৌবা। মহাক মুপী থিদে, ফৌ চেঙ শুবা. চেঙ থপ্পা থয়বা, য়েনশাং থিবা, শীং থায়বা, কোল লিক ফেঙবা, রাইরম তয়্বগুম্বা ইমূংগী থবক মরম খূদিংমক মতোম্মতা ভৌজবোইরে। অস্নম্না লৌউবা নিপা অসিনা মাগী পুনসি অদু মতোমতা অসুম লেল্লকপোইএ। মহাকা য়ুম লোম্নবদা উ-শূবা নিপা অমসু লৈরমবোইরে। মাদি মুপী থীদুনা মচা পোক্লুনা মতূনা মচানা সেবা তৌদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পুনসি লেনবোইরে। মাগী মুপীনা চাক য়েনশাং মরৈ মুম্না থোংলগা মপুরোইববু চাননবা পাউ তাক্লবগাদু রাহৈ খোনকম ফজনা তাক্লদুনা পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা নুংঙাইনা পানবোইরে। উ শূবা নিপা অসিনা মাগী মথৌদা উপু কাঙ-থোল, তক্কেং, কপ্রেংগুম্বা শারদুনা মথৌদগী হেন্না ইমুংগী থবক অমত্তা শূ যোম্বা য়াওথিদে। ইমূংগী অকুপ-অতা পূম্বনা মতূগা মচাগা মাখোয়না পুরে। অদুগা উ-শূবা অদুনা শেন তানবগী থবক্তা মথৌ ওইদুনা চারম-লাইদা মথূংতা হামদুনা চারম্বোইরে।

লৌউবা নিপা অসিনা য়ুমলোম্নবা উ শূবদুগী মতৌ উবদা মপুক্তা য়াম্না মিতারম্মী অদুনা মহাকসু মুপী অমত্তং থিদুনা মীওইবগী য়ুম্লিং খূল্লিংবা হায়বদুগী থবক্তা চঙনিংঙদুনা খৌরাংনা লৈরম্বোইরে।

নোংমদি চাউরেন্না মাগী য়ুমথংনবা উ শূবা অদুগী মনাক তাম্না লাক্লগা হায়বোইএ। "ইভাউ! নংনা শূরিবা উগী থবক অসি ওম্হোক্না নখূৎ নানরে। ওইহন্নিংবদা ওইহনবসু ওমই, য়াম্না হৈ অদুনা মশক মতৌ য়াম্না ফজবী, হেক য়েংবদা পুন্নমকপু শুম্নাংগী ওইবী মুপী অমত্তং শাবিয়ু! ইভাউগী অরামম ঐ চপ-চানা পিজগে" হায়বোইরে।

লৌউবগী মভাউ উ-শূবনা করিসু খন্দুনদনা "কৈ ইভাউ! ঐনা হৈজবী থাদুনা শাগে" হায়না খুমখি। অস্নম্না মাখোয় অনী মা অদু

ভাঙনরমগা লৌউবসু "অহুদি ইতাউ ঐ চৎলগে থবা থুনা শাবিয়ু" হায়-রম্লগা ময়ুমদা হন্দ্রে। উশূবা অহুনা মাগী থবক শূনা-শূনা অহাঙবা মতম য়েংহুনা মতাউনা হায়রম্বা লৈশাবী অহু উনা নিঙথিনা শারে। য়েংবদা মিৎকম হোংবা ঙমদবী ওইননবা মচু মমেন থারহুনা মশম মনা পানবিরে অহুগা মুমিং ও নিলৈরগা লৈশাবীহুগী মওং মতৌ পুম্নোই লোইরহুনা মতাউ অহু কৌরগা "ইতাউ! নঙনা হায়বা মুপী অহু শাবা লোইরে, ননিঙ থুংলগদবা য়েংলরো" হায়না কৌরুরবোইরে।

চাউরেন্না মাগীদমক মুপী অমা শাবিবহু লোইরে তাবদা হরাউ-হরাউ থুনা য়াঙনা চেল্লকুনা য়েংলগা হায়রকখিবোইরে "ইতাউ! ওম্মোক্লা চুঙ্‌-ফিরাল চানা মওং মতৌ নিঙথিরবা অমা ওইনা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজনদি শাবিরে অহুবু মাগী ভাংতকপা থজাই অসিদা শমক্রু অমত্তুংদগা নম্বিরবদি অমুক্কা হেন্না ফজবা হেনগনি অমত্তুংগা নমবিয়ু" হায়রেদো। রাহু তাবদা মনিঙ থুংনবা উশূবনা উগী লৈশাবীহুগী ভাংতকপা থজাই অহুগী ময়া ওইরপ্পা শমক্রু অমা নম্বিরে। মহু উবদা অমুক হেন্না পূক্লিং খোয়দাবী হেক য়েংবদা হরাউ-হরাউনা কৌশিনবী মীওং মাল্লবহুদা মপূক পেল্লহুনা "ইতাউ! মুপী অসি শাবিবগী মমন্দি কয়া পিজরকউগে' হংবোইএ। উশূবা অহুনা "ইতাউ! পূক্লিংনা পাম্বা পোৎকী মমল লৈতে হায়নৈ অহুবু নঙদি মরূপী নঙনা ঙম্বা থরদং হেক পিরকউ' হায়বহুদা "অহুদি ফৌ ওইনা লৌবিরো" হায়রম্লগা অশাবা মুপী অহু নাকন্দা কোল্লগা ময়ুমলোমদা হরাউ-হরাউ পুম্রে। অহুগা মাগী লুখুম কাদা থল্লবোইএ। মতুংদা মহাক্না 'ফৌ শঙবাই ৫ দংসিনা মতিক্কি চাবা নত্তে ইতাউ মাসি লৌবিয়ু" হায়হুনা থিল্লুরেদো।

লৌউবা চাউরেন, হায়বসি মতম কুইনা মুপীদি থিরক্তে হায়ববু মুপী থিরগা মানা শেৎল-ইল্লনবা ফি-রোল ইমফি ফনেক থূদে মতুপকুম্বা মথল-মথেল নাইনা থৌরাং তৌহুনা থমজবোইরে। ময়ামহুগী মরক্তী চুঙ্‌-ফিরাল চাগদবা য়েংলগা উপুদগী লৌখোক্নুনা উগী মুপী অহুদা শেৎপি-ইনবিরেদো।

লৈরিবা মওং অসিদগী অমুক্তা হেন্না ফজনবা শেম্বিরকখিগে হায়বা তারে। মাদি ইচম-চম্বা মীনিনা হেক্তা য়ারক্তনি থরে। অদুনা লৌউবা মতাউ চাউরেনগী ময়ুমদা প্রপ-প্রপ লাক্লগা "ইভাউ! নঙগী মুপী অসি য়ান্নমু ফজরে অদুবু হৌজিক ফজরিবা অসিগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ফজনবা ঐ অমুক্তুংগা শেম্বিখিগে" হায়রুরেদো। মতাউ চাউরেম্বদি মপুক ইচম-চমজবা মীনিনা "ইতাউনবু অমুক্তা শেম্বিফম লৈরবদি পুবিরু" হায়দুনা উগী মুপী অদু অমুক মরূপ উশ্রবদুদা পিথোকখরে। উশ্রবদুনা উগী মুপী অদু কোন্দুনা ময়ুম তান্না পুরে। অদুগা লৌউবা নিপানা তৌথিবা মতৌ অদুগুম্না কোল-লিক ফেংলে, ইম্নুং মনুং রাইরম তৈরে, চাক য়েনশাং থোংলে। লোইরবা মতমদা "মুপী! চাক লোইরবরা"? হায়দুনা হেক-হেক হংবদা "লোইজরে লোইজরে" হায়দুনা মশানা হেক-হেক থুমজদুনা মতৌ তম্নকপা অসি ৫ নি ১০ নি শুজিল্লক্লেদো। উশ্রবা নিপা অসিদি মহৌশাদি মখুত্তা হামদুনা চারকপনিনা রাবস্নু থম থেংলে অদুগা মাগী থবক থৌরম অরাম্বম্নু মপুং ফাবা ওমশিল্লক্তদুনা অরাবা ওইরক্লেদো। মমৈথংদদি উগী মুপী অসিনা অশেংবা মুপীদুমক ইওই ওইরক্তবা অদুদদি কান্নদ্রে থল্লদুনা চাউরেন্দা ইতাউ! নঙগী মুপী অসি লৌরক্লো" হায়দুনা কৌরগা অমুক লৌউবা নিপা অদুগী মথুত্তা শিন্নরদুনা লৌউবা চাউরেম্না হরাউ-হরাউনা চেৎনা কোঞ্জরদুনা উগী মুপীদু অমুক ময়ুমদা পুরকপা মতম-দদি ময়ুম হেক য়েংবগা অশেংবা তাইবংগী মুপী ওইরক্লে। অসুম্না লৌউবা নিপা অসিনা নিঙবা কনবদগী লাইনা তম্বা অমা হায়বদু ওইরদুনা মুংঙাই য়াইফনা পানগ্রবোইরে। অদুগা মীগী মপোৎ পাম্বা মশাগী মরল মশক থঙদবা মীপোৎতা মিতাগনবা মীনা অরাবা ফংবা হায়বদু ওইদুনা উশ্রবা নিপা অদু হায়গী মুপীস্নু কায়নখি মচাস্নু কায়নরেদো। অদুনা পুনসিগী অরোইবা তাঙ্কতা য়ান্না রানা মাগীদমক কনা হন্না য়েংবিরবা লৈতনা পুনসি লেনখি।

---

৪

# লাইখুৎশাংবী

থায়না মমাংঙৈদা শু-নোম্বা কনবা, ললোন-ইতিক তৌহুনা কোয়চৎ চৎপনা মথৌ ওইবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। মাগী মুপী অহু লৈকাই খুঙ্গং অহুদা ফজবশিংগী শিঙথানরকপদা মমিং পনবী, য়াম্মা ফজবী নাহা ওইরিবী অমা ওইরম্বোইএ। মমিংদি চাউবী কৌই। মথোয় অনী চহি অমা অনী য়ুম পাল্লক্লবনি অহুবু মচাদি পোক্তি। মাখোয় অনী য়াম্না মুংশিননা পাম্নযা লৈমিন্নবোইরে। নিপা অসিনা মাগী মতূ অসিবু থাকপা ওম্নবা শেৎন-ইম্নবা ফি-রোলনচিংবা য়াত্তনবা হায়হুনা কৈথেল কামিন্নহুনা অপাম-অপাম্বা থলহল্লগা মতূগী মানিঙ থূংনবা লৈহুনা পুনশি মুংঙাইনা লেঞ্জবোইরে।

নিপা অসিনা ললোন-ইতিকীদমক নোংমা নিনি ময়ুম থাদোকপা তারবদি যুম্নোম্নবা অরাংদা লৈবী তোম্বী কৌবী অমগী ময়ুমদা থমহুনা হেক হেক শিম্নজে। তোম্বীগা চাউবীগা অনী অসি মোইথাপ শিন্নাইফম কাহুনা অহিং অহিং হেক হেক লেপ্লি। তোম্বী হায়বী অসিদি গরা অহল ওইরক. মপ:বোইবা ওন্তানা কায়নরবা লুপ্লাবানি। মরম অহুনা মহাক মশাগী চরা তানবা হোৎনবদা মীগী ময়ুমদা পেৎচৈক অমা ফাওবা চংথোক-ইথে কপা শংদবোইরে। অসূম্না শূ-নোম্বা কনবী অসিগা হেক-হেক লৈমিন্নে।

মাখোযগী খুঙ্গং অসিগী অরাংদা অশোঙবা উমং অমা লৈ। মাহুদা মখূংনা হেন্না শাংবী হিংচাবী অমা লৈবোইএ। হিংচাবী অসিনা লৈবাক-লৈকাই, খুঙ্গং খুদিং চঙলগা মতুশোনবা মদোম-মদোম তরক্না লৈজবশিংগী ময়ুম চঙহুনা হাৎল-হাৎলগা চাহুনা লৈরকপোইএ। অস্যম্না মী চাবনা মীগী মহাও থঙহুনা মুমিদাং খুদিং মতু শোনবা মী, মুপী, অঙাং অসুম

থিরকপদা নোংমদি চাউবীগী মফমদা থোক্লরেদো। চাউবীগী মশক মতৌ কজবী, মওং মতৌ নিঙথিবী অদু উরগা মতিল চোরদুনা চানিঙবনা মপূক মরীল পুম্বা থোয়রাংলম্মী। অদুবু চাউবীগীদি মপুরোইবা লৈবা মরম্মা চাউবীগী মফমদা হেঞ্জিনবা ইঙম ঙমদ্রবোইরে। অসুম্না চাউবীবু চানিঙ-বগী রাখল তৌরিঙৈদো অতৈস্নু থিহৌদবদগী চাবা কংদদুনা মপূক লাম্না-লাম্না লেল্লক্লবদুদা মানা থনখি। চাউবীগা লোয়নর্রিবী মৌ অহল অসি হাম্না চাত্রবদি চাউবী অসি চাবা য়ারোইদৌরি অদুনদি তোম্বী অসি হাম্না চাথোক্লগে খন্দুনা চাউবীগা লৈমিন্নদবা সুমিং য়েংদুনা লাইখূৎশাংবীনা মৌ অহল অদু অহিং অমদা চাথোক্লগা মৌ অহল অদুগী শক্তম ঙন্দুনা লৈরবোইএ।

নোংমদি লুপ্রাবী ওল্লিবী লাইখূৎশাংবী অসিনা চেঙহী উতি নিঙথিনা লুরগা মশম মনা ফজনা হাংলদুনা চাউবীগী য়ুমদা লাক্লেদো অদুগা হায়-বোইরে "চাউবী! হোরেন্দি খরা ঙম্না লাকউ, মোইথাপ মশীং খরা য়াম্নবা হোংনসি" হেক হায়ররে। চাউবীনা রা অদু শাবদ' মুন্না য়েংলগা নিত্তিগী তৌথোক্কবা চেঙহী উতি লুদুনা তনান তনান লাকপা অসিদা মপূক্তা চিংনরবোইরে। অদুনা মপূক্তা খল্লি সুমিং খূদিংগী ইনম্মা অসি ঐথোয়দা অমুক্তম্মু চঙলক্কে অদুগা ঙসিনা চেঙহী উতি লুদুনা তনান-তনান লাকইবসিবু করিগী ওইরিগবা হায়না চিংন-চিংননা "ইনম্মা! নিপানা লংফৈ চত্রবদি ঐ লাকলোই চংলবাদ লাকসিরা খল্লি" খুমজ'বোইরে।

লাই খূৎশাংবীনা অদু'দি নঙগী নিপাদি লংফৈদা কদে'ঙৈ অমুক চংকদৌরিবা ?

চাউবীনা—হয়েং চংকনি হায়গুম তৌই।

লাই খূৎশাংবীনা—ফরে ফরে অদুদি ইনম্মসু চংলগে। অসুম হায়-রম্লগা লাইখূৎশাংবীদু চাউবীসি হয়েংদি শোয়দনা চাবা য়ারগ'নি খল্লদুনা হরাউ-হরাউনা ময়ুমলোমদা চংগ্রে।

মুমিৎ অহুগী নোংঙাম্নগা চাউবীসু জোং খোমবা চংপোইএ। লোংদা ঙাকুপ খরা লক্লকপগী লোয়ননা য়াইখু খয়োইনচিংবা খয়সু ফারক-পোইরে। মুমিৎ অসি মপুরোইবসু অরাম্নদা থবক চংকদবগী খোয়াং তৌরে অহুবু য়ুমলোম্নবা তোম্বীথোয়দা মহৌশাগুম্না শিন্নরমগে তৌবদা চাউবীনা শিন্নত্রবসু য়ারেদা। ঐ হোয়েল মতম চানা হেক চংলগা লৈমিন্নরুগে। নহাকী থবক অহুদা য়াইফবা ওইনবা লেঙবিয়ো হায়রুনা মপুরোইববু থাদোকখ্রেদো।

মুমিৎ তাশিল্লক্লবা মতমদা চাউবীনা মানা হান্না ফারকপা য়াইখুশিং অহু মৈদা লৌরহুনা মখোঙ খরা চাউবশিং অহু পেক-পেক থেক্লুনা চান্নি-ঙৈদা লাইখুৎশাংবী অহু লাক্লেদো।

লাইখুৎশাংবীনা "চাউবী! ঐ লাক্লে খোঙ হাংলো! হেক হায়রকপা তাবদা চাউবীনা লাক্লিবা অসি লাইখুৎশাংবী হিংচাবী অহু শোয়দনা ওইরম্নগনি খল্লহুনা অকিবগা লোয়ননা থক-থক নীক্লহুনা হায়বোইএ। "ইনম্মা! ঐদি খোঙ হাংদোকপা ঙম্মোইদৌরি, ঐখোয়গী নিপা লৈরে।" বা অসি তাবদা হিংচাবীনা "অহুদি নঙনা চারিবহুবু করিনো? ঐসু খরা চাগেদনা" হায়খি। চাউবীনা অসিবুদি য়াইখুনিদা হায়রুনা অচুম্বহুতা অহুম খুম্মোইরে। হিংচাবী অহুনা অহুদি অমনিদং পিয়ু ঐসু চান্নিঙই হায়রবদা চাউবীনা ইনম্মা ঐদি নিপা লৈবনিনা মপাল খোকপা য়াদরে নিপানা শাউগনি অহুবু নঙনা মচানিঙলবদি ফক্লাং অহোবদা নখুৎ থিংজিল্লকউ" হায়রেদো। হিংচাবী অহুনসু ফক্লাং অহোবা থিহুনা মখুৎ থিংজিল্লকপদা মখুংকী খুজিল অশাংবা অহু উবদা হিংচাবীনি হায়বা অশেংবা খঙলেদো। অহুমকপু য়াইখু অমনিদং হাপ্পিরগা থাদোকপ্রগে খল্লহুনা হাপ্পিরে। হিংচাবীনা অহুদি ঐসু চংলগে। নখোয়গী নিপাদি কদৌঙৈ অমুক লংফৈ চংকদৌরিবগে হংই। চাউবীনা ইনম্মা! হয়েং শোয়দনা চংকনি হায় অহুনা হয়েংদি ঐখোয়দা মোইথাপ নাইমিন্নসি লাকউ হায়রখিবোইরে।

রা অদু তাবদা হিংচাবীনা হয়েংদি চাউবী অসি শোয়দনা চাবা কংলগনি খন্দুনা থাজবগা লোয়ননা চৎখরেদো।

অস্থুম্না অহিং লেপ্লে, নোংঙাল্লেদো। চাউবীগী মপুরোইবস্থু থবক ইনথাং শূবা চৎলুবস্থু ঙম্লানা কল্লকুনা ইমুংদা লৈরবোইএ। মতম অদুদা চাউবীনা ঙরাং কুমিদাং থোকখিবা রাব্রী রাখোঙ পুম্নমক পাউদম্লদুনা লোত্থুনা লৈরেদো। মক্ম পুম্নম। হিংচাবী অসিনা ঐবু চাগদৌবগী খুদোংচাবা মক্ম ঙাইদুনা লৈরবা য়েংলি মহাক্না ইনম্ম তোম্বীস্থু চংথোক্প্রবনি হায়না রারম পুম্নমক চিথদনা থৎহনল মতম তুন ঘৈত্তৈ মনাউ মাখায় অনীমক হিংচ অদুনা লৈকদম ংম ঙাইদু লৈরেদো।

মুম্বিং তাশিল্লক্লে হিংচাবী অদুস্থু ঙসিদি চাউবীসি চাবা য়ারগনি খল্লদুনা মথরাই মুংঙাইনা হোবে-হোবে তৌদুনা লাক্লদো। হিংচাবীনা "চাউবী! ঐ লাক্লে থোঙ হাংলো"! হায়রকপদা চাউবীনা "ইনম্মা! ঙসিদি ঐ হকচাং য়াম্না ঙমদ্রে হৌগৎ-কাঙখৎপফাঙব রারে ঙদুবু ইনম্মনা চঙঙক্লে হায়রবদি নখৎ থিংজিল্লগা থোঙগী পৌরোল অদু অদুম হেক শৎ-লগা চঙবিরক্লো" হায়রেদো। চাউবীগী রাদু তাবদা হিংচাবীনা যক্লাং অহোবদা মখৎ থিংজিন্দুনা পৌরোল শৎকে হেক তৌরকপা মতমদুদা লুম-দুনা লৈরিবা চাউবীগী মরা অদুনা অখোবা থাঙজো অদুনা হিংচাবী অদুগী মথুং অদু তুবৎ হেক তুপ্পমখৈ থাঙথা অমুকদা ককথৎলেদো। হিংচাবী অদুনা নামনগ্রদুনা মখৎ অত্তৎপা অদু খংচিং চিংথোক্লগা—

"হাই চাউবী হায়বী লৌনস্বী!
নরা লৈত্তে মীনস্বী!"

অসি হ য়রম্লগা লাউ-থোংদুনা মোংশোং অম্না চেংগ্রেদা মানা চেনখিবদা তাহৌবা ঈ অদুনা নাপী-শীংনাং মতোন্দা লৈহৌরে। অস্থুম্না অকিবা থঙহনখিবদগী লাইখংলাংবী অদু অম অদুদা অমুক হন্না লাকখি ঐ অদুগা হৌজিক যাঙবা মৈত্তৈ ফুরুপা ই মতোল অমস্থুং শীংনাং মতোন্দা ঙাঙলিবা মচু অসি লাইখুৎশাংবীগী ঈনা তৈখিবদগী ঙাঙলিবনি হায়না

থাজনৈ। মতৌ অসুম্না মুপী নিপা পানবদা পূকচেল খোয়জেল তিন্নবদি লাই তিন ফাওবা চঙবা ঙমদে, ফত্তবা ওইহনবা ঙমদে হায়নৈ।

---

৫

# নিংঙোল মরা চাক্কৌবা

থায়না মমাংঙৈদা নিংঙোল মরা অমা লৈরম্বোইরে। মহাক অহু মনেম্না য়াম্না লুনা তৌজে হায়এ। অহুনা নোংমদি মনেম অহুনা ময়ানিপা অহুবু মুংশিহুনা চাক চন্না অমত্তুং কৌহুনা পিজগে থনবোইরে। মরম অহুনা মনেম অসিনা মচানুপী ওংলিবা ময়ানিপা অহুগী ময়ুম তান্না চংলহুনা অঙাং! নঙ উদবা কুইরে, হয়েংদি ইনেমগীদা চাক চন্না অমত্তুং চারো! হায়রম্নগা মচাগী ময়াগী পুন্নকপা কবোক হৈ-ন্না অহু পিরম্লগা হনখ্রে।

নোংঙাল্লে, মুপী অহুনা ময়ানিপা অহু চাক চাবা লাক্লগনি হায়হুনা মাগী অরৈবা থরদংনা মরৈ মুম্না থোংহুনা পিজগে হায়বগীদমক হোবে-হোবে তৌহুনা চাক থোঙ্গংলেদো। ময়ানিপা নিংঙোল মরা অহুসু মনেম্না চাক-কৌরম্বা অহু চৎপা মতম ওইরক্লে হায়হুনা প্রেপ-প্রেপ ইরু-মায়তারগা চন্দন-চন্না ঙৌনা খিল্লহুনা ফিশেং ফৈজোম মচা অমা শেং, ইন্নফি ইশূ-তাবা অমা ইল্লহুনা হোবে-হোবে লাক্লেদো। মনেমগী য়ুম য়োরকপগা অনেম্না চাক লোইরকপগা মপা চানৈ হায়এ। মনেম অহুনা ময়ানিপানা লাকপা অহু উরহুদা ইমুংদগী থোরক্লগা "অঙাং নঙ লাক্লবরা? মতম চানা থুংলরেদনা! ইনেমসু চাক লোইবদা ঙাইহ্নি। চাক খিরগে চঙঙকউ, লাউ-লাউ" হান্নুনা কৌবহুদা ময়ানিপা অহুনা চঙঙকউ হায়রে হায়হুনা চাকথুম তান্না প্রেপ-প্রেপ হেক চঙলক্লবোইরে। মনেম অহুসু ইহে! মাদি চেক্লা চঙলক্লে, ফরে থুনা চাক অসি খিদোক্লুনা পিজরগে থরহুনা চাক-চা জিনা ফান থাবিরে। ফিদা অহুদা ময়ানিপাসু চঙহুনা চাক চারগদবনি হায়হুনা

ঙাইহুনা লৈরেদো। ময়ানিপা অহুনা ফমহুনা ঙাইরবহুদদি মনেম অহুনা চকুদগী অশাবা চাক অহু তনথি-থিদোক্লুনা তেঙ্গোৎ অমদা মৈথক্তগী থাং-থবদা ঙায়রিবা য়েনশাং অহু হাপ্তুনা ময়ানিপাদা চাননবা পিরবোইরে। ময়ানিপা অহুসু হরাউ-হরাউ ঈশিং খুজাইদগী ঈশিং লৌরগা চাক খুবাম অমা খোথহুনা অশাবা চাক অহুদা অশাবা য়েনশাং মহী হৈরগা ভোৎ-পোই তোত্তবোই অচৌবা খুবাম অমা লৌথৎলগা ময়াদা কোক হেক্ক হুকলুরেদো। চাক অশাবগা অশাবা য়েনশাং মহীগা অনীনা পুন্দুনা ওইরবা চথোম অচৌবা অহু নিংঙোল মরা অহুনা শামনথিবনা থংয়োৎ য়োৎপসু ঙমদা ওথোকসি কদায়, মফম-মরাং থঙত্রহুনা ময়া কাথোক্লুনা য়ুমথক্লোমদা য়েংথৎথিবোইরে। খুদক অহুদা নিংঙোল মরা অহুনা খল্লি— চাক্তি চাত্রহুনা উরা হুমদাং য়েংলিবসিবু করিগীনো হায়প্রগনি হায়হুনা ময়া কানা-কানা হায়বোইরে। "অবোকথোইগী উরা হুমদাং অসিবু করি লমদগী ওইরবনো ?"

ময়ানিপা অহুগী রা তাবদা মনেমহুনা হায়কম ঙাঙকম থঙত্রহুনা মপা চানা "অঙাং! ঐখোয়গী উরা হুমদাং অহুবুদি চাকশাবী য়াকাবী লোক-ভগীনি" হায়না হেক খুমদোরক্লেদো। ময়ানিপা অসিসু পাইরকী লৌশিং লৈবা, রাহৈ রাতাগী অওক অথোং হৈবা নিপা অমা ওইবনি অহুবু রাহৈ ফজবনা ঐবু নোক্লরে থল্লহুনা মনেম অহু লম্মন মতেক শিংদবা য়াদরে থল্লেদো। মনেম অহু মশম য়াম্না খোইবী হুপীনি অহুনা মনেমগী মশম অখোইবা অহু য়েংলগা হায়রকখি—"অহুনা ওইবা তারে, উরা হুমদাং অসি অয়াম্বনা রামিত্তাঙ রারুখোই ঙাক্তা ওইনা ভৌই।" অম্পুল্লা অমুক খুমদোরক্লে হায়এ।

মনেম অহুনা ময়ানিপাগী পাউখুম অহু তারগা ফরে ফরে নবুক থল্লবা চারো হায়রগা মপুক্তদি ঐগী ইয়ানিপা অসি রাহৈ-রাতাদি হৈ-শিংবা, অওক-অথোং য়াম্না হৈবা মীনি, তরাইবা য়াবা মীত্তাদি নত্তে, অম্পুম থল্লেদো। অহুনা মতুংদদি মাঙোন্দা রা ঙাঙবা অসি য়াম্না চনিঙ তানা থরগা ঙাঙহুনা লোয়নথি হায়দো।

# অপঙ্‌বগা অশিংবগা

## মচিন-মনাউ অনী

থায়না মমাংঙৈদা হন্নুবী লুপ্রাবী অমা লৈরম্মোইরে। মাগী মচানিপা অনীদং পোকচবোইরে। অহলছদি শিংই অছগা অতোম্বা অছদি য়াম্না পঙই। অছনা লৈকাইনা মাবু অপঙ্‌-অপঙ্‌ হায়না খঙনৈ। মনাও অতোম্বা অপঙ্‌ অসি হায়রদি য়াম্না ইনবা অছগা ময়াম্বরুদি য়াম্না কিনা চচ্চবা মীওই ওইবোইরে। অস্থুম্না মচিল মনাও অনীবু চাউনবা থাক্লকপদা পুংকক চাউরবা পাখং মতম য়োৎরক্লবা অছদদি মমা অছ য়াম্না শোক্লিক্লক-লক্লেদো। ইমুংগী থবক ইনথাং অমত্তা শূ-নোম্বা ঙমশিল্লক্কবোইরে। অছনা ময়াম্বা অছনা ইমুং মনুংগী অমদি মনাওনিপা অপঙ্‌গী য়েংল-য়েংলছনা মমাগী মছং শিন্দুনা শূ-নোমছনা থবক পুরকপোইরে।

নোংমদি ময়াম্বা অহল অছনা মনাওনিপা অপঙদা হায়রবোইএ। "ইবুংঙো! ঙসিদি ইয়াম্বা লৌবুক কুমগে, লৌ য়েংউগে অছনা হুমিং অসিনা য়াতোল য়োৎরকপা মতমদ্দা শম লোকশিং অসি পুম্থোকপিয়ু অছগা ইমাস্থ ঈশিং অশাবা লুথিরগা ইরু-মায়থাবিরম্মু! অহল ওইরক্ল-ভনিনা মতোম্মত্তা ঙম্নরোই"। অস্থুম শিন্নরম্নগা ময়াম্বা অছ লৌবুক কুমথরেদো।

অপঙস্থ ময়াম্বনা হায়রবা য়ায়ম পুম্নমক শোয়ন্নবা হায়ছনা হুমিত্তদা য়েংছনা লৈরবোইরে। ঙাইহাক লৈরগদি, হুমিংনা অস্থুম অস্থুম য়াংথং-লক্লনা য়াতোল য়োৎরক্লেদো। মছ উইদা অপঙনা ইস্! তাদনা হায়রবা মতম য়োৎরে হায়ছনা হোবে-হোবে তৌছনা মাখোয়গী শন অছ থৌরী অকনবা অমা মঙক্তা খুজলগা (থৌরী-থাংলগা) পুরক্লেদো অছগা [illegible] য়া পাম্বী অছদা প্রাপ-প্রাপ কাথংগ্রগা য়াতোল অছ লামথক্লনা শম অছ

পুল্লুরে। মানা পুল্লিবা অহ্ হেক লোইবগা খাদোকপদদি রাতোল অহুনা হাইগৎখিহুনা হাইগৎলাং থাকপগুম শন অহ্ নোংথক্তা থরাক-থরাক য়াল্লগা মখোঙ কাওহুনা শিরে। মহ্ উরগা অপঙনা ঐখোয়গী তাদনা হায়রম্বা থবক অমদি লোইরেদনা হায়হুনা হরাউজখি।

ময়াম্বনা হায়রম্বা থবকশিং অহ্ পাঙথোক্নবগী মমক ইমুংদা প্রপ-প্রপ চঙপ্রগা মমাবু ইরুবিনবা তৌরগে হায়হুনা মৈ থাগৎলগা ঈশিং শাহল্লে। মৈ অহ্ কল্লা মৈচাক ফনা থাগত্তুনা ঈশিং অহ্ ব্রোং-ব্রোং হেক শৌবমখৈ শাহল্লে। ঈশিং শারে ইমা ইরুবিবা য়ারগনি খন্দুনা চুহি লোম্নবা খুদেং অচৌবহ্ লৌথোক্লগা মপান্দা গুম্মাং মচিদা থমলুরেদো। অহুগা অমুক চঙলক্লুনা মমা অশোনবী অহ্ পম্লগা থাংদোরক্লুনা খুদেং মনুংদা ফম্মাল্লে। অহুগা ইমুংদা অমুক চঙলক্লুনা লোক-লোক লাউনা শৌরিবা ঈশিং অহ্ পুথোরক্লগা মমাগী মথক্তা হৈথরুরে। মমা অশোনবী অহুদি ঈশিং অশাবগী মনিল অহ্ থাঙবা গুমব্রহুনা ময়া কাহুনা মমিৎ ওনথৎত্তুনা খুদেং মপান্দা গুাথহুনা তিংহুনা লৈরবোইএ। মমাগী মতৌ অহ্ উবদা অপঙনা ইমাসে চু চানিঙলমাল্লে খন্দুনা মমা অশিবগী ময়া কাথোক্লিবা অহুদা হৌরিবা চু অহ্ থুনমক অমা য়াল্লুরগা মতাং অমা ইনবিরেদো।

মতৌ অস্থুম্না অপঙনা ময়াম্বনা হায়রম্বা রাকম পূম্নমক পাঙথোকলে হায়হুনা হরাউ রাখল তৌরিরৈঙেদা ময়াম্বা অহ্ লৌবুক্তগী কারক্লুবে:ইরে। রানা হম্মাং তানা নিংশা মপী হুই-হুই লাউনা হোন্দুনা কারক্লগা ময়ুম য়ৌরকপদা মনাও নিপা অপঙদা “ঐনা হায়রম্বা থবকশিং অহ্ লোইনা তৌবরা?” হায়না হংবোইরে।

ময়াম্বগী রাহং অহ্ তারগা মনাউনিপা অপঙনা তাদনা হায়রম্বা থবকশিং অমত্তা চিখদনা তৌরে। হুমিংনা রাতোল হেক য়ৌবগা শন অহ্ পুঙরে। হৌজিক ফাওবা আদা য়াল্লিবসিনি হায়হুনা খুদোম্বী থিন্দুনা ভাক্লেদো। মতৌ অহ্ উবদা ময়াম্বনা ইস্ মাঙলেদনা শন অসিদি শিরেদনা কল্লনো ওথোকপনিদকো হায়হুনা শোনবোইরে। অস্থুম্না থবাই হুংঙাইজবা লৈরিরৈজো তাদনা হায়রম্বা ইমাবুম্ ঈশিং অশাবনা ইরুবিয়ু হায়বহ্

লুবিবদা মুং ঙাইরমাল্লে। চু চানিঙই হায়দুনা হৌজিক ফাওবা খুদেংদা হেক ঙারদুনা চু চাজরিবসিনি হায়না তাক্লেদো। ইমাদো ইরুবিবদা য়ম্না লুংঙাইজমাল্লে। হরাউজবনা ক্রিং-ক্রিং হেক চোংই হায়না পাউ তম্লবদা ময়াম্বনা করি য়ানোনে হায়রিবসিবো! হায়দুনা প্রপ-প্রপ চঙদুনা য়েংলু-বদদি খুদেং মথক্তা মমা অত শিদুনা লৈরম্লেদো। মতৌ অদু উবদা ওস্থে'কপনিদকো! ঐগী ইনাউ অসিবু করম্না লোয়নগদগে, ওস্থোক্লস্থু পঙগ্রেদকো হায়দুনা মরাইবক খুত্তম শুদুনা খাঙলেদো।

ঙাইহাক য়াখল তৌরগা কাম্নরোই খল্লদুনা মনাউ অদুদা পোৎলোই-নবা তৌসি পুম্নমক অসি ইরাইবকুনি অদুনা পোৎলোইফম শেমলুচো হায়দুনা থৌদারে। মনাউনিপা অপগু অদুস্থ ময়াম্বনা হায়বা মতুংইন্না মমা পোৎলোইননবগীদমক মখূত্তা য়োৎপাক অমা পায়রগা মমাগী পোৎ-লোইফম শেম্বা থোকপ্রে। অপগুনা মমাগী পোৎলোইফম শেম্লবান হায়দুনা লৈকাইগী শনগায়কফম লম্বী ময়াম্নমত্তদা কোম অমা য়াম্না চাউনা লুনা তৌথোক্লেদো। হরাউ-হরাউনা ময়াম্বনা হায়বা মমা পোৎলোইনবা থবক লোইরে হায়দুনা কায়ক্লে মুমিৎ তাশিন্নরুদুনা শন কা-নরকপা মতম ওই-রক্লে। খুজংগী লৌবুক লম্খাংদা চারুবা শন পুম্নমক মরী মরী কারকপদা লম্বী অখূবা কোম লৈরিবা অদুদি মুমিৎ খুদিংগী শনশিংনা চৎন থোক্লফম ওইবা মরম্না মদুদা লাকপদা কোমদা ত দুনা শন য়াম্না শিরে। শজেম্নহা-শিংনা অসাই অয়ূক ঐথোয়না থোক্লকপদদি কোম অসি লৈহৌদে, ইনৌ-নৌনা কোমজাউ অমা তৌরমলিবা অসিবু কনানা ওইরিগদগে। শন য়াম্না শিরে। মাসি তৌবা নিপা অদু থিগত্তবা য়াদে হায়দুনা থি-নরকপদা কোম অদু অপগুনা তৌবা ওইরম্লে। য়াফম অসি লৈকাইগী অহল-লম্মন য়াইতোঙবশিংদা তাকলুদুনা য়ায়েন তৌবদা অপগগী ময়াম্বগী মখোয় অনীনা শিরিবা শনয়াম অসি শিংবস্থ ঙম্লোইদোর্বনিনা নিংথৌ য়োরাস হায়দুনা নিংথৌদা লৈকাই হুপ্পা চৎলগা য়াকৎলুরেদো।

লৈকাইগী য়াকৎ তায়গা নিংথৌনা মত্তিক চাবা য়ায়েল তৌননবগীদমক অপগগী ময়ামবু কাক্লনবা নিংথৌ মনাইশিং থবা থারক্লে। অপগুগী ময়ুম

য়েৌরক্লবদা নিংথৌ মনাইশিং অহুনা চওলকপা উবদা ময়াম্বনা মনাউ অপওদা মাওজোননা মেঞ্জবোইরে। "ইবুংঙো! হোরেল নিংথৌ মনাইশিংনা ঐবু হংলবদি লৈতে হায়য়ু ইয়াম্বদি কাংখদা লোংকেকো" হায়ত্নুা কাওখদা লোৎক্রেদো। নিংথৌ মনাইশিং অহু প্রপ প্রপ চওলক্তুনা অপওদা হং" বোইরে। "হাই অপও! নয়াম্বা লৈবরা কদায়দা লৈ"? হেক হংলকপদা অপওনা—"ঐখোয়গী তাদদি লৈতে কাংখদা লোত্তে" হায়না হেক খুমদো-রক্লেদো। রা অহু তাবদা নিংথৌ মনাইশিংনা নোক্ল-নোক্ল ইমুং চওহুনা কাংখদা লোৎলিবা ময়াম্বা অহু ফাহুনা পুরগা নিংথৌদা কৎলুরে। নিংথৌনা রাম্বেল চুন্না তৌবিরে। ময়াম্বা অসিনা রারিবা অসি মাগী মরান্দি লৈতে অহুবু অপওবা মনাউ অমগা লোয়নবদগী মহাক মীরা তারিবনি হন্দক্কী অসিদি লৈবাক মীয়ামস্তু শাউরগনু ঐগী শনশওদগী নওগী নওগী শন মশীং মতুং ইন্না লৌজরো হায়হুনা শন শিরিবা মপু মপুগী শন শিংবিহুনা লৈবাক নিংথৌগা মুংশিননা পানমিন্নখিবোইরে। রাফম অসিদগী অপওবা লোয়নগদবগী শক্কপুদি চৈশু অমা লোয়নবনা হেন্না কান্নে। অপওবগা লোয়নরবদি অরাবা নংই হায়বা পাউতাক ফংনৈদো।।

---

৭

# ইতা থাউমৈ

থাম্বনা মমাংঙৈদা হমুবী অমখক্তং মুম অমদা লৈবোইএ। মপুক্ক পুবা ওয়নবা অয়ুক মুংথিন্দনা থাংগী ফি শাবা অহুগা মুমিদাংদনা মোইথাপ হেক হেক লাইবোইএ। অসূন্না মতম কুইনা লৈরকপা মরম্না শুবনা হেনবা চানবগী শক্কক্তি মতোম্মতা চাবনিনা নোংম-নোংমগী শেল থম্না থম্না লোয়ক-পা অহু তুংশিজবদগী মমৈথংদদি মহাক ইনাকখুনবী হমুবী ওইরক্লেদো। শেংনচানবা রাত্তবী, মকোল মরীক থম্না লৈবী ওইরক্লবদা মীনা মাবু

ইনাকখুনবী হন্নুবীনি হায়বসি অস্থুম অস্থুম নাথাং য়ৈনরকপদগী হুরানব-শিংনা মাবু য়াম্না কল্লকবোইরে।

নোংমা অঙ্কিং অমদি মহাক্না থাউমৈ পোদোল অমা মখোঙ অরাংবদা থাঙ্গজুনা মৈ ঙাম্না থাল্লগা মোইথাপ নাইবোইরে। হুয়ানবশিংনা অস্থুম মতম ঙাইরকপদি য়াম্না কুইরবা অদুবু নোংমদি হুরানবা অমথক্না মতম চারে খল্লহুনা মতোম্মতা হন্নুবী অসিগী ময়ুমদা হুরানবা চঙলক্লেদো। হুরানবনা ইমুং চঙলক্লবা মতমদা হন্নুবীনিনা মাদি মমিৎ উররোই খন্দুনা মকোক্তা ফিমু অমা য়েংলগা থাল্লিবা থাউমৈ অদুগী মখোঙ তানা চঙলক্লে অদুগা থাউমৈদুগী মরুমদা লোতুনা লৈরেদো। হুরানবনা হোনবা নিংশা শোর অদুগী নাশোন তারহুনা হন্নুবীনা হুরানবা চঙলমাল্লে হায়না মপুক্তা চিংনরহুনা মওল-মওল খল্লবোইরে। মতৌ করম তৌরগা হুরানবা অসি ক্ষাবা য়াগবা! ঐদি ইমুং অসিদা ইতোম্মতম্মু লৈবনি, অদুগীস্মু মথক্তা পাঙ্গল শোনবী হন্নুবী হায়বদুস্মু ওইরে অদুবু লৈকাইগী মী তা-ন-বা কোয়-লাউ লাউরবস্মু ঐবুদুম হাত্তোকপিরমগনি। করম তৌসিনবা খল্লা-খল্লা মোইথাপ নাইবগী লং-চিংবা অদুগা ভরেৎ মথূৎ লৈবদি থক লেপ্পমদেএ। মমৈথংদা মহাক লৌশিং অমা লাক্লে। হুরানবা চঙলে হায়বসি খঙলবোইরে হায়বদু মহাক্না খঙলবদি মহাক মতোম্মতা চেনখিবা য়াই অদুনা থাউমৈ অসিদা ইতা হায়না কৌদুনা রা ভাঙনরগে খল্লেদো। অদুনা থাউমৈদা ওন-শিল্লগা হন্নুবীনা "ইতা থাউমৈ! ইতা থাউমৈ! ইতা থাউমৈ!" হায়দুনা অদুমক হম্না কৌরবোইরে। থাউমৈনদি খুম্নকপা হৌনদবনিনা মহাক্না হায়খি—'ঙসিদি করি তৌরে খুমত্রবদি? মহৌশাদি হেক হেক খুমই। নঙগা ঐগা ভাঙনবা অদুগী মতুংইন্না হুরানবা চঙলহনা খুমত্রিবরা?"

রা অসি তাবদা হুরানবা অদুনা খল্লি—"মাগী থাউমৈ অসিদি হুমিৎ খুদিংগী রারী শানবা ওইরেকো। ঙসি ঐ লাকপা অসিদা থাউমৈ অসিনা খুমত্রবনিদনা—অস্থুম্না মপুক্কিংদা মওল-মওল খল্লহুনা ঐনদুম খুমলিয়া খল্লবোইরে। অদুনা হুরানবসিনা অস্থুম্না খল্লিওই, ভকচানরিঙৈদা হন্নুবীনা

অমুকসু হায়বোইরে—ইতা ! নঙনা খুমন্ত্রিবতু ঐ খঙলে, হুরানবা চঙলে” হায়তুনা খোনফম কায়না লৈজরেমথে হৌনা লাউখিবোইরে। হনুবীগী খোঙ্গেল অরাংবা, খোনফম কায়বা অতু তাবদা লৈকাইগী য়ুমথংনবা নাহা অহল কয়ামরুম চেল্লক্লুনা “হো ইবেল ! কদায়দনো ? কদোমদনো”। হায়তুনা গ্রুং লাউনা হেক চেনশিল্লক্লুনা য়ুমতু কোয়ররেদো। অতুদগি হুরানবা অতুসু চেনফম খঙদবদগী তিংঙক-মায়ঙক্লরিঙৈদা ময়াম্না ওমশিন্দুনা হুরানবা অতু ফারেদো। মতৌ অসুম্না হনুবীগী লৌশিংনা মপাঙ্গল শামু-মুক কনবা হুরানববু ইরায় লায়না ফাখি। অতুগা হুরানবা অতুবুনা লৈকাইনা মথুং পুল্লগা অঙসুগী মফমদা মতিক ওকপা চৈরাক পিননবা পুখিদো।

---

৮

# মরূপ অনী মহৈ তম্বগী থেন্নবা

থায়না মমাংঙৈদা লৈকাই অমদা অমু কৌবা পাখং অমগা অঙৌ কৌবা পাখং অমগা মাখোয় অনী লুনা তিন্নগা লৈবোইএ। মখোয় অনীমক য়ুম পাল্লবা মতু-মচা লৈরবা মীওইনি। মাখোয় অনীমক মহৈ-মশিং হৈতে, মাখোয় অনীসি মীগী খোংবাল তৌবা মীগী শম্বল থাবা মীগী ফক্লাং ভাই তৈবিবা অতুগা মীগী শীং থায়রুবা অসিঙমা থবক্তগী থরদং ফংলকপনা মপূক থন্না মতু মচা থাকপা রারক্লেদো। নোংমদি থবক তৌকম থঙলক্ল-ক্লুনা মাখোয় অনী রা তাম্নবোইরে।

অমুনা ইতাউ ! ঐখোয় অনীগী থবক মওং অসিনা পুনসি লেন্দুনা ইচাশিং কননবা লো ইংখোল চাউনবা হোৎনবসি থবা রারগনি, ঐখোয়দি ইহৈসু অমত্তা হৈহৌদ্রে। অতুনা ইতাউ ! ঐখোয় অনী ইহৈ তম্বা চৎলসিনা হায়বোইরে। অঙৌনা করে ইতাউ ! কুপী অঙাংগীসু লাইনা

তম্বা অমা লৈরমগনি। কনাগী-কৈক্রা চত্তুম চৎলসি। ঐখোয় মী ওইদবা তারে হেক থুমদোরক্লে। পুকচেল ভিম্নরূপ তৌবা মরূপ ওইবনা অমনা হায়বা অমনা তা অমগী ব্রা অমনা লৌ তৌহুনা মাথোয় অনী অসি ইমূং মনূং অমত্তা তাক্লমদনা মহৈ তম্‌লুরনি হায়হুনা নম্বো মচা অমমমদংগা নাকন্দা য়েপ্পরহুনা চৎগ্রেদো।

মুমিৎ ৫নি ১০নি চৎলক্লবা মতমদা মরূপ অনী অসিনা তাখিবা য়াম্না থাজজবা ওজা অমগী ময়ূমদা ব্রাইথুংলুরে। মাথোয় অনী চঙ্‌লকৃপা উবদা ওজা অহুনা হংলম্মী। ইচাশা! নথোয়বু করি লমদগীনো? লাপ্পা লাকপা মীভা মাল্লি, করি হায়নিঙবা লৈবগে? হায়না তরাম-তরাম তৌবিরবোইরে। মাথোয় অনীনা ওজাবু! ঐখোয় ওজাগী মিং তাজহুনা ১০ নি চঙনা অরাপ্পদগী ঐখোয় অনী লাকচবনি। ঐখোয় অনী অসি নাহা ওইরিভৈদগী হৌনা ইহৈস্থ তমজহৌদ্রে, ইমাম্নবা মরক তিনবদা ইমায় ফিরুক খুম্বা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা ভাঙজ-শকচবা হৈজদ্রে অহুনা ওজাদা ইহৈ-ইশিং থরদদি তাকপিয়ু তম্বিয়ু হায়না থুরুমজগে লাকপনি হায়হুনা কোংয়াং চৈশৃ তাগুম ওজাগী খোঙ শোক্লা খুরুমলেদো। মাথোয় অনীগী মতৌ উবদা ওজা অহুনা হুংশিবিরহুনা ফরে-ফরে ঐগীদা ননিঙ তৌনা লৈজরো তম্লিংবা নহৈ তমজবা য়াগনি হায়বিরে।

মাথোয় অনীস্থ ওজানা চানবিরে থল্লহুনা হয়াউ-হরাউনা ইমূং অহুদা মচাদ-মচাগুম্ন লৈরে ওজাগী মহুং শিন্দুনা শনপোৎ থোইবা, ইখোলগী মনা-মশীং থাবা, ব্রাইরম শিং শেংবা তৌহুনা মতম কয়ামা লেল্লক্লেদো। মাথোয় অনীস্থ ওজাগী মপুক পেম্নবা তৌরিবনি হায়হুনা পঙশূদা শূহুনা অহুম মতম লেল্লক্লখোইরে। অস্তূম্মা লৌ লোকপা মতমদা লৌ থাউবা ফৌ চিংব অহুগা শীং য়ানবা মতমদনা শীং য়ানবা অতৈ ভহাঙবা মতমদনা লূ-থুম লাংথাক তৌহুনা ওজা থল্লকপসি কুম্লাং অমা ফারক্লে তহু ফাওবদা নোংমত্তস্থ মহৈ তম্বা হায়বহু করিনো থঙশিল্লক্লেদো। মতম অসিদা মাথোয়গী ওজা অহুনা থল্লি। কল্লিনো অঙাং অনী অজিদ, ঐনা তম্বিগ-দোবা মহৈ অসিবু! ঐদি করিস্থ হৈক্তে অহুবু মাথোয় অনীনদি ঐবু য়াম্না

হৈবা ওজা অমনি হায়না মপূক্তা য়াম্না থাজনা শূ-নোম্বদা মপাজল তেক-পমখৈ হোৎনরি। ঐবু পেন্নবা ভৌরি অসিদগী হেন্না কুইথপ্রবদি ঐ অসি করিস্থ লৈতবা মীচম অময়ুম খনপ্রগনি অছনদি মাখোয় অনী অসি থুনমক য়ুম অসিদগী চৎখিনবা ভৌদবা য়াদরে হায়না খল্লহনা অমুগা অভৌগা মাখোয় অনীবু কৌশিল্লগা হায়বোইরে।

ইচাশা! নখোয় অনীনা নহৈ তল্লিবনি হায়হনা লৈরকপা অসি চহি কাজিল্লক্রে, ইপানস্থ শংদবনিনা নখোয় অনীগা ভাহাক্তকাওবা ফম্মিন্নবা ভমদ্রে। নখোয়না পাম্বা নহৈ-নশিংস্থ তাকপিবা ইওম ভমদরি। অহনা ভসিদি নখোয় অনীনা ঐবু ওজা অমনি থন্না থরায় য়াওনা ঐগীদমক অরা-অনা হন্দোকুনা মতম মাঙলরিবসিগীদমক থৌজানবিরগে। ওজাগী য়া ভাবদা মরূপ অনী অহনা হয়াউমনপ্রহনা ওজাগী থৌজাল ভাইজরিবনি হায়হনা মখোঙ শোক্লা থুকমজরে।

মভৌ অসি উবদা ওজাহনা হায়বোইএ—ওজানা পেনবিরবা নিপা ত্মপী হায়বহদি তেংবানবদা মাগুম্বা লৈত্রবনি। মাসি য়াম্না লুবনি। ইভাক হেক তাক্লবস্থ ওজাহনস্থ থরায় য়াওনা থম্মোয় শেংনবু হৈজরো হেক হায়বদা নিপা ত্মপীহগী লাম্বা লৈত্রবনি মহ খঙউ। অহনা ভসি ঐনা পিসদোবা হায়ববু মাইরেল মক্ক থরা থরা অসি পুজখৈ হায়হনা পিবোইরে। মসিদা মরূপ অনীহগী মরক্তা অমু কৌবা অহদি ওজাহগী মমাঙদা লৌদবা য়াদরগী হৌনবা মাইরেল মরা অহু তন্না-ভন্না লৌবোইএ। অহগা অভৌ কৌবা অহদি ওজাগী থৌজাল অসি মশক নাইনা মিৎনা উবা ফংনা পিবি রবনি থন্দুনা থরায় য়াওনা ফিজিদা চেৎনা কিশিঙ্গরে: মাখোয় অনীনা অহুবি ভসি হুমিত্তা ওজাগী থৌজানস্থ ফংজরে য়ুম থাদোকপস্থ কুইরক্রে ঐখোয় হজরগে হায়হনা অমুক থুকম্লগা মাখোয় অনী মযুম মায়কৈ পাংলক্রে।

অমুগা অভৌগা মরূপ অনীমক রোরক্রে। থোজাল চঙলকপদা মতু মজা পুরমক মক্তম কুইনা হয়ক্তবা মপুরোইবনা হয়রবা অহদা হয়াউজহনা

পোৎ ওকপা থোক্লকপোইরে। তুংদা ইল্লকপা অঙাংশিংনসু পাবা লাক্লে হায়রহনা অথুম-অহাউ ঙমোক হৈ-রা অমদি কজ-কজবা ফিরোল লৈবিরক-লয়গনি হায়রহনা হৌ-হৌ চোংহনা হরাওনবোইরে। অস্নুরা মাথোয় অনীগী ময়ুম ময়ুমদা হৌ-হৌ শৌবসি চপ্ হেক মায়বোইরেদো মতৌ অহু উবদা অমুনা কুমসিদি ইপাদি করিসু কায়বা ফংলক্লে, পূকচাক লংউবা হায়বহু তারে হায়হনা মুংশুক মুংজাননা ইমুং চঙলক্লে। অহুগা ঐনা চহি অমা মহৈ তম্বা চৎলুবদা ফংলকইবা মাইরেল মরূ খরসিনবু করি কায়গবনো হায়হনা মথরাই মুংঙাইতনা মাইরেল মরূ অহু য়েনখায়োমদা হেক লংথোকখ্রে।

অঙৌগী ময়ুমদসু অমুগী ইমুংদা থোক্লিবা মতৌ অহুমা মযাম হৌ-হৌ তৌরবসু মপূক ঈংনা ইচাশা! ঙসিদি কৈথেল থয়ম্নদনা অচা-পোৎ ফিরোল করিমত্তা লৈরক্লে। হয়েং কোম্না লৈরসি হায়হনা থেমজিল্লগা ইমুং য়োরে মফি-মরোল হোংদোক্লে। অহুগা মাগী ওজানা পিরকপা মাইরেল মরূ অহু নিঙথিনা লৌথোক্লহনা ক্কোম চাউনা তৌরগা উথি-রাইথি মতিক চানা হায়হনা মাগী ওজাবু মপূক্তা থুক্রমজরগা থারেদো। অস্নুরা থরায় য়াওনা মপূক্ত থাজবগা লোয়ননা থাজবহু মুমিৎ ৬/৭ নিগী মতুংদদি পাম্বী ৫/১০ হৌরক্লনা মতাং শেল্লপ-তেল্লপ্না লম্পাক অমা শন্না মাইরেন্না থক্লেদো। থুনমক মপাল শাত্তনা পিক্তক পিক্তকপা মা মাইরেন্না লম্পাক অহু থন-নমথৈ পাল্ল মাহু নোংম-নোংমগী ৫ হেক ১০ হেক তৌরগা কৈথেন্দা য়োন্দুনা অঙৌ চাবা থকপা রাক্তরে। মতু মচা পুন্নমক্তী অপাম্বা ফি-রোল লৈহনা মমৈদদি শেংপা চাবা রাক্তবা মী ওইহনা মুংঙাইনা পাল্লি হায়এ।

অমুদি তরা-তম্না ওজাবু থৌওইদনা থাজক্কবা লৈতনা পিরকপা মাই-রেল মরূ অহুনা লংথোকখিবদা হৌরকপা পাম্বীনা মনাচ ফৌরামুক পাক্লপা মতাং অমনা লম-লম্মুক শাংলহনা মরী চংখিবনা ইঙ্খোল অহু তংথাই হেক্ক চনবমথৈ চৎলগা মতোলম্নাইদা মাইরেল অময়ক্রুং পানবদু কম্না চাউখ্রে। অমুনা মচু হেক্কনা তখাই থারক্সু রাজ্রবনিনা মগুং অমম্ভং রেংগে হাঁয়হনা

মচেৎ অমত্তুং থায়তুনা য়েংলুববু মাইরেল মনুংদা কোয়েং চাউনা য়েংলবা হন্নুবা অমা মঙে থক-থক নিক্লতুনা চৈশূ অমা পায়রগা হেক থোক্লরবোইরে। অতুগা হন্নুবা অতুনা "হাই নিপা! তেংবানবসিদি অফবা ঙাক্তা লৈবনি ফত্তবা লৈতবনি থাজদবা থবক কয়া নমিৎ থিংনা উরকদবনি" হায়রম্লগা মহাক মমায় নোংপোক পাংনা চৎখরে।

অসিগুম্বা থাজ-ওইজদবা রাফম অতুগা মরুপ অমদনা পিক্তকপা সনা মাইরেল ঙাক্তা পানবগী রাফম অতু মরুপ অনী উনরগা অনীগী পূকচেল খেন্নবতু রারী শান্নরগা পুনসি লেনখি হায়খিদো।

---

৯

# কবুই কৈ ওইবা

থায়না মমাংগৈদা মশা মউ ফবা, য়াম্না রাং চাউবা কবুই নিপা অমা লৈরম্বোইরে। মহাক য়াম্না শাইওন তৌবা ওস্মী, অয়ুক মুংথিন্দনা মী ওইতুনা লৈরগা মুমিদাং মুমিদাংদদি কৈ ওন্দুনা মচিঞ্জাক কোয়থি থিবা চৎলি। মহাক্না কৈ ওল্লুরগা মী অমুক ওল্লগে হায়বা মতমদা মাখোয়গী থুল অতুগী অরাংদা লৈবা পুখ্রি অমগী ঈশিং হেক থকপদা কৈ ওইরম্বা অতু মী হেক হেক ওনবা য়াই। অস্য়ম্না মুমিৎ খুদিংগী অহিং অহিং কৈ ওন্দুনা চাক্তাক্লরগা নোং ঙাল্লমদাইদা পুখ্রিতুগী ঈশিং হেক হেক থক্লগা মী ওন-ওন্দুনা ময়ুমদা হেক হেক হল্জিনবোইরে।

নোংমদি কবুই অসিনা অহিং অমা কৈ ওল্লগা মচিঞ্জাক থিরিগৈদা নোং ঙানখিবনা হানখিতুনা মহাক মী ওনবা ঈশিং অতু থকপা নংহৌদরে-দো। অতুদগী মহাক মী অমুক হল্লা ওনবা য়াত্রতুনা কৈ অতুম ওইতুনা লৈরবোইরে। অতুমকপু তাইবং মীনা ওনবনিনা লৌশিংদি তাইবং মীগী

লৌশিংদি অহুম লৈরগা মশাদি কৈ-ওইনা লৈরে। মরম অহুনা মহাক কৈ ওইনা ওইনা মমুমদ হল্লক্লেদো। মাগী মতৌ উবদা মতু মচা পুন্নমক কিরহুনা পগুচেন্দ-চেম্মরবোইরে। অস্সুম্মা মুমিৎ ২ নি ৩ নি তৌশল্লক্লবহুদদি মাগী মুপী অহু লৈবা মাক্রহুনা মচাশিং পুরগা মপামদা লৈপ্রেদো। মাগী মনাক্তা চঙবিদয়ে।

কবুইনা ওনবা কবুই কৈ-ওইবা অসি তৌকম খঙক্রহুনা অমুক মুং-থিন্দদি মমুমদা খরা হীপ খরা তুম তৌহুনা থাগলে, মুমিদাং হেক য়ৌবগা মচিঙাক থিবা হেক হেক কোয়থোকপোইরে। মহাকী অসিগুম্বা মতৌ অসিদা খুল অহুদা লৈরিবা মী পুম্নমক কি-নখিবনা মপাল ইপাল থোক্লদরে। মুমিৎ হেক তাবগা থোঙ কম্না কম্না লোনশিন্দুনা লৈনরেদো।

কবুই কৈ-ওইবনা লৈরিবা খুল অসিগা নক্লবা খুঙং অমা লৈ। খুঙং অসিদা মচানিপা তরেৎকা মচানুপী অতোম্বী অমগা পোকপী হন্নুবী লুপ্রাবী অমা লৈরম্মী। হন্নুবী অসিতনা মচাশিং য়োক্লকপদা হেন্না হেন্না অহল ওইশিল্লক্লেদো অহুবু মচাশিং অহু খরা খরা চাউরক্লহুনা মমাগী মতেং পাংবা ঙম্লক্লে। মরম অহুনা নোংমদি মচিল মনাও মাথোয় ৭ না মম'দা ইমা! ঐথোয় ৭ মু চাউরক্লে, ইমানা ঐথোয়বু য়োক থাকপসি হায়্রা হারে অহুনা ইমাগী নতেং পাংননবা ঐথোয় লংফৈ চচ্চরুগে অহুগা ইচলগী অওং-অউল তম্নবগী ঐথোয় শেল খরদং তাঙ্গরগে হায়হুনা মমাবু থুক্লম-জরম্লগা লংকৈ চৎপ্রবোইরে। মবুং ৭ কী মচল অতোম্বী মুপীমচা অসি মপুং মরৈ ফারহুনা মীওইবগী ফজবগী মতমগী তেমথেংনা চপ-চ'না য়ৈরক্ল-বহুদদি অউবা খুদি মিংফম হোংবা মাদবমথৈ ফজরম্মী। মাগী মশক মতৌ ফজবা অসিদি নোংঙাল্লমদাইদা থোকপা থবাওম্মী হায়হুনা মাগী মমিং থবাতোন হায়না খঙনৈ। মবুংশিং লংফৈ চৎপ্রিবৈদা মমা হন্নুবীগা মমা মচাদা লৈবা মরম্না মমান চাবা পুজবোইএ। মমাদো কৈথেল-ইথেল কাহুনা মচামুপী য়োক-থাক্লবা কম্না হোৎনরেদো।

নোংমদি মমানা মচামুপী লৈশাবী মপুং ফারবী থবাতোন য়েংলগা ইবেম্মা! ইমাগী থবাতোন! ইমা কৈথেল্ কারুগে, য়ুম শঙলম্মু।

করিগুম্বা হুমিৎ তাপ্রকল্ল ইমানা "সনা-ও নারিল-ও ! চোংগা পেলোনা !" ইমাগী ইবেম্মা খোঙ হাৎও ! হেক হায়ত্রিবমধৈ থক হাংগন্নু ! পৌরোল কম্না য়ৈশিন্দুনা ইমুদা তত্নুম লৈয়ু ! লৈকাই কোয়থোক্নুকো। অস্তুম হায়না মেন্নত্নুনা মমা হন্নুবী তত্নু কৈথেল হেক হেক কাজে।

অস্তুম্না থবাক্তোন, মমানা কৈথেল্দগী কুর্মাক্তিভৈদা হুমিৎ তাপ্রদুনা খোঙ কম্না কম্না লোনশিন্নে। অস্তুম্না ইমুং ইমুংদা মী পুন্নমক চান-থরুবা হোৎনত্নুনা লৈনরে। মতম অসিদা কবুই কৈ-ওইবম্নু হুমিদাং ওইরক্লুনা মচিগ্গাক থিবা খোরকপাংদা হুদং অসিদা চঙলক্লেদো। কবুই কৈ-ওইবনা অস্তুম লাকপদা থবাতোনথোইগী য়ুম লোম্নবা হন্নুবী মথন্নতা লৈবী অমগী ময়ুমদা থোকউরবোইরে। কবুই কৈ-ওইবনা 'হাই হন্নুবী ! ঙসিদি ঐগী ইচিগ্গাক অসি নঙোন্দা খোক্লে অত্নুনা খোঙ হাংউ নঙ চাবা তারে।" হন্নুবী অত্নুনা খোঙ্গেল অত্নু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনি থঙলত্নুনা ইস! করম তৌসিবা ঙসিসে। ঐবু করম তৌরগা মাগী থম্নাঙগী থরায় কলহৌসিগে হায়ত্নুন থক-থক নীক্লা কিবগা লোয়ননা খুমজবোইরে ! ইমুংদগী অ'কবা মখোলনা নীক্ল-নীক্ল—হা কবুই কৈ ওইব-দ ! ঐবু চাবা তারবন্নু অহানবদা ঐগী য়া অসি অমুক্লা তাকিথো !"

কবুই কৈ-ওইবনা "ক্লরিনো ? থুনা হায়রো ঐ মী চানিঙবনা থদাং কপ-কপ লাউরবনি, মীৎ-না উশিল্লক্লবনি" হেক হায়বোইরে।

হন্নুবীনা, ঐনা হায়গদবদি অতৈ নম্ভে, ঐদি হন্নুবী ওইরে, ইউল থুইরে—লাক লাক লাউরবনি। শদোং অমত্তা য়া ওন্নবনিনা নঙনা চাবদা হাউররোই ঐ শিরগনি হায়বগী কিবা নত্তে। অত্নুবু নঙনা অহাওবা মীশা চানিঙলবদি ঐগা য়ুম থংনবদা লৈবী মশক মতৌ ম্নান্না ফজবী, মশা ঙগৎ-ঙগৎ তেকপী নিঙথিবদা মপা লৈত্রবী থবাতোন কৌবী অমা লৈবনি। মহাক চাজরবদি তাইবং মীগী মহাউসি নঙ কাউবা গুকঙম হেক ঙম্নোই অহুনা ম্নান্নু চারুদনা ! হেক হায়বোইরে।

হনুবীগী য়াত্থু হেক তাবদা কবুই কৈ-ওইবা অদু হয়াউধনখিদুনা হুন্না-তুনা য়েংলমদনা মুমথংনবা থবাতোনগী ময়ুম তানা লাক্লেদো। অদুগা মখোল-মরা ইচাউ চাউনা "হায়! থবাতোন! ঐসিদি নঙবু ঐগী ইচিঙাক খোক্লে, নঙ চাবা তারবনি খোক্কউ!" হায়বোইরে। খোনজেল অদু তাবদা থবাতোন কিখিবনা থক্-থক্ নীকচরদুনা কাঙ খোঙ্জেল-মুক্তা চাউবা খোঙ্জেম্মা-য়াম্মা মেঙনা নৌনা "ইমা মখোল মান্দে খোঙ হাংবা ঙম্লোইএ" হায়না থুমজখোইএ। থবাতোনগী নৌরবা খোঙ্জেল অদু তারগা কবুই কৈ-ওইবদি হেন্নদুম উনিঙ-চানিঙলদুনা মথুম-মরাং হোৎলেদো। অদুমক্কপু খোঙদি হাংদবনিনা তৌফম থঙত্রদুনা হনুবী অদুগী মনাক তান্না অমুক চেল্লক্কুনা হায়রম্লেদো। হায় হনুবী! খোঙ হাংউ হায়বা য়াদরে। অদুনা ঙসিগী চন্না শোন্নদনবা নঙ খোরক্লো নোংথন্নরগে হায়রক্লেদো।

হনুবীনা হা কবুই কৈ-ওইবা! মমাদো কৈখেল কাখিবনি, মমাগী মখোল মান্না "ইমাগী ইবেম্মা! সনা-ও নাম্বিল-ও চোঙ্গা পেলোনা, খোঙ হাংও" হেক হায়য়ু! মরাইনা হাংজনি অমুক্তং হায়রুখো হায়না তাক্ল-বোইরে। কবুই কৈ ওইবা, খুনা অমুক চংল্লেদো। কবুই কৈ-ওইবনা য়াম্না নৌখজনা হনুবীনা তম্বিরকপা য়াহৈ "ইমাগী ইবেম্মা! সনা-ও নাম্বিল-ও চোঙ্গা পেলোনা খোঙ হাংও!" হায়রবু কৈগী হৌনবা গ্রো-গ্রো লাউবা খোঙ্জেম্মা হায়রক্লবদুনা থবাতোন্না "ইমা মখোল মান্দে খোঙ হাংবা ঙম-লোইএ" অস্পুন্না কিনা নৌনা অমুকস্থু হায়রবোইরে। য়াত্থু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনা থুনা য়াঙনা অমুক চেল্লক্কুনা হনুবীদুনা ভক্লখরেদো। হনুবীসু খাঙবা ঙমত্রদুনা মথরাইদা হিংননবা ঙসি অহিংসিদা কেনগ্রপা লোইরে খনবদগী করে-করে ঐ মমা পারগে খোঙ হাংহল্লগে চংসি লাকও হায়দুনা লাকমিন্নরদে। থবাতোনগী মাজোল কারকলে। হনুবীনা মমাগী মখোল মান্নবা খেম পারদুনা "হা ইবেম্মা সনা-ও নাম্বিল-ও চোঙ্গা পেলোনা, ইমা লাক্লে খোঙ হাংও! তাদ্নিবরা ইমাগী ইবেম্মা! ইমা লাকএ, খোঙ হাংও।" অস্পুন্না অহন্নক হন্না হায়রবদুদদি থবাতোন, মমাদ-মমা ওইরবোই

নিঙলেদো। থবাতোন্না মমা লাক্লবনি খঙহুনা হরাউ-হরাউ থোঙগী পৌরোল শত্তোক্কুনা থোঙ হেক হাংদোক্লকপদা কবুই কৈ-ওইবনা ইমুংদা ফন হেক চোংশিনখিহুনা ইমুং য়ৌগ্রে। অদুগা হন্নুবী অদুদি মথরাই হিংননবা খাংচেৎ কম্ম লাকশিল্লগা চেনখিহুনা য়ুমলোম্নবা অমগী ইমুংদা লোৎপ্লবোইরে।

থবাতোনগী ইমুংদদি, কবুই কৈ ওইববু হেক উবদা থবাতোন পাংথৎখিবগা লোয়ননা লৈবাক্তা হাইহত্তুনা তাহুনা লৈরে। থবাতোনগী মশক মতৌ নিঙথিবহু উরগা কবুই কৈ-ওইবনা চাগদবা পাম্মুরবোইরে। অদুনা মহাক্না থবাতোনবু ফৈবম্মনা পল্লহুনা ময়ুম তান্না লাকপদা লাউ-খোংবহুবু অত্তাবা কনাগুম্বা লৈরবস্ম কনবিনবা কনামত্তা থোক্লকখিদরে মরমদি কবুই কৈ-ওইবগী মতিক মগুণ তাবদা মী পুম্বা থক-থক নৌক্লবনা মপাল অমত্তা থোক্লকখিদরে। অস্নুম্না থবাতোন. কবুই কৈ-ওইবগী ময়ুমদা পুগ্রেদো। ময়ুম য়ৌরগা থবাতোন মুন্না য়েংলগা অমুক নান্ অমুক [illegible] মখুত্তা অমুক লেক তৌবসিদা থবাতোন্দি মিহুন হুন্দ্রমাল্লে থল্লেদো। মমৈথংদা কবুই কৈ-ওইবনা মাসিদি ঐগী নুপীতুম ওইনরগে চাররোই থল্লহুনা চাত্রে, অতুম থোঙ লোল্লগ৷ থমগ্রেদো।

কবুই কৈ-ওইবনা থবাতোনবু পুথ্রবা মতুং ভাইহাক কোম্থরগ মমা কৈথেন্দগী কূম্লক্লবোইএ। মাঙোন হেক কাখৎলকপদা মমানা "সনা-ও নারিল-ও চোঙা পেলোনা, ইমাগী ইবেম্মা থোঙ হাংও! ইমাগী ইবেম্মা ইমা লাকএ থোঙ হাংও! ইমাগী ইবেম্মা! ইমা লাকএ থোঙ হাংও! ভাগ্নিবরা? ইমাগী ইবেম্মা!" অস্নুম্না অহুম্লক কৌরবা কাওবদা মচানুপী থোক্লক্লবহুদদি করিনোনে ঐগী ইচানুপী অসিবো হায়ন্থুনা ইমুংদা প্রপ-প্রপ চঙলকপদদি মচানুপীদো লৈরমদরেদো, মমানা মচানুপী কৈশাবী অহুনা লৈরমদ্ররহুদদি মফম মন্নাং থঙদনা ইঙাও-ঙাওনা হায়ফম হংফম লৈত্রবনিনা মচাবু কৌরগা তেংথা-নাওইনা কপ-লাউরবোইরে। অস্নুম্না থবাতোন মমানা কপ-লাউবসি তাবদা অসাই য়ুম্লোম্নবদা লোৎখিবী হন্নুবী অহুনা

তায়তুনা প্রপ-প্রপ খোরক্লগা "হা ইবেম্মা নচাদো কবুই কৈ-ওইবনা ফাহুনা পুখরে। মী পুম্নমক কিনখিবনা থোঙ লোন্দুনা খাঙনব্রে। কনামত্তুনা মাবু কনবা ঙম্নহৌদরে। কপ্পুনা কাম্নররোই।" হেক হায়রক্লেদো। য়া অদু তাবদা থবাতোনগী মমানা অহুদি ঐনা মাগীদমক লৈরক্লিবা কবোক অথুম-অহাউ অসিদি কনাদা পিরুগনি! ইমাগী ইবেম্মা ইমাদি মাঙলেদকো! নবুং ৭ না নঙগীদমক অওং-অউনগী তরেংকী শেন্দানবা চংখিবা হল্লক্লগা ইমানা করি হায়না পাউদমসিবনো? ইমাদি থাম্বী থক্তা ভোরেদা! ইমানা য়াংদৌ লমশাংথক্তা তিম্ত্রোক্লা মনিঙ-মমাঙ কক্লগা চোংবগুম ইমা ঙাওরেদকো ইমাগী ইবেম্মা। অসি হায়রহুনা মথবাক য়েহুনা লয়মায়থক্তা হাইহৎ-হাইহত্তুনা তারেদো, মরক মরক্তা তৌফম খঙত্রহুনা মশক মনা ফোয়হুনা পেন্না-পেন্না মচাবু কৌরহুনা কপ্পুনা অহিং লেপ্লবোইএ।

মতৌ অসুম্না নোংম-নোংমগী হৌখিবনা হুমিৎ ৪/৫ নি শুরবফাওবা কবুই কৈ-ওইবগী মথুত্তগী থবাতোন খুবৈ অমফাওবা নাম্বোকপা ঙমদনা লৈরকপসিদা কাম্নররোই থল্লহুনা কবুই কৈ-ওইববু লুনা তৌশিন্নরেদো। থবাতোনগী মতৌ অসিদা কবুই কৈ-ওইবসু মহাক চংলরোই হায়বগী থাজবা অমা মপূক্তা লাক্লহুনা থবাতোনবু কন্না শঙলম্বা অদু খরদি কোমথোক্লক্লবোইরে।

মতম অসিদা থবাতোনগী মবুং তরেংসু লংফৈ চংলুবদগী হল্লক্লহুনা ময়ুমদা য়োরক্লবোইরে। মমানা মচান্নপী কায়নবগী অরাবনা ফুম্বংনহুনা চারম থক্লম খঙদনা ইমুংদা কপ্পুনতা লেপ্লম্বা মতৌ উরগা মমাদা হংলবোইরে। মমানা ইচাশা! করি হায়না পাউদম্নসিবনো! থাজগুম থবাগুম নাইতোম শাংচবী নচল থবাতোন ··· হায়রগা মথা তাবা ঙমদনা মচা তরেৎ য়েংলগা অমুকসু লৈবাক্তা য়াম্নহুনা তাখরে। মতম অহুদা মাখোয় তরেৎ চঙহুনা "এঃ কররিনো! কররমনো?" হায়হুনা কোয়চেল চেম্নরে। লরাই ঈশিং থাহুনা মমাবু লুনা হোৎনজহুনা লেপ্লেদো। মমানা

খন্না করক্লবদা মমাগী মফমদগী মচলবু কবুই কৈ-ওইবনা ফাখিবগী মরী মখোঙ পুন্নমক মুন্না খঙলে। মবুং তরেংস্থু মচলগী লম্মন খুন্নবা অদুগা মচলগী খোঙ্গুল লীথুনা মংশক তান্নবা শীংথুনা লৈরবোইরে।

মতম অসিদা কবুই কৈ-ওইবগী ময়ুমদা থবাতোনস্থু ময়ুম চংপা য়ান-নবা রাখল তৌরবোইরে অদুনা থবাতোন্না কবুই কৈ-ওইবদা "নিপা! ঐবু চারম-থক্লম মওং চাদবনা ইশা অসি য়ান্না রারে ঈশিং অফবা খরদংদা পিথকউ! ঐ য়ান্না খৌরাংলে" হেক হায়বোইরে। রা অদু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনা হরাউমনগুদুনা কৈ ঐ অফবা ঈশিং লৌরুগে হায়রবদা থবা-তোন্না অদুদি উনিং অসিদা শোকপিরকউ হায়দুনা মনিঙ-মমাঙ হোবা বাগী উতোং অমা পিরেদো। মাদু হরাউ-হরাউ লৌরগা কবুই কৈ-ওইবস্থু অফবা ঈশিং শোক্লরগে হায়দুনা থুনা য়াঙনা চংখ্রেলো।

অদুন্না কবুই কৈ-ওইবনা ঈশিং শোকপা চংখ্রিবৈঙদা থবাতোন মীরং-নারং য়েংদুনা ময়ুমদা কন্না চেল্লকলে। ময়ুম য়োরবদা মবুং তরেং উরগা মবুংশিংবু অমদি মমাবু খুরুমজরে। মচলনুপী অমদি মচানুপী উবদা মমাগা মবুং অরেংকনা মথন্নাই স্থুংঙাইজবনা হায়নিঙাই লৈথিজবোইরে। শিরুবরগী হক্লকপগুম হরাউনরেদো। অদুগা রারম খন্না তান্নরে। মবুং অহন্না ইবেম্মা! কবুই কৈ-ওইবা হায়রবদুদি মপাঙ্গল য়ান্না কনবা শা গুল্লবা মীনি। ঐখোয় তরেং চঙদুনা হাত্তুবদি শিবা ঙম্মোই হৌজিকপু নঙদি কনম্মা মাগী মখুত্তগী নাংস্থোরকলিবনো। পাউ অদু চিথদনা তমউ" হায়রবদা থবাতোন্না "ঐ ঈশিং য়ান্না খৌরাংলে ঈশিং খরদং পিথকউ" হায়রবদা মানা হরাউরদুনা ঈশিং শোকপা চংখ্রিবৈঙদা ঐ চেল্লকবনি ঐনা পিখিবা উনিংস্থু মনিঙ মমাঙ হোবা উতোংনি, শোকপা য়াদদুনা খন্না কুইনা লৈজিবৈঙদা ঐ যুম য়োহৌগে খন্দুনা পিবনি অদুগা চেল্লকবনি হায়না পাউ তমখিবোইরে। মচলগী রা তাবদা মবুংনা হায়খি "অদুদি য়ান্না করে। মহাক্না য়ুমদা লাক্লগা নঙ লৈরমদবা অস্নিদা নঙবু খিবা লাকনি। মতম অদুদা নঙনা মাবু হরাউ-হরাউ কৌশিল্লো! অদুগা চানবা য়েনশাং

লৈতত্থনা লৌবা লাকপনি, নত্ত লাক্কবনিনা য়ায়া করে, য়ুমথক্তগী মাইরেল অসিমক্তুং হেকচেমসি অতুগা চৎলসি হায়না হায়রো অতুগা মাইরেল অতুদি লৈবাক্তা থাদয়রকনু মাতু কায়খিগনি। কায়রবদি ঐখোয় অনীগী য়ুম্বাবা অসি কায়নগনি অতুনা মাতু কোল্লগা হেক চোংথরকউ হায়রু অতুগনে মানা হেক ল'কপদা ঐখোয় ৭ পুসু লৈবরা হঙনি হৎলবদি লৈতে লংথেন্দগী লাক্কি হায়না থুমউ। অতুগা ঐখোয়দি ইয়ুংদা লোত্তুনা লৈরগে অতুদা নত্তনা মানা চোংথরক্কদবা মফম অতুদা মহাক নাহ্নুনা তুবা য়াননবা ঐখোয় থৌরাং তৌগে, তুম্নিভৈদা ঐখোয় ৭ চঙতুনা মাবু হাৎনবা থৌরাং তৌগে" হায়তুনা মচন্দা পুকমেন-পাউমেন্নরগা কবুই কৈ-ওইবনা চোংথর-গদৌবা মফমদা মবুং ৭ চঙতুনা ইশং কোকথোং তরেৎ চাইতুনা থমলেদো অতুগা মথক্তা য়াক্রক্রাক্ তিংথোক্লগা থাতুনা থমপ্রবোইয়ে।

কবুই কৈ-ওইবনদি অসোমদা ঈশিং অরুবা লৈবা পুম্রি মপান্দা মনিঙ মমাঙ হোবা উনিং অতু পায়রতুনা অমুক শোকই ঈশিং হেক য়াও-রমদা অমুক হেক শোকই হেক য়াওরমদা মতৌ অসুম্না হন্না হন্না শোক্ল-কল্ল সুম হঙ্গৎ-হন্দা তৌরিভৈদা তুমিৎ লৈথরকলে! মতৌ অতু উবদা কাক অমনা উশান্দা তোংলতুনা "কবুই কৈ ওইবা ননিঙ নমাঙ হোত্রোং হো! নতূ লৈমা কাং-কোক!" হায়না হেক খোংলে। মতু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনা কাক অসিনবু ঐবু লঙনবা শারি হায়তুনা লৈতুম্না কন্না থারে অতুবু কাক অতুনদি লৈতুম অতুনা পান্দনবা ফন্ ফন্ হেক চোংথোক্লগা হন্না হন্না হায়রবোইয়ে। মাতু তাবদা কবুই কৈ-ওইবনা শ:উমনপ্রতুনা মমিৎ ঈ কাবগা লোয়ননা মানা পায়রিবা উনিঙ মনিঙ-মমাঙ হোবা অতুনা কাক্ত। লংথিবদা কাক্তদি পাপ্রতুনা উশা অচৌবদা পান্দুনা উনিঙ অতু কায়রেদো। তুমিংসু তাশিল্লক্নে, তোকম থঙলক্তুনা কবুই কৈ-ওইবা অতু ময়ুমলোমদা প্রপ-প্রপ হেক লাক্নে। মহাক্না ময়ুম য়ৌরকপা মত্তমদদি থবাংতোনসু লৈরমত্নে, কোয়খি থিবদা থিবা ফংদরেদো। থোক্তনু ইয়াউ-ল্যাউনা হাংই অতুনদি মহাক ময়ুম চৎলম্বা তারে থরে। অতুনদি

ময়ুমদা চত্তুনা হংলুবদা হৌজিক মবুংশিংস্থু লৈরমগনি থোঙস্থ হাংউ হায়রবা য়াররোই। হয়েং নোংঙাল্লগা চৎলগে হায়দুনা অহিং অতুমা রানা থাঙ-তুনা লেল্লেদো।

নোং ঙাল্লে, কবুই কৈ-ওইবা, নোম-নোম তৌদুনা থবাতোনগী ময়ুম তাল্লা লাক্লেদো। মা লাকপা উবদা মবুংশিংস্থু চেকশিল্লা লে'তুনা লৈরে অদুগা থবাতোল্লস্থ হরাউ-হরাউ তৌশিল্লতুনা নঙ লাক্লবেইরে ঐদি ঙসি অহিংদি মথ্বা অদুদা লাকপস্থ ঙমাহৌদরে। ফরে নহাক লাক্লবনিনা য়ুম-থক্তগী মাইরেল অসিমক্তং হেকচম-ও চৎনবা তৌরসি অদুগা মাইরেল অদুদিনে লৈবাক্তা থাদরক্কনু কায়খিগনি, ক'য়ববদি ঐথোয় অনীগী য়ুম্ব'ল্লবা অসি কায়নগনি কাখৎলো অদুগা মাইরেল অদু কে'ল্লগা হেক চাংথরকউ অল্লাংথংবা য়েনখা অসিদা হায়রবোইরে। থবাতোনগী রা অদু তাবদা কবুই কৈ-ওইবস্থ থাজরতুনা চঙশিল্লক্লে নবুংশিংদি লৈত্রা? হংই। থবাতোল্লা লৈতে লংফৈ চৎখিবদগী হল্লক্লি। মাখোয় লাক্লিঙৈদা য়েন-শাং থরা হেকহৌখিগে তৌবনি হায়রবদুদা কবুই কৈ-ওইবনা য়ুম মথক্তা কাননবা য়ুমগী লোয়খোমদা য়াল্লগা হুনগৎখিতুনা য়ুমথক য়ৌরদো মাইরেল অদু থুনা-য়াঙনা হেক্লগা থবাতোল্লা চোংথরকউ হায়বা মায়কৈ অদোমদা লাক্তুনা ফন হেক চোংথরকপা লুক্রাক্লা ইশং মথক্তা শর্ হেক নানখিতুনা কবুই কৈ-ওইবা অদু নিঙথেংননা হেক তাতুনা নিংশা থিংতুনা রাম্থতুনা তারেদো। মতম অদুদা মবুং ৭ না ইমুংদগী চেম্থোরক্তুনা শীংজংখোক পায়রবা য়াও তৌতুনা কবুই কৈ-ওইবগী মকোক্তা পোপ্-পোপ্ থাবদা কবুই কৈ-ওইবা অদু হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদরেদো। মনাও অমা চেন-খিতুনা ইমুংদগী থৌরী লোক্তরগা মখোঙ মখূৎ পুন্দুনা থম্লেদো।

ঙাইহাক লৈরগা লৌশিং তারক্লবদা "ইচনবু নঙনা লৌরম্ব'সি মতৌ করম্না লৌরম্বগে হায়বদু শেংনা তাকউ নত্রবদি নঙ নথরাই লাগনি" হায়না ঙক্লরবোইরে। অদুগা কবুই কৈ-ওইবদা অচুম্বতা হায়গনি হায়না শরী নামুং শোল্লু হায়খিবোইএ। কবুই কৈ-ওইবস্থ মথরাইদি শিনিঙদবনিনা

"ঐ অচুম্বতা হায়জগনি" হায়দুনা শরী নামুং শোম্লে অদুগা মহাক্না অহান-বদা মচলমুপী থবাতোনবু চানিঙদুনা মিতাক্রুবদগী মাবু ছাবা ফংনবা অরাংথংবগী হমুবীদা তক্রুবদা হমুবীনা মমা শারগা থোঙ হাংহন্দুনা চঙলুবদা মাবু উবদগী ঐগী মুপী ওইনা থম্লবনি হায়রন অচুম্বা অদু হায়রে-দো। কবুই কৈ ওইবগী ৱাদু তাবদা ' ফরে ঐখোয়গী ইচম্না মশানা নঙবু পামদুনা চৎপ নক্রে মতুংদা অস্তুম্না থক তৌগদু ঐখোয় ৭ লৈরি। অদুগা শরী শোম্নপ্রবনিনা নংৱ.ইদি কনবিরগে" হায়দুনা কবুই কৈ-ওইববু থা-দোকপিশ্রে। কবুই কৈ ওইবস্তু খোঙকম অসিদগী মশা শোন্দুনা ইকুই কুইদনা লৈরম্লগা শিশ্রেদো অদুগা মবুং ৭ না মাখোয়গী অম্বাং থংবগী হমুবী অদুগী খুজিল থোৱাংদগী ইচলবু অরাবা তাহন্দুনা মাগী উশিল শিল্লম্বগীদমক ইচলগী মংশক তানবা থোক্লে অদুনা মচং যম্ভবগী মরাখল ফত্তবগীদমক হমুবী অদুবু ফারুরেদো অদুগা মচিন-মনাউ মাখোয় ৪ চঙদুনা হমুবীদুগী মশা অদু অমাং-শঙদা অমুক থাদা মথুং পায়দুনা অমুক চিংখৎ-তৌদুনা লম্মন শিংলবোইএ। অদুদগী লৈকাইনা হমুবীবু থিগোম হমুবী হায়না অনৌবা মমিং অমুক থোনবিখিদো।

---

১৩

# খম্ব্রাংচাক্লা মপাম চৎপদা, লৈবাক ৱাথোক ওইবা

খায়না মমাংদৈদা খম্ব্রাংচাক মতৈ মনাও অনীথক লৈবোইএ। মাখোম্ন অনী অসি য়াম্না মুংশিনন. লৈমিম্নে হায়এ। নোংমদি খম্ব্রাংচাক অমোম অদুনা লাবা অদুদা হায়বোইএ ' নিপা! ঐবু ইপাম চত্তবা অসি মতম ফনা কুইরে অমুক্তদি চংলুপে করি হাম্নবপে চংলুম্না চংকম্বা" হায়না হংলেদো। ৱাদু তাবদ খম্ব্রাংচাক লাবা অদুনা হোম্ননে পেম্মা! চত্তবা

ফমবু কুইয়ে নঙমু নোংমতবু চৎলুগে হায়দে চৎলু-চৎলু! অদুগনে কন্নি কন্নি চান-থরুবসু থরা য়াম্না পুরক্লবা হোৎনরকউকো হায়বোইএ। লাবগী রা তাবদা অমোম্না অদুবুদি কন্নিগী পুরক্লোইদগে মুপীনা মপাম চৎপা হায়রেদনা হ'য়না হেক খুম্বোইএ।

থম্ব্রাংচাক অমোম অদুনা মপুরোইবগী রা তাবদা মথরাই মুংঙাইজরদুনা থরা কে-না মৌনা চচ্চগে খল্লদুনা অদুদি ঐ ইরু মায়তারুরগে হায়দুনা তুরেল তাম্না ফ্রং লাউনা পাইরক্লেদো। মতা ফবা ইরুফম অমা অসুম য়েংলকপদা লয়রায়দা নাউ শাগদোরবা রাইখু অচৌবা অমগী মনমগল অপাকপদু ইঙৌ ঙৌনা হেক উবদা ইস্! ওম্বোক্লা ফজরবা নূংফাল অঙৌবা অমা লৈরেদনা ঐগা মপা চাবা নূংফাল হায় তুমক থোক্লে হায়দুনা অমুক পাইরক্লগা রাইখু মথক্তা তোংলেদো অদুগা মথরাই মুংঙাইনা ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা খূনিঙ নঙবোইরে।

ঈশৈদিনে—

"ইপাম মায়কৈ পাংদুনা
পলেম পম্ভৌ থুরুমগে।
তাউজিং হয়রাং অমুনবা
থরাই তানা চারুগে।
ইপাম লমদম চৎলুবা
শিংঙেল নাচোম চিক্লকে।
থংলেন নাক্তা হল্লকপা
ইচৈ' চীননম্ পুরক্লে।
কাঙথ চঙনা থিরকপা
ইচৈ' ফৌবোম চাউহনগে।"

অসুম্না খূনিঙদু কাঙল-কাঙলদুনা নূরা নঙবিঙে অদুদা নাউশাবা রাইখু অমুনা নিংশা হোনবা ফাওবা নাক্লোইননা হোজরবা মতম ওইরুদুনা

য়ানা থাঙলিঙৈ মথক্তা থম্রাংচাক্কী অমুক নোম্নরবা অহুদগি থাঙবা ঙমজ্র-বোইরে। নোজরবা মখোঙ কাজল্লি অহু য়ানা থাজচন্নগা থম্রাংচাকী মখোঙ অচেংবা অহুদা তাপ হেক চপথরেদো। "থম্রাংচাক অমোম অহু থংমনগ্রহুনা হাইমা! কন্নিনোনে হান্নহুনা ক্রং হেক মংচ্রোং চোংথংপদা নাউশারবা রায়থুগী মখোঙ অহু শদোঙ য়াওনা ফুক্তোকলেদো। অহুগা রায়থুদি নামনগ্রহুনা ঈশিংদা ওন্থহুনা তাহৌরে। থম্রাংচাক অমোমহুদি প্রপ-প্রপ পাইথংখিহুনা হৈনিঙ পাম্বী অমদা হেক থোকউরে। মমুন ফানা মুন্নবা হৈনিঙ চয়োং পানবা মশা অমদা তোংলহুনা থম্রাংচাক্কা মখোঙদা চন্নিবহুবু কন্নিনো য়েংলুবদা হাউরবা শদোঙ য়াওবা য়াইথু মখোঙ ওইরম্লেদো। মহু উবদা হেন্নহুম হরাউরহুনা শদোঙ অহু মখোঙদগী মচিন্না হেক-হেক চিক্লহুনা নোম্ল-নোম্লহুনা খোবোম থন্না চায়বোইরে। অম্মুন্না মানা নোম্বসিদা মমুন ফাবা হৈনিঙ অমদ্রি মখোক জোয়রহুনা লৈ-বাক্তা হেক কেল্লক্লেদো। হৈনিঙনা তায়কপদা ককচেং নোংমৈথৌ অমগী মকোক মপা থোকলুহুনা মকোক্তা পুপ্ লাউনা থাববু মকোক ঙাওহুনা কোয়চেল হেক চেনবোইরে। অম্মুন্না ককচেং অহুনা ইঙাউ ঙাউনা চেল-লকপদা নিংথৌগী শামু য়াইশা পুনবা মকম অহুদা হেক থোকলুরে। য়াইশা অহুগী মনাতোলগী তোঙনাউদা হেক রাইথুংলুরেদো অনাবা থাঙজগে হায়হুনা ময় অহু ক্রক লাউনা ঙমজবমথৈ কম্না হেক চীকলুবদা শামুগী মনাতোল শোঙনাউদ চীকলুবা মরম্না য়াইশা অহুসু নামনগ্রহুনা থাঙবা ঙমজ্রবদগী লাউ থোংহুনা কোয়চেল হেক চেন্নবোইরে। য়াইশা অ.সনা ঙাওহুনা চেল্লকপদা পেবেংকী ইংথোল ফজগ্রবা য়েংদৌগা তৌগনা পোপ্তেক লন্নহুনা থাজবা শম্বল অহুদা থোকলুরহুনা থান্নবা শম্বলশিং অহু লোইনা হেক নৈথাইরেদো। পেবেং মতৈ-মনাউগী মচাশিং অহুসু থন্না নিঙথিনা পাইবা ঙমজ্রিবগী হৌনবা মকোন্দা অতুম লৈজবোইএ। অহুবু মন্নাইবক থীবদগী শামুনা নেথহুনা মচাশিং অহু কোক হেক শিরে। মাসি উবদা পেবেং মতৈ-মনাও অনীদ মকাগীদমক লৈকম থঙজ্রহুনা কোয়চেল চেন্দুনা থাঙজমরবোইরে। লাবো অসি শাউমনখিবনা নুতোন কায়েদো!

করম তৌরগা ইচা হাংপা য়াইশা অসিবু মথল্লাই লৌতুনা লম্মন শিংসিবনো থল্লবোইএ। মমৈথংদা মতৈ-মনাও অনী অমগা অমগা য়েংনরগা লাবনা "লুপী! হৌজিক কপ্তুনা কান্নরয়োই লম্মন শিংদবা য়াদয়ে ইচা হাংপগীদমক মথরাই লৌনরবা ঐ মরুপ মপাংগী মতেং নিংগে" হায়রম্মগা ক্রং হেক পাইখ্রেদো। লম্বীদা মাগী মরুপ উরিং উনরতুনা উরিত্তা, থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক হায়রবদা উরিংনা অতুদি মরুপকী মতেং পাংদবা য়াবরা ঐ অতুক ময়ামদা হংখিগে হায়রতুনা কোয়লাউ-লাউতুনা হংবোইরে। "কনা কনা থৌনা ফবা মরুপ-মপাং ইপিজাশিং লৈবগে? মরুপ পেবেৎকী মচা হাংলিবা য়াইশা অসি লম্মন খুম্নবা তৌবা তারি।" অস্টুম হংলবদা ময়'ম ত্তিল্লে, মরুক্তগী উতুবীনা ফন্-ফন্ হেক চোংথোক্তুনা এঃ অতুদি ঐবু মাও থাউ হায়রবসু থাগে মরুপকীদমকপু চত্তবা য়াবরা! অস্টুম হায়রতুনা মঙক চোয়র-চোয়রতুনা মশা মচা অনীতু ফল্লতুনা হায়রকখিবোইরে। হেরা! মরুপ! অতুগুম্বা শামুমচা অমা হাংপবু করিগী ময়াম কৌরুগদগে? চিকপল্লা ঐখোয় অমনিনা অতুম হেক লোইশিনগদোবতুবু। ঐ লম-য়ানগে ইত্তুং ইনবিনবা ইতাউ! হয়িংখোইয়াম্বীদদি য়াওহনবিয়ু হেক হায়রেদো।

রাত্তা অসিদা চোংঙানা করি হায়বা? করি হায়বা? হায়না হেক হংই। অতুগা থোইনিংতুবীনা কি করিব? কি করিব? করি করম্না করি করম্না তৌদৌরিবা? হেক হংলে। উতুবীনা অতুবুদি ঐনা হায়রিবসিনি, ইতাউ হয়িং খোইয়াম্বীদদি ত্তুং ইলহনবিয়ু ময়ামদি কুম্মৈতুম য়েংবিয়ু! হোরেল য়াইশা অতুগী মথক্তা ঐ তোংলগে অতুগা উ-রাদা হুৎপগুম ঐগী ইচীল অতুম্বা অসিনা মাগী মনঙন্দা হুংকে অতুগা মরুপ হয়িংখোইয়াম্বীনা হঙ্কাক থাহনবিরো অতু ওইরবদি মশা হন চঙতুনা মরাইনা পুমতুনা শিঙ্গ-রগনি অসি মঙাইদনা হায়না হেক থুম্লবোইএ। রা অতু তাবদা ময়াম্না চুমই চুমই মতুনা থৌ মশমলে হায়তুনা ময়াম য়ৌ-য়া চেক-চাক থোংলতুনা য়াইশা হাংলগনি হায়তুনা হয়:উনরেদো। ময়াম চঙতুনা মরুপনা হায়রিবসিগী মতুংইন্না মরুপ! নঙনা ত্তুং ইনবা তারে হায়তুনা থৌদা পিনরেদো।

অসিগী মতুংদা উতুবীগা হয়িংখোইয়াম্বীগা মাখোয় অনীহু য়াইশা অহুগী মনাক তাম্না পাইমক্লে অহুগা উতুবীনা মাঙজিল হেক থংলহুনা পাইরক্লগা শামুগী মনম অপোনবা অহু য়েংলহুনা অহাঙবা অতিয়াদা অমুক অনীরক্কং 'কোয়মলৈ-লয়রম্লগা শামু মনজল অপোনবা অহুদা তোংলরেদো। উতুবীনা য়াম্না চেকশিন্না মনাতোম্না লাম্বা কংলোইদোবা মকম য়েংলহুনা মচীল অথোবা অহুনা কক্‌-কক্‌ হেক হুৎলে। য়াইশামু হাক্কজবা হোৎপিবগুম লুংঙাইরহুনা মমিং মনা উইথরহুনা তাহুনা লৈরবোইরে। অহুদদি কর্মহুম মতা চারে, কোম অসি থরা লাওনহুম হল্লমগে হায়রহুনা পুংকক্‌ চাক্টবা কোম অমা হক্লেদো অহুগা মথক্তা শক্তি তৌরিবা মরূপ হয়িংখোইয়াম্বীহুদা মিৎচি থৎলম্লগা উতুবী পাইথোরক্লেদো। হৌজিক্তি হয়িংখোইয়াম্বীগী খোঙফম থোক্লে হায়রহনা ভুং লাউনা পাইথরক্লনা কোম অহুদা মানা ভমজবমথৈ হোৎনহুনা হক্লাক কোক-কোক হেক থাক্লিজিল্লেদো। উতুবীগা হয়িংখোইয়াম্বীগা মখোয়গী থৌরাং লোইরেপ্রসম্লনা চন্দ্রমিন্নরক্লে। মাখোয়না তৌম্বিবা পূমমক্কী লানওং অহু মন্নামদা পাউজয়হুনী ময়ম লুংঙাইমিন্নথয়ে অহুগা শামু য়াইশা অহুদি ইকুই-কুইদনা হন চঙহুনা চাউরবা মশা অহু পুমহুনা শিরেদো। মতৌ অসুম্না খম্রাংচাক্লা মপাম চৎপদগী মথং মথং খুদোং থিনরক্লনা চাউরবা নিংথৌগী শামু য়াইশা কাওবা মথরাই মাঙখিবোইয়ে।

---

১১

# নিংঙোল মরা উয়ান ভগ্না

খাম্না মম্নাংঙৈজা নিংঙোল মরা অমা মনেম-মকূগী য়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবোইয়ে। মনেম মকূ অনীনা মচাহুগী অহুবু লুমা তৌবিনবগী মক অয়ানিপা অহুবু হেম্না লুনা হৌবোইয়ে। অহুনা নিংঙোল মরা অহু চানিঙখদা-চা শেংনিঙবদা-লেং তৌহুনা মম্না কে-না নাম্না লৈহুনা তোন মা

পানখোইরে। মমা মপানা লুনা ভৌরবনিনা নিংভোল অহনস্থ য়াম্মা লুনা ভৌহনা নোংম-নোংমগী হাউনবা চাবা য়াননবা হোৎনহনা চ ক অথোৎপা য়েনশাং ভানম-থুমম্মা পিজহনা পাল্লক্লেদো।

নোংমদি মনেম অহনা ময়ানিপা অহবু পিজনিঙমনগ্রহনা মম্মামস্থ পুন্না চাবা য়াননবা হায়হনা শরেং অচৌবা অমা লৈরকপোইরে। প্রপ-প্রপ হেক পুশিল্লকুনা মচাম্নুপীহনা "ইবেম্মা! ভসিদি ইমানা শরেং লৈরকলে অদুনা য়াম্মা নিঙথিনা মরু-মরাং হাপ্তুনা-থাউ নম্মা ভৌহনা ফজনা নপ্-নপ্ হেক লাউনা থোংউ। ভাহস্থ ফনা মচাউবনি অহগা অহল-লম্মম্মা শরেং থোংবগী ভারেল হায়নৈ, হয়েং চাননবা থরস্থ উয়ান্দা মথাক্লম্মু" হ য়হনা শিন্নরেদো।

মচাম্নুপী অহনস্থ মমাগী য়াথং মতুংইন্না শরেং অহ ফজনা নপ্-নপ্ লাউনা হেক থোংজরে। মপা মমা অমস্থং মপুরোইবগী চাক পুথম-পুথম শেম্নহনা মথং মথং চানবা থোন্নাং লোইরহনা কৌশিল্লবোইরে। অহল অনীদি প্রপ-প্রপ হেক চঙলক্লে। মকুবোক্লা "হাই-হাই, অঙাং! নঙস্থ লাকও! লাকও! চারসি ময়াম চামিন্নবা হায়বসি মুংঙাইবনি" হ য়হনা চঙহনা চাবা হৌগ্রে। নিংভোল মরা অহুদি থরদি নৌরিবা ওইবনা ঈকাইরপ ভৌনা কোইনা চঙলক্তবা য়াদবগী মওংদা চঙহনা ফম্নরে। থরগা নৌবনে থরগা কেজবনে "ঐদি অসিগুম্বা ভাচাউ-চাকচাউসিদি কয়াবু হৈ-নজরক্তে" হায়রহনা ঈকাইশিন্নরহনা থরদংদা চারগা "ঐদি ওকচরে" হায়হনা ময়াম লোইবা ভাইরে। মনেম্নদি ওম্মোকপনিদকো ঐনদি পিঙ-নিঙহনা লৈরুবশাই অহবু হৈনরমত্রবোইদো অস্থম শেল্লংনা মাস্থ চাবা লোইরবোইরে। মথুৎ হামহনা মচিল মম্মা শেংনগ্রে। নিংভোল মরা অহুস্থ ভোকপা য়ারে থল্লহনা মথুৎ হ ম্নে, মচিল-ময়া শেংলগ ফমুং চঙ-ক্লেলো। অহম ওইনমক শরেং থোংবহুদি নিঙাংনা থরায় য়াওনা লোলবনিনা মহাওহুদি ফন-ফজনা হাউবা মও নি অহুবু ঈকাইথাওল" হায়বোকখিবা অহুগী মতুংইন্নুনা মভিল য়োৎনা-য়োৎনা থাওখিবগী মভিক

মখূৎ অদু মনম নম্ন-নম্নহুনা অহিং অথেঙবা ঙাইহুনা লৈরবোইরে। অদুম্না ঙাইরকপনা মনেম মকু অমসুং মাগী মুপীসু তুম্বা ঙাইবদা মম্নিৎ কথাক থনবগুম তূম্নিংবা খাঙহুনা লৈরেদো।

ময়'মস্নু ফমূং চঙনরে। ঙাইহাক্কী মতুংদা ময়াম পূম্নমক গ্রো-গ্রো নাথোক্লুনা তুম্নগ্রেদো। ময়াম তুমথক্রে খঙলবা অদুদদি নিংঙোল মন্না অদুনা তপ্পা হৌগৎলক্লগা নাশোল থোকহন্দনা চাকখুম কাদা চঙলক্ল-বোইরে। অমম্বা মন্নক অদুদা কোয়মা-মাদুনা উয়ান অদু তপ্পা থাংথরেদো। অদুগা হয়েংগীদমক ঙারেল হৌনবা খাক্লম্বা অদু লোইনা কোক্লুনা চ'থোক্ল-বোইরে। মতম অদুদা নিংঙোল মন্না অদুনা হৌদোং চঙহুনা চাগ্রবোইরে হায়না মন্নাইনা খঞ্জগনি অদুনা উয়ান অসিদা থজিক্কফাওবা পকহল্লরোই থন্দুনা মানা উয়ান মনূংদা মকোক থিংজিল্লগা লৈ-লৈহুনা লোইনা লেক্ল-বোইরে।

লেকপা লোইরম-লোইকাক্লিবৈঙ মবৈদা শর্-শর্ লেকপগী মথোল অদু মনেম অদুনা মিকপ থোক্লকপগী মতমগা মপা থোকলুরহুনা হেক তারবোইরে। মনেম্মস্নু হৌদোং ওইরবোই থন্দুনা "মৈস্নু মুৎক্রে কররো হৌদোংসিনা তৌরিবসিবো ওস্থোকপনি" হায়রগা মৈ কামগে হায়হুনা ফমূংদগী কূমথরক্লবোইদো। মতম অসিদা মনেম্মা ফমূংদগী কূমথরকপগী নাশোল তারহুনা নিংঙোল মন্না অদুনা তফিং-তফিং উয়ান অদু শৎনবা হোৎনবদা য়াগ্রবোইএ, থন্না য়েংবা য়াবা য়েংলগা ইয়ামক য়াগ্রবদুদি কান্নর-রোই, খঙলকপগা হাল্লগনি নিঙলহুনা ফমূং তানা চৎহৌরগে থনবদগী মথল তৌনা তৌনা ফমূংলোমদা লাকপদা চাকখুমগী হৌদোং চাকথাকম উথোংদা থেংজিন্দুনা উয়ানগী মনিঙহুমথৈ পোপ লাউনা কায়রেদো অদুগা উয়ান মঙক অদুমথৈনা মঙক্কা হুকচিন্দুনা লৈরবোইরে। মন্নানা উথোংদা থেংবদা উয়ান কায়বগী মথোল তাবদা মনেম অদুনা "হাইমা হৌদোং নক্রয়ান্নে হুন্নানবদুম ওইরবরা" হায়হুনা মৈ অদু থুনা-য়াঙনা ক.মদুনা পোদেল চুখৎলে। মনেমদুনা পোদোল হেক চুখৎপগা মপা চানা ময়ানিপা অদুম্ন

মৃঙ্গা হেক য়ৌরকলেদো। য়েংলুবদদি ময়ানিপানা উয়ান মণ্ডক অদু মণ্ডক্তা ইকোয় কোয়্না য়াল্লগা কিরু-কিরু য়েংদুনা চৎপদু উবদা "হাইমা ঐখোয়গী অণ্ডাংনিদনাসিদে" হায়বদগী নিংঙোল মরা অদু ঈকাইমনখিদুনা মপাল থোককখিবদগী ময়ুম তাম্না চেনখ্রে। মতম অদুদা মচানুপী অদুসু তারক্লদুনা "ওং্খ্রকেপনি ঐগী ইরাইবকসে! ঐদি মপুরোইবা বায়নরবী নুপী হায়বদু ওইহৌবা তারেদকো" হায়দুনা ফমূং ময়ায়দা ফিরুক-ফিরাং থুমদুনা অল্লাবা কোকথোং নাদুনা লৈরবোইএ।

নোংক্লাল্লগা মনেম্না ময়াবু ময়ুমদগী অমুক্তং কৌরুফমদি থোকই থন্দুনা চংলুববু ঈকাইবদগী অদুম লোংখিদুনা মশক উবা ঙমদনা মনেম অদু ময়ুমলোমদা হল্লক্লদুনা লৈরেদো। মতুংদা মচানুপী অদু মপুরোইবা কায়নরবী মৌ নাহা ওইদুনা লৈখিবোইর।

---

১২

# লমহুই হনুবা

থায়না মমাংঙৈদা হনুরবা লমহুই অমা লৈরম্মোইএ। মহাক মচিনজাক থিবা চত্তুনা মপূক থন্নবগী কোয়থি-থিবা কোয়চং-চংলগা মতু-মচা থাকপা হায়বা অসি য়াম্না তল্লবোইরে। অদুনা নুমিৎ-চুপ্পা রাঙক উরক্লুমদদা কুন্দুন মতম লেল্লগা নুমিৎ তারমদাই য়ৌরক্লবদা কৈনা, শওম্না, নোংশানা চাখিবগী অরেম-অপা শরু মচেং-মকায়,হন্দোকপদু চারগা পুনসি লেনবোইরে। নোংমদি মাগী নুপীনা "নিপা! নঙ অসি থরম্ তনমনখ্রে! ইকোন লমফাওবসু শেমদে। ঐদি ইকুম-ইথানগা গুরকপনে কররম্মো তৌরিবসিবো? হৌজিকসু পূক অসি তোয়না-তোয়না য়েকশিল্লক্লে"।" হায়রবদা লমহুই হনুবা অসিনা "পেম্মা! অদুগীদমকপু করিগী য়ারি? চাউরবা য়ুমজাউ অমা হেক শাদোক্লগা মতুদা ননিঙ তৌনা লৈথোক্লু-মঙায়দনা হায়বোইরে।" অদুমকপু ফরে; ঐ ঙসিদগী হৌনা য়ুম শানবা চংলগে" হায়দুনা চংথ্রবোইরেদো।

খরা চৎলগা মাগী অতনবা অহু হৌরক্লুনা মুংঙাইনা উরক অমদা কূন্দুনা লৈথোক্লগা মুমিৎ তারমদাইদা মহৌশাগী মতৌগুম কৈ-নোংশাগী অরেমথাক শুক্লশিং অহু খরা চারহুনা হেক হল্লক্লেদো। অসুম্না মুমিৎ ৪/৫ নি লেল্লক্লবা মতুংগী লমহুই অমোম অহুদি কুম-থা শুজিল্লক্লুনা থাঙবা ঙম্লক্তরেদো। অহুনা হায়রকই "নিপা! ঙসি দি নঙনা শাগা যুমজাও অহুদ, চৎলসি ঐ থাঙবা ঙমশিল্লক্তরে, ন'উয়েক তোয়রক্লে। অঙাং অসি শোয়দনা উ-নবা তারে" হায়জবোইএ।

লমহুই হম্বুবমা ফরে-ফরে লাকও! পেম্মা! লৈরুরসি হায়হুনা মাখোয় অনী তুংথ-মাঙখা লাকমিল্লরেদো। খরা চৎলগা কৈগী মকোল অচৌবা অমা থেংনরহুনা লমহুই হম্বুবহুনা হায়বোইএ। "পেম্মা! ঐখোয়গী ইকোন অচৌবা হায়বহু মসিনি, মাসিদা চঙও-চঙও! মুংঙাইনা চনিঙ লয়ভানা নঙগী অঙাং অহু উনজরক্নৌ" হায়বোইএ। কৈ মকোল অচৌবা অহু উরগা অমোম অহুনা "ইস্ ওস্থোক্না শুংঙাইরেদকো" হায়হুনা কৈ মকোল অহুগী মনুং তম্না চঙখ্রেদো। মনুং অহুদা লমহুই অমোম অহু মচা পোকচরেদো।

মতম অহুদা লমহুই হম্বুবা অহুনা মপান্দা অসুম রাখল থল্লখোইরে। ঐখোয়না লৈরিবসিদি কৈগী মকোম্নি। মানা হোরেল হঞ্জিল্লকপদদি শোয়দনা ঐখোয়বু হাত্তুনা চাররনি! করি লৌশিং তৌসিবা! হায়না মণ্ডল-মণ্ডল থল্লবোইরে। মমৈথৎদা মকাক্না থনবমখে থল্লগা লৌশিং অমা লাক্লহুনা লমহুই অমোম অহুদা হায়বোইএ। "মুপী! তারিবর! ঐখোয়না লৈরিবসি কৈ, নোংশা য়াক্না কনবা মফম্নি। ঐ মপান্দা অসুম লৈগে মাখোয় লাকপরা য়েংগে। নঙদি নচা অনৌবা চেল্লিবনিনা যুম মনুংদা অহুম মরৈয়ু। করিগুম্বা লাক্লবদি ঐ উথক্তুগী উকু-উরাং থাদরক্কে। মাহুদা নঙনা নঙগী নচাশিং অহু য়াম্না কপহল্লকউ অহুগা ঐনা উথক্তুগী 'হায় মুপী! অঙাংশিং অহুবু করি ভৌরবগে অহুক য়াম্না কপহল্লিবহুবো হায়না হংলক্কে। মাহুদা নঙনা খঙজগ্রে, নিঙাই অসে পুবা ঙমজগ্রে,

হৌজিকপু কৈ চাগে হায়না নিংঙাই তৌরিবনি হায়না অস্‌মা হেক খুম্নকউ, অদুদা ঐনা ঙরাং ফাবা অদুদি কৈদৌরবগে হায়রক্লে অদুদসু নঙনা অমুক ঙগৎ-ঙগৎ তেকপা• চাগে চজিক্তি চানিংদে হায়দুনা নিংঙাই তৌরিবনি হায়না খুম্নকউ" হায়না পাউমেন্নরগা উথক্তা লমহুই হনুবহু কাখৎখ্রেদো।

সুমিৎ তাশিল্লক্লে। কৈ অদুসু মচিঙ্গাক থিরুবদগী মপুক থল্লদুনা মকোন্দা পোথাকরগে হায়না অচৌবা শজি অমা চিংলগা লাকপা অদু লমহুইনা উথক্তগী লাপ্ন উরবোইরে। হনুবা অদুনা হায় সুপী! তারিবরা? কৈজাউ অমা লাক্লে হাই, চেকশিল্লু! ঐনা হ'য়খিবশিং অদু কাউগদু!" হায়রবোইরে। লমহুই অমোম অদুসু থোক্তুনা য়েংবদা কৈজাউদুনা লাকপদু উরেদো। থর নকশিল্লকপদা লমহুই অমোম অদুনা মচাশিং অদু থরা নেৎ খুজিন্না থরা খোৎ তৌদুনা পঙকপু কপহল্লেদো। মচাশিং অদুনা কপ্লক্লবা অদুদা লমহুই হনুবা অদুনা উথক্তগী য়াম্না হৌনা লাউরক-লোইরে। "হাই সুপী! করি তৌরবগে অঙাংশিং অদুনা ঙসি অসুক য়াম্না কপ্লিবহুবো"? রা অদু তাবদা অমোমদুনা "থঙঙব্রে, নচা নিংঙাই-জাউশিং অসি থঙবা ঙমজদ্রে, শনগী শদুম পি মফত্তে, শজি শদুম পি মফত্তে, হৌজিকপু কৈ চগেএ।" অস্‌মা হায়রক্লবদা লমহুই হনুবদুনা অমুক হন্না হায়বপোইএ। "ঐনা ঙরাং ফারকপা কৈ অদু পিজৌদনা" অস্‌ম হায়রবদা 'হা ঙরাংগী চজিক্তি চানিঙদে, ঙসিগী ঙগৎ-ঙগৎ তেক-পদুতা চাগে হায়রিবনি থাঙবা ঙমজপোৎ নদ্রে।' অস্‌মা হায়রবদা "ঙাইখো অদুদি আদা কৈ অমা লাকপা উরে মাসি কাক্লথগে।" অস্‌মা হায়নবা রাক্‌ম অদু তাবদ কৈ অদু পুমঙক ঙকলেদো।

ঐগী ইকোন্দা কনাঙম্না অচৌবা ঐখোয়বু চাবা, ফাবা ঙম্না, হাৎপা ঙম্না শা লৈরমাল্লে থল্লহনা কৈদুনা চিংলকপা শাজ অদু হন্দোক্লম্লগা অশোঙবা মোংশোং অমগী মরক্তা চোংশিন্দুনা চেনখ্রে। কৈনা চেনখ্রব-দুদদি লমহুই হনুবা অদুনা উদগী প্রেপ-প্রেপ কুম্নতুনা কৈনা হন্দোক্লম্না শজি অদু চিংশিল্লগা মতৈ মনাও মাখোয়না মপুক থম্না চাদুনা কৈ মকোন্দা লুংঙাইনা লৈখিবোইরে।

১৩

# হন্নুবা হন্নুবী পান থাবা

থায়না মমাংঙৈদা হন্নুবী অমগা হন্নুবা অমগা মাখোয় অনীখক্তা য়াম্না হুংঙাইনা প্লান্নখোইএ। মাখোয় অনীদো মচাগকা অমক্তা পে ক্রমদে। নোংমা মাখোয় অনীনা অচা-পান থারিঙৈদা য়োংময়াম অমা লাকপোইরে। য়োংশিং অদুনা পান অদু হাউনা চানিঙলদুনা মাখোয় মশেল বা তাম্নরগা হন্নুবী হন্নুবা অনীগী মনাক্তা চঙলক্লেদো। মাখোয়গী মরক্তগী থন্না হৈ-শিংবা য়োং অমনা মাঙজিল থারদুনা হন্নুবদা হায়খোইরে "ইপু! কন্নি তৌরিবনো?" য়োংনাউশিং অদুগী ব্রা তাবদা হন্নুবনা হায়খোইরে। "ইশূশা! পান থারিবনি" অস্নুম্না থুম্নকপা তাবদা থন্না হৈ শিংবা য়োং অদুনা "অদুদি ইপু! পান মথা অদু ওন্নরে, মীনা থাংদি পান অদু কজনা ফুংলগ লা-মচেং অমমন্না য়োমদুনা কাঙথুল নাইনা নাইনা থাই। অদুম তৌরবদি নোংঙাল্লকপদা মপাম্বী অমমম্না লেপ-লেপমুক বাংলমগনি অদুগা পান্দোং অমমমগী মকা অমনস্নু ইপুগা ইবেনগা অনীনা চাবা ঙম্মোই হায়রবে ইরে। হন্নুবা অদুনা "হা ইশূশা! অদুনা ফগদরা? নাহা নখে য়গী লোশিংদি ইপুখোয়দি থঙ জ্র। অদুবু মাদুনা ফগদবা লৈরবদ য়েংবা থোক্লেদনা কার হায়বগে হন্নুবী?' হন্নুবীনা হে য় হোয় ইশূশিংগী পাউতাক য়েংবা হায়হনি" হায়দুনা য়ানরেদো। হন্নুবনা ৺ দুদি খালোংদো মৈথক্তা থাজংলুরো! থুনমক মুন্নবা মৈথৌ কয়া থাদুনা ফুংলুম্মো হায়র-বোকরে। হন্নুবগী ব্রা তাবদা হন্নুবীস্নু মথাং ইকেল হেক কোম্লদুনা পানশিং অদু মুম্না ফুংলেদো। অদুগা চা-না ময়োম ময়োম শেন্নদুনা কাঙ-থুল নাইনা থারেদো। অস্নুম্না হন্নুবী হন্নুবা অনীনা পান অদু ফুংলিঙৈদা য়োংনাউশিং অদু শোয়ক্লেদনা হায়না মপুক্তা থম্নদুনা "অদুদি ইপু! ঐখোয় চংলগে' হায়দুনা চংখরেদে' অহিং ওইরক্লে, য়োং ময়াম অদু অমুক হৌনদুনা হন্নুবা হন্নুবী অনীগী পান থাকমদা চারেদো। মাখোয়

ময়াম চঙগুনা কাঙখূলদা থম্লিবা পান ময়োমশিং অদু অমমম মহৈ-মহৈ লে থোক্লগুনা লোইনা চাথোক্লে অদুগা খোংবান্দা হৌবা লম্বান মকা অর বা পাম্বী ময়াম যোয়রুরগা মাখোয়না হন্দোকখিবা কাঙখূলশিংদা তমুক থাজিনবিরেদো। হেক লোইবগা য়াং ময়াম অদু মহৈ-মহৈ মাখোয়গী লৈফম তান্না চংগ্রবোইএ।

নোংঙাল্লেদো, হনুবা হনুবী অনীমক থোক্লকুক্লা ঙরাং থারম্বা পান, য়োংশিংনা তাক্লম্বদুবু অ ওইবমক পানশিংদুবু রাংনা হৌরম্লগদবা য়েংনিঙগুনা হোবে-হোবে থোক্লরেদো। পান থাকমদা লম্বানশিং অদুনা মকা চাউনা রাংন-রাংনা য়ুংদুনা লৈরম্বদু উবদা হনুবনা ঙরাং ইশূশিংনা হায়রম্বদুদি চুম্মিদনা। কয়াদা রাং চাউনা ফজনা হৌগ্রবনোসে। হাই হনুবী! মতুংদিনে পান মথা অশি অস্নুম্না হেক-হেক থারসিকো হায়রেদো। অদুগা ঙাইখো! মকা অনীদং হেক্লকে। মকা অমনা লাইদা কৎসি, মকা অমনা ঐখোয় অনী থোংদুনা চাসি হায়দুনা পান মকা অনী হেক্লে। অদুগা হনুবীদা পিরেদো।

হনুবীনা মাদু লৌরগা থুনমক য়ুমদা হল্লক্লগা ইরুজথেক্লে। হোবে-হোবে লৌদুনা মকা অমন লাইদা কৎলুরে। হল্লক্লগা মকা অমত্ত তনশোই হেক শোইরদুনা হাউনা চাগদৌরিবনি হায়দুনা থোংলবোইএ। চাক থোংবা লোইরদুনা হনুবীনা হনুবা! চাক লোইরে ইরুজরুরো হায়রেদো। হনুবসু অহাউব পান মকা থোংবদু চাগদৌরবনি থন্দুনা থুনমক ইরুজরে। থুরমজগদৌবা লাই থুরুম্লগা চাকথুমদা চঙলক্লেদো। চাক অদু য়েংশাংগা লোয়্ননা মালেমদা থরা কৎলগা ঈশিং লৌরদুনা বিঙথিনা থোজ্রাই তানা কম্লেদো অদুগা অহানবমক্তদা অথোংবা পান অদু অমুক্তং চ নিঙবা অমা য়াওনা থূংনা কোৎপা চথোম অমতং ফুৎ লাউনা হেক চিংথৎলেদো। হনুবদু রা ঙাঙবা থোকখিদরে। পিং হেক লাউবগা লোয়্ননা মতিল ওরো ওরো তারগা হনুবী হেত্তাক! হনুহী হেত্তাক! হায়দুনা কৌরক্লেদো। হনুবী অদুনা তৌফম থঙজদুনা করি তৌরবগে হনুবা? হায়না ইতপ-তপ্পা

হংবোইরে। হন্নুবীনা হংবা অহুম্বী পাউথুম মপা চানা পিবা ওমজ্রবোইএ। অমুক হন্না "হন্নুবী! হায়না কৌরম্লগা লৈবাক্তা হাইথহুনা ফ্রং-ফ্রং ওল্লেদো। মহু উবদা হন্নুবীনা শগাইদগী হেন্তাক অহু থরদং লৌথরগা মৈদা ফু-ফু হেক কাম্লগা হন্নুবদা পিজরে। মাহুদা হন্নুবা অহু লেঙবা থরদি ফরেদো।

হন্নুবা অহু শাউনিংবনা লুত্তোল কারবোইরে। য়োং লরাইমচা, খঙগনিদো হন্দক্তি! চগদবগী মচাশিং! "হায় হন্নুবী! ঐ শিজিন্নহুনা লৈরগে, নঙদি ঐ শিরে হায়হুনা পঙকপ্ত কপশিন্নরো। য়োংনাউ চগদবগী মচাশিং অহু লাক্লগা ঐবু থাংদোকহল্লু! মহুদা মাখোয় অহু লোইনা মকোক য়ৈথায়হুনা মথরাই লৌগে" হায়খিবোইএ।

অস্তুম্না হন্নুবা হনুবী অনীদো রা তাম্নরগা হন্নুবনা শিজিন্নহুনা লৈরে অহুগা হন্নুবীনা তেংথাহুনা কপথংলক্লেদো। হন্নুবীনা হৌনা লাউনা কপ্পা খোজেল তাবদা য়োংশিং অহু তারে। য়ো-ম্বা য়ো-ম্বা তৌহুনা লাক্লে। য়োংশিং লাকপা উবদা হন্নুবীনা "হা হন্নুবা! নঙবু পাম্মুইদকো ঐনা,

পান চাহুনা শিখিবা
মাইরেন চাহুনা হল্লকও! ও-ও-ও!"

অস্তুম্না তেংথাহুনা পঙকপ্ত কপ্পবদা য়োংশিংহুনা ইবেল করি তৌরবগে? হন্নুবীনা "ইশূশা! নপু লৈত্রে"। য়োংনাউশিং অহুন্নু হন্নুবা শিরে হায়বা রাহু তাবদা "হা ইপু! হুংশিদকো নঙবু। করম্বা লাই মীনম চাবগী থৌরাংনো ওম্বোকইদকো!' অস্তুম হ'য়রহুনা মাখোয়স্থু কপশিন্নরবোইএ। হন্নুবী অহুনা "ইশূশা! নখোয় লাকপা য়াম্না ফরে—ইবেনগীদি কনাস্থু লৈজদেদো। নপুসে শিরবনিনা কাম্নত্রে রালোং অচৌবসিগী মনুংদা অমুক্তা হাপ্পিয়ু অহুগা নবেল ঐস্থু হন্না য়েংবদা কনা লৈজদবনিনা হিংহুনা ক'ম্নদরে, নপুগী মতুং ইনগ্রগে। ঐখোয় অনীবু তোর্বান তাম্না পু রগা অমুক্তা ফুম্বিনমউ।' য়োংনাউশিং অহুনা হন্নুবীন হায়জবা অহুগী মতুং ইন্না রালোং মনুংদা হন্নুবা অহু হাপচিন্নেদো অহুগা হন্নুবী অহুস্থু

হনুবগী মতুং ইন্নগদৌবনি হায়তুনা রালোং মনূংদা চঙখ্রেদো। য়োংনাউ ময়াম অতুনা রালোং অতু পম্ব-য়াও থাংবা-য়াও তৌতুনা তোর্ব্বান ওন্না পুরকপোইরে।

লম্বিদা হনুবা অক্ত অরেঙবা পান খজিক্তং চারুবদগী মপূক মুংঙাইত্রমাল্লেদো। মুংশিং থাইনিংলতুনা রালোং মনূংদা তুমিন্না "হনুবী! মোই খিত্তা থোক্কে।" হনুবীনা "থোকউ-থোকউ!" অস্মুম্না হায়নরতুনা হনুবনা "ভউ" লাউনা তুমিন্না চপ্তুনা থোকলেদো। হনুবীসু "হনুবা! ঐসু খিত্তা থোক্কে" হনুবনা "থোকউ-থোকউ" হায়রবদা হনুবীনা চপশিন্না থোকপদা "বুরু শুরু লফোই লফাং" হায়না থোক্লবোইদো। খরা চংলক্লগা হনুবনা অমুকসু 'হনুবী! মোইসে খিক্তগা থোকখিগে' হায়বোইএ। হনুবীনা "থোকউ-থোকউ" হায়তুনা তুমিন্না ঙাঙনরতুনা থোক্কে তৌবদা য়ান্না চপশিন-খোইজিন্ন হোৎনববু য়াত্রবোইরে "বোঙ" লাউনা হেক থোকখিবদা রালোং অতু রা হেক লাউনা চিংথাইরকপগা লোয়ননা য়োংনাউশিং অওসু খংতুনা খংথা হেক থাদরবোইরে। হনুবা হনুবী অনীতুনা "য়োংনাউশিং চগদবগী মচা! ওইদবা মীনম্বা ঙাঙশিং ওসি থাঙউদো" হায়তুনা ফুগদবগী কোয়তাল হেক তান্নরবোইরে। য়োংনাউশিং অতুনা নিংশা থীবগা লোয়ননা হনুবসিদি শিশিন্নবা ওইরক্লেদনা হায়তুনা মমৈ থাঙতুনা চেন্নবদা তুশিন্দুনা মমিৎ মমায় কায়বা য়াও, মখোঙ ভেকপা য়াও, কয়া অমা ওইতুনা য়ান্না রানবোইরে। মতম অসিদা হনুবা হনুবী অনীনা রালোং মনূদা থোকখিবা মোইগী মথোলনা হৌমনখিবনা কোন্নুংদা পুন্দুনা থম্বা নিংথৌগী শামু য়াইশা অতুসু খংতুনা থৌরী থদংলগা কৈথেললোমদা চেনখিরবোইরে। শামু অঙাওবা অতু উবদা কৈথেলগী মুপী অঙাং পুন্নমক কায়তুনা কোয়চেল হেক চেন্নরেদো। খোঙফম অসিদগী লৈবাক্লা "মোই পোং-থোক শামু থৌরী পং-তং কৈথেল রা কায়" হায়বা খোন্থোক অসি থোকখি হায়দো।

---

# লাইথিগী বারী

থায়না মমাংঙৈদা সুপী অমগা নিপা অমগা মতৈ-মনাউ মাথোয় অনী য়ুম্নানবদা মচানুপী অমত্তং ফংজরদুনা মথন্নাই মুংঙাইনা পাঙবোইরে। মচানুপী অদুবু তাঙনা ফংজরবী তম্ফাগুম্বীনি হায়দুনা তম্ফালেমা কৌবোইরে। সুপীমচা অসিনা লৈকাইগী য়ুম্লোম্নবা মমাম্নবীশিংগা শান্নবদা লাইথি অমা হেক উরেদো। মতম অদুদি মহাক চহি ৩ লোমগকাতা ঙায়ন্নিবা অঙাং ওইরিঙৈগী মানি। অদুনা মমাদা নোংমদি "ইমা! ঐগীসু লাইথি লৈয়ু" হায়না তক্করেদো। মচানুপীগী বা তাবদা মমানা হায়বোইএ—"ইবেম্মা! লাইথি শান্নবনা করি কান্নগদগে অদুগী শক্লকপুদি ঙম্মোক লৈদুনা চাবনা হেন্না ফৈদা" হায়দুনা থেম্বোইরে।

মমানা থেম্বদু অঙাং অসিনা শুকন্না হেক য়াত্ত্রেদো। নিংঙাইদা পঙতৌদ-তৌরবোইএ। অদুফাওবা মমা-নদি ইরৈ লৈবিত্রে অদুদা সুপী-মচা অসিনা শাউরদুনা চাক-ফাও চাউ হায়বা য়াশিল্লক্করেদো। মচাগী নিংঙাইদা থাওবা ঙয়ক্কদুনা মমা অদুনা কৈথেল্দা তন্‌কা হেক কারদুনা লাইথি অমা লৈরুরবোইরে অদুগা নিংঙাই তৌন্নিবী মচাদা হেক পীবদা হন্নাউজবনা ঙমথে লৈত্রেদো। অদুগীসু মথক্তা চাও-থকউ য়ারমদবা পুন্নমক য়ারদুনা মথন্নাই রারম্নবী মমা-মপাসু মুংঙাইজরবোইরে। সুপীমচা তম্ফালেমনা মমানা লৈবিরকপা লাইথি অদু য়াম্না নুনা তৌজবোইরে। তুম্লে কোন্দুনা তুমইদো, চারে মাগী শক্লক তম্মিদো। করিগুম্বা অমত্তং মাগী শক্লক্কি হায়না ফংবা অদু মাগী লাইথি অদুগী শক্লক তমদনা তোক্ক-বোইরে। লাইথি অদুদা কৎল-কৎলগা চাবা থকপা তৌজবোইরে। অম্মুম্না তম্ফালেমনা লোয়নরকপা অসি লৈশাবী মপুং ফারবা ফাওবা অম্মুম্না নোংম্না কাদনা লৈরক্লেদো। মামা নিঙজবা লাইথিদুবু শুকথ-থাদোক্লনা মেল্লক্রবোইরে।

মীওইবগী ইনথংলবপা মতম য়ৌরবদা তম্ফালৈমম্ভু মতম ওইরক্লবুনা মপুং ফারকপগী হৌনবা মতম অসিদা মী পুন্নমক্কী থম্মোই হূনবগী মশক ওইনা ফজবা শীংদা চন্নবোইরে। অদুনা মমৌঙ্গায়বা লাকপা কাঙবুশিংগী মযুক্তুগী চুং-যিয়াল চাগদবা মচানুপীবু লুনা তৌগদবা মীওই য়েংদুনা মমা মপা অনীনা মতিক লৈবা নিপা অমদা লুহোংবগী য় লেপ্পরেদো। নোংম-নোংমগী অসুম হৌজিনখিদুনা লুহোংবা যুমিং নক্লক্লে। মতম অদুদা তম্ফালৈমনা মাগী লাইখিদুবু করম খাইনরমগদগে থনবদা অরাবা অমা ওইরবোইরে। নিংঙোল ওইবীগী হৌনবী মতুংইন্না মীগী য়ুমদা লৈরুবা তারেকো অদুবু ঐগী লাইখিদি করম তৌহৌবা হায়বসিদা য়াজংমা হ য় নিংঙাই লৈব্রবোইএ। মহাক্না অসুম্না য়ানা লেপ্লবা অদুদা নোংমগী অহিং অমগী মঙলান্দা লাইখি অদুনা "তম্ফা! নঙ, ঐগীদমক য়াম্না য়ারে অদুবু ঐঙোন্দা নঙনা নিঙলিবা, খল্লিবা, তৌরিবা থৌদোশিং অসিগীদমক ঐনা নঙোন্দা পাংগদবদি নহাক পীক্রবা থরায় পানবা ককচে-থোয়া অমদি উচেক-য়ায়াশিংনা ঙাঙনবা পুম্বগী মরোল পুন্নমক খঙবা ঙম্বী অমা ওইজরে। অদুগা নঙনা নমুম পানবদা ঐদি য়াওবা য়াদবনিনা ঐবু লক্ষু মখোঙদা কুম্নমউকো" অসুম তাক্লম্মোইরে। মঙ অদু মঙ-ফাওনরে, মিকপ থোক্ল-দুনা তম্ফালৈমনা ইস্ হাম্মরিবা অসিবু অচুম্বমক ওইব্রিগদরা"? অসুম খল্লদুনা মাগী লাইখি অদু লক্ষু মখোঙ তাম্না পুরদুনা 'ঐগা নঙগা কায়নবা তারে! নঙ য়াঃরোগসু! নঙনা হায়বা মতুংইন্না ঐনসু তৌরিবনি'' হায়দুনা মমিত্তা মপি তানা-তান' কুমলুরেদো।

নোংমা অদুম্না অসুম হৌব্রগা নোংঙাল্লগদি লুহোংবা যুমিং থোক্লেদো। লুহোংবগী থৌরাং হৌনবী পুন্নমক লোইরদুনা নিপা মমুমদা তম্ফালৈমা খনবিব্রে। মৌ-অনৌবী লাকপগী হৌনবী মনেম-মকু অমদি মপুরোইবগী তৌবা হৌনবা খবক থৌরম অদুগা ইমুং মাঙোল শিং-শেংবা লোইরদুনা যুমিং খুদিংগী যুমিত্তা লৈ-শু ঈশিং কচ্চরগা চান-থরবগী থৌরাং অমুক মতৌবা অনিনচিংবা করিমত্তা চিখবা লৈতনা লেপ্লকপোইএ। মমক

মরক্তা অপিকপা ককচেং খোয়াশিনো উঅবদা ঙাওনবা, উচেক-রায়াশা খোংছুনা অমগা অমগা ঙাওনবা রাশিং অহু মূমা-মুমা তারছনা নোকখি নোকমিন্থ হেক হেক তৌবোইএ। অছুপা খল্লকই "ঐগী লাইথিনা মঙ-লান্দা হায়রম্বা অহু শোয়দরেদনা ' অছুন্না থল্লিঙৈদা চাক থোংবা লোইরছুন্না ময়াম চাক-স্নেনশাং চাবা হৌনবা লোইখয়ে। মতুংদা মানা চাক চাতুনা লেম্বিঙৈদা ককচেং অমনা চাক মরু মচেৎ অম্না চেন্দুনা মকোন ছাম্না পু নবা হোৎনবোইরে। চাক অছুনা লৈথাক্তা নপশিন্দুনা লৈথিবনা ককচেং অছুম্না চেনবা ঙমত্রছুনা প্রেপ-প্রেপ চৎপ্রপা মমাম্নবা ককচেং অমদা ঐথোয়গী অচৌবা চিঙ্গাক অমা লৈহৌরে. ইতোম্মতা পুবা ঙমত্রে পুমিন্নক্লাদ হায়না হৌরুবগী রাকম অহু মহাক খঙলেদো। মাহু উবদা লোকফেং-লোকফেং তৌরবোইরে। তম্ফালৈমগী মংৌ অসিদা মনেম অছুনা "ঐথোয়গী ইমৌ-ঙুপী অসিবু কবিনো হুমিৎচুম্না ককচেং-খোয়া, তিল-ঙাঙশিং উয়গা পাঙ-নোক্তা নোকপসিবু ছোনো হায়বহু চুরবগা" খল্লবোইরে। অম্পুম্না ৫ নি ১০ নি তৌশিল্লক্লবহুদা মনেম অসিনা তম্ফালৈমাবু নোংম-নোংমগী অস্থুম অস্থুম চিংনরক্লেদো।

নোংমদি তম্ফালৈমম্থ অয়ুক্কী থবক-ইনথাং লোইনরকপা মতম অছু-রাইদা কাক অমা মথৌ পোত্তলছুনা মশা নোয়না নোয়না মঙক নেরছুনা মমাঙগী উপাল অমগী উশাদা তোংলছুনা খোংবাইএ মরোন্দি "তাউ! তাউ! তম্ফা! তুরেন্দা মী অশিবা তাউরক্লে। মথূত্তা য়ুবী খুদোপ্ রাইগুইবা য় ওবনি লৌরু-লৌরু' অম্পুম্না খোংবহু মানা হাবছুনা পুন তম্না তাপ পায়রগা ঈশিং শোক্কপা ওইনা তুরেল তাম্না প্রেপ প্রেপ চৎপ্লেদো। কাকী পাউতাক শোয়দে। তুরেন্দা মী অশিবহু তাউরক্লে, থুনা রাঙনা লৈরায়দা কুমথরক্লপা মী অশিবহু চিংশিল্লেদে. অছুগা কোয়ম্নেং য়েংবদা মথূত্তা য়ুবী খুদোপ রাওরম্লবোইরে। মহাক্না মাহু কয়া শংপা লাক্লবু অশি-কহুগী মথূং অছুনদি পোমথৎলম্বা মরক্না থুনা হেক শংপা রাক্লবোইরে মহু শংলবা হোৎববু হেক শংপা রাদছুনা লৈরিঙৈদা মনে মহুনা মঙৌ অজিবু

ঈশিং শোকপা চৎপহ্ কুইমল্লি, করি তৌরবনো হায়দুনা য়েংলুগে লাকপদা মানা তৌরিবহ্ লাপ্পা হেক উরবোইরে। মমৌ অসিনা মী অশিবা চিং-শিল্লিবা অহ্ চাগদবুগী তৌরিবোই নিঙলুরেদো। প্রপ প্রপ চেনখিদুনা মকুবোক অহুগী মফমদা 'তারিবরা নিপা? মীগী মমাঙদা ঈকাইজরে, মী অনী গুনা খঙহনব-তাহনবা য়াবা নত্তে, নমৌনুপী অহ্ মী অশিবা চাৱনা লৈহৌরে। ঐনা মমাং থাদা হায়বহুনি, ছোনো চুবী মুপীনি, মাসি মপামদা থাবিগ্রসি হায়বহুনি কান্নররেই ইচা মাঙবা তারে হন্দকী খোঙ-কম অসিদা খাইনহলহৌদবা য়াদরে হায়দুনা কোক হেক হায়রবোইরে।

রা অসি তাবদা ইমুংগী অহল অহুসু মতম থরগী মমাংদগী হৌনা চিংনরকপগা মপা চানরদুনা তুরেল মপাল তান্না চেল্লকুনা য়েংলবোইরে। মতম অহুফাওবা তম্ফাদি খুদোপ অহ্ লৌথোকপা হেক মাত্রদুনা য়াননবা কন্না হোৎনরম্বগী মতম হেক থোক্লম্রে অদুদা মকুবোক অহুনসু মমেমগী পাউ অসিদি চুম্লেদনা হায়না মপুক্তা কন্না থাজরেদো।

তমফানা ফনা কন্না হোৎনরবসু খুদোপ অহ্ লৌথোকপা য়াদহুনা লৈরম্বদগী মমৈদা উচিন-নাচিন্না য়াররকুনা ফিজিল কন্না পুল্লগা ঈশিং পুল অহ্ ঈশিং পীক থন্না শোক্লগা ময়ুমদা প্রপ-প্রপ হেক কাররবোইরে। ময়ুম হেক য়ৌবদা মনেম্রে মকুনে, মপুরোইবনে মাখোয় অহুম চঙহুনা তম্ফাসি ঙাওরবনি হায়দুনা থৌরীনা মথুৎ-মশা পুল্লেদো। অহুদগী নিংথৌগী নাক তান্না পুররকুনা "ননাই মুপী অসি ঙাওরে, থম্বা য়াবা মফমদা থম্বিয়ু' হায়দুনা খুরুমহুনা কৎলুরেদো।

মতৌ অহ্ উবদা নিংথৌনা তম্ফালৈমগী চঙখোনবা মতৌ মী পুম্নমক্তা মুংশিবা মতৌ উৎচবা অহুগা লাঞ্জদবী অমগী মওং ওইনা উরবদা মতালোই ওইনা লৌশিল্লেদো। অহুগা নিপা অহুগীনা খুদক্তা লৈশাবী অমা লুহোং-বিরগা মমা মপাগা মমৌগা মাখোয় ৪ লোক্তনহুনা নিপাহুগী ময়ুমদা হুরাউ-হুরাউ চৎপ্রেদে।

মুমিৎ ৩ নিগী মতুংদা নিংথৌগী শঙ্গায় মমাঙদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমদা কাক অমা চিংথৈ পাংবদগী পাইরক্লগা কাক! কাক! কাক! হায়না

অহমলক থোংলবোইএ। মহ্ৎ ভাবদা তম্ফালৈমনা নিংথৌদা "ইনিংথৌ ! ক্যাক অসিনা তোংশিবা হৈনৌ পাম্বী অসিগী মথোঙদা লৈবাক মনুংদা মনি মতুম অমা লৈরে হায়রি, ইনিংথৌদি মানা থোংলিবা অসিগী মরোল খঙবিরমলোই। হৌজিক লৈবাক অসি তৌথোক্তুনা য়েংবিয়ু শোয়দনা লৈরমগনি।" হায়না হঙংপোইএ।

রাত্ ভাবদা নিংথৌনা ঐগী লৈমখুবী অসিনা হায়রিবসিবু অচুম্বা মওইরমগদরা য়েংবা থোক্নে খন্দুনা মনাইশিং কৌরগা হৈনৌ মখাহ্ তৌথোক্তুনা য়েংলেদো। ইরু লুদনা খুহ্ৎপ ২ রে'ম তৌরবা মতমদা মনি মতুম তাবা অমা ইরং-লংনা লৈরম্বহ্ ফংলবোইরে। মতৌ অম্বুম্বা করিগুম্বা মওং অমবু থাজবগা লোয়ননা অচেৎপা রাখল তৌবদগী কান্নবা কয়া ফংখিবগী রারী অহ্ লাইখিবু নিঙজবদগী তম্ফালৈমম্ অপিকপা থরায় পানশিংবদগী অমদি ইরোল তিন্নজবা কয়াগী মরোল খঙহ্ৎনা কান্নবা কয়া ফংখিবগী রারী লৈদো।

---

## ১৫

# হিংচাবী

খায়না মমা হৈদা লুপ্রাবী অমা লৈরম্বোইরে। লুপ্রাবী অহ্গী মচানিপা অঙাং ওইরিবা অমত্তুংগা মাখোয় অনীতমক লৈরম্মি। লুপ্রাবীহ্ৎনা পিক্লিবা মচানিপা অহ্বু চাউননবা ললোন-ইতিক তৌহ্ৎনা রানা মপূক থাক্লবপোইরে। অম্বুম্বা মতম থবা লৈরগা অঙাং অহ্ শঙ্গেল-শনডাক ওয়রক্লে। মমানা মাবু চাউনমবা য়োক-থাক্লকপা অহ্দা মমানা রাথহ্ উংঙা অঙাংসিনা রামা মথরাই শুংঙাইরুদরবোইএ। করিগুম্বা থবক অমা তৌহ্ৎনা মমাগী মতেং থুরদং পাংবা ওয়রবদি ফগদ্দিকে। খঙ্গবোইরে।

লোয়মদি লুখ্রাবীমচা অহুনা তল য়োল্লগা মমাগী মখোং পাংশিন্না খল-লহুনা মমানা 'ইমা ! ঐ তল য়োনবা চৎলুগে হায়রোইরে। মমানদি মচা খুহুবু পিক্ত-পিক্লিবা অঙাংগুম খন্দুনা "ইবুংঙো ! অঙাং ওইরি ঙাইখো" হায়রহুনা য়ু রমদবোইএ। লুখ্রাবীমচা অহুনা মুমিৎ থুনিংগী তত্তনা অস্থুম হায়জিল্লরুবহুদা মমাহুনদি মপূক্লিংনা চৎহননিংত্রবস্থ মচিন্দদি "হোয় হোয়" হায়হুনা খংহায় হায়দোকলুরেদো।

লুখ্রাবীমচা অহুনা ইমানা য়াবিরে মুংঙাইরেদা খল্লহুনা তল য়োম্লবা থৌরাং তৌজরে। মমাদা "ইমা ! ঙসি ঐনা তল অসি য়োনবদা পোৎশিং-চৈশিং য়াম্না ফহুনা শেল-থুম য়ু ম্না ফংজরক্কে" হায় না মমাবু খুরুমলম্লগা থোকল্লেদো। মমানদি মচাবু অঙাং ওইবনিনা মাগা চৎপহু মপূক্তদি ইয়া-য়ানিঙলমদে অহুমকপু মচাহুনা চৎত্রবনিনা ইঙক-ঙক্লা তিঙক মাই-ঙক্লহুনা অহুম লৈহৌবোইরে।

লুখ্রাবীমচা অহুনা তল য়োল্লুনি হায়হুনদি থোক্ল ক্ল। অহুবু মফম কদায়দা চৎলগা য়োনগদগে মহাক শুকথঙ থঙলমদে। অস্থুম্না অস্থুম লাকপনা মহাক লৌবুক লম্মাং অমা য়োম্লম্মী মাহুস্থু লাখোক্লে অহুবু তল য়োনফম খঙত্রহুনা লম্বী ময়াদা হৌবা থোংনাং অমদা কাখৎলেদো। অহুগা তল য়োল্লিবনি হায়হুনা কারোং অমদা ফমহুনা লৈবোইএ। মতম অহুদা হিংচাবীনা শাইওন তৌবী হুমুবী অমা হেক লাক্লেদো। নিপামচা অহু উবদা চানিঙবনা মশিল হেক চোয়রোইরে। মনাক্তা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লক্লনা য়েংবদা অঙাং অহুনা তল থবা থোংনাং কারোংদা থম্বা অহু উহুনা হায়বোইএ।

ইকুংঙো !' তল অহুবু য়োল্লিবরা নত্রগা নঙগী চানবা থম্মলিবরা ?" হায়না হ বদা অঙাংহুনা "ঐগী তল অসিদি য়োল্লিবনি" হায়না খুম্মোইরে। য়াহু তাবদা হিংচাবী অহুনা "অহুদি পৈশা অমত্তংগী পিরকপা য়াগদরা" হায়রবদা অঙাং অহুনা 'য়াগনি ! য়াগনি !" হায়না খুম্মোইরে। হুমুবী হিংচাবী অহুনা "করে নঙগী তলস্থু পিরক্লো ঐগী পৈশাস্থু লৌরো" হায়রহুনা

খুংকা-খুংকা হুকথেংননা শিন্ননবা হায়বোইরে। অঙাং অদুসু তল পিগে হায়দুনা মখুৎ অদু মথাদা লামথরকপদা হিংচাবী অদুনা অঙাং অদুগী মখুৎ লাকুনা চিংংরেদো অদুগা মাগী হান্নগী হিংচাবীগী শককম অদু ওঁঙোক্লগা অঙাং অদু চেন্দুনা পুখ্রেদো।

হিংচাবীদু ময়ুম য়োরে, অঙাং অদুনা ক্রং-ক্রং চোংদুনা কপ্‌-লাউবদু মুন্না য়েংলগা অমদি অঙাং অদুগী মশক মতৌ নিঙথিবা মপোপ মতাং ফবা পুপ-পুপ ল উবা মতৌ উবদা ওসিদি মাসি চাররোই হয়েং মতুংদা ঐগী চন্না ৱাংলকপদা মেন্নগে হায়দুনা চাবিদ্রবোইরে। হিংচাবী অদুগী ময়ুংদা মশূন্নিপা অমসু হান্না লৈবোইএ। মহাক্কা কুচু মান্নবা, চাউবা শাংবা মান্ন-বন্না অদুদা ইশূ অসিগা নখোয় অনীতুম লৈমিংহল্লগে খল্লদুনা মনাক্কা পুশিল্লগা মখোয় অনী নতাউ শান্নৌ" হু য়দুনা থমথরেদো।

লুপ্রাবী মচা অসিনা অসুম্না হিংচাবীগী য়ুমদা ৫ নি ১০ নি লৈবক-লবদা মমা লুপ্রাবী অদুনদি করম্নো ঐগী ইচাহুবু মকম কদায়দা লৈরিগবা ? ওসি ৫ নি ১০ নি শুজিল্লক্নে, নোংমত্তুসু মপাল থোকচবা নত্তে, চঙফম খঙদত্তুনা ককঙাওনবদগী অহোপ্পা মথমদা চৎপ্রংবা নক্রগা কনাগুম্বনা ছাত্তোকপিরম্নগদ্রা খঙরবোইরে। অদুনা লৈফম-চ যম খঙক্ষুদুনা মমিঙা পিবাং শিস্থনা মচা থিবা কোয়চৎ চৎগ্রেদো। মচানি হিংচাবীগী মনাক্কা লৈখিদুনা নাম্ভোকপা ইথা য়াদ্রবোইরে। মতৌ করম তৌরগা হিংচাবী অসিগী মখুত্তুগী নাম্ভোকপা য়াগদগে হান্নবগী মিকুপ নাহুম য়েংবদা শরুক শিবা মতম ফংদত্তুনা ৱানা মতম লোল্লেদো।

নোংমদি হিংচাবী অদুনা উমং ৱামং লৈরক থুল্লক চদুনা থুঙং কন্না চঙদুনা মচিঙাক থিবা চৎপদা মানা চাবা য়াবা করিঙন্বা অমত্তা ফ রক্কুবদা নিঙবা কায়রদুনা ময়ুমলোমদা হল্লক্‌.বাইরে। ময়ুম হেক য়োবগা লুপ্রাবী মচা অদুবু খংনিঙ হেক নিঙশিংলক্লেদো। "উম্‌ লহানগী অঙাং অদু ওসিগী চন্না ওইনরগে" খল্লদুনা লুপ্রাবী মচা অশেংবা অদুদা অশেংবা মশু অদু ওইরবোই নিঙদুনা হান্নবোইরে। "ইনংঙো! লহান ইবেম্না পুরকপা

নিপামচা নভাউ অদু ঙসিদি লৌবুক্তা পেরুক হেক্লুসি, কাউথুম তাল্লুসি, কোম্প্রেক হেকলুসি হায়রুনা পুথোক্লগা থাঙনা থিন্দুনা হাৎলমদবা য়াদে। মতুনা ঙসিগী ঐথোয়গী চরা ওইনরগদবনি নত্রবদি চরা হেনবা তারি মদু থোংলমউ'' হায়রবোইরে।

রা অসি তাবদা লুখ্রাবী মচা অদুনা কোকচাউবী ফুং হেক লাউনা কথিদুনা ঙহাক চম্মরুরগা মমৈথংদা ফরে মশূনিপা অশেংবা ওইরবোই নিংদুনা লৈরিবৈঙে অসিদা মশূনিপা অদুবু হাৎলুরগে খল্লেদো। অদুমকপু অশেংবা মশূ অদু শারদুনা "ইবেন! ইতাউবু চাবিগন্নুসিবা। মহাক লৈত্রবদি ঐসু শাম্মিন্ননবা মরুপ কনা লৈজদে" হায়বোইরে। রাদু তাবদা হুন্নবীনা ঐসু লহানমথৈ খাংলকপনি, অদুবু চরা রাৎলক্লবনিনা কমদি তৌনি? শোয়বা য়াদে ঐনা হায়রিবসিনি হায়রম্লগা হিংচাবী অদু পাইখরেদো।

লুখ্রাবী মচা অদুনা হিংচাবীগী রাফম অদু পাঙথোক্লবদি ঐ শোয়দনা শিবা তাই অদুনা মানা হায়রম্বদুমক তৌবা তারে খল্লদুনা মশূনিপা অশেংবদা ইতাউ পেরুক হেকলুসি, কাউথুমস্থু তাল্লুসিদো অদুগা কোম্প্রেকস্থু হেক-লকসি হায়রদুনা লৌবুক্তা পুথোকখ্রে। লৌবুক য়ৌরগা লুখ্রাবী মচা অদুনা, ইতাউ! নঙদি লম অসিদা হান্না লৈবনিনা মফম খঙবা হেল্লি। নঙ মাঙ থাউ লমজিংউ হায়বোইরে। হিংচাবীগী মশূ অদুস্থু হোয়-হোয় ইতাউ হায়রদুনা মাখোয় অনী ভুংথ–মাঙথা লাকমিন্নরেদো। খুদোং চাবা মতম ফংলদুনা লুখ্রাবী মচাদুনা হিংচাবীগী মশূ অদুবু ভুংলোমদগী থাঙনা থিন্দুনা হাৎলগা মাদু ময়ুমদা পুরক্লুনা প্রপ–প্রপ থোংবিরে।

ঙাইহাক লৈরগা হিংচাবী অদু লৈথা নোংখা খোন্দুনা শউম চাউনা পাইরক্লগা হায়বোইরে। "ইবুংঙো! ঐনা অসাই হায়রম্বা অদু লোই-রবরা?" লুখ্রাবী মচা অদুনা "ইবেন! লোইরে-লোইরে চঙবিরক্লে।" হায়রনা খুম্বোইরে। হিংচাবী অদুনা প্রপ-প্রপ চঙলক্লগা মশূ মবেন ফমদুনা চাবা হৌরেদো।

লুপ্রাবী মচা অতুদি হনুবীবু কিবদগী মাগী মমাঙদা মিকুপ নাহুম য়েংলগা য়াবংথৈ ভুংলোমদা হেক-হেক মরু ময়াঙ হুন্দোকপা শাহুনা হুন্দোক্লগা চাশিন্নৈ। অস্থুন্না চারিঙৈদা হনুবীনা থুবী অমা থেংনরহুনা হায়বোইএ। এঃ মাসিদি ইশূগী থুবী মানগ্রেদা! রা অতু তাবদা লুপ্রাবী মচা অতুনা "ইবেন! ঐগী থুবীদি অসিদা য়াওরিএ" হায়না হেক থুম-লেদো। ঙাইহাক অমুক লৈরগা খোঙবী অমা অমুক থেংনরহুনা হিংচাবী মহুনা "এঃ মাসিস্থু ইশূগী খোঙবী মানগ্রেদা!" হায়না হেক হাইবেইএ। রা অতু তাবদা "ইবেন! ঐগী খোঙবীস্থু সিদা লৈনে" অস্থুম হায়রহুনা খোঙবী অতু উৎলগা চাবা য়াবা চাহুনা মতম লেল্লকপা অতু ঙাহাক লৈরগদি চাবা-থকপা লোইরেদো।

অস্থুন্না মতম লেল্লকপা অসিদা লুপ্রাবী মচা অতুনা হিংচাবীতুগী মনাক্তগী লৈথোকপা ইয়া য়ারক্তরহুদা লুপ্রাবী মচাহুনা হায়বোইএ। 'ইবেল! ঐদি শগোল তোংবা অসি য়ান্না হৈনিঙই" হায়বোইএ। হিং-চাবীনা "ইশূনবু হৈনিঙলবদি মহুদি ইরায় চায়বা থবক্তি ইবেন্না পুবিরক্তনি রারুস্থু" হায়রম্নগা পাইগ্রেদো। ঙাইহাক লৈরগা মশা নোয়-নোয় হেক লাউবা ফজরবা শগোল কারু খোঙদাঙবা অমা পুবিরক্লে। অতুগা "সে-সে নঙনা তোংবা হৈনিঙই হায়বতু তোংবা তমজরে" হায়হুনা পিবোইরে। অতুগনে ইবেন রা হায়গে তাউ! "থায়নঙৈদা পুনা শী জন্নরম্বা শগোল শাবল অমস্থু শগাইদা লৈবনি, মাতু লোথরগা হাপ্তুনা হুংঙাইনা তোংবা তমজরে" হায়রদো। রা অতু তাবদা লুপ্রাবী মচাহুনা শগাইদগী শাবল মতু প্রেপ-প্রেপ লোথরগা শগোলদা তন্হাপ হেক হাপ্লহুনা খোরাং লোইজ-রবোইরে। মতু উবদা মবেন্না শগোল মথক্তা থাঙ্গৎপরেদো। মতুদা হরাউরহুনা শগোল অতু তোংবা হৈনবা কন্না হোৎনরহুনা নিঙথিনা তোংবা হৈরবোইরে।

মতৌ অস্থুন্না লুপ্রাবী মচা অসিনা হনুবীনা চানবিনবা হোৎনহুনা মতম চয়া থাঙলক্লবা মতুংদা হনুবীদা নাউথি শাশিন্নরহুনা হায়রবইএ "ইবেন! ইবেনবোক লৈরিঙৈ অসিদদি ঐবু কনানস্থু লাকচদ্রে ঙস্মোই। হন্নেং

ইবেমবোক্না শিগ্রবা মতুংদা ঐদি কনাগা করন্না লৈহোগদগে" হায়রুনা হেক কপশিন্নরেদো। মাতু তাবদা হিংচাবীহুনা হায়বোইএ—"হায় অপঙবা! করিগী কপ্লি? ইবেনদি শুকশি শীরোই। য়েংউ আ-শগাইদা লৈরিবা তুম্বা অসিনা কায়ত্রিমখৈ ইবেনগী কোক কায়ত্রি হায়বা খঙউ! লীরুং অসিনা তেক্ত্রিমখৈ ইবেনগী খ্বাং তেক্ত্রি হায়বা খঙউ! তুম্বা সিনা ইবেনগী কোকনিদো, লীরুং অসিনা খ্বাংনিদো অতুনা ইবেনদি শিরোই-করিমত্তা মাকুগনু" হায়তুনা লোইনা তাকথোক্লবোইরে। অসিদা নত্তনা "থায়না নপুনা লাইশিংগা লাল তৌনবদা নপুনা মুলংথৌবা লাইগী ইংথোলগা লৈরি অতুত্রুম য়েংলো-লাউ" হায়তুনা মখুং পায়রুনা পুবিরে। ইংথোল অতু হেক য়োবগা লুপ্রাবী মচা অতুনা নাপী অমা থৎলগা হংবোইরে। 'ইবেন! মসিবু করি মনা কৌবগে?" হন্নুবীনা "মতুদি নপুগা লাইশিংগা লান তৌনবদা লম্বী থৎনবা নাপীনি মতু হেক থাদবদা চীংজাউ ওইঁবা নাপীনি" হায়না তাক্লবোইএ। লুপ্রাবী মচাতুনা মতু তুমিন্না খাউ মনুংদা হাপ্লেদো। খরা চৎলগা মনা অমা অমুক থৎলগা হংবোইএ। অতুদসু হিংচাবী অতুনা "মতুনা মৈ চাকপা নাপিনি মতু হেক থাদরগা মৈ চাকুনা লম্বী থৎহৌবদগী লাইশিং অতু হেজিনবা ঙমদৎদা নপুনা লাল ঙমহৌরিবনি" হায়না তাক্লবোইরে। মতুসু লুপ্রাবী মচা অতুনা খাউদা লোম্না হাপ-চিল্লেদো।

খরা অমুক চৎলে, মনা অমা অমুক থৎলগা হংবদা "মতুনা তিনফা থোকপা নাপিনি" হায়না তাক্লবদা মতুসু হাপচিল্লে। খরা অমুক চৎলগা নাপি অতোপ্পা অমগা অমুক থৎলগা হংবদা "মতুনা কাকফৈ থোকপা নাপিনি" হায়না তাকপদগী মতুসু খাউদা হাপচিল্লেদো। খরা অমুক চৎ-লগা নাপি মকা অমা অমূক থৎলে। মতু হংবদা "মতুনা ঈশিং চাউবা মনানি" হায়না তাকপিরে। মতুসু খাউদা হাপচিল্লেদো।

অস্সুম্না লুপ্রাবী মচা অতুনা হিংচাবীনা লুনা তৌননবা হায়রুনা মতম কন্নামুক চঙনা হোৎনরবা তুংদা লোংমদি মানা খনখিবোইরে। হৌজিক্তি

শগোল তোংবসু থরা থরা হৈরক্লে। মাসি তোংলগা চেনখ্রগে থক্লেদো। অদুনা মানা পুগদবা পোং-চৈ থাউনচিংবা অদু নাকন্দা য়াল্লগা শগোল অদু শাবল হাপ্তুনা থুনা তোংখৎপা য়াবা মফমদা থম্লেদো। অদুগা হিংচাবী অদুনা মচিঙ্গাক থিবা চথোকখ্রিবৈঙদা শগাই কারগা তুম্বা অদুগা লীরুং অদুগা তাপ হেক পায়থকুনা থাউদা তুম্বা অদু হাপ্লেদো। অদুগা শগাইদগী প্রপ-প্রপ কুপ্লরুগা শগোল তোংদুনা চেনশ্লেদো। অঙাং অসিনা শগাই মথক্তা তুম্বা অদু হেক পায়বা মতমদা মচিঙ্গাক থিখিবী হিংচাবীদু মকোক হেক ঙাওরকপা অদুগা লীরুং অদু পায়খিবদা মথাং নাবা হৌরবোইরে। মদুনা হিংচাবীদু মপুক্তা চিংলরক্লদুনা ময়ুমলোমদা পাইরকপা মতমদদি অঙাং অদুনা শগোল তোংদুনা চেক্লিবদু লাপ্পা উরবোইরে। "ইবুংঙো! লঙবু কদায়দনো? ইহেন লাকএ, লাকও! লাকও!" হায়না কৌবদা থুনদনা শগোল অদু কল্লা হেন্না থৌখিবদুদা হিংচাবী অদুনা "হাই! অঙাং অসিদি ঐনা লহান পুরকপা, তল য়োল্লম্বা অদু ওইবা তারে, অশেংবা ইশু অদু নত্তবা তারেদনা।" ফাদবা য়াম্রে খন্দুনা ময়া লাওনা কাথোক-তুনা কন্না তান্নরক্লবোইরে।

লুখ্রাবী মচা অদুনা হিংচাবীনা তান্নরক্লে খঙলদুনা হন্না-হন্না য়েংনা-য়েংনা শগোল অদু শংজৈ কারল লাক্লা থাদুনা থৌজবোইরে। অদুবু হিংচাবীনা নকশিল্লকপনা অসুম হেল্লক্লবদুদা য়ারয়োই খঙলদুনা থাউ মনুংদগী চীংজাউ থোকপা নাপি অদু থাদরেদো। হিংচাবীদুগী মমাঙদা চাউরবা চীংজাউ অমা হেক থিল্লবদুদা হিংচাবীনা মাদু লাপ্থোকপা হোৎন-রিবৈঙদা ফনা শাংনা চেঞ্জহৌবা ঙমলেদো। হিংচাবীদুনা চীংজাউ অদু লাপ্থোক্লগা অমুক তান্নরকপনা মনাক নকশিল্লক্লবদা লুখ্রাবী মচাদুনা মৈ চাকপা নাপি অমুক থাদরম্লে। মদুদসু হিংচাবীগী মমাঙদা মৈজাউ অমা লুংশিং থোম্না চাক্লবা মৈনা ঙুং লাউনা চাকুনা হিংচাবীগী লম্বী থকুনা লাপ্থোকপা লাক্লরিবৈঙদা লুখ্রাবী মচাদুনা খন্না অমুক লাপ্পা চেঞ্জহৌবোইরে। হিংচাবী অদুনা মৈজাউ অদু লাপ্থোক্লগা অমুক তান্নরকপদা অঙাং অদু

ফাগদবা খজিক্তা ঙায়রবদা তিনফা থোকপা নাপি অহু থাদরেদো। তিনফা ময়াম অমনা য়্যৌ-য়্যৌ, লেঙ-লেঙ হেক চত্তুনা হিংচাবীহুদা কোয়না হেক নপ্লবহুদদি হিংচাবীনা তৌফম খঙজ্রহুনা ময়াম অহু লৌথোকপা লাক্করি-ঙৈদা অঙাং অহু ফনা ল'প্প' চেনবা ঙমজহৌবোইরে। মতুংদা হিংচাবী অহুনা তিনফাশিং অহু পৎ-পৎ থদত্তুনা লৌথোকপা অহু লোইরগা অমুক তান্নরকপনা ফাগদবা খজিক্তা ঙায়রবদা অমুকস্থু কাক্ফৈ থোকপা নাপি অহু কোক হেক থাদরেদো। হিংচাবী অহুদা কাকফৈ ময়াম অহুনা কোয়লাম-হেক লাম্ম-লাম্মহুনা খূরক হাঙদনা নপ্লগা ঈতোং চিংলবহুদা হিংচাবীনা মহুস্থু পৎ-পৎ থদত্তুনা লৌথোকপা লাক্করিঙৈদা লুপ্রাবী মচা অহুনা ফনা য়াম্না লাপ্পা চেঞ্জহৌরেদো। কাকফৈ লৌথোকপা লোইরগা হিংচাবী অহুনা অমুক তান্নরকপদা ফঙ্গদবা খজিক্তা ঙায়রবোইরে। অঙাং অহুনা করম্নো হায়হুনা নিংশা থীবগা লোয়ননা মাগী খাউদগী ঈশিং থোকপা নাপি অহু লৌথোক্কুনা হেক লংথরকপদা ঈশিংনা মরৈ-মরৈ তাহুনা ঈচেল কল্লবা ঈশিং ঈচাউগী তুরেল অচৌবা অমা মমাঙদা হেক থৎলেদো। মাহু লাম্থোক্কবা হোৎনরিঙৈদা লুপ্রাবী মচা অহুনা শগোল অহু খুরুপ থাহুনা কম্না হেক থৌজহৌই। অস্থম্না থরায় খুবাক্তা হাপ্পুনা কম্না চেল্লকপনা উচিম্না মখুঙ্গং য়্যৌরেদো। মখুঙ্গংনি খঙলহুনা শগোল মথক্তা "ইমা! হো ইমা! নচা লাকচরে থোঙ হাংলো" হায়হুনা মুমিগাংগ্রাই মমথরক্লবা মতমদা কোয়লাউ-লাউরহুনা থৌরকপোইরে। মচাগী খোঞ্জেল তাবদা মতম কুইনা অঙাওবীগুম লৈরুরবা অহ্রাবা বয়া খাঙজরক্লবী লুপ্রাবী অহুনা মচানা লাকদবা মায়কৈ য়েংহুনা মঙওই-হা-ওই ইথা-থাজদনা চেম্থোক্লকপোইরে। মহাক্তা থোঙ হেক হাংবগা মচাস্থু মাঙ্গোল ময়দা চুরি তাফমদা শগোল অহু হেক থম্লগা শগোল মথক্কগী মাঙ্গোন্দা চোং-থহুনা হেক লেপলেদো। মতম অহুদা হিংচাবী অহুস্থু থোঙ্গাল অহু লান-শিল্লক্লেদো। অঙাং অহুনা মাগী খাউদগী তুম্বা অহু লৌথোক্কুনা লৈবাক্তা পোপ লাউনা হেক থুগায়রে। মতম অহুদা শুম্মাঙ ময়ায়দা হিংচাবী অহু লোংনা তাহুনা লৈরেদো অহুগা অঙাংহুনা পায়রকপা লীকং অহু

মখোঙ খূকউদা থোংলগা ময়ায়দা প্রেক লাউনা হেক থুদেক্লবোইরে। অদুদদি হিংচাবী অদু মখাং তেক্লেদো। মকোকস্থু কায়রবা মথাংস্থু তেক্ল-বনি-। কংশ্থু তৌবা ঙমদদুনা লৈরবদা লুপ্রাবী মচা অদুনা লৈকাই মীয়াম কৌদুনা হোংলিম্নরক্লবোইরে। মীয়াম চঙদুনা টানা থিনব-য়াও য়োংখোক্লা থাবা য়াও, থাঙনা য়ানব-য়াও তৌদুনা হিংচাবী অদু হাংলেদো।

মতৌ অস্থুম্না অহিং অদুদা অঙাং অদুনা মমাংঙৈদা মানা তৌখিবা তল য়োনবদগী হৌনা রাখিবা পুম্নমক রারী শান্নগা মতম কুইনা উনরক্লরবা মমা মচা অমুক উনদুনা নুংঙ ইনা পানখিবোইরে।

---

## ১৬

# অশিংবনা কয়রাক, অপঙবনা সনা-মতুম লৌবা

থায়না মমাংঙৈদা য়াম্না লুনা তিম্নবা মরূপ অনীথক খূল অমত্তদা লৈরম্বোইরে। মরূপ অমদি মশক-মতৌ ফজপ্রবী নুপী অমগী মপুদি ওইরগা লায়রবগী হায়রুরবদি মাগুম্বা অমত্তা খুঙ্গং অদুদা লৈতবোইএ। অদুগা মরূপ অমদি ইনাক্তি য়াম্না খুল্লগা মাগী নুপী অদুদি মশক থীবনা মানা শোকপা ঈশিং ফাঙবা মীনা থক্লিদবমখৈ থীবা মশক ওইবে ইরে।

নোংমদি ইনাকখুনবা লিপা মরূপ অসিনা ঐগী মরূপ লায়রবা অসিগী নুপী অসিবু করম তৌরগা লৌবা য়াগবনো? মশক অসি ফজপ্রেদকো হায়না কল্লক্লন মপুক্তা তকশি শোন্দুনা লৈরকপনা মাগী লাইনিঙ ওই-রেদো। অস্থুম্না রাখল তৌনা-তৌনা লৌশিং তৌদুনা মরূপ অদুবু লুনা চান্না তৈরদুনা রাখল তৌরকপসিনা নুমিৎ কয়া থা কয়া থল্লবা মতুংদা মানা থল্লকপোইএ। "ফরে, অপাম্বা পোৎ পায়নসি হায়না হৌগে, মদুদা মানা পামগদবা সনা লুপা ময়োম ময়োম পায়গদবা মফমদা ইঙান-ঙাম্না ফোংনা থল্লগে। মাদি লায়রবনিনা সনা লুপা শোয়দনা পায়গনি অদুগা

ঐনা পায়বনা মাগী সুপী অদু হেক পায়গে। অদুম তৌরবদি হায়নবগী মতুং ইন্না মাগী সুপী অসি লৌবা য়ারগনি হায়বা রাখল অমা হেক তৌরেদো।"

নোংঙাল্লগা মাগী মরূপ লায়রবদুগী ময়ুমদা লাক্লেদো। ইনাক-খুনবা মরূপ অদু হেক উবদা লায়রবদুনা "ইতাউ! কদায়দা লেঙলুবনো। লেঙশিল্লকউ" হায়দুনা মাগী লৈজবা ফক মচা অমা থারদুনা তরাম-তরাম কৌশিঞ্জবোইএ। ইনাক-খুনবা মরূপ অদুসু "ফনি-ফনি" হায়দুনা চঙ-শিন্দুনা ফম্লে অদুগা হায়বোইএ। "ইতাউ! ঐ অতৈ কনাদসু চৎলুবা নত্তে। নঙনা লায়রনা পুনসি লেনবা অসিদা সুংঙাইতদুনা রারী শানরুগে খনবদগী লাক্লিবনি" হায়বোইএ। মতম অসিদা মীচঙ-মীথোক ফবী নশক ফজবী লায়রবগী সুপী অদুনা "তাদা! লেঙলক্লিবরা খুদোং ফাল্লু" হায়দুনা লারৈ অকোনবা অমগা অহানবা হিদাক ঙান্তক অমগা পুথোক্লক-পোইরে। মমাঙদা থম্লগা 'ঐথোয়দা লেঙলকপদি করিসু হানিংঙাই লৈতে, করি হানি তৌরিবসিদি?" হায়বদা নিপা অদুনা "এঃ ইচলসিদি উনরিবসিনদুম হেন্না সুংঙাইরে। ইতাউ লৈরমদদুনা রারী শাবা ফংলোই-দরা হায়বগী রাবনি অদুসু থোক্তবনিনা য়াম্না সুংঙাইরে' হয়না খুম্বোইরে।

লায়রবা য়ুম্বুনা "খঙদ্রে, ইতাউ! তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংদা মপা ইথোক-থোক্তে। ওস্থোক্লা রানা পানদ্রে" হায়বোইএ। ইনাক-খুনবদুনা "চুম্মই ইতাউ! ইপানা ইপুনা হায়নৈ লায়রবদ লাই চঙই, লু-কোকপদা লেল তাই কান্নজো হায়বা মপা থোক্তবদি অরেং-অরেং পূথে হায়নৈ। অদুবু ঐনা লাকপদি নঙ ঐ চাক চরা অমমমদং চামিন্নসি, চাক কৌনসি অদুগা চাক চাবা হেক লোইবগা ঐগী ইমূংদা লৈবা মানা মানা পাম্বা পোং অমমম লৌনসি তৌবতদি লৌগদবা পোং অদুদি ইহান হাম্না হেক পায়বা অদু লৌনসি" হায়বোইএ। রাদু তাবদা লায়রবদুনা "অদুদি ইতাউ! য়াম্নদি কৈ অদুবু ইতাউদি নরায়বক ফবনিনা ইনাক কৈরাক খুল্লিদো। অমাৎপা লৈতবনিদো ঐদি লায়রবনিনা নঙগী নতিক চাবা থোরাং তৌবা ঙম্লোইদৌবা অসিদা হৌজিক্তগী রাববু হৌরেনে। ঈকপু-ঈকাইজেদা" হায়রবোইএ।

লায়রবগী রাহ্ তাবদা এঃ ইতাউ ! মচুপী থোইনা খল্লুম্ ! মুংবু মুংশিনরবদি উত্তি ওইরবসু চক্ষুং ওইরবসু চামিন্নবনা অহাউবা ওইদৌরিবনি। অহুনা নঙ হয়েং অসি ঐখোয়দা হান্না চাররো! হংচংনা ঐ নখোয়দা চারগে" হায়না ইনাক খুনবন হায়বোইএ।

লায়রবনা ফরে, ফরে ইতাউ! হায়না খুম্লবদা ইনাক-খুনবহুনা "অহুদি ঐ চংলগে, নঙ হয়েংসি শোয়দনা লাকউকো" হায়রম্লগা চংখ্রেদো। লায়রবসু 'ফরে অহুদি ইতাউ ঐ সুম লৈহৌরগে" হ য়হুনা লৈহৌরেদো।

লম্বীদা ইনাক-খুনবা অহুনা অসূক পঙবসিনবু লায়রদনা কনানা লায়রগনি। অহুনদি ঐনা শীল্লিবা লাং অসিদা মাগী মুপী অসি শোয়দনা লৌবা য়াররগনি। মাদি লায়রবনিনা মানা চাক হেক তোকপদা সনা পায়নবা সনামতুম অমা থম্লগে অহুগা ঐ দি মখোয়দা চাক চাররগা হেক তোকপদা মাগী মুপী অহ্ তাপ হেক পায়রগে খল্লহুনা মথরায় মুংঙাইনা লাকপনা ময়ুম য়োরক্লেদো। ময়ুম হেক য়োবগা মাগী মুপীদা "হাই-হাই মুপী! হয়েংদি ইতাউ লায়রবহ্ ঐগীদা চাক চাবা লাক্কনি। চাক-কৌনরি হংচিংনা ঐনা মাখোয়দা চাকুবা তারি। অহুনা য়েনশাং মনা-মশীং হরাই চেংরাই নিঙথিনা থৌরাং তৌ। ঙাহ্ মচা লৈগহ্ হাওরোই। অচৌবা য়েংহুনা ঙাতিল্লা শরেংলা ফগদবা য়েংহুনা লৈরু। হাউনা নিঙথিনা থোংহুনা পিজগদবনি" হায়বোইএ। মহ্ তাবদা মুপীহুনা ঐগী নিপা অরীকপা অসিবু হন্দক্তি পূকচেল চাউমল্লিদা! লায়রববু মুংশিবা মী হায়বহ্ ওইরব্রবরা? করম্বা লাইগী থৌজান্দম্বীবু অসিগুম্বা রাহৈ খোনফম অহ্ ঙসি ঐনা তাররিবনো ঙক্লেদকো অসূম্বা খন্ন-খন্ন "কনি-কনি ঐ শোয়দনবা তৌজগে" হায়হুনা কৈথেল কাহুনা লৈপদবা পূম্বা লৈবা চংখ্রেদো:

কৈথেল য়োয়ে; অচৌবা ঙা লৈবদা শেল য়াম্মা পীবা লৈথোরক্লে হায়হুনা শাউপত্রা অমুক থল মমল য়ামদবা লৌরে হাউতহুনা তোক্লগদরা অমুক হেক চিংন অসুন্না নিঙজিং-মাঙজিংনদা হোবে-হোবে থেঙথ্রগনি হায়হুনা মনা-মশীং, হরাই-চেংরাইবচিংবা লৈরপা ঙাদি পিক্তক-পিক্তকপা

খবদং লৈরগা হল্লক্নে। মযুম য়োরগা নিপানা য়েংবদা "নঙনা লৈরক্লিবা অসি ওস্নোক্লা ফরে, পঙচাউ-চাউবা ওইরবসু চাবা ঙমদন্নুনা লেম্নংগনি শেলসু য়াম্না চঙলমগনি মাসিনা চপ-চাবে" হায়রবোইরে। অসূম্না অহিং অমু লেপ্লদো।

নোংডাম্লে, চাক ঙম্তানা থোংনবা থৌরাংদ্রে। চাক লোইরক্লবা মংম অমুরাইদা ইনাক-খুনবা অমুনা ইতাউ অমুবু মতম রাংলি হায়দুনা পঙথেঙ হেক থেঙলক্কদরা! কৌদুম কৌরুসিরা হায়দুনা চেপথ-চেপথ য়েংবেইরে। চাক ঈশিং চাংবা মতম য়েরবনিনা লায়রবা অমুসু ঈরু মায়গারগা ফিশেং শেংলদুনা চাক চাবা মতম ওইরে খন্দুনা লাক্লবোইএ। লম্বীদা মানা খল্লি—হোরেল চাক চাবা লোইরগা ঐনা পায়গদবা পোংঙ মক্তা থম্না লৈরমগনিসে খল্লকপোইএ। অসুম খন্ন-খন্না লাকপদু ইনাক-খুনবা মকপ অমুনা লাকপা উরেদো এঃ ল কএ লাকএ হায়না শোম্নাংনরম্লগা ইমুংলোমদা প্রপ-প্রপ লাক্লুনা "মুপী! ইতাউ লাক্লেহাই, চাক থিদুনা থৌরাং লোইরো' হায়বদগী মুপী অমুনসু নিপাগী য় থং ইন্দুনা নিঙথিনা শেম শারেদো লায়রবদু চঙলকপদা 'ইতাউ! ঐদি নহাক খরা থেঙলক্লগদরা কৌবু-কৌরুসিরা খল্লুরে লাকপা য়াম্না ফরে লেঙশিল্লকও" হায়দুনা ফিদ থাবিবদুদা পুশিল্লে। ডাহাক ফম্লেদো। মতম অসিদা ইনাক-খুনবা অমুনা চাকশুম কা ময়াদা ফাল অমা থারে মথক্তা সনাগী ময়োম অচৌবা অমা হেক থম্লে। অসুম্না থৌরাং লোইরগা থোক্লুনা চাক ঈংগ্রনি চাথোকলুরসি হায়না হায়রদুনা মাথোয় অনী চঙমিল্লরক্লে। চাক-চাফিদা মথক্তা ফম্নবদুনা ডাগী মথেল, হরাইগী মনা-মশীংগী, উতিগী, ইরেম্বগী কাংঙোগী মথেল মম্নাম অমু মথং-মথং চানরদুনা মপুক থম্মরক্লেদো ঈশিং খুজাই পায়দুনা চিল-খা তেংনকুরে। মতম অসিদা লায়রবনা খল্লি— চাক হেক তোকপগা অপায়বা অমু লৌনসি হায়বনিনা খুং অসি ফদিদা পায়রংবোই খল্লহনা ফাল মথক্তা থম্লিবা সনা য়োম্বা কিমু হেক পায়রেদো। ইনাক-খুনবা অমুনা "এঃ পায়ফম চুম্লে ইতাউ! সনা অমু হৌজিক্তি নহাকী ওইবা

ভারে" হায়রদুনা নোকমিন্নরদুনা মপাল থোয়রক্লে। ফক্তা ঙাহাক ফম্মিন্নরগা হিন্নাক থকমিন্নরে কা চামিন্নরে। লোইরবদা লায়রবনা অদুদি লোইনর- বনিনা "ইভাউ ঐস্থু চৎলগে হয়েংদি ঐগীদা থোক্লেদো শোয়রকনু' হায়্ন- বোইএ। ইনাক-খুনবনা 'এঃ ইভাউ! ঐস্থু শোয়রোই শোয়দনবা লাকনি" হায়রদুনা লৈহোরে। লায়রবনা সনা ময়োম পুদুনা চৎখ্রেদো।

মতৌ অসুম্না লায়রবা নিপা অসিনা সন ময়োম অদু কোল্লদুনা হয়াউ হুন্নাউ লাকপনা মখুম য়েংরক্লে। মাগী মুপীনা "নিপা! নহাক্তি করি পায়্নরকই" হংবোইএ। মুপী! ঐদি সনা য়োম্বা পায়্নবদগী সনা ময়োম অসি কংলক্লে মসি থমজিল্লা। অদুগা ইভাউদে হয়েং মহাক ঐগীদা চাক্লগদৌর। ঐখোয়গীদি লৈতবনিনা সনা অদু মচেৎ অমত্তং কায়করগা মদুনা শীন্দুনা হাউনবা লৈরকলো হায়বোইএ। লায়রবগী মুপী অসি মশক মতৌ চঙখোনবদা নত্তনা লৌশিং শিংবী মখিৎ-মীরৌ থঙবী মুপী অমা ওইবোইরে। অদুমকপু মপুরোইবনা হায়বগী মতুং-ইন্না সনাদু মচেৎ অমত্তং কায়রুরগা য়েনশাং মন। মশীং ভা-নচিংবা লৈরুদুনা খোরাং লোইরে। অদুগা অহিং অদুদা মুপীদুনা হায়বেইএ! "নিপা! নঙ দ থঙত্রি, নভাউ ইনাকৎখুনবনা লায়রবা ঐখোয়দা লৈবা পোৎপু করি পাম- লমগদগে! পোৎকীদমক্তদি মাগীদি ভরাৎপা লৈর ম্নাই। মানা পায়্নম- গদবা অসি ঐবুনি অদুনা হয়েং অসি ঐ ওত্ত না চাক-ঈশিং থোং-থাক্কদবা পুম্নমক লোইদুনা মাহাক লাক্তিঙৈদ। শেম-শারগা থম্লগে। চাবা হেক ভোকপদা মানা পায়নবা ভৌরকনি। মরম অদুনা অতম অদুদদি ঐদি শগাইদা লৈরগে, মাহাক্না ঐবু শোরুবা (প য়নবা) কাগে ভৌবদা পায়ন- নবা কৈরাক অমা শগাইদা ঙাদুনা থমউ। অদুগা ঐনা চাক থোংলিঙৈদা মহাক লাক্রুবদি ঙাহাক মাঙোন্দা ফম্মিন্নরগা ব্রারী রাভাই শামিন্নৌ। অদুগা চাক লোইরবরা হংলকউ। ঐনা খোরাং পুম্বা লোংরবা মতমদা ঐ লোই- রে খুম্লক' হায়না পাউমেন্নরেদো।

নোংঙন্রে, লায়রবগী মুপীনা ঙত্তানা ঈরু মায়তারদুনা চাকথুম চঙ- খরে। মৈখৌ কম্না থাদুনা মরৈ মুন্না চাক-য়েনশাং থোংবা লোইরে।

মশানা কৈব'কস্তু পুশিন্দুনা শগাইদ' ভারগা থম্লেদো। অস্তুম্না চানবা-থক্নবা থোৱাং লোইরবদা ইনাক-খুনবা নিপা অতুস্তু ভস্তানা ঈরু মায়তারতুনা ফিংগং শেংলগা মতাউ লায়রবগী য়ুমদা চতুনা চাকস্তু চাথোক্কে মতু নিঙ-থিবীস্তু লৌরকে হায়্যহনা অৱাংবা রাথল তৌরতুনা নোম-নোম লাক্লেদো। লাপ্তুরা ইনাক-খুনবা মতাউন লাকপঙ উরদুনা লায়ববনা প্রপ-প্রপ থোক-লগা হরাউ হুরাউ কৌশিল্লে। "ইতাউ য়োরকপা যাম্না মতম চারে। লেঙশিল্লসি, ঐগীদি কবি য়েনশাংনবু হাউগদবনো! থোকউ-থোকউবা পঙচা চামিন্নবা হায়বতুনি" হায়বোইএ। অস্তুম র'রী শানা-শানা চঙশিন্নৰ রক্লগা ফিদাদা ফস্নল্লে। লায়রবতুনা "মুপী! তারিবরা? চাক য়েনশাং শেমও! থোৱাং লোইরো! ইতাউস্তু লেঙলক্লে।" রাতু তাবদা লায়-রবগী মুপীনা থুনা য়াঙনা চাক-য়েনশাং মথেল মফম চানা-চানা শেমলেং চাক চা ফিদা ঈশিং থম্ফম মফম চানা থম্নতুনা লোইরবগা মহাক শগাই মথক্তা কাথংগ্রেদো। অতুগা হায়বোইরে "ঐ চাক শেম্না লোইজরে। চঙবিরকপা য়াবগনি" মুপীগী রা তাবদা মক্লপ অনী অতু চঙলকুনা য়েংকা ওইগা ফম্মিন্নতুনা চামিন্ন'র। চামিন্নরিভেদা ইনাক-খুনবনা চাক চাবদি লোইশিল্লক্লে। চাক তোক্লগা ঐনা পায়গদৌরিবা মুপী অতুবু কদায়দা লৈগ্রবনো হায়তুনা কোয়য়েং য়ে'না-য়েংনা চাবোইএ। মমৈথংদা স্তুম য়েংলকপদা শগাই মথক্তা লৈবতু উরতুনা মানা খনবোইরে। ইস্! মফম চানা চথোক-ইথোকপা লৈতনা শগাইদা লেঙদনা লৈবসি ফরেদা, মহাক চেনফম লৈতবনিনা লেঙঙরোই। মাসিনা হেন্নতুম ফরে থম্না চাকু থুনা চাবা লোইনবা হোংনবোইরে। চাবা থকপা লোইনরে থুম লৌনরে। ঈশিং লৌহনা চিন-খা তেংলগা ইনাক-খুনবা অতুনা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লগা মুপী অতু হেক্তা পায়রবগে থন্দুনা কয়রাক লৈবা মফমদা চঙশিল্লক্লেদো অতুগা মথুংমকস্তু ৈথোক্তনা শগাই কাব্রগে হায়তুনা কয়রাক অতু তাপ্ হেক পায়রুবদা লায়রবা অতুনা "হাইমা ইতাউ! নঙদি কৰিস্তু লৈতবা কয়রাক অতু পায়রবোইরেকো অতুনা মক্তপ্তি কয়রাক অতু লৌবিবা তারেদো" হায়রবদগী, হায়নবগী মতুংইন্না ইনাক-খুনবা নিপা অতু লেঙবা

য়াত্রহনা কয়রাক পুরগা মমায় লূকথহনা নিঙবা কায়না মাগী মতাউ লায়রং-
বহদা চৎলগেকা ইহায় হায়রমদনা চৎখ্রেদো।

অসূম্না লায়রবগীসু লাইগী থৌজাল মরাকই, মপূক শেংদবা, মীগী মতু মচাদা নত্তবা ৱাথল থল্লুবা, য়েংহৈদবা য়েংলুবনা মরল-মথুম য়াওনা অমাঙবা ওইহনা ইনাক-খুনবা নিপাহুগী নিঙলম্বা অহু কায়হনা অমাঙবা ওইখিদো।

---

১৭

# নিংথৌমচা মন্ত্রিমচা অনীগী লৌশিংগী ৱারী

থায়না মমা-চৈরা নিংথৌমচা অমগা মন্ত্রিমচা অমগা মাথোয় অনী য়াম্না নুংনা তিন্নখৌইরে। করিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোক নত্রগা অরুবা তানফম অমা হেক থোক্লকপদা মাথোয় অনী হেক-হেক চুঙশিন্নহনা মহুগী মরমদা কূপ্না থম্ন-নৈনবা হায়বসিন মাথোয় অনীগী মথৌ ওইরম্মী।

নোংমদি লৈবাক অসিগী নিংথৌগী ফজপ্রবা শগোল য়াইশা অহু থং-নবা লৈবাক্কী মী অমনা হুয়ানপ্ৰবে ইরে। মহু ফংননবগীদমক অথঙ-অকৈ পাঞ্জি কয়া কৌথহুনা য়েংহুনবদা করিগুম্বা লীথুন অম ফংওবা ফংবা ঙমন্রেদো। মশাং অসিদা নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগা মাথোয় অনীনা "ঐথোয় অনী চনুনা শগোল অসি থিজরুগে, ফংত্রিবফাওবা ঐথোয় হন্নক্লোক্ট, ঐথোয়গী শেঙজেল পিবিয়ু।" অসুম হায়রবদা নিংথৌনা "নথোয় অনীনম্ন চংকে হায়রবদি নথোয়না ওক্কদবা সনা লুপা মতিক চানা পুথো" হায়রবোইরে। অহুনা মাথোয় অনীনা মতিক চাবা সনা-লুপা পুহুনা হুয়ানবা থিনববগীদমক খোঙশানখ্রেদো।

মাখোয় অনীনা অহানবমক্তদা শগোল শঙ চঙলে। শগোলগী খেঙ্গুলনা ওনখিবা মায়কৈ মুন্না য়েংলগা খোঙ্গুলগী মতুংইন্না অসুম লাকপদা নিংথৌমচাতুনা হ য়বোইরে, "ইভাউ! হন্দকী হুরানবা নিপা অসি চৎপদা থুদোল হাইনা।"

রাজু তাবদা মন্ত্রিমচানা মাস্থু মুন্না য়েংলগা, "ইভাউ ইবুংঙো! মহাক অসি থুকউ শুপই। "অসুম হায়নবোইরে। মতুংদা অমুক নিংথৌমচানা "ইভাউ ইবুংঙো! মহাক অতু মঙক চেংই, শেগ্রাক চেংই" অসুম ভাঙনতুনা হুরানবতুগী শাওং-শাদাগী মরম খন্ন-নৈনতুনা লাকপনা মাখোয় লৈবাক অসিগী রাংমা লাল্লক্লেদো। অতুগা শগোলগী খোঙ্গুলস্থু ম্যাঙথোকখ্রে। মতম অতুদা মাখোয় অনীনা "ইভাউ! শগোল অসি লম অসিদা লৈরে। শগোল অসিস্থ হুরানবা মীতুস্থ লমসিগী মীনা শোয়দনা তুষা ওইরগনি" হায়নরতুনা মাখোয় অনী মফম অতুদা লৈতুনা চান-থরুবা পোৎ-চৈ থরদি লৈরুখিসি হায়না ভাঙনরতুনা কৈথেল কারকপোইরে। চান-থরুবা পোৎ লৈনা লৈনা হুরানবতুগী মওং মতৌনী, মারী শাবা অতু লৈবাক অতুগী কোন্নুংগী মীশিংনা কৈথেল কারকপদগী খ্যাপ্রবোইরে। থুনা য়াঙনা চৎখিতুনা নিংথৌদা "ইনিংথৌ! ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী মীশক মান্দবা নিপা অনীথক হুরানবা ফাগদৌরিবনি হায়রতুনা কৈথেলদা চায়-চায়রতুনা হেক-হেক থে ক্লকই। মাখোয় অসি করম্বা মীতা করি লমদগীনো হায়বদি খঙজদে" অসুম হেক হঙ্গংলবোইরে।

মন'ইশিংগী রা তাবদা নিংথৌনা তমূক মনাইশিং খরা থ তুনা নিংথৌমচাতুগা মন্ত্রিমচাতুগা মাখোয় অনীবু ফাইল্লুরে। কোন্নুং য়োরগা নিংথৌনা হংবোইরে। "নিপা! নখোয় অনী কদায়দা লৈবা মীনে? নখোয়না ফাগনি হায়রিবা হুরানবা অসি করি মাঙখিবগীদমক ফাগদৌরিবা অতুগা মও' করম্না ফাগদৌরিবনো হায়য়ু!' অসুম হায়রবদা মাখোয় নীগী মরক্তগী মন্ত্রিমচানা খুম্নোইরে। "ঐখোয় অনী" মহারাজগী লৈবাক সিগা থংনবা লৈবাকী নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগনি। নিংথৌগী শগোল

য়াইশা মাঙপ্রে, লৈবাকী ম ইবা-মাইবী, অথঙ-অহৈ পাঞ্জি কয়ান; থঙবা ঙমজবদগী ঐখোয় অনীনা থঙনবা থিজরুগে—হুরানবা অহু ফাজরুগে লাকপনি। শগোল হুথিবা মীগী খে ঙুল লীরকপদা মহারাজগী লৈবাক অসিদা চঙপ্রে। অহুনা ঐখোয় অনী মফম অসি য়ৌজরকপনি" অসুম খুম্লে'দা।

নিংথৌহুনা অহুদি করম্না ফাগদৌরি? হায়না অমুক হংলেদো। নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগা অনীনা—"ননাই ঐখোয়না খঙজবা য়ারম লৈরি মী অহু উবু উরবদি শোয়দনা ফাবা ঙমগনি" অসুম খুম্লবোইএ। নিং-থৌনা অমুক—"করে অহুদি নখোয় অনী হুমিৎ ৭ নিসিগী মনুংদা ফাবা ঙম্বা হোৎনৌ নত্রবদি ইরৈবাক অসিদা হুরানবা থৈজিনবগীদমক মতিক চাবা য়ায়েলগী য়ারক অহু ফঙদবনি" হায়বোইএ।

নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগা মাখোয় অনীসু "মহারাজগী থৌজাল লৈ-রবদি ঐখোয় শোয়দনা ফাবা ঙমজগনি, অমুক্তুং হোৎনজরুথিগে" হায়না খুরুম্জরগা চৎখ্রেদো। লম্বীদা মাখোয় অনীনা য়া তাম্লবোইরে—ইতাউ! ঐখোয় অনী মফম কদায়দা লৈরগা হুরানবা অসি মশক উবা ফঙদগে অসুম তাম্লরবদা মমৈথংদা নিংথৌমচানা হায়রবোইএ "ইতাউ! মীয়াম তিনবা কৈথেলগুম্বদা য়েংগদবনি।" য়াহু তাবদা মন্ত্রিমচানা "চুমই ইতাউ ইবুংঙো! অহুদি অচৎ-অওক পূম্নমকপু উবা ঙম্ব' উ অমদা কারগা লৈসি" হায়না ঙাঙন তুনা মাখোয় চান'-থরুবা থৌরাং থুনা লোইশিল্লগা কৈথেল তম্না লাক্লেদো। কৈথেল মচিদা হৌবা উ-পাম্বী অমদা কাথতুনা হুমিৎ খুদিংগী হেক হেক য়েংবোইরে।

মখোয় অনীনা অসুম্না য়েংলকপসি নোংম-নোংমা অসুম হৌথিহুনা হুমিৎ ৬ নি শুজিল্লক্লে। অহুফাওবা মাখোয় অনীনা থাজবা মী অহু উরক্লে দা করম্লো হুমিত্তি শুজিল্লক্লে হায়হুনা মাখোয় অনী মথয়ায় য়ানহুনা লৈরিবৈদা লৈবাক অসিগী মন্ত্রি অহুনা কৈথেল কাওহুনা কাহুং কারকপোইরে। মাহাকপু হেক উবদা উ-থক্তগী মাখোয় অনীহুনা "হুরানবা

লৈরে হুরানবা লৈরে" হায়না লাউনা-লাউমা থুনা কুমথরক্লবদা মন্ত্রিনসু কনাবুনো হায়না থল্লহুনা কোয়্যেং য়েংবোইরে। মাখোয় ভানীদা মন্ত্রিনা মখোয় অনীনা "হুয়ানবা লৈরে হায়ববু কদায়নো ? হুরানবদি বনানো ?" অসুম হংলেদো।

মাখোয় অনীনা "অতৈ নত্তে, হুরানবহু নহাকমক্তি" হায়না থুমবদা অভাবা মী পুম্নমক পুমঙক-ঙক্লরে। মন্ত্রি অমদবু হুরানবনি হায়কম্বীদমক মাখোয় অনী অসি অরাবা তাবা ভারেদো হায়না লৈবাক্লা রা-রা ভাওন-বোইরে। মাখোয় অনীগী রাহু তাবদা মন্ত্রিসু মীয়াম মমাঙদা ইকাইহনা "মাখোয় অনী অসি ফাও! ঐনা কনাগী কয়ি পোৎ হুকপনি, ঐসু লৈবাক অসিগী মন্ত্রিনি। ঐবু থৌওই উশিন্তবগীদমক অমত্তু মন্ত্রিনা চোম্বপীদমক মতিক চানা রারক্তবা য়াদে" হায়রবগী মাখোয় অনী মহু মীয়াম চঙহনা কোনুং তান্না পুরেদো। মন্ত্রিনা মহারাজদা—"মনাই অনী অসি য়াম্না তৌবা ওয়া মীওইনি, লৈবাক মাঙহনগে লাকপনি, ঐবু হুরান-বনি হায়হনা কৈথেন্দা কোয়লাউ-লাউবা ওয়বা মীওইনি। ঐবু হুরানবা পীবিরে, মরম অহুনা মতিক-চাবা রায়েল তৌবিয়গা রায়বপিনবা হঙক্লি" অসুম্না মন্ত্রিনা রাকংলেদো।

মন্ত্রিগী রা তাবদা নিংথৌনা—"নখোয় ভনী কহান্দগী হৌন হুরানবা ফাক্লগনি হায়না চৎপ্রগা ঐগী মন্ত্রিবু হুরানবা পীরবগী মরম কয়িনো ? করম্না মন্ত্রিবু হুরানবনি হায়রিবনো ?" হায়না হংবোইরে।

নিংথৌমচানা ' মহারাজ ! ননাই ঐখোয় অনীনা কাজরিব মীশক অসি হুরানবা অশেংবনি হায়হুগী মরম হঙচ্চগে, ঐখোয় অনীনা মাগী খোঙুল য়েংলকপা খোঙ্গুলগী মতুংইন্না থুদোল হাইবা, থুকউ শূপ্পা. মবুক কংলমগদবা, মঙক অমসুং মখোয়গী চেংবা মীওই ওইগনি হায়বাস হায়না লেপচরক্লে। মহুগী মতুংইন্না থিজরকপদা মিপা অসি ওইরম্মে মহাক মন্ত্রিনি হায়না ঐখোয় খঙদে।

রা অসি তাবদা নিংথৌনা—"ফরে, খোঙ্গুলগী মতুংইন্না মীগী মওং মতৌ হায়রবা ওয়বদি ঐখোয়না নখোয় অনীবুসু অমুক চাং য়েংবা তারি।

মতুংদা চুম্নবদি লৈবাক তংথাই অমা পীগনি। চুমদবা থোক্লবদি নরু কোক-থোক গুন্ন-য়াইওং তৈরগা কৈথেন্দা খুঙ্গোইনগনি। মতুংদা অঙাং ওনগদবনি। মাসি য়াবা তাই" হায়রবদা মাখোয় অনীস্মু য়ারে। মরম অদুনা নিংথৌনা শগোল পাউ থাদুনা ৱাফম অসি লৈবাক্তা লাউথোক্লে। চাংয়েং তৌগদৌবা হুম্নিং থঙহল্লেদো। লৈবাক পাউদি "তাউ-তাউ নিংথৌগী য়াথংনি। হয়েং শঙ্গায়গী মথা থংবা লম্পাক্তা মী অনী চাং য়েংগনি চুমদবা থোক্লবদি লৈবাক খুঙ্গোইনগনি মীয়াম কারকউ" অসুম্না শগোল [illegible] থারক্লেদো।

[illegible]ক্লে– মীয়াম তিনবা হৌনরক্লে। মতম অদুদা নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগা অনীবু থঙহন্দনা নিংথৌগী য়াথং ইন্না। চক্ কংনানবী অমদা ঈশিং [illegible], মনুংদা অরাথবী অশংবা অমা থাদয়ে অদুগা লায়োন ৭ খুয়গা [illegible] অদুদা পায়ানা কন্না লাকশিল্লগা মীয়াম মমাঙদা খিন্দুনা থমলু-[illegible]। [illegible] ঙইরক্লদুনা নিংথৌ মন্ত্রি অঙম্বা ফন্নাই-ফামাইবা পূম্নমক [illegible] চানা-চানা কয়রে। লৈবাক মীয়ামস্মু চোম্না তিক্লেদো। নিংথৌগী লোইখিন থমখিন পূম্নমক থোক্তুনা থৌগল তৌরয়ে। নিংথৌনা নিংথৌমচাদুগা মন্ত্রিমচানি হায়বদুগা মাখোয় অনী পুথোরক্লো হায়না য়া য়াথং তৌরবদা মনাইশিং থরা চংখিদুনা মাখোয় অনীবু মীয়াম মরক্তা পুশিল্লক্লে অদুগা হায়খিবোইরে। "মখোয় অনী মীয়াম মমাঙদা থম্লিবা চক্কুসিগী মনুংদা য়াওরিবা পোৎসি কারনো মশক তাক্লদবনি, মতু চুম্নবদি ঐনা হায়খিবগী মতুং ইন্না লৈবাক তংথাই অমা পিগনি। চুমদ্রবদি লৈবাক খুঙ্গোইনরগা অঙাং ওনগদবনি।" অসুম লাউথোক্লগা মাখোয় অনীবু চঙলো-য়েংলুয়ো হায়না থাজিনখ্রেদো—মীয়ামস্মু মখোয় অনীদা চাগদব-গুম য়েংনরেদো।

মাখোয় অনীনা, ননাই ঐখোয় য়েংজরুখিগে হায়না খুরুম্নগা চক্কু লৈবা মনাক্তা চঙশিল্লে। অদুগা হায়রকই "ননাই ঐখোয় অনী চক্কু অসিদদি পায়-পায়দুনা য়েংজগে" হায়বোইরে—নিংথৌনস্মু "য়াই পায়স্মু"

হায়রেদো। মরম অহনা মাখোয় অনীনা লৈবাক মীয়ামদা অমদি নিং-থৌদা থুরুম্নগা অহা-বদা নিংথৌমচা অতুনা চক্ষু অহু পায়তুনা খরদং হাইতুনা য়েংই—অতুগা মন্ত্রিমচাদা "ইতাউ ! চক্ষু মনুং অসিদা ঈশিংদা তাউবা পোৎ অমা য়াওরে হ'য়খি।

মন্ত্রিমচানা অমুক পায়'র খরদং হাইতুনা নীকুনা য়ে'লে অতুগা হায়রকই—"ইতাউ ইবুংঙো ! তাউরিবা পোৎ অসি শাংতক তৌই, নাকল অমনা মচিল তুমই, নাকল অমনা মমায় পঙই মরমদি চক্ষুনা থেংবদা মথক-মখা হেক-হেক ওল্লি' হায়বোইরে।

মতুংদা অমুক নিংথৌমচানা য়েংলে অতুগা হায়রকই "ইতাউ ! চক্ষু মনুংদা য়াওরিবা পোৎ অসি মনুং হোরগা মরু য়াওবা পোৎনি" হায়বোইএ। মতুংদা মন্ত্রিমচানা অমুক য়ে লগা হায়—"ইতাউ ইবুংঙো ! পোৎ অসি মচু শংই অমুনবা মচু নত্তে" হায়ববদা অতুদি পোৎ অসি করি ওইবা অই খন্নরসি হায়তুনা মাখোয় অনী বুপ্ন খন্নরে—মওং শাংবা মনিঙ-অমাঙ নাই-বা মনুং হোবা মরু য়াওবা অতুগা মচুনা শংবা অহু ওইরবদি "অরাথবী ওইবা শোয়দ্রে" অস্তুম লেপ্পরতুনা নিংথৌগী নাক্তা চঙলক্লেদো।

নিংথৌনা মাখোয় অনী চঙলকপা উবদা "নখোয় অনী য়েংবা লোইরবরা ? পোৎশক হায়বা ভম্রগদরা ?" হংবোইএ। মাখোয় অনীনা—"অহোয় ! পোৎকী পোৎশক লেপচরে— হঙ্গচ্চরগে' হায় রদো— নিং-থৌনসু—"হায়রো-হায়রো ! তারসি" হায়বোইরে। মতুদা মাখোয় অনীনা "মহারাজ ! চক্ষু মনুংদা হাপ্পিরিবা অসি "অরাথবী অশংবনি" হায়না হেক হঙ্গংলেদো। পোৎতুগী পোৎশক্তা চুমহুদদি নিংথৌনা হায়-খিবগী মতুংইন্না মাখোয় অনীদা লৈবাক তংখায় অমা পিবিরে হায়না লাউং-থোক্লে। মতম অসিদদি লৈবাক্তুগী মন্ত্রি অহু হুরানবা হায় হু মাঙোন্দা তারে খনবদগী মমিং-মনা তথক তথক্তা য়েংলগা চেনগদবগী থৌরাং তৌরে মহু উবদা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়তুনা ফারগা কৈশুম-শঙদা থন্নমথ্রে-দো অতুগা ময়ুমদা মী থাতুনা শগোল য়াইশাহু লোইহল্লুরগা য়েংনবদসু

চুম্লে। অসুম্না নিংথৌমচাগা মন্ত্রিমচাগা মাখোয় অনী অদুনা সুংগাই য়াইফনা অকবা রাখল শীজিন্নদুনা মী অনীগী অমত্তা ওইবা লৌশিং শীজিন্নরগা তান্ন-তান্নদুনা খঙবা ঙমদ্রবা কয়া খঙদুনা অনী ভিন্নবগী কান্নবা অমদি মরৈবাক্তা হুয়ান-চিন্থি মীনম-শোরি তৌবা পূন্নমক মমু য়ৈথেক্লুনা ঈংনা সুংঙাইনা পানখিবোইরে।

---

১৮

# অপগুনা শামু ফাবা

থাবনা মহাংঙৈদা মায়া পঙবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। নোংমা মহাক্না চাক খোংলিঙৈদা চাকথুম ময়াদা ইতিল অমা হেক-হেক থোক্লুনা অচা-পোথক্নিং হেক-হেক চারে মাদু উবদা অপগুনা এঃ মাসিগী শামুমচা অসি ওথোক্না মী উশিন্ত্রেবা! অসুম থল্লেদো। অদুনা মহাক্না চাকথুম চেপপ অদুগা থাবক্না অনীদু পায়রদুনা উতিল অদু কোয়থং-থংলদুনা ছাক্তোক্লেদো।

নোংমদি সুমিদা ম ই লৈপুং-যম্বদা অপগুন মমান্নবশিংগা বারী শানখকপদা অকল-অ:থোগী মতাং য়াওরকপদা "কান্নবা নঙ্গেসে নখোয় পুন্নমক! নপাঙ্গল নথৌনা অদুক য়াম্না লৈবা নত্তে। ঐদি শামু ফাবা ঙম্বা মী নি" হায়না হায়বোইরে। ময়াম্নসু মাগী মপাঙ্গল কনবা মতৌ উবদা ফাদ-ফারমগদৌ:বাই নিঙনবোইএ। মতম অসিদা লৈবাক অদুগী নিংথৌগী শামু য়াইশা অদু থুরো নাম্থোক্লুনা চংখিবদগী অচং-অঙক কয়ানা কিদুনা চেন্নবা অদুগা য়ুম-কৈ কয়া নৈথেক্লুনা লৈবাক্তা অন্নাবা থোক্লবোইরে। মরম অদুনা নিংথৌনা "লৈবাক অসিদা ঐগী শামু অসি ফাবা ঙমগদবা কনা লৈ? মাসিবু ফারবদি অফাবা মীদুদা ঐগী লৈবাক তংখ.য় অসিমা পীবদা নত্তনা ঐগী ইচানুপীসু থাজদুনা লুহোংবিগনি" হায়দুনা

শগোল পাউ থারকথিবোইরে। পাউ অসি অপঙস্থ তারেদো। মহাক্না খল্লি—ইস্! করিস্থ লৈতবা শামু মচা অতু ফাবগীদমক লৈবাক তংখায় অমস্থ ফংবা অতুগীস্থ মথক্তা মচা ইবেম্মা অমস্থ লুহোংবা! কয়াদা কান্নং রগদবা রাফম্নো! ঐদি মতুগুম্বা শামুতুদি লায়না ফাগ্রগনিদা খল্লহুনা হন্দকী শামু অসি ঐ ফাজগে হায়তুনা হায়রুরগা লাইবক্তুম চাং য়েংলুখিগে খল্লবোইরে।

নোংঙাল্লগা কোম্নুং তনকা-কারতুনা নিংথৌগী থোঙশঙবদা "হাই থোঙশঙবা! ঐ শামু ফংগে লাক্লিবনি ঐ চঙ্গে" হায়বোইরে।

থোঙশঙবা অতুনা "অতু ওইরবদি নিপা! নহাক ঙাহাক্তং অসিদা ঙাইরমউ ঐ নিংথৌদা হঙ্গংলুখিগে" হায়রম্লগা নিংথৌ মমাঙ তানা প্রণাম প্রণ লাক্তুনা থুরুম্লরে। "ইনংথৌ! ননাই ঐনা পুজরিবা থোঙ অসিদা শামু ফংজগে হায়বা নিপা লাক্লি মহাকপু চঙহঞ্জবা য়াগঞ্জা" হায়না হঙ্গংলরে।

মনাইগী য়া তাবদা নিংথৌনা মপুক হরাউবগা লোয়ননা "থুনা ঙাঙনা চঙহল্লকউ" হায়খি। নিংথৌগী মনা-য়াথং ফংলবদা থোঙশঙবতু থুনা য়াঙনা চেল্লক্তুনা "চঙলকপা য়ানি হায়বিরক্লে চঙবিয়ো" হায়বোইরে। য়াগী য়া তাবদা অপঙনা 'হায় নপ অপঙবা! নিংথৌগী থবক অরুবা লৈবদবু য়াথং অমুক লৌরুরিবা নঙবু পঙবনরা নত্রগা ঙাওবনরা? অসাইনা ঐবু চঙহল্লয়বদি শামু অঙাওবতু ফারগদবনিদো হায়রম্লগা সনামাঙ য়োনা চঙপ্রেদো। অপঙনা চঙলকপা উবদা নিংথৌনা—"হাই নিপা! মহাক্না? ঐগী শামু অতু ফাগনি হায়না লাকই হায়বদো?" অপঙনা 'মানি-মানি ইনিংথৌ! ঐ-মক্লি, অতুবু শামু অতু ফারবদি ঐবু করি-করি মনা পিবিগদবা অতুতুম থঙনিঙতুনা লাকচবনি" হায়বোইরে। অপঙগী য়া তাবদা নিংথৌনা "এঃ শামু অতুবু ফারবদি লৈবাক অসি তংখাই অমা পিগনি, অতুগীস্থ মথক্তা ঐগী ইচানুপী অসিস্থ লুহোংতুনা থুদোল তমগনি" হায়রেদো। য়া অতু তাবদা অপঙনা ইস্ হায়না খরদং ঙক্তক কৈরিঙৈদা

নিংথৌনা হায়বোইএ—"ফরে, নিপা ! নঙগী নতেং পাংনবা মী কয়া পাস্মী ? অদুগা করি করি থুংলাই পাম্বগে অদুস্থু লৌবা য়াগনি" হায়না হায়রেদো।

অপঙনা—"এঃ ননাই ঐনা শামুদু ফাবদি কনাবু য়াওহনগবনো ? কনামত্তা য়াওহল্লরোই, থুংলাইস্থু ঐগী লৈজৈ" হায়না থুম্লেদো। নিংথৌনা "করে অদুদি হয়েং নোং-হেক ভানবগা ঙস্তা চাক চারগা লাকউ ! শামু লৌবা মখম আদুনি অদুগা নঙগী থুংশু-থুংলাইস্থু য়াওরক্লো" হায়বোইএ' অপঙনা য়াদু আবয়া হয়াউনা "য়ায়া ফগনি" হায়না থুমদুনা থুকুম্নমগা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লেদো। লম্বীদা মানা অস্থুম খনবোইরে—শামুমচা অমা কাবিথনীবু লৈবাক অংথাই অমস্থু অদুগা মচা-ইবেম্মা অদুস্থু পীবা ! লৈবাক শাগীবু কনাগুম্বা অকনবা মী অমত্তা লৈতবনরা নত্রগা নিংথৌসিবু পঙত্রা ঙাকিনো ! লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক অপঙবা ঙাক্তনা খুম্নিংদুনা লৈরবোইরে। মনাই ফংই মপঙই, মপু ফংই মপঙই ।. করিনো কৌরিবা মতৌ অসিদু ! ফরে, অপঙবা মখোয়গী মরল অদু ঐনা লৌবা হায়গদুনি। অস্থুম খল্লদুনা মথরাই মুংঙাইরদুনা .য়ুম য়োৎরক্লেদো। ইমুংদা প্রেপ-প্রেপ চঙদুনা চাক মপূক থন্না চারগা মুংঙাইনা পোথাদুনা লৈরেদো।

নোংঙাল্লে, শামু ফাগদবা দ্রুমিৎ ওইরে। অপঙনা মাগী মুপী য়েংলগা "হাই-হাই মুপী ! ঙসিদি নিংথৌগী শমুমচা অদু অদুক ফাদিরুখিগে, চাক ঙস্তা থোংউ !" হায়রবাইরে। মাগী মুপীস্থু অবৈবা য়েনশাং থোংদুনা নিঙথিনা মরৈ মুন্না থোংলবা চাক য়েনশাং অদু পুথোক্তুনা পীজব। চাক তোল্লগা অপঙনা মানা পুগদবা খবৈ চেগপ অদু মশামক্ক হেক ফেঙজরদুনা তৈথোক নাম্থোক্তুনা থোরাং লোইরেদো। মতম অসিদা অপঙগী মুপীনা ঐগী নিপা অপঙ অসি লেয়নবদা মীমাঙ থোক্তুনত্তা লৈগদবগী শরূকপুদি মহাক অসি শিজত্রসমু, কান্নবা মী নত্রে খল্লদুনা অপঙদা য়েংলগা হায়বোইএ "নিপা ! হোরেল নঙনা শামু ফাবগী অন্নাবা পোথাবদা চাননবা চয়োম অমগা য়োমগে" হায়দুনা চয়োম অমা য়োম্থিরে। মহাক্না চয়োম

অতুদা হূ হাপচিল্লেদো। অতুগা পুননবা থাংদোক্তুনা থয়ে। চয়োম অতুনে থাবৈনে চেগপনে পুরহুনা অপঙ অতু শামু ফারুরনি হায়হুনা চৎখ্রে-দো—থরা চৎলগা কোম্বুং য়োরে। নিংথৌহুস্মু নিপা অতু লাক্লগনি থন্দুনা শামু লৈবা মফম তাক্লবা মনাইশিং থম্লম্বোইএ। মনাইশিংগা থেংনরহুনা অপঙ অতু পুরগা শামু লৈবা মফমদা থাজিনখ্রে। ময়ামস্মু হুম্নখ্রেদো। শামু লৈবা মোংশোং উরক অতুদা শামুহুনবু করম লৈরিগবনো হায়হুনা থরা থরা অপঙনা স্নম চঙলকপদা মীগী মীনম তাবদগী শামু অতুনা [illegible] লৈবা মায়কৈদা ফি-ফি লাউনা কাম্নহুনা প্রেপ প্রেপ হেক [illegible]। মতু উবদা অপঙনা হাইস্‌! মমাংদৈদা ঐনা ফাখিবা শামু অতুগা [illegible]-গদি য়াম্না থেম্নরেদা। নিংথৌগী ওইবহুনা য়াম্না চা-[illegible] [illegible] অসি চাউরিবোইরে। ফরে অতুমকপু য়েংবা তারে থন্দুনা [illegible] [illegible] [illegible] মানা পুরকপা চয়োম অতু থম্লগা উথক্তা প্রেপ প্রেপ [illegible]। শামু-হুনস্মু মনম শূৎ-শূৎ নম্নহুনা অপঙনা লৈবা মফম য়োরক্ল অতুগা উথোঙনা লৈবা চয়োম অতু থেংনরহুনা চাথোকখরে। ঙাহাক লৈরসদি শামু অতু হুগী মৈনা থাঙবা ঙমজ্রহুনা দোম লাউনা হাইথরগা লৈবাক্তা [illegible] লৈরবোইরে মতম অতুদা অপঙনা শামু অসিনা তুহুনা হিপ্পুনা লৈরিবৈ অসিদা ফাহৌদবা য় দরে থন্দুনা উথক্তগী ফন্‌ হেক চোংথরক্লগা মথক্তা ফম্নহুনা মাগী চেগপ অতু ফাক্তোক্লগা শামুগী নাথোঙদা চপ্লেদো অতুগা থাবৈ অতুনা মকোক্তা থারগা মীয়াম তানবা লাউরকপে ইরে— "হো! শামু ফারে; হে! শামু ফারে"। অপঙগী খোল্লাউ অতু তাক্লগা মীয়াম চেনশিল্লক্তুনা য়েংবদা শামুহুগী মথক্তা অপঙনা ফম্লম্বতু উবদদি তশেংনমক শামু অতু ফারবনি থন্দুনা থুনা য়াঙনা মী থর চেনখ্রগ নিংথৌদা পাউ হঙংলুরেদা। নিংথৌনা পেল্লহুনা হায়-খিবগী মতুংইম্না অপঙদা মচা ইবেম্মবু লুহোংলগা লৈবাক তংখাই অমা পীহুনা লৈহল্লে। মতু উবদা অপঙগী হাম্নগী মুপীনা কল্লক্তুনা নিংথৌদা চেল্লক্লগা তুররে। ননাই অসিনা ফাখা শামু নত্তে, ননাই ঐগী ইরৌশিংনা ফাজবনি হায়রবদা নিংথৌনা অসিগুম্বী মচিন-খিবী মুপী অসিদি য়ারক্তবা য়াম্রে থম্লহুনা মরু কোক্লগা

গুমু-য়াইওং তৈত্তুনা কৈথেন্দা খুঙ্গোইনৌ" লাউথোক্লে। নিংথৌগী য়াথং মতুং-ইন্না অপঙগী হান্নগী মুপী খম্বল-চাউবীদু মরু কোক গুমু-য়াইওং তৈত্তুনা কৈথেন্দা খুঙ্গোইনখিদো।

---

১৯

# হেন্থাক কাংশোই

থাঙনা মখাংদৈঙনা য়াম্না পঙবা নিংঙোল মরা অমা লৈরম্বোইরে। কাঁখনা তৌ-তৌ হায়বা থবক থুদিং হীক্তোকপা লৈতনা মপাঙ্গলদু মীনা শুক্নিবিক্লনা লৈ হায়এ। অদুনা মী অয়াম্বনা মাবু য়াম্না নুংশিনৈ।

নোংমদি অপঙ অসিগী মনেম অদুনা ময়ানিপা উদবা কুইরে চাক চরা অমত্তুং চামিন্নগে হায়দুনা মচানুপীনা লৈবা অপঙগী য়ুমদা লাকপোইরে। মচানুপীগীদমক চানবা থক্রবা য়েনশাং, ময়ানিপাগীদমক ঙম্মোক অথুম-অংঙনা ময়োম চাউনা য়োম্নদুনা চঙলক্রেদো। মচানুপীদু মমা লাকপা উবদা থোরক্তুনা হরাউ-হরাউ ওক্লগা পোংয়োম থাদুনা পুশিনবা য়াবা পোং চৈ পুম্বা পুশিনগ্রেদো। মমানা "ইবেম্মা! অঙাংদি কৈদা চৎখি? হয়েংদিনে ঐখোয়দা চাক চরা অমত্তুং চামিন্নস লাকউ হায়য়ু। অদুগীদমক ইমা লাকপনি" হায়বোইএ। মচানা "হোয়-হোয় ইমা! ল কহনগে" হায়দুনা মচানুপীদু লৈহৌরে মমাস্ু চৎগ্রেদো। ঙাংহাক লৈরগা অপঙ অদু প্রপ-প্রপ হেক লাকই, মাবু উবদা মাগী মুপীদুনা নিপা! হায় দি ইমানা ইমাখোয়দা চাক চাবা লাকউ হায়রম্মী, খরা ঙম্না চৎনবা তৌ. অতৈ মীগী থবক চৎলগনু" হায়বোইএ।

রা অদু ভাবদা অপঙনা ঐদি মনেম্না চানবা নিপানি ঐবু চাক্তৌ-রেদো হায়দুনা হরাউ-হরাউ লৈবনা নোংঙানবা ঙাইঙমত্রবোইরে। উচিন

য়াচিন্না নোংঙাল্লবদা ঙস্তানা ঈরু মায়নতারহুনা শেংকদবা ইনগদবা মফি-ময়োল শেংচিল্লগা মনেমগীদা চাক চাবা চংকদবগী মতম ঙাইহুনা লৈরেদো। নুমিৎ ম'ঙ্গোল ময়ায় য়োঁশিল্লক্লে। চাক মতম ওইরক্লে লোইরয়গনি খল্লহনা হোবে-হোবে মনেমগী য়ুমদা লাক্লেদো। মনেমসু ময়ানিপা অহু লাকপা উবদা "অঙাং! নঙ লাক্লবরা? ফরে-ফরে ঙাহাক্তং ফমখো। চাক্তি লোইবা কুইরবনি, নঙ লাক্তি হায়হুনা খিদোক্তি, ইনেম চাক থিক্তরগে" হায়হুন ফম্মল্লম্নগা ইমুং চঙহুনা চাক চকুপগী খিরুরে। অপাকপা পুখমদা অঙৌবা চাক অহু তোংতক্লা হাপ্লে, নাকন্দা তেংগোং অশোয়বা অম থন্না হেস্তাক কাংশোই অহুগা লা অমদা ঙমু অচৌবনা লোবা অমগা থুম খরগা আলু অমেৎপা অমগা থৌরাং লোইরেম্নো। মপাল থোক্লকুনা "অঙাং! চঙঙক্লো! চারক্লো য়ারে" হায়রহুনা মনা-নিপা অপঙ অহু প্রপ প্রপ চঙঙকুনা চাজরে। মতম অহুনা মনেম অহুনা "অঙাং! য়েনশাংদি য়ায়োং চাবা ঙা অহাউবা থোংবা নত্তে, চাক চারদবা কুইরে হায়বগী পীজনিঙহুনা মকোবনি" হায়খোইরে।

অপঙনা "য়েনশাং অসিবু মচুদি মুই অহুবু মরক-মরক্তা য়োরোক মত্তেক অঙাঙবনা মচু লে রুহুনা য়ায়বু হাউরেদা। করি থোংবা ওইরবনো অবোকপু?" অসুম হংবোইরে। মনেম্না "হেরা! হেস্তাক কাংশোইনিদ। চাববু য়ারবদি হোয়েল নঙনা চংখিবদ। মতুম অমা অনীদংসু পুজখো! ইনেম্না মহু পুনবা থৌরাং তৌরি।" অসুম হায়রবদা অপঙনা মপুক্তা থন-বোইরে- ঙসিগী য়েনশাং অসি ফনা নিঙথিনা মহাউই। হোয়েল য়ুমদসু অমুক্তা হন্না থোংহুনা চ রুবা তারি। অসুম থন্না-থন্না চাক চাবা লোইরেদো। চাক তোক্লগা চানবা মনেম অহুনা ময়া অহুগীদমক কা থম্বহু লৌয়হুনা চখোম চাউনা চারগা "অহুদি অবোকপু ঐ চচ্চরগে" হায়বদা মনেম্না "ঙাইখো! ঙাইখো! হেস্তাক অসি মতুম ১/২ নিদং পুখো" হায়না য়োম্বিরে। মহু পুহুনা অপঙনা ময়ুমলোমদা প্রপ-প্রপ লাকপদা লম্বীদা মখোঙ য়াম্না হাম-নিঙলবোইরে। মী-পোং উরোইদোবা মফম য়েংহুনা মহাক হামগে থল্লে।

মখোঙ চাদে। অসাই অবোক্না থোংবা অহুদি খূবী চীকপমথৈ হাউই। হৌজিক নঙনা থোংবসিদি অমাংশঙগী মনমনি। করি মতৌনো ? করম্বা মখোংনো হায়রগুনা শাউরবোইরে।

সুপী অহূনা করম হায়না অমাংবা মনম নম্লিবনো খিদবা য়াদরে থল্ল-ফুনা "ঙাইখো নিপা! অসাই ইমানা পীরকপা অহূগী মতুংদা কদার-কদার য়ৌরুবগে অশেংবা পাউ অহূ অমূক্তা তমখো" হায়রবদা অপঙনা মমেনগী মমুমদগী হেক থোক্লকপদগী লমথাঙদা মখোঙ হায়কপা অহূগা লাক্লগা মাঙোন্দা শিন্নবগী য়ারী অহূ মরীক চুম্না তম্লবদা সুপী অহূনা খম্লবোইরে।

ওয়োকপনি ঐগী নিপা অসে! ওয়োক্লা শাঙ্গবা মরিং ঙাকবা মীওইনি। মানা মখোঙ হায়দা হুইখীগা ওয়না পুরকপা ওইবনি থাম্ল। নোংঙাল্লগা "নিপা! নহাক্লা ঙরাং থোঙ হায়দা করা চেক্লোক অহূ অনিম্নু শোয়দনা লৈরমগনি অমুক্তং য়েংবিরু" হায়রবদা চকুপা য়েংদুনুরলো। অমুক্নু ঈকাই কায়দনা অহূধ লৈরক্লে। অম্দুম তৌহূনা চেকশিনবা য়াদ্রা ফুনা য়েংদবদগী অসিগুম্বা মওং অসি ওইখিবনি। মতুংদদি থম্বা থম্বা থম্ল-ফুনা য়েংবিয়ু" হায়জবোইরৈ। মাগী সুপীগী য়া লৌহূনা অপঙ অহূ চংপদ-কাউবা হম্ন-হম্না য়েংহূনা চংপদগী মমৈদদি থোঙশেকপা হারবহূ ওইপ্রবোইরেদো।

---

## ২০

# লুগ্রাবীমচা চন্দ্রকংনাল

থায়না মমাংঙৌদা হমুবা অমগী মচানুপী অমত্তং লৈবোইএ। মবুং মৌপা। কনা অমত্তা লৈজদবদগী মচানুপী অসি ময়াইবক থীবী ওইর-বোইরে। অহূনগী অমূকম্ন নৌনা মমা কায়নবদগী মপুরোইবগী য়ুমদা

লৈতহুনা নিংঙোল মন্না ওইনা য়োক্লগা লৈবোইরে। মুপী অসিনা মী-রোনবা থা ৬ লোম শুরকপা মতমদা নিংঙোল মন্না অসিসু শিদোকপ্রেদো। মতুং থা ৪ লৈরগা মুপী অসি মচানিপা অমত্তং ফংজরে। অঙাং অসি উবদা মপুবোক অহুনা লুনা চান্না ভৌবোইরে। শকক্কম অহু য়েংবদা লোইদাম্ব থাজ মাল্লি হায়রগী চন্দ্র হায়না মমিং থোনবিরে। অদুম্না মপুগা মমাগা মাখোয় অহুম লৈরকপনা পুংকক চাউরক্লে। মন্নাইবক খীরবী মচাহুপীনা পোকপগা ওইরে অহুগা অঙাং অসিসু মন্নাইবক থীরবা অঙাংনি খন্দুনা মপুখোক্লা অমুক্লা য়ান্না লুনা কেথোক্লা য়োকপোইরে। অদুম্না অঙাং অসিনু করিগুম্বা পাউথোল-ইথোল অমা ফাওবা শীজিন্নদনা য়োক্লকপ্লগী অঙাং অসি মমৈদনি ইমুংগী করিগুম্বা থবক মানা ওম্বা অমা ফাওবগু খাংবোইরে। করিগুম্বদা হায়রুরবসু মহু ভৌদনবা লয়থোক্ল-লনা লৈরোইরে। অদুম্না মতম থরা লৈরগদি মীনা মহাকপু চন্দ্রকংনাল হায়না মমিং কৌনরেদো। মতৌ অদুম লৈরকপনা চন্দ্রকংনালসি পাথং থাই-থ্রাই কারক্লেদো।

লোংমদি মমান্নবশিংনা "ইভাউ চন্দ্রকংনাল! ঙসিদি তুরেন্দা খোই চোপ্লুনা ঙা ফাক্লসি" হায়না হোবোইরে। মহাকসু চংনিঙহুনা "ফগ্নে চংসি ইভাউ" হায়হুনা মাগীসু খোই অমা থিরে, খোইজাক থিরে অহুগা মমান্নবশিংগা লোয়ননা তুরেন্দা চংলেদো। মমান্নবশিংদি ঙাছেপ, ঙাপঙ-নচিংবা তুরেন্দা ফংবা ঙা মথল কয়া ফাহুনা পরেং-পরেং জুম-জুম য়ান্না ফারে। চন্দ্রকংনালদি অহু ফাওবদা ঙা অম-ফাওবা ফান্নবোইরে। মাগী মতৌ উবদা মমান্নবশিংনা 'ইভাউ! নঙদি ঙা অম-ফাওবা ফাবা ঙমদ্রে। ঐথে য়না ফাব্রিবসিদগী ঙা অমমম খাইবিগে য়ুমদা কারসি' হায়-হুনা অমমম খাইবিরে। চন্দ্রকংনালদি মথন্নাই মুংঙাইভনা মমায় ঙাঙনা খুম্মী—"ইভাউ! নথোয় কারম্লো। ঐদি ইশানা ফাজবা অশেংবা ঙা অমত্তংদা ওইরবসু ফাব্রিবমথৈ য়ুম চঙহৈরোই, ঙাহাক্তং পল্লকখিগে" হায়-হুনা মমান্নবশিংদগী ঙাসু লৌহৌত্রে অহুগা তুরেল মপান্দা মথম্বা লৈহৌরে।

মথামসু "ফরে-ফরে নঙনা মাঙ্গবনিনা ঐখোয় চৎলসগে" হায়রদুনা চৎখ্রেদো। মতুংদা মতোমতা খোই অহু অমুক চোপ্লোইরে।

মুমিৎ তাশিল্লক্লে। ভোর্বান্দা মতোমতা অমুম মথয়াই মুংঙাইতনা খোই অহু চোপ্লিভেঙদা তুরেল ময়ায়দা নিঙথিজরবা সনাগী থম্বাল অমা তাউথরক্লমী। থম্বালগী মনমা তুরেল খোঙমুং অহুদা মুংশিংনা হুক্কপা অহুগা থম্বাল অহুগী ফজবা মতৌ অহু উরগা চন্দ্রকংনালনা থম্বাল অহু লোকে থল্লেদো। অহুনা লাইবক য়েংলগে মন্দুনা মহাক মফি-ফুরিংনচিঙা লৌথোক্লগা তুরেল ময়ায়দা চোংথহুনা থম্বাল অহু লোক্লেদো। মুমিৎসু তাররে, ঙাসু অম ফাওবা ফাবা ঙমদরে, য়ুম কারগে হায়দুনা মনী লম্বদা অহু ফি-গাওদা য়োয়হুনা হুরক্লে। হনুবা অহুনা মশুক্লিপায় উরগা "ইবুংঙো! ইশু লাক্লেদনা! কদায়! কদায়! ইশুনা কাকলা, তাবু মুল্লা মায়া ফারকপগে, ইপু য়েংগে" হায়রোইএ।

চন্দ্রকংনালনা "ইপুবোক! করম্বা লাইগী নোংমো অররে, মুমা মিত্তাংবী অম-ফাওবা ফাবা ঙম্মক্তে অহুবু ময়াম ইমাজমশিং চৎকনকাওনা খোই চোপ্তুনা লৈরিভেঙদা সনাগী থম্বাল অমা তুরেন্দা তাউরকই। মসি-হুম লোক্লগা লাক্লবনি। মসি ইপুবোক্লা লাইদা কৎপিরো" হায়দুনা মপু-বোক্তা হেক পিরেদো। মশুগী মা তাবদা হনুবা অহুনা "এঃ ইশুর্মিম নোংমা ফাবা খোঙকম লাকখিনি, কদায়-কদায় থম্বাল অহু হায়দুনা হেক লৌবদা হনুবা অহু মপুক শুঙ্কংখিবদগী হায়রকই—"ইবুংঙো! মাসিদি ঐখোয়না চিনবা য়াবা লৈ নত্তে, মতিক লৈবা লৈনি। হয়েং নোংঙাল্লগা নিংথোদহুম কৎলুসি। মহুদা পেনবিহুনা মহাক্লা মনা-মথুম পিরকপা অহুহুম ফংনবা তৌসি" হায়দুনা থমজিনক্লে। অহিং অহু চাবা-থকপা লোইরহুনা মুংঙাইনা পোথানক্লেদো।

নোংঙাল্লে, ঙক্সানা ঊরু-মায়তাজরে। হনুবনা মফি-মরোল নিঙথিবা ইশু তাবা অহু শেংচরহুনা "ইবুংঙো ইপু কোমুং কারগে। নঙনা ওরাং পুরকপা থম্বাল অহু নিংথোদা কৎলুখিগে। মনা চাউনা পিরকপা লাই

থুরুম্নমু' অসুম হায়রল্লগা হন্নুবা অহু কোম্নুংলোমদা প্রপ-প্রপ চৎখরে। কোম্নুং য়ৌরেদে। থোঙশঙবদা "ইশূ-শা! ঐ ইনিংথৌদা থম্বাল অসি কৎলুগে লাকপনিকো" হায়হুনা উৎলল্লগা চঙখ্রে। নিংথৌ মনাক য়ৌরহুনা সনামাঙদা থম্বালহু থম্নগা কৎপোইরে। মতৌ অহু উবদা নিংথৌনা "ইপূ! নহাক্কী লৈ অসিদি ওহোক্না ফজখ্রেদা! কদায়-কদায়! য়েংসি হায়হুনা সনা খুৎনা লৌবিখ্রে। মহুদা হন্নুবনা মথরায় সুংঙাইজরহুনা নিংথৌনা চানবিরগনি, লৈ অসি উরগা মনা পিবিরগনি খঙবোইরে। নিংথৌনা থম্বাল অহু হেক পায়রগা হংলকই, "ইপূ! নঙগী লৈ অসি কদায়দগী থোরকই? কনাদা পিরুগে হায়না রাখল তৌহুনা লাকপনো" হংবোইরে।

নিংথৌগী ৱা তাবদা হন্নুবনা "ইনিংথৌ! ননাই ঐগী ইশূ অমা লৈরে। থম্বাল অসি মানা পুরকপনি। অহুবু সনাগী থম্বাল ওইবা মরম্না ননাই ঐখোয়গীদি ইত্তিক চাদে। ইনিংথৌদহুম কৎলুরগে খন্দুনা পুজ-রাক্লবনি" হায়না হঙৎলে। হন্নুবগী ৱা তাবদা নিংথৌনা অমগা অমুক পান্নকহুনা "ফরে ইপূ। ইপূনা ঙসি পুরকপা অসিনা ঐগী ওইরে। ঐগী মহারাণীগীদি ইপূনা পুবিরক্তে অহুনা হয়েংদি ইপূনা ঙসি পুরক্লিবা অসিগা চপ মান্নবা অমগা পুরিরকদবনি নত্রবদি ইপূ! নিংথৌগী চৈরাক অঙাং ওনগদবনি" হেক হায়রক্লেদো। ৱাহু তাবদা মনা ফংগবরা ইমুংগী লৈত-দায়র মেম্নগরবা খল্লম্নবু অরাবহুম তারবা! অসুম্না কক্কাওনহুনা হন্নুবা অধ অরাবা কোকথোং পুরগা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে।

হন্নুবনা মায়থোং মক্না হুম্মাং চনম্লি ক্কারহুনা নিংশা মুয়না হোল্লহুনা লাকপহু উবদা চন্দ্রকংনাম্না ইডক ঙক্না "ইপুবোক! করি তৌরবগে? নিংথৌনা করি হায়রক্লুবনো? ইপুবোক্না থরায় মুংঙাইতনা হল্লকপসিবু করম্বা অরুম্বা য়াথং হায়রক্লুবনো?" অসুম্না হংবোইএ। হন্নুবনা মশূদা— "ইবুংঙো! ঙসি ইপূনা কৎলুবা থম্বাল অহুনা নিংথৌগী ওইখ্রে হয়েং অসি মাসিগা চপ হেক মান্নবা অমা মহারাণীগীদমক পুরকখো অহুগা মনা

মথুম পিগনি নত্রবদি অঙাং ওমগনি হায়রক্নে। ইপুনদি মচু কংলগা মনা মথুম থরদং পিরকপনা নমাগী মতেং থরা ওইনবা থল্লম্বনিদো, হৌজিক্না অরাবচুম থোক্লরে-অচুনা হয়েং অসিবু করম ভৌসিংনো থনবদা থনফম খঙদনা লাক্লিবসিনি অচুগা নঙনা পুরক্লিবা থম্বাল অসিদি পাক হেক ফংবা ঙম্বা পোত্তাস্থু নত্তে করম ভৌসিগে ?” অস্থুম হায়রবদা চন্দ্রকংনাম্না “অচুদি ইপুবোক। হয়েং অমুক্তা নিংথৌগী নাক্তা চংপিরো। ঙসিদগী চুমিং ৭ নি শুবদা পুজরকে অচুকাওবদদি ঙাকপিয়ু। ইপুদি অহল ওইরবনিনা লম ভায়া চংলগা হেকলুগদবনি হায়না হায়বিক্ল। মচুগী মনুংঙা হায়গীচুগা মায়বা সনাগী থম্বাল অচু ফংননবা নশু চক্কনগে” হায়খ্রোইরে। “ফরে-ফরে” অস্থুম হায়নচুনা অহিং অচু লেপ্লেনো।

নোংঙাম্নে, হন্থুবস্থু মশুনা ঙরাং হায়বা বাকম অচুগী অমুক্তা নিংথৌদা হায়রুনবা কোম্নুং কাপ্লে অচুগা চন্দ্রকংনানস্থু মায়োক্না [illegible] কংলকপা তুরেল অচুগী তুথুল ইমা মথার অরাং পানা অস্থুম চংবগে্রনো। হন্থুবস্থু নিংথৌদা মশুনা হায়বা মতুংইন্না নিংথৌদা হঙংলুরগা মমুমদা ময়ক্নে। চুমিং অচু চুমিং ভাশিল্লক্নে চুমিদাংবাই ওইরে। নিঙথিরবা অরমদাই চুমিংকী মশেক্না য়ৈবনে চন্দ্রকংনান মশানা হায়া কুচু পানবা মীওই ওইবগা য়েংবদা পূক্নিং শুক্নংপা মীওই ওইরবা মচমদা লাইগী রোংদমদগী হেলোইশিংগী শায়কম ঈকোল অমদা থুংলুরে। ঙায়ু লৈমা কৌবী মশক মতৌ ফজরবী য়েংবদা মিংফম হোংঙমদবী লৈশাবী অমা ঈক্লচুনা লৈরম্বা অচু থেংনরেদো। লৈশাবী অচুনা চন্দ্রকংনানবু হেক উবদা কল্লকমনথিচুনা মপুরোইবা ওইনিংবদগী বারী শাগে থন্দূনা হংলকপোইরে।

“হা লাকপিরিবা নহাকপু থোইমুম লাইরা ? নমু ভাইবং মীয়া কনানো ভাকপিয়ু। মকম অসিদা লাকপিবনা করি থবকী ওইরবনো” হংখ্রোইরে। চন্দ্রকংনাল অচু ইঙক ঙক্লচুনা “হা ইবেম্মা। ঐদি ভাইবং মীনি; ঐগী মিং চন্দ্রকংনাল কৌই; অচুবু থাজথিন্রবা অশুকপা মফম অসিদা

লৈরম্লিবী ইবেম্মচুম কনানো হায়না খঙজনিঙই" অসুম খুপ্তোইরে। মাহু তাবদা হেলোই অহুনা "ইবুংঙো! ঐদি লাই সন্নাবেনগী মচানুপী ঙান্নু লৈমনি অহুবু মকম অসিদা ইবুংঙোনা লাকপিবগী মন্নমদি হায়বিব্রি" হায়রবদা চন্দ্রকংনান্না "ঐবুদি সনাগী থম্বাল অমত্তং থিরকপনি" অসুম্না হায়রেদো। হেলোইহুনা "অহুদি সনাগী থম্বাল অহু ঐ পিজগে, তৌবদু ঐখোয় অনী অশুম্বী শুমদবী শান্নসি। ইবুংঙোনা ঙম্নগা ঐবুম্ন ইবুংঙোগী তালোয় ওইবিয়ু অহুগা থম্বালসু ফংনবা ঐ তাকচগে ঙমদবা থোক্লবদি ঐগী মীনাই ওইবিবা য়াবয়া" হায়না হায়রোইরে। চন্দ্রকংনান্না ঙাহাক থল্লগা "কয়ে-শান্নরম্নি" হায়হুনা য়ানরবা মতুংদা মাখোয় অনী অশুম্বী শুমদবী শান্নরেদো। ঙাহাক শান্নরবা মতুংদা চন্দ্রকংনান্না শুম্নহুনা হেলোই অহু মমুক্কী তালোয় ওইবা তারেদো। মতম অহুদা ঙান্নু-লৈমা হেলোইনা হায়রোইঞ। "ইবুংঙো! ঐনা ইবুংঙোগী তালোয় ওইত্রিঙৈগী মমাঙদা হায়জনিঙ্ঙবদি ঐখোয় ইচিল ইনাও অহুমনি। ঐখোয়গী বাশক্লবা অমা লৈজৈ। ঐখোয় অহুম পুন্না ইপুরোইবা ওইবা য়াবা মকমদা য়ুম পান্নসি হায়নৈ অহুগা নিপাহুগী অপাম্বা পূন্নমক ঐখোয়গী ইপা সন্নায়েন্দা নিজরগা নিপাহুগী মনিঙ থুংহনসি হায়নৈ। মন্নম অহুনা অবাংলোমদা থন্না অমুক চৎলগা খুম্নু লৈমা কৌবী অমা লৈরমগনি মাবুম্ন মতৌ অসুম্না অশুম্বী শুমদবী শাম্নহুনা মামথিবা পিবিরুথো। অহুম তৌরবদি ইপা সন্নায়েনগী মফমদগী সনাগী থম্বাল অহু ফংবিগনি" হায়রবোইরে। চন্দ্রকংনান্না থল্লি—সনাগী থম্বাল অসি মালেম অসিদা শাৎপা নত্তহুনা লাইরৈবাক অহুদা শাৎপা লৈ ওইবা তারে অহুনদি মাসি ফংনবগীদমক ঙান্নু লৈমগী পাউতাক মতুংইন্না চত্তবা য়াদরে থল্লেদো। অহুগা ঙান্নু লৈমদা "অহুদি ইবেম্মা! ঐ চৎলুখিগে নহাক লৈরম্মু" হায়রন্নগা অবাং পাংনা অমুক চৎথৎখ্রেদো।

অহানবা থেংনবা ঈকোলগুন্না নিঙথিরবা ঈকোল অমন্নু থন্না চৎলগা থেংনরে। মকম অহুদন্নু খুম্নু-লৈমা কৌবীনা চেঙহৌ শন্ধ.ল লাংহুনা লৈরম্বহু চন্দ্রকংনান্না থেংনরুরেদো। মহাকপু হেক উবদা মচে ঙান্নু লৈমগী

মতৌগুম মপূক্তা মুংশিবগী ঈথক হৌবোইএ। মচেনা হায়বা অহুগুম্না মাহং থম্না মুনরবা মতূংদা মাখোয় অনীস্থু অশুদ্দী শুমদবী শামরেদো। মতুমস্থু মইমথংদা চন্দ্রকংনাম্না শুম্নবদা খুন্থু লৈমনা হায়বোইএ "ঐস্থু হায়নখিবগী মতুংইম্না ইবুংঙোগী তালোয় ওইরে। অহুবু ইনাও অমগা লৈরি। মহাকস্থু অস্থূম্না অমুক্তং শামবিরুখো। অতুম ভৌরবদি ঐখোয় অহুম পূল্লগা ইপাগী মকমদগী পাম্বিরিবা সনাগী থম্বাল অহু লোয়দনা কংহল্লগে। অহুগা ইবুংঙোনা মকম অসিদা হনবিরক্লিব ফাওবা ঐহাক তাইহনা লৈজগে" হায়বোইএ।

অস্থূম্না তাঙনরবা মতু দ। চন্দ্রকংনাম্না অমুক মমাম্ন অম্নাং পাংনা হাইগংলক্রেদো। থম্না চংলগা হাম্নগী মতৌগুম ঈকোল অমদা শবী লৈমা কৌবী হেলোই অতোম্বীনা ঈশিং ঈবাবদা ঈবোইহনা শামরগা অহু থেংনরেদো। মহাক হেক উবদা চন্দ্রকংনাম্না হন্দকী অনীনা অহুমগুবী মনাউমুপী হায়বহু ওইবা তারে থনবোইরে। থম্না থম্না অস্থুম চঙশিন্ন-ক্লবদা মচেম অনীগা হাম্নখিবা মতুংইম্না তাইবং মী থারকনি হাম্ননবহু থারক্লে হায়বা থঙভবোইরে। মচেমশিংনা হ বগুম্না মহাকস্থু চন্দ্রকংনাম্দা মাম্নিং মথা হংলে। করি মরমগী লাকপনো হায়বা হংনরবা তুংদা মচেম-শিংগা শামবগুম মশা পোম্বা থা-নরহনা অশুম্বী শুমদবী শাম্নরগে। থোঙকম অসিদস্থু চন্দ্রকংনাম্না ঙম্নহনা শবী লৈমা পুরগা মথং মথং লাক্লেদো। মমৈথংদা অহানবা থেংনখিবা ভানু লৈমগী মনাক্তা মাখোয় ৩ গা পূম্না ৪ মক উনরহনা তাহাক পোথানরে।

হায়নখিবা বাগী মতুংইম্না ভানু লৈমা, খুন্থুলৈমা অমস্থং শবী লৈমা মচিল মনাও অহুম্না মপা সম্নারেনগী মকমদগী সনাগী থম্বাল অমত্তং পিনবিমু হান্ননা নিজরে। মচানুপী অহুমগীদমক সম্নারেম্না খুদক্তা ভানু লৈমগী ঈকোম্পা সনাগী থম্বাল অমা থঙহৌদনা থাদরক্লুনা খুগায়না হেক লাংলৈদো। মহু উবদা মপা সম্নারেননা থৌজানবিরে থঙলহনা চন্দ্রকনোম্পা পুক্লুংঙো! সনাগী থম্বাল অহু হৌজিক্তি ঐগী ঈকোম্পা পীহনা লৈরে"

হায়নঃ ত'ক্লবোইরে। ফজে হায়না তাল্লকপা অহু হেক উবদা হয়াওমন-খিহ্নদা থুনা য়াঙনা ঈকোন অহুদা কূমথঙ্খিহ্না সনাগী থম্বাল অহু হেক্লুরেদো। সনাগী থম্বাল অহু পুরগা লৈমা মচিল মনাউ অহুমগা লোয়ননা চন্দ্রক নান ময়ুমলোমদা প্রপ-প্রপ হল্লক্লেদো। লুম্বীদা চন্দ্রকং-নাম্না সনাগী থম্বান্দি পুরকলে, অহুবু নুপী ৩ অসি পুহুনা কংম্না ইমুংদা চঙ্গনি থম্না থম্না লাকপনা য়ুমজঙফম য়োরক্লেদো। অস্নুম্না মখোয় ৪ না মখী-মখী ওইনা চন্দ্রকংনাম্না মাঙ থারকপদা মপূবোক্না লাপ্তক্না উরহুনা খোয়াংনা ভাইজয়ম্বা মশূবু হেক উবদা মপূক্লিং অহু থরদি মকা লাম্ন-যোইরে। অতে নূপীশিংবু উদে, মশূবুতা উবগুম্না প্রপ-প্রপ থোরক্লুনা "ইবুংঙো! করম তৌরে ফংলক্লবরা" হংবোইরে। মশূ লাকপগী থুংঙাইরম্বা মতম অহুগা মচাগীদমক রাজরম্বী মমাস্নু চেম্হোক্লক্লে। চন্দ্রকং-নাম্না "ইপূবোক্না পাম্বিবা থম্বাল অহু অসিনি, মাসি পুংগা নিংথৌদা কংপিরুবা য়াবগনি" হায়রম্লগা মখোয় ৪ মক মপূবোক অহুগা মমাগা অনীগী মফমদা থুরুম্লম্মি! করম তৌবমগদগে থনবদা য়ানরুরবা অমদি থম্বাল কংপা ভমদহুনা নিংথৌগী চৈয়াক ফংলগত্রা হায়না চীংনা ননবগুম য়ারম্ববু সনাগী থম্বাল ফংলহনা অমদি ফুম্বংনরম্বহু মচাবু হেক উবদা মালেম পূম্বসি মহাক্কী ওইবগুম হুংঙাইবনা হায়নিংঙাই কৈরমত্রবোই। মচা য়েংলগা মমানা "ইবুঙো! ইবেম্মা ৩ অসিনা কনা কনানো? কদায় কদায়দগীনো" হংবোইরে।

য়া অহু তাবদা চন্দ্রকংনাম্না "ইমা! ঐনা সনাগী থম্বাল অসি খিবা চংপদা ফংলকপনি" হায়বগী য়ারীহু পাউ তমজবোইরে। মচাগী য়া তাবদা মমানা হয়াওরহুনা মমৌ অহুস্নু ওকচুরে। মপূবোক্কী মশূনুপীনি হায়বা তাক্লহুনা মপুগী মফমদস্নু থুকমহল্লেদো। অস্নুম্না য়ারী য়াজাত্র তৌনহুনা অহিং অহু লেপ্লেদো।

নোং ওলে, হনুবা অহু ওন্তানা ঈরু মাম্নতারহুনা মফি মরোল শেংকংলে। মশূনা পুরকপা সনাগী থম্বাল অহু পুরহুনা নিংথৌদা কংলুরলে

হায়রুনা সনা কোগুং তম্না কাথংল্লে। কোন্নুং য়ৌরক্লরদা হনুববু হেক উবগা নিংথৌনা তরাম তরাম তৌরহুনা কৌশিনবিরে। "ইপু লাক্লেদনা! য়ান্না করে, ঐগী লৈ অহুদি পুবিয়রক্লবিদনা?" বা অহু তাবদা হনুববা "ইনিংথৌ! সনাগী থল্বাল অহু ননাই ইপুনা পুজরক্লে" হায়রুনা কংলেদো। নিংথৌনা হয়াও-হয়াওনদি লৈহু লৌরে অহুবু মপূক্তদি অমা থনবোইরে। অসূকী মতিক তাঙগ্রবা লৈ অসিবু ইয়ায় লায়না হেক্তা পুরক্লিবসিগী মরম থঙনিঙলহুনা নিংথৌনা হনুবদা হায়রেদো। 'ইপূ! নহাকী লৈ অসিবু কনানা কদায়দগী লৌরুবনো" হংবোইরে। হনুবনা "ইনিংথৌ! ননাই ঐগী ইশূ অমত্তং লৈজে, ননাই ঐনদি অহল ওইরবনিনা চৎপা ঙমদবদগী মাবু থিহল্লুবনি" হায়না খুমজবোইরে। নিংথৌনা অমুক—"করে অহুদি, মশূ অহু মশক অমুক্তং য়েজে হয়েং'দি পুখৎলকউকো!" হায়বোইরে। হনুবনা 'ফগনি ইনিংথৌ! ননাইহু পুজরক্নে, ঙসিদি ননাই ঐন্নু হজরগে।" অসূম খুরুম্লগা হনুবা অহু ময়ুমলোমদা হল্লক্লেদো। নিংথৌনা হয়াও-হয়াও তৌরম্বা অহুগা মশূবু মশক য়েংনিঙবগী পাউহু তম্লবদা নিংথৌনা অপাম্বা পোৎ কংহল্লবনিনা হয়েংদি মনা-মথুম চাঙনা পিবিগদৌরমাল্লে থজহুনা ইমুং অহু য়াম্না পুক্লিং লয়তানা নুংঙাইনা অহিংহু লেনলেদো।

নোংঙাল্লগা মশূ মপু অনীমক হোবে-হোবে কোন্নুং কারক্লে, নিংথৌ মাঙদা চঙহুনা খুরুম্লগা মশূ অহু অসিনি হায়না হঙ্গৎচরে। নিংথৌনা মশূ অহু উবদা "হাই ইবুংঙো! নঙলা ইপুগী মশূ হায়রবদে।?" মশূনা মামি ননাই ঐনি ইনিংথৌ', খুম্বোইরে। নিংথৌনা "নমিংদি করি কৌই?" "ননাই ঐগী ইমিংদি চন্দ্রকংনাল কৌই।" নিংথৌনা "নঙসে মতিক লৈবা মীনি। মী থ্বাইনা ফংঙমদ্রবা লৈবু নঙনা ইকোম-কোম্না কংলকৃই, অহুনা ঐনা নঙবু মুম্না নতিক থঙনিঙই। ঙসি অহিং পুক্লি অসিদা কৌ শঙবাই অমা হৈথগনি, মাহু হয়েং-মরু অমত্তা য়াত্তনা খুল্লগা পুরকউ! মাহু ঙম্লবদি নতিক থঙেঙ-ঙমদবা থোক্লবদি নহাক অমুক

অঙাং ওনবা তাই" হায়রক্লেদো। নিংথৌগী রা তাবদা মশু মপু অনীমক ঙাইহাক্কী মনূংদা মনা মথুম ফংবগী রাখলদা তাউরম্বত্থনা মচিনবাল মথক মথা প্রক প্রক হেক কংলত্থনা তাইবং অসি পুম্মম মন্নম্মী। নিংথৌদা রা অমত্তা হায়রমদনা—থুরুম্লমদনা মযুমলোমদা হল্লক্লেদো।

মযুম যৌরগা মাঙোল কারকপদা মশু মপু অনীগী অরাবা মায়থোং উরগা মশুম্নপী অহুম্মা হংবোইরে করম্বা সনা মাথং ফংলক্রবগে?" হন্নুবনা "ইবেম্মা! ইশু ইপূনা মনা কঙদরা থল্লুবব্র হয়েংদি ঐখোয়গী নিংথৌগী চৈরাক চৈথেংনা অঙাং ওনবা তারি। ঙসি অহিং অসি মাগী পুখ্রি অত্থদা ফৌ শঙবাই অমা হৈজিনগনি। মত্থ মরু অমত্তা রাত্তনা পুরকদবনি। ইশুগী চাং মেজনি ঙমজ্রগা অঙাং ওলহনগনি হায়রক্লে" অস্থুম্মা পাউ তম্মোইরে।

হন্নুবগী রা তারদা ঙাম্নু লৈমনা "ইপুবোক! অত্থগীদমক ওইরবদি রাবিরুগত্থ! মুংঙাইনা পোথাত্থনা লৈবিরুরো। নশু ঐ লৈ র—ঐনা মরু অমত্ত রাত্তনা থুম্নবা তৌজগনি" হায়বোইরে। রা অত্থ তাবদা মশু মপু অনীমক মথরাই থরা মুংঙাইজরত্থনা অহিং অত্থ লেপ্লে। অস্থুম্মা অহিং ওইরিবৈঙগী অথেঙবা অহিংদা ঙাম্নু লৈমা হৌগৎলে। পুখ্রি অত্থগী মনাক তানা চৎলত্থনা মপান্দা লেপ্লগা মমায়ত্থ মপা সরারেন্দা ওনথৎতুনা "ইপা ইবুংঙো! পম্মৌ অপোকপা! নঙগী অরৈবা ঙাম্নু ঐগী ইতারোইশিং অত্থ ঙসি অহিংলোইনা থাবিরক্তবা য়াদরে—নমাক নিপা অরাবা তারে।" অস্থুম্মা হায়জরবদা মপ. সরারেম্মা মচাগী অরাবা উরত্থনা মাগী মনাক্তা অরৈবা ঙাম্নু মথৈ" মচাগী মনাক তাম্ন. থার:ক্লেদো। ঙাম্নু লৈমনা ঙাম্নু ময়াম অত্থ উরত্থনা "ইতারে ই নখোয় ময়াম চঙত্থনা পুখ্রি মনু দগী বে শিং অত্থ মরু অমত্তা রাংহন্দনা থুনবিদবা য়াদরে" অস্থুম্মা হায়বোইরে। ঙাম্নু ময়াম অত্থনা ঙাম্নু লৈমগী মাথং মতুংইম্মা কৌশিং অত্থ মরু অমত্তা রাত্তনা থুনগৎলত্থনা পৈরেদো। নোংঙাল্লক্রবদা ঙাম্নু লৈমনা মপূরোইবগা মপুবোক্তা অনীমক্তা হায়বোইএ "লে'বিরো, পুখ্রি মপান্দা ফৌশিং অত্থ মরু অমত্তা রাত্তনা

পৈতুনা থম্বজরবনি। মতু নিংথৌগী মনিঙ থুংনবা কৎপিরুরো” হায়রবদা মশূ মপু অনীমক প্রপ-প্রপ চৎলগা অচোৎপা ফৌশিং অতু পুতুনা নিংথৌদা কৎলবোইরে। মতৌ অতু উবদা নিংথৌ অদো পুমঙক ঙকপদা থেংগ্রে। ঙাহাক রাখল তৌরগা নিপা অসি য়াম্না তৌবা ঙম্বা মীনি, হুন্দক্তি করি করম্বা থৌদা অমা অমুক পিশিন সিগে খনবমথৈ খল্লগা মথৈথংদা হায়রবোইরে —“ফরে হুম্বেংসু চাং য়েংখিগনি—তেংপাক মরক অসিদা থোইদিং পোৎমা চাইথাইগনি মাতু মরু অমত্তা রাত্তনা থুনগদবনি।”

বা অসি তাবদা চন্দ্রকংনাম্না হান্নগী অরাবদগী শরুক চাম্মা হেন্না রাঞ্জবোইরে। মমিৎ মনা পুথম মমগ্রে। কনাদসু হায়রম্বা লৈতনা মশূ মপু অনী অতু অমুক য়ু দা লাক্লেদো। ময়ুম য়ৌরকপদা খুন্থু লৈমনা পরপ পরপ থোক্লতুনা ওন্নরে। মশূ মপুগী অরাবতু উবদা “হুন্দকমুরা করি করম্বা য়াথং হায়রক্লবগে” হংজবোইএ। চন্দ্রকংনাম্না “হুন্দক্তি ইবেম্মা! ওস্থোকপনি, ঙসি অহিং তেংপাক মরক অতুদা থোইদিং পোৎমা চাইথাইগনি মতুসু মরু অমত্তা রাত্তনা থুম্নবা চাং য়েঙ্গনি হাংরক্লে। মতু নম্রবদি থরায় লোগনি হায়রি”সুম্না পাউ তম্নবোইরে। পাউ অসি তাবদা খুন্থু লৈমনা “অতুদি হুন্দকী অসিনা ঐগী ইথৌদাং ওইজরগে ঙরাংগীনা ইচেগী থৌদাং ওইখরে। পুক্লিংদা করিমত্তা চিংনবিরুপতু” হায়রবদা মশূ মপু অনীমক মিতুল কান্নম্বা অতু থরদি নেমজরেদো।

অহিং অমম্বা মতম ওইরক্লে, খুন্থু লৈমা অমম্বদা হৌগতুনা নিংথৌগী ইংথোল তান্না লাক্লগা মপা সবারেন্দা হায়জবোইএ “ইপা ইবুংঙো! ঐগী ইতায়োয় খুন্থু ময়াম লৈবতু অমুকং থারিক্লবদি নমোমদি মপুরোইবা কায়নরবী সুপী হায়বতু ওইবা তারে থুনবক থাবিরক্লুনা নমোমগী ইতেং পাংহনবিয়ুগবা!” অসুম খুরুমজবরদা সরারেন্না মচানুপীগী অরাবা ঙাক্ল-মবগীদমক মতায়োয় খুন্থু ময়াম থাদবিরক্লে। খুন্থু লৈমগী নাক্তা খুন্থু ময়াম পুল্লরে। মতু উবদা খুন্থু লৈমনা “ইতায়োয়! নথোয় ময়ামসু কৌজবদি নিংথৌগী চাংক্লে তৌরি ইংথোলগী তেংপাক মরক্তা থোইদিং

পোৎমা চাইখাইরে মতু খুনবা ঙমদ্রবদি অঙাং ওন্দহনগনি হায়রি। নত্তা ঐগী ইতেং পাংবিমু” হায়রেদো। খঙহৌদনা খুমু ময়াম অদু চঙঠনা থোইদিং পুন্নমক মরু অমত্তা য়াত্তনা খুন্দুনা পৈরেদো। পুন্নমক লোইরবদা মতৈ মহৈ পুকমেন পাউমেন্নরগা খুমু ময়াম অদুসু সরারেনগী নাক তান্না পাইখ্রে। খুগ লৈমসু ময়ুমদা হল্লকুনা মবুংঙোদা পাউতম্নরেদো।

নোংঙাল্লগা মশু মপু অমুক কোপ্লুং ফারক্লুনা নিংথৌদা “থোইদিং পুম্বা মরূ অমত্তা য়াৎহন্দনা খুঞরে ইনি থৌ” হায়না পাউদম্নরে। নিংথৌনা অখূনবা থোইদিংশিং অদু উবা মতমদা খনখি। নিপা অসি মীনা ঙমদবা থবক ঙম্ম অতনদি হন্দকমুক্কংগা চাং য়েংখিগে খল্লহুনা “ফরে নহাক নতিক লৈবা মীনি, মীনা ঙম্মদবা কন্না ঙম্মবনি। হন্দকমুক্কা চাং য়েংখিগনি মসিনা অয়োইবনি। হয়েংদি পুখ্রি কেম্ম তৌগনি, কোপ হাগনি, কোপ মথাদা নহাক লৈগনি, মথক্তা শাং হাপ্লগা ঘী থাউ হৈহুনা মৈ থাগনি। মতুদা শিদবা ঙম্মবদি ঐগী লৈবাক অসি নঙোন্দা। পুম্নমক পীগনি” অস্মুন্না হায়রবোইএ।

য়া অতু ত বদা চন্দ্রক নান য়া ভাঙবা থোকখিদ্রে। মখিৎ মনা উশিল্লক্রে অউবা পুম্বা লৈচিল থাগ্র। মরক মরক্তা তন্দনগী মশেক মঙাল নত্তনা করিসু উখিদ্রে। মথোঙ কাফে কাফে থাংলহুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লেদো। ময়ুম য়োবগ পাউ অদু তম্বদা মতু চুবগ লোয়মন। লৌশিং য়াওদনা লয়মায়দা য়াম্নহুনা লৈর বাইরে। ঙাহাক লৈরগা লৈমা ৩ চঙনা অনা লাইকম্নবদগী লৌশিং লৌমাং লংক্লেদো। মবুংঙোবু উরগা শবী লৈমনা হায়রোইরে “ইবুংঙো করিগী য়াবিরিবনো? নিংথৌগী চাংয়েং অনীদি ইচে অনীগী থৌদাং ওইখরে। হন্দকী অসিনা ঐগী থৌদাং ওইজরগে।” অস্মুন হায়নরহুনা অয়াবা অদু খরদং কোকথা য়ামী য়াতায় শাহুনা অহিং অদু লেজবেদো। অমম্বদা হৌগত্তুনা শবী লৈমনা মপা লবারেন্দা থুরুন্নগা “ইপা ইবুংঙো! ইচেম অনীগীসু পাম্বৌ নহাক্না তেং-বাংবিরকখি। নমোম অতোম্বী ঐগীসু ইতারোয় দৈহোবা শবী পুন্নমক

অমত্তা রাক্তনা থাবিরকউ নত্রবদি নম্মাক মথরাই মাঙহুনা নমোম ঐগি নাহা ওইনা লুখ্রা শীংদা চনবা তারে" অস্নূম হায়ভুরবদা মপা সরারেন্না মতারোয় শবী পুন্নমক অমত্তা রাক্তনা থাবিরক্লেদো।

সরারেন্না থারকপা শবী পুন্নমক শবী লৈমগী নাক্তা থুংলরবদা "ইতা-রোয়! নখোয়না ঐগী ইভেং পাংবিগদবদি মফম অসিদগী লৈখুল চাউনা হুংথিবনা নিংথৌগী শন্নায় মনাক্তা তৌরিবা পুথি ময়াদা ফাওবিরু।" শবীলৈমগী রা মতুংইন্না শবী পুন্নমক লৈচাক হুংলে লৈখুল শেন্নে, নিংথৌগী শন্নায় মনাক্তা তৌরিবা পুখ্রি ময়ায়দা লৈখুল অহু ফাওদৌরে। হেক ফাওদংপদি খঙথিগনি হায়হুনা লৈরোল মচা অমত্তংদা থাক্নুনা থত্নগা শবী পুন্নমক হল্লক্লেদো। "থবক অহু লোইজরে ইতারোয়, ঐখোয়স্ব হল্লগে," হায়হুনা সরারেনগী নাক তান্না হনখরেদো। শবী লৈমনা মপু-রোইবগী নাক্তা চঙলক্নুনা "কোন্নুং লেঙবিবা য়ারগনি। হোরেল পুখ্রি মনুংদা কুমথরগা থক্তা ফোপ হারবা মতম, মী কনাস্ব উত্রবা মতমদা ময়ায়মক্তদা চঙবিরো হেক নংগদা যোম লৈরমগনি। মহুদা চঙবিরগা য়ুম য়েৌনা লাকপিবা য়ারগনি" হায়না হায়ররেদো।

নোংঙাল্লে- নিংথৌ মনাই পুন্না গোন্না তিল্লে। লৈবাক মীয়ামস্ব তিল্লে। "চন্দ্রকংনাল হিংনা মৈদা ওমহুনা থাগদৌরি য়েংলুসি" হায়হুনা লাক্নবনা কোন্নুং অসি মীনা কুক-কুক ইন্নর রু। মতম অসিদা চন্দ্রকংনানস্ব কোন্নুং কারকলে। মাবু উবদা মী পুন্নমক্না তকশি শোন্নবসু য়াওই "নুংশিদা" হায়নবস্ব ময়াওই। মহাকপু উরগা নিংথৌনা "কোম মনুংদা পুশিললো, মথক্তা ফোপ থারো, শীং হাপলো! ঘী থাউ হৈরগা মৈ থাগৎলো! অস্নূম হায়রবদা নিংথৌ মনাইশিংনা য়াথং অহু অমত্তা চিথদনা তৌরে। ফোপ হারকপা মতমদা চন্দ্রকংনান্দি মীরৎ-নারৎ য়েংলগা পুখ্রিহুগী ময়াম মপা থিরগা শবীনা হুৎপা মখুল মপা য়েংলগা মনুংদা চঙব্রে। লৈখুল অহুদা মথং মথং অস্নূম লাক্নুনা ময়ুমদা নুংঙাইনা পোখাররেদো। মতম অহুদা নিংথৌ মনাইশিংনা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না

মৈ চুহনা মৈ থাগৎলে। মৈরীনা নোংমদোন তম্না রাংনা চাকখৎলক্লে। ডাহাক লৈরগা মৈনা চাক্তুনা লোইরম্লগনি হায়বা মতম অদুদা নিংথৌনা হৌজিক্তি মাগী হুপী ৩ অদু ফাইল্লুগে হায়দুনা মনাইশিং থারুবদা চন্দ্রকং-নান্দি মঙ্গোন্দা হিপ্তুনা পোথাদুনা লৈরম্লেদো। নিংথৌ মনাইশিং ওকপদা খম থেংলে। মাখোয়বু উবদা চন্দ্রকংনাম্না "নখোয় কনা কনানো? কনাগী দুতনো? যমগী দুতলা? সরারেনগী দূতলা? নত্রগা নিংথৌগী মনাইরা? অস্নুম্না হংলবদা মনাইশিং অদুনা "ইবুংঙো! ঐখোয় নিংথৌগী মনাইনি।"

চন্দ্রকংনাম্না—"অদুদি করি অমুক হায়বা লাক্লিবনো?" হংবোইরে। নিংথৌ মনাইশিংনা—"ইবুংঙো! নঙদি শিগ্রবনি, অদুনা ইবুংঙোগী লৈমা অহুম অসি লৌরু" হায়দুনা লাকচবনি। অস্নুম্না য়াম্না কিনা থুম-জবোইরে। রা অদু তাবদা চন্দ্রকংনাম্না নোক্লদুনা "চুমই ঐহাক শিরুরবনি যমগী লৈবাক য়োঁরুরে হল্লকপা পঙকুইবু কুইত্রি। পোথারম্বদা মঙাম্নরিবনি। অদুবু যমগী লৈবাক হায়বসিদি ওম্পোক্লা নুংঙাইদ্রে। ঐখোয়গী ইনিংথৌগী ইবুধৌশিং স্নাখা পুরেমশিং পুন্নমক উনরদুনা রারী রাতাই শারিডৈদা খরবু থেঙলক্লবনি। অদুগা মফম অদুদা পাল্লিবা হুয়-রা, লফোই-লতং ওম্পোক্লা মরীক চুম্না পাল্লি। মহাউশু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা পানবদগীদি য়াম্না হেন্না হাউই। চংলু চংলুবা য়েংউ-য়েংউবা মফম থূদিং পূক্লিং শুম্নাংলি। অসিনা ওইবা তাই মীওইবনা সর রেনগী কোন্নুং অমরাপুর হায়নরিবা! অদুগনে ইবুধৌশিংদা ইনিংথৌবু করম করম পাল্লিবগে হংলকই হায়না খরা হায়বিয়ু। পাউ অসি শোয়দনা তম্মুকো!" অস্নু হায়বোইরে।

রাশিং অসি তাবদা নিংথৌ মনাইশিং অদু থুনা য়াঙনা চংখিদুনা নিংথৌগী মনাক্তা চঙলক্লে। থুরু-খুদক লয়দা কুল্লগা থুরুম্নমবোইরে। মাখোয় অদু উবদা নিংথৌনা "করি তৌরে? নখোয়দি ইহাঙ-হাঙনা লাক্লবদি? মনাইশিংনা খুম্মী:—"ইনিংথৌ! অঙকপা মতৌনি শিগ্রে; মৈনা চাক্তুনা উং ওইদ্রে হায়নবা ননাউ চন্দ্রকংনান্দি ময়ুমদা হীপুনা

পোত্থাড়ুনা লৈরম্মী। মহাক্না যম লৈবাক য়োকুবগী ৱারী তাবদা ননাই ঐথোয়সু চংনিঙবনা মরেঙ-মরেঙ তৌরে। হয়-ৱা, লফোই-লঙংনচিংবা মহয় মরোং কয়ানা মরীক চূয়া চূয়া পাল্লিবা, য়েংউ য়েংউবা মফমদা চংলু চংলুবা খূদিংদা পুক্লিং শুক্নাংনিঙাইনা ওই হায় অহুগা হয়-র শিংগী মহাও অহুসু ঐথোয়গী লৈবাক অসিদা পানবদগীদি য়াম্না হেম্না হাউই হায়— অহুগা ইনিংথৌগী স্নাথ্ পুরেম্নচিংবা ইবুধৌ কয়াগসু ৱারী ৱাতাই তৌন-ৱকই, চংলমদাইদা ইনিংথৌবু করম পাল্লিবনো হংহৌই হায়রকই” হায়না পাউদম্নবোইএ। পাউ অহু তাবদা নিংথৌনা চন্দ্রকংনান অহু থুনা উন-নিঙলবোইএ। অহুনা “চন্দ্রকংনানবু অমুক উননবা কৌরু” হায়হুনা মনাইশিং থাগ্রেদো।

নিংথৌগী য় থং মতুংইম্না মনাইশিং অহু অমুক চন্দ্রকংনানগী মযুমদা থুনা য়াঙনা লাক্লেদো। মাথোয়না লাকপহু উবদা চন্দ্রকংনান্না “করি অমুক হায়রক্লে” হায়না হংলম্বোইরে। মনাইশিংনা—“নিংথৌনা ইবু-ঙোবু সনা কোম্নুংদা অমুকুংদগা লাকপিদবা য়াদে হায়না য় ম্না ঈকাই খুম্না হায়জরকই। মবুধৌশিংগী ৱারী ৱাথোঙ তানিঙবা মরম লেপ্র গ্লে অহুনা য়ারবদি থৰা থুনা লাকপিযু হায়রকই”—চন্দ্রকংনান্না “ফরে-সনা য়াথংনিনা চত্তবা য়াৱদো, চংসি চংসি” হায়হুনা লাকমিন্নবনা কোম্নুং য়োরেদো। লম্বী চংপদা ওকুবা মী পূম্নমক্না শিগ্রবা চন্দ্রকংনান উবদা ঙক্করবোইরে। “হাইমা! করম্বা চন্দ্রকংনাননো—মঙলা” অস্‌ম হায়ন-য়েদো। অস্‌ম্না কোম্নুং মনুং চঙলকপদা নিংথৌনা চন্দ্রকংনানবু উবদা হরাও-হরাও কৌশল্লগা ফম্মিন্নরে।

চন্দ্রকংনান্ন—“ইনিংথৌ! ননাইবু কেবিববু সনায়াথং করি অমুক তাকপিগদবা লৈরিবগে?”

নিংথৌনা—“চন্দ্রকংনান! ঐনা নঙবু করম্না নতিক লৈবগে য়েংনিঙ-বদগী থৰা ওৎখরে। ঐগী ইনাইশিংদা নঙনা তম্নকপা যম লৈবাক য়োকুবগী পাউ অহু তানিঙহুনা কৌবনি করি করি উম্নকপা, কনা কনা উনরকপা

করি হায়নরকপা পূম্নমক মরীক চুম্না অমুত্তং তাহল্লু।

চন্দ্রকংনাম্না তশে নমক চংলুবগুম য়াম্না থাজহন্না হায়বোইএ "ইনিং-থৌ! করি হায়না পাউদমসি গ? মকম অহুদা চংলু চ'প্লুবা খূদিং য়েংউ-য়েংউবা পূম্নমক পূক্নিং শুম্নংলিংঙাইগী মশক্নি। মথম অহুগী হয় য়া কফোই লত্তংনা মরীক চূম্না চূম্না থোইমিং বার-কারহুনা য়াম্বিরিবা। অমত্তং চাগে নিঙবদা কেল্লকপনা মহানবা, মহু চাক্লবদা অর হু ঙাই পূম্নমক পুমক উ কাউব। ঙম্বা হয়গী মথল কয়ানি অহুবু ঐখু শিগদবা মতম রাংলি নঙদি মালেম তাইবংদা অমুক হন্নুখো হায়হুনা হায়বিরে। চংলগে হায়হুনা মায় ওল্লকপদা ইনিংথৌগী য়েগী ইবুধৌশিং অমদি ইবুধৌ পুরেনশিংনি হায়হুনা মরী মরী থোরক্লগা ইনিংথৌগী মশং করম করন থৌহৌরিবগে হায়না ক্লংলকই হ য়না প উ খরা তমলু হ যনস্থ হায়রকই। অহুগ লফে'ই লফাং অমত্ত সিগা ইনিংথৌদা পিবিয় হায়না থারকই। অহুবু ননাইনা রামন্দুনা ঙাহাক পে'খ'রগা লাকচগে খল্লিভৈদা ননাইশিং লাকপনা হা অহুনা থরা থেঙ'গ্রিবনি" অস্তূম্না পাউদয়েদো।

চন্দ্রকংনানগী প.উ অপি তাবদা নিংথৌ অদম্থ যমগী লৈবাক অহুদা য়াম্না চংনিঙবগা লে'য়ননা মপা মপূশিংগা রারী রাতাই শানবা অহু য়াম্না পারবোইরে। অহুগা চন্দ্রক.নান্দা "অহুদি ঐস্থ নঙনা চংলুরা যমগী লৈবাক অহুদা অমুক্লং চত্তুনা পাবুং মহারাজ, ইবুধৌ অমস্থং ইবু ধী পুরেন্ন-চি বাশংগা উননিঙই ক ম তৌরগা যমগী লৈবাক অহু য়োবা য়াগদগে" হংবে ইরে।

চন্দ্রকংনাম্না ইনিংথৌ! যম লৈব'ক য়োবদি ইগায় লায়বা থব'ক্ল, লেঙবু লেঙবিগে হ য়রবদি য়াম্না শম্বা লম্বা লৈ মাহু তাকচগে" হায়রে ইএ।

নিংথৌনা "অহু'দ লম্বী অহু থুনা তাকলো! ঐ হৌজিক চংনবা থৌরাং তৌরগে" হ য়বোইরে। চন্দ্রক নাম্না "ইনিংথৌ! কোম অমা তৌবিরো। ইনিংথৌনা কোম মনুংদা চঙলগা মথক্তা শীং নিঙথিনা হাপহল্লো। অহুগা যী থাউ হৈহুনা মৈ চুরবদি থুনমক যমগী লৈবাক

থৌই। ঐবুসু অহুম তৌবিবগী মৌকবনি' হায়না হঙংলে। নিংথৌসু থাজরে। অহুনা মনাইশিংদা হায়রিবা পুম্নমক অহু শোয়দনবা থৌরাং তৌহল্লে। মনাইশিংনসু নিংথৌগী য়াথং শায়বা য়াদবনা কোম থুনা তৌরে! নিংথৌসু মনুংদা চঙলে। মথক্তা শীং হাপ্লে ঘী থাউ হৈরে। অদুগা মৈ চুংতুনা মৈজাউ থারেদো। মৈনা ভুং ভুং লাউন মৈরীনা নোংমদোন ভয়া মকা লাম্না চাক্লক্লবদা নিংথৌ অহু চেনকম লৈহবদগী মৈনা চাকুনা শিগ্রেদো।

মতুংদা চন্দ্রকনোম্বা মপুবোক অমদি মমাবু কৌথংলগা লৈমা৩ গা লোয়ননা নিংথৌ মহুৎ শিন্দুনা লৈবাকী নিংথৌ ওইহুনা মুংঙাইনা পানশিদো।

---

২১

# ফকচেৎ চগেম পোম্বা

থায়না মমাংতৈদা মনেম্না য়াম্না লুনা তৌজবা অপঙবা নিংভোল মরা অমা লৈরম্মোইরে। মচানুপী অহুদি মক মরক্তা মপামদা হেক হেক লাকপদগী মমানা অহাইবা য়ুংশাংগীজরমক ঙাক্তরবসু অহৈবা থরদং থোংহুনা হেক হেক চাংনম্নবো রে। মনেম্না থম্লি-ঐনা তৌরিবসি চুমদ্রে। ইচাদবু মুংশিবা মীগী মচাবুদি মুংশিদবা হায়বহু ওইনা থহগনি, ঐনদি ইচ বুদি ইয়ানা হেন্না মুংশি হায়বহু কনানসু থঙৎরোই অসুম্না থল্লবে ইরে। মচ মুপীগী মনাক তানা লক্লহুনা হু য়ুবরেদো। "ই-বম্মা! নবু ভোহবু নো মতম্স লাক্তে। লাক্লবদি চরা অমত ওইরবসু চাংম্নগদৌবনদো য়ে ভোই হায় অদো চাক চা র হায়ু" হায়রম্নগা চৎগ্রেদো।

মমা চংগ্রবা মংং ঙাহাক লৈয়গা নিপা অপঙবহু লাক্লে মুপী অহুনা "তারিবরা নিপা! ইমা লাক্লমী নত্তবু নোংমত্তবাওবা লাক্তে লাক্লবদি

চাক চরা অ'ন্তু ওইরবস্থ চামিম্নগদৌবনি অহুনা মুংঙাইত্তয়ে অমুক্তংদি চাক চাবা লাকউ হায়রগ্মী" হায়বে ইরে। য়া অহু তাবদা নিংঙোল মরা অহুনা "অবোক্পা চাক চাগো হায়রবদি চত্তবা হাবরা ফয়ে ঐ চৎলাগে" হায়বোইরে। য়াহু তাবদা মুপীহুনা: ঙাইখো! ঙাইখো হৌজিক চৎকদবা নত্তে হয়েং চাবো হায়বনি। হৌ'জক্তি'দি হায়রমদে" হায়রবদা অপঙ অহু মথর ই মুংঙাইত্তনা শুকথনা লৈরেদো। অস্তুম্না মুংঙাইত্ত-মুংঙাইত্তনা অহিং হৌখিহু-া নোংঙ'মক্রে' ওম্ভা হৌগৎলহুনা মশা মউ লেংলে ইং-খে'লগী থবক ইনথাং ঙ'হাক শূরম্নগা পুম্ব্রিরোমদা চৎখিহুন. ঈক মায়ত্তা লোইরেদে। মফি মরোল প্রপ প্রপ শেৎলগা মনেমগী মুয়ুমদা চাক চাক্রগনি হায়হুনা চৎখ্রবোইরে। মনেম্বোক্ত চাক খোংবা লোইক্রিডে ঙম্নানা চাক চাকুরনি হা'য়হুনা লা'কপা ময়ানিপাবু উরগা "অঙাং! নঙ'দি থুরলরোইরে" হায়বে'ইরে। নিংঙোল মরা অহুনা "অহোয় অবোকপু ঐ পাকচরে' হায়হুনা খুকয়েদো মনেম্না 'ফরে ফরে! ঙাহাক্তংদি পোশা-খো! ইনেমস্থ লোইনবা হোৎনরগে' হায়রম্নগা কক অমা থাহুনা ফম্মল্লয়েদো। ইমুংদা প্রপ-প্রপ চঙপ্রগা মৈখৌ কম্না থাহুনা খে'ংলিবা চাক অহু লোইনবা কম্না হোৎনরবোইরে। চাক খোংবা লোইয়হুন' চাক্র.ক ত শেমে চাক্রক অহু মকুবোকী অমগা মাগী অমগা ময়ানিপা অহুগী অমগা ফুপা নুংদুম শানা থারে। পুথম মথক্তা তোংতক্তা হাপ্পা অঙোব: চাক, নাকন্দা চগেমপোম্বা হাপ্পা তেঙ্গোং, মহুগী নাকন্দা লা মচেৎ অমদা ঙা'রি নম্না মেৎলবা মোরোক, মরোই মপাং অহুগা থুম থরা ওমু অচঙবনা লৌবা ঙারৌগা হাপ্লেদো! নাকন্দা ঈশিং খুঙ্গাই থম্মগা 'মপাস্থ চঙরিয়ক্লো। অঙাং! নঙস্থ চঙলক্লো চাবসি" হায়না কৌশিন্দুনা মথং মথং ফম্নরে। মনেম্না "অঙাং! য়েনশাংদি য়ায়োং চাবা ন-ত্তু, ইনেম্না চামিম্নিঙবগী অহুক কৌবনি চাবো চারে।" হায়হুনা চামিম্নরেদো।

চগেমপোম্বা অহু মত্তা চাক্রবনবা অপঙদদি মথরাই চাজবা ওইহুনা য়াম্না হাউনা চাজরে। অস্তুম্না চখোম-চখোম হুকখিবনা অপঙগী চাক্তি

লোইখোকখ্রে। তেঙ্গোত্তা পকপা য়েনশাং ফাওবা লেক্তুনা চাথৎলক্লে। মত্তৌ অদু উবদা মকুবোক্তুগীসু মনেম্বোক্তগীসু অরৈ অরৈবা হাপতুনা চারেদো। মতুংদা মহাক্না হায়রোইএ "অবে'ক! ওসিগী য়েনশাং অসিবু করি থোংবনো য়াম্না হাউখ্রেদা!" মনেম্না "অঙাং! ঙা চাক অচৌবদি লৈতবনিনা ইনেম্না ফকচেং চংগেম হেক পে ঙমি" হায়না খুম্বোইরে। মহাক্না ফক চংনা চংগেম পোম্বা হায়বসিদি য়াম্না হাউইদনা ঐদি লহানমথৈ খঙ-লমদে অসুম শনবোইরে। চাবা থকপা লোইনরে খুং শা হামদুনা থৈ্থে'কপা লোইবকপদা মনেম্না "অঙাং ঙাসু মপান্দা কাগোক লৈবনি, মমুদগী লৌংগা হেক চারো" হায়দুনা হায়রেদো। ময় নিপা অদুনা কাগোক্তগী কা মতপ শেমদুনা চথোম চাউনা চারগা মনেম মকু খুক্ময়্যগা মমুমদা লাক্লেং'ইরে! লম্বীদসু কাউসিগনি থন্দুনা ফকচেং-ফকচেং হায়না লাকপদা খুদি থীবদগী কাপ্ত্রদুনা অমুক হন্না চৎলগা মংম্বোক্তা অমুক হুংলু র। মনেম্না তাক্লক্তুনা ফকচেং অদু কাউদনা ময়ুম য়োরে।

ময়ুম হেক য়ৌবগা 'মুসী! ওসি অবোক্না পিজরকপা য়েনশাং অদু ওম্বোক্লা হাউংগে কাউবা ইয় য়রোইদৌরি।' তুপীতুনা "করি য়েনশাংবু পীজরকপগে" হায়রকপদা 'এঃ তাকপা য়াদে, হোরেল, মিদাং চাক থোংবা মতমদা ঐনা য়েনশাং অদু শেমগনি' হায়দুনা তাক্লেদো।

মুমিদং ওইরক্লে। তুপীতুনা চাক থোংনবা চাকথুম চঙথিবা উবদা অপঙনা "চঙলো চঙলো ঐ য়েনশাং শেম্রক্লগে" হায়দুনা মাথোয়গী ফম্নবা কৌনা ফকমচা অমত্তং লৈজবদু থাঙজোনা মকক-মকক কক্লদুনা য়েনশাংনি হায়দুনা পুশিন্ন ক্ল। "মাসি চংগেম পোমউ অসই অবোক্না থোংবদি অঙকপা ফংনা হাউখ্রে" হায়বোইরে। রাতু ত বদা থরা ওক্লবসু তুপীতুনা কক ওইরবসু মুন্না ফুংপদা তোইরম্বা তাই থনবদগী অদুম থোংলদো। চাক থোংবা লে'ইরদুনা পুথমদা চাক থিরে। তেঙ্গোৎ অচৌবদা য়েনশাং চংগেম পোমত হাংদ। চাকচাকমদা থগ্রবদু ভাইভমদনা অপঙনা "পিরকলো-পিরকলো চানিঙদনা মথোঙ মরম থঙদরে" হায়দুনা ফম্নগা

চাবা হৌগ্রে। অহানবদা চাক চখোম অমত্তুং চাউনা হল্লগা ফকচেৎ চগেম অহু ক্রৎ লাউনা হেক চিংখৎলুবদা ভোইষু থাগ্রবনিনা থক মচেৎ তহুনা মখৌনাউদা পন্দুনা হেক লৈরবোইরে। য়োংশিনবসু থাদ ওথোকপসু থাদ। অপঙ অহু মনৈথংদদি নিংশাশোরহেন্নবা থনাউ মখুল অহু মহোক-খিহুনা মমিং মনা ঙোংং ঙোংং ওনথৎলে ওক আক, ওক আক তৌরেদো। অহুদদি মাগী হূপীহুনা হুংশা থিমনখিহুনা চেনশিল্লক্লে। তোফম থঙত্রহুনা মহুৎরোইবনা মম্মা ক থংলবা অহুদা চাক থিনবা থাবৈনা ক্রেক ক্রোক ওতুনা কৈথিবা ফকচেৎ অহু লোথোকলোইরে অসুম্ম লোথোক্লবহুদদি অপঙ, শোর থম্মা হোনবা থারহুনা চনিঙ তারেদো। অসুম্মা মফম-মরাই খঙদনা মীনা হায়বাঙাকনা অফবনি থল্লুবদগী পোৎশাক খঙদহুনা অপঙ অরাবা ঙাক্কইদো।

---

২২

# নাতোল্লাও, খুবামজাউ অমসুং নিংদম্বা মরূপ ও না হি চৎপা

থাযনা মমাংদৈদা নাতোল্লাউ অমগা খুবামজাউ অমগা নিঙদম্বা অমগা নিপা অহুমথক খুল অমত্তদা লৈরম্বোইরে। মাখোয় অহুম আস থাম্মা লুনা হুংশিননা তিম্নবা মরূপি। মাখোয় অহুমুক অদুক থাক্কা এনাক কৈরাক খুনবা মীদি নন্তবোইএ। মাগী মাগী ইমুং-মনুংগী হুপী অঙাং থাকপদা খুদোং চাগদবা থবক অসুম থম্নবদা মাখোয় অহুম্মা মনৈথংদদি হি চৎসি হায়না খন্নরেদো। মাখোয় অহুম্মা হি চৎপগী থ্রা শঙ্গবসিদা অমনা হ য়ুংকপা থাফম্না অমনা থক-য়েৎপ লৈহনা মখোয় অহুম পুক্কচেল তিম্নবগী কৌনব, হেক্তা য়ানবোইরে। অসুম্মা মখোয় অহুম অহু হি অমদা চান-থক্লবা পোংচৈ অহুগা কলে নপোং থম্মা হাপ্লগা হি চৎলেদো। ঈশিংগী ঈচেল অকনাদা হঙ্গৎনা হোল্লকপন মুমৎ শনি হোল্লক্লবা

মতমদদি মাখোয় অসি য়াম্ন' য়ানরক্লবোইরে। মমৈথংদদি মাখোয় অছুমগী মরক্তা মরয় তৌবা য়াওরবোইরে। অদুদা নিঙদূম্বা অতুনা শাউরদুনা "ঐখোয় অছুমগী মনুংদগী মরোৌ তৌবা য়াওরে। অসুম তৌনরবদি ঐদি হি অসি হোঙংপা শূকয়াও য়াওররোই" হায়রগা হিনুংদা থংফম হেক ফমথবদা হিনূংগী উ অদু অকোপ্পা মপা থোক্লরদুনা বুং লাউনা হেক পুথ-রেদো।

হিনুং অদু হোরবনিনা ঈশিংনা য়া-য়া য়া, জর জর জর চঙশিল্লক হু উবদা খূবামজাউদো সুংশা থীরবোইরে। করমনো হি অসি লাকাথবা তারে থন্দুনা হি হোল্লম্বা অদু শঙতোক হেক তোক্লপা মাগী খূবাম অচৌবা অদুনা ঈশিং অদু কন্না শিংপোইরে। মাগী মখূৎনা শিংপনা হেল্লকুনা চেনশিল্লকপা ঈশিংবুদি মানা ওয়েদো চেনশিল্লকপগা শিংপগা চেনশিল্লক-পগা শিংপগা অসুম তৌবসিদা নাতোল্লাউনা "করিনোনে তৌগদৌবা অসিবো। থিং হকমনগ্রেদা। শাউনিংই হায়দুনবু" হায়না শোম্বাংননা হায়রম্লপা অহোবা হিগী মথূল মনাক্তা চঙলকুনা মনাতোল অরাওবদগী নপথী কোৎলগা হি অদু মেল্লেদো। অতুনা হনুংদা চঙবা ঈশিংদি উচিন নাচিন্না থিংলবোইরে। অসূম্না মথোর অছুম্মক হিনুংদা নোকমি-নোকমি তৌনরগা 'করে হন্দক্তি খোঙমান হিমায়বা ওইরসি" হায়নদুনা অমুক হন্না হোনগৎনরগা লল্লোনবা চৎমিন্নদুনা পূক্লিং অমত্তা ওইনা তিন্নথি হায়দো।

---

২৩

## য়েনব'-য়াবনা তোকপদা লান্নাবা

থান্না মমাংঙৈদা তোকপা অমগা য়েনবা অমগা মতাউ শান্নবোইএ। মাখোয় অনী য়ান্না নুংশিননা তিন্নবোইএ।

মতম থরা লৈরগা নোংমদি তোকপা অসিনা মাগী মরূপ ওইরিবা য়েনবা অম্বুক্ত্ত কাজিক্নমনগ্রদুনা মতিল ওয়ো-ওয়ো চোরে, মথদাং কপ-কপ

লাউরে, মখোই ক্রেং-ক্রেং চোংলেদো মরম অহুনা মহাক্না লৌশিং অমা তৌরগে খল্লেদো। য়েনবাগী মনাক্তা প্রপ প্রপ চৎলগা হেক্তা চোংশিন্দুনা লাকে। মহাক্তি মুমিদাংদদি মমিৎ উদবনিনা ঐ লাকই হায়বা খঙলোই অহুনা মনা তুম্লিরৈঙদা চৎকে। অহুবু মহাক কদায়দা কায়দোংহুনা অহিং য়াইরেকপগে হংবা ভারে খল্লবোইএ। য়েনবাগী মনাক তানা প্রপ-প্রপ ল ক্লগ। "ইতাউ! নঙবু কনায় কদায়দা হেক হেক য়াইরেপগেনে? ঐদি তাইবং মীগী য়ুমদা লৈবনিনা অহিং মুংথিল নাইদনা পোথাবা ফংই; চাবসু মাখোয়না হেক হেক ঐগী চরা অসি য়াহনবা হোৎনবি। নঙগী খনবদা মুংঙাইত্রহুনা লাকপনি" হায়বোইএ।

য়েনবানা ইতাউ অসিনা অম্মুক কুইবসি হংদ্রগা ঙসিতা মানা হংল-রিবসিদি করিগুম্বা নত্তবা য়াখল খল্লবরা হায়না মপূক্তা চিংনরেদো অহুগা হায়রকই। "ইতাউ! ঐদি নোংম-নেংমগী থোকউ থোকউবা হায়বহুনি। ঙসিদি ছেবোং মরী মরক্তা য়াইরেকপা তারি।" বা অসি তাবদা তোক-পনা হায়বোইএ। "ফরে ফরে অহুদি ইতাউ! ঐসু হল্লগে" হায়রম্লগা চৎল্লেদো।

নুমিদাং ওইরে। মতম অসিদা য়েনবানা ইতাউ তাকপা অসি মপূক শেংদরে, ঐ চিংনরে, মা হোরেন্দ্রি শোয়দনা ঐবু ছেবোং মরী মরক্তা খিররগনি অহুনা ঐবু থিবা ফংদনবা অতোপ্প মকম অমদ য়াইরেক্লুরগে খল্লহুনা অতোপ্পা মাইরেল মরী অশূকপা মফমদা লোতুনা লৈরেদো। অহিং হেঙজিল্লকে। তোকপহু গতম চারে ঙাসদি ইতাউ অহু হেক্তা চোংশিন্দুনা লাকউরগে খনন্দগী ছেবোং মরীগী মনাক তানা লাক্লেদে। কোয়থি হেক থিরইএ। থিবা ফংদ্রবহুদা নিংবা কায়রহুনা তোকপা ময়ুম তানা হল্লগোইএ।

নেংঙাক্লে, মুমিং থোক্লিং-থোকনাংগী মতম য়ৌরবনা য়েনশাসু মিক্লুপ নাহুনা য়েংলগা থোরকলে অহুগা তোকপসু অচচ্চা! হায়দুনা মপূক্তা ভকই। শান্দুনা থোরকপর লম্বিদা উনরলোইএ। তোকপনা য়েনবা হেক

উবদা "ইভাউ ! নওদি ওসি অহিং অসি ছেবোৎ মরী মরক্তা ভূমগনি হায়রম্বহু ভূমক্রমাল্লে। ঐনদি ইভাউহুবু কুরম্বু তৌমিদৌনো ৰেংলুগে লাকপদা ইভাউ দ লৈবম্বু লৈরমদে।"

রা অসি তাবদা য়েনবানা 'ইভাউ ঐদি ইচানে ইশূনে ভূমকম হিপকম নাতৈ চামন্ত্রবহুদা মাইরেল মরী মরক্তা ভূম্লে অহুননি উন ত্রবা" হায়না খু স্বাইরে। তোকপনা "অহুদি ওসিনা অমুক কদায়দা স্বাইরেকপা তার-রনো!" য়েনবানা 'ইভাউ! ওসিম্বু অহু মঙাই, মাইরেল মরী মরক জহুনা থরা খজিক খূয় তুংশংনা ভূমজবা ফ.ই অহুনা ওসিম্বু অহুম ভূম্নগে খাল্লি" হায়না খুমরে।ইরে। তোকপনা "ফরে ফরে অহুদি ইভাউ! ঐ হল্লগে" হায়হুনা তাকপা অদো চংখরেদো। অহুগা মীগী ফুঙ্গাদা কুন্দনা সুমিং তাবা ম তম ওাইহুনা লৈরবোইরে।

সুমিং তাশিল্লরুহুনা য়েনবাম্ব মচা মশূশিং অহুগা লোয়ননা মচিঞ্জাক তারুবদগী তোকপনা হংলম্বা রাশিং অহু খ নিঙ হেক নিঙশিংলক্নুনা ওসিদি মফম কদায়দা স্বাইরেক'সবনো মফম থিরগে খন্দুনা য়ুমজাউগী শন্দংখাদা য়াইরেক্লে'ো।

তোকপম্বু আহ ওইক্লবা অহুদদি খিরুরগে মতম চারে খন্দুনা য়েন-বান হায়রম্বা মফমশিং অহুনা কোয়চং চতুনা থিবদ ফংদ্রবোইরে। মমৈদদি কায়দরে ইভাউ য়েনব অপিনা ঐঙোন্দা মীনম্ননবনি থিবা ফং-করোই পোথ রুরগে খন্দুনা য়ুমথক্তা ফন চোংখৎলগা শন্দংখাদা লৈরুরগে লাকপোইরে। মফম অহুদা য়েনবাদা মচ মশূ ময়ামহু কোয়া য়াইরেক্লম্বা উবদ ইস নিঙবরু কল্লবদি লাইনা তম্বা লৈবনি হায়বহু শোয়দেদনা অস্থম খল্লহুনা য়েনবা তম্ন ফন হেক চোংশিনখিহুনা শায়াক তম ফর-ফর হায়দংপদা য়েনবা অহু মথরাই ম ঙলে। মচা মশূ থরম্বু হাঙোকুনা তোকপনা মপূক থল্লা চাখোকলেদো। খূদক অহুদা য়েমাউ মচা লাবা অমদি শন্দংখাগী ই মরক্তা নাশোন পীক্লা লোংহৌরদগী মাবুদি চিখর-বোইরে।

নোংঙাল্লে, তোকপস্থ ফুঙ্গা মনাক য়ৌনা চৎলগা বুন্দুনা পোথাক্লেদা। য়েম্নাউ মচা অহুস্থু য়াম্না মিপাই-থবাইননা চেস্থোরক্লুনা মমা পোকপা মবোক্কী মনাক তানা চেন্নক্লে অহুগা মচিম্নাউ মরাম অমম্রুং মপা হাংথি-বগী মুংঙাইতবগা তোকপবু লম্মন শি নিংবগী য়াকমহু পাউদম্নুরেদো। পাউ অসি তাবদা মবেল অহুনা "ফরে ঈশুসিদি অতৈদী মরাইবক্কীনি থল্লসি। নঙদি নাহা ওইরি মতম থরদং খাঙথিবা তাি। পাঙ্গল য়োকখো লাইনা তম্বা লাকনি" হায়হুনা মশুগী মপুক ফারহুনা য়োকপি থাকপিম্রেদো।

নোংম-নোংমা অস্থম হৌথিহুনা য়েম্নাউ অহুস্থু কাঙদোং যাজরক্লে। মমাংডৈদা তোকপনা মপাবু হাহুনা চাখিংহুগী লম্মন শিংলগে থল্লহুনা মবেনবোক্তা হ য়বোইএ রাহু তাবদা মবেনবোক্রা পেল্লহুনা ' অহুনিদনা ঈশুসিদে! মপা মপুগী লম্মন শিংগে থল্লিবা অহুনা নপুক্কিগী নংম্নি। নঙনা নিঙজবহু থুংজো। অহুমওইনমক নঙদি হৌক্কিকমক্তি থরদ দি নৌরি মতম থরতগা খাঙহুনা পাঙ্গল য়োকখো" হ য়হোইরে। মবেনগী মাথং মতুংইন্না মপাঙ্গল থাক্লুনা মতম তাইরেদো। অস্থুম্না নোংম নো মা হৌথিহুন য়েম্নাউ পাথং অহু মপুংফারহুনা মথোক কারকপগী হৌনবা মমান্নবা থেংনবদা বিদবা মতম ওইরেদো।

নোংমদি য়েম্নাউ পাথং অহুনা তোকপা অহু লাম্হেংল ক্রুরগে থল্লহুনা চয়োম চেঙজেল য়োম্লে। মবেনবোক থূব মন্নগা তোকপা লাম্নাবা লাক্লে-দো। লম্বীদা য়েক্রুম অমা হেক থেংনরে। য়েক্রুম্না "ইতউ। নঙদি কদায়দনো চয়োম চেঙজেল পুহুনা চৎলিববো" হংবোইএ। মে বানা "ইতাউ! ইপাগী লম্মন থুম্নবা তোকপা লম্নাবা চৎলিবনি" থুম্মোইএ। য়েরুম্না "এঃ অহুদি ঐস্থু ইত উগী লানবংবা চংকনিনা" হায়রবা "ফরে-ফরে চৎলসি অহুদি" হায়রহুনা লাকমিন্নরেদো। থবা চৎলগা লম্বী ময়াদা মরেং তারবা ঙাক্রা অচৌবা অমনা মথোয় অমী উবদা "ইতাউ! নথোয় অনীনা চয়োম চেঙজেম্নে করিনে লাক্লিবসিবু মকম কদায়

য়ৌগদৌরিবনো'' হংবোইরে। ঙাক্লাগী রা তাবদা য়েনবানা "ইভাউ! ঐগী ইপা অহু মুংশি হৈত্তবা ভোকপনা হাংল্লে। মহুগী লম্মন শিংনবা লাম্নাবা চৎলিবনি, ইতাউ য়েক্কমসু নতাউ ঐগী লানবাংবিগনি হায়হুনা লাকমিন্নরিবনি" হায়না খুম্বোইএ রাহু তাবদা ঙাক্রানা "অহুদি ইভাউ। ইতাউগী অহুগুম থবক থোক্লবদবু-হুন্দোকপা লৈথোকপা য়াবরা? ঐসু য়াঙগনিনা" হায়রেদা য়েনবানা "ফরে অহুদি ইতাউ ঐখোয় ৩ মান্নরবদবু শে-এ করি হায়না কিক্লগদগে চৎলসি" হায়বোইএ। অসুম্না মাখোয় ৩ অহু লাকমিন্নরেদো। থরা চৎলগা লম্বীদা খোইঙাং অমগা অমুক থেংনরে খোইঙাংনা 'ইতাউ! নখোয় ৩ না তৌরক্লিবা মতৌ চযেম চেঙ্‌খেল লাঙলহুনা লাক্লিবসিবু মফম কদায়দনোনে" হংবোইরে। খোইঙাংগী রা তাবদা য়েনবানা মরীক চুরা মপা হংপগী রারী অরে মহুগী লম্নাগা চৎলিবনি হায়না খুম্নবদা খোইঙাংসু 'এ! অহুদি ইতাউগী থবক্কুবু ঐ চিপ্পহুনা লৈহৌবা য়াবরা। ঐসু ঐনা ওম নতেং পাঙ্গনিদনা হায়রবদ য়েনবানা ফরে অহুদি ইতাউ লেঙ্গুসি'' হায়হুনা মাখোয় মরি অহু লম্নাবা লাক্লদো। অসুম্না মাখোয় ৪ না লম্বীদা লাকপদা য়েক্তম অমগা অমুক খেংনরেদো। মাখোয় ৪ লাকপা উবদা য়েক্তম "ইতাউ! নখোয় মরিনা শাপোৎ-ও লানপোৎ-ও তৌরক্লিসিদু করি লমদনা" হংবোইরে। য়েনবানা রাগী রাখোঙ্ তামক্তা চিংদনা পাউমম্নবদা য়েক্তমসু "এ: অহুদি ঐসু চৎকনি ইতাউগী মতেং পাংগনি" হায়রহুনা মাখোয় ৫ তোকপা লম্নারগন। অসুম্না মাখোয় ৫ না তোকপবু লাম্নাক্লগে লাকপদা থরা চংলগা ইশং চবুন অমা থেংনবোইরে 'ইতাউখোয়! নখোয় মযাম্না চৎলিবসিবু কদায় য়ৌগদৌরিবনে" হংবোইএ। য়েনবানা অতৈদা তমখিবা অহুগুম তম্নগা মপা হাংপগী লম্মন শিংনবা লাম্নাবা চৎলিবনি হায়না খুম্নদো। ইশংনসু "অহুদি ইতাউ! ঐসু ঐনা ওম্বা নতেং পাংদবা য়াদে ঐসু চৎকনি" হায়হুনা অসুম্না মাখোয় ৬ লাকমিন্নরেদো। লম্বীদা মাখোয় ৬ না লাকপা উবদা মাইরেল ফক্সেৎ অমগসু থেংনরে।

মাইরেল অহুনা "ইতাউখোয় নখোয় ৬ না মায়খোং লাংশিনজনা চয়োমনে চেঙজেননে লাক্লিবসিবু করিগীনে." হংবোইএ। য়েনবানা মাইরেন্দা মপা হাংখিবগী য়ায়ী তৌবগা লোয়ননা মথং মথং মাখোয় ৬ শুরকপগী য়ায়ী তৌবোইরে। মতু তাবদা মাইরেল ফম্রেংসু "অহুদি ইতাউ! ঐসু ঐনা ওম্বা নত্তেং পাঙ্গনি ঐসু তুংইন্নগে" হায়নরহুনা মাখোয় ৭ খোঙমান হিমম্না তোকপা লান্নাবা লাকখিরেদো। থরা চংলগা লম্বীদা অমুক থোরী কোঙ্গই য়াইওইবা অমগা অমুক থেংনরহুনা য়ায়ী হংবদা মহাকসু লানবাংবা য়াওরগনি হায়হুনা লাক্লবেইরে অসুম্না থরা থরা লাকপনা লম্বীদা অমুকসু শেঙ্গু য়াইওইবা অমগা থেংনরে। মতুংসু অমুক য়াফম অহু হংনবদা য়েনবানা মরী মখোঙ পুম্নমক চিংদনা পউদম্লবদা থেঙ্গুসু "অহুদি ইতাউ নখোয়গী নতুঃ ঐসু ইনপনি, ঐসু ঐনা ওম নত্তেং পাংফম থোকই। মরূপ নখোয় ময়ামসু হোরে ঐতা করম্না লৈহোগনি' অসুম হায়নরহুনা মাখোয় ৯ অহু মথং মথং পরেং শারহুনা তোকপা লান্নাবা লাক্লেদো।

লম্বী চংনা চংনা মাখোয় ময়াম য়ায়ী শানৈ। 'হন্দকী লাঙ্গং অমি করম তৌবা" হায়না ওক্রান হবোইরে। মাতু তাবদা য়েনবানা "ইতাউ-খোয়! নখোয় পুম্বা ঐগীদমক্তি হায়হুনা লাকশিরে। হন্দকী অসিমদ ঐ লাম্বে ও শীনগে। ইতাউখোয়নসু য়াবিগনি থরে " অসুম্না হায়রদ ময়ামসু "ফরে অহানবদা করম্না চঙগে থনবা মথং মথং হায়রো তারসি" হায়হুনা হয়বোইএ। য়েনবানা 'অহানবদা ঐ মাগী য়ুম য়ঙলেন্দা লৈগে, ইতাউ য়েরুম্না ফুঙ্গাদা লৈবিরো ইতাউ ওক্রানা ঈশাইফুদা ইতাউ য়েতুম কাংথকদা ইতাউ ইশংনা মনিঙখোং ময়াদা অহুগা ইতাউ থোগী কোঙ্গোই য়াইওইবনা মনিঙথোঙমক্তদা অহুগা মহুগী মরুমদা ইতাউ থেঙ্গুনা লৈবিবা অহুগা ইতাউ মাইরেল ফম্রেংনা শাইজিন্দা লৈবিরো! পুম্নমক্না মফম চানা লৈনরে থঙলবদা ঐনা য়ুমথক্তগী কেক্রেক কে তোকপা লান্নাসি অসুম খোংজরকে। মতুদা তোকপা অহু শাউহুনা হোগংলগা মৈ

চাক্লকপদা ইতাউ য়েরুম্না পোকথাইহনা মমিং অহু উং চণ্ডহনবিরো। মমায় তাগে লাকপদা ইতাউ ঙাক্রানা মখুৎ অহু হাইদংপিরো মহু তৈ-থোকপা লাকপদা ইতাউ য়েত্তুম্না মখুৎতা অমুক মমিত্তা অমুক চক্-চক্ হেক থিনবিয়ু। মহুদা থাঙবা ঙমদহনা মনিঙথোঙলোমদা চেল্লকপদা ইতাউ ইশং নঙন নাম্থুহনবিরো মতম অহুদা ইতাউ থৌরী কোক্লোই য়াইওইহনা মখোঙ মখুৎ পুনবিরো মতম অহুদা ইতাউ মাইরেলনা ছাই-জিন্দগী ওত্থবিহনা মকোক্তা থাবিরো অস্থুম্না মকোক ঙাওরিঙৈদা ইতাউ থেঙ্গু নহাক্না মকোক য়ৈথাইবিহনা মথন্নাই লৌসি" হায়রবদা মমামস্থু য়ানরহনা তোকপগী য়ুম তান্না মমাম অহু লাক্লরেদো। হুমিদাং ওইরক্লহনা ল গ্ন বৰী মতন চারে থমরে। মথং মথং রারী চীক্লা তানরহনা লাম্থোঙ মতুংইন্না মাগী মাগী লৈকমদা লৈনথরেদো। মকম শীনবা থুংনা লৈনরে থঙবগা য়েনবানা য়ুমথক্তগী মখোঙ থীল্লহনা মখৌ পোঙনা "কে ক্রেক কে তোকপ লান্নাসি" অস্তুম হায়না হৌনা খোংক্লবোইএ। খেইঙানা লানগী ল ল্লস য়েংহনা লৈরে।

য়েনথাগী মখোল তাবদা তোকপা অহু তুম্বা কায়রহনা শাউবনা লুতল কারেদো। থঙগনি ঙসিদি হায়হনা ফমুংদগী ফন হেক চোংথ-রক্লনা ফুল্লাদা মৈ কামগে হায়হনা চঙলক্লে। রামৈ অহু ফু-ফু হেক কাথদা য়েরুম্না পোক লাউনা হেক পোকথায়রক্লনা মমিত্তা উফুল চঙহল্লে। এ কবিনে হায়হনা মমায় তাগে হায়বগীদমক ঈশাইফুদা মখুৎ হেক থিং-জিনথিবদা মখুৎ অহু ঙাক্রা মরেঙ তাবহগী মচি অথৌবহনা ক্রৎ ক্রা হেক হাইদংলবোইরে। ঈ ৎরো ওরো হেক থোকালদো। তোকপা অহু তৌকম থঙত্রহনা মখুৎস্থ তৈথোক্লে মমিংস্থ তৈথোক্লে হায়হনা কাঙথল তম্না চঙলক্লনা তাপ পায়রগা মমিত্তা হেক নোইরুবদা য়েত্তুম্না মমিংস্থ মখুৎস্থ ২ মক্ত চক্-চক্-চক্ হেক থিল্লক্লবা অহুদদি ঙাওপ্রহনা মনিঙ-থোঙলোমদা প্রপ প্রপ হেক চেস্থ্রক.পাইরে। মনিঙথোঙ তনহাং হেক হাংহনা চেস্থোরকপদা ইশংদা নাম্থুহনা তুরেদো। মতুং অহুদা থৌরী কোক্লোই য়াইওইবনা চেস্থোরক্লনা মখোঙ মখুৎ পুম্নমক পুনপ্রে মতম

অতুদা শাইজিন্দা ঙাইরিবা মাইরেল ফম্রেংনা শর হেক নাম্বরক্লুনা মকোক্তা বোষ লাউনা থাররে। অসুম্না মকোক ঙাওহুনা লৈরিঙৈদা থেঙ্গু য়াইওইবনা প্রপ-প্রপ চঙলক্লুনা মকোক্তা পোপ-পোপ হেক থাবদা তোকপা অহ্ন মথরাই লানগ্রেদো।

মতৌ অসুম্না য়েনবানা মরুপ ময়ামগী মতেংনা মশা ইকোম কোম্না তোকপবু মপা হাংখিবগী লম্মন শিংখিদো।

---

২৪

# লাই খুদাং পান্দবীগী য়ারী

থায়না মমাংঙৈদা নুপী অমগা নিপা অমগা মতৈ মনাও মথোয় অনী যম্বাল্লম্মোইএ। নিপা অসিদি শূ-নোম্বা য়াম্না ফনবা অমদি ইমুংগী য়াক্ত-পাদনা ওইনবা হেৎনবা মী ওইবোইএ। ইংখোলগী থবক য়েনশাং মনা মশিং খাবা মংমহ্ক লোইরগা গালোন ইতিক তৌবস্ল হেক হেক চৎলি। মরম অদুনা ইমুংগী লৈতেং তৌনা কে-মোনগী থবক অসি মশাক্তি ইয়াও যাওদে। মাগী নুপীনস্ল ইমুংগী ফজনবা মওং মতৌ শেমগৎনা লৈতেং তৌহনা নিংথবা মঙদা শেম-শাবগী হবহ্যাওবা অমত্ত য়াওরমদে। মাগী পুনশিদি অহাউ-অহাউবা চনগা লোইরে থনগী নুপীনি। মাগী নিপাহুনা থবক শৃংবগা হল্লকপদা য়েনশাং মনা-মশিং ঙা লুম থাউনচিবা লৈরক-লৈংক্লুনা ইমুংগী য়াক্তনবা যাওবা হোংনবোইরে। অসুম্না হোৎনরিবা নিপা অসিদি মতম অয়াম্বদা য়াখোঙ থুম্না মপূক থুংনা নোংমঙা চাবা ফংজদে। মাগী নুপীহুনা নিপা অসিগী মমাঙদা য়াম্না ভৌখি-ভৌয়াবগী মতৌ তৌহনা থর থরত্তনা শীন্দনা চিরি চিরিনা তৌবা মতৌ হেক-হেক তৌশিন্নরগা নিপান চংগ্রবা মতমদা অরৈবা ঙা অহাউবা য়েনশাং অহাউবহু থোংল-থোংলহনা হেক হেক চাগোইরে। মবক মরক্তা ঙাক্রা লৈরৌ, ঙমু লৈরৌ অহুগা ঙাকক মচেৎ-মচেৎ শেক্তুনা মপূক থন্ন-থন্না চাবোইরে। করিগুম্বা

মতমদা নিপা অদুগা পুম্না মতম অমত্তদা চামিন্নবা তারবস্থ মরাগী চাক্লক্লদি ভারৌ হাপ্লুগা মাগী চাক্লক মনুংদনা ভমু লৈরৌ ঙ্কুমহুনা মীরং নারং য়েংলগা হেক-হেক উমশাইনবোইরে।

নূপী অসিনা নিপা অসিগা অম্তুন্না য়ুম পাল্লকপসিদা চহি ৫/১০ লৈমিন্নরক্লবা ফাওবা ইমুং অদু ইচাও চাওখৎলমদে অদুগা মচাস্থ পোক্ল-বোইএ। অম্তুন্না লৈমিন্নরকপসিনা নোংমদি নিপা অসিনা মাগী নূপী অসিগী মওং মতৌ অদু চিনরক্লদুনা মাগী মওং মতৌ অসিমক্তবু মুম্না খঙদোল্লগে খনবোইরে। অদুনা মাগী নূপীদুদা হায়বোইএ।

"নূপী! ঐ ভসিদি অরাপ্পা লব্রই মফম অমদা চৎপা তারি। চাক ভস্তা থোংউ' হায়বোইএ। মপুরোইবদুগী ৱাদু তাবদা নূপীদুনা "হোয় হোয় নংনবা হোংনগে অদুবু কয়া লাপ্পা চৎকদোবনো ভসি হল্লকপা ভম্লোইদোরিবরা" হংবোইএ। নিপাদুনা "এঃ থোংদ-থোংউ! থবক্কী মতা য়েংলগা হল্লকপা ভয়ে ফরে হল্লক্তবা থোক্লে হয়েং লাকপা হাদুয়নি" খুম্বোইএ। নূপীদুনা "অদুদি য়েনশাংদি হঙ্গামসি হেক থোংবা হায়দুনি" হায়রল্লগ ঈরু মায়তাদুনা চাকথুম চঙখরেদো! অম্তুন্না হোবে-হোবে তৌদুনা হঙ্গাম মনা ৫/৬ তং থাল্লগা থুম খরা মোরোক মতেক খরা থাল্লগা য়েনশাং থোংবা লোইরে। তহা-তহা চাক থিরে। নিপাগী চাকচাফমদা থাদোক্লেদে। মপুরোইবদা "চাক লোইরে। ঈরুরবরা" হ বোইরে। নিপাদুনা থুনা য়াওনা পুখ্রিদা জম লাউনা চোংথদুনা ঈরুজরুরে, মফি মরোল প্রপ-প্রপ হোংলগা চাক চাবা চঙক্তুনা চাক অদু চারে। লোইরগা মফি মরোল তনশেৎ-শেৎচিল্লে। লংফৈ পুনবা নম্বো য়োমদুনা চৎনবা থোরাং তৌরি। মতম অদুদা মাগী নূপীদি মপুরোইবনা লংফৈ চৎকদো-রিবা অদুগী তৌবা হোনবা শেম্বা শাবা করিস্থ য়াওবা লৈতে মাগী চান-থরুবা থোরাং তৌদুনা চাক থিদুনা লৈথোক্লি। মতম অদুদা নিপা অসিনা "হাই হাই ঐ চৎলে হাই" হায়রম্লগা মমায় শুল্লকপদা নূপীদুনদি চংগ্রে খল্লবোইরে। মরু হেক লুকখদুনা চান-থরুবা কম্না হোংবিঙদা মীরং-নারং য়েংলগা নিপা অদু হু হেক হঙ্গিল্লক্তুনা ইমুংগী কাচিল অমদা লৈশিন্দুনা

নৈরবোইরে। মতৌ অসুম্না নিপা অসি চৎথ্রমাল্লে থল্লহুনা মুপীসিনা শগাই-দগী ঙাক্লবাক লৌথরগা ঙাফাক অম্নাইবত্তু মচেৎ মচেৎ শেন্তুনা আলুগা নিঙথিনা পোংলেদো। অসুম্না চানবা হোৎংরিবৈদা খুল্লক তাল্লক য়েংহুনা নিপাহুনা নাশোন থোকহন্দনা তপ্পা-তপ্পা শগাই কাহুনা লোৎলগা মুপীহুনা তৌবা থবক মখৈ লোম্না য়েংবোইরে।

নুপীহুনা থোং-থাকপত্তু লোল্লিরহুনা অপাকপা পুখমদা চাক্কু থিরে তহুগা তেঙ্গোৎ অশোয়বত্তু থনকোক্না ঙাফাক থোংবত্তু থল্লা হাপ্লেদো তহুগা নিপাগুম্না থোঙ্গাই হেক চল্লহুনা মপূক থম্না চাথোক্লে। মুপী তসিদি চখদাং কৌবা মরম্না চাক চথোম খুদিংগী নৈবাক্তা প্রোপ প্রোপ হেৎপ তাবনা চাখিবা চাক্তগীদি চগুম্না হেন্না য়াংবোইরে। চাবা মতমদা মোরোক মতেক ঙা মক ময়াঙনচিংবত্তু থন্দোক্তুনা লংথোকপদা চাকখুম অদু পুমচাই হেক চাইবেইরব। মপূক থল্লবা মতুংদা নুপীহুনা "পুক্কি থাল্ল চগুমসিদি কনানা শেংগবা" হায়বোইএ।

শগাইদা লোংলিবা মপুরোইবনা য়াহু তাবদা "নপা অত্তু কৌরগা শেংহল্লু" হেক হায়বোইরে। যমথক্কগী লাউরকপা থোপ্তেল অহু তাবদা নুপীহু মাম্না ঙক্লবোইরে। এমেথংদা নুপীহুনা মাগী নিপানি হায়বা থঙ-লক্লহুনা "হাইমা! তসাই নুংই চৎকনি হায়বত্তুদি য়েঙ্গাইদা চৎপা ঙই-বে কা। ঐসু চাবা থকপা পুন্দিদা ইনিং ইথা তম্না অমুক্তা চাজবা ফংদে অহুন ঙসিদি ইপূক থম্না চাবগে হায়হুনা চাববনি" হায়না হায়বাইরে। নিপাহুম্ন শগাইদগী কুম্নক্লে। অহুগা মুপীহুদা "হোয়নে নঙনা চাবদবু পনানা থিংগদোরিবনো ফোংনা অহুম মচাউনা" অসুম ঙাঙলহুনা তওক অথাং তৌন-তৌননা পুনশি লেংবোইএ। মুপীহুদি য়ম্না হৈ শিংই, নোংমনা থুম হেক য়াকপদা "এ: ঙসিদি ঙানম থুম্নবা হায়বত্তু হেক থোবই ফনবু হ উই", অহুগা নোংমনা থুম থরা হেক য়াৎপদা "ঙসিসিনা মতা অমনি চমতক য়াইতক ফনবু ফংি" মহায়বা অহুগা মোরোক খবা হেক্ক হেন্দুনা শাখিবদা "ঙসিসিনা মঙং অমনি চীন্দোল নৈতোর্ন শেংবা

হায়বন্থ হেক থোকলে" অসুম হায়র-হায়রদুনা মুপীদুনা শিনবা খুজিল মতুং ইন্না পানখি হায়দো।

---

২৫

# মকোকী য়ারী

খায়না মমাংদৈদা য়াম্না লায়রবী লুপ্রাবী অমা লৈরম্লোইরে। মাগি মপুরোইবা লৈতেবদগী মরাইবক খীরেদো। অহুম মচু মচু মচু থিবম নাতৈ চাদবা মকোক্লা হেন্না চাউরগা মখোঙ-মথুংতি পীক্না পীক্না পানবা মচানিপা অমখক নত্তনা অতৈ পোক্লমদে। অহুন লৈকাইগী নীন মচা অসিবু মকোক হায়রগা মাগী মমিং ওইনা খঙনরম্মী। অসুম্না মশুং চাদবা য়ুম্বানবা অসিদা মকোক্কী মমাগী মতেং পাংবিবসি মবু শিং- খুনা বনাম্বু লৈরমদবোইরে। মবুংশিংদি হি চত্তুনা ললোনগী থবক তৌরম্লোইরে।

নোংমদি মকোক্লা খনবোইরে। ইমা অসি য়ুম্না পিদোন্না ঐবু থাক্কবা হোৎনবসিদা য়াম্মু ৱারে অদুনা ইমাগী মতেং খরা খরা পা গে খল্লেদো। অদুনা মহাক্লা মাগী মাম্মশিংনা হি চৎপদা 'মাম্মা! হন্দক্তি মাম্মখে,য়ুগী হি চৎপা অসি ঐম্বু য়াওজগে খরা পুবিয়ু' হায়না তক্লজবোইরে মকোকী মাম্মশিংদুনা "এঃ কদায়দগীনোদা হি চৎপা হায়বসিদি য়ম্ম য়াবা থবক্তি চৎকমু নঙনা পাম্বা পোৎ-চৈ হায়য়ু। মাম্মাখোয়না পুবিরক্লনি" খুম্মেইরে। মকোক্লা 'হুম মাম্মা! ঐবু পুবিয়ু, ইমাসে য়াম্না ৱারে ঐম্বু ঐনা ঙম্বা মতেং পাংগে, মাম্মখোয়তনা হোৎনবসি মুংঙাইত্রে" অসুম্না খোঙফম ৩/৪ রক য়াদ য়াদনা মকোকী মাম্মশিংনা মকোকপু পুবিদবোইরে। মকোক্লা অসুম তকশিল্লক্লবদা মাগী মাম্মশিংদুনা থামবা ঙম্মক্লদুনা "ফরে, হন্দক্তি পুদুনা মঙ্গেংলসি" হায়দুনা হি চৎপা পুবিরেদো। মাখোয়না ঈচেল মতুং ইন্না হক্লৎনা তুরেল খোমুংদা অসুম চৎখিবনা মী পোং তাক্রবা য়াম্না

শূক্কবা উমং কয়া লান্দুনা চংশ্রেদো। হিনূংদদি পান মাইরেলনচিংবা চেঙ-চাক অতুগা ললোনপোৎনচিংবা কয়া হাপ্লোইরে। অদুম্না লাকপনা অমুক অশূকপা উমং অমগী ময়ায় চল্লকপদা ডাকু কাঙবু অমনা উররতুনা হিতুং ইম্মরক্লেদো। লম শাংনা ঈচেল মায়য়োক্লনা লাকপনা হিরেয়শিং অতু য়ানয়তুনা হুমিদাং য়োরবদা হি থাংলগা চান-থক্কবা লোইশিন্দুনা ঙম্না শ্রো-শ্রো নাখোত্তুনা তুম্মপ্রবোইরে। অদুম্না ময়াম পূম্নমক্না তুম্মরিঙেদা ডাকুশিং অতু চঙলক্লে। মাখোয়বু উবদা মকোক্না কিরতুনা মাইরেল মরক্তা তুমিন্না লে ত্তুনা নাশোন থোকহন্দনা লৈরম্মী মতম অতুদা ডাকুশিং অতুনা হিদা মথং মথং পোৎকা শিন্নরকপা আগর মমল য়াম্বা অতুগা য়াঙ-য়কপা ফিরোল পূম্নমক হু'দাকপ্রেদো। অদুম্না হুৱানবশিংনা হোবে-হোবে পোৎশিং অতু হিনূংদগী লৌব মতমদা ডাকুগী লু'চংব নিপ তুগী খু'দাপ য়াইওইবা অমা কে'ক চিখরয়বোইরে। মাখোয়না চংশ্রবা মতু দা মকে ক্না মতু লোয়্না লৌশিল্লেদো মতুংদা অহিং অতু চৌশ্রদুনা চোং'ডাক্লকবদা মকোক্না মাগী মাম্মখোয় ময়াম হৌদোক্লে। "মাম্মা! ময়ম পূম্নমক হৌগৎপিয়ু! হুর'নবশিংনা ঐখোয়গী পোৎ অয়াম্বা হুখরে" অদুম্না ডাক্লবদা মাখোয় পূম্নমক হৌগৎনরে। য়েং'বদা আগর উশিং অমম্বুং ফিরোল পুম্বা লৈরমত্রবদা মাগী মাম্মতুনা হ'য়খি—"হৌ'জক ঐখে য় লাই-বক থীবা হায়বতু ওইরে ললোনপোৎ পুম্নমক হুৎরে. হৌজিক ক রম্মু তৌনিংঙাই লৈতরে অতুনা য়ুমলোমদা হল্লবা হি অ'স হিমায় ওনব, তারে" হায়:বোইরে। ময়'ময়ু 'করে করম তৌগনি, পুম্নমক ঐখে য়গী ইরাম্নি। মথংগী খোঙফমদা অমুক লাইবক য়েংবা হ মহনি চংলসি" হায়নতুনা ময়ুম-লোমদা হল্লর ক্লদো।

মকোক্কী মমাদা মাগী মবুংশিংদুনা 'হন্দক্ত' ইমাক্না য়াঙজবসিদা ঐখোয়ম্ম কম্নিম্ম পুম্নমক লাইবক থীবা ওইরে, লখীদা ডাকুশিংনা ঐখে য়গী ললোনপোৎ পুম্বা হুশ্র। হয়েংমুক্কী খোঙথমদা ইমাক্কী শরক ওম্লগে' হায়দুনা মমাকনিপা মকোকপু থা জিন্দুনা মমাদা শিন্ন বরেদো। "ওম্বোকপা

লাইবক্কি'' হায়রুনা মমাস্তু লৈহৌরে অদুগ থোয়স্তু মথং মথং অমুক চৎনবা থৌরাং তৌদুনা লৈখরে।

মকোক অসিদি মীওই লালুপ চাত্রবস্তু চহী মতাংগী হায়রবদি মযুম-মকৈ পানবা য়াবা মতম ওইরেদো। অদুনা নোংমদি মহাক্না খনবোইরে। হৌজিক ইমাসি রারে মতেং পাংনবা মুপী থিদবা য়াদরে খঙবোইরে। মানা অস্তুম খন, অস্তুম খনববু করম্বা নুপী লৌরগা খুদোং চাগদগে খনবদা মমৈদদি মগাক্ক অস্তুম পনখিবোইরে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মচাইবেম্মা অসি লৌরবদি ইমুংগীস্তু ফরে অদুগা ঐবুস্তু মীনা থৌওই উশিংপিত্রিবসি বোক্লগনি অদুনদি মচাইবেম্মা অসি হায়হল্লদবা য়াদরে খল্লেদো। অদুনা নিংথৌগী মচাইবেম্মা অম হায়কনদা তৌগদবসি থৌরাং-দি য়াম্ন চ উগনি অদুনদি ঐগী খুদোপ অম' ফ লকপা অসিবু মতিক ময় ই করি লৈরিগদগে চাংহুম হান্না য়েংখিগে খল্লহনা মানা কাচিন অমদা তুমিল্লা চঙলে। লালাতোন অমা থারে মহাক্না খ্'দাপ অদু পায়রদুনা ''হে খুদোপ য় ইওইবা! ঐখোয় য়ান্না রারে সনা মতুম মচা ওইরপপা অমত্তা থোকপিয়্' হায়রুনা লাহুগী মথক্তা হেক হুনবদা সনা মতুম মচা ওইরপ্পা অমা থোক্লেদো। মহু উবদা মানা খনখি। সনা অদু পায়রগা ফ.র হৌজিক্কি নিংথোগা লাম্বা পৌবা য়ারগনি খল্লেদো। সনাহু মদাদা পীরদুনা ''ইমা! সনা মচেং অসি লৈত-লায়রা ওইনৌ' হায়বোইরে। মমানা ইঙক ঙক্লা ইবুংঙো নঙদি সনাসিদি কদায়গীনো? মকোক্লা ইমা ওইরবস্তু অশেংবা তাকহৈরোই খল্লদুনা ইমা "মাসি ঐনা তেংপাক মরক্তগী খুল্লকপনি" খুম্বোইরে। মহুগী মতেংনা মকোক্লা মমাগা অনিহু অরাং—অপা মঙ্গবদগী মীওইদগী মতৌ অমা ওইরেদো।

মতম খরা লৈরগা মকোক্লা মমাদা হায়বোইএ "ইমা! নিংথৌগী মচানুপী অদু ঐগীদমক হায়বিরু।'' বাহৈ অহু তাবদা মমানা 'ইবুংঙো কদায়দগী য়াবিরকবনো! হায়গুমসি" হায়না খুল্লকবদা মকোক্লা "ইমা!

হায়দ-হায়বিরু !' হায়দুনা কল্লা তরুরবোইরে। মমা অহু লৈফম খঙ-লক্লুহুনা কোমুং তানা প্রপ-প্রপ চৎথরে। সনথোঙ লানশিনখিদুনা নিং-থৌগী মাঙদা চঙলক্লগা নিংখোদা খুরুম্মরে। নিংথৌনা মাবু উবদা "হাইমা! মকোক মমা! নঙনা সিদা লাকপদি করি হায়নিংই" হায়না হংবিরকখি। মকোক্কী মমানা মমায় লুকথরদুনা 'ইনিংথৌ! ননাইনা হঙ্চচগদৌরবসি ইতিক ইপাদি নত্তে, অদুবু থরায়নদি হঙ্গংনিঙবনা হেনংনগদুনা হঙ্চগ-দৌরি। নজা ইবেম্মা অসিনু ননাই ল য়রবীনা ইচ শুম ই মী ভংনিঙদুনা খুরুম্বা লাকচবি।" নিংথৌনদি মচা য়োকপদা ৱ রদুনা লাকচরিমাল্লে খল্লম্বগা মকোক্কী মমানা হায়দোরকপা অসিগা থেল্লনখিনবা নিংখোদো শাউবনা মমিংঈ কাথম্মীবোইরে। ৱা অমত্তা মখা তাদনা মনাইশিদা "হৌজিমক মঙক লাকুনা ইংখো" হেক হয়রোবা। নিংথৌগী য়াথং মনাই ৩/৪ প্রপ-প্রপ চঙজুনা মকাক্কী মমায় মঙক লাকুনা ঈন ঈন্দুনা কোনুংদগী তাস্থোকপ্রেদো। মকোক মম, ঈশাইদুনা মামত্তামপি তানা-তানা ময়ুমদা য়োরক্লে।

মকোক্কী মমানা মমায় লুখদুনা য়াম্না মথরাং স্নুংঙাইতবগা লোয়্না হল্লকপা মতৌ উবদা মকোক্না 'ইমা! করি হায়রক্লগ ঈমানা থরায় সুংঙাইতবা মতৌ ওইনা হল্লক্লিবসিবো" হংবোইরে। "ইদুংদো! ৱা হায়দুনা কান্নদে, ঐবু ঙক লাকুনা ইল্লকই।" ৱা অসি তাবদা মকোক্না ইস, চুম্নগী পীনিংদে পামদে হাধবস্থ নঙনা মীবু মঙক লাকুনা ইংবা! নিংথৌনি হায়দুনা তৌবরা অস্থুম হল্লদুনা মকোক অহু শাউবনা মৈ থোক-চরে। মমাদা ইমা! থরদং চোঙ্গান লবস্থ ঐখে য়দি হায়জবা নোঙ্গবা মীনি ফরে ঙসিদি পোখাবিরে! হয়েং অসিগা অমুক্কুং চৎপিখে' হয়-বোইরে। মমানা মচাগী ৱা তারগা হয়েংস্থ অমুক চৎপা! করিবু হায়রু-খিগদগে অস্থুম থল্লা থল্লা অহিং অহু হৌপ্রে।

নোং ঙাল্লে, ইমুং মনুংগী তৌগ দীবা থবক ইংখাং লোইনরক্লবা মতমদা মকোক্না মমাদা "ইমা! মতম য়াৌম্নে চৎপিরো হয়না হায়বোইরে।

মমানা চৎনিঙদবগী মতৌ উবদা মকোক্না কল্লা তকশিনবদগী চত্তবা য়াদত্রুন অমুকস্থ চৎলেদে। কোন্নুং য়ৌরে। সনথোঙ লানশিনখিত্নুনা নিংথৌদ অমুকস্থ খুরুম্মুরে নিংথৌনা 'মহাক ঙসিস্থ ল'ক্লি ?" মনাইশিংদা কন্নিগী লাকপনো হুংউ ! অদুগা মমৌ হায়বা লাকপগী ওইরবদি অমুক্লা ইনখো' অস্থম্না য়াথং হ য়রাদা মনাইশিংনা হংলেদো। মকোক্কী মমানা ঙরাং হঙ্গৎপ অদুম্না ঙ'সিস্থ অমুক হায়রবদা মনাইশিংনা মকোক মমাবু খুদোল লৈবাব তাদনা অমুক্লা ইল্লবোইরে। তৌফম খঙভ্রত্নুনা মকোক্কী মমা অদু মকোব ফিরুক খুমত্নুনা মখিত্তা মপি তন্নং-তন্নং ঈরা 'চল্লগ মগুম য়োনবা লাক্লেদো।

মকোক্ক মমানা মুমদা চঙলকপা মতৌ উবদ হ য়বোইএ "ইমা ! ঙসিস্থ ঈকাইবা কংলক্লে, নচাস্থ খঙজরে। লাইবক থীবা নচা ঐগীদমক ইমা নত্তনা কনাস্থ তেংবানবদা লৈতে হায়বা খঙজরে অদুবু ইপাগী ইপুগী ও লক হায়বা রা লৈ হয়েং অসিদগা চৎপিয়ু। কন্নিগুম্বা হন্দক্কী অসিদস্থ ইমাবু তথি-তথি তৌরক্লবদি মতুগী মতিকচাবা লম্মন খুমজগে" হায়বোইএ। মচাগী রা তাবদা মকোক্কী মমাস্থ পুমঙক ঙক্লা থোকলে। অদুম-ঙইনমক চনিঙ ত'না চা থকুনা অহিং অদু লেনখরেদো।

নোং অমুক ঙাল্লে, মকোক্লা মম'দা তক্লবসি হুই থৌদবদা ঈনশিন থৌজিনবঙুম কল্লা তকশিল্লক্লবদা ইচৎ চৎনিঙদনা চত্তবা য়াদবা মওদা মকোক্কী মমাদো কোন্নুং ঙম্মা তুরোই ঙাল্লোই লাক্লবোইদো। লম্বী চৎনা চৎনা মকোক্কী মমানা ঙ'সিদি কল্লম্বা রাহৈনা রাহৌসিবনে। ঙহাক খল্লু-রগা মহাক্লা "করে, ঙসিদি—ইনিংথৌ ! ননাই ঐস্থ লায়ররীনি, ইচাস্থ মল্লাইবক থীবনি অদুবু সনা পুক্লিংনা অপাস্বা মওং অদুতংদি তাকপিয়ু। নয়াথং মতুং ইম্না থৌরাংজগে হায়না হঙ্গৎলগে' অস্থম খল্লা খল্লা লাকপনা খঙহৌদনা কোন্নুং য়ৌরক্লেদো।

মকোক্কী মমানা সনথোঙদা লাকপা অদু নি'থৌনা লাপ্তক্লা উরত্নুনা মনাইশিংদা হায়বোইরে। "মকোক্কী মমাসে ঙসিস্থ অমুক লাক্লে। ঈকাই খঙদবদা হৌদোং অনম কনবদা শল হায়'ত্নুমক থোক্লে। অত্নুনা ঙসিদি

ঐগী ইনাক য়ৌনা পুশিল্লকউ" হায়রেদো। মকোক মমানা চঙলকপদা হন্দক্তি কনা অমত্তনা সনথোঙদা হংবা লৈত্রবদা প্রপ-প্রপ চঙলক্লে। হন্নাও-হন্নাও মকোক মক্ক খুমজরক্নুনা নিংথৌগী মাঙদা চঙলক্লগা অমুক খুরুমজররে।

নিংথৌনা "মকোক মমা! নঙ ঙসিস্থু অমুক হন্না লাক্লি?" মকোক মমানা —"ইনিংথৌ! ননাই ঐবু! ইনিংথৌদা হঙ্গচ্চনিঙবা অমত্তংগা লৈরক্নুনা খুরুমজরক্খিগে লাকচরিবনি।" নিংথৌনা "করম্বা য়াফম অমা অমুক লৈরিবা?" মকোক মমানা—"ইনিংথৌ! ননাই ঐস্থু লায়রবীনি ইচাস্থু মরাইবক থীরবশিংগী মনূংদগী খ্বইদগী হেন্না মরাইবক থীজরবা অমনি অদুবু সনা পুকনিংদা করি করম্বা মওং তৌজরগা চানবিগদগে, মদু ননাইনা থৌর'ংজনবা পুকচেল তিংনা অমুকুংদি হঙ্গৎলুখিগে খুরুমজরুখিগে থনবদগী ননাই লাকচরি।" অস্থুন্না অমুক হন্না মকোক নোম্না খুরুম্নবোইরে।

নিংথৌনা ঙহাক য়াথল তৌরগা হায়বোইরে—' ফরে, নঙনা ঐগী ইচাস্থুপীসিবু নমৌ মওইরগে হায়রবদি ঙসিদগী নুমিৎ ৭ নিসগী মনূংদা নম্বুম অদু মথোল ও শাবা নিঙথিরবা য়ুম ওইগদবনি। ইংথোল অকোয়বা অদু চেক্পল থাগদবনি। ফৌগয় শগোম্না থনবা শগোল শঙ, অদুগা শনবি শম্লাউনা থনবা শনগোল, মফম চানা-চানা লৈবা অদুগা থোঙ্গাল চঙফম নাক-য়েৎ লৈশুনা পরেং হৌদুনা শাৎকায়হনবা ওইদুনা মতিক চানা য়াম্না লুবা নাম্না লৈবা ওইহনগদবনি। অদুগা লুহোংবা নুমিত্তস্থু ঐগী কোম্নুং অসি য়ৌবফাওবা ফিঙৌ থাগদবনি মদু ঙম্নবদি ইচা অসি নমৌ ওইজরো! ঙম্লোইদোবা ওইরবদি নঙ অমুক হন্না লাক্লগনু নত্রবদি অঙাং ওনবা তাই" হেক হায়রেদো।

নিংথৌগী য়া তাবদা মবে কী মমাদো মবোক্ত শোরারেম্বগী তারকপা নোংমৈ শীংজংনা পাবনগা চপ মান্নখরে। কোম্নুংগী মায়কৈ পুম্বা য়েংবদা পুম্নম মমখরে। নিংথৌদা করিগুম্বা য়াহৈ অমফাওবা হঙ্গংলম্বা ঙমদনা অঙাওবীগুম ফুক হৌগত্তুনা চংখরে। মথোঙ খুদোল লৈবাক

তাদবমথৈ ইঙাও ঙাওনা লাক্লুনা মযুম য়ৌরক্লেদো।

মমানা ইঙাও-ঙাওনা লাকপা মতৌ উংগা মকোয়া "ইমা! করি হায়রক্লবগে ওসিনা অমুক হেন্না রানা লাবগনি বু" হ য়েইরে। মমানা ইবুংঙো! ইমা! হায়ফম তফম খঙদরে ইকোক্লা চী ঙাউনা নক্লে। হায়গুম্না তথি তি মক্তি তৌরক্লে। ননশিল্লকপদি করি হায়ফগনি। নঙনা ইচাসিবু নমৌ মঙইরগে হায়রবদি নয়ুম মহে চ ও নাইবা ই খোল চেং-পল্ল থ'বা, লমজঙফমদা লৈশু পবেং থাত্না নিংথিনা শাৎহনবা, ফৌগয় লী গয় লৈবা, শগোল শঙদা শগোন্না থনবা শনবি শন্নাউনা থনবা, শংগোল ওচুগীস্থ মথক্তা লুহোংবা নুমিদা কোন্নুং য়ৌবধাওবা যিংনৌনা অম্বীদা বুপ্পা অসিবু ঙম্নবদি ইচা পীবগে নত্রবদি অঙাং ওল্লগনি খঙউ হায়রক্লে" অস্তুনা পাউদয়েদো। মমাগী রা তাবদা মকেক্লা "ইমা! রাফম অদুবু ওইবদি মতুদি করিস্ত লৈতবনি মতুগীদমক রাবিক্লরগল্ল মতু ঙম্নবা নচানা হোৎনঙ-গনি। হায়না খুম্নোইরে।

মচাগী রা ত'রগা মমাদি খরতুম মপূক হ'ঙ ইজগত্রা থনববু অরাবগী মথক্তা অর'বা হপ্পা ওইনা থোকখিবনা অঙাওবীগুম হেন্না ইনতুম পঙ-শিনখ্রেদো। হায়ফম ঙাঙফম খঙবনা শূবম-চৎলম খঙদতুনা লৈবনা চাগনি থকনি হয়বগী মতম ফাওবা খঞ্জবা ঙমদ্রবোইরে। অস্তুন্না হৌখিবনা তুমিৎ ৫ নি শুজিনথ্রবদা মকোক্লা মতাং চারে খল্লতুনা অহিং অথেৎবদা হৌগৎলে। শূম্নাও ময়ায়দা রাই খরা তৈথোক্লগা লা লাতোন অমা থা-রগা মাগী খুদোপ য়াইওইবতু থম্নতুনা খুকম্নগা হয়রেদা। হ'খুদোপ র ইওইবা! এরী যুম অসি চেক্লা শ'বা মথোল ও গী য়ুম ওইহনবিয়ু! ইংখোলগী লৈপল অকোয়বা চেকপকনা থাবা, লমজঙফমদা লৈশু মখল কয়গী পাম্বীনা মতোল মান্ননা ছৌরগা ফুগায়না শাৎপা লৈনা মরক-মরক্তা শাৎহনবিবা, শগোলনা থনবা শগোলশঙ শনবি শন্নাউনা থনবা শনগী শনগোল অতুগা য়ুম ঙাক্লবা সিফাই ৫০ দংগদি থোকহনবিয়ু।" অস্তুন্না হায়রতুনা হেক খুরুম্বদগী মকোক কাঙথৎলকপদা মানা পাদ্বিবা

মওং পূম্নমক অদু ওইরম্লে। অসিদ নত্তুন সংাগী লনগৈ লুপ গী লনগৈগম্মু নিজবদা পী বিরবোইরে। মদু উন্নবদা মকোক্না মাগী মনিঙ থুংজরহনা থূদাপ অদু অমুক লৌশিল্লগা থমথরেদো। অদুগা ইমু দা চঙদুনা অন্নাবা লৈতনা নওাইনা অহিং অদু লে-প্রবোইরে।

নো ঙাল্লকপদা মমানা ফমুংদগী হৌগৎলকপদা মমুমগী তৌরম্লিবা দলাল মথোল টবদা পূমচক ওক্লহনা ঐবু মঙলা নত্ত্রগা নিংথৌনা ফারবা হায়দুনা ওক্লবোইবে। মপাল থোক্লকপদা নিংথৌনা পাম্লম্বা মওং পূম্নমক ওইবদগী হেন্দুনা সিফহনা পরেং পরে লেপ্লম্বা মতৌ, শগোলশঙ, শনগোল, ফৌগম্ন শিঙগয় পূম্নমক টবদা পূমঙক ওক্লহনা কোয়ায়ং য়ে পোইবে। মকোক্না মমাগী মনাক্তা চাক্লা "ইমা! করিস্নু ওকপগন্নু নিংথৌনা পাম্নদুমক ওইহল্লবনি। ইমানা অপাম্বা করি হাংনিবগে য়েংবিরো" হায়বা শাবদা তৌরম্লিবা পূম্নমক অসি মচানা তৌইল্লিবনি হায়বা হ ফম লাক্লহনা মপূক্নিংদা নুংঙাইজরেদো। ফরে ওসিদি চাক চথোম অমওং চারগা কোহুংদা চঙনা নিংথৌদা সনা ি য়েং তাবিরো হায়না হঙংলুরগে খাল্লদো। মবু কাদুনা থুনা য়াঙনা চাক থোক্লুনা চাজরে মচাবুম্নু পিজরে মফি মরোন নিচপিজবা শেংলতুনা বোক্লুং তম্না লাক্লেদো। নিংথৌগী নাক্তা চঙনক্লুনা হেক পূক্ললবদা নিংথৌনা 'করম তৌর মকোক মমা?' অম্মম হংলম্লোইবে মকেক্কী মমানা "চনা য়াথং তাকপিবা পূম্বা ননাইনা পাঙথোক্লরে—নন ইশিং থাদুনা য়েংহনবিগদ্রা নত্ত্রগা সনা থে মক্লেঙ না মিথায় শাকিনদ্রা হতচাগে লাবচ্রি" হায়না খুরমজে। ম্না অসি করবদা মমা পূম্নমক ইাক উন্নার—নিংথৌনমু থাজ-ওইডদবা ম্নাছু পাঙথোক্ল হায়বসি য়ে নংগীচমক মনাইক্লিদা হায়বোইরে। "কনা কনা লৈ? নখোয় ৫ নং চংলু! থুনমক য়েংলু! চুম্নবদি ফরে নত্ত্রবদি মহাক মহমা থাবরোই। হায়খিবদুমক ওসি পাঙথোক্লগনি।" ম্নাসি তাবদা নিংথৌ মনাই ৫ নং প্রপ-প্রপ চেন্দুন য়েংলুবদা নিংথৌদ হায়বম্নিবা মওং অদু ইকয় কয়না ওইরম্লহনা তম্না হল্লক্ল নিংথৌদা, উন্নকপা থঙলকপা

পুন্নমক অহু চিথদনা পাউদম্লবোইএ।

মনাইশিংগী রা তাবদা নিংথৌ অহুনা হায়খিবগী মতুংইন্না মকোক্কী মমাগী মফমদা চেনবা য়াত্রবোইরে। "ফয়ে ঐস্‌ হায়গ্রবনিনা হৌজিক ইচা লুহোংনবা নুমিৎ অফবা পুংফম অফবা য়ে'লগে। নঙস্‌ লৈকোক লৈকাইদা হায়হনা থৌরং তৌরুবয়া" হায়না য় থং পীরক্লেদো। মকোক্কী মমাস্থ হয়াও-হয়াও লাক্লহুনা মচাদা পাউ পুগ্না তম্লরেদো। অস্‌ন্না নুমিৎ অকবা পুংফম য়েংনরহুনা লুহোংবা নুমিং লেপ্লে। লুহোংবা নুমিত্তা মকোক্কী য়ুমদগী নিংথৌগী শঙ্গায় য়ৌবা ফাওবা পশোংকুম ভোবা ফিশাংনা লম্বীদা থারে। লুহোংবগীদমক মীয়াম মথং মথং লাক্লহুনা কোনুং পুস্না চীক্ল চায়না ভমত্রবোইরে। মকোক্ক' নিংথৌগী মচাইবেম্মা লৌরগনি হায়বা তাবদা মী পুন্নমক্লা কুম্মৈ ওইনা থম্নহুনা খোঙতেক মীত্তাং চিথদবোইরে।

শঙ্গায় মমাঙদা লুহোংনবগীদমক ঈশৈ নোংমাই হৌত্রে। হেনবী য়েক শলাইগী তিনশোল লাইশোল তৌহনা লুহোংফান্দা মকোকপু ফম-হল্লে। মচাইবেম্মনা তরেংলক শুনা শৈ চাইনবা কোয়বা হৌথরে। মতম অহুদা মকোক অহু ফিনা পুময়োম য়োম্নহুনা মমিত্তি তিঙক তিঙক য়েংলগা লৈবোইএ। মচাইবেম্মা থুংকোয় য়ৌরহনা শৈ অমুক অমুক চাইরকপদা মকোক্কু থংরাং থংরাং হেক হেক চোংথংপোইএ মহু উবদা মী পুন্নমক রা রা হেক নোকপোইএ। অস্‌ন্না শৈ চাইবা লোইরহুনা শৈ পয়েং পায়রগ নিংথৌগী মচাইবেম্মনা কোয়রকপহু মকোকস্‌ কোয়রৈ হেক লম্নরহুনা য়েংজবোইএ। মহু উবদা মী পুন্নমক পুর্বাল পায়হুনা নোকপা য়'ও মমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংনরেদো। মতম অহুদা নিংথৌগী মচাইবেম্মস্‌ ইরাইবক্কী ত্নম্নব'ন ইপা নিংথৌনা য়াত্রবনি হায়হুনা করিগুম্বা নিংঙাই শাং-দাব্বা রাকম অমত্তা কাঙদনা লুহোংবগী থবক লোইথরে। মচাইবেম্মস্‌ শাম্ন তাইবোং মথক্কা অওং-অউব মতিক চানা উনবহুগা লে য়্ননা মকোক্কী য়ুমদা থিল্লক্লে মঙানি গুরগা মচাগা মমাক্লা লোয়্ননা চাকৌবিরে অহুগা লৈবাক তংখায় অম্না পিবিহুনা লুংঙাইনা প্‌াজহম্নবোইরে।

মকোকী মমাস্থু নিংথৌ পোক্পী মমা হান্নবীত্থু ওইহনা হুংঙাইনা লৈরেদো। মতৌ অসি উবদা মীওইবগী পুনসিবু কনানা অরেপা হায়বা ঙম্বগে, লায়রবা মচা শগোল তোংবা তমউ ইনাক খুনবা মচাস্থু কৌশূবা তমউ হায়বত্থু চুম্নিদনা হায়নখিবোইরে।

---

২৬

# তাইবংমীনা উচেক লাংমৈ ওনখিবগী বারী

থায়না মমাংঙৈদা ললোনবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। মহাক্কী নুপী অহুম্থু মচানুপী অমত্তং পোক্লম্লগা ঙস্তানা শিখ্রবোইরে। অতুনা নিপা অসিনা মচানুপী পিশক অসি কোন্দুনা লৈবদা খুদোং চাদবদগী নুপী অতোনবী অমা অমুক থিরুত্থুনা মাখোয় অহুম লৈমিন্নবোইরে। অঙাংশী মমিংদি নোংদংমু অতে মখী নুপী অসিনা পিক্কা পিক্লিবী অঙাং অত্থুবু অঙাং ওইরিঙৈদদি লুনা তৌরম্মী। পুংবক চাউরক্লবা মতমদদি অপোকপা মচা নত্তবগী বাখলদা থৌওইনা তৌ-বিবক্লবোইরে। মপানদি ভঙাং অসি পিশক-পিক্কা ঈ মত্থুম ওইনা মমানা হুন্দোকপিরবী মরাইবক খাঁরবীনি খন্দুনা য়াম্না লুনা তৌজবোইএ। শূক-নোম্লবা-চখোক্লুবা হন্নকপা খূদিংদা করিগুম্বা অমত্তং পুরকপদা মচানুপী অসিদা হান্না হেক-হেক পিবোইএ! শূব নোম্বা চংলমদাইদস্থু ইমুং-মনুংগী থবক থনা অয়াম্বা মচানুপী অসিদা হেক হেক শিন্নরম্বোইরে। অস্থুম্না তৌবা অসিদা মমা অতোম্বী অসিনা ঐবু লায়না তৌই হুমিংচুম্বা মচানুপী অসিবুনা লুনা তৌই। ঐনা ঈ মত্থুমদগী য়েক্লকপগী বারকপা মথি ময়ুং শেংলকপা পুম্নমক অদুদি উত্তা ঘী হৈবগুম থোক্লে অস্থুম খল্লত্থুনা মপুক্তা য়াম্না বারৌরবোইরে। মরম অদুনা মচানুপী অসিবু নিঙথি হুংঙাইনা লোয়ন-বিরক্লরেদো। হুমিংচুম্বা অঙাং মতিক নত্তবদা অকন-অকনবা থবক ফাওনা শূহুন-নোমহনবা হৌরেদো। অহুপা মপানা লংকৈ চংথিবা মতমদা

মমানা মুংঙাইনা ফমহুনা লৈথোক্লগা মচাসি ইমুংগীবু কোল-লিক রাইরম শেং চাকথোং ফৌশু তৌহন্দুনা অকেমযাত্তা হেক হেক লৈথোকপোইরে অহুগা মচা অসিবুনা হৌদোং চাকথাফমদা চক্লুক অহু ইন্থোক্তুনা পীজব-নচিংবা অস্মুম তৌরবোইরে। অস্মুম তৌন-তৌন নোংদংমুনা ইমুং-মনুংগী থবক-থনাদা মতেং পাংনবা ঙম্বমথৈ শূ-নোমহুনা হোংনজে। নোংমদি লশিং কাপোন পুখোক্তুনা লশিং কাপ্পা মতমদা মুংশিং কন। শিংলক্তুনা থরা পাইথোক্লবোইরে। মহু উবদা মমা অতোম্বী অহুনা চৈর-ঙাঙলরগনি হায়বগী মুংশা থীবগা লোয়নননা খুজিল্লিঙেদা মমাহু চেম্থোরক্তুনা মশম তাপ পায়রগা পঙফুদ-ফুবিরবোইরে। নোংদংমুনা "ইমা! মুংশিং শিংলবদগী তৌবনি ঐস্মু থুনবা হোংনরি" হায়না হায়জবোইএ। অতোম্বী মমানা অহুবু মুংশিং শিংলি হায়বা খঙব্রাও! নথিবোং পান্দ্রবরা? নমা ওক্তবা থুরোংপীগী মচা! মুংশিং মাইরম লশিং কাপ্পী! শগোল মমাঙ পুঙ্গাউ পুবী!" হায়না থীনা চৈবিরোইএ! নোংদংমুনা "ইস! ওন্থোকপনিদকো। ঐগী ইহাকথক্তগী শজিক মমৈ রায়থ্রবী পলেম ইমাবু চিংথহুনা ওক্তবী শীংদা চনথ্রেদকো!" অস্মুম্না থল্লহুনা মিংলুদা তরং লাইজ ঈহৌননা থাঙহুনা লেল্লকপোইএ।

নোংমদি মপা লৈবা মতমদা মমা অতোম্বী অসিনা ঙস্তা ঈরু মাই-থজহুনা চাক থোংলে। চাক লোইরবা মতমদা মাখোয় অহুম পূন্না চাক অহু পুখম অমমম তোপ্লহুনা চাবোইরে। মচানুপী অসিনা "ঙসিদি য়েন-শাং অসি চাবা য়াদরে করিনো অমা তৌরে ঐ তোক্লগে" হায়হুনা মথুং হাম্বা উবদা মপানা "করি তৌরবগে ইবেম্মা! ফনতুম হাউইনা" হায়-বোইএ। মমা অহুনা মতং চারে থন্দুনা হায়হৌরগে মতাশুম "করি য়েংহুনবু কেথোকচরিবনো অস্মুম্না কেথে কলিবসিনক্তবু মপানা তৌহল্লিবনি" হায়হুনা হেক হায়বোইএ। মপা অহুস্মু থরা ইকাইরপ তৌবদগী "ঐদি ফনতুম হাউই অহুবু নঙগীহুনা করি তৌরবনো বদায় কদায় য়েঙে" অস্মুম হায়হুনা য়েংবদা হৈবোং অশুবদা ঈশিং হৈজিল্লগা য়েনশাং ঙইনা উহনবা

ওইরম্লেদো। মহু উবদা নিপা অসিনা "করিনো ফুপী। অঙাংদবু অসি-গুম্বা য়েনশাং অসি পিজবা হৌনবরা?" হেক হায়রকপা তাবদা পাইরকী লৌশিং হৈবী অতোম্বীতুনা খংশিন্দহুনা "হাইমা! ওম্বে.কপা হায়তুনি—মাইবনা নচা অসে মশা যক্তে হিদাক অসি খরা খরা পিজৌ হায়না থম্বা অহু হোবে-হোবে তৌবদা ওন্নখ্রবোইদনা" হেক খুম্বোইএ।

মতৌ অসি খঙলহুনা মপাহুনা মমা অতোম্বী অহুদা "ফুপী! অঙাং অসি মরাইবক থ.বীনি। নঙ মতুং মনাউ অম্মুম্না খক তৌগনু ঐ মহু য়াদে হায়রগা মচানুপীবু কৌশিন্দুনা মাঙোন্দগী য়েনশাং অহু তংখায় অমা হাপ-খ্রগা পিজরেদো। অহুগা নুপীহুবুনা খরা চৈবা থাংবা হৌনবা তৌরগা থবক চৎপনি হায়হুনা চংখ্রবোইরে। অম্মুম্না ইমুং অসিদা মমা পোক্তবীগা নোংদংমুনা লেল্লকপসি ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা য়াদবগুম তিন্ন-তিন্নরা লেল্লকপনা লৈশাবী মপুং ফাগংলক্লে।

নোংমদি লৈকাইগী মমান্নবী ময়াম লাক্লুনা "ইতা! ঙসি ৫ নি শুবা ইরাই মুমিত্তা ঐখোয় ময়াম চাকচা হৈজানগনি। পাখং লৈশাবী পূম্বা পুনগদৌরি নঙসু য়াও! নফি নরোল নিঙথিনা শেৎ-চাহুদা লাকউ ঐখোয় ময়াম হরাওমিন্নসি" হায়বোইরে। নোংদংমুনা মমা অতোম্বীদু কিথি কিরুম তৌনা মমান্নব শিংদা থয়াইননা "হোয় হোয় ইতা!" হায়না খুম্বোইএ। ময়াম্মসু "ফরে, শোয়নু ঐখোয় অতৈ তৌগীদা অমুক চংলু-খিগে" হায়রম্লগা চংখ্রেদো। ময়াম মরক তিঞ্জবা ফংদবগী ৱাখন্দা মমান্নবী-শিংনা চংখিবহু চিংন-চিংনা য়েংহুনা লৈহৌরে। মুমিং ৪ নি শুরকপা শগোলসেন মুমিক্তা মমা পোক্তবী অসিনা মচানুপী নোংদংমুনা শেংন-ইন্নবা মফী মরোল পুম্নমক পুহুনা মপামদা থৈখ্রবোইরে। অদুগা নিপা অহুম্সু নোংমা নিনি হল্লক্লোই খঙলদুনা মচানুপীহুতা থনম্লগা মপামদা লৈথোকখরেদো।

চাক-চানবা মুমিংকী মুমিং উখোং য়ৌরবফাওবা নোংদংমু লাক্তবা উবদা মমান্নবী থরুনা "ইতা নোংদংমুদি হৌজিকফাওবা লাক্তে, করি

তৌরবনো হৌরসি" হায়রদুনা মযুমদা লাক্লেদো। নতম অতুদা নোংদংম্মদি মমান্নবী মরক্তা চাকচা হৈজানবা চৎপদা শেংন-ইন্নবা ফি লৈরমদবদগী মখ-রাই সুংঙাইত্রদুনা মপি ঈরা চেল্লদুনা কুম্বংননা কপ্পুনা লৈরম্মোইরে। মমান্নবী ময়াম লাকপা উবদা মপি প্রপ-প্রপ তৈথোক্তুনা কপ্পুবা শ।শিন্ন-রগা ময়াম অদু হরাও হরাও কৌশিন্দুনা যক্কল্লগা হায়রোইএ। "ইতা! লেংমান্নবী খোয়নৌখোয়! নতা ঐদি পলেম ইমা লৈতবা মরক্তা শেংন-ইন্নবা ফিরোল থক্কম থঙদরে। পত্তৌ ইপাসু হল্লক্তি। ইতা লেংমান্নবী মরক্তা চরৈ পিদোন্না থোক্লকসু লৈকাই ইরুং ইপ্‌াশিং থাঙ্গা লৈকাই কোরকপা খোইমু ইমান্নবশিংগী শমু মাঙদা থোকপা ভয়োইদৌরি। নতা ঐদি খোইরম নোংদম্ন থীবনা ইতালক্তা তিমঙমলোইদৌরে। নতা ঐবু য়ারৌসু" হায়না হায়রবদা মতালক্তগী অমনা "ইতা! ঐগী অহেনবা চরৈ লৈ, ননিঙ তৌনা শেৎলো চৎসিবা ইতা" হায়বোইএ। নোংদংদুনা "ইতা! নহাক্না নতা ঐবু খোয়নৌমক্তি খনবিবা পায়মা অসি সুংশিজে। অদুবু পলেম ইমা অতোম্বীনা নতা ঐবু অয়াক-অরাক্কনা মীশা মীরা তানা রারক চৈথেং পিরনি, মতুং কোরৌ অমদা খোয়নৌলক্তা তিঙ্গগে" হায়না খুম্লেদো। মমান্নবী ময়ামদুনা মাবু চৎননবা কন্না তক্করবদা মমৈথংদা নোংদংদুনা "ইতা! ইমা অপোকপীমক নত্তবনিনা নতা এদি লাইবক থাবা পুনশি লেল্লিবনি" হায়না থম্মোয়গী অশেংবা পাউদু তম্নবদা ময়াম অদু সুংঙাইত সুংঙাইতনা "ফরে অদুদি ইতা হোরেল নঙগী শরুক পুরক্কো" হায়রম্লগা চৎখ্রেদো। মমান্নবী ময়া‌ংদি চাকচা হৈজানদুনা লৈকাই লৈশাবী পাখং পুম্বা তিন্দুনা হরাও তয়াম্মিন্নখরে। ময়ামসু ময়ুম হন্নখ্রে। লৈশাবী খরনা মতা নোংদংদুগী চাক্লুক অমা শেল্লগা থিল্ল ক্লদো।

'ইতা! নঙ য়াংদবসিদা ঐখোয়দি য়াম্না সুংঙাইতে অদুবু নঙগী শরুক পুরক্লে ইতা চারো" হায়দুনা পুশিল্লক্লে।' মতাশিং অদু য়েংলগা নোংদংদুনা মখারাই শোক্লা হায়বোইএ। 'ইতা! লেংমান্নবীশিংও! খোয়নৌ নখোয়না নতা ঐগীদমক তলি কোরৌ অসিদা পুরকপা তরা চাক

অসিনা নত্তা ঐগী মিত্তা থমদা চাক্লুন ওইরগে" অমুম হায়দুনা ময়ামগা লোয়ননা চানিন্নগেদো। ময়াম চাবা থকপা লোইরগা মযুম-মযুম হল্লখ্রে। মমা অত্তোম্বী অত্তুমু নুমিৎ লৈথখরে চাক চানবা মতম হেনখ্রে করম তৌরিদৌনো য়েংলুগে হায়দুনা হোবে-হোবে হেক লাক্লবোইএ!

মমা অত্তোম্বীদুনা মচানুপীদুবু চাক থোংদুনবু চারিগদরা হায়দুনা চেঙফুদা য়েংলুবদা মানা থল্লম্বা খুংকম কায়দবদগী য়া অমত্তা ঙাংদনা কোয়েং হেক য়েংবোইরে। মচানুপীনা 'ইমা! চাক থোংলোরা? করি তৌ হায়বগে' হংজবোইরে! মমানা 'হা ইবেম্মা। থোংনিঙলে ননিঙ থোংনিঙদ্রে নখা তম্না শীঞ্জরো। ঐদি হৌজিকসু চংকদবা থবক লৈ" হায়না খুম্বোইরে। "অদুবু ইমানা হল্লক্কদবা লৈরবদি চাক থোংউরা থোংগনুরা হায়বনি" হায়না হায়ত্তবদা মমানা "হা ইবেম্মা! ঐগী থবক্তবু নঙনা নিংথেং চঙভিবরাও চাউবিরেদবো! মপাগী মচা হায়বসে" হায়দুনা ফেৎ হাইদোক্লুনা মপামদা চংখ্রেদো।

নুমিদাংয়াই মমশিল্লকপা মতম ওইরে। লমদম তাম্না পাইনা চাক্তারুবা উচেক য়ায়া পুম্নমক মায়কৈ তম্না পাইনরক্লে। মতু উবদা নোংদংনুনা "হা চেক্লা। কোরৌথক্তা ননিঙ তম্না পাইরিবশিংও! নুজা লাইবক থীবী ঐবু চরৈ ফিসু লৈতে চেক্লা নত্তেং লৌদুনা থৈজুপ মায়থা শেমজগে নতু অমমমদদি থাদবিরমউবা" হায়বোইরে। কোরৌথক্তা পাইরিবা উচেকশিংনা নোংদংনুগী য়াহে তাবদা নুংশিদুনা মতুং অমমম থাদবিরম্লগা মহুম তম্না পাইনখিবোইরে। নোংদংনুনা উচেক ময়ামগী মতু অতু খোজিল্লে। থৈজুপ মায়থা শেমদুনা তাংলৌ অহিং অতু লেল্লে-দো নোংঙাল্লে. নোংদংনু ঙত্তা হৌগংলকপদা উচেক লাংমৈ শঙ্গু অমা পাইরকপা উবদা—

"হা উচেক লাংমৈও!
পলেম ইমা কায়নবী
চরৈ ফিজেং তাম্লবী

মুজা লাইবক থীরবী
তাইবং মৈশা লাংলবী
নতারোয়নি ঐহাকসে
ইতা লক্তা থিল্লগে
তাইবং খোঙ্গাউনরমগে
নতু অমমমদং থাদবিরমউবা !"

অসুম্না হায়রবদা উচেক লাংমৈশিংনা তারবোইরে। মখাদা য়েংথরকপদা মতু পোল্লা লৈজবী মুজা অমনা কপ্প-লাউনা লৈবতু উবদা মুংঙাইত্রতুনা মতু অমমমদং খিকথবিরম্বোইরে। মাতু লৌশিল্লগা নোংদংনুনা থমজরে। হান্না ফংবা উচেক মতু ময়াম অতুনা মখোক মখোক্তা লংনা কন্না কন্না কিশিল্লতুনা শেম্বা হোংনরিঙৈদা মপাগা চংমিন্নখিবা মরুপ অমনা চঙলক্তুনা পাউ হায়রকপোইরে 'ইবেমা। নপাদো হয়েং অয়ুক থুংলরগনি, চাক হাপ্লমউ হায়রকই, হন্দক্তি নপাদো খরা কান্নজরে নঙ্গীদমক্তি হ য়তুনা নফি নরোম্নচিংবা য়াম্না" লৈহৌরবনি হায়বোইএ। মহৌশাদি মপাগী পাউ হায়বা লাকপদা মচানুপী অসিনা হরাও-হরাও তৌভবতু হন্দক্কী খোঙফম অসিদদি কয়া হৈনিঙদবগী মতৌ উবদা নিপাসিনা মঁপুক্তা চিংনরতুনা মখা তারকখি। "নমাদি কদায়দা লৈ?" নোংদংনুনা "ইপলও! পম্বৌ মানবা! পলেম ইমাদো লমদম কৈদা চৎপনো খঙহৌদরে। অতুবু করিগুম্বা পম্বোগা থেংনবিরবদি পলেম ইমাসু চখোকউৎদগী হল্লকহৌরে খুম্বিয়ু" অসি হায়রগা মমায় লুকথখি। নিপা অসিনসু পাউ অতু হায়রম্লগা ময়ুম য়ৌনবা চৎখ্রেদো। অসুম্না অহিং অতুদা নোংদংনুনা উচেক মতু ময়াম অতুদা লংনা কন্না কন্না কিশিল্লগা মশাদা কোয়রেৎ য়েংশিল্লে। উচেক লাংমৈগী মতু অপোবতুনা ওই য়েৎ অনীমক্কী ওইনা অপাকপা মশা অর্না শারগা অহিং অতু লেঙরে।

অহীং মমৈ ওইরতুনা নোংনা ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা কাক্কী লানবাউ চেল্লকপা মতমদা নোংদংনু ঙক্তা হোৌগৎলে। উচেক মশা অনীতু

মখুৎ য়েং ওইদা হাপচিল্লগা পাইবা য়ারগদরা, শেংববু য়াগদবা মতৌ তৌরে। অতুমকপু পক্ষৌ ইপা লাকপা মতম ফাওবদি এ পক্ষৌগী ই খোল চাউকোইনুংদগী য়াংমা লান্দনা লৈখিগে খল্লদুনা মনিঙদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমগী উশাদা তোংদুনা লৈরেদো। অয়ুক অঙনবদা মমা অতোম্বী অদু হোবে হোবে হেক লাল্লদুনা কোয়য়েং য়েংই। নোংদংদু লৈতবা অদুদা ফনদুম ফবে মপা মচা মাখোয়গী য়াইখু লমজেন্নবা অসিদুম কোল্লগনি। মা লৈতবসি ফরেদা খূয়া ভূশিংনা পাল্লগে অস্থূম্না খন্না-খন্না ইমুংগী থবক ইনখাং শূ নোমদুনা লৈরেদো। নুমিৎ কারেক্লে। চাক য়েনশাং থোংনবা মতম ওইরকপা অদুদা মপাস্থু থুংলরে। ইমুং চঙফাম্রিঔদা মপানা "ইবেম্মা! ইপা লাক্লে পোৎ থারো! নফি নরোল ইপানা লৈরক্লবনি য়েংলো লাউ" হায়না কৌথোকপবু মমা অতার্থনা 'হা ইবুংঙো! নচা ইবেম্মদো খঙদ্রে, ময়ুম পানখ্রবরা ঢিবা খঙজদ্রে। নচানুপী শঙবদা থবক অমা ওইরবনি। ওসি অহিং লৈরমদ্রে, ঙর ংদো তানাবা লাইকন্নবগী ইপামদা লৈরুরে। ওসি অহিংসিমতদা হেক হল্লক্কবসিদা ইমুং অসি ফুরং খাঙপক শারবনি" হায়বেঈএ।

মপাদুনা মচানুপীদু মপূক নুশিংনা ঈমুংদা লেল্লবীনি খঙদুনা "ইবেম্মা! ইপা লাক্লে লাউ! লাউ!" হায়দুনা কোয়কৌ কৌরল্লবদা হৈনৌ মথক্কগী—

"পক্ষৌ ইপা অপোকপা!
নমোম লাইবক থীবীদি
নমু ভাইবংসু ওইররোই
পলেম ইমা পোক্কবীগী
লাংগী মৈশা খাঙঙমদ্রে
চেক্লা ওইনা শাইয়োম্না
লাংমৈ ওইনা নুংওন্না
কোবা চংনুং পাংথ্রগে

চীংঙ্গুং তাউজিং চাদুনা
পালেম উতয় চিঙ্গাক তম
নঙোন পুনশি লেনখ্রগে।"

অস্থুম হেক হায়রক্লেদো। মচাগী য়ারা খোঞ্জেল তাবদা মপানা 'ইপাগী ইবেম্মা! লৈরাং তোমশাংনবী! ইপারী অনা শাংপস্থু নত্ত ইমোম নখা ফুঁয়বস্থু নত্ত ইপাবু করম থাঙসিগে ননিও থুংদবা পুম্নমক ইপাগী ইফমদা হায়রোলাউ। করিগী অদুক পুকচেল কনবনো? ইপাগী নাক্তা হল্লকখো। ইপানা নঙ্গীদমক লিক্লাং পরেং নিঙথিবা চরৈ মচু তাবশিং মখল মথেল লৈরক্লে। ইমোম ননিও তল্লখো।" অস্থুম হায়রবদা নোংদংনুনা—

"পঙ্খৌ ইপা অপোকপা!
নমোম ওইবী ঐহাক্তি
চেক্লা তুবান শাবু ওইরে
নমু তাইবং চরৈদি
নমোম ঐঙোন্দদি কান্নদরে
পলেম ইমাঙোনগী মফমদা
পিনবিখ্রো অপোকপা!
নমোম ওইবী ঐহাক্তি
কোবা চাংতুং তমদুনা
চেক্লা শাখপ তোয়খ্রগদববু
পঙ্খৌ চেংলৌ উনবা
পামেলসিদা থাওলকপনি।
নমোম ঐবু য়ারোরগনু।"

অস্থুম্না নুংশি নুংওন্না পাউতারক্লবদা পঙ্খৌ মপানা অমুক হায়বেইরে।

'ইপাগী ইমোম ইবেম্মা!
লাকখোগবা নহাকপু!
নমা পোক্তবীগী শরৈনা

মচা খাঙবা ঙম্লদে হায়দুনা
হয়েং চারোল শূরোল ঙাঙননি
হল্লকখোনে ইনাক্তো।”

অস্তুম হায়রবদা নোংদংহুনা

“হে পম্মৌ অপোকপা !
পলেম ইমা অতোম্বীবু
পোক্তবীনি খঙ্গদে
পলেম পম্মৌ অনীগী
লম্মন্দুবু শিংঙমদা
তাইবং চৎলম থাদুনা
চেল্লা তুবান ওইরুরে
নমোম্বু ৱাল্লৌরগনু !”

অস্তুম হায়রল্লগা কৌবা চীংনুং মায়কৈ তমহুনা মশা শাগল অনী ফল্লগা গে-গে লাউনা পাইখ্রেদো। নিংঙমহৌব্রবা মপা অহুনা মচানা পাইবা মায়কৈদা মুন্না য়েংলগা মমিত্তা পিরাং হৌরহুনা থম্মোই চাক্লা খাঙহৌইদো। মথৱাই নুংঙাইতনা শোল্লকপোইএ “হে মপী লৈত্তবা শন্নাউ! মমা পোক্ত-বীনা য়োকপা মচা! অস্তুম হৌনবোইরেকো পুন্সিসে” অস্তুম শোল্লহুনা মথৱাই নুংঙাইত-নুংঙাইতনা মপুনসি লেনখিদো।

---

## ২৭

## হঙোইনা তাইবং মী ওনবা

খায়না মমাংঙৈদা লুখ্রাবী অমা লৈরম্মোইরে। মচাদি নুপীমচা অমগা নিপামচা মৌপ্‌। অমগা অনীদং পোকচবোইরে। অস্তুম্না মখোয় অহুম লৈরকপান্সিদা লুখ্রাবী অসিনা ইমুং পুনবা হোৎনহুনা মচাশিং থাক্লকপা অদু য়াম্না ৱানা ললোন ইতিক তৌহুনা হোৎনজরে। অস্তুম্না মচাশিং থাক্তুনা

লেল্লকপনা মচাম্বুপী অদুস্থু লৈশাবী ফারক্লদুনা মমাগী মতেং পাংগে খল্লক্লে।

নোংমদি কুমগী ঈনৌ তাবা মুমিৎ অমদা মমাগী মতেং পাংনবগীদমক চেপখোল অমা পুদুনা পাত্তা ঙা ফাবা চৎপোইরে। অসুম্না চেপখোল অদু খোন্দুনা ঙা খরা ফাবা হৌরক্লবা মতমদা কোরৌথক্তা খাকপগা লাউবগা ঙংবগা তৌদুনা অঙকপা ফংনা নোং কল্লা চুরম্মী। মাদুনা মুপীমচা লৈশাবী অসি থুপকম লৈতদুনা মশা-মউ মফি-মরোল পুম্নমক চোৎলেদো। ঙাহাক লৈরগা নুংশা হাইদোবক্লে। নুংশা অদুদা মফি মরোল অদু শুমদোক্লগা ঙাহাক ফৌবদা কাবক-কাবক কংলবোইএ। মহাক্না ফি অসি অমুক শেংচিন্দুনা য়ামদ্রিবা ঙা অদু খবা য়াম্নবা হায়দুনা অমুক চেপখোল পায়দুনা ঙা ফাজবোইরে। অসুম্না চেপখোল পায়দুনা ঙা ফানবা খোল্লিঙেদা কুম কৌবা লাই অদু লাক্তুনা ওক্লরেদো।

কুম কৌবা লাইদুনা নুজা মায়থোং উবদা নুংশি ঈহৌরকপনা অপাম লাংদা থুদুনা নুজা মাগী মকাদা নুংশি কাইহৌরবোইরে। লুখ্রাব মচা লৈশাবীদি নুজা মথোক কাবীনিনা ঈকাই শেঙ্গোই হাঙবনে, কনা হন্না য়েংবদা উদবনে মাই হায়সি হায়ঙমদা লৈরোন লৈফাইনরেদো। অসুম তৌরগা কুম কৌবা লাইদি হেন্না হেন্না মিতারুবনা নুজা খুজেং পায়খরে, মনুং থোঙগা পরয়না, নুংশি খুংলাক তমখ্রেদো। নুজা শিয়োম্নুংদুদা কুল্লাই কৌবা মহাক্কী চাদা নাউহুন তম্নম্নগা নুজা মাবু য়েংদুনা হায়বোইএ। ইবেম্মা! চেংলৌ শক্কোই নিঙখিবা! থাজ মকোই তমজবী! নুজা পাঙ্গল শোনবীনি এনা ঙম্মী হায়বগী শমু ঈতিক উৎপস্থু নত্তে। নুজা নঙবু নুংশি ঈহুল তম্বগী থৌদোক অসি থোকপনি, লেম্না মাঙদবা ওইসনু! রাহৈ অসি হায়রম্নগা খোইয়ম তাইবং অনীগী নুংশি তেনবাল অনাবু তাইবং ম নোক থাঙনা ককপনা কুল্লাই কৌবা লাইস্থু মাঙথোকখরে।

লুখ্রাবীমচা লৈশাবীদি তালি-তালি কংবা ফিদু শেৎলগা নুজা পুক্লীং মুম্বংননা মোংবা মরাল তম্লেদো। ফাজরকপা লেমলৈনা মৌপ্‌াগা মমাগা

হরাও-হরাও চামিন থকমিন্নহুনা পূনশি লেঙ্গেদো। অস্মূন্না নোংমা-নোংমা হৌথিবনা লোইদাম থাবুম ৩ শুরক্লে। নৈশাবা অসিদি কুম্নাই মাগী চাদা নাউদা পুবনা খোয়জি মিতম্নবগী চেংলৌ মায়খোং লোংঙমদরেদো। নুজা লেংমান্নবীলক্তা তিনঙমদনা তিঙ্গুং খানাংনরকপবু উবদা মৌপ্নাগা মমাগা অহুম্মক্তি ইওক ঙক্লবোইরে। মচেম্ন য়েংলগা মৌপ্নানা হায়রে—ইচে! পলেম শিনবী! এনা ইপুবোক্কী চাকঙাই ব্রারী তাখিবা নৈ। কুমগী নোংনা ঈনৌ তাবা মতমদা চেপখোল-লোংখানবীনা মফি মরোল কোম্ন-বদি কুম্নাই ওক্লহুনা মচা হঙোই ওইনা পোকই হায়খি। অহুনা নঙনা পান্তা ঙা ফাবা চংপদা নফি নরোল কোমখিবরা অশেংবা হায়জৌ! নচা হঙোই ওইনা পোকচনি হায়বোইরে।

মমানদি অঙাং অসিগী ব্রার। অসি অহলশিংনা শঙলী-লিবহু তারকপা ওইরিনি খন্দোকপোইবে। মচানুপী অহুদি মৌপ্নাগী ব্রা তাবদা থমোই নীক-নীক লাউ, নিংদোল পিঙ-পিঙ চাংলেদো। অহুম-অহুম ওইনমক হুজা মখোক কাবীনা শুমাঙ উরোং খিন্দনা হৈজিঙ থরাই পুদনা তাইবং খোয়জি মিহুনখিবনা তাংজা ইকাই শেঙ্গোইরবগী য়াব্রা অমা কাঙদনা নৈরকপোইরে। মতৌ অস্মূন্না নোংম-নোংমা হৌখিবনা লোইদাম থাজ মথং মথং লান্দূনা থাবুম ১০ ফারক্লে. নাউয়েক নাউতম হৌরক্লেদো। মমা লুখ্রাবীহুনা থাজদ-থাজদনা নৈরকপবু মচাগী মতৌনা হেনজিল্লকপনা নৈ-থোকপা য়ারক্লহুনা মাইবী মায়য়োক্লবী কৌরুরে। চাবোককাদা চঙহুনা হোৎনরেদো। মিকুপ খরগী মতুংদা নাউয়ান তাইবং ফাওবদা হঙোই শক্তম ওইনা তাইবং ফাওরক্লেদো। মতম অসিদা মমানা খনবোইরে ইচানা হায়খিবদো চুম্লেদনা অস্তুম শোল্লহুনা মচানুপীবু হুন্দোকপদি য়াদবনিনা হৌনবী চাক ঈশিং থৌরাং তৌহুনা পীজরে। অস্মূন্না মচানুপীনা হঙোই-লাবা অমা পোকপগী ব্রাফম অহু অনী তিল্ল ঙাঙনা অহুম ফম্ন-হায়নহুনা নৈবাক পনবাল লাম্নরক্লেদো। অস্মূন্না ঙাঙনরকপনা নুপীমচা অসিনা হঙোই অমা পোকপগী ব্রাফমসি নিংথৌগী নকোং য়ৌখরে। নৈবাক্তা

মাবু হঙোই মমা হায়না মিঙ্গৌনরক্লেদো।

লুখ্রাবীমচা নুপী অসিনা মচাহ্ন তাইবং শক্তম ওইনা পোক্তহ্না হঙোই ওইনা পোক্লবস্থ মমানা মচাবু নুংশিবগা ঈহৌদি লৈবনিনা মাঙহন্নিংদবদগী লুনা তৌজরহুনা উরুক খুদেং অমদা ঈশিং খরা হাপ্লগা য়োকচবোইরে, অদুগা থকপা চাবা মওংদি মী অমনা চাবা হৌনবা থকপা হৌনবা অদুম মচাবোইরে। অসুম্না নোংমদগী নোংমা থাদগী থা চহিদগী চহি মথং মথং লানখিতুনা হঙোই লাবা অসি পাখং মতম ফারক্লেদো। হঙোই লাবা অসিনা ইমা অসে মরাইবক থীরবনি এগাদমক লৈবাক মাঙদা ফিরুক খুম্লিবী অমা ওইরে হৌজিক য়ুম পান্দুনা ইমাগী অরাবা কোক্লবা মতেং পাংগে, পলেমগী লম্মন শিংগে খল্লবোইরে। অতুনা মমা য়েংলগা ইমা! নচা ঐসে হঙোইগী ফিবম ওইরবস্থ তাইবং মীনি। ইমাগী লম্মন শিংনবা হোৎনজগে। ঐ, য়ুম পানবা মতম ওইরে। অতুনা লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মচানুপী ময়াম-তুগী মরক্তা অমত্তংবু নচা ঐগাদমক হায়বিরু! নিংথৌনদি য়ারক্লোই অতুম ওইনমক অমুক অনারক্তংদি হায়তুনা ময়েংসি। মহাক্না উশিৎ থৌওইদবগী মতৌ তৌরক্লবদি নিংথৌ মফম লৌথোকচগে হায়বোইরে।

হঙোই মমানা ইপারী ইবুংঙো! নঙগী রাফম অসিবু ইমানদি কান্নগনি খন্দে। নহাক্কী হৌজিক ওইরিবা ফিবম অসিদা নিংথৌতুনা করম্না মচাইবেম্মা নিঙথিবীতুবু তরাই তরাইনা হেক পীবিরকদগে। হায়গুমসিদা হায়বোইরে।

হঙোইনা ইমা! নচা ঐদি অচম্বা হঙোই নত্তে, ঐগী ইতিক লৈজে। হায়নতুনা অমুক্তং য়েংবিরু। নিংথৌ হায়বসিদি লাইনি, ঐগী ইতিকস্থ খঙলমগনি হায়তুনা হন্না হন্না হায়বোইএ। মমাতুনা মচাগী অসিগুম্বা তক্করকপগী রাফম অতুদা থাঙবা ঙম্লক্তহ্না মশা মউ তনান-তনান্না মকোক ফিঙৌ খুমজরহুনা কোন্নুং তম্না কারক্লে। নিংথৌ নাক্তা চঙজরে। নিংথৌবু হেক উবগা মকোক নোঞ্জরহুনা নিংথৌদা খুরুমজে।

নিংথৌনা তরাম্না হঙোই মমা! নঙনা ঐগী ইফমদা ল.ক.থাক্তনা

লাকপদি করি হায়নিঙবগে, করি ৱাংপা লৈরে অসুম হংবিরকখিবোইরে। হৌই মমানা ৱাখল তৌই। নিংথৌনদি ইমুংগী অৱাৎ অপা লৈত্নুা নিবা লাক্লিবোই খনবিরি, ঐদি করি হায়না হঙৎসিবা হায়না খল্লগা হায়ংকখি। ইনিংথৌ! ননাইনা হঙ্চনিঙবসি ইতিক-ইপা ওইবদি নত্তে অত্নুবু ইনিংথৌগী মফমদা হঙ্গবা য়াদ্রহনুা ননাই লাকচবনি হায়জবোইএ।

নিংথৌনা অত্নুবু হায়রোদনা তাসি হায়ত্নুা হায়বিরক্লবদা হৌই মমানা ইনিংথৌ! অয়োনবা পূম্বা ঙাকপিয়ু। ইনিংথৌ দ লাইনি। হঙ্চবগে—নমোম নজাইবেম্মা অমত্তংদদি ননাইগী ইমৌ ওইত্নুা ইচা শক্লা লৈমিন্নজগে থৌজানবিয়ু! অসি হায়রহ্নুা খুবাং তরা লোম্ননা অমুক হন্না খুকমজবেদো। মতৌ অত্নু উবদা নিংথৌনা— হৌই মমা! ঐদি নঙগী চাদ লৈতবনা নচা য়োকপদা নমা নৌপা য়োকপদা মত্তেং ওইনবা নিবা লাকপোই নিঙলুরে অত্নুদি নৱহ্নুা নমৌ হায়বা লাকপা ওইরেকো! চৎলো-চৎলো! কান্নবোই—নচা হৌইদবু নিংথৌ ঐগী ইচানুপীবু কবম্না থাজগনি। ঙসিদি হায়ররে মতুং অমুক লাক্লনু! অসুম তাকপিবহ্দা হৌই মমাদো ঈকাই-ঈকাইনা মমায় ফিরুক খুমত্নুা ময়ুম য়ৌনবা হল্লক্লবোইরে।

হৌ ইগী মমানা ময়ুম য়ৌরক্লবদা মচা হৌইনা মমাগী মমায় ঙাওনা হল্লকপা অত্নু উরগা য়াবক্লে হায়বা খঙনখঙনা ৱা তানিঙনা হংবোইরে। ইমা! করম তৌরবগে করি হায়বকই? মমানা ইবুঙো! হন্দকমুক্তি হায়রে মতুং অমুক লাক্লনু। ইচাসিবু নচা হৌইদা করম্না থাজগনি? হায়না হায়রক্লে। অসুম পাউদম্নবদা হৌইনা ফরে—ইমা! হয়েং নোংঙাল্লগসু অমুক্তংগা চংপিখো। ঐনা হায়জবত্নুনি নিংথৌ হায়বসি লাইনি ঐগী ইতিক খঙলমগদোবোই নিঙলুই। মহাক ঐগী ইতিক খঙদ্রি অত্নুনা খঙহন্দবা য়াদে। অসুম্না মমা মচা ৱারম খরা ঙাওনরবা মতুংদা চানথক্লবা থৌরাং লোইরত্নুা চাবা থকপা লোইরগা অহিং অত্নু পোত্থানরে। নোংঙল্লে হৌইনা মমাদা ইমা! মতম ওইরে, চংপিরো। ঙসিগী

রা অমুক তাখিসি হায়গুনা কন্না তক্করবোইরে। মমানা ইবুংঙো! ইমা চৎলরোইদা, য়াবিরক্লোইনে কৈদৌবগে হায়না খুমবোইএ, হঙোইনা ইমা! ইপাগী ইপুগী ৩ লক হায়বত্তুদদি য়েংসি হায়হুনা তক্করকপন্থু খাঙবা ঙমদবদগী হঙোই মমা অমুক হন্না কোন্নুং য়োরক্লেদো। নিংথৌ সনামাঙদা চঙশিন্দুনা অমুক থুক্রুমজররে। মহাকপু উবদা নিংথৌনা হন্দকমুকন্থু হঙোই মমা অসি লাক্লে, এনা লাক্লগন্নু হায়রবমক্তদা লমহেল্লি কনা লৈ ? মাসি মঙক লাক্তুনা ইনখো হায়বোইরে। খুদক অদুদা নিংথৌ শেনবশিংনা ফন হেক চোংশিল্লক্তুনা হঙোই মমা অহু মখোঙ খুদোল লৈবাক তাদবমখে মঙক লাক-লাক্তুনা ইনখ্রেদো। হঙোই মমা ঈকাইখিবনা মমায় ফিরুক খুমহুনা ময়ুমলোমদা লাক্লেদো।

ময়ুমদা চঙলকপদা হঙোইনা মমগী মতৌ উরগা হায়বোইরে। ইমা! নচাগীদমক থরদং ঈকাই শেঙ্গোই হাংলুরে। ফরে—হঙোই ইতিক খঙহনগে ইতিক খঙদবা নিংথৌদো হুয়েল লানশোক্লরগে। হয়েংদি ঐ লানবাউ লাকপনি হায়বিয়ু। রাহৈ অসি হায়রবদি নিংথৌনা অমদি নিংথৌ মনাইনা ইামদা করিস্থু তৌরক্লোই। অদুনা ঙসিসি পোথাবিরো। করিস্থু কিরুগন্নু! তৌবদদি 'ঐদি লানবাউ লাকপনি, ননাই ইচা হঙোইনা নচা ইবেম্মহু পিগেরা নত্রগা পিরোই হায়বরা ? পিত্রবদি লাল তৌনবা তারে'' হায়রুচো লাকপনি হায়বা অসিতদি হায়বিরুখো হায়বোইরে।

অসুম ঙাঙন-ঙাঙননা অহিং হৌখরে, নোং ঙাল্লেদো! ইমুংগী থবক ইনখাং পুম্বা লোইরে। চান-থক্লবা থৌরাং লোইরহুনা মহৈ মহৈ চানরে। চাবা লোইরগা হঙোইনা ইমা! চৎপিরো লানবাউ হায়বিরুরো! লাল হায়বসিদি লানবাউ থাদবা য়াদে অহুগী তৌবনি হায়রবদা মমাস্থু কোন্নুং তন্না শিরবস্থু অহু মঙাইরে থল্লহনা থুনা য়াঙনা চৎখ্রেদো। হঙোই মমানা সনখোঙ হেক য়োরকপদা নিংথৌ মনাইশিংনা নিংথৌদা! ননাই হঙোই মমা অহু অমুক লাকচরে হায়না হঙ্গৎলুরবোইরে। নিংথৌনা অহু ওইরবদি কৈশুমশঙদা পুল্লগা থমউ হায়রক্লেদো। নিংথৌ মনাইশিং প্রপ-প্রপ

লাক্লুনা হঙোই মমাবু পুনগে তৌরবদা "ঐদি ঙসিদি ইমৌ হায়বা লাকপা নত্তে, লানগী লানবাউ লাকপনি" হায়বোইরে। রাত্থু অদু নিংথৌদা হঙ্গৎ-লূরবদা ফরে। পুশিল্লকউ হ.য়দুনা হঙোই মমাদু নিংথৌগী সনামাঙ তানা পুশিল্লক্লে। অদুগা হঙোই মমানা "ইনিংথৌ! ঙসিদি ননাইদি লানগী লানবাউ লাকচবনি। নচা ইবেম্মা পিদ্রবদি ননাই হঙোই লালহৌরক্লগে লানবাউ তাকলু হায়বগী লাকচবনি" অস্তুম হায়ববদা নিংথৌনা—"ফরে, চংলো। মানা চৌনিং.বা লাল অদু তৌজরকলো হায়রু" হায়রগা হঙোই মমা থাদোক্লক্লে।

ময়ুম য়োরকপা মতমদা নিংথৌনা হায়রকপা রাশিংচু মচানিপা হঙোইদা পাউদম্লে। মদু হেক তাবদা হঙোইনা মমাগা পোকমিন্নবা মাগী মামতোনগী মনাক তানা লাক্লগা হায়খি। মামতোন! রাগী উতোং ৪দং মথুম পান্দুনা শেম্মিয়ু! নম্মাক লাল চংপা তারি হায়বোইএ মাগী মাম্মা অদুনস্তু ইঙক ওক্লা লাল চংপদবু উতোং চঙবরনে অস্তুম খন্না-খন্না মমাক্কী-দমক মথুম চেংনা পানবা উতোং ৪ দি শেম্মিরে। অদুগা মমাক নিপা হঙোইদা পিরেদো। মমাকনিপাদুনা হরাওরদুনা উতোং ৪ অদু য়ানবা য়ান-নবা মরীস্তু পালহল্লে। অদুগা উতোং মথুম হাংলগা মনুংদা চুহী খরা খরা হাপচিল্লেদো। অদুগা হঙোইদুগা য়াম্না লুনা চান্না তিন্নজবা হৌদোং অচৌবা অমা লৈবোইএ। মনাক্তা প্রপ-প্রপ চংলগা—মরুপ! ঐ লাল চংপা তারি, নঙস্তু ঐগীদমক লাল পাংবা ওইনা চত্তবা য়াদে হায়রবদা হৌদোংনা মরুপ। নঙগীদমকপু হুন্দোকপা য়ারবা ঐস্তু চংকনিদনা অদু মঙায়রে হায়বদুদা হঙোইনা অদু ওইরবদি উতোং ৪ অসি য়ানশিনবিরো হায়দুনা হৌদোং মগুক্তা য়ানশিনবিরেদো। মখোয় অনীনা অস্তুম লাকপনা অশোঙবা মোংশোং অমদা চঙশিনবদা খোইবী নমথৌ, ঙারেংখোই, খোই-বেল অদুগা খোইঙাংচেং - খোই মখল ৪ মক উতোং অমমমদা তোঙান তোঙান হাপচিল্লে। অদুগা কোম্নুংগী নোংপোক থংবা মায়কৈদা লৈবা কাঙজৈবুংগী নাকন্দা লৈতোঙ অমদা মাখোয় থুংলরে। হঙোইনা লৈতোঙদা

লৈপ্লগা কোয়য়েং য়েংবদা লৈখুল অহোবা অমা লৈবা অদু হেক উরবোই-রে। ইস মফম অসিদা ঐখোয়গী লানবল শাবা তারে, মফম অসি য়াম্না খুদোং চারে খল্লদুনা হৌদোংগা মখোয় অনী পোখাতুনা লৈরে। ঙাখাক লৈরগা হঙোইনা লৈতোঙ মথক্তা কাখৎলগা লাউরকখি।

"হাই-হাই নিংথৌ! নতিক লৈতবা! ঐ লাক্লে, ঐগী ইতিক খঙ-জরো! লানগী থৌরাং তৌজরো! মতম খরবু ঙাইবিগে" অস্থুম্না য়াম্না হৌনা লাউখিবদা নিংথৌ মনাইশিংনা তারদুনা নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে। নিং-থৌনা পাউ অদু তাবদা অচচ্চ লাকচৈদা! হঙোই মানবু ঐগী ইথক্তা লান লাকপকো। মথল্লাই লৌদবা য়াদরে লানগী শাজোন তৌরো হায়না সনা য়াথং লাউদুনা নিংথৌগী লাম্মীশিং লালবুং থিনবদগী মথুম মরাং হৌদুনা কোয়চেন চেম্নরে। শগোল তোংবা লাম্মী, থাঙ পায়বা লাম্মী, টা পায়বা কয়া পরেং পরেং থৌরাং তৌদুনা কোন্নুং মনুং অসি লাম্মীনা পূমস্থু স্থুরেদো। নিংথৌনা শীনবা লাম্থোং মতুং ইন্না মমায় নোংপোক পাংনা কাঙজৈবুং মায়কৈ তম্নক্লে লাম্মীশিং। মখোয় ময়াম থোরকপা উবদা হংঙোইনা অমুক্তা লাউরকখি—"হাই-হাই নিংথৌ! নতিক লৈতবা। নঙদি লৈবাক্কী মপুনি নহাক্না হান্না খুৎলাই থাজরকউ! ঙম্নগা ঐবু হাং-খ্রো। ঙমদ্রবদি ঙসি ঐনা নচানুপীদু শোয়দনা লৌরগদবনি" হায়্নরক-পোইরে!

রা অদু তাবদা নিংথৌদো শাউবনা লুতোন কাখরে অদুবু হঙোইনবু করি তৌবা ঙমগদোবনো খল্লদুনা মনাইশিংদা তেনজিল অথৌবা য়েংদুনা তেনবি ৫/১০ দং কাপহল্লে। মতম অদুদা হঙোইদি লাউবমখৈ লাউরম্লগা অকুৎপা কোম অহোবা লৈখুন অদুদা চঙশিন্দুনা লুমদুনা লৈথোকখিবনা তেম্না পানবা ইঙম হেক ঙমদ্রবোইরে। লাম্মীশিং অদুনা শিরম্লগনি খন-বদগী খরদং লকক তৌরকপা মতমদা হঙোইনা লৈতোঙ মথক্তা ফন হেক চোংখদুনা ঙারেংখোইগী উতোং অদু মথুম থোক হেক হাংলেদো। অদুগা ঙারেংখোইমগী লুচিংবদা শিন্নবোইএ। নমোয় ১০/১০ দং অহানবদা

পাইবিরগা চিকপিরুরো হায়বোইএ। খোই লুচিংবনা হঙোইগী লাম্থোং মতুং ইঃ। ১০/১০ না শাবা খোই খুৎপূ ২ দং থাখিদুনা লান্মী অমমমদা নপ-নপ্তুনা চিক্লুরেদো। লান্মীশিং অহু খাওবা ভমদহুনা ভাওহুনা কোয়চেল চেন্দুনা খাওলবোইরে। মখোয় খূংলায় থারেদো। অস্থুন্না মথং মথং খুংপু নাইনা নাইনা খাবদগী লাম্মীশিংদা মথং-মথং চিক্লুবনা লাম্মীশিং অহু ব্লাম্ব-ব্লাম্বহুনা তারবোইরে। মতম অসিদা হঙোইগা নিংথৌগা লাল তৌনগনি হায়বা পাউ তারহুনা খুঞ্জাগী মীশিংস্থু কুম্মে ওইনা য়েংবা লাকপোইরে। মাখোয় পূন্নমকস্থু লাম্নংবা য়াওহুনা মফম-মরাং খণ্ডদবমখে কোয়চেল চেন্নরে। লানফম অসিদা নিংথৌগী লাম্মীশিংনা এঃ হঙোইগী লাম্মীশিং অসিদি মখোনা য়াম্না কৈ, ঐখোয়গী তেন্নস্থু পানবা ইভম ভমদে অস্থুন্না নিঙহন্নহুনা লীরুং তেন পায়বা লাম্মীশিং অহু কায়হুনা চেন্নখ্রে। মায়কৈ মরিমক্না কোয়চেল চেল্লিবা লাম্মীশিং অহু উর্কগা নিংথৌনা লাউরকই। লাম্মীশা! করিগী চেল্লিবনো? মায়য়োক্লবা লান থেংনব্লগা নমায় লৈ না চেনবা হৌনবরা? নখোয় পূন্নমক পুল্লপা খোমজিল্লো হায়না য়াথং তৌরক্লেদো। লাম্মীশিং অহু নিংথৌগী য়াথং কিবদগী অমুক হন্না হঙোইনা নৈবা মায়কৈদা পুল্লপা থোমজিল্লক্লেদো।

নিংথৌগী লাম্মীশিংনা থোমজিল্লক্লবদা হঙোইনা হন্দক্তি খাকপা য়াররোই ঐগা খোই লাম্মী পূন্নমক থারগে খল্লবোইরে। মতম অসিদা নিংথৌগী লাম্মী, শামু তোংবা, শগোল তোংবা, থাঙ পায়বা, টা পায়বা লীরুং তেন্দোং শূবা পূন্নমক্না লাল্লাউ খোঞ্জেল ব্লাংনা লাউরহুনা চেনশিন্নরক্লেদো। মহু উবদা হঙোইনা মাগী উতোং অহুম অহু মথুম হাংদাক্লে অহুগা হায়রকই — মরুপ নখোয়না তৌবিগদবদি অহানবদা নখোয় ৫০/৫০ না লাম্মী অমমমদা ওমশিন্দুনা চীকপিয়ু, মমৈদা ১০০/১০০ না অমুক ওনশিন্দুনা চীকপিয়ু লাম্মীশিং অমত্তা চিথবিগনু হায়রেদো। হঙোইগী ব্লা তাহদা খোই লাম্মীশিং অহুবু ঙাংং লাউনা হেক পাইথোরকুনা ৫০/৫০ গী কাওলুপ ১০০/১০০ গী কাওলুপ নাইনা পাইখিহুনা নিংথৌগী লাম্মী থূদিং

অমত্তা চিখ্‌দনা চীক্লুরেদো। নিংথৌগী লাম্মী পূন্নমক খাঙবা ঙমদ্রহ্না চেন্নরে। মহৈ-মহৈ ঈশিংদা চোংথবা য়াও ইসূংদা চেনশিন্নহ্না কাংখল মনুংদা লোংপা য়াও তৌহ্না লাল অহ্ কায়রেদো। অসূম্না লানফমদা লাম্মী অমত্তা লৈতনা লান্নিং হন্নখ্রবদা খোইশিং হল্লক্লে। হঙোইনা কনা কনা চিংথরম্লিবগে হায়রবদা নিংথৌ অমসুং কোনুংগী মুপী অঙাংশিংদি অমত্তা শোক্লমদরি হায়না খুম্বোইরে। হঙোইনা ফরে মরুপশা! কোনুং মনুংগী মুপী অঙা শিংদি শোক্লগনুপি হায়রেদো। হৌজিক নিংথৌগী ব্রা তাখিসি হায়হ্না খোই ময়াম্না ওমশিল্লগা মাগী মরূপ হৌদোংদা তোংলগা নিং-থৌগী মনাক তান্না লাক্লে। অহ্নগা নিংথৌদা হৌজিক করি অমুক পাম্বিরিবগে? লান মখা চত্থবিখিগদরা? হঙোইগী মায়কৈ ৪ দা খোইয়াম্না ওমশিন্দুনা লাক্লগা হংলকপা পাউ তাবদা নিংথৌনা কান্নররোই হায়বা খঙলহ্না হৌজিক ঐ মায়থিবা ফংলে, লাল লেপ্পসি হায়রেদো। নিংথৌগী ব্রা তাবদা হঙোইনা অহ্ ওইরবদি নচা ইবেম্মদি পিবিররোইদরা? পিবি-রোইদৌগা ওইরবদি ঐ হৌজিক লাল লেপ্পা ঙমজরোই হায়রবোইরে। নিংথৌনা নহাক্কী লাম্মিশিং থামজিল্লো ঐ হৌজিক ইচা পিহ্না লুহোংনবা থৌরাং তৌরগে হায়রে। নিংথৌগী ব্রা তাবদা হঙোইনা ফরে হায়হ্না মাগী মরূপ খোই লাম্মী পূন্নমক মাগী উতোং ৪ অংদা চঙবিরো হায়হ্না চঙহন-খরে।

নিংথৌনা মচাইবেম্মা ৫ মকপু কৌশিল্লগা ইচাশা! ইপাগী অরাবা অমদি লৈবাক্কী অরাবা ঙাক্কদবা কনানো হঙোইদা নখোয় ময়ামগী মরক্তগী অমত্তং লুহোংবা তারি হায়রেদো। মথং মথং অহন্দগী হৌনা ৪শুবা ফাওবদি হঙোইদা করম্না য়ুম পানগদগে ঙমজরোই হায়হ্না অমত্তা য়াদ্রে। অকোনবদা ইতোন তোনবী অহ্না ইপা নিংথৌগী অরাববু কোক্কনি হায়র-বদি অহ্নগা লৈবাক্কী অরাবসু কোক্কনি হায়রবদি ঐহাক লৈজরুগে হায়না পাউখুম্নবদা নিংথৌনা মনাই মশল ময়াম কৌহ্না মচাগীদমক অওং অউন ১০০/১০০ না খুজিং ওইনা তমহ্না হঙোইদা লুহোংলে।

লুহোংবগী থবক লোইরবদুনা মজাইবেম্মনা শামুথক্তা তোংলে অদুগা হৃঙোইনা মাগী মরুপ হৌদোং তোংলদুনা হৃঙোই মমুদা লৈম্না পুদুনা লাল হল্লক্লেদো ! হৃঙোইগী য়ুমদা মীনাই-মীশল, শগোল, শামু, কৌ, সনা, লুপা কয়া কয়ানা মতিক চানা পৈররে। হৃঙোইগী য়ুমদা ফমুং কাংথোল নিঙ-থিজনা মফম চানা-চানা উপুনচিংবদা নিঙথিরবা ফিরোল মরোল নাইনা হাপ্লদুনা হেন্না নিঙথিবা মফম ওইরে। মফম অদুদা লৈমসু পোংলোই লৌথোক্লুনা কাঙথল মনুংদা পোত্থাদুনা লৈরে। মতম অদুদা হৃঙোইগী মমানা চাক য়েনশাং নিঙথিনা থোংলে। মচা নিপা হৃঙোইদি মহৌশা মাগী লৈফম উরুক খুদেং মনুংদা ঈশিংদা লৈরেদো।

মমানা চাক থোংবা লোইরদুনা চাক্লক নিঙথিবা য়েনশাং মথেল ময়াম্না ইকোয় কোয়না হাপ্লদুনা চাক চাফমদা থম্লে; মচাগী মনাক তান্না লাক্লগা ইবুংঙো ! চাক চাররো হায়বোইরে। মমাগী খ্বা তাবদা হৃঙোইসু চাকথুমদা চঙলক্লুনা চাক চাগদবগী ফম্ললে। চারগে হেক তৌবা মতম অদুদা নিংথৌগী মজা ইবেম্মা লৈমনা কাঙথল মনুংদা মপুরোইবা হৃঙোইবু থাংমৈ মঙান মরক্তা মুশি মুশিনা তাইবং মীগী শক্তম ওইনা হেক উরেদো ! থুনা য়াঙনা ফমুংদগী কুমথরক্লগা ম'সমক্তবু অরেপ্পা খঙলগে হায়দুনা তুং-লোমদা তুমিন্না চঙলক্লেদো। মপুরোইবা হৃঙোইনা চাক চারিঙৈদা হৃঙোই-গী মী মশেল মরাং ওইবদুগী মনা অনীদু লৈমনা তাপ পায়রগা "হায়বিয়ু ! খোইমুম লাইরা কনানো ? তাইবং ইশাইকোন্দা তাইবং চিঞ্জাক চাবি-রিবা ?" অসুম হংলবোইএ। অসুম্না হংলকপদা লৈমনা শোকপদগী কুমগী লাইদি তাইবং মীশক ওইনা থোকপা য়ারমদবদু তাইবং ওইনা অদুম লৈরেদো। মতিক লৈবী য়াখল লেপ্পা মপুং মরয় ফারবী লৈমনা শোকপদগী হঞ্জিনবা য়াদদুনা নিঙথিরবা পাখং অমা ওইনা লৈরবদা লৈম-নসু মপুরোইবগী মনা পায়জবদু থাদোক্লে। অসুম্না তাইবং শক্তম ওইরবা হৃঙোই মমাসু সুংঙাইজবনা লুতোন কাখরে। মমৌ ইবেম্মদা নিঙথিরবা ফিগে পিদুনা চাবা থকপা শোইরে অহিং লেনখ্রে। অসুম্না হৌথিনা

করিনো ? ফোঙলো ! ফোঙলো ! হায়রেদো ।
নিপাহনা নূপীহদা অহুদি য়াম্না লায়বা পাখোঙনি, কোঙবিগেনে অহুবুদি — অসুম হায়রহনা "মহুদি কপ্তেংদা লশিং তকপনিদনা" অসুম্না পাখোং চন্নহনা অহিং অহু তুম্নদনা মতম লেন্দুনা নৈরিবঙদা য়েন্নখা পাউ-দাবী শাইগং পোল্লবী কৌবীনা য়েন্নখাদা লাক্কুনা অচা-অথক খিরকপদা মতৈ-মনাও অনিগী য়ারী অহু তাগ্রবোইরে। মহাক্না অসুম্না য়েনখাদা থুপ্তুনা পাউ তারিবঙদা মতৈ-মনাউ মখোয় অনীসু চন্নবা য়াবা পাখোং কয়া চন্নবদা নিপাহনা তত্তনা হেক হেক ফোঙলে অহুদা নমৈদদি তোক্লসি হৌজিক তুম্বা মতম ওইরে। অহুগা হয়েংদি নও শরেংহু শোয়দনা লৈবা তারেকো হায়বোইরে। নূপীহনস্থ অহুনঙাইদনা হায়গ্রবনিনা লৈরুবা তারে — তুম্নসি তুম্নসি হায়ংনা ফমূং চঙহনা তুম্নখ্রেদো।

নোং ঙাল্লে নূপী অহুনা ইমুং মনুংগী কোল-লিক রাইরম শেংবা লোইরহনা নুমিদাং হায়নখিবগী মকুং ইন্না মফি মরোল শেত্তুনা তনানং তনান্না কৈথেন্দা শরং লৈবা কাখ্রেদো। নূপীহনা কৈথেল কাখ্রিবঙদা য়েনখা পাউদাবীনা ইমুংগী নূপী অহুগী শক্তম শারহনা শরেং অমা পুরগা হোবে-হোবে হেক চঙঙক্লে। নূপীসিনা থুনা লাকমনখিবা অহুদা নিপাহনা নওদি থুনা লাক্লেদা শরেংদি লৈরক্লবরা হংবোইএ।

লাইনূপীহনা এঃ ওসিদি মতা চাক্লরে। ঙায়োনবী নূপী অহু লম্বীদা কোক হেক থেংনরে। ফজরবা শরেং অমসু য়াওরম্লবা অহুদা মানা লোগে হায়বা মমল পীরম্নগা পুরক্লে। ফনতুম ওইজৈ লাইনা তম্নবনি থল্লহনা লৈরক্লে হায়না থুম্নবোইরে। নিপাহনা ফরে অহুদি মহ নিঙথিনা শেমহনা হাঙনা নপ-নপ লাঙনা থোংলুরো হায়রবদা লাইনূপীহনা প্রপ-প্রপ ঈক্ল মাইথজরহনা চাকথুম্নদা চাক থোংবা চঙখ্রে। ঙা অহু নিপাহনা তনশেম শেম্নগা নিঙথিনা মরৈ মুম্না থোংলেদো। অসুম্না মাখোয় অনীনা চাকথুম্নদা লৈরিবঙ মতমদা অশেংবা হান্নগী নূপী অহুনা শরেং অমা লৈরক্লগা কৈথেন্দগী

কুম্লক্তুনা ইমূংদা হোবে হোবে চঙলকপদা চাকথুমদা নূপী অমনা চাক থোংতুনা লৈবতু উবদ ইঙক ঙক্লেবাইরে। অসূয়া ঙকচা ননা চঙলক্তুনা মাগী নিপা অদুদা নিপা! চাকথুমদা চাক থোংলিবী নূপী অসিদি কনা-নো? অসূমন হংলকপা মথোল তাবদা হন্না য়েংলকপদা মাগী নূপীসু চাক-থুমদা চাক থোংলি মাগী নুপী অদুগুম্বা অমসু রা হংলরি অদুগা শরেংসু অমা পুরক্লি, করি মতৌনো নূপী অনীমক্তা কোয়য়েং য়েংলবদা মহাক ঙক-পনা থেংখ্রবাইরে। অসূয়া নিপা অসিনা ঙকচানরিবৈদা লাইনূপীতুন হৌগংলক্লগা হায়বোইরে।

হাই! ঈকাইখঙদবী! কদায়দগীনো নঙবো? মীগী মরা মুনবী নঙবো! মতু লৈবা নিপা অমদা করিগীনো নঙনা বেঙ-বেঙ তৌরতুনা রারী শাররিববো? অংগা শরেং অংনা করিগী পূরক্লিবা? শরেং পীজতুনা থেমগে, ইরা মুনগে লাকপিরিবরা? কিজরেদকো ঐদে হায়বোইরে। লাইনূপীংগী রাসি তাবদা নূপী অশেংবী অসিনা মথম্মোই শোক্না হায়:—

হাই তৌওম্বি! নঙতুম কনানো? ইশম লৈশারিবৈদগী পানমিন্নরক্লবা ইপুরোইবনে। ইমূংদা চাকথুম হেক্তা চঙতুনা চাক থোংলম্লিবা অসিবু ঐবু ঙকপনা থেংলেনে। ঐবু পিশক পিক্লিবৈদগী নিপা অসিগা নুংশি নুংওন্না লৈমিংরকপনি। নিপাদা ওনশিন্দুনা নত্রনে নিপা? লাই সাক্ষি য়েংতুনা খুম্মকউ নঙসু! অসূম হায়রবদা নিপা অদু তৌফম খঙদ্রতুনা হান্নগী নূপীদা অমুক য়েং লাইনূপীনা ওনবা নূপীতুদা অমুক-য়েং মাল্লমনখিবনা অচুম্বা খনবা ঙমদতুনা রা ঙাঙথোকপা ঙমদরেদো। নিপা অদু তিঙক-তিঙক হেক য়েংতুনা মমিৎ মনা য়ুংতুনা লৈরবোইরে। মতম অতুদা নূপী অনী অতু চোংশিন্নতুনা মশম মশম পায়নরগা চিংনতুনা ফুনবদগী ঈহং নাইহং তানা থংনরে নিপানসু খাম্বা ঙলদ্রবোইরে। অসূয়া ইমুং অতুদা থংন-চৈন তৌনবসিদা লৈকাইসু তানরক্লে। ময়াম চঙতুনা করিনো, করি তৌনরবনো হায়তুনা মহৈ মহৈ চঙশিন্নরক্লেদো। লৈকাইগী মী চঙতুনা নূপী অনী থংন-রিবতু খামদোকপিরে। করি রাহৌদগীনো হংনরকপদা নূপী অনীতুগী মরক্তা

করম্বনা অহানবা নূপীনো হায়বগী রায়েল তৌবা ওল্লক্করে। মমৈথংগদি কান্নদ্রে মাসি নুপী মতৈ-মনাও খংনবগী ম্লাস্থু নত্তে নূপী মশেল মপুরোইবা মুন্নবগী রানি ঐখোয়না লোইশিনবা ওল্লরোই। নিংথৌদা হঙ্গৎলগা অঙম অথৌনা রায়েল অসি তৌরসনু হায়না লেপ্পরদুনা নিংথৌগী মনাক তানা পুখংখরে। খোকলিবা রাথোক অদুগী মরমদা নিংথৌদা চিথদনা হঙ্গৎ-লেদো। নিংথৌনা লৈকাইগী রাকৎ অদু মুন্না তারগা ওহাক রাখল তৌরগা হায়বোইরে।

ফরে, হৌজিক লাইগী রায়েলগী অচুম্বা য়েংলগনি অশেংবা নূপী অহল অদু করম্বনো লায়না খঙলগনি। কনা লৈ? উতোং মতাং য়াওদবা অমা পুরকউ! হায়বোইরে। নিংথৌগী য়াথং তাবদা নিংথৌ মনাইশিংনা থুনা য়াওনা রাগী উতোং মনিঙ মমাঙ ককপা অমা পুররগা সনা মাওদা লাতোন অমগী মথক্তা থম্লেদো।

নিংথৌনা হায়:—উতোং অদুগী মনাক্তা নিপা অনী লেপউ! অদুগা নূপী অনীদুদা হায়বোইএ। হাই নূপী! নখোয় অনীমক তাউ! নখোয় অনীগী মরক্তা করম্বনা অহানবা অচুম্বা ওইবনো খঙনবা উতোং অসিগী মথুন্দা চঙদুনা লীৎলু। মহ ওম্বা নূপীদুনা অচুম্বা নূপীনি হায়রেদো।

নিংথৌগী রা তাবদা হান্নগী নূপী অশেংবদুদি মপুক্লিং অদু য়ান্না রাজ-বোইরে মরনদি থুখ্রবা রাগী উতোং অসিদবু করম্না লীৎকনি। ওল্লোইদোবা থবক মওংনিনা হন্দক্কী খোঙফম অসিদা ইপুরোইবগা ঐগা কায়নরা হায়না নোংদম্বনা তমথ্রমাল্লেকো হায়না খন্দুনা মমিত্তা মপি তানা মথরাই শোক্লা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈবোইরে।

অমরোমদনা লাইনা ওনবা নূপীদুদি ঐদি ইতিক-ইয়াই লৈবনিনা উতোং অসি লীৎলগনি অদুনা নিপা অসি ঐগী নিপানি হায়না লৈমিন্নবা য়ারগনি খনবদগী মথরাই হুংঙাইজরদুনা মায়থোং মকা লাম্না লৈবোইরে।

মতম অসিদা নিংথৌনা হায়রো! নখোয় অনীগী মরক্তা করম্বনা হান্না লীৎকনি চঙঙকলো হায়রেদো। মতম অসিদা কুম্মৈ য়েংলিবা রায়েল

তাগনি লাক্লবা মীয়ামা নিংথৌগী লৌশিং অসিবু মতুং করি তারক্কব। হায়তুনা মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েংনরি। মতম অসিদা লাইনা শাইওন তৌবী নুপীতুনা "ইনিংথৌ ! ননাই ঐ হান্না লীৎচরগে" হায়তুনা ফেঙ-ফেঙ হেক চঙলক্লে। নিংথৌনা ফরে লীংলো ঙম্লবদি নিপা অনি নঙগী অশেংবনি হায়তুনা মোমোন নোক্লা হায়রকপোইরে।

নিংথৌগী য়ারা অতু তাবদা নুপী অতুনা মাগী লাইগী মাতিক অহু শীজিন্নতুনা মশা পিকশিনখ্রে অতুগা উতোং অতুগী মনুংদা চঙখ্রেদো। অস্মন্না নুপীতুনা উতোং মনুংদা চঙতুনা লীৎথোক্তিঙৈগী মতমদা নিংথৌনা হায়বোইএ। "হাই নিপা অনি ! উতোং মচিল অমমমদা নথোয় অমমন্না মচিল অতু কন্না মেল্লে।" অস্মন্না সনা য়াথং হায়বক্লবদা নিপা অনিতুনা উতোংগী মচিল অনিতু কন্না মেনশিল্লে। নিংথৌনা "মহাক কন্না লাউ-রক্কনি অতু ওইরবস্থ থাদোকপা য়াদেকে.' হায়বোইরে। হায়গুল্লতুনা উতোং মনুংদগী নুপীতুনা অকনবা খেঞ্জেন্না কন্না লাউরক্লে, উতোং অতু ফুক-ফুক ফুক্কংলক্লবদা মী ২/৩ সু চঙঙু হায়না নিংথৌনা য়াথং পীরবদা মী ২ অমুক চঙলক্তুনা উতোং অতু কন্না ফারেদো।

নিংথৌনা হায় ঃ— "হৌজিক্তি উতোং অতু মৈ থানবা থুনমক শীং শেমউ !" নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মনাইশিং ময়াম চঙতুনা শীং প্রপ প্রপ শেম্লে মৈ থাগৎপা হৌরে। মতম অতুদা উতোং মনুংদা লৈবী নুপীতুনা হায়রকই। "হে ইনিংথৌ ! লৈবাক মপু ! ঐনা লঙজখিবা পূম্মনক ঙাকপিয়ু নঙদি থৌজাল হৈবা নিংথৌনি; ঙাকপি কনবিবা ঙম্বা ইনিংথৌনি ! ঐনা নিপা অসিবু পাম্মনখিতুনা তৌখিবনি ঐবু ঙাকপিয়ু ঐহাক তশেংনা লাল্লবীনি।" হায়রকলেদো।

ৱাতু তাবদা নিংথৌনা ঃ ফরে, নহাক কনানো ! তাইবং মীরা ! খোইয়ম লাইরা অশেংবা তাকউ" হায়বোইরে। নুপীতুনা মনুংদগী "ননাই ঐ তশেংবা য়েন্নখা পাউদাবী হায়বী অতুনি শাইগং পোল্লিবীস্থ কৌই।" অস্মুম তাক্লক্লে। নিংথৌনা অমুক অতুদি নঙনা করি করম তৌতুনা মঙং

অসি থোকখ্রিবনো ? মতুং তৌররোই হায়না শরী শোল্লকউ নত্রবদি নহাক মৈদা শোয়দনা হুঞ্জিল্লগনি' হায়বোইরে। ইনিংথৌ! ঐদি ভাইবং মীগী য়েন্নখাদা শাইজিন শায়াদা নপুনা তাংহুনা লৈজবানি, অয়ুক হুংথিন্দনা নোংথক্তা কোয়পাই পাইহুনা লৈ। নোংমা মুমিদাং অনদা নিপাসিগা নূপীসিগা পাখোং চন্নরম্মী। ফোঙবা ঙমদবনা শরেং লৈনসি হায়নবনা পোম্থা ওই। মমৈদা নিপাসিনা চনবা পাখোঙদা নূপীসিনা ফোঙবা ঙমদ্রে অহুনা নোংঙাল্লগা শরেং ব্লাকোংবা তারহুনা মহাক শরেং লৈবা চংখি। মতম অহুদা ঐনা মাগী শক্তম লৌহুনা শরেং অমা পুশিল্লগা চাক থোংলুই। ঙাহাক লৈরগা নূপীহুমক লাক্লুনা ঐগী নিপানি করিগীনো কদায়দগীনো হায়হুনা হায়রবদগী ননাইস্থ অঙম তাননবা হোংলক্লরে। পূন্নমক অসি ঐগী অপাম্বনা থুম্মাংখিবদগী থোকখিবনি ননাইবু ঙাকপিয়্। ঙসি কেরৌ নুমিৎ অসিদগী অসিগুম্বা থবক মওং অসি অমুক হন্না তৌজররোই শেম্খিবা মপুনা ঐবু য়েংসনু ! অস্থুন্না শরী শোনবগা লোয়ননা মহাক্ক অশেংবা ব্লা পূন্নমক হায়দোক্লক্লেদো।

নিংথৌনা নূপীহুগী শরী শোনবগা লোয়ননা তশেংবা ব্লা হঙ্গচ্চবদা "ফরে থাদোকপিখ্রো" হায়হুনা থাদোকপিরে। মীয়াম পূন্নমক্লস্থ ইনিংথৌসিদি লাইগী ব্লায়েল চপচানা তৌবা ঙম্মী। নিংথৌ হায়বসিদি লাইনি অস্থুম শোন্নরেদো। অহুগা নূপীহুনা মমায় ফিক্লক থুন্নহুনা শউম চাউনা ঙংলম্নগা চেনখ্রেদো।

অস্থুম্না ব্লাখল লৈবা নিংথৌনা অচুম্বা ব্লায়েল তৌহনা নিপাহুগা নূপীহুগা অমুক তশেংবা মহৌশাদগী লৈমিন্নরক্লবা অহুনি হায়বা লৈবাক মীয়ামদা খঙহল্লগা হন্নাও হন্নাও ময়ুমদা চংহনমিন্নখরে। নূপীহুগা নিপাহুগনা ময়ুম য়ৌরগা শরে থোংবা অহু চামিহ্নবহুনা মতুং মনাও হুমিদাংদা ব্লারী অচেংপা শারগনুসি হায়হুনা হুংঙাইনা পানমিন্নখিদো।

---

# ২৯। লায়রবনা নোংথোনব ওইরকখিবা

থায়না মমাঙউদা লৈবাক অমদা য়াম্না লায়রবা নিপা অমা লৈর-ম্বোইরে। নিপা অসি শূ-নোম্ব.দ য়াম্না কাল্লি, অহুবু মানা শূরু-নোম্মুবদগী হংজরকপা। অহুনা মতু মচা.শিংবু মপূক থন্না পিজ পিথক তৌবদা মপুক থলহনবা ওমদবো।ইরে। মরম অহুনা মানা থোক্লকপা অহুতনা হৈন-শিংনা শাঙ্গ-লাঙজহুনা হোংনরবস্ু কোন্নবা ওমদবনা মহাক নোংম নোংমগী অস্থম অস্থম পূপ্পরকপনা হেল্লেদো। অস্থুম্না য়াম্না রানা মতু-মচাশিং থান্নকপদা ম.াক্তি নোংমওস্ু মমান্নবা মীরক তিঞ্জবা ওমদবোইরে। অস্থুম্না লৈরকপনা মানদি মমান্নবা মরক্তা নোংমতা তিন্দ্রবনিনা অতৈনস্ত মাবু মী ওইনা শিঙথানবিদহুনা ভিন্ননিঙদ্রে। অদুগা মানা াকপা অফবস্ু মানা মাত্তু শুকালো লোদবোইরে।

নোংমদি নিপা অসিনা পৌকম খওলকহুনা লম্বাং অমদা চৎলগা মতে ম্ভা ফংহুনা রাখল তৌবোইরে। এ অসে ও.ম্বক্রা লাইবক থীথ্রবা হায়বতু ওইরে। কংম্বা নোংদম্বনা এবু অম্বুক খীনা রানা লেল্লু তম্বিম্ব-হনো? অসিগুম্বা পুন্সি অসিদা কংমুস্ত ওইহল্লকপনোকো হায়হুনা মরাই-বক্তা খুহুম্না পঙশুদ শুরে মনৈদদি মকম খওলক্তুহুনা এ অসে লাইবং অসদা ছিংনাহুনা কান্ন.দ্র শিথিবনা হেন্না ফবগনি হায়না চপ য়ুংনা খত্রহুনা লৈবোইএ। মনৈদা ম না অমুক্কা হস্থনা খন্ডরে, এগী পুন্সি অসিবু অস্থুম্না অস্থুম রানা পুন্সি লোমগদববা হায়বসি অখও অহৈ পাঞ্জিশিংদা অমুক্কংদা মুন্না য়েংলুখিসিরা হায়না খল্লেদো। অস্থুম্না মপুক অদু মওল-মওল খরা থল্লবা-তুংদা ফরে রারবস্ু রানা অমুক্কং এগী লাইবক অসিবু তুংদা কবি ওইরকখিগদগে খওলুখিবা তারি মখোয়গা রা তাবনা চুম্মী খত্রহুনা ময়ুমদা প্রেপ-প্রেপ হেক হল্লক্লেবোইরে।

মহাক্না মহাক্কী মপোক ইবা কুঠি চেহু পুরগা লৈবাক্কী মমিং চৎপা

নিংথৌগী পাঞ্জি অমদা ওজা ! ঐগী কুঠি অসি খরা কুপ্পা মুন্না অমুক্তং য়েং-বিয়ু। ঐ রামল্লহুনা ওজাগী মফমদা পুন্সিসি করম্না লেনগদগে খঙজনিঙহুনা লাক্লবনি হায়হুনা থুরুম্নম্মী। পাঞ্জি অহুনা লায়রবা নিপা অহুগী মতৌ অহু য়েংবদা নুংশিরহুনা মুন্না কুপ্পা য়েংবিরে। অহুগা পাঞ্জি অহুনা নোককফেং তৌরগা "তাদা ! তাদগী লাইবক অসিদি ওম্মোক্লা ভকখ্রে, নহানমথে রাক্লরবস্থ হৌজিক্তি হায়নিংঙাই লৈতনা ফগদোরে। য়েংউ ! হয়েংগী নুমিং-য়ুংবা মতম অহুমক্তদা লৈবাক অসিদা পাল্লিবা নিংথৌগা চপ-হেক মান্নবা নিংথৌগুন্না পাল্লনি।" হায়বোইরে।

পাঞ্জিহুগী রাহু তারগা লায়রবহুনা শাউবনা মৈ হৌরহুনা ফুক হৌগং-লগা মফি রুং হেক কল্লহুনা "হাই পাঞ্জিমচা ! নঙনা ঐবু করেম কথাই-নরিববু করিগীনো ? ঐবু মী ওইনা উদ্রবরা ? হৌগংলকউ ! পুংখায়সিমগী মঙুংদা ঙা অশেম্বগুম নশাহু পং-পং ফোয়দংকে মহু ঙম্বা মীনি।" হায়-বোইএ।

পাঞ্জি অহুনা লায়রবা অহুগী মতৌ অহু য়েংলগা ইতপ তপ্পা এঃ এঃ এঃ তাদা ! শাউগনু ! অমুক্তং তপথখো। ঐনা তাদবু পঙহায় হায়জিনবা নত্তে। মাসি লাইরিক্লা হায়বগী মতুং ইন্না হায়বনি। অচুম্বা অহুমক হায়বনি ঐনবু তাদদা করেম্নরগা করি কান্নগদগে। করেম্নবা নত্তে, নঙনদি য়ৈনসি হায়রি, ঐদি য়ৈনবা পামহুনা হায়বস্থ নত্তে। মীগী অরা অনা; অফ-ফত্তগী মতম অহু কয়া কুইনা লৈখিগনি, লোইখ্রবরা লোইদ্রিবরা অহু য়েংহুনা হায়বতনিনা। লেঙবিরো ! লেঙবিরো ! অহুবু ঐগী রা অসি অচুম্বনি চুমদবনি হায়বহু খঙনগদবা অসি হয়েংনি অহুনা হয়েং অমুক্তং চাং য়েংবিরুখো হায়বোইরে।

পাঞ্জিগী রা তাবদা লায়রবা নিপা অসিনা শাউবদি খরা হুম্বরগা ফরে ঐ চংলগে; হয়েং নুমিং য়ুংবা ফাওদি ময়েংলগে অহুগা শোয়রবদি পাঞ্জি-মচা নহাক নথরাইদি মাঙবা তারবনি। ঐ হৌজিক শাউবা ফক্রিবনি ঐ হৌজিক শিবা কিদনা লাক্লিবনি হায়রগা তকশী শোন্দুনা চংখ্রে.দা।

নিংথৌগী পাঞ্জি অমদা ওঝা ঐগী কুঠি অসি খরা চুমা মুল্লা অমুক্তা য়েংবিয়ু। ঐ য়ামল্লদুনা ওজাগী মক্তমদা পুন্সি কয়ম্না লেনগদগে খঙজনিঙ-দুনা লাক্লবনি হায়দুনা খুরুমজী। পাঞ্জি অদুনা লায়রবা নিপা অদুগী মতৌ অদু য়েংবদা মুংশিরদুনা মুল্লা কুপ্পা য়েংবিরে। অদুগা পাঞ্জি অদুনা নোকযেং তৌরগা 'ভাদা! তাদগী লাইবক অসিদি ওস্থোক্লা ওকখ্রে, নহালমথৈ য়াক-হবস্থ হৌজিক্তি হায়নিংঙাই লৈজনা ফগদোরে। য়েংউ! হয়েংগী মুমিৎ থুংবা মতম অদুমক্তদা লৈবাক অসিদা পাল্লিবা নিংথৌগা চপ হেক মান্নবা নিংথৌ-গুম্না পান্নি।" হায়বোইরে।

পাঞ্জিদুগী য়াদু তারগা লায়রবদুনা শাউবনা মৈ হৌরদুনা ফুক হৌগৎ-লগা মক্তি ফংহেক কল্লদুনা "হায় পাঞ্জিমচা নঙনা ঐবু করেম কথাইনরিববু ক্তরিগীনো? ঐবু মী ওইনা উত্রবরা। হৌগৎলকউ! পুংথাল্লসিমগী মল্লুংদা ঙা অশেম্বগুম নশাদু পং-পং ফোয়দংকে মদু ওম্বা মীনি।" হায়-বোইএ।

পাঞ্জি অদুনা লায়রবা অদুগী মতৌ অদু য়েংলগা ইতপ ভগ্গা এঃ এঃ এঃ তাদা! শাউগদু! অমুক্তং তুপথখো ঐনা তাদবু পঙহায় হায়জিনবা নত্তে। অসি লাইরিক্তা হায়বগী মতুং ইন্না হায়বনি। অচুম্বা অদুমক হায়-বনি ঐনবু তাদদা করেম্নরগা করি কান্নগদগে। করেম্নবা নত্তে নঙনদি য়ৈনন্সি হায়রি ঐদি য়ৈনবা পামদুনা হায়বম্ব নত্তে। মীগী অরা-অনা, অফ-ফত্তুগী মতম অদু কয়া কূইনা লৈথিগনি, লোইথ্রবরা লোইদ্রিবরা অদু য়েংদুনা হায়দঙনিনা। লেঙবিরো! লেঙ্বিরো! অদুবু ঐগী য়া অসি অচুম্বনি চুমদবনি হায়বদু খঙগদবা অসি হয়েংনি অদুনা হয়েং অদু অমুক্তং চাং য়েংবিক্লথো হায়বোইরে।

পাঞ্জিগী য়া তাবদা লায়রবা নিপা অসিনা শাউবদি খরা হম্বরগা ফরে এ চৎলগে, হয়েং মুমিৎ থুংবা ফাওবদি ময়েংলগে। অদুগা শোয়রবদি পাঞ্জিমচা নহাক নথরায়দি মঙবা তারবনি। ঐ হৌজিক শাউবা ফজ্রিবনি এ হৌজিক শিবা কিদনা লাক্লিবনি হায়রয়গা তকশী শোন্দুনা চৎখ্রেদে।

লায়রবা নিপা অসিনাময়ুমদা হল্লকপা মতমদা মথৱায় মুংঙাইতনা ইশুক শুকথনা লাক্রে। মহাক্কী মভো উবদা মতু মচাশিংনা করি তৌরবগে হংবদা থুমসু থুমদ্রে ঙাঙসু ঙাঙদ্রে। নিপাসিনা ইমুংগী লাইনিংথৌ লৈবা মায়কৈদা চঙশিল্লগা খুরুম্মরে অহুগা অমুক থোক্লকুনা ফক মচা অমদা ফম্লগা লাইনিংথৌ পাখংববু কন্না নিঙজতুনা মথম্মোয়দা চেংনা কোল্লগা লৈরেদো। লাইনিংথৌ পাখংবদা মহাক্না—"হে লাইনিংথৌ পাখংবা ইবুধৌ! নহাক্তি নিংথৌনি। হয়েংদি ননায় ঐদি মী হাৎকনি হায়না রাশক্লম্মে, মী হাত্রিঙৈগী মমাঙদা ননায় ঐবু লৌশিনবিরোগবা।" অসুম্না মমিত্তা মপি তারতুনা পুক্লিং হকচাং য়াওনা খুরুমতুনা অহিং অহু লেপ্লে। লায়রবা নিপা অসি অহিং অতুদা শিরমদ্রেদো, নোং ঙাল্লগদি মহাকপু লাইনসু লৌশিমবিয়মদ্রবা অতুদা মহাক্না রাখল তৌথিবোইরে। লাইনিংথৌ পাখংবদি নিংথৌনি হায় অতুনদি ঐথোয়গী লৈবাক্কী নিংথৌ অসি পাখংবনিদনা অতুনদি নিংথৌগী মনাক্তা চংলগে শিন্নবসু শিত্রবসু ঐবু লৌশিনবিরো হায়রুগে লাইথক য়েংশ লুরগে অসুম থল্লতুনা মহাক কোম্নুং তাম্না প্রপ-প্রপ হেক চংখ্রেদো। কোম্নুং মন্নুং চঙলকপদা নিংথৌদি অঙম অথৌ মখ্রিশিংগা লোয়ননা লৈবাক অরুবা রাকম অমা খন্নরঘোইরে। অসুম্না রা খন্নরিডৈদা লায়রবা অসিনা তুমিন্না চঙলকুনা মচি অমদা রা অমত্তা ঙাঙদনা ফমতুনা খক্সরিবা রাশিং অহু তাহুনা লৈবোইএ।

অঙম অথৌশিংগা নিংথৌগা পুন্না খন্নরিবা রাকম অহু লাইখাই তাবা ঙমদতুনা অসুম খন্ অসুম খন্ তৌৱসিদা মুমিং য়ুংশিল্লক্লে। মতম অসিদা লায়রবসিসু করম্লো মুমিত্তি য়ুংশিল্লক্লে, ঐদি পাক্সিহু হাৎকনি হায়না রাশক- লম্লবনি অতুনদি অমুক হন্না চংলগা হাৎলুবা তারবরা খনবদা খনফম খঙ- লক্তম্লে ফমই মুংঙাইতে খল্লি লাম্বা ফংদে। মমৈথংদদি মহাক্না অসুম খল্লকই। করিসু লৈতবা পাক্সি অহু হাৎলুবদা মিংচং অথিবা ফংগদবগী শক্লকপুদি ঐসু শিংক্রসতু অতুনা মরক ময়াদ্দি তৌরম্মোই নিংথৌ অসিমক হাৎপা ভম্লে ফরে ঙমদ্রে ঐবু মতিক চাবা রায়েল তৌতুনা হাৎক্রসন্থ

থন্নকলেদো। অদুনা লায়রবা নিপা অসিনা মাগী ফমফমদগী ইথঙ খঙহৌদনা হুক হেক হৌগৎলদুনা চেনশিল্লক্লে। অঙহ্না ময়ামগী ময় য়দা অয়াংবা ভাংবল মথক্তা ফল্লিবা নিংথৌগী মচুবাদা মানা ওমজবা পাজল থাদুনা খুদুম্মা গুরমবোইরে। মতম অদুদা নিংথৌসু ইস হায়দুনা মকোক ঙাওদুনা লৈরে, মকোক্তগী কোকল্লেং অদুনা লৈবাক্তা তাদুনা লৈরেদো। মতম অসিদা নিংথৌ মনাইশিংনা এঃ করিনো? ফারো-ফায়ো নিপাসে হায়দুনা লাং য়বদুবু ফারগা মখোঙ মথুৎ পুন্দুনা কৈগুমশঙদা থমল্লেদো। ময়াম্মা করিগীনো নিপা! নঙনা নিংথৌদা চেনশিন্দুনা খুদুম্মা থারক্লিবসিবু নঙবু ঙাওরবরা নথরায় মাঙবা তারেদো হায়বনচিংবা হায়রবফাওবদা লায়রবদুদি লৌশিং অমত্তা য়াওদনা পঙথদুনা ইওক ওক্না য়েংদুনা লৈরবোইরে।

মতম অসিদা নিংথৌগী কোকথোল লৈবাক্তা তারিবা অদুদা মবুথৌ পাথংবনা মনায় লায়রবা অদুবু থৌজানবিরগে হায়দুনা কোকথোল মরক্তগী মকোক থজিক্তং থিনকাৎলগা লৈবদু ময়ামদা উহল্লবোইরে। মদু উবদা মী পুম্নমক্না এঃ এঃ লিল অমা ইনিংথৌগী কোকতোন্দা লৈরল্লে অদুম হায়নরকপা তাবদা নিংথৌনা হায়বোইএ। ইনাইশা! ঙাইথো কৈগুমশঙদা থগ্লিবা নিপা অদু মফম অসিদা পুরকথো। মাবু অরা অনা চৈয়াক পীরুথিগনু। ঐ মাগী য়া অমত্তং হংখিগে হায়রবদা মনাইশিংনা থুনা য়ঙনা চৎখিদুনা নিপা অদু সনা মাঙদা পুরক্লে।

নিপা অদু উবদা নিংথৌনা হায়খি—নিপা! নঙনা ওসি ঐবু হুবম্না করিগীনো? নতিক করি লৈবদগী তৌরিবনো হংবোইরে। নিপা অদুনা খুমফম ঙাওকম থঙদদুনা তিওক মায়ওক্লনা কিনা লৈবদু উবদা নিংথৌনা অমুক হন্না হায়বোইএ—হায়য়নে নিপা! নঙ কিবদগী নপুক থুকত্তনা তৌরিবরা? পাথংকদু। ঈংথৌ। ঐগী কোয়েত্তগী লিল অমা থোক্লকপা অদু উবদা পাথংগ্রিবরা? শেংনা হায়মু নথরায় কনবিগে হায়বোইরে।

লায়রবা নিপা অসিনা ফনা শিনিংলয়বদু শিরমদাই য়ৌরক্লবা অদুদদি শিনিংলক্তুবোইরে—অদুনা নিংথৌদা হায়খি "ইনিংথৌ! তায়রবঙ লৈনাক

মপু। ননাই ঐনা ইনিংথৌগী সনা কোকথোন্দা লৈবা লিন্দু উবদা কোক-থোল অহু থোমদংকে তৌরুবনি. পাখংখিবদগী সনা মায়থোঙ চুবান্দা খনথ্রমাক্লে ননাইবু ঙাকপিয়ু।" অম্তুম হায়রবতুনা থুরুমজরে। মতম অসিদা মবুথৌ পাখংবদি স্বাই হেক মাঙব্রেদো।

লায়রবগী ব্রাহু তারগা নিংথৌনা ওহাক রাখল তৌরগা হায়রকপোইরে "ইনাইশা! নখোয় অম্তুক য়াম্না লৈবদি লিনসিবু কনা অমত্তুনা উহৌদে। থুম্লক্কী নিপা অসিনা উহৌতুনা শিরমগদৌরবা ঐগী থবায় কলহৌরে। মহাক নংলমত্রবদি ঐ ওসি শোয়দনা শিরম্লগদবনি। মতিক ময়াইস্নু লৈতবা নিপা অসিনবু ঐঙোন্দা লওজরগা মথবায় মাঙ্গনি হায়বহু খত্তফম থোকই অতুবু মহাক্না হন্দক তৌরম্লিবা অসিদি মাঙ্গী মরাল লৈতে ঐগী থবায়তুম কনবা হায়বহু থোক্লে, অতুনা ওসিদগী হৌনা মহাকপু মফম চাউনা হাপ্তবা য়াদে। মনা মথুম পজেং ফিরাল পিয়ু খামেন চংপা শেংহললো খুজি-ত্তাল য়েথাঙ ওইথাঙ হাপহল্লু। শগোল শামু পীখো। চান-থক্ক চেঙ ফৌ সনা লুপা য়াওনা পিগদবনি হায়না য়াথং পীখরেদো।

নিংথৌগী য়াথং তাবদা মনাইশিংনা লায়রবগী মথুং পুনবা অহু থাদোক্লে, খামেন চংপা ফি শেংহল্লে সনা লুপা পজেং ফিরাল ফৌ-চেঙ শগোল শামুনচিংবা পিহুনা পুং পেরে পেনা য়াওনা লোইয়িন থময়িম্না তুংইন্দুনা চোঙ ছেকপিল খাল্লগা ময়ুম ক্কাওবা থিল্লক্লে। লন্বীদা মহাকপু মীয়াম্না কুম্মৈ ওইনা য়েংনরেদো। ময়ুম য়োরগা মতু মচাশিংনা নিঙথিনা ওক্রুহুনা লৈরে। ময়ুম মকৈ ফত্তবা পুম্বা নিঙথিনা শেম্লহুনা অনীগু। নিংথৌগম নোংথোনবা ওইহুনা মুংঙাইনা পাল্লবোইরে।

মতৌ অম্তুম্না লায়রবা নিপা অসিনা মফম ইখঙ খঙহৌদনা অনীগুবা নিংথৌগুম মুংঙাই য়াইফনা পানবসিদা মহৌশা মাগা য়াম্না লুন-তিন্নবা মরুপ অমগী মুপীহুনা পাউহু তারহুনা মপুরোইবসিদা হায়রবোইরে। তারিবরা নিপা। নওগী মরুপ লায়রবহুনা অনীগুবা নিংথৌগম মফম ইখঙ খঙহৌদনা মুংঙাইখিবা অসি নহাক্কীদি লুনা তিন্নরম্বনি করম্না মুংঙাইরকপনো হায়বহু

হংলুচোবা। ঐখোয়স্থু মীওোন্দগী চাকনি-ফিনিহুনা পুন্সি লেনবসি মুংঙাই-ত্রেদা হায়বোইরে। নিপাহুনা মাগী মুপীনা হায়বদি চুম্মী ঐ অমুক্তুং হংলুফম খোকই, ইতাউনস্থু শোয়দনা তাক্লকনি থম্লহুনা মুমিদাং অহুমক্তদা তনচং চংখ্রেদো। নিপা অসিনা মতাউ নোংথোনবগী ময়ুম য়োৌরবদা মনাক 'তনা' প্রেপ 'প্রেপ' চঙশিল্লে। মহৌশা লুনা তিন্নরবা মরম্না হঙোইদহুনা হায়বোইরে। ইতাউ! নহাক্তি হৌজিক অনীশুবা নিংথৌগুম মুংঙাই য়াইফনা পাল্লে। ওস্লোক্লা ফথরে। ইতাওনা ক্ণংলকপা অসিদা ঐস্থু য়াম্না মুংঙাইরে। অহুবু ঐনা ইতাউগীদা লাকপদি ইতাউনা মুংঙাইখ্রিবা অসিবু করম তৌবদগী থংনুং মুংঙাইখিবনো? ঐঙোন্দস্থু খরা মতাকপীয়ু। ঐস্থু লাইবক অমুক্তং য়েংলুগে হায়বোইরে।

হ্না অসি তাবদা নোংথোনবহুনা ইতাউ ইবুংঙো ওস্লোকপা হায়বহুনি ঐগী মতৌসে। নহাক মীঙোন্দদি হায়দোকউন্ন। নঙোন্দদি মহায়রগে হায়হুনা মহাক্লা থোকখিবা থোদোক অহু মথংশিংনা হ্নারী লীরে। নোং-থোনবগী হ্নারী অহু হেক তাবগা মতাউ লায়রবা অহুস্থু ঐস্থু মুংঙাইবা য়ারেদনা খঞ্জহুনা মপুক্লিং খজিক্তং মুংঙাইরহুনা নোংথোনবদা ফরে অহুদি ইতাউ ঐস্থু হল্লগে, হ্নাসি হায়নম্লগা ময়ুমলোমদা প্রেপ-প্রেপ লাক্লেদো।

নিপা অসিনা ময়ুম হেক য়োৌবগা মাগী মুপীদুদা হায়খি। মুপী ঐখোয়গী ইতাওসিনা মুংঙাই য়াইফরিবা অসিদি য়াম্না লায়থ্রবা থবক্লি। হয়েংদি ঐস্থু নিংথৌগী হ্নায়েলশঙদা চংপা তারি। চাক ঙস্লা থোংগদবর্নি। অস্থুম হায়নরহুনা মখোয় মুমিদংগী চাবা থকপা লোইরহুনা মহৈ মহৈ তুম্নখ্রে। নোং ঙাল্লে। নিপাদুস্থু মশা মউ শেংদোক্তুনা চংকদবা মতম ঙাইবা ওইনা হ্নাখল তৌহুনা ফম্লে। মতম অসিদা মাগী মুপীহুনস্থু ঙস্লা ঈক্লরগা চাক থোংহুনা মপুরোইবগী চানবা থৌরাং তৌরে। নংঙৌরোরোই মতানি, মুপীহুনা ইংখোল মতোন্দা হৌবা কোবী মশোই খরা পং পং হেক থহলহুনা য়েনশাং ওইনা থোংলে। অহুগা নিপাহুনস্থু মাগী মতাউহুনা তাক্লকপা অহু তৌরুগ অদুগা এস্থু মুংঙাই য়াইফবা মী অমা শোয়দনা

ওইরগনি হায়দুনা রাখল তৌথি। মতম অসিদা মাগী মুপীদুনা চাক লোই-রক্সহুনা মপুরোইববু চাক পিজরে। নিপা অহুনস্থ চাক চাবা লোইরহুনা মফি মরোল শেং ইরে; অহুগা ওসিদগীদি ঐখোয়স্থ মুংভাই য়াইফবা মী হায়বহু ওইরগদবনি হায়রম্নগা মাগী মুপীহুদা হায়ফেংন্তং চিংনা য়েংলম্নগা কোমুং কারক্লেদো।

কোমুং য়োরক্লে, সনথোঙদা প্রপ প্রপ চঙলকুনা রায়েলশঙ মায়বে তম্না লাক্লে। মতম অহুদা নিংথৌনা তাংবল অরাংবদা ফম্নগা মনাইশিং অঙম অংথৌ পুম্নমক্লা ইকোয় কোয়শিন্না ফম্নহুনা থোংগল তৌরগা রাম্নী শাম্নরম্বোইরে। নিপা অসিনা নিংথৌদা মুন্না য়েংলম্নগা প্রপ-প্রপ চেনশিনহুনা নিংথৌগী মচুবা অহুদা খুহুম্না থাক্লরেদো। ওসিস্থ অমুক অঙকপা থৌদোক অমস্থ থোক্লরে, করিনো করিনো ফারো হায়হুনা নিপা অহুবু ফারগা মথুং পুক্লে, নিংথৌ মনাইশিংনা ইনিংথৌ! মনাইসিবু করি তৌজৌ হায়বগে সনা য়াথং ভাইজরি হায় বাইরে। নিংথৌনা ওরাংদি মওং অমনি। তশেংনমক ঐগী থরায় কল্লম্বা থৌদোক্নি। অহুবু ওসিস্থ ক্ষুবা হয়েংস্থ ক্ষুবা অহু ওইরবদি ঐ অসে লৈবাক মীয়ামগী ক্ষুবম খুহুম্না শুভমদা তারে, ঐ শিবা তাই। রা হংলুহুনা কাম্নররোই। নিপা অহু পুখরো অভাং ওলহনখ্রো। মাবু ভবোং থাউদা হাপ্লগা ভাগী মচাঞ্জাক ওইহলখ্রো থুনা পুথোকখ্রো হায়রেদো। মনাইশিংনা নিপা অহুবু নিংথৌগী য়াথং হিক্লোকপা লৈতনা ভৌবোং থাউদা হাপ্লগা তুরেলগী ঈচেল অমদা থাদহুনা মথরায় লোথরে।

লায়রবা কোক্লবা নোংথোনবা অহুনা কোমুংদা রায়েল থৌদা য়াওরগা মযুমদা হল্লক্লে, ভাইহাক রাখল তৌহুনা ফম্নিভৈদা থঙনিং নিঙশিংলকখিবোইরে। ঐনা হাংলুরগে থল্লম্বা পাঞ্জিবু কাউথোকপা চুমদে মাগী মনাক তানা চংলগা মাগী অচুম্বা রাফম অহু হায়হুনা পুক্সিং শেংদোরক্লফম থোকই থল্লহুনা পাঞ্জি মযুমদা তম্না লাক্লে। নোংথোনবনা পাঞ্জি হেক উবদা হে পাঞ্জি রাচুম্বা! নহাক্কী লাইরিক্কী রা অহু চুম্নম্নে ঐদি থাজকম্নবনি ঐবু লকনবা ওইনা থল্লম্নবনি। ঐনা হ্যাবখিবা, ভাঙখিবা পুম্নমক অহু

ঙাকপীয়ু। অসুম হায়রদুনা পাঙ্গি অদুদা খুরুমজরে অদুগা অমুকস্তু হায়রকই। হে রাচুম্বা! ঐগীদা চাক চরা অমত্তং চাবিয়ু মদুদা ঐনা ঙমজবা খরদংগা কংচগে হায়বোইরে। পাঙ্গীদুনস্তু হে নোংথোনবা! ফরে ফরে নঙগী অফবা ওইরসস্তু ঐ শোয়দনা লাক্লগে হায়রবদা নোংথোনবনা অদুদি হংচিং অসি লেঙবিরক্লো হায়রল্লগা নোংথোনবা চৎখ্রেদো।

ময়ুম য়োরগা মাগী মুপীদা থৌরাং তৌহন্দুনা চাককৌখা মুনিৎ য়োরদুনা পাঙ্গিবু মবুক থল্লা চাক পীজরে, ঙমজবা সনা তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা য়াওনা বচ্চদুনা খুরুমলে। পাঙ্গিনস্তু মুংঙাইরে পেল্লে, মতুংদস্তু হেক হেক লাকউ হায়বোইরে। নোংথোনবা অদুনা হোয় মতুংদস্তু ঐগী পুন্সিদা করি কম্রি অরাবা মুংঙাইবা থেংনগদগে হায়বদু মাঙজোননা তাকপীয়ু হায়রগা খুরুম-দুনা লৈহোরে। পাঙ্গিস্তু হরাও হরাও ময়ুম য়োখি।

---

## ৫০

# যস্থি মহীগা চুহিগা ওল্লবা

থায়না মমাংঙৈদো য়াম্না লায়রবা নিপা অমা লৈরম্বাইরে। মহাক লায়রমনখিবনা শুফম নোমফম থঙলক্তুদুনা করম তৌরগা শেল খরদং ফঙবা হায়দুনা অসুম রাখল থনবোইরে। মমৈথংদা মহাক্না ফরে তুরেনগী লৈঙোল অসিনা থুমনি হায়দুনা মঁ নমদুনা হেক্তো য়োল্লগে থল্লেদো। অদুনা মানা তুরেল মপাল তাম্না চংলদুনা লৈঙোয় পেক্লুরেদো। মানা লৈঙোয় অদু নাপী শিংবী য়াওদনবা শেংনা থন্দোক্লে অদুগা অমুক হল্লা মুংশাদা কজনা ফৌরে অদুগা কংলবা মতমদা ঙৌবোং থাউ অমদা নিঙথিনা হাপ্লে। থাউ অদু মমায় তুশিল্লগা মাগ্রী কোকথোং চপ চাবা শেম্লদুনা মদু মকোক্তা থোংগংলগা মমায় অম্রাং পাংনা হায়গংখ্রেদো।

নিপা অসিগী মতৌগুম্বা নিপা অমস্থু কন্নম তৌরগা শেল খরদং তান-সিবনো হায়বসি খনবমখৈ খল্লগা মমৈথংদা মহাক্না ফরে যম্থি অসি ঈশিংদা কুংনা নৈরগা মহীতুনা চুহি শাতুনা হেক্তা য়োল্লগে। কনাগুম্বা অপঙবা মী থেঙনরগা মরাইনা লৈজখিনি অস্থুম খল্লতুনা মানা লম্বীদা তাবা যম্থি অচোৎপা খরা থুল্লুরে। ঈশিং য়াওবা উরুক খুদেং অমদা মতু ফজনা থীংলগা ফি অমদা চুনথে.ক্লে। অতুগা চক্ষু অমদা হৈজিল্লগা লানা মরোল ৭ থোক্লা খুম্লগা মঙক্তো পয়ানা কন্না পুল্লেদো। অস্থুম্মা মখুম চেংনা খুম্লবা চক্ষু অতু মকোক্তা ফৈজা অমা হাপ্লগা থোঙ্গংতুনা মমায় মখা পাংনা নোম-জেল চেল্লতুনা কুম্লক্লেদো।

নিপা অীন অসি অমনা খা পাংলকই অমনা অরাং পাংলকখিবনি অতুনা লম্বী ময়ায় ওইনরকপা অমগী ঈশিংখোংদা শাবা থোং অমগী ময়ায়-মক্তদা মথোয় অনী থেংনবোইরে। ফোপ হাবা থোং অতুগী মথক্তা চপ চপ হেক লেপ্পরতুনা, ভাইহাক পন্নে মুন্না মুন্না য়েংনৈ, লৈঙোয় পুবা নিপা অতুনা পুবিরিবা অতুবু করি ওইরবনো য়াম্না লুম্না উথ্রেদকো হায়বোইরে। যম্থি পুবা নিপাতুনা ঐগীসিদি ইংখোলদা চু খরা হৌজৈ, চুহি ওম্থোকলুবতুদা খরা কুংবা হেনখ্রমাল্লে খরা লুমলে। মসি য়োঞ্জরগে লাকপনি হায়না খুম্বোইরে। লৈঙোয় পুবা নিপা অতুনা ইস অতুদি ঐস্থু চুহিতুদি লৈনিঙ-খ্রেদকো হায়না শোনবোইরে।

যম্থি পুবা অতুনা অদোম্না পুবিরিবতুনা করি ওইরবনো অদোমগীস্থু ফনা লুম্না উইনে। অস্থুম হায়রবদা লৈঙোয় পুবা নিপাতুনা ঐদি শেলসি পায়মনখিদবদগী নুংঙাইততুনা কবো চৎচক্কই, থুম খরদং পুজরকপনি, মসি য়োল্লগা এস্থু চুহি খজিক্তদি লৈজগে লাকপনি হায়বোইরে। বা অসি তাবদা যম্থি পুবা নিপা অতুনা ঐস্থু চুহি অসি য়োল্লগা অশিংপা খরতুনা থুম লৈগে নিঙজবদগী কারকলিবনি। মতাবু ফমা চান্নরে। পোৎকা পোৎকা ওন্নরসিদনা হায়নরবদা ফরে এস্থু য়াজরে হায়তুনা মকোক মকোক্তা পোৎ-শিং অতু মহৈ মহৈ ওন্নবোক্লরবোইরে। অতুগা নিপা অনী অসি অমনস্থু

অমনস্থু মাহাক অত্থু পঙব্রবা মীতানি অস্থূম্না থন্নরত্থুনা মমায় ওন্থোক্লরগা মীপাই থাবাইননা ময়ুম ময়ুম য়োনবা খোঙথাং কন্না কন্না নোমজেল-নোমজেল তৌত্থুনা চৎনখ্রেদো। নুমিদাং য়াচংনন্নকপা মতম অত্থুদা মখোয় অনিমক মহৈ-মহৈ ময়ুম-ময়ুমদা থুংনরেদো। অকোনবা শম্থি পুরকপা নিপা অত্থুনা ময়ুম হেক য়োঋগা মাগী নূপী অত্থু কৌথোকলে মকোক্তগী চুহি চফু অত্থু কায় লাকনি হায়ত্থুনা তপ্না থাহল্লে। মচাশিংস্থু চঙলক্তুনা অসিবু করিনো হায়ত্থুনা হংখিবোইরে। নিপাত্থুনা "এ ঃ ঋদায়দগী নিপা অপঙবনো খঙদে, চুহিসি পুত্থুনা লাকপা অমগা কোক হেক থেংনরে অত্থুদা ঐগী লৈঙোই অত্থুগা শিন্নরক্কইবনি।" রাসি তাবদা মত্থুত্থুনা হায়বোইএ নিপাত্থুবু মমিত্তু শেংনবু উদ্রবরা ঐখোয়গীদি লৈঙোইনি হায়রবদা নিপাত্থুনা "এ ঃ ক্দায়দগী য়েংনবা য়াবা মতম নত্তেনে। কোকথক কোকথক্তগী হেক্তা শিন্নরক্লিবনি। পুশিল্লো পুশিল্লো" হায়ত্থুনা ইমুংদা পুশিল্লে। মখূম হাংলত্থুনা থাউমৈ পুশিল্লগা য়েংবদা কোঙ্গোল য়াম্না কানা উরে। মত্থুদা নূপীত্থুনা হায় ঃ—"ইস মাসিদি কোঙ্গোল য়াম্না কাথ্রেদা।" নিপাত্থুনা "এ ঃ চুহি অনৌবগী হৌনবনি কোঙ্গোল কাবা হৌনৈ" হায়-বোইএ। মচাশিংনা পাবগী চুহিসিদি 'শম্থি মনম নম্মী" হায়বোইএ। মপানা 'এ ঃ মরম ওকপা নিপা ওইবনা মানা চুত্থু থাবদা শম্থিনা হায় ওইনবা য়াম্না হাপ্পমগনি অত্থুনা মনম অত্থু শম্থি মনম থবা নম্বা য়াই" হায়বোইরে। নূপীত্থুনা তেঙ্গোং অমা প্রপ-প্রপ লৌক্লরগা হৈত্থুনা য়েংপে তৌগ্নে। মত্থু উবদা নিপা অত্থুনা "হাই হাই নূপী! শোয়খি লাকখিনি তপ্না তৌ" হায়বোইরে। নূপীত্থুনস্থু য়াম্না তপ্না চফুত্থু চেপথরত্থুনা তেঙ্গোং অত্থুদা থজিক্তং হৈরেদো। নিপাত্থুনা "ক্দায় ক্দায় ঐ য়েংগে হায়ত্থুনা তেঙ্গোং অত্থু পায়রগা হরাও-হরাও চুপ হেক চুপ্নত্থুনা য়োংলগে, অঙবদা শম্থি অপূবগী মনম অত্থুনা নিপা অসি থাওবা য়াগ্রত্থুনা লৈমাত্থুনা ওক লাউনা হেক ওরে। মতৌ অসিদা মত্থুগা মচাশিংগা মখোয়দি পুক্লি পাম্নত্থুনা লোক্লে। নিপাত্থুদি ওবদগী মপুক মরী ভিংলত্থুনা য়াম্না ক্লানা

লৈরি মতম অসিদা মতু মচাশিংনা ব্রাম্বমথৈ নোক্লরকপা উবদা শাউগে খল্লম্মী অত্তবু ঐনা লানবনি হায়না খম্মরদুনা থুনা মচিল তেংলগা হায়রকই। "ইস ঐগুম্বা অশিংবা মীস্নু মরৈবোইরে" হায়রগা ইমূং মনূং হুপ্পা পঙনোক নোক্তুনা অহিং অত্তু লেনখিদো।

মতৌ অসূম্না শন্থি পুরুবা লৈঙোইগা শিংরুবা নিপা অত্তস্নু মল্লি মল্লিবা মতমদা ময়ুমদা থুংলরে। নিপাসিনা হুম্মাং তানা পুরকপা অত্তু উবদা মতুমচা পুন্নমক থোক্লক্তুনা মাগী পোংলূম অত্তু থারে। নূপীত্থনা "পোংসিবু করি পোংনো লূমখ্রেদা" হায়বোইরে। নিপা অত্তুনা 'এঃ কবো থুমনিদা" হায়রবদা নুপীত্থনা "অত্তুদি য়াম্না ফরে, ইমূং য়োরসি হায়দুনা মচাশিংগা লোয়নননা লৈঙোই খাউ অত্তু ওমশিন্দুনা থাংজিল্লে অত্তুগা থাউমৈ থাংজিন্দুনা য়েংবদা "এঃ থুমসিদি য়াম্না ফজবা কূপত্রবা মখলগী থুমনি। নিপাত্থনা পুরক্লিবা অংবু কদায়রাইদগীবু ওইরিগবনো" হায়বোইএ।

নিপা অত্তুনা "থুম মপু অত্তু য়াম্না পঙবা মীতানি মত্তু ঐগী শন্থি মহীত্তুগা শিন্নরকপনিনে' হেক হায়বদা মতু মচাশিংনস্নু "এঃ অত্তুদি করম্বা অপঙবা মীওইনো! ঐখোয়গী শন্থি মহাগা মাগী অস্নুক ফজখ্রবা থুমসিগা শিন্নসি হায়বা য়ারক্লিবা নিপা অংবু করম্বা অপঙনো' হায়নরদুনা ময়াম রা-রা নোক্লরেদো। নূপীত্থনা "ফরে চাক থোংলগে, ওসিগী য়েনশাংদা মাগী থুমসিগী মহাও য়েংসি হায়দুনা চাকথুম চঙখ্রে। মৈথৌ কম্না থারদুনা চাক অত্তু লোইশিল্লক্লে। য়েনশাংদা অনৌবা থুমগী মহাউ য়েংসি হায়রদুনা লৈঙোই অত্তু থুম্নি হায়দুনা থাক্লেদো। চাক থোংবা লোইরদুনা মাগী মাগী পুখমদা চাক হাপ্লে তেঙ্গোং-তেঙ্গোত্তা য়েনশাং থন্না-থন্না হাপ্পরদুনা ময়াম ইকোয় কোয়না ফমদুনা চাবা হৌনরে। য়েনশাং অত্তু চাকবদা ক্রেক-ক্রেক লাউনরক্লদুনা "এঃ করিনো? উঃ করিনো? য়েনশাং অসিদি থুমস্নু নমখ্রে, য়েনশাং অসিবু চাম্ববু শেংদ্রবরা করিনো হায়নরে। নিপা অত্তুনা "অত্তুদি থুমত্তু খরা পুরকউ য়েংসি ফজবদি য়াম্না

ফজবনিদকো থুমদো" হায়না হায়রবদা পুপীহুনা থুমহু খরা পুথোরক্লে। মাহু য়েংবদা থুম ওইরম্‌দ্রে লৈঙোই ওইরক্লেদো। নিপাহুনা "ইস! এগুম্বা মীস্থু মৱেবোইরে" হায়না শোক্লরহুনা ময়াম রা-রা নোক্লগা অহিং অহু লেল্লেদো।

নোং ঙাল্লে, শম্থি পুবগা লৈঙোই পুবগা মাখোয় অনিমক অহু এ: লাকচখ্রেদকো হায়হুনা অহিং লেম্নরকপনি অহুবু নোংঙাল্লবহুদদি ঙম্না ঙম্না হোৌরহুনা অমুক্কুং উনয়বদি হায়না শীংনবগী মওংদা মহৈ মহৈ লারুরে। মখোয় অনিমক ঙরাং পোৎ শিন্নবা মফমহু তানা চংলুরে। অনিমক থোং ফোপ মথক্তা চপ মান্নবা হেক ওক্লরেদো। মখোয় অনিমক অমনা অমদা য়েং অমনস্থু অমদা হেক য়েং তৌরগা নোকফেং নোকফেং তৌনরেদো; মখোয় অনিমক চপ মান্নবা "ঙরাং পোৎ কোকথোংদা শিন্নবহু নত্রা?" হায়নরবদা মখোয় অনিমক চপ মান্নবা "মানি মানি" হায়না থুম্নরে। অহুগী মতুংদা হৌজিক্লা কদায়দা চৎকদৌরি হায়না হংনহুনা রারী রাতাই শানরবা মতুংদা মখোয় অনি মরুপ ওইনরে। মমৈথংদা ফরে, এখোয় অনি শুরবনিনা লৌশিংস্থু মান্নরে, ইনাকখুনবা কনাগুম্বশিংদা চঙলগা সনা লুপা লন-থুম খরা লৌনবা তৌসি হায়না ঙাওনবোইরে। ফরে হায়নরহুনা মখোয় অনিনা অস্থুম লাকপনা থুঙং অমা য়োরেদো। মুমিৎস্থু অস্থুম লৈথখিহুনা মুমিদাংরাই ওইরক্লে। লম্বী অচৎ-অওক কনাগুম্বদা হংই। খুল অসিদা ইনাক কৈরাক খুনবসিবু কনানা খিৎ হেনবগে অস্থুমা হংলুবদা অতোপ্পশিং অহুনাদ চুম্লগা মী অনগা মী অমগা অহেন-হেন্দগী হায়ন-হংনবা ওইরমাল্লে খল্লহুনা হায়রকই। আদগী য়ুম্নসিদা লৈরম্বা নিপা অহুনা খুল অসিগী মনুংদা খ্বায়দগী হেন্না ইনাক খুনবা মীনি অহুবু মরাইবক থীবা মতম ওইবনরা কোক হেক শিদোকখ্রে শোরাৎ ফাওবা কুইস্রিবহুনি হায়বোইরে। মীশিং অহুনা চৎখ্রবা মতুংদা নিপা অনি অহুনা চৈক্লা রা তানরে। ইতাউ! অহুদি ইমূং অসিদগী সনা লুপা অসি করম্না লৌহিগে হায়হুনা শম্থি য়োনবা অহুনা

হায়রেদো। লৈঙোই য়োনবনা "ভাইখো ইতাউ! শিরিবা ইমুং অসিগী নিপাহৗগী মমিংসু হংহৌদ্রে। নহাক শিরিবা নিপা অসিগী মংদা হোগাই-রগা চঙহনা লৈরো। এনা ময়ুম্ন চঙলগা ইতাউ লৈবরা হংলগে, মখোয়না শিখ্রে হায়রকনিদনা। মহুদা এসু থরায় নুংঙাইতবা মরুপ কায়নবা শাশিন্নরগে অহুগা ইতাউনা শিদ্রিবৈদা এনা ললোনবা চংপদগী খুদোং চাদহনা সনা খাউজাউ অমগা লুপাগী খাউজাউ অমগা থন্নম্মী মহু পীয়ু হায়গে। নখোয়না থাজদ্রগা মোংফমদা চত্তুনা নপা ইতাউ অহুদা হংউ। নপা ইতাউদি অরানবা চত্তবা মীনিনা শোয়দনা অংশেংবা হায়রকনি হায়হুনা লাক্লগা হংমিন্নরগে মতম অহুদা ইতাওনা চুম্মী ইচাশা! ঐ নখোয়দা হায়রমদ্রে ইতাউগী মরম অহু পিথোকখো হায়না হেক হায়-রকউ।" অসুম ঙাঙনরে। শম্থি য়োনবনসু "নহু ফরবা লৌশিংনি, ফরে ঐ মাগী মোংফমদা চঙলগে ইতাউসু ইমুংহুদা চঙবিরো" হায়নরহুনা মহৈ মহৈ থবক য়েম্থোক্লরেদো। শম্থি য়োনবনা মোংফমদা অহুগা লৈঙোই য়োনবনা ইমূং অহুদা চঙথরে।

লৈঙোই য়োনবনা ঈমূং অহুগী কোম্থোংদগী প্রপ-প্রপ হেক চঙলক্নুনা মাঙ্গোল কাখংলগা "ইতাউ! হো ইতাউ! ইতাওবু লৈতবরাও!" হায়না কৌবোইরে। খোঞ্জেল অহু তাবদা ইমুংগী নূপী অঙাংশিং থোক্লক্তুনা "খুরা! এখোয়গী পাবদি লৈখিদরে শোরাং লোইবা কুইদ্রি মরাইবক থীখ্রমাল্লে" হায়হুনা কপ্পা লাউনরে। মতৌ অহু উবদা নিপা অহুনা "ও! ইতাউবো! ইতাউ! ওম্থোকপনিদকো নঙগী নরাইবক অসে। মুংশিদকো চমখ্রবা! কনাদসু লানবা হৈজখিদ্রবনিদকো ইতাউ! অসুম হায়রহুনা কপশিন্নরে। মতম অহুদা মচানিপা অমনসু থোক্লক্তুনা "খুরা! ইমুংদা লেঙসিনবিরো'; হায়হুনা ইমূংদা পুশিন্নবিখরে। নিপাহুনা আঃ ইমূংদবু চঙনিঙদরেনে হায়র হায়রহুনা চঙলে। মচানিপাহুনা খুরানা লাকপিংবু করি হায়বিগদবা লৈবগে এখোয়গী পাবা লৈজবসু এখোয়দা হায়্রবা য়াবা য়াওইরবদি হায়বিযু হায়বোইরে। য়াহু তাবদা নিপাহুনা 'খঙদ্রে

ইচাশা! ৱা অশিবু করম্নবু হৌদোকসিবনো! নপা লৈরম্নবদি হায়হুনা লাকপনি ঐগ: মাগদি থরায় অসে অমত্তা ওইনা পিশক হেক পিক্লিঙৈদগী তিম্নজরকপনি মানা মরাইবক ফবনা লেঙদনা লোগী ইংখোলগী মপু ওইহুনা লৈবা অহুগা ইপানদি লাইবক থরা থীবা মরম্না ললোন ইতিক তৌবা কোয়চৎ হেক চৎতুনা পুন্সি লেল্লকপনি। অহুবু লম্নদি থরা তাম্নবনিনা ইতাউগা তোম্নমন্থু উনদে। মপুক মপাউ ফবনিদকো ইতাউদো অস্থুম হায়না কপশিন্নরদনা লৈবা মতৌহু উরগা মচাহুনা ইপাগা য়াম্না লুনা তিম্নবা মীদি শোয়দবা তারে, থর'য় অস্থুক য়াওনা কল্লবদবু হায়না খল্লহুনা নিপাহুগী মখোঙ মখূৎ হাম্নবা ঈশিং অশাবা পিরহুনা হাঙ্কল্লে। অহুগা হায়রকই খুরা! খুরাবুদি ঐখোয়না অমুক্তস্থু উখিদ্রি, খুরাবু শকস্থু খঙজদ্রি, অহুবু ইপাগা করি ঙাঙনখিবা লৈবাগে হংজবোইরে।

নিপাহুনা ''ইবুংঙো! করম্নবু হায়সিবনো! খুরানা নখোয়দা হায়-গদবসি লুরেদা ওহোকইদকো ইতাউ! শিরমদাইদা নচাশিংদা থরদংদা কাঙথাক্লম্নবদি ফগদবনিকো" হায়বোইরে। ৱা অহু তাবদা পাখংহুনা খুরা! ইপাদি শিরমদাইদা মী ওৎপা হায়বহু থোকখিদরে। স্থুম লাই খুরুম্নস্বদগী কৈনো অমা তৌখ্রে হেক হায়বদা চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা অহুম ফংলম্লে। ঐখোয়গা ৱারি ৱাতাই তৌনহুনা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা ফাওবা পুকনেন পাউমেম্নবগী থবক নংহৌদ্রে। অহুবু খুরাগদি করি মরী লৈনখিবগে মহাগ্নবিয়ু কৈদৌগে! হায়জরেদো। অস্থুম্না ঙাঙনবসিদা মচাশিংনা য়াম্না থাজরে হায়বা খঙলহুনা নিপা অহুনা হায়বোইরে।

ইবুংঙো! হায়নি ইচাশিদি, অহু স্থুম তৌবনি; ঐনদি ললোন ইতিক কোয়না চৎপনিনা খুদোং চাগদবা মফম হেক হেক য়েংহুনা লৈথোকপনা ঐনস্থু তোম্নমা সিদা লাকখিদবনি। ঐনা ললোনবা চৎপগী সনা থাউজাউ অমগা লুপাগী থাউজাউ অমগা লম্বীদা পুগদবহু কিরহুনা নপাদা থম্লম্মী ঐদি অমুক হুল্লকপা ঙমখিদবনা নপাগা ঐগস্থু উনহৌদ্রে। ঐ মহু লৌরুগ লাকপনি অহুবু নপানা পুন্সি তেল্লম্বগী থৌদোক উবদা

খুরাদি হায়কম খঙদ্রে। অতুবু নখোয়না চিংনরগা নপাদি অচুগা ভাঙবা লাঞ্জদবা মীনি অশেংবা খঙনিঙলবসু মোংফমদা চত্তুনা হংলুববদি অচুম্বসু শোয়দনা হায়রককনিনহাই ইচাশা! হায়বোইরে।

রা অহু তাবদা ইমূংহুগী মচানিপা অহল অতুনা খুবা! হৌজিকপু ঐগোয়গী পাবত্তবু কৌবদা খুম্মকুনা ৱা তাঙনবা য়াখিগদবনে! পাবনসু খুস্পিররব্বদি খুরাগী সনা লুপা অহু ঐখোয় শোয়দনা পিজগে অহুগীসু মথক্ত। ঐখোয়না ঙমজবা থবসু হাপচগে হায়বোইরে। লৈংঙায় য়োনবা নিপা অতুনা ইবুংঙো! নপাদি অবানবা চংপা ৈ ংবনি, ... ভা ... মী নত্তে, হংলুবদা শোয়দনা খুম্নকনি নঙনা অশেঙবা খঙনিংলব... উ! লাউ! খুরাগা চত্তুনা তুক হংলুসি হায়তুনা তুংথ-মাঙগা থোক...ঐনরক্লেদো।

মোংফম য়ৌরে; অহিং অতুদা মোংফম য়ৌরক্লবদা ইমূংগী নচা নিপা অহল অতুনা খরা লাপ্লপ্না -"হো পাবা! ইপা ইবুংঙো! নঙদি অচুম্বা চংপা মীনি, অশেংবা হায়বিরকউ। থুবা অমা লাক্লিবসিবু পাবগী ইতাউনি হায় মাগী সনা খাউজাউ অমগা লুপাগী খাউজাউ অমগা থম্লম্মী হায়ম্বিবসিবু অচুম্বরা অমুক্তদি তাকপিরকউ" হায়রতুনা কপ্পা-কপ্পা হংজ-বোইরে।

মোংফমদা লোংহৌবা শন্থি য়োনবা নিপা অতুনা হংলক্লিবা ৱাহু তাবদা (মখোল খরা ওল্লগা) "ইবুংঙো! ইপানা মহু হায়রম্বা নংলমদ্রে অচুম্বনি, লাক্লিবা ইতাউ অতুগী সনাগ। খাউজাউ অমগা লুপাগী খাউজাউ অমগা থম্লম্বা অশেংবনি, পিবিখো!" হেক হায়রকলেদো।

ৱাহু তাবদা ইমূংগা মচানিপা অহল অতুনা "হা ইপা ইবুংঙো! নঙনা লৈরিবসিবু কদায়দনো" হায়রম্লগা চোংশিনগে হেক তৌবদা লৈঙোয় য়োনবা নিপা অতুনা-ভাইখো ভাইখো! হৌনদে ইবুংঙো! পাপকী মরক্তা হিংতুনা লৈরবা ঐখোয়গা লাই ওইখ্রবা নপাগদি কদায়দগী শকউ-মায়উনবদি য়াগদগে? অশিবগী থরায়গা অহিংবা (অচঙবা) এখোয়গদি করম্না শকউ মায়উনব্বা য়াগদগে। চঙঙনু তৌহৈদে।

অসুম হায়রহ্নুনা ফাহ্নুনা থম্লেদো। অসুম্না কপ্প লাউনা তৌন-রম্নগা মপাগা মচাগা রা ঙাউনবা চংখ্রে তাবদা মতুংদা ইমুংগী নূপী অঙাংশিংসু ল প্রুক্না ইল্লক্তুনা তাজবোইরে। মপানি খনবদগী ইমুংগী মচানিপানা কপ্লকপা খোঞ্জেল তাবদা মাখোয় পুম্নমক কপ্প লাউ-নরহ্নুনা মযুমদা হল্লক্লেদো। মচানিপা অহল অহ্নুনা খুরা! ফরে, ইপাদা থম্নবা শেল থুম সনা লুপা অহু পিজরগে হায়হ্নুনা অহিংদ্দা পুথোক্তুনা পিরে। অসিবু চুম্নবরা হংই। নিপাহ্নুনা "চুম্মী চুম্মী ইচাশা! য়েংউ ঐগী খুৎফমফাওবা কায়রমদ্রিবসি আ ইতাউ"! হুংশিদকো নঙসে। ফরে অহুদি খুরাস্সু য়োৗথ্রগে' হায়বোইরে। মচানিপা অহ্নুনা এঃ খুরা ঙসি অহিংসিদি পোথাবিথ্রোদনা। রাহু তাবদা লৈঙোই য়োনবা অহ্নুনা "ইবুংঙো! খুরাখোয়গী থবক অসিদি মতা অমনি, মিকুপ অমা শোয়বদা পুনসিগী ওইনা মাঙগদবনি আগর হিবোং অমা তুরেলদা লৈহৌরি খুরা নোংমা লাক্লে ঙসিদি সুম চৎলগে" হায়বোইরে। ইমুংগী মীনসু অচুম্বা ওইরবোই নিঙহ্নুনা "ফরে-ফরে খুরা নোংমত্তংদি লাকশিখো চাক চরা অমত্তংদদি চামিন্নখিসি" হায়রহ্নুনা লৈহৌরে। নিপা অহ্নুনা সনাগী খাউজাউগা লুপাগী খাউজাউগা পুল্লপ্পা লাকশিন্দুনা কোকথোং নাহ্নুনা "ইচাশা! লৈহৌরো! নপাগী কুমওন থোকপা অহুদা খুরাস্সু লাক্কনিকো হায়রগা হন্না য়েংলমদনা প্রপ-প্রপ নোমজেল হেক চেল্লহ্নুনা চৎখরেদো।

নিপা অসিনা লম্বীদা চংনা চৎনা খল্লি। ইতাউ অহ্নুনা মোংফমদা লোত্তুনা লৈরিভৈ অসিদা ঐ য়ুন য়োনবা তৌরগে। মাঙোন্দকা তাক্ল-রোইদহে হায়হ্নুনা খল্লেদো। অহ্নুনা মোংফম ময়া অহুরাইদদি শোং-পেক লাউহন্দনা তুমিন্না চংলহ্নুনা মোংফম হেন্দোক্তুনা চৎখরেদো।

মোংফমদা লৈবা নিপা অসিনা মাগী মরূপ অহুবু লাক্কবরা লাক্কদ্রা হায়না য়ুথক অমরোম ঙাইরবফাওবা লাক্রুবহুদা খল্লকলেদো। পোৎ অহু শোয়দনা মতাম্মতা পুরহ্নুনা চৎলম্মগনি। ফরে খরা শাংনহুম পুহনখিগে। মাদি পোং য়াওবনিনা থুনা য়াঙনা কম্না চৎপস্সু ভঙ্গোই।

ঐনা তান্নবদা ফংদবা হৌনদে। অসুম খল্লহুনা মোংফমদগী থোক্লক্লে অহুগা প্রপ-প্রপ নোমজেল হেক চেল্লহুনা তান্নরক্লেদো। ফনা য়াম্না শাংনা তান্নরক্লবা মতমদা মতাউ অহুনা চংলিবহু মাওদা থাপ্তক্লা উরে। নিপা অহুসু হুম্মাং তাবমখৈ নোমজেল চেন্দুনা পুরিবোইরে। মতম অহুদা তান্নরক্লিবা শক্তি য়োনবা নিপা অহুনা তুমিন্না অসুম তান্নরক্লি হায়বহুদি সনা পুরিবা অহুনদি খণ্ডদবোইরে। অহুম ওইনমক শক্তি য়োনবনা অসুম লাকপদা লম্বিদা হুমিদাংগী কৈথেল অমা থেংনরহুনা মহুদগী থোংউপ পাবোং অমা লৈরে অহুগা অশম্বা লম্বী য়েংলহুনা প্রপ প্রপ হেক চংলি। অসুম্না চংখিবনা সনা পুবহুগী মনাও থানা চংখংখরে।

খরা চংলগা শক্তি য়োনবা নিপা অসিনা খোংউপ অহুগী নাম্মতং লম্বীদা হুন্দোক্লমলে। খরা অমুক চংলে, লম ৫০/৬০ রোম শাংনা চংলগা লম্বী অথেকপা অমগী মরুম নারক অশোওবা অমদা মশা লোংলগা খোংউপ নাম্মা অহু অমূক লম্বীদা হুন্দোক্‌না থম্লেদো। সনা পুবা নিপা অহুনা অহানবা তারিবা খোংউপ অহু হেক থেংমবদা মখোঙ য়েংথংবনা শিংজিন্দুনা য়েংই মাঙোন্দা চপ হেক চাবোইরে ইস! চেংকশিন্দবা কনাগী খোংউপনো! ইহল হন্না নাম্মা চিংখহুনা তাহৌহুনা লৈরে, পাম্মুইদা অসুম খল্লগা করে নাম্মতনিনা মাসিনা করিসু কান্নবা নত্রে খল্লহুনা মহাকসু খোংউপ অহু অসুম হুন্দোক্লম্লগা প্রপ-প্রপ হেক লাক্লে। লম ৫০/৬০ রোমদং চংলপা খোংউপ নাম্মা অমসু তারম্বা উবদা মহুনা ওইগী খোংউপ ওইরম্লে। চপ লেপ্লগা মাঙ-তুং কোয়ম্লেং য়েংবদা কনাসু উদে। মানা খল্লি—অসাই তাহৌবা খোংউপ অহুগী পাবোংনি মাসিসু অহনবনি হুন্দোকপা হৌনদ্রে। কানবু কান্নজো হায়রবদি মরী মরী হেক লাকইদা অসুম শোল্লহুনা মানা সনাগী খাউজাউহুগা লুপাগী খাউজাউহুগা পোংলুম অহু লম্বী ময়ায়দা থম্লে অহুগা অহানবা তাহৌবা মকম অহু য়ৌনা থুম্মিগে হায়হুনা চংখরেদো।

অসুম্না মহাক্না অহানবা তাহৌবা খোংউপ খূনবা চংখ্রিঁডদা মরক্তা লোৎপা শম্থি য়োনবা অহুনা সনাগী অমসুং লুপাগী থাউজাউ অহু অমুক পুরগা প্রপ-প্রপ ময়ুম য়োনবা চংখরে। মন্নম হেক য়ৌবগা নিপা অহুনা সনা লুপাশিং অহু চেৎনা লোৎশিন্দুনা থমখ্রে। অহুগা মাগী নূপীদা হায়বোইরে—নূপী! হয়েংদি নিপা অমখক ইতাউনি হায়হুনা ঐবু হংবা লাক্কনি অহুদা ঐদি খাঙেনফমদা শিশিন্নহুনা লৈরগে। মতমহুদা "নহাক্না পঙকপ্তা কপশিন্নরো। 'ওস্থোকপনিদকো ঐগী ইরাইববসে নোংমতা হি-হি নোক্তুনা লৈমিন্নবা ফংলক্লিবনি অসুম্না তেংথা নাওইহুনা লৈরো। অহুগা মানা ইতাউনা সনা লুপা খরদং পুরকপরা হংলকনি। মহুদা উদে হায়হুনা খুমউ হায়না তাক্লগা অহিং অহু লেল্লে।

নোং ঙাল্লকপা তু উরকপা মতমহুদা নিপা অসিনা হৌগৎলগা খাঙেনফমদা হিপ্তুনা ফিনা ইকোয় কোয়শিল্লগা মনুংদা শিশিন্নহুনা লৈবে। মাগী নূপীহুনা কপশিন্নহুনা তেংথাহুনা লৈরেদো। নোংঙাল্লকপা হুমিৎ মঙাল খরা খরা লাক্লবা মতমহুদা লৈঙোই য়োনবা নিপাহু লাক্লেদো। নূপীহুনা কপ লাউহুনা লৈবগী মখোল তাবদা নিপা অসিনা এঃ য়ুমদি শোয়দ্রে খন্না চঙলক্তুনা ইবেম্মা! করি তৌরে? হংবোইরে। নূপীহুনা তাদা! ঐখোয়গী নিপা অসে ঙরাং চখোকউবদগী লায়রৈ য়ৈহুনা ওসি লৈত্রে, নচন্দি ওস্থোকপা লাইবক হায়বহু ওইরে। অসুম হায়হুনা তেংথা তেংথানা হা ইবুংঙো! পাম্মুইদকো নহাকপু। ঐবু করম তৌসিগে? লৈকাই পাউসু তাক্লিকো অসুম্না মথবাক-য়ৈরহুনা কন্না কন্না কপশিন্নরেদো। মতম অহুদা নিপা অহুনা মসি শোয়দ্রে খল্লহুনা ইবেম্মা! ইতাউসে অমুক্তং য়েংখিসি, ঐসু মাইবগী থবক নিঙথিনা খঙবা মীনি। করি লায়নানো করম্বা খোইয়ম মীনম্বনা লায়রৈ তৌর-রিবনো ইবুং য়েঙ্গে ফবা ইয়ামক য়াররোইদবরা; য়ারবদি ইতাউগী মথৱাই অমুক্তং কনবা ঙম্‌্রা য়েংসি অসি হায়রম্লগা নিপা অহু ফি কোয়শিল্লিবা অহুগী মনুংদা চঙখরে। শিশিন্নরিবা মতাউ অহুদা ইতাউ!

ঐ লাক্লেহাই ! হৌগৎলো ! লৌশিং তৌনরগনু্‌সি হায়তুনা ৩ লক হন্না হায়বোইরে। শিশিন্নরিবা নিপা অতুনস্তু খজিক্তফাওবা লেঙদনা শিশি- ন্নতুনা লৈরবা অতুদা মতাউ মাইবা শাবা অতুনা কান্নরব়োই হায়বা খল্লতুনা কোয়শিল্লিবা ফিদগী মকোক লিংথোক্লগা ইবেম্মা ! ইতাউ- গীসি হিদাক তৌবা য়াখিনি। শয়ি মৈতাল্ল ফজনা ঙাঙবা হাপ্তুনা হিদাক-ঙাম্বক অমত্তং হাল্লকউ হায়বোইরে। মতুদা নূপীংনা চুম্না হিদাক থক্কে হায়রিবোই খন্দুনা মপূংফানা অরাবা ওইরবা মৈতালতু হাপ্লতুনা হিদাক ঙাম্বক অমা হাল্লতুনা পিররে।

মাইবা শাবা অতুনা মাতু লৌরগা মনূংদা শয়ি মৈতাল অতুগী মরোক অরোবা অতু ফু-ফু কামথোক্তুনা শিশিন্নরিবা নিপা অতুগী খোয়ং দৌদা হেক থম্লবোইরে। শিশিন্নরিবা নিপা অতু মৈশাতুনা প্রোক-প্রোক হেক শৌনা চাকথেল্লবদা মনিঙ তেক্তুনা খাঙবমখৈ খাঙলবস্তু মমৈথংদা খাঙবা ঙমদতুনা ফুক হেক হৌগৎলক্লে। মৈতাল অতু ফ্রং কন্থোকলে। অতুগা ইশি হেক শিবমখৈ ময়া ফাক্তোক্তুনা ফাক্‌-ফাক্‌ হেক নোক্লে অতুগা হায়রকই। ইতাউ ঐখোয় অনি লৌশিং মান্নরে ফরে সনা লুপা অসি মান্নবা য়েন্নরসি হায়নরে। ইমুংদা চঙলতুনা মানা থম্লম্বা সনা লুপা অতু লৌথোক্লুরগা য়েন্নরে। অস্থুম্না য়েন্নরবা মতুংদা মাইবা শারিবা নিপা অদুগী ময়ুমদস্তু চংমিন্নতুনা হরাও হরাও চামিন-থকমিন্নদুনা মহৈ মহৈ নুংঙাইনা পান্নখি হায়দো।

---

## ৩১। অঙোম নিংথৌ ওইবগা লায়রবগা শুন্নবা।

থায়না মমাংঙৈদা য়াম্না লায়রবা নিপা অমা লৈরম্মোইরে। মহাক লায়রবদি ওইরগা মাগী নূপী অতুগী মশক মতৌ ফজবদি লম অতুদা

অতাওবা ওইনা পানমিন্নজবোইরে। মহাক্না মাগী নুপীবু মপাল থোকহন্দনা মপূক থান্নবা হোৎনবসি চীংদা কায়গা শীং চন্দুনা মাতু য়োল্লগা অযংবনা চেঙ-য়েনশাং নাপী লৈজরগা পুন্সি লেঞ্জরকই।

নোংমদি নিপা অসিনা চীংদা শীং চনবা চৎখ্রিঙৈদা মাগী মশক মতৌ ফজবী নুপীসিনা তুরেন্দগী ঈশিং পুল অথনবা অমা মকোক্তা থোনগৎলগা কারকপদা লৈবাক অসিগী অঙোম নিংথৌ ওইবত্থনা ব্রাম্মেনশঙদগী কুম্লকপদা হেক মায়য়োক্লরে। নুপী অসিগী শাওং শাদা, মশক মতৌ, খোঙদা খুন্তা, মশম মনা য়েংবদা অৱাৎপা লৈতনা ফজবা মতৌ উবদা অঙোম নিংথৌত্থনা মিতামনখ্রত্থনা খনবোইরে, ইস নুপীসিনা ঐগী খুবাইলৈমা ওইরবদি ওন্থোক্না মতিক চাখ্রগনিদা! ঐগী হৌজিক খুরাইলৈমনি হায়ত্থনা লৈম্নিবসিদি কুচুনগা মুবনে মশমগা খোইবনে লেমখিদ্রেদকো। নুপী অসিগী মপুরোইবা ওইরিবা নিপা অতু কবম্বা লাইবক ফবা মী ওইরিগবা খনবোইরে। মমৈথংদা ফরে নুপী অসি অমুক্তং হায়নত্থনা য়েংগে থল্লত্থনা নুপী অত্থদা হায়বোইরে।

ইবেম্মা! ঐবু ঈশিং য়াম্না থৌরাংলে, নহাক্কী ঈশিং অতু খজিক্তং পিথকউবা হায়ত্থনা শগোলদগী কুমথরকলে। মতম অত্থদা নুপী অত্থনা "হা লৈবাক্কী মপু অঙম্বা! ঈশিং অসি খাইবা য়াবা করিগুম্বা অমত্তা য়াওজদরে। ইমুং চঙলুরগা তেঙ্গোৎ অমদা খাইত্থনা পুজরক্কে, করিম্মু লৈত্রবী ঐনা শোকচরকপা ঈশিংবু অঙম্বনা ফানবিগে হায়রবদি ইরাইবক্তুম ফবনি, ঐ থুনা পুজবক্কে, ঙাইহাক্তংদি ঙাইবিরম্মু" হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখরে। ঈশিং অতু তেঙ্গোৎ অমদা পিক থন্না হেক হৈরগা তুম্বা অমদা অহেনবা ঈশিং খরগা পুরক্লত্থনা অঙোম নিংথৌদা পিথক্লরেদো।

ঈশিং থকপা লোইরগা অঙোম নিংথৌনা হায়রকই—'ইবেম্মা! নঙনা ঙসি ঐগী থৌরাংলবা মতম অসিদা পিথকপা ঈশিং অসিদি ঐহাক পূমপেন হেক পেল্লে, থরাই মিরেন অসিফাওবা নঙগী থম্মোইম্লুংদা চঙখ্রে। অত্থনা নঙনা পাম্বা অমত্তংদদি হায়য়ুদনা। মতু পিরফাওবম্মু

ঐনদি পেল্লোইদৌরি। ঐনা হেক পেনগদবদি নঙ অসিনা খূরাই লৈমা ওইবা য়াহুনা অহুক লৈমিন্নবা থোক্লবদি ঐহাক পুমপেল হেক পেনগনি। অপাম্বা অমত্তংদি হায়য়ু নত্রবদি ঐ ম্নুংঙাইত-ন্নুংঙাইতনা হনগদৌরি" হায়বোইরে। নূপীহুনা অঙোম নিংথৌগী থৌজানবিবা ৱাহৈ তাবদা "অঙম্বা! করি ৱানোদা! করিস্নু লৈতবী ঐগী ইথূংকী ঈশিং লৌবিবদি ঐগী ইরাইবক্তুম ফবনি। ঐদি লায়রখ্রবা নিপা অমদা য়ূম পাঙ্গবীনি। নোং হেক ঙানবদগী চাকঙন চারগা চৌংদা কাহুনা শীং চল্লি। মহাক্না মাহু পুরক্তুনা য়োল্লগা অফংবা শেল অহুনা চেঙ য়েনশাং মনা মশীং লৈরগা চাহুনা পুন্সি লেঞ্জরিবীনি। ঐগুম্বী অমনা খূরাই লৈমা ওইবদি ওইথোক্কে। মথিক-নেম্বনা অরাংবদা থোকপা থাবু মখূৎনা লামগে হোৎনবগুম থোকই অহুবু অঙম্বগী নোংদম্নি হায়না খুমবোইরে।

নূপীসিগী ৱা তাবদা 'ফরে অহুদি ইবেম্মা! নঙনস্নু ঐগী অপাম্বা অসিদা য়াবিনিঙলবদি হৌজিকমক হেক চৎপস্নু ফত্রে। ঐনা অচৌবা অঙম্বা ওইরি পঙতৌ তৌমাল্লে হায়না মীনা ঐবু শোনাইনরগনি। হয়েংসি নঙগী নিপাহুগা খৎনরো। ৱাহৌদি নিপা! নহাক শীং চনবা চৎলগনু! শীং চল্লুরগা ফংলকপা খরনা শীন্দুনা চাবসিনদি নিঙবা থুংলরোই, নোংমা নঙনা চৎপা ঙমদবা নুমিত্তদি ঐথোয় শোয়দনা চরা হেল্লগনি। অহুগী শরুকপুদি ইৱা-ৱাদনা চাক্লিবহুম চৎসি হেক হায়রো! অহুগা ঐগী য়ূমদা লাকলো। মতম অহুদা ৱায়েনগে। শোয়রম্নুকো" হায়রম্নগা অঙোম নিংথৌদো ময়ূমদা হনখ্রে অহুগা নূপীহুস্নু ময়ূমদা চঙহুনা লৈখ্রেদো। নুমিৎ তাশিল্লক্লবদা লায়রবা নিপাহুনা মানা চঞ্জক্লবা শীংহু য়োঞ্জরগা চান-থক্লবা পোৎ-চৈ চেঙ হৱাইনচিংবা ঙা থুম য়াওনা লৈজরগা ময়ূমদা লাক্লবোইরে। মহু মাগী নূপীহুদা শিন্নরগা থোং-থাক্তুনা চামিন্নরেদো।

চাবা থকপা লোইরগা নূপীহুনা নিপাহুদা অসাই অঙোম নিংথৌনা হায়রকপা ৱাশিং অহু অমত্তা চিথদনা মথং মথং হায়রকই। নিপা!

হুয়েংমখৈ নহাক শীং চনবসি তোকলো ! নঙনা চৎপা ঙম্লিবমখৈ চাবদি রাৎলোই। ঙমদবা নুমিত্তদি ঐখোয় শোয়দনা চরা হেনবা তাই। অতুগীসু মথক্তা চীং মান হায়বসিদি শা-কৈগী মফম্নি। তোকলো নোংমদি অশোয়বা থেংনরক্কনি হায়বোইরে।

নিপা অতুনা অতুদি ঐখোয় করি তৌরগা চাগনি ? করম্না হিং-গনি। শিবা নাবদি লাইগী নোংদম্নি। নোংমদি শোয়দনা শিগদোবা মরেরে। শিদ্রিঙৈদা শূবা-নোম্বদি হৌনবনিনা অসুম খুম্বোইরে। নূপী-তুনা ঐখোয়গীদি চনিঙ লৈতে, ঙসি পুরকপনা ঙসি চাবা, হয়েং পুরক-পনা হয়েংগী অসুম তৌনা লেনবসিনদি করম্না নুংঙাইরক্কদগে। নোংম-নোংমগী চরা তান-তান্দুনা চাবনি কান্নদে অসুম খুম্নেদো।

নিপাতু ঙক্লে, মীওইবা হায়বসিনদি মানা মানা তৌজবা থবক অতুদা শীংথানদ্রবা অতুদা শাউনিংবা হৌনবনি। অসুম্না হায়রকই— ফরে ঐনা শূরি-নোম্লিবা অসিবু মীথানদ্রবদি নঙদি করি তৌরি ? হুমিৎ ৫নি ১০ নিগী মনুংদা চরা নাম্মতফাওবা মেনখৎপা ঙম্বরা ? নিপা নূপী, য়ুম্বাম্নবা হায়বসিদি মানা মানা ঙম্বা মায়কৈদা হোৎনতুনা পাংশিন্ন-গদবনি। নঙনদি পাংশিন্দবনিনা মসি থোক্লিবনি। করি করিসু পাং-শিনবা ঙমদবা নঙনসু অতুম হায়রবা ?

রাতু তাবদা নূপীতুনা ঈকাইরপ তৌশিন্নরহনা হোন্ননে হোয়নে, ইতিক-লৈজদবা করি-করিসু থোকপা ঙমদবা ঐগীদি অচৌ-অশাং অঙম-অথৌ ইনাক-কৈরাক খুনবশিংদা চঙলগা চাক্লি-ফিনিতুনা শেৎ-চাবা হায়বতু মঙাই। নিপা অতুনা নূপীগী রা তারগা নপাঙ্গল অতুক কল্লিবা নহা ওইরিবা নঙোন্দবু কনানা পিবিরক্কদগে ? ঐঙোন্দা নিরবসু পিনিং-লোই। থবক শূনিঙদবা মীনিতুম হায়রক্কনি! অতুবু নঙনা নিক্কবদা পিবিরক্কদবা নঙগী মরুপ্পী লৈবরা ? অসুম্না রারংনরতুনা থোল থর ঙংন-বদগী মমৈথংদদি খুৎ য়াঙনরক্লে। অসুম্না খৎন চৈন কুনতুনা অহিং অতু হৌখরে।

নোংঙাল্লে, অনিমক শাউনবনা হায়নিংঙাই লৈনদ্রে। মমৈথংদা নুপীহুনা করে নঙনা নিপানি, ঙম্মী হায়হুনা এবু ফু-চবা তৌরবনিনা হৌজিক ঐ লেম্না ভোল্লরোই। লৈবাক্তী অঙম অথৌ রায়েল থৌদাবা লৈ। মখোয়দা রাকংলুগনি। মতিক চানা রারকহনগনি। নঙনা নিপা থোক্লবদি অঙোম নিংথৌ মমাঙদা এবু য়েবা চৈবা নতিক লৈবরা য়েংসি অতুদদা খঙনগনি। এবু নুপীনি হায়হুনা পঙলাক লাকচবদি য়ারোই. নঙবু ঙম্বা লৈবাক্তী অঙম্বা লৈরি হায়বোইরে।

নিপা অতুনস্থ শেএ: মরানা মতূ ফুহুনা রারকচববু অঙম্বা মখোয়গী মথৌ করি লৈফম থোকপগে? মখোয়না খূং থিংজিনফম থোকপরাও? চংলু-চংলু নতুং ইনবিগে রাকংচরো অস্থম হায়রহুনা তুংথ-মাঙথ লাকমিন্নরে। অঙোম নিংথৌগী শঙ্গায় য়ৌরেদো। মতম অতুদা অঙোম নিংথৌনস্থ ঙরাং হায়নরম্বা নূপীহুবু লাকপু লাক্কদরা হায়না রাখল তৌরহুনা হিদাকফু পূমফা অমা মাঙদা থারগা তোংজৈ থাপুং শাবনা চিনবাল কাঙমৈ খুরহুনা, মাঙদা শকয়েং মিংশেল অমা থারগা লৈরম্বোইরে। অঙোম নিংথৌহুনা নূপীহুগা নিপা অতুগা লাকপা উরহুনা মপূকনিং খরা হুংঙাইরবোইরে। হায়নখিবা রাফম অতুদি শোয়দনবা হোংনরকইদনা অস্থম খল্লগা মুম্না য়েংলগা লৈবোইরে। নুপীহুগা নিপাহুগা চঙলক্তুনা খুক্কম্লরেদো। মহু উবদা অঙোম নিংথৌনা নখোয় অনিনা লাকপদি করি হায়নিঙই হংবোইরে। নুপীহুনা ননাই এখোয় অনিগী রায়েনবিয়ু হায়হুনা রাকংচগে লাকপনি হায়না হঙ্গংলেদো।

অঙোম নিংথৌনা নখোয় অনি করি তৌনরে। করম্বা রাকংনো হায়য়ু তাসিদনা হায়রেদো। লায়রবহুনা ননাই এনা নুমিৎ খুদিং চীং কাহুনা শীং চল্লগা মহু কৈথেন্দা য়োঙ্গরগা ফংলকপা অতুনা চেঙ, মনা মশীং লৈরহুনা চামিম্নরগা য়ুম পাঙ্গবনি। অহুবু ননাইমুবীসিন নোংমনোংমগী পোৎতান তৌবসিনদি কান্নদরে। শোয়বা নুমিৎ রাক্কনি ভোক্লো হায়হুনা ননাইনা তৌজব, থবক অসিদা করিস্থ ওইদনা শীংথানদবগী

ঐখোয় অনি শাউনরক্লে। মানস্থু করিস্থু থোক্তে করিগুম্বা অমত্তস্থু পাংশিনদে। ব্রাহৌ অসিদগী খৎনরকপনি হায়না হঙ্গচ্চবোইএ।

ব্রাকৎ অহ্ তারগা অঙোম নিংথৌনা হায়নোইএ—হোয়দা নোংম-নোংমগী পোৎতান তৌহ্না চাবা হায়বসিদি নোংমদি শোয়ব লাক্কনি, তোকপদি ফৈদনা মাহ্ তোকথোকলা! অহ্নম তৌহ্না চাগদবগী শরুকপুদি থবক অহ্ চত্তহ্না লৈথোকপনা হেন্না ফৈদনা হায়বে ইরে।

অঙম্বগী ব্রা তারগা লায়রবহ্না "অঙম্বা ইবুংঙো। থবক তৌদ্রবদি কনানা থাকপিগদগে? অঙম্বদি লাইবক ফানিনা অঙম্বা ওইবদগী লায়রবশিংগী অব্রাবা খণ্ডবিদে। লায়ববা ঐখোয়দি নোম নোংমগী থোকউ-থোকউবা অফংবা শূবগা ফংলকপহ্না লৈজ-হুমজহ্না চাজবা; শূদ্রগা তোকপদি মহৌশানি। ঐখোয় অনিনা ঙসি অঙম্বগীদা চাক চরা অমত্তং চাজগে হায়বদা পিঙ্গবিনিংলোই। অহ্না শূ-নোম্বা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি" অস্থুম হেক হায়রুরে। ব্রাহ্ তাবদা অঙোম নিংথৌনা হাই লায়রবা! নঙনস্থু ঐঙোন্দা লৌশিং তাকপিররি। নতূ থিরগা নতূ থাকপা ঙমদ্রবদি মাবু খায়নখিবা তাবনি। হৌজিকস্থু নতূ অসিনবু য়াব্রবদি ঐগীদা থবক তৌরবস্থু-তৌদ্রবস্থু লৈসনু! মাবুদি ঐ হেক থাক্তোক্কে। থবক কন্না শূবা পামবা নঙদি থাকপা ঙম্লোই। চংখ্রো চংলো! নব্রা তানিংদে। অহ্গা নূপী! নঙদি করি পাম্মী?

নূপীহ্না ননাই ঐদি পাঙজদবী ইথৌনা লৈজদবী মুজা শংদা চনবীনি। য়োকপি থাকপিগদববু ওইরবদি অঙম্বগী নাক্তা লৈজরবস্থু য়াজৈ হায়না থুম্নবোইরে। ব্রাসি তাবদা খুরাইলৈমনা হাম্নজবোইরে—করি ব্রানো অঙম্বা? ননাই নিপা লায়রবা অসিনা হায়জবস্থু থোইনা লান্দেনা। নূপী নিপা য়ুম পানবা হায়বসিদি অনি চঙহ্না মানা মানা ঙম্বা খবক্তা শূ-নোম্নহ্না অব্রা -অপা মেম্নবা ঙাক্নি। লাইবক ফবী খরগী ব্রাদি তোপ-তোম্ননি! মাসিদি তেংবানবগী চংনবীনি। অহ্গা য়ুম

পানবদা নোংমা-ফাদোক খৎন-চৈনবস্থ মহৌনৈ। ময়ুম কায়দনবা রায়েন-বিয়ু। অনি অসিবু কায়নহনবদি অচুম্বা ওইরোই! মুন্না রাখল তৌবিয়ু হায়বোইএ।

অঙোম নিংথৌনা খূরাইলৈমগী রা তারগা হায়রকই ঐমক্না রায়েনবদা নঙনা চুম্মী চুমদে থিগৎলিববু করিগীনো? য়ানদবা; পূকচেল খোয়জেল তিন্নদবা হায়বসিদি তাথি-ভাওইনদ্রিবৈঙদা কায়নবনা হেন্নবু কৈ। অসিবু করি লানবনো?

খূরাই লৈমনা অঙম্বা ইবুংঙো! অদু ওইরবদি ঐস্থ অঙম্বগী থৌগল তৌবা অসি তোক্লগা লায়রবা নিপা অসিগী ময়ুমদা চৎখ্রগে। মুংঙাইনা ইবেম্মা অসিগা পান্নবিহোরো হায়রম্লগা লায়রবা নিপা অদুদা লাকও নিপা চৎলসি হায়দুনা লায়রবা অদুগী মখূৎ লাক্লুনা চিংলরে। লায়রবা অদু তিংঙক মায়ঙক্লনা মথোং মরম ইখঙ খঙদনা মঙগুম পোলি-পোলি কিথি-কিরুম তৌরদুনা খূরাই লৈমগী মতুং ইন্দুনা চৎ-খ্রেদো। খরা চৎলগা মাখোয় অনি লায়রব নিপাদুগী ময়ুমদা থুংলরে। লায়রবদুনা ইবেম্মা লৈমা! নহাক্না লায়রবা ঐগী ইরানয়াইসিদবু করম্নবু য়াঙ্গোইগদগে। ঐগীদি নিঙথি-মুংঙাইবা য়ুমস্থ নত্তে। শেংন-ইন্নবা ফিরোল, ইমুং-মনুংগী ফমূং ফামুংগী মপোৎ, ফদি-ফরা মরক অসিদবু করম্না লেনগদগে? খূরাইলৈমা ওইরকপী ইবেয়দি কত্রংগী মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা য়াতাবী, শনকোন নাইকোম্না থন্না য়াওন্নবী ওইরক-পনি। অদুনা লায়রবা ঐগী য়ুমসিদবু করম্না লেনগদগে হায়বোইরে।

খূরাইলৈমনা ইবুংঙো! হৌজিক্তি মদুগীদমক করিস্থ ঈকাই হঙ্গোইকম লৈতে। মীওইবগী পুনসিদি অমুক রাবা অমুক মুংঙাইবা হায়বসি শোয়দবনি হায়বদু খঙননবগীদমক ঐহাকস্থ অঙোম নিংথৌবু থাদোক্লম্বনি। মীওইবা ঐখোয়না মালেম অসিদা হিংলিবসিদি উয়ান চাঙ্ক্লিন্নবগুম্বনি। শিখ্রগা ঐখোয় পুম্বা লোইরে। শিদ্রিবৈঙদা ঐখোয় পুম্বা পূকচেল খোয়জেল তিন্নবা মুংশিননা লৈবা অদুনি ঐনা পাম্বদি।

মরম অদুনা ঐখোয় অনি লৈমিন্নবসিসু নোংদম্বা মাগী থৌশিন্দগী মাগী থৌজাল অমা লাকখিগনি। অসুম্না হায়রদুনা মাখোয় অনি পুক্নিং লীতিন্নবা লৈমিন্নরেদো।

মতেৌ অসুম্না লায়রবনা খুবাই লৈমগা যুম পানমিন্নদুনা লৈবগুম অঙোম নিংথৌসু মানা পামজবী লায়রবগী নূপী মশক মতৌ ফজবীবু অনৌবা খুবাই লৈমা ওইহন্দুনা লৈনখ্রে। লায়রব নিপা অদুদি মাগী মহৌশাগী হৈনবকপা থবক শীং চনবা অদু চৎলগা মদুদগী ফংলকপনা খুবাইলৈমগা মাখোয় অনিগী পুনসি লেল্লকই। লায়রবা অসিদা থোক্লকপা শেন্না শীল-লাওদুনা চাবা রাত্তনবা হোৎনবা অদু খুবাইলৈমা অদুনা য়াম্না হৈ-শিংনা নোংমা চাগদবনা নিনি চৎননবা হোৎনবদগী নোংম-নোংমগী খরা খব লেন্দুনা পুনসি লেল্লক্লে। লায়রবা নিপানা পুবকপা শীং অদুসু নোংম নোংমগী খজিক খজিক থম্লোবগী, পূনশিঞ্জহৌবা অদুনা মপুং ফানা পৈবদু হি লালোনবা মীনা উবদুনা পূন্না লৈখরে। মাদুদগী ফংলকপনা মাখোয় অনিগী চহি ২ চাবা ওক্লব ফংজরেদো। মতুং অদুদা খুবাইলৈমা অসিনা ইবুঙো! ঙসিদগীদি শীং অসি কৈথেন্দা য়োল্লনুসি, যুমদা অসুম্মক পৈবসি হায়দুনা থগে। অসুম্না শীং অদু অপূন অপূনবা ওইনা য়োল্লে।

লায়রবা নিপা অসিনা নোংমদি অচৌবা অবংবা উ অমা তুদুনা লৈরম্বদু থেংনরুহনা মদুগী মকক অমা কল্লগা লেংথোং মপোং ফানা পুরক্লে। মযুম হেক য়োরগা নূপী অদুনা পোৎলুম কোকথোং অদু থাবদা মুংশিরবা মনম হেক ফাওরকপদু মপূক্তা চিংনরদুনা মুন্না য়েংবোইরে। মমৈদা মহাক্না আগর উনি হায়বা খঙলদুনা নিপাদুদা হায়বোইরে। নিপা! অসিগুম্বা শীং অসিবু 'লেহৌবিবরা' নিপাদুনা এঃ য়াম্না চাউবা উনি, এদি মবক অমখক্তা পুকশানি হায়বোইরে। খুবাইলৈমনা—অদুদি নিপা! উ অদু লোইনা লৌরুদা যাদ্রে। পৈশা লিক্লোল খরা পীদুনা নেল্লবসু নেল্লসি। শেল [illegible] ! উ অনি মনল

য়াম্বা উনি অস্তুম হায়নরহুনা লৈকাইগী পাখংমচা ময়াম চাক খাঙল-হুনা নোংমগী অরামলস্থ মতিক চানা চানা পিরহুনা আগর উ অহু মতেক অমফাওবা হুন্দোক্লমদনা লৌরুরেদো।

মতম খরা লৈরগা আগর লল্লোনবা নিপা খরা লাক্কুনা আগর থিরকপদা লায়রবসিগী থোঙ্গাল য়োরকপদা আগরগী মনম অহু মখোয়দা হেক ফাওরুরে। মখোয়না ইমুং অসিদা শোয়দনা আগর লৈরে হংলুসি হায়না চঙলক্কুনা হংলরে। নূপীসিনা লৈ, য়েংবিবা য়াগনি হায়হুনা য়েংনবদা মখোয়না পান্থহুমক হেক থোক্লে। মমল হংনবদা লৈরিবা মপৈ অসিগী তংখায় অসিগী মমন্দি সনাগী খাউজাউ ২ গা লুপাগী খাউ-জাউ ৩ গগী শরুক্কি হায়বোইরে। ললোনবগা নূপীসিগা নাকল অনিমক মমল অহু য়ানরহুনা য়োম্বরে। শরুক তংখায় অমনা তুংগীদমক খাক্কুনা থমহৌরবোইরে। ললোনবা নিপাশিং অহুস্থ মখোয়না পাম্বা পোৎ ফংলবহুদদি হরাওনা মপূক্কিং নুংঙাইজবগা লোয়নননা হনখ্রেদো।

লায়রবা নিপা অসিগী ময়ুম-মকৈ পূন্নমক খূরাই লৈমগী খূজিল থৌরাংদগী নিঙথিরবা য়ুম-কৈ শারে। শল, শগোলগী, শনগোল শগোল-শঙ, ফৌগয় শীংগয়-শারে। শল-শগোল লৈশিল্লে। লমজঙফমগী হোজঙ-নচিংবা শাহুনা ইংখোল অকোয়বা অহু চেকপন্না রাংনা খারহুনা অনি-শুবা নিংথৌগুম নুংঙাইনা পাঙ্গরেদো। চহি ওল্লকপদা মীনাই মীশল থল্লে। থোঙদা থোঙঙাকপা থল্লে অস্থুন্না নুংঙাই য়াইফনা পাল্লেদো।

নোংমদি লায়রবা নিপাহুদা মাগী নূপী খুরাইলৈমনা হায়বোইরে—ইবুংঙো! ঐখোয় হৌজিক চাবা থকপা, শেংন-ইন্নবমক্তি রাত্তরে অহুনা হৌজিক য়ুমদা অরেম্বদা মতম মাঙহনবগী মহুত্তা মিংচং খরা থন্নস্থনা হেন্না ফৈ অহুনা অঙোম নিংথৌদগী হেনবা ফিজেং-লৈতেং শেংল-ইল্লগা ফজরবা শগোল অমা তোংহুনা নিংথৌগী রায়েনশঙ অহুদা নুমিং খূদিংগী কাবিয়ু। রায়েলশঙদা নুমিং খূদিংগী তোরিবা রায়েলশিং অহু পূক্কিং চঙনা মচি অমদা ভূমিন্না ফমহুনা তাশিনবিয়ু। অস্থুন্না খুরাইলৈমনা

শীনবা থৌরমগী মতুংইন্না নিপা অসিস্থু য়ারহুনা মুমিৎ খুদিংগী শগোল ভোংহুনা ব্রায়েলশঙ কারগা মচি অমদা তুমিন্না ফমহুনা হেক হেক তাবোহইরে। ব্রায়েল অহু হেক লোইবগা থোন্দনা ময়ুমদা হেক হেক হল্লক্লেদা।

নোংমদি ব্রায়েলশঙদা নিংথৌনা হায়বোইএঃ - "হয়েংদি ঐ শা তানবা চৎকনি থৌরাং তৌ" অস্থুন্না লাউথোরকপা তাবদা মনাইশিংগস্থু মুমিৎ খুদিং উনরবনিনা "নঙস্থু হয়েংদি য়াওরুসিদনা" হায়বোইরে। লায়রবা অহুনা "ফৈ য়াওজগে, হয়েং খরা ঙন্না লাকচরগে" হায়রম্লগা ময়ুমদা হন্নক্লে। ময়ুমদা হেক থুংবগা খুরাইলৈমদা - "লৈমা! হয়েংদি এহাক নিংথৌনা শা তানবা চৎপদা ঐস্থু য়াওবা তারে" হায়বোইরে। খুরাই লৈমনা—"ফরে ইবুংঙো। শা তানবা চৎপদা ব্রারক্লবা মতমদা চাগদবা থক্কদবা পোৎলম পুন্থা অহুগা লংফৈগী চেঙজেল ব্রাত্তনবা এহাক্না থৌরাং জগনি।" অসি হায়রম্লগা মুমিদাংদা হয়েংগীদমক হায়হুনা পুগদবা পোংলম চৈরম পুন্থা থৌরাং তৌহুনা শেন্থা লোইরে। অহুগা হায়বোইরে—"ইবুংঙো! নিংথৌগা লোয়নমা শাদানবা চৎপদি নিংথৌহুবু ইথা-থাদোকপিগন্নু! করিগুম্বা ঙাহাক পেথোরসি হায়বা মতমদা এনা য়োমজরিবা ময়োম অসিমনা নিংথৌদা কৎপিরো। মতমহুদা নিংথৌহুনা করিগুম্বা পুক্নিং তারম্লবদি অঙোম নিংথৌ ওইজগে হায়হুনা হঙ্গৎপিয়ু।" অস্থুম ঙাঙনরহুন নিংথৌগী চাননবা পোৎয়োমদা অথুম অহাও তলনচিংবা মখল মথেল নাইনা-নাইনা য়োম্লহুনা শিন্নরে। অস্থুন্না অহিং অহু লেনখিহুনা নোং ডাল্লে।

অয়ক অঙনবদা হৌহুনা ঈশিং অশাবা পুথোকহল্লগা ঈরু মায়তারহুনা লায়রবা অহু মফি-মরোল শেৎলে। মনাইশিংনা শগোল নিঙথিবা অমা শাবল হাপ্পুনা পুথোক্লে। পুগদবা পোৎয়োম পুন্থা মফম চানা য়ানশিল্লে। শগোল অহু মখোঙ থেকপীহুনা মশাহ শিংশিং নাল্লহুনা অহাপ্পা পোংচৈনা পিক্তক চেংতক্না য়াম্লহুনা শেম শাঙ্খা লোইরে।

লায়ববা নিপা অসিনা ফমেন্দা ফিডৌ অমগী মথক্তা মফি মবোল নিঙথিনা শেংলল-ইল্লনবা হায়তুনা খূরাইলৈমা অহুনা নিঙথিনা মফম চানা থয়ে। লায়ববা নিপা অতুনা চাবা থকপা লোইবগা ফমেন্দা কাথণুনা থল্লিবা ফিরোল অহু মথং মথং শেংল-ইল্লতুনা লাই থুরুম্নগা থোক্কদবগী থৌরাং তৌবে। মতম অসিদা খূবাইলৈমনা মনাইশিংদা শিন খিন। থৌরমগী মতুংইন্না ঈশিং পুল অথনবা পবেং অতুগা খোইজু লৈথাম্ন চিবগী মৈখুনা য়াইফ-খোঙথাং মংম এও ওক্নহল্লম্নবেইরে। অসুম তৌনা নিপা অসিনা শগোল তোংলগা কোন্নুং তম্না চংখবে। কোন্নুং য়েৌববদা মনাইশিংসু শাপোং-লানপোং শেম শাবা লোইবতুনা খোঙ-শানমিন্নবেদো। ংসুম্না কোন্নদগী চংখিবনা চাংনু মান্নুং লোক-তায় তুবেল কয়া লাল্লতুনা শাগী খোঙ্গুল লীনবতুনা শাতানবা হৌরক্লেদো।

শা-তানবা চংনবা নিংথৌনা য়াথং লাউথোকখিবগী অহিং অতুদা অশেংবা অঙোম নিংথৌনা অনৌবী খূবাই লৈমতুগা রাবী শানব-ম্বোইরে। নূপীতুদি মীনাই মীচম ওইনা হৌবকপনিনা নিংথৌগী থৌগল চংপদি অসিগুম্বা পোৎলম চৈবম থৌরাং তৌবা হৌনৈ অসি পুনি পুরোই হায়বা অতু নিঙথিনা খঙলমদবোইবে। অতুগা চয়োম চেঙজেলসু নিঙ-থিনা মওং তাবা অমত্তা ওইদ্রবোইবে। অতুগা নুমিদাং অতুদা মপু-রোইবনা চংপদা চঙ্গদবা থৌরাংদি তৌদ্রতুনা লৈবাক অসিদা কনানা খ্বাইদগী অচৌবনো? অঙম-অথৌ লৈরিবশিংগী মফম মফমগী মতুংইন্না করি কবি থৌরম পুবগে হায়বনচিংবা রারী-রাতাই তৌতুনা লৈবোইরে। মতুদা অঙোম নিংথৌনা শলাইগী য়েংলবদি অঙোম নিংথৌনা হেন্না চাউই অতুগা লৈবাক্কী শিঙ্থোং পুবদি নিংথৌগী খুত্তা লৈ। অতুবু লানগী মতমদদি সেনাপতিনা চাউবা অতুগুম নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদদি অঙোম নিংথৌনা হান্না তোংদবা য়াদে মরম অতুনা অঙোম নিংথৌনা হেন্না চাউই হায়বনি। অতুগীসু মথক্তা অঙোম নিংথৌদি নিং-থৌগী য়েক্তা হেক হেক ফম্লিবসি মবম অতুননি হায়বোইরে।

অঙোম নিংথৌগী ব্রা তারগা নূপী অহুনা "অহুদি লৈবাক্কী শিঙ্গোং পুখদি মীশা মীরা তাবা খবক্নি। লাঙ্গংবা সেনাপতি ওইবস্থু থরাই য়োনবনি। অঙোম নিংথৌ ওইবদি মীগী অচুম অরান য়েংবিবনিনা অঙোম নিংথৌনা হেন্না চাউইদনা"। অস্থুম হায়রবদা অঙোম নিংথৌস্থু নূপীহুগা লোয়ননা হেকমায় কানরহুনা হরাও-হরাওনা "চুমই-চুমই লৈবাক অসিদদি ঐনা মচাউরে ঐনবু য়ারবদি নিংথৌস্থু য়ারে ঐনবু য়াদ্রবদি নিংথৌস্থু য়াদ্রবনি।"

নূপীহুনা "অহুদি হয়েংগী শাদানবা অসিস্থু চৎনিঙলবস্থু চৎপা য়াবা চৎনিঙদ্রবস্থু তোকপা য়াবা অচৌবগী মথৌনিদনা।" অঙোম নিংথৌনা "য়াই ঐগী ইনিঙনি, অহুম ওইনমক লৈবাক্কী ফন্নাই-ফানাই অঙম-অথৌ অকনবা ময়াম হৌ-হৌ তৌহুনা মনা মথুমগী ফিজেৎ লৈতেং-নহুনা থৌনা লিংজলগী চাংয়েংনবা মখলনি। মহুদা চৎলগা মতিক মথৌনা উৎলুবহুগী মনা মথুন ফংলক্পনা ময়ান চাকচা-হৈজানগনি শকখং মায়খঙনগনি অহুনা চৎলুবদি ফৈ" হায়না ঙাঙনবদগী অহিং অহু থেঙখিহুনা থৌরাংস্থু তৌহৌদ্রে অহুগা য়াহৌস্থু থেঙখ্রেদো।

অঙোম নিংথৌনা য়াহৌ থেঙনা লাকপা মরম্না ময়াম চৎখিবহু খেংনহৌদহুনা ইকোন কোন্না থোঙ্গুল লীবা ওইনা লাকখিবোইরে। খরা চৎলগা ময়ামনা চৎখিবা মায়কৈগী লম্বী খঙদ্রহুনা মনাইশিংখরগা লোয়ননা মহাক্তি ময়ুমদা হল্লক্লে।

শাদানবা চৎখিবা নিংথৌদি মনাইশিংগা লোয়ননা শা তানবদা শা অমত্তা ফাবা ঙমখিদরে। হুমিৎস্থু তাশিল্লক্লে হল্লসিরা হায়হুনা মমায় লয়হুনা লাকপদা নিংথৌগী মাঙদা শজি অমা অথাপ্পদা চেন-খিবহু নিংথৌনা উবোইরে। শাগী মাম্লকৈ য়েংহুনা নিংথৌ অহুনা ইশঙ খঙহৌদনা শগোল অহু থুরুপ থাহুনা কন্না তাম্লরেদো। মতুংদা লায়রবা আগর মপু অহুনা মনাইশিংনা তুংইন্নবগুম মহাকস্থু নিংথৌগী মতুং ইল্লকখি। নিংথৌনা অস্থুম থৌখি—অস্থুম থৌখিবনা মমৈদদি

মমশিল্লক্রে। অয়াম্বা মনাইশিং মতুং ইনবা ঙমদনা মহৈ মহৈ চোইথ-জাইনথরে। ময়ুম-ময়ুমলোমদা হুন্নবল্লবোইরে। নিংথৌনা শজি অতুবু তান্নবা য়াবমখৈ তান্নরবদা ফংবা ঙমত্রবদগী ব্লারহুনা হন্না য়েংলকপদা লায়রবা অহ নত্তনা কনা অমত্তনা মতুং ইনবিরমদ্রবোইরে। নিংথৌনা "এঃ নহাক্তি লৈরি, ফবে য়ুমলোমদা হুল্লসিরা করম তৌসিগে ঙ'হাক খন্নরবা তুংদা অমম্বা অসিদা চীংনুংগী অশোঙবা মোংশোং ওইবনা লম্বীসু মফম খঙলবোই; ব্লাবসু ব্লারে, করম তৌসিগে" হায়না নিংথৌনা হায়বোইরে। লায়রবা অতুনা "ইনিংথৌ! লম্বীগীদি ননাই ঐ খঙজে থরদং লেঙখিসি মফম অসিদা অহিং য়ারেকপদা নুংঙাইগদবা মফম নত্তে। ঈশিং মায়শিং অফবা ফংলোই" হায়হনা মানা লমজিংহনা লাকপনা মখোয় অনিমক লম্বীদা মশাতু য়ম্না চোকথরক্লে। মতম অসিদা লায়রবতুনদি হান্না চংলম্নবা শীং চনবদা থেংনখ্রবা মফম ওইতুনা নিংথৌদা হঙ্গংখি। "ইনিংথৌ মফম অসিদগী লম ১০০ বোমদং চংলবদি পোথাবা য়াবা য়ারেকশঙ লৈ, মফমতু ফাওবতদি লেঙসি" হায়তুনা য়ারেকশঙ লৈবা মফম তান্না লাকমিন্নরে। মফম অতু হেক য়ৌবদা লায়রবা অতুনা য়ারেকশঙ ময়াদা থুনা শগোলদগী কূমথরগা নিংথৌবু শগোলদগী ওকচরে। অতুগা "ইনিংথৌ! মতম্নগা থেঙজিল্লকপনে, সনা হকচাংসু ব্লারম্নগনি ঙাইহাক্তং পোথাবিসি" হায়রম্নগা শঙ মনুংদা চঙতুনা পোথাবা য়াবা মফম শেমহনা নিংথৌবু পুশিল্লগা পোথাহল্লে। মৈ থরা থাগত্তুনা থম্নম্নগা মশান থোক্লক্লুনা শগোল ২ মক উয়ুং পাম্বী অমমমদা পুনশিল্লে। শঙ মনুংদা হান্না থুংলম্বা মীশিংনা শীজিন্নরম্বা ঈশিং উতোং ৪ দং পুরগা অফবা ঈশিং শোক্লুরে।

লায়রবা নিপাসিগী মতৌ উবদা নিংথৌনা হায়বোইরে। "হৌজিক্তি চান-থক্লবা তৌরসি। নহাক্কী চাবা য়াবা পোৎচৈ করি করি য়াওরি?" লায়রবতুনা ইনিংথৌ! ননাইনা থৌরাং থরদি তৌজরকই অতুবু কিজবদগী হঙ্গৎপা ঙমদহনা লৈরে। য়ুমগী ননাইনুবীনা য়োম্নকপা চয়োম চেঙজেন্ন

য়াওজরি” হায়রেবাইরে। নিংথৌনা ফরে অছুদি পুণোরকলো চারসি ঐগীসু য়াওরিবনি হায়রবদা নিংথৌগীদমক তোঙান্না য়োম্লকপা ময়োম অছু হাংদোক্লুহুনা শঙ্গোম অনৌবগী, অফব্বগী, অথুম অহাউগী, মখল মথেল নাইরবা লফোই লতং চেঙপাক কবোক চুহিনচিংবা পুন্নমক অহু পুথোক্লগা পুন্নমক নৈখাইরহুনা নিংথৌদা কৎলে। নিংথৌনা নহাকসু চারো হায়রবা মতুংদা মহাকসু চারে। খুৎশা নিঙথিনা শেংদোক্লুনা পোশ্বাফমদা চঙথরে। অহুগা নিংথৌনা লায়রবা অহুদা হায়রেবাইরে। নিপা! নহাক্কী নুপীহুনা য়োম্লকপা পোৎয়োম অসি ওন্থাক্লা মচু তাগ্রে। থোংবা থাকপা মখল মথেল নাইরবা কয়া অসি হুন্দোকপা য়াবা অংক্তা হেক য়াওদে। ওন্থোক্লা হাউখ্রে। ঐগী শেম্লকপবুদি নঙগী নুপীনা শেম্লকপনা য়াম্না হেল্লে। নিংথৌ ঐগী ইপূক অসি পেল্লে। অহুবু ঐনা নঙবু নশক থরা খঙগুমসু তৌই মুন্নদি খঙবা ঙমদরে, নহাক কনানো হংবোহরে। নিপাসিনা ঐদি রায়েন-. শঙদা নুমিৎ খূদিংগী কাজবা চহি ৩ লোম শুজরে। ইনিংথৌনা লৈবাক্কী রায়েল চৈরাক পৌবিবদা ননাই ঐসু নুমিৎ খূদিং থৌগল তৌবা কাজবা মীনি। রাসি তাবদা নিংথৌনা ফরে ঙসি নহাক্লা ঐগী য়াম্না রারবা লান্নবা মতম অসিদা য়ারেকশঙ মফম খঙনা লমজিঙহনা ইপূক পেন্না পিজ পিথক তৌরে। হৌজিক ঐগী লান্নী অকল অথৌসু কনা অমত্তনা হন্না য়েংবিরদে। অহিং অসিদা অশোঙবা উমং মনুংদা নহাক্লা ঐবু থাদোক্তনা তুংইল্লক্কুনা পোখাবা যংহনবা অসিগীদমক ঐহাক পেনবনা ঙমথৈ নৈত্রে। নঙদি করম্না ঐগী তুং ইল্লবথি? মীয়ামদি কনানসু ইনবা ঙম্নরকখিদে?” লায়রবহুনা ‘ননাই ঐদি থরাই খুবাক্তা হাপ্পুনা ইনিংথৌ মতোমতা করম্না অশোঙবা উমং অসিদা থাদোকদগে খনবদগী শোয়দনবা হোৎনহুনা তুংইনবদগী থৌগল অসি ফংজররিবনি।”

নিংথৌনা “অছুদি নিপা! নঙনা ঙসি ঐগী থৌগল্লি হায়না লাক-পানিনা অমুক হেন্নহুম পেল্লে। নহাক্লা পাম্বা অমত্তং হায়য়ু। ফম পাম্বরা শেল থুম মনা মথিল ফংবা পাম্বরা? ঐ মহু পিগে হায়রবাইরে।

লায়রবহুনা - 'ননাই ঐনা পামজবদি অঙোম নিংথৌ ওইরগা ই নিংথৌগী থৌগল অসি তত্তুনা ফংজবা অহুতদি পামজে" হায়বোইরে।

নিংথৌনা 'ফরে, হয়েং য়ুমদা থুংলগা চৈরাক রায়েল শঙদা অঙম্বা ময়ামগা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা অঙোম নিংথৌ ওইবগী মনা মথুনগা কোন্নবা হৌনবী পুম্বা পীগনি" হায়রেদো। অহিং অহু অসুম্না য়ারেক-শঙহুদা পোত্থামিন্নরে।

নোং ঙাল্লক্লহুনা নিংথৌগী চিল-মা শেংবা য়ানবা থৌরাং পুম্বা লায়রবা অহুনা হোংনরে। নিংথৌগী শগোল পুশিন্দুনা নিংথৌবু শগোল-থক্তা থাঙ্গৎলে। মহাকসু মাগী শগোল মথক্তা কাখংলহুনা মপু মনাই কোন্নুং তম্না লাববিন্নরে। কোন্নুংগী নিংথৌ মনাইশিং থোঙমী-লাম্মী পুম্বসু নিংথৌনা মুমিদাংদা মফম খঙদনা কোন্নুং য়ে রক্তুবদা থোসুল লীননবা নৌবাংনরম্বা মতমহুমক্তদা নিংথৌনা লায়রবা অহুগা কোন্নুং মনুংদা চঙলক-হুনা থুংলরেদো। মীয়ামসু নিংথৌ লাক্তরে কায়ে হায়না থানরম্বা পুম্বহু কোক্লরে। ঙম্নমক হরাউনরে।

মতম ওইসক্লহুনা চৈরাক রায়েনশঙদা অঙম অথৌ পুম্বা তিল্লে, মনাই মশল পুম্বসু কারক্লে। মফম মফম কম্লহুনা রায়েলশঙ অহু মীনা চেল্লবে। মতম অসিদা নিংথৌহুনা ঙরাং শাগানবদা মাগীদমক অরাবা কয়া খাঙহুনা শেঃ থিবগীদমক নিপা অসিবু ঙসিদগী হৌনা অঙোম নিংথৌ হাপ্লে। মাগীদমক মনা মথিল দোলাই ফৈন তোংহল্লু থামেন চৎপা থুজি তানজাউ শিহল্লা হায়না মীয়াম মমাঙদা লাউথোক্লে। নিংথৌগা ম্নাথং মতুংইন্না লায়রবা অহুবু অঙোম নিংথৌগী ফমফমদা ফম্ব্বল্লহুনা থামেনচৎপা থুজি তাঞ্জাউ শিহল্লে। থৌগল মনাই পিরে। অঙোম নিংথৌগী ফমফমদা ফম্বন্দুনা থৌগল তৌরে।

মতৌ অসুম তৌংনা আনৌবা অঙোম নিংথৌ হাপ্লবহুদা হান্নগী অঙোম নিংথৌনা মমায় ফিরুক খুমহুনা হনখ্রে। মমুম য়ৌরগা মাগী নুপী শকহেনবী লিন্দাউবীহুগা পান্নহুনা লৈথি। অহুগা লায়রবগী য়ুমদা

লৈবী পূকচেল তপ্পী নূপীহনা লায়রবা নিপা। অদুবু শৌগৎতুনা অঙোম নিংথৌ ওইহন্দুনা মুংঙাইনা পানখি হায়দো। অদুগা মমৈথংদদি হান্নগী অঙোম নিংথৌ ওইবনা কেথোক-মৌথোক্লা পুন্সি লেল্লকপনা অমদি চেকশিন্না মুম পানবা হৈতবী শকহেনবী লৌরুবদগী চাকনি ফিনি তৌদুনা পানখি।

## ৩২। লম্বোইবনা কৈ তানবা

থ.য়না মমাংদা লম্বোইবা নিপা তমনা অমুম লম কোয়রক-পোইরে। মহাক্লা লম ঙমুম বোয়রবদা খুঙ্গং অমা তানা লাকপদা লমখাংদা অশোঙবা উম অমা লাল্লম্মী। উমং অদুগী ময়ায় চল্লকপা মফম অদুরাইদা লম শাংনা লকপদগী রামনথ্রদুনা তেরা পাম্বী অমগী ম.খাঙদা ঙাহাক্তদুম পোথাখিগে হায়দুনা পোথাজবোইরে। মতম অসিদা অচৌবা কৈজাও অমা উমংদগী থোরক্লুনা ল.ম্বাইবা অদু তম্না লাক্লুনা ঙ্রং ঙ্রং ঙংনা চোংশিল্লক্কদবগী তৌরবে। মতৌ অসিদা লম্বোইবা অদুনা চেনবসু ঙমদা উদা কাহৌবসু ঙমদা করম তৌসিংগে খনবদা খনফম খঙদ্রনা মমৈদা মগাক্লা জগোইদুম শাদুনা লৈথোক্লে। মাগী মনাক য়ৌরক্লগা কৈ অদুনা হায়বোইরে।

হাই নিপা! করিগীনো নঙনা ঐবু উরগা জগোই শারিবদি? লম্বোইবদুনা ঐদি মহৌশানা কৈ চাদুনা হিংবা মীনি। কৈ ফংদবা কুইরে অমবুদি ফারবনি অদুবু অনি শুদবগী রারম্বা অদু নহাক লাক্লবনিনা অনিদি শুরেদনা হায়বা রাখন্দগী ঐ হরাউমনখিদুনা জগোই শারিবনি হায়না খুম্বোইরে। কৈ অদুনা ফরে, নঙনা হান্না ফাবা কৈদুদি কদায়দনো য়েংগেদনা। লম্বোইবদুনা য়েংজোনে অদুবুদি অদুগনে হোরেল নঙ মাবু উরগা চেনবদি য়ারোই! নঙ চেনগদরা চেল্লোইদরা হান্না হায়খো হায়বোইরে। কৈদুনা করিগী চেল্লুনি হায়নথ্রেদনা খুম্বোইরে। ফরে

হান্নগী অসি নঙ উরগা মপাং লাক্লে হায়রুনা চেনখিগনি অহুনা কুইনা য়েংশঙ্গি য়াঁরোই অসুম হায়রহুনা লম্বোইবহুনা মাগী খাউ অহু থাংদোক্লে। খাউগী মচিল অহু তপ্না তপ্না ফাল্লগা খাউনুংদা য়াওবা মিংশেল অদুগী অকোয়বদা খাউ মচিল শূপচিল্লগা মিংশেল অহু কৈরোমদা ওনশিল্লে। কৈ অহুনা মিংশেন্দা তারিবা কৈ মমিং অতোপ্পা অমা ওইরবোই খন্দুনা ময়া থিগত্তুনা ঙ ঙুরে। মিংশেল মনুংদসু অসুম্না ঙংলরুবা অহুদদি কৈহুসু খরা চিংনবা পোকলেদো। মতম অহুদা লম্বোইবা অহুনা হাই-হাই! তৌরুমু-তৌরুমু! নঙবু ঙম্বা কৈজাউ ওইরম্নবদি করম তৌগনি। ঙাই-খো তপথখো! নঙনা ঙম্লোই মাবুদি ঐনা ফারগনি হায়দুনা খাউ অহু মচিল শূপচিন্দুনা কম্না লোইশিনবা হোৎনবোইরে। অসুন হায়না-হায়না মহাক চেনখিবা থোক্লবদি তান্নবা ব্লাগনি ঙাইখো তপথো অসুম্না থেম-জিন্নরিঙৈদা কৈ অহু মমৈ ফিরাল শানা থেক্কত্তুনা মানা হেক ঙম্মখৈ কম্না চোংথ্রগা মিপাই-থাবাইননা চেনখ্রেদো।

কৈহুনা শউম চাউনা ঙংলগা চোংখিবা অহুদা লম্বোইবহুদি কিমন-খিহুনা রাম্বহুনা লৈবাক্তা তাহুনা লৈরে। ঙাহাক লৈরগা লম্বোইবা অহু লৌশিং লাক্লহুনা হোগ লক্লে। মতম অহুদা শীং চনবা নিপা অমসু অসুম লাকপদা লম্বোইবহুগী মনাক্তা কোক হেক য়োৗরক্লে। মহাক্না লম্বোইবহুগী মমিৎ মনা ইফিং ফিঙ্গত্তুনা নিংশা শোর মপী হোন্দুনা লৈবহু উরগা "করি তৌরবগে" হংবোইরে।

লম্বোইবা অহুনা খুঙ্গং তানা চৎকে লাকপদা রামন্দুনা তেরা মথোঙ অসিদা ঙাইহাক পোথারিঙৈদা কৈজাউ অমা লাকই। করিগুম্বা কৈনিংচিং অমুক লাক্কত্রা খনবদগী রারম্বনি অহুবু হৌজিক্তি ইবুংঙো নঙসু লাক্ল-বনিনা ফরে ঐখোয় অনিদি শুরেদনা! অহুবু লম্বীদা অমুক থেংনরবদি কমদোগদগে অসুমনা ঙাইহাক রারী তৌনরিঙৈদা অসাইগী কৈ অহুনা মপাং ময়াম লৈবা মফমদা চেনশ্রগা তাক্লুরবোইরে। মকপশা! য়েংউ কৈ চাবা তাইবং মী অমা লৈহৌরে। মানা চাগদবা কৈ অহু ঐনা য়েংগে

হায়রবদা মানা থম্বা থাউ মনুংদগী কৈদ্না ঐবু চিক্কে তৌরকখি। অদো নিপা অদুনা কৈ অমত্তু চেনখিদৌরে হায়দুনা কন্না ফাবা হোৎনরিঙৈদা ঐ চেল্লক্লবনি। অদুনা ঐখোয় মফম অসি থাদোক্লসি। অতোপ্পা মফম অমদা লৈরুনবা হোংলসি। নিপা অদু লাক্লবদি ঐখোয় পুম্বা মাগী মচিঞ্জাক ওইনখিবা তাই হায়বোইয়ে। ময়ামগী মরক্তগী লুচিংবা কৈজাউ অমনা "ঙাইখো! নিপা অদুবু কয়ামুক মত্তিক লৈবা, মথৌনা ফবা তাইবং মীনো মপাঙ্গল কয়ামুক কনখ্রবনো অমুক্তংদি য়েংলুখিসি। নঙ মফম চিংউ'! হায়দুনা লাকমিন্নরেদো।

কৈ ময়াম অদুনা উমং অদুদা শোরো শারা শোরো শারা চৌদুনা নাপী শীংবী উনা রানা অকংবদা নেত্তুনা লাকপা অদু লম্বোইবদুনা উববোইরে। মাখোয় অনিনা অত্তুম লৈরিঙৈদা কৈ ময়াম অদুদা অহানবগী কৈ অংনা য়েংউ আদা লৈরিবসিনি—অসাইদি অমত্তবু লৈবনি হৌজিক্তি অনিদুন শুরম্লে তেরা মখোঙদা লৈরিবসিনি হায়রবদা কৈ লুচিংবা অদুনা ঙাইখো অহৃদি ঐখোয় ময়াম পূন্না চঙ্গনুসি। তেরা পাম্বী অসি ইকোয় কোয়শিল্লসি হায়দুনা কোয় শনবা হৌরে। মতম অদুদা লম্বোইবা অদুনা শীংজনবা নিপা অহৃদা করম তৌসিগে হৌজিক্তি কৈয়াম হৌদুনা লাক্লে। মায়কৈ ৪ মক কোয়শিল্লক্লে। রাসি তাবদা শীংজনবা নিপা অদুদি মপাঙ্গল কনবনিনা মাগী শীং য়ান্নবা থাঙপাক অদু মনিঙ্গোঙদা য়েপশিল্লগা মফি তাখত্তুনা তেরা পাম্বীদুনা মথক্তা কাখৎখ্রে। লম্বোইবা অহল অহৃদি মপাঙ্গল শোনবনিনা উদা কাবা ঙমদদুনা তেরা মখোঙদুদা অত্তুম লৈরেদো। মাসু কাবা ঙমগদরা হায়দুনা ফন-হোৎনজে, ঙমদ্রদুনা অত্তুম লৈরবাইরে।

অস্তুম্না তিংঙক মায়ঙক্লনা লৈরিঙৈদা কৈয়াম অদুনা তেরা পাম্বীগী অকোয়বদা অস্তুম অস্তুম নকশিল্লক্লে। কৈয়াম অদুনা ঙাওনবোইরে। নিপা অসিনা তৌরিবা অসিবু তৌশিন্নরিবরা? চঙশিল্লো য়েংঙসি হায়দুনা তেরা মখোঙ তম্না লাক্লবা মতৌ অদু উবদা তেরা মথক্তা কাখিবা শীংজনবা নিপা অদুনা কিমনখিবদগী মথং মথং অস্তুম কাখিবনা মমৈদদি তেরা মশা

অকংবা অমদা হেক থোক্লুরে। মতম অসিদা তেরা ককচেং অমনা নিপাহুগী খোয়দৌদা কক হেক চিক্লবদা নামনখ্রহুনা মহাক্না অকংবা মশা অহু তাপ হেক পায়রম্বদগী মহু প্রোক প্রোক লাউনা তেক্তুনা কৈ ময়ামগী অপুনবা মরক্তা দম লাউনা হেক তারক্লেদো। মতম অহুদা লম্বোইবা অহুনা তিংখত্তুনা হো! ময়ায় থংবা অরাংবা অচৌবহু হান্না ফারো! নমও। হায়না হেক লাউরক্লেদো। খোঞ্জেল অহুগা নিপাহুনগা দন লাউনা হেক তাবকপহুগা মপা চানমনগ্রবা অহুদা কৈ ময়াম অহু কিহুনা কায়হুনা চেন্নখ্রে।

তেরাদগী তারক্লিবা শীংজনবা নিপা অহুসু মানা তোংলুবা তেরা অকংবা মশা অহুগা তাবকপদা অশোঙবা উনা-রানা মথক্তা তারকপা মরম্না মশা অহু শোক পনবা থোক্তরে। অহুম ওইনমক ঙহাক্তুংদি রাম্ভক্নরেদো। লম্বোইবংনা মকোক ঈশিং য়ৈবিবে। মহাকসু লেশিং লাক্রে। অসুম্না কৈগী মথয়াক্তগী পুন্সি কল্লবা মতুংদা হুন্দিংরাই ওইবক-লহুনা লম্বোইবহুগা খুঙ্গং তানা লাক্রে। অহুনা পাইনক্কী লৌশিংনা লম্বোইবনা কৈ ময়াম তান্দুনা থরায় কনখি হায়দো।

———

# ৩৩। থোক্লরবা খোগেন্দ্র তাল্ল-থবী।

মমাংঙৈদা তুবেললনা ময়ায় থায়বা খুঞ্জাউ অমা লৈরম্মী। রাংমা অমদা পাংঙলশিংনা খুন্দাই। রাংমা অমদনা মৈতৈনা খুন্দাই। মৈতৈ খুঙ্গং অসিদা খোগেন্দ্র কৌবা পাখং অমা লৈরম্বোইরে। মহাক্না মহাক্কী পুন্সিসিবু করম্বা মওংদা লেল্লগদগে হায়বহু মাঙজৌননা খঙনিঙবদগী খুঙ্গং অহুদা লৈবা নিংথৌগী পাঞ্জি শঙলাকপা অমদা পুন্সি ময়ি য়েংবোইরে। পাঞ্জি অহুনা ইবুংঙো নঙদি ইরাংমা লানবা "থ" না মনিংগী মকোক হৌবী মশক মতৌ ফজথ্রবী, ফক্লপ তিন্নদবী অমগী মপু শোয়দনা ওইগনি হায়ররকপোইরে।

মহৌশানা তুরেল ৱাংমা ৱাংমা তাবা হিদেল মায়োক্লবা মরম্না খগেন্দ্রনা পাঙল নিঙোল থবী কৌবী অমগা মুমিং খুদিংগা ঈরু মায়থঙ্বা মতম হেক হেক মান্নরম্বোইরে। পাখং অসিনা পাঞ্জিন্থনা হায়রকপা মুপী অসি থবী হায়বী নুপী অসিবু ওইবা য়াই। মহাক মশক মতৌমু খ্বাইদগী হেন্না ফজে। মমিংসু "থ" না হৌবিনি। মহাক অসি ওইবা তাই। অসি-গুম্বা ইফ্রুপ তিম্নদবী নিঙোল অমা লৌরুরগা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা ঐবু খুঙ্গোইনবা অত্থুগা লৈবাক্কা তিম্নদত্থুনা তোঙান তাত্থুনা লৈগদৌবগী শরুকপুদি নুপী অসি হেক হাত্তোক্লগা লোইরে খনখিবোইরে। মরম অত্থুনা খগেন্দ্রনা থবীসিগী চীক্লা উনবা মতম ঙাইত্থুনা খুদোং চাবা মুমিং য়েংত্থুনা লৈবেদো।

নোংমদি পাংঙল নিংঙোল থবীনা তুরেলগী হিদেন তাকমদা চেংঙী শম্বাল লাংত্থুনা লৈরিঙৈদা খগেন্দ্রসু হিদেন্দা কুম্নরুম্মী। মী কনা লৈতবা মতম ওইরে খঙলত্থুনা মহাক্না তুরেল অত্থু লাম্থোক্লে। অত্থুগা থবীদা হায়বোইরে। ইবেম্মা! থবী! লৈবাক্কী পাঞ্জি শঙলাকপা রাচুম হায়বনা নওগা ঐগসি শোয়দনা লোন লৈনররগনি। মাসি নোংদম্বা লাইনা থারক্লবনি হায়রি। অত্থুবু ঐদি ইফ্রুপ তিম্নদবগা লোন-লৈনবা হায়বসি পামদে। মীমাঙ থোকপা ঙম্লোই। অত্থুগীসু মথক্তা লাইবক্না তম্বগা ঐনা শুরু নোম্ন্বা তৌরুবা থবক্কী মহয়গা কনানা কনবগে য়েংবা তারি। নহাক ৱারৌগম্থু! অস্থম হায়রম্লগা মনাক্তা তাবা ৱাকোক অমা তাপ পায়ত্থুনা থবীগী মকোক্তা পোপ লাউনা হেক থারুবে। পাংঙল নিংঙোল থবী কৌবী অত্থু লাউবা ঙাঙবা নংদনা রাম্থত্থুনা লৈরায়দা লোংনা তাত্থুনা লৈরে। মত্থু উবদা খগেন্দ্রনা এঃ মাসিদি মা কনাগুম্বনা উখ্রগা ফররোই। অত্থুনদি ঈশিংদা থাদখ্রগে খল্লত্থুনা ঈশিংদা ঈম্থরে। ঈচেল মতুং ইন্না তাউথহনখ্রেদো।

অস্থুম্না ঈশিংগী ঈচেলদা তাউথখিবনা থবীদি মকোক ঙাওরুবত্থু মকোক্তা ঈশিং য়ৈখিবগুম থোক্লত্থনা থুঙ্গং অত্থু লানখ্রগা লৌশিং লৌমাঙ লাক্লেদো। তুরেল লৈরায়দা কাখৎচরত্থুনা মক্বি মরোল অচোৎপা অত্থু

শুমদোক্লগা কাখৎলক্তুনা লৈরিঙৈদা খুঙ্গং অতুগী বামোন অমনা ঈরুগে হায়দুনা কুম্নকপদা কোক হেক থেংনরে। মতম অসিদা বামোন অতুনা ইঙক ঙক্লা মুন্না য়েংবদা মাগী খুঙ্গংগী মীসু মান্দ্রবা অতুদদি ইবেম্মা! নঙদি কদায়রাইদগীনো করম্না মফম অসিদা নতোমতা লৈর-ম্লিবনো হংবোইরে। মতম অতুদা থবীনা বামোন্দুদা য়েংবদা লুগুণ মচা য়াম্না থাংই মৈতে নত্তবা তাই খল্লদুনা মাবু য়োকপি থাকপিননবা ওইদবা ঙাঙলগে খনবোইরে। অতুনা বামোন অতুদা ঐহাক বামোন মচানি, তুরেন্দা চেংহী লুরম্বদগী কোক ঙাওদুনা ঈশিংদা ওম্বদা কোক অসি শোকখ্রমাল্লে। মফম ইখঙ খঙহৌদনা অতুম রাপ্তদুনা ঈশিংদা তাউরক্লবীনি অস্তুম খুম্লেদো।

বামোন অতুনা অহুদি ইবেম্মা! ইপাদি ইচাসু পোক্তে নঙবু ইমোম অপোকপীগুম নাউয়োক্লগে ঐগীদা অস্তুম লৈরো হায়দুনা য়ূম তান্না পুখত্তূনা লুনা চান্না তৌবিরে। মচাদ মচা অপোকপীগুম লৈরব-সিদা লৈকাইনা হংলকপদসু এঃ ঐখোয়গী নূপীগা পোকমিন্নবী মনাও-নূপীগী মচানি। ঐগীদি কনা লৈতবসিদা ইচাসি লৌরুবনি হায়দুনা খুম্ল-খুম্লদুনা মতম কয়া লেপ্লক্লেদো।

মতমগী মতুংইন্না ঈনখৎলকপগী হৌনবা মথোক কারকপা মতম ওইরদুনা থবী নোংম-নোংমগী নিঙথিবা ফজবা অস্তুম অস্তুম হেল্লক-পোইরে। নোংমদি খগেন্দ্রনা অস্তুম লম কোম্নরকপদা থবীবু কোক হেক উরুরে। মাগী নিঙথিবা চেংলৌ শক্তম অতু উবগা খগেন্দ্র নিংদোল পীং হেক লাউবমখৈ পামলুরে। হুংশিবগী মহু কল্লবা তেম্না থম্মোয়দা তেনকাপ কম্না থাবগুম মথম্মোয় অতুদা থবীগী তেপ্না য়ূখ্র-বোইরে। মরম অতুনা খগেন্দ্রনা বামোন নিংঙোল অসি ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইরগে খল্লদুনা থবীগী নাক্তা চঙদুনা হুংশি হুংওনগী রারী শাবা হৌরেদো। খগেন্দ্রদি মানা মমাংঙৈদা হাৎলবনি হায়দুনা ঈশিংদা ঈস্থিরা পাংঙলনূপী অতুনি হায়রবহুদি খঙলমদে। থবীনদি ঐবু শিরসন্নু

হায়ত্নুা ব্লাকোক্লা থারগা ঈশিংদা ঈস্থবিরম্বা খগেন্দ্রত্নুনি হায়বা অত্নু থঙই। অত্নুবু নুংশিবগী লৌচিংনা কনখিবনা নুংশিহৈতবগী থবক তৌখিবা পূম্নমক মাগী মফমদদি নুংশিবা ভাক ওইখিবনা লম্মন শিংগে খনখিদে। থম্মোয় অনি লৌতিন্নবগী নুংওন ব্লারী শান্নত্নুা লৈরে। খগেন্দ্রনা হায়বা পূম্বা য়াথং ইঙনিংবগী ব্লাফম তৌরবদা মখোয় অনি পূন্না মফম অত্নুদা লৈরসি, পুন্সি লৈপুন ওইনরসি হায়না ব্লাশক্লরবদা থবীনা মাঙ থারগা বামোন অহল অত্নুগী মফমদা ঐখোয় অনিবু পুন্সি লৈপুন শেম্বিরো হায়ত্নুা খুরুম্লম্মী।

নহা অনিগী মতৌ উবদা বামোন অহল অত্নুা ফরে ইচাসিদি নঙনা পাম্বা অত্নু ইপাত্নু য়ারে হায়ত্নুা মখোয় অনিবু পুন্সি লৈপুন ওইহন্দুনা য়োকপি থাকপিরে। অহলগী মতেং পাংত্নুা লৈমিন্নরক্লেদো।

নোংমা লৈকাইগী লাইরিক তাবা অমা বামোন অত্নুা চংখ্রি-ঔেদা খগেন্দ্রনা মতালোয় থবীবু কোঞ্জ-নাঞ্জরত্নুা মখোয় অনিতা লৈরম্মী। মমৈথংদা খগেন্দ্রনা মতালোয় ওইবী থবীগী মকোক্তা নান্দুনা নুংশি নুংওনগী ব্লারী শারত্নুা মতম লেপ্লিঔেদা মতালোয়গী মকোক্তা ময়ি অশাংবা অমা লৈবত্নু থেংনক্লরে। মত্নু খগেন্দ্রনা ইবেম্মা! নহাক্কী নকোক্তা শাংলবা ময়ি অমা লৈবসিবু করি তৌবদগীনো হংবোইরে।

খগেন্দ্রগী পূকচেল লেপ্লে মাবু থাদোক্লরোই খঙলত্নুা থবীনা ইবুংঙো! অশেংবা হায়জগে, ঐবুদি হুন্দোকপিরোই। হায়না ব্লাশক-পিয়ু হায়বোইরে। ব্লাত্নু তাবদা খগেন্দ্রনা ঐনা নঙবু নুংশিজবদি ইশাগী থব্লায়দগী হেন্নত্নু নুংশি! ইথব্লায় ওইবা নঙবু করিগী হুন্দোক্কদগে। থোক্লিবা নুমিৎনা য়েংসন্নু! অস্তুম ব্লাশক্লবত্নুদা থবীনা ইবুংঙো! অত্নুদি হায়জরগে—"ঐহাক্তি লাইবক থীরবী মুজানি। ইবুংঙোনা মমাংঔেদা ঐবু হাংলবনি হায়ত্নুা ব্লাকোক্লা থাখিবী তুরেন্দা ঈস্থবিরম্বী থবীনি। নহাক্লা থাখিবা ব্লাকোক্কী ময়িত্নু কোক্তত্নুা লৈরিবসিনি।" অস্তুম হায়না খুন্নক্লেদো।

অসুম্না অশেংবা রাফম তাক্লবহুদা খগেন্দ্রনা খনবোইরে। মীওইবগী মপোক্না পোক্লবা হায়বসি থবক্সী মহয়না পুনশিদা তম্নকপবু পুমককমক হেক ককপা ঙমদবোইরে। তৌরুবা থবক্সি মহয়না মতম খরা য়েথোক্লবস্ত লাইবক্তা তম্বু-তমথ্রবদি কনানস্থু ককপা ঙমদ্রবোইকো। মশা মশানা মশাগী লাইবকপু পুমশেম শেম্বা ওইথোক্কে খরদংদা মহেং পাংবা ওইরেকো। নোংদম্বনা শিনখিবা রায়েল পথাপ কায়হনবা হায়বসি মীওইবগী পাঙ্গল নত্রবোইরে খল্লগা হায়রকখি। ফরে—নঙগা ঐগসে নোংদম্বনা নোংদম্নস্বগী মতুংইন্না ঐনা মতু লাম্থোক্কে নিঙববু ঙমখিদবে। অহুনা ঙসিদগী হৌনা কনাগুম্বা মরা মপুরোইবনা মতালোয় ওইবী অহুগী মকোক মশম পায়হুনা শমজেং হাৎপিহুনা নুংশি-নুংওনগী রারী শানরবদি ঐগী থম্মোয়দা নিঙওম্নক্তবা থোক্লিবা অসিগুম মহাকস্থু নিঙঙমদবা মৈ কংবা অমা ওইবসনু! অসি হায়রগা মখোয় অনিমক পুন্সিগী ওংন থানবা য়াদবা লৈপুন ওইহুনা থোক্লববা থবকপু অমুক করম্না হন্দোক্কনি। থবী, এগী ইফমদা ইতালোয় ওইরে নোংদম্বগী থৌদা ককপা লৈথোকপা য়াদ্রে হায়না পুনশি নুংশাংনা লেমিন্নখিবোইরে। রারী অসিদগী থোক্লরবা খোগেন্দ্রে তার থবী হায়বা পাউরো অসিস্থ লৈবাক খঙনা থোকখি।

---

# ৩৪। শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী রারী।

থায়না মমাংথৈদা নিংথৌগী মনাই অচানবা অঙম্বা অমা লৈরম্বোইরে। মহাক্কী নুপী অনি লোনবা। নুপী অহল অহুনা শমজ্রেম্বী কেৌবী মচানুপী অমত্তমক পোকপোইরে। অতোম্বী অহুদি মচানুপী অমগা মৌপ্‌বা অমগা অনি পোকপোইরে। মচে অহুগী মমিংনা

চাইশ্রা কৌবোইরে। চাইশ্রাগী মৌপ্‌া অসিনা য়াম্না অঙাং ওইরি-ঙৈদা অঙম্বা অসি শিদোকখ্রেদো। মপুরোইবা অসিনা শিখ্রবা মতুংদা নূপী অনি অসিনা মপুক পুবা ওন্নবা মচাশিং থাকপন্থ য়াম্না রানা হোৎনজবোইরে। নূপী অনি অসি মচেনদি মনাওনূপীবূ লুনা চান্না মতৌজে অন্থবু মনাওনূপী অসিনদি মচেম্বু কয়া নিঙদবোইরে। নূপী অনিসিগী মচানূপী অনিসি চহি ফানা হুম্নদে। অহল শমদ্রেম্বীনা খরত হনবনি। মহাক্তি ঈংই তপ্পি মশক মতৌম্নু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজ-বোইবে অন্থগা চাইশ্রা কৌবী মনাও অসিদি মশকপুদি ফজরগা মতৌ লৈবী য়েংবদা পূক্লিং ৎবী হায়বত্থদি থোক্তবোইয়ে।

নোংমদি মচিল মনাও মখোয় অনি ঈশিং শোকপা চৎপোইএ। মখোয় অনিনা ঈশিং শোক্লরগা কারকপদা লৈবাক্কী নিংথৌ অন্থনা শাতানবা চৎলুবদগী হল্লকপগা মতা চা-নকন্থনা মখোয় অনিগা ওক্ল-রেদো। নিংথৌন্থনা শমদ্রেম্বীগী নিঙথিবা শক্তম উবদা মিতামনখ্রন্থনা শগোলদগী কূমথরগা হায়বোইরে—।

ঙা ইবেম্মা ! ফিমন শেংপী !
লাইজ ঈখৌ লাংইদা !
ফিগে শেংপী পামদে,
কংনানপুল পুবী পাম্মা,
লাইজ খূজোক অমনা,
ঈখৌ লাংববু কোক্লগেবা !”

রা অসি তাবদা শমদ্রেম্বীনা ঈশিং হৈন্থনা নিংথৌন্থদা পিথকচে। চাইশ্রাদি মাঙোন্দগা থক্কে হায়দে হায়ন্থনা মপূক রাবোন্থনা লৈবোইরে। নিংথৌনা ঈশিং থকপা লোইরগা শগোল মথক্তা অমুক তোংখৎ-লন্থনা কোম্নুং য়োনা চৎখ্রেদো। ন্থমিৎ চূপ্পা শমদ্রেম্বীগী নিঙখিবা শক্তমগী মমিনা নিংথৌগী থম্মোয়দা চূখিন্থনা কাউবা লৈতনা অম্নুম লৈবোইরে। শমদ্রেম্বীগা চাইশ্রাগা অনিদি ঈশিং অন্থ পুরক্লগা মহৈ-মহৈ মাগী মাগী চাকথুম্ন কাদা থম্নখরে। মতুং অন্থদা চাইশ্রানা মমাদা ইমা !

ইচেগা ঐগা ঈশিং শোকপদা লম্বীদা নিংথৌ লাক্লগা ঐবুদি পামদে ইচেবু পাম্মী কংনান্বুল পুবী পাম্মী ফিগে শেৎপী পামদে হায়হুনা ঐগী ঈশিংদি থকপিদে হায়না পাউ তম্বোইরে। চাইশ্রাগী মমানা নিংথৌনা মচেগী মচানুপী অহুবু মিত্তারে ঐগী ইচানুপী অসিবুদি মিরাইরে খল্লহুনা মাখোয়বু মাঙহন্নবা ব্রাখল তৌবে। অহুগা মচানুপীদা হায়খিবোইরে। ইবেম্মা ইচাসিদি অঙাং ওইবি হায়বগী তৌবনি, মীওইবগী ফজব্ব ফিজেৎ লৈতেং য়াওদনা ফজবা য়াবরা। নঙগীস্থ মতম অমা লাকখিগনি অস্তুম থেম-জিল্লহুনা মতম ঙাইহুনা লৈবোইরে। অস্থুম্না চাইশ্রাগী মমানা ব্রাখল ফগুবগা লোয়ননা মতম ঙাইরকপদা মমৈথংদা নোংমদি মহাক্লা থনখি। নিংথৌনা শমদ্রেম্বীব পাল্লিবসিগী মহুত্তা ইচা লৈহন্দবা য়াদরে অহুনদি মমা অসি হাত্তোল্লগা মচানুপী অসিনা মীনাইগুম হেক থয়গা লোইবে অস্থম খল্লেদো।

নোংমদি চাইশ্রাগী মমানা মাগী ব্রাখল অহুনা মাঙওইনহুনা মচেম শমদ্রেম্বী মমাদা ইচে! ঙসিদি লোং খোল্লুসিনা হায়না হৌবোইবে। মচেনস্থ, নুম্মা থোয় ইনাউ! হায়হুনা হবাও হবাও য়াবেদো! মচিন মনাও মখোয় অনি অহু খাংদা তুঙ্গোল অমমম য়াল্লহনা লোং অমমম পায়বগা শিলেম পাৎ চানা চঙুনা অঙাং চানবা ঙা ফারুসি হায়না থাকমিংবে। শিলেমপাৎ য়োবহুনা মহৈ মহৈ লোং খোম্মবে। শমদ্রেম্বা মমাদি তখোল খুদিং লেমলৈ ঙাচঙ নিঙথিবা মপুং ফানা লক্লহুনা তুঙ্গোল খাঙতপ য়োনক্লে। চাইশ্রাগী মমাদি ঙাদি লক্লহুনা থবোই-থবাং থবাই-কোকপী তেংবৌ থবগা লিল থরগা লক্লে, মহু মহাক্লা তুঙ্গোল্দা পঙহাপ্পু হাল্লহুনা মাগীস্থ খাঙতপ য়োবা মতৌ উহল্লে। ছুমিংস্থ খবা চায়থরক্লবা মতম ওইরক্লহুনা চাইশ্রাগী মমানা ইচে! ঐগী অঙাংস্থ লৈহৌরি ঙাস্থ ইফা ফাক্রে, য়ুমদহুম কারসি হায়বোইরে। শমদ্রেম্বীগী মমানা হোয় হোয় কারসি ইনাও! অস্থুম থুম্নহুনা কামিল্লবক্লেদো।

স্থুংশাগী নৈশানগা য়েবনে চাক য়াওদবগী ব্রাবনে মতাহুম চারে হল্লহুনা চাইশ্রাগী মমানা ইচে! হৈবোং পাম্বীসিগী মখদা ঙাহাক্তুম

পোখাখিসি হায়না পোখামিন্নবেদো। উথক্কা হৈবোং নিঙথিবা ময়াম পানবহু উরগা চাইশ্রাগী মমানা ইচৈ! উথক্কা পাল্লিবা হৈবোং নিঙথি-বশিং অসি ওম্বে'ক্কা ফজখবে। ননাও কারগা হেক্কূগে। ইচেনা মখাদা খূনবিয়ু! চাখিসিদো হায়বোইরে। মচেনা হোয় হোয় ইচেদি উ কাবা হৈতে। নঙনবু কাবা ঙম্নবদি করে কারো হায়বদগী চাইশ্রাগী মমা অহু হৈবোং মথক্তা কাখংখ্রে। মথক য়ৌরবা মতমদা ফজরবা হৈবোং পাল্লি-বশিং অসিহুম হেক্কগা চাখিগে খল্লহুনা হেক হেক্ত না চাথোক্লে। মচেদা ইচে! হৈবোং অসি য়াম্না হাউবা জাংনি। ঐ থাদরক্লগে হান্নহুম অমত্তুং চাহুনা য়েংখো হায়রকই। মচেম্নহু হোয় হোয় থাদরকউ হায়রবদা চাইশ্রাগী মমানা অহুদি নমিং-ননা চেজেং উইশিল্লু! নয়া লাওনা কাখংলো হায়-বোইবে। চাইশ্রাগী মমানা হায়বকপগী মতুংইন্না শমদ্রম্বীগী মমাগুম মমিং উইশিল্লগা ময়া লাওনা কাবহুনা ঙাইহুনা লৈরে। খুদোং চাবা মতম ফংলে খল্লগন চাইশ্রাগী মমানা মথাংদগী তুঙ্গোন্দা য়াওরিবা লিলশিং অহু জব হেক হৈথরকলেদো। লিল ময়াম অহুনা পাইথরক্কুন শমদ্রেম্বী মমাদা চিক্তুনা খূদক্তা রাম্বহুনা লৈবাক্তা তাহুনা লৈরে।

মতৌ অসি উবদা চাইশ্রাগী মমাহুনা হৈবোং মথক্কগী প্রপ-প্রপ হেক কুমথবক্কগা শমদ্রেম্বী মমাগী ঙাশিং অহু মাগী তুঙ্গোল মনুংদা হাপ-চিল্লে অহুগা রাম্বহুনা লৈবিবী মচেবু হৈবোং মখাদা লৈবা ঈশিং ঈরেল অহুদা ঈম্থরম্নগা ময়ুমদা হোবে হোবে হেক কারক্লে। চাইশ্রাগী মমানা লোং খোনবদগী কারকপা উবদা শম্দ্রেম্বীনা মমাদি য়াওরকপা উদরে অহুনা ইমাতোন! ইমাদি কদায়দা লৈহৌরিবগে? লাকহৈরোইদরা হংজবোইরে। চাইশ্রাগী মমানা হা ইবেম্মা! নমা পোংলো কারাম্বী অহু কারসি খেঙখ্রে হায়বগকা মনানা তাবিবা নত্তে। ঙা ফাদ্রি খোল-হৌখিনি হাবহুনা লৈহৌবদাইনে হায়না খুম্বোইরে। অম্সুম হায়রম্নগা ইমুংদা প্রপ প্রপ চংখিহুনা মচানুপী চাইশ্রাদা ঙাশিং অহু অহিংবনা চফুদা য়োকহন, অশিবনা শেন্ধাল্লহুনা চাক প্রপ প্রপ খোংলগা মমামচা মখোয়-মখৈ চাহুনা তুম্নখ্রে।

হুমিং তাশিনখিহুনা মৈ চৌগংনখ্রে। তুম্ন-হিপ্নবা মতম য়ৌরব-ফাওবা শমদ্রেম্বীদি মমা লাকখিগনি হায়হুনা চাকসু খোংদরে। ইমাসু লাক্তুরে করম্নো! এৗনা থিরুপদবসু সুপীজাগা ওইবনে অহিং তাংলৌনগা ওইবনে লৈফম খঙদ্রেদকো। অসুম শোল্লহুনা মথরাই মুংঙাইতনা লৈবম্বদগী তুমথখরে। অহিং থেঙলক্লবা মতমদা শমদ্রেম্বীগী খোমলেন নঙলানচান্দা পলেম মমানা য়াইবি ওইনা লাক্লগা হায়বোইরে—“ইবেম্মা! ইমাগী লাংলেন ইমোমও! নঙদি নরাইবক থীরবী ওইহৌরে। পলেম কায়না মৈশা ফংলবী পস্থৌ শেংনা মৈচাক ফংলবী ওইহৌরে। নমা এৗবু পলেম নমা অতোম্বীগী খুজিল থৌবাংনা হৈবোং চাসি কাখ্রগা হৈবোংথক্তুগী তাংজ লিনয়াম হৈথরক্তুনা নপল এৗবু চিকহল্লগা লাইজ ঈবোঙ্গুংদা ঈম্বহুনা লৈরেদো। নপল এৗদি থেঙ্গ ওইনা শাইওন্না লাইজা ঈরোম্নুংদা লৈরেনে ইমোমও! নপল এৗবু চেপখোল লোংনা খোল্লগা লাইজা ঈশিং য়াওবা ঈশাইফূদা কোরৌ মশেক য়ৈহন্দনা কোরৌ নোংজা তরেংনিদংবু নমু কনা খঙহন্দনা থম্লমও! তাইবং ওইনা শাইওন্না ইমা ইচা অমুক্তুং লৈমিন্নবা য়াবরা য়েংসি।” হায়রবেদো।

শমদ্রেম্বা মীকপ খঙথোক থোক্লে। মঙলান্দা মমানা হায়রম্বহু নিঙশিংলগা পঙকপ্তু কপচরে। মমৈথংদা কপ্তুনা কান্নরবোই। ইমানা হায়বসিহুম য়েংলুখিগে থন্দুনা অহিং অথেঙবা অহ্দা লোং অমা পায়বগা শিলেমপাৎ মায়কৈ তম্না প্রপ প্রপ চৎখ্রে। লাইজা ঈরোম্নুংদা কূম্লগা লোং অহু ওনখোল হেক খোঙ্গে। ঙমু মৈশাংবী লকই। শমদ্রেম্বীনা হা লেমলৈ ঙমু মৈশাংবী নঙবু খোনবা নত্তে পলেম ইমাবু খোনবনি হায়হুনা হেক থাদোকচে।' অমুক খোঙ্গে ঙখা মৈঙাংবী থরগা ঙাচিং পেংলোই থরগা অমুক লকচরে। মহুসু হা লেমলৈ ঙাখা মৈঙাংবা! ঙাচিং পেংলোই নখোয়বু খোনবা নত্তেকো য়াইবি থরাই হিংনবা লাইজা নশাইকোন্দা লৈজক্ল অসুম হায়না থাদোকখরে। তম্না অমুক খোঙ্গরে “মমৈথংদা পলেম মমানা শাইঙনবী থেঙ্গত্ত লক্লবদা শমদ্রেম্বী মথরাই মুংঙাইজরহুনা পলেম ইমাও! নচা লা বক খীবী লাকচরে চংলসি

পম্থৌগী শঙ্গায়নুংদা পলেম নঙবু নমু কনা উহন্দনা থমজগে চৎলসি অস্নুম হায়রদুনা থেঙ্‌বু মথাদা কোন্দূনা ময়ুম তানা প্রপ প্রপ লাকচরেদো। ময়ূম হেক য়োবগা ঈশাইফ মনুংদা ঈশিং খরা হাপ্লহুনা মহুদা থমজরে।

নোং ঙাল্লক্লে, চাইশ্রাগী মমানা শমদ্রেম্বীবু মমা লৈত্রে খঙলবনিনা ওংপা নৈবা য়ারগনি খল্লহুনা হাই শমদ্রেম্বী! নমা পোংলৌ কারাম্বীদি কয়া থেংনা হল্লকই? হংবোইরে। ৱাহ তাবদা শমদ্রেম্বনা মথরাই চাক্লা হল্লকনি হল্লকলোই হায়বদি ইমাতোম্নহুম খঙবিরিনি ইমাদি হল্লক্লেনা হায়না খুমবোইরে। চাইশ্রাগী মমানা চাউরক-শাংলক্লহুনা ৱা অওক অথোংদি হৈরেদনা। লাউ-লাউ অঙাং পোরো, চাক থোংলো! অস্নুম হায়হুনা অঙাং নাউবোইহল্লে। চাকথোং-ফীস্নু তৌহুনা থল্লেদো। মচা-নুপী চাইশ্রানা অকেমফাত্তা নুংঙাইনা মকে শেক্ষল্লহুনা থম্লবোইরে।

নোংমদি অয়ুক অঙনবদা চাইশ্রাগী মৌপা। অহুগী চৌবী চাক কল্লা থোংলি শমদ্রেম্বনা। নানা চাক থোংলিঙৈদো অঙাং অহুনা কাফৈ-কাফৈ চংখিহুনা শান্নবদা ঈশাইফ অদুদা মখূং হেক হুয়ুরে। মহুদা থেঙ্‌গু অমা লৈবহু খঙলদুনা মহু থোংবিয়ু হায়না নিংঙাই তৌরেদো। শমদ্রেম্বীনা লোল্লা ইবুংঙো! হায়হৈদে, চাইদবা পোৎনি। অসিবু হেনবা ইচেনা ঙমু থোংলি, কপকন্নু হায়না থেল্লুরগহুম ঙেল্লা হেল্লা কপখৎলক্নুনা কল্লা নিংঙাই তৌরক্লে। অঙাংনা নিঙাই তৌহুনা কপ্লকপা মখোল তাবদা চাইশ্রাগী মমানা হাই মীনাইনুপী! মীনুংশি খঙদবী নমা নপা পু পাং শুনা নাউকোন্দবগী হৌনবী তৌরিবরা? অঙাং অহুনা কপ্লহু তাবদা নুংঙাইখ্রবোই। নঙবু করম্বা মীনো! অঙাংসিনা য়াদরে হায়রবদি মহু লৌথোক্নুনা কোক থোংলগা পিজবা য়াদরা? কদায়দগী হুক্লবনো! হুর নবী! অস্নুম্না থীনা হায়রগা প্রপ-প্রপ চঙলক্নুনা ঈশাইফদগী থেঙ্‌গু অদু কোক লৌখংলে। শমদ্রেম্বীগী মশম তাপ পায়রগা চিংখুহুনা কুবিরে। মতম অসিদা মমা অতোম্বীগী শরৈ খাঙবা ঙমদ্রবী শমদ্রেম্বীনা কপ্লা-কপ্লা মমিত্তা মপি শিন্থরগা থেঙ্‌গু নাক্তা চঙলহুনা ইমা! পলেম

অপোকপী ! নঙবু তাইবং ওইনা শাইওনবা ওমগবরা হায়না খনবগী ঈশাইফ্নুংদা হাপ্পুনা থমজবনি। পলেম ইমাতোনগী শরৈ খাঙউমদবনা খাঙলেন খূৎনা ফংনা পায়তুনা শাশেম-ঙাশেম্বগুম শেম্বা তারেকো ইমা ! নমোম ঐবু ন্নারৌগন্নুকো ! অসুম হায়রতুনা থেংসুহ্ কপ্পা কপ্পা মকু খোক্লে। খাম্বী থক্তা থোংলিবা ঈন্নালনুংদা হাপ্লতুনা মৈহ্ থাবে ই-থাদবোই তৌরি। মমা অতোম্বীনা মরক মরক্তা চঙলক্লুনা য়েংলরবদা মৈ অহ্ কিবদগী খরা হেক মৈরি চাউনা থাগৎপোইরে।

মতম অসিদা ঈশায়ফ্ মনুংদগী থেঙ্গুনা মৈগী মৈশা লাংলক্লবদা

"ইমাগী ইবেম্মা ! পলেম নমা ঐহাক্না
খাম্বী মৈশা লাংলবদা
লাইজ ঈশিংনা ঈশৌবনা
পলেম খুকউ য়োরেদো।

অমূক খরদং হেক মৈরী শংতোকচৈ। চাইশ্রাগী মমানা মৈদো কন্না য়াঙও ! ইবেম্মা ! শক ফজবী ! থবক শ্বদবু মথূৎ কারাং লোনবদো নমাগী মতৌ তম্বরা ! ঈকাইদবী ! হায়না হেক চৈবদা কিজরতুনা শম-দ্রেম্বী মৈহ্ খরা কন্না অমূক হেক য়াঙশিল্লি। ঈশিংনা ব্রোং ব্রোং হেক শৌরকপদা "ইবেম্মা ! ইমাদি খ্বাং য়োরে—থজিল য়োরে" অসুম্বা ন্নাহৈনা তত্তনা ঈন্নান্দগী হায়জিল্লক চাইশ্রাগী মমানা মরোল অমা চৈশিল্লক শমদ্রেম্বী তৌফম খঙলক্লে। মমাবু কিবন্না মমিত্তা মপি তানা তানা মৈথৌ কন্না থারেদো। মমৈদা "ইবেম্মা ! ইমাদি য়াররোই খোজেং য়োরে "হেক হায়রকপদা শমদ্রেম্বী তাইবং অসি পুম্মম মমখিবোইরে। অসুম্না থেঙ্গু অহ্ মুল্লতুনা মনাওম্লুপা অহ্দা পিজহ্না নিঙাই থেম্নখরেদো।

অসুম্না শমদ্রেম্বীনা মমা অতোম্বীগী শরৈ খাঙতুনা ন্নানা মতম লেল্লিন্ডে অসিদা লৈবাক্তী নিংথৌজিন্নতুনা শমদ্রেম্বীবু কাউবা লৈতনা অচাউ লেপফাবা, শাংবা মঙা তম্ববু ঙাইবদা মতম চারেন্না খল্লতুনা শগোল তোং-হ্নুনা লম কোইরক্লম্মী।

নুমিদাংৱাইগী কুচু লোকপা মতমদা মতাং চারুহুনা শমদ্রেম্বী চাইশ্রা মচিল মনাও অনি অহু অমনা ফিগে নিঙখিবা শেং মচেম শমদ্রেম্বীনা অফোংপা অমোংপা ফনেক অমা শেংলহনা ঈশিং শোকপা থোক্লক্লম্মী। মতম অহুদা নিংখোগা থেংনহনা ইবেম্মা! কোরৌ শিঙবুম কয়ানিগী মমাঙদগী হোনা নুজা নওবু ঐনা ঙাইবকপা লোইদাম কয়া লানখবে কুমজা মপূং ফারক্লে। নুংশি ঈখৌ লাংলকপা মতম অসে কুইরক্লে। নিংথৌ ইশাইকোন্দা চংলসি। লৈবাং ননিং তম্না শাৎলরো! ৱাহৈ অসি হায়রগা শগোল থক্তা থাঙ্গংখ্রে। শমদ্রেম্বীনা মনাও চাইশ্রা য়েংলগা ইবেম্মা! ইচেমদি নিংখোগী য়াথং ওইবনা য়াৎং হিক্তোক ঙমদরে। পলেম ইমাগী মনিঙ থুংনবা পলেম য়াৎং হিক্তোক্তনা য়াঙ্গোইমল্লোকো ইচেমদি চৎলুখিগে হায়রম্লগা লাঙ্গোই শগোল মথক্তা তোংহুনা কোন্নুং তম্না চৎখবে। অকিং অফাই নুংঙাইতবা কল্লক মীহৌ য়াওনা চাইশ্রা পপ-প্রপ চেল্লক্তুনা মমাগী মফমদা পাউদম্লবেদো। "ইমা! ইচেদি নিংখৌনা লৈমরেন ফমথোন কাবা হাপ্লনি হায়হুনা পুখরে। এবুদি থৌগুইনা তৌবিবমদে।" হায়বোইরে।

চাইশ্রাগী মমানা মচানুপীগী পাউদম অহু তাবগা মথরাই নুংঙাই-তবে খঙলহুনা এঃ ইচাসিদি নোংমা নিনি অতক লৈজবা হায়বহুনি। মাগী মহুত্তবু ইচানবু লৈহনবা ঙমদ্রবদি এদি নমা নত্রেদনা রাক্লু করিম্নু অস্নম হায়হুনা মপূক ফাহুনা থেমজিনবোইয়ে। ঙাহাক ৱাখল তৌরগা নচেনা নিংথৌদা ওংলবনিনা ফরে—চাক কৌবা তারে হৌজিক চহী ফাখরে মচা পোকখ্রেদনা। মৌপ্বা থাহুনা চাক চাবা লাক্লবা পাউ অহু ঙসি ৫ নি শুবদা লাকউ হায়হুনা চৎহনগে। নুমিৎ অহুদা ইচান অহুম লৈমরেন ফমথোল কাবী ওইরনি। মীনাইনুপীহুনা মীনাই ওইহুনা এগীদা থমগে। অস্নম হায়বহুনা মৌপ্বা অহুবু কোন্নুংদা পুরহুনা চাক্কী পাউ হায়রুরদো।

নিংথৌনদি, মমা মপানা চাক কৌবা হৌনবা অহু তৌরিবোই খল্লহুনা চাককৌবা অহু শোয়দনা লাকচগনি হায়রক্লেদো। স্নম তৌনা

তৌনা মুমিৎ ৫ নিগী চাককোবা মুমিং থোক্লরে। মুমিং অত্তদা মমা অত্তোম্বীগী মচা মনাওনুপীগীনি হায়রুনা মচেম্ন দ অচা অথক ফিরোল নিওথিবা য়াওনা ময়োম চাউনা য়োমদুনা নিংথৌগা লোয়ননা লক্ল-বোইরে।

চাইশ্রাগী মমানা নিংথৌ অমা লাকপগী হৌনবা চান থক্লবদি থৌরাং অহুম মতোবোইরে। মচানুপী শমদ্রেম্বীবু হরাও হরাও চৌশি-ন্নরহুনা নিংথৌগা শমদ্রেম্ব গা অনিমকপু নিওখিনা পীজ-পীথক তৌরে। চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা চাইশ্রাগী মমানা নিংথৌদা হায়.বাইরে। ইবুংঙো! ইবুংঙোনা থরা হান্না মাওজৌননা লেংথ্রবম্ব ইচাদি .হারেল এথোয় থিল্লকে। ঈরু মায়থাহুনা মকোক মরু চেওগী উতি লুবিরক-খিগে। নিংথৌকোন্দা লৈরগা চনোং চমোংনহুনা লৈবদি মীনা শানেক চঙ্গনি হায়বন্দা নিংথৌম্ব .চুম্মাল্লে খন্দুনা ফরে ফ.র এ চ লম্মগে হায়-হুনা কোন্নুং তম্না চংখরে।

মুমিং য়ংলক্লহুনা নুংশাগী মৈশা কনথংলক্লবা মতম অত্তদা চাই-শ্রাগী মমানা মৈ কন্না থাহনা ঈশিং লুমখংলে। মপল থোক্লক্লগা ইবেম্মা! নিংথৌকোন্দা লৈববু অহুম লৈবা তৌনবরা? নকোক নরু শেংনা চেওঙী উতি লুংনা মুরা চকা থাংহন্দনা লৈগদবনি। ইমানা ঈশিং অশাবা থৌরাংলংনি চৎলু চৎলু ঈরুথোকউরো। চাইশ্রাগী মমানা হায়বহুবু অফবনি থঞ্জবদগী শমদ্রেম্বীনা চেওহী চকদগী চেওহী হৈরুহুনা মকোক লুবা হৌরে ঈশিং লুম্ব শাবা পুথোরক্লহুনা মুরা চাকা নঞ্জরে। মকেক্কী চেওহী থাদোকপা মতমদা মমানা মকোক্কা ঈশিং লুম্ব শাবা অহৃ হৈবিরি। মতম অসিদা চাইশ্রাদা মিং থংখিহুনা লোক-লোক শাবা ঈশিং পুথোকহল্লক্লগা মহু তাপ লৌহুনা শাখ্রবা অশৌবা ঈশিং অহুনা মকোক্কা জ্বো লাউনা হেক হৈথরেদো। থুনমক অশাবা পুল অমা অমুক লৌহুনা শমদ্রেম্বীগী মথক্কা হৈথরে। শমদ্রেম্বী মখোল

মরা থোকপা ঙমদে। অশাবা ঈশিংগী মৈশা ফংবদা প্রোক-প্রোক চাক্লুনা ফ্রং-ফ্রং চোংহুনা খাঙজরে। খূদক অহুদা মিৎথিৎ-মিরৌ খঙবী মচা চাইশ্রানা অমুক্তা শাখ্রবা ঈশিং অহু পুরক্লুনা অতংপা লৈতনা শমদ্রে-ম্বীদা হৈথরে। খাঙবা ঙমদবদগী শমদ্রেম্বীগী য়াইবী থরাইনা হুক-চাংগী মপান্দা থোক্লুনা লমখুনু ওইনা পাইখরে। সনা কোন্নুং তম্না পাইখ্রগা কোন্নুং মনুংদা হৌবা তেরা পাম্বী অমগী মশা অমদা তোং-হুনা লৈখ্রেদো।

অসূম্না শমদ্রেম্বী শিরে খঙলবদা মশা অহুনা কোমদা মমা মচা চঙহুনা লংথরে। শমদ্রেম্বীনা শেংলক-ইল্লকপা নিঙথিরবা ফিরোল ময়াম অহু মচানুপী চাইশ্রাদা শেংপি ইনবিরহুনা কোন্নুংদা চংনবা থৌরাং লোইরে। নুমিং তাবুম-তাবুম তৌরক্লবা মতম অহুদা মমাগী মমাঙ থানা চাইশ্রাহু পুরক্লুনা কোন্নুংদা থিল্লক্ল। অহিং অহুদা নিংথৌগা রারী-রাতাই শাবহু চাইশ্রানা য়াম্না হৈশিংনা খুন্নহুনা খাঙবা মতৌ-হুদা নিংথৌস্লু পুক্লিং খরা চিংনরপ তৌনা অহুম অহিং অহু লেল্লেদো।

নোং ঙাল্লে, চাইশ্রানা ফিরুক ফিরাং খুন্নহুনা ফি চোন্না শেৎলগা মশক খঙদনরা হোৎনরি। মতম অসিদা নিংথৌগী শগোল শজিক ফানবা মৈঙাংবা কৌবা অমনা শগোলগী শজিক ফাল্লুগে হায়হুনা ঙম্না লাকপোইরে। মতম অসিদা তেরা পাম্বী মথক্তগী লমখুনু অহুনা—

হাদ! শজিক ফানবা মৈঙাংবা!
নবুংঙো নিংথৌদা তমজরু!
হাদ! নি থৌ তুকাউবা!
করম্নবু কাউবনো?
মিৎকুৎপীদা হায়জরু! পাজোম্বীদা তমজরু।
ওইদনা অওই শারিবী,
হৈতনা অহৈ শারিবী,
ফিগে ইয়োং তৎকনি।

থৃকউ শূপ্তা তাবীনি,
থূনিঙ কাঙনা চৎপীনি।
ইচা নিংথৌ শোয়গনি
ঐগী ইপাউবু তমদ্রবা
নথূংশূ থাঙ্গোল মাঙহনগে
শগোল মরাই তাহনগে
শামু মরাই তাহনগে
ফিগে ইয়োং তৎহনগে
করম্নবু কাউবনো
কাউমন্নসু কাউইদো
কু-কু-কু-কু খাঙমৈতং!

অসুম্না খোংলকপা মখোল তাবদা নিংথৌ মনাই শজিক ফানবত্না ইঙক ঙক্রবোইরে। য়েংখৎখি তেরা পাম্বী মথক্ত', লমথুন্ন অমা তোংত্না লৈবনা মাঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকপা রা তাবদা করিনো! ঙসিগী লমথুন্ন মীরোল থোকপী অমনা হায়রিসিবো খনবোইরে। মপূক্তা চিংন-চিংননা কোন্নংদা প্রেপ প্রেপ চঙখরে। নিংথৌদা লমথুন্ন অত্না হায়রকপা রাহে পূন্নমক অমত্তা চিখদনা হঙ্গংলরে। অঙকপা পাউ ওইবনা নিংথৌ চিংনদবা ঙমদবদগী মনাইগা লোয়ননা লাকমিন্নরে। নিংথৌ লাকপা উবদা লমথুন্ন অত্না অমুক হন্না—

হাদ! নিংথৌ তুকাউবা!
করম্নবু কাউবনো?
কাউমন্নসু কাউইদা!
ওইদনা অওই শারিবী,
হৈতনা অহৈ শারিবী,
ফিগে ইয়োং তৎকনি
থূকউ শূপ্তা তাবীনি,

খূনিঙ কাঙনা চৎপীনি,
শমদ্রেম্বীনা উফৈতোং
চাইশ্রানা ফম্বালতোং
ইচা নিংথৌ শোয়গনি
লাঙ্গোই খোঙনেৎ মাঙহনগে
শামু মরাই তাহনগে
ফিগে ইয়েং তৎহনগে
করম্নস্থু কাউবনো
কাউমন্নস্থু কাউইদো
কুকু কুকু খাংমৈতৎ।

অস্নুনা অমুক হন্না খোংলবদা নিংথৌ পূক্লিং চিংনবম্বা অচু শেংলে। ঐগী থরাই ওইবী শমদ্রেম্বীগী য়াইবীনি। শঙ্গায়ন্নুংদা লৈবিবী অসিনা মসাংন্নপী চাইশ্রানি খঙলহুনা লমথুন্ন অচুদা হায়বোইবে।

হা চেক্লা অপিথক!
চাংগী থুন্নু লমলৈমা!
চেক্লা নঙনা য়াইবী ওই
লৈমা ঐগী শমদ্রেম্বী
থরাম্ন চেক্লা ওইরবদি
নিংথৌ ঐগী ইপাম্বোম
শয়েং ওইদা তোংলখো!
চেক্লা নঙবু য়োক্লগা
তাইবং অমুক শাইওন্না
নিংথৌ নাক্তা লৈখিসি
লাউ লাউ চেক্লাচা!

ৱাহৈ অস্নুম ছায়হুনা ওইথংবা পাম্বোম অচু ভিংথোকপোইএ। পামেল তেরা মথক্কগী লমথুন্নু চেক্লা অপিথক্লা চেক্লা শাখপচহুনা মালেম

তন্না পাইরক্লে। নিংথৌ নাক্তা চঙহনা পোম্বী মউক চোয়জনা নিংথৌগী ওইথংবা পাম্বোম মতা ফবদা নোম-নোম তোংজবোইরে। নিংথৌনা—

হে চেক্লা অপিখক !
চীংগী খুন্নু লমলৈমা
চেক্লা লীকশি থরাংবী !
চরৈ ফিয়োম্না পুরগে।

অসুম হায়রগনা লমখুন্নুহুবু মকোক্তা নানবিরগা ফিগাওদা য়োনজরে। কোন্নুং মনুংদা তন্না লাক্লুনা নিংথৌগী ফম্মেন লুখুম কাদা পোন্দা হাপ্পা য়োক্লুনা থমলেদো। মতৌ অসুম্না য়োকচরিবা লমখুন্নু অসিবু নিংথৌনা অয়ুক্কী নুমিদাং তত্তনা নোংমদা ২ রক ৩ লক তোয়না-তোয়না য়েংবসিদা চাইশ্রানা মপুক্তা চিংনরক্লবোইরে।

নোংমদি নিংথৌনা লম কোয়বা চথোকখ্রিডৈদা চাইশ্রানা লমখুন্নু অত্থু পোন্দগী ফারগা হাত্তোক্লে। মত্থুগী মতু মমান শেংনা কোয়রহনা য়েনশাং মথেল অমা ওইনরেদা। নিংথৌ লম চংলুবদগী হল্লক্লে। হেক য়োবগা থরায় ওইনা থমজবী চেক্লা লমখুন্নু লৈবা মফমদা চঙ-হনা য়েংজরুই। লমখুন্নু লৈরমদবা অত্থুদা নিংথৌ য়াইবী পিং-পিং চোংনা চাইশ্রাদা হংবোইরে লৈমা ! নিঙথিবী ! নিংথৌ ঐগী থরায়গা মান্নবা থমজবী লমখুন্নু উদে মফম কৈদা লৈখ্রবগে হংলেদো। চাই-শ্রানা নিংথৌ মপুক ফাহনা ইনিংথৌ ! লুকলেন হান্না হাবিখো লমদা চৎলুবনা শমু হকচাং চোকথররিনি। অসুম হায়রহনা নিংথৌবু চানবা থোরাং শেম্বা মফম তানা খুজেং পালোয়ননা পুশিল্লে। নিংথৌ ফমদবা য়াদবা মতাগুম চাকলুক মাঙনা ফম্লে। মথেল য়েনলম হংলকই। চাই-শ্রানা ইনিংথৌ ! য়েংলমদা থম্বা য়েনলমদি পোনবী নঙগী নচেক্লা চেক্লা লমখুন্নু অত্থুগী তোংশঙ নিঙথিবনা থোংবনি। হাবা য়াবরা য়েং-বিয়ু। অসুম হায়রবদা নিংথৌ মমিৎ অনিদা ঈস্পী খেরাং থাংখরে। য়ান্না মচেং অমত্তা কাঙথোকপা ঙমদনা মঁয়া ক্রক-ক্রক চীক্লা খাঙলেদো।

শাউরে খণ্ডলবা চাইশ্রানা ইনিংথৌ! ননাই ওইবী ঐহাক্কি—অয়োনবা পূম্বা ঙাকপিয়ু! ঙসিগী য়েনলম মথেল থিবদা মপা ওইগে খল্লুবনা চেল্লাহুবু ওইরুরে। ঙাকপিগনিদো ইনিংথৌ অস্সুন্না অমেঙবা ৱাহৈনা নিংথৌদা পাউথেন্নবদা নিংথৌ শাউবা হেক য়াত্রহুনা থম্মোয় চাক্লা থাঙ-বোইরে।

চাকচা ফিদাদগী হোৗগংলে। লৈমা! করি মতৌনো ঙসিসি? চেক্লা অপিথক অত্থুনা চরা ফাবস্ু নত্তবা? ইস মসি ঐ চাররোই! চেক্লামক ওইরবস্ নিংথৌ ঐগী য়াইবী থরায়নি খন্না থম্বনি। ইথরায় মশক ওইরবা চেক্লা শহুম অসিবু ঐনা করম্না চাগনি? ৱাহৈ অসি হায়রগা লমথুন্থু অথোংবা অহু পুহুনা মপান্দা থোকখরে। শঙ্গায় মাঙ্গোল মন্নাগী খা থংবা শাইজিল ইচুম তাফমদা কোম অগা তৌরগা ক্রমলে-দো। নিংথৌ কোরৌ নুমিং অহুমা চাক চাদনা লৈরগা শমদ্রেম্বীনা মংফমদা মংজনবগী ৱাখল তৌহুনা লৈরক্লে।

কোরৌ শিংবুম ৫ নি শুরবদা নিঙথিরবা হৈপাল ওইনা তনৌ-তনৌ থিনগংলক্লে মংফমদা। খঙহৌদে নোংম-নোংমগী হোম-হোম চাউরকখি। হৈপাল হৈরেপ তম্মা ফারে। তাউজিং হৈজাং ওইরক্লে। নিংথৌনা তত্থুনা য়েজৈ হৈপালদা। মতালায় শমদ্রেম্বীনা ওনবা তাউ-জিংনি লুনা তৌজৈ সিমস্থু, শম্বম্না কোয়না থাজবে। তাউওজিং হৈরেপ মপুং ফারবদা তাউজিং লৈশাং তম্নক্লে। নিঙথিবা তাউজিং হৈমি তম্বনা হৈজিং হৈরেপ ফারহুনা নিংথৌ পূকনিং নুংঙাইজরকখি, পূকনিং 'মকা লামডখি।

মতম অসিদা শমদ্রম্বী শাইয়োন মপুং ফারে অন্নাবা খোঙফম লেইরক্লে শোয়খিগনি মতাগুম খোইম্বম নোদম্বনা মনাই শজিক ফান-বগী উনবিন্নুংদা চঙহুনা তাউজিং অসি হেকহনগে খনবোঈরে। শজিক অম্সুম ফাল্লম্বদগী ঈশিং থকে চঙলকখি শঙ্গায়দা। লৈমা চাইশ্রাদা লাইজ ঈশিং নিহুনা থোরকলে। শঙ্গায়দগী হেক কুম থরকপদা খাগী

ইচুন তাফমদা হৌবা তাউজিং হৈজাংনা মপুং ফারদুনা তঙাং তঙাং পানবা উরগা লৈমা মফল্লাংদা হায়জদুনা তাউজিং অদু হেক্রোদা। লমখাংদা চাগদববু পাম্মুদুনা চারক্কে। ময়ুম য়ৌরগা চেঙফু মথুমদা থমলে। নোংমা চাগে ওসিদি থমগে অসুম খল্লদুনা থম্বোইবে। নিংথোনা হল্লকপদা হৈরাংদুবু উদ্রবদা তাইবং কনানা অমুক হেকশ্রবনো নুংঙল্লেদকো খন্না লৈবোইরে। শজিক ফানবনা নোংমদি শজিক ফানথ্রিবৈদা তাউজিং হৈজাং অদুগী কোবৌ শিংবুম শুবনা লৈমা ওইনা থোল্লক্লে। মনাইগী চাকখুমদা চঙদুনা চাক য়েনশাং থোংবিরে। তন্না অমুক তাউজিং হৈজাং শন্না লৈবেদো। মনাই শজিক ফানবা হল্লরগা চাক থোংগে হায়দুনা ইরু মায়তাবা লোইরগা চাকখুম তন্না চঙলুবোইবে। চাকখুমদদি চাক লোইরদুনা লৈরম্বা মতৌ উবদা মহাক ইঙক ঙকলে। লাউরকই :—

খোইয়ম কনাগী খৌজ ন্নো ?
খোইমোম কনাগী মরনকুনো ?
শজিক ফানবা লায়রবা ঐগী
তরা চাকথোংফমদা চঙদুনা
তরা চাকপু থোংবিবা
তাইবং ওইবা ঐদি ঙকলেদা
খোইয়াম লাইপাউ তাকপিয়ু !

অসুম্না থম্মোই শেংনা হায়রবদা চেঙফু মথুমদুংদগী হাদ শজিক ফানবাও ! তাউজিং হৈবাং শক্তম্বী নবেম্মা ঐনা থোংবনি। ইনাইগী মতেং পাংবনি নপুক থরদুম চাজরো ! ননিংথৌদা তমলুরো ! শমদ্রেম্বী কৌবী ঐহাক্তি তাউজিং ওইনা শাইওনবা কোরৌ শিংবুম শুবনা নদাই-রেমগীদা লৈজরে ঐবু লোরো হায়জরু ! লৈবাক মুংঙাইহনবিগে। অসুম হেক হায়রক্লে। শজিক ফানবা মৈঙাংবা রাদু তাবদা চাক চাবা চঙদ্রে, থুনা য়াঙনা চেন্দুনা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা খুরুমজে হঙ্গৎলি !

ইনিংথৌ ! লৈবাক মপু !
লৈমরেন ফমথোল কাখিবী

ইমা শমদ্রেম্বীনা
ঙসি কোরৌ অসিদা
লায়রবা শজিক ফানবগী
লায়র-খাংপোক মনূংদা
তাইবং শক্তম লৌরগা
তরাগী মথেল থোংলম্লে।
ইনিংথৌবু ঙাইহৌই
তাউজিং শক্তম লৌহ্নুনা।

ৱারম অসূম্না পাউদম্লবদা নিংথৌ থৱাই নুংঙাই বনা হায়ফম খঙদরে। মনাই শজিক ফানবগী মতুং ইন্দুনা লাক্লেদো। নিংথৌনা শজিক ফানবগী মাঙ্গোন্দা লেপ্লহ্নুনা থম্মোই শোক্না হায়বোইরে।

Candle tale

'শমদ্রেম্বী থোরক্লো,
নহুম পোন্দেল শাবিগে,
লাইগী খূবাক খূবিগে।
হো য়া হো য়া।"

অসূম্না খূবাক ও লক খূরহ্নুনা নিংথৌনা লৈমবু কৌরক্লে। নিংথৌগী মপাউখোল তাবদা শমদ্রেম্বী চৈরে ফিখুম্নবা লৈমা। শক্তম ওইহ্নুনা তপ্না তপ্না থোক্লক্লে। নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা খুরুম্লগা হায়রকখি। ইনিংথৌ! হৌজিক্তি তাইবং শক্তম ওইজরে। চেক্লা ওইনা শাইওন্না তাইবং শক্তম ওনগে ওনভমদনা লৈরুববু তাউর্জিং শক্তম লৌরুবদগী ইনিংথৌ থৌগল ফংজরগনি অসূল হায়রবদা নিংথৌনা লৈমা খুজেং পায়হ্নুনা নুংশি থারুক্লনা মশানৌবু কোঞ্জরে। হৌজিক্তি লৈবাক হুপ্না লাইগী ৱায়েল য়েংলগে খল্লেদো। কোন্নুং তম্না প্রপ-প্রপ লাক্লে। শমদ্রেম্বীগা নিংথৌগ লাকপা উবদা চাইশ্রা মতু মমান খ্যাউ হেক চুংই। অহিং লেনবা য়াবা নত্তে, কংলা পূংজাউ থিল্লো। খিল্লে পূংজাউ মনাইশিংনা।

লৈবাক মীয়াম ক্‌য়ক্লে। চোম্মা তিল্লে কংল দা মীয়াম্না ক্রক ক্রক ইন্নবে।

কংলা শগুলেন ময়ায়দা অরংবা থোঁদবা থাঙ অমগা লংদনা অথোবা থাঙ অমগা থমও লাউথোক্লে। নুপী!* নথোয় অনিনা অপাম্বা থাঙ খন্নজো হায়না সনা য়াথং হায়রবদা চাইশ্রানা কজনা লংবা থাঙ অতু হান্না খনখরে। মমৈদা শমদ্রেম্বীনা মশক থ'বা অথোবা থাঙ অতু খল্লেদো। মতু উবদা লফু অমা য়ুংহল্লে। থাঙহাই অমুক অমুক হাইহল্লে। চাইশ্রাদি লফুদি তুপওমদ্রে। শমদ্রেম্বীগীদি থাঙহাই অমুক্তা লফু অতু ককলে। মতু উবদা শমদ্রেম্বীনা হায়জখি। ইনিংথৌ! থাঙগী মথৌদি ঐনা হেল্লে অতুবু ননাই চাইশ্রাসে লাইবক থাবী ঐগী ইনাওনি অয়োনবা পুম্বা মরানংনি মথন্নাইদদি কনবিযু খুয়া খাদ নিজরি অস্নুম খুশম্নবাইরে। মতৌ অসিদা নিংথৌনা শমদ্রেম্বীগী ন্না তাবদা চৈরাক পিসি পিঙমদা লৈমা অনি থমতুনা লৈবাক্কী ন্নায়েল তৌতুনা লমচংফজবা শমদ্রেম্বী, পুকনিং তপ্পী ওইহুনা মিংচৎ শনবদা লেমজবী লৈমরেন্নি। লমচং ফত্তবী মাগী লমচংনা তাইবং পুনসিদা চঙলগা তাইবং পুকনিং চাইথাইবী লমচংনিদা চাইশ্রানা। অস্মুমনা লৈবাক মাঙদা লাউথোক্কুনা শমদ্রেম্বীবু লৈমরেন ফমথোল হাপ্পুনা পানখিদো।

---

# ৩৫। হারি নিংনাং ওনখিবগী ন্নারী

থায়না মমাংথৈদা লুন্নাং পুনসিবগী মশাগৈদা লৈশাবী ৬ খক লৈরম-বোইরে। লৈশাবী ৬ অসিনা নোংমা হুমিদাংবাই অমদা শোয়ফমদা ঙা খরদং লৈগে হায়তুনা চংপোইরে। শোয় চারিবা মকন অতুদা শোয়-শঙবা পাথং ৬ খকস্নু লৈরম্মোইরে। মখোয়না লৈশাবী ৬ অসিদা

হায়বোইঐ— ইবেম্মখোয় ! ওসিদি ঙা অমত্তা ফাদরে, শোয়দা ঙা অমক্তা ও-বম্ন লৈত্রে অহুনা ওসি অহিং অসি শোয়শঙ অসিদা কৌবা য়ারেকখরো। হয়েং ইনুং ঙাল্লগা অফাবা ঙাশিংহু পুহনা চংখো হায়বোই.র।

লৈশাবী ৬ অহুনা পাখং ৬ অহুদা এখোয়দি কৌবা য়ারেকপদি য়ারোই ! ওসি ইনুং য়ারেক্লবদি লুরাং ইপা-চা, ইবুং ইপ্‌া পুম্বনা হয়েং ইনুং ঙানবদা ইয়ুম মোংবা ইরানয়াইদা হনখিবদ তাংজা ইশম খুদাং য়ে না লৈশাবী তৌ-ওর্মী কৌবা ওহিং ময়ুম য়ারেকপী ওক্তবীনি হায়হুনা, পলেম পম্বো পিবন-পাবম্নন' ইস্তোকপিগ‌িন কিজেঐ হায়না খুেোইঐ। পাখং ৬না কৌবা য়ারেক্লবা তকশিল্লবদা কোরৌহনবম্ন ময়ুম চঙথিবনা অঙানবা থোঙলেন খমখিরেদো। মতাং চারে খল্লহুনা পাখং ৬ অহুনা অহিং তাংলো মমশিল্লবদা নুরা ওইবী নখোয়নবু করম্না হলবাইখিনি। হনখ্রগন্নদা ইচলশ' ! হয়েং ইচল নখোয় ৬ না মোংব নরানয়াইদা হনবদা পলেম পম্বো অহলশিংনা শমু পাঙ্গল থোক্না শমু নমদা চৈরাক চৈথেং পিরবম্ন পাখং এখোয় ৬ কা নুর' নখোয় ৬ কা পুন্না কোরৌ নোঙ্গামিন্নসি কোরৌ শিংবুম ৫ নি হেক শুবদা চেংলো শকউনসি হায়নরহুনা পাখং ৬কী লৈফম, শোয়ফমদা চঙহুনা লুরাং চহু ৬ মক ইনুং তাংলো চুপ্পা কৌবা য়ারেক্‌না লৈথোব্রেদো।

মতৌ অস্নুম্না শোয়শঙদা হাওকু পাখং ৬ কা লুরাং চহু ৬ মক্তা অহিং তাংলো চুপ্পা নুংশি রাহায়নবা নুংঙল পুক্রিং-লাংিম্ননা নুরা থদা পম্না খজাই লেংঙন চপ্পরে। নুরা হিগেক মচু থাউবু তৈনা মনুং থোঙগা পরয়না তাংলো অহু লেম্বরে। ইনুং ঙাল্লগা হাওকু পাখং ৬ না শোয়ফমদগী লেমলৈ অচঙবা খরবু লুমায় হাংনা ফারগা লুরাং চহু ৬ মক্তা লেমলৈ ঙায়োম শেমহুমা য়োম্বিরে। লুরাং চহু ৬ মাম্ন লেমলৈ ঙায়োম পুরগা লুরাং মশাইকোন্দা মোংবা মরান তম্না হলবাইরকলেদো।

লুরাং চহু ৬ পু উবগা লুরাং মপা-চা, মমা মন্দোল পুম্নমক্তা খোইরেল মশা পাইবগুম চেম্বোরক্লে। তাংজা মশম পায়হুনা লাক্না-লাক্না চিংলগা

হাই লমহেনবী ! মপা মবুং কিদবী ! মমা মন্দোলবু উশিত্তবী ! নখোঙনা থোংনা য়াথিবী ! য়াহৈ অস্থুম হায়হনা ফুবিরে-চৈবিরে চিংবিরেদো।

মতৌ অমুন্না লুয়াং চনু ৬ মক্না লৈকাই মমান্নবী মমাঙদা লুয়াংকোন্দা তাংজা ঈকাই ফংনা লৈববু লৈঙম্মক্করে। লুয়াং চনু ৬ মক্না অসাইগৈ হায়নখিবা হাওকু পাখং ৬ কা কোয়ৌ নোঙ্গামিন্নসি তেমশিংনবগী কোয়ৌ নো জা ৫ নিবু য়ানা ঙাইরবগা মাখোয় ৬ তি কোয়ৌ শিংবুন্না হেক শুবগী অয়ুক য়েন্দা মাঙদা লাক্তুনা হাওকু পাখংশিংবু ঙাইজরে। লুয়াং চনু ৬ মাদি কৌবা চীংদা কানা কোয়ৌ নোঙ্গাকুরগনি চংলেদো। লুয়াং চনু ৫ শুবী লৌশিকাম চনুদি শমু পাঙ্গল শোল্লবীবু ওইবন খোঙজোম লোয়না ঙমদ্রবদগী তুংদা তপ্না লাকচবোইরে। হাওকু পাখং ৬ মকস্থু লুয়াং চনু ৬ মকপু তান্নরকপনা লৌসিকাম চনুগা হাওকু পাখং ৫ শুবগা লমওক্নহনা মোংবা মরান তন্না হল্লক্লবোইরে।

হাওকু পাখং ৫ শুবদি মতালোয় ঙন্না কায়নবা মরন্না মমোম হাওসি নামোইন্থু কৌবিনা মপা মচাদা লৈমিন্নরকপোইরে। লুয়াং চনু লৌশি-কাম নিংঙোনবীগা মপা মচা মখোয় অহুন শুরহনা ভাইবং চৎলম তুংইন্না লৌশু লৌরোক তৌহনা পুন্সি লেঞ্জবোইরে। মতৌ অস্থুন্না হাওকু পাখং অসিগা লৌশিকাম চনুগা মমোম হাওশি নামোইন্থুগা লৈমিন্নরবদা লৌশি-কাম চনুদি পুন্সি তেল্লো তম্বনা কোয়ৌ খোঙ্গা তানখ্রে। মমোম নারা য়োক্লবা হাওকু মপন্না অনৌবী অমা খিত্থুনা থবক শূ-নোম্বা ইয়াও য়াওদনা মচা নুপী অসিদবু শীজিন্নহনা পুন্সি লেল্লকপোইদো। ইমুংগী শীং খায়বা য়েনশাং মনা মশিং হেকপা কোল-লিক য়াইরম শেংবা তৈবা ফৌশু চাক-থোং অংগীস্থু মথক্তা লৌবুক্তগী ফো হোংগৎপা, পামদগী য়েনশাং মনা মশীং পান মাইরেলনচিংবা লৌরুবা পূন্নমক মচানুপী অসিবু শীজিন্নহনা অকেমকাভা লৈবোইরে।

নোংমদি লৈকাই মমান্নবীশিংনা চরৈ ফিশিংমনা তরা চাকচানবা হায়-রবস্থু য়াওহল্লোই খন্দুনা মমা অভোম্বীনা মচানুপী হাওশী নামোইন্থুদা

ছায়বোইরে। ইবেম্মা! নপাগী পামলোদা খিনবা ফোগয়দগী ফো লৌরু! ফৌহ্ পূরকপদা পান মাইরেলসু য়াওরকউ। লফু য়েনশাং ওইনবসু য়াওরকউ ছায়বোইরে। মমা অতোম্বীবু কিজবা মরম্মা নোং-ঙাল্লগা চাক চানবা য়াওবা নংনবা অহিং অথেঙবদা হাওশিনা মপাগী লৌবুক তাম্না চৎখ্রে। ফৌ লুথোং শেন্নে। পান মাইরেলসু তোপশিল্লে. লফু য়েনশাং ওইনবসু য়েপশিল্লে। লুথোং পোৎচাউ অদু হাওশি নামোই মমোম্না ছুম্মাং লোকয়ি চেঙ্গনা য়াওলেন লূজাউ খোয়জনা নিংশা মতেক হোন্দুনা হৈ-হৈ খোল্লাউনা মোংবা মরান তন্নবু শমু পাঙ্গল থেক্লা পুজরক-পোইরে। নামোইনু মযুম মোংবা মরানগী খরাই থোঙ্গাল হেক চঙশিল-লকপা নিংশা নাকোইনা হোন্দুনা ছুম্মাং লোকয়ি চেম্বজনা নিংশা ফুমনা হোন্দুনা চঙলক্লে। লুথোং পোৎচাউ থাদ্রিবৈ চাকখুমদগী মমা অতোম্বীনা ফরে ফরে ইবেম্মা! লুথোংদু থারো! লোইমোম ফৌদো চেঙজা মায়ঙৌ তানা কোক কোক হেক শুদোকসু! চেঙ মচং তেকহনগদু ছায়বোইরে।

পলেম মনা অতোম্বীগী ৱারম ৱাহৈ অদু তাবদা হাওশি নামোই মমোম্না—

হে পলেম ইমাতোন!<br>
নমোম ঐনা পুরকপা<br>
লূথোং পোৎচাউমকসু<br>
থারম থাকাত্রিনে ইমা-ও!<br>
ছুম্মাং লোকয়ি চেম্ববা<br>
চুবা ঙাইখাং চোৎপবু<br>
তৈথোকপসু মশংদ্রি।<br>
অদুবু লূথোং পোৎচাউ থাদ্রিবৈ<br>
লোইমোম থাংয়ি অসিবু<br>
চেঙজা মায়ঙৌ তানবা<br>
শুক ছায়বা ৱাসিবু<br>
পলেম করি পূকচেলনো?

অস্থম পাউখুম্নবদা পলেম মমা অতোম্বীনা হায়বোইরে। পলেম নমা ঐনা শীনবা থৌরম্ব, নাৱা নতিক নত্তবা নওনস্থ অরংননা করিগী ঐগী চিস্থক্তা পাউরান্নবনো অস্থম্না মমিৎ কোরি চেনবমখৈ শাউরহনা চেম্বোরক্লে। মমোম্ব, লুশম ইন্না ফ্বিরে। নামোইন্নুনা কিজনা ফৌহ থুনা য়াঙনা শুরগা চাকথুম চঙহনা চাক যোংজখ্রেদো। লোইরগা মমাগী চাক্লক শেমহনা পিরবদা য়েনশাংবু অস্থম্না থোংব্রা হায়হনা খুত্তা পায়বম্বা য়েনশাং ওংনবা খাবৈনা মমোম নামোইগী মকোক্তা কাক লাউনা হেক থাবোইবে। নামোইন্নু. ঈঙাং ফাফেন্ননা ঈমু ঈচেন্নরহনা তাংজা মকোক ঙাওনা মালেম লয়দা ত্তারেদো। মতৌ অহ য়েংলগা মপল পলেম অতোম্বীনা খঙঙ্দো! অহল মথক্কী চিস্থত্তা অরংনবগী মহয়নি। ৱা অহ ৬াবদা নামোইন্ন লৌশিং লৌমাঙনক্লবা অহ ফরক্লে। মিংলু পিৱাং ঈকান্ননা হায়বোইএ—

পলেম ইমাও নিংথিবী!
ওম্বোকপনি নহাক্তি!
পলেমগী নতিক, নয়াইদি
তাউজিং হয়গুম শীনবী
ঙাইরোং তংদনা সৈ-শাৱী
ওইরম্লেকো ইমা-ও!
নমোম ওইবী ঐহাকসে
ঙসি কোরৌ নোংদগী
ঙাইবং লক্তা তিল্লবোই
লৈকাই ইরূপ মমাঙদা
শাঙজা অসে ঈকাইবে।
নমোম ঐদি ফত্তবীনি
নমোম য়াইবী থরাইদি
চৌংলুং হারি নিংনাং ওই
শাইজিন শায়া নপ্পুনা
নেং নেং লৈখ্রগে।

ৱাহৈ অসুম হায়রগা তেংথা নাওইহনা চৌংনুং হারি নিংনাং ওইখরে। দো। কেরৌ অসি মুমিত্তুগী হৌডুনা মমোম নামোইনুবু— হাওশি নামোইনু লৌথিবা, মোমনু চেঙপোং হলরাঙ্গীবীনা ওইখিচেক লৌশিকাম চনু লিনকোয়গী ছুইচারিক ছুইনিংনাং নিংনাং শেরনবিচানা ওইখিচেক; চেক্লা মানা খোংলগা কুমগী চাহৈ হৌবা মতমবু তাক্ল-চেক হারি নিংনাং হায়না খঙনখিদো।

---

# ৩৬। তেনৱা ওনখিবগী ৱারী

খায়না মমাংঙৈদা কৌক্রুগী মচানিপা কোবা অঙাংঙা কোবগী মচানিপা অমা লৈরম্বোইরে। মনিংনা য়ুকোকথোং য়াইমবা হায়না কৌবোইরে। মহাক্তি লৌড শিংউ তৌহনা থবাক শূবা নোম্বসি কয়া হৈনদডুনা ললোন ইতিক তৌডুনা চাবোইরে। অসুমা ওইজ-ওইথক থিডুনা ললোনবা কোয়না চংলকপদা কবো মায়কৈরোমদা অমুম লাক্লেদো। কবো মায়কৈদা য়ুমথুংকম সুম খিরকপদা হাওনিংশং পৌদোংনু কোবী অমদা য়াওং ইন্দুনা লৈরবোইরে।

মতম খরা লৈরগা য়ুকোকথোং য়াইমববু মীয়াম্না কৌথক থোংঙাং থোংশোক শাবা হায়না নিঙ্গৌনবোইরে। অমুনা হাওনিংশং পৌদোংনুগা লোইদাম কয়া লৈমিন্নরক্লবদা লৈমা পৌদোংনুগী শিয়োম্নংদা কোবা চারি ছুই খোয়জি মিডুন লালম্লগা ললোন ইতিক চংকে খন্দুনা ওইজ-ওইথক ফংনবা খোঙশানখ্রেদো।

কৌথক থোংঙাংদি ওইজ-ওইথক থিবদা মপুং ফাবা ফংদবনা মতম কুইনা হাওনিংশংবু থাদোক্নুনা নোংবা মরান্দা হল্লক্ল্লবোইরে। মতম অসিদা হাওনিংশং পৌদোংনুদি থাজ মপুং মফারক নাউয়ান পিবুক

চোল্লহুনা থাবুম ১০ শুবগা মমোম অমা ফংয়জরে। কোলোয় মিংলেন খোনবদি শোংগ্রী হায়না কৌরেদো। লৈমা হাওনিংশং পৌদোংন্থ পিল্লিবী মমোম শোংগ্রীবু য়োক থাক্তুনা পুনশি মতম লেল্লক্লে। মমোম কাওদোং ফারক্লে। লৈকাই য়ুমথোং চত্তুনা চাকনি-ফিনি তৌরগা মমোম অপিক-পবু থাক্লকই। মমোম শোংগ্রীনা মপুং মরৈ ফারক্লবদা লৈকাই য়ুমথোং চত্তুনা চাকনি-ফিনিনা পুনশি লেনবহু ঈকাই শেঙ্গোই হাংলবোইরে। মমা পৌদোংন্থনা মমোমগী য়েংনা পাম য়ান্দুনা লোইমোম হুগ্না ফোপাল শেংনা লৌতারে। লোইমোম্না পন্দোংফা লংচাক শানা ফোপাল লেম্না ফৌরিক চুম্না তম্লক্লবদা পলেম মমা পৌদোংন্থনা লৌশঙ তম্না শাজরে। লৌশঙথক্তা ফমহুনা চেক্লা শয়োম পাইরকপা চংগী খুন্থ লমলৈমা উরিং লোনয়াম্বীচা কয়াবু ঙাক শেন্দুনা লৈরকপোইরে।

কোরৌ নোংজা অমদি পৌদোংন্থনা ইমাগী ইবেম্মা! শোংগ্রী! ঙসি কোরৌ অসিদি থানলৈ লৌবুক কুমহুনা লৌঙাকলু! লোইমোম খোইঙাং শাবদা চেক্লা শয়োম পাইবনা লোইমোম লোইনা থিক্লনি অস্থম হায়রগনা মমোম শোংগ্রীবু তম্না চাকঙন পিজরগা লৌঙাকহন-খিদো। মতৌ অস্থম্না মমোম শোংগ্রী নিঙথিবী য়োইহৈ মতম তাল্লকপী মুজা শারেপ তাল্লিবী শন্নাং কোয়কক্লবনা থমজেং হয়নায় হেনগুম নিঙথি পুক্লিং হুরবীনা লুতুং শম্নাংনা নিঙহু-য়ৈ থবাক লীশিরম্না তাউজিং হয়রাংচাম্না মপুং মরৈ ফাবগুম পাখং পুঠ্রে থমোয়দা নুংশি তেনবাল মতম ওইবদা শিংঙেল লৈরাং থম্বালনা পুম্নুম শাৎকাইরকপা মতৌগুম নিঙথিবগা লোয়ননা হৈথা পোথা নাক্তা য়েপ খানলৈ মায়কৈ তম্লক্লে। খানলৈ পামলৌ য়ৌবগা লৌশঙ থক্তা কাহুনা চেক্লা শয়োম পাইরকপন্থ ঙাক্তুনা লৈরেদো। চীংগী লমদম ওইবনা খা য়োংয়াম লাকপস্থ চেক্লা শয়োম পাইবস্থ ঙাক্তবা য়াদবা মতম ওইবনা কোরৌ নোংজা ওনি তম্লানি লৌঙাক থৌদা পুহুনা পলেম মমাগী য়াথংবু ইজথিরোইরে।

মতৌ অস্থমা শোংগ্রীনা লৌ-ওাক্লিডৈ মতমদা থায়না কুমজা ১৪গী মমাওদা ললোন ইতিক চৎখিবা ওইজ-ওইথক থিখিবা মপল কৌথক থোংওাং কৌবনা মোংবা ইরান থাদোকপা মতম কুইরে, অমুক্তং চৎলুবদি ফে অস্থুম খল্লহনা থাগী লমদগী লাকপনা লৈমা মরান তম্লকথি। য়াংদৌ লম্মখাওগী খানলৈ লৌবুকথক্তা শারিবা লৌশওদা লোইমোম কৌওাকচবী শোংগ্রীগী নিঙথিবা শক্তম য়েংবদা মুংশি ঈথক্লা কম্মা হৌরকখিবনা চিনক্লোগ পাউবায়কলে। মুংশি মুংওন রাহৈনা রাগোরবদা শোংগ্রীদি মুজা ওইবী পাঙ্গল শোনবী ওইবনিনা মাই হেকমায় কাওমদ্রে। কৌথক খুত্তগী নাহোকওজেবগী মুজা থজাহ লেংওন-চুপ মনুং থোঙগা পরয়না মুজা লৈমাং ওইশাবু থুংনা নম্মা শাংকায়বগুম ঙবা ফিগোক কুম্বাল্লেবু লৈচুনরেদো। অস্থুমা শিংডেল শেংপিরম লৈরাং খাবইরিম্লগা কৌথক থোংগাং মোংবা মখাল তম্মা প্রেপ-প্রেপ চৎখ্রবোইবে। মুজা ওইবী শোংগ্রীদি পায়না মুংদা শিং পিং চোং গ্ন ওাইতনা ইফংকা মুজা পাঙ্গল শোনবীনি হায়বগী মতিক শমু শাঙ্গল থোক্লা মুডা ইবনচৎ থুগায়রে হায়না থম্মোই শোক্লা লেংথাজৈ।

মতৌ অস্থমা কৌথক থোংওাং কৌবনা মোংবা মরান তমহুনা প্রেপ-প্রেপ চওলক্লগা মথাগোয় নাক্তা চওহুনা ঐ নাক্লে হাউনিংশং! হিদাক মৈথু থককে, হিদাক হাললু হায়হুনা ফজেন্দা ফম্লগা চিনবাল কাওমৈ খুহুনা লৈরেদো। মতম অসিদা মমোম শোংগ্রী লৌওাকপীস্থ কোবৌ ময়ুম চওখ্রবগী অওানবা থোওলেম্মা খয়ুরবদা মোংবা মরান তম্মা লাক্লবোইরে। ময়িম ফম্মেন মথক্তা হিদাক মৈথু থক্লম্বা চিনবাল কাওমৈ খুববু উবগা শোংগ্রীনা উনবিন্নুংবু মুংহাক্লা ওাংজা ঈকাই শেজোই হাংনা চৈর ফিগুম্লনা চওলকে। পলেম নাক্তা চওলগা হংবোইরে—পলেম ইমা পোকমাবীও! ইদ্মুম মোংবা ঐখোয়গী ফম্মেস্থত্তা ফম্লিবা চিনবান কাওমৈবু খুববু নমু কনা ওইবনো? অস্থুম পাউহংক্লবোইরে।

পলেম মমানা ইমোম নওদি খওলিরোই ! পলেম নমা এেহাকী শিয়োমুংদা চারী হুইথরম্নগা লৈত-লায়র কোরুবা ললোনবা চংখিবা পম্থৌনি। নপল পম্থৌ অশেংবদি অসিনি অমুম হায়না পাউতাক্লে।

পলেম মমাগী য়ারা অতু তাবদা মমোম শোংগ্রী লৌঙাকপীদি তাংজা ঈকাইখিবগা থম্মোয় তনিক-তনিক চোংহুনা পলেম মমা থেংনা হায়-বোইরে।

পলেম ইমা অপোকপী !
নমোন ওইবী এহাক্তি
পম্থৌ শকখওলুদবা মরম্না
খানলৈ লৌশঙ মথক্তা
হুরা হিগোক কুম্বালৈনা
লৈরাং লৈরাইনথরে।
নমোম তাংজা পুঙম্লোই।
লৈকাই থাংঙা ইতারুপ
লমলোই লেংমাম্নবীলক
তাংজা ইমায় পুঙম্লোই।
ভাইবং মপোক ওইররোই
য়াইবি মিরেন হামচৎনা
লোইবী অঙ্গো চীংজাউগী
নিংথি তুরেল ঈম্নায়দা
চোংথহুনা য়াইবি মঙাসে
লৈজরুরগে ইমা ও !

য়াহৈ অসি হায়রম্নগা মমোম শোংগ্রী লৌঙাকপীনা মমায় নোংপোক পাংনা চৎখ্রে। শোংগ্রী পোকপী পলেম মমা পোদোংহুনা মচানা হায়বা য়ারম্ব থরায় পোম্বা ওইগনি থাজরুদবা মরম্না মমোম মতুং ইলহৌদে। চাকখুম কাদা চঙহুনা মৈখৌ কম্না থারগা তরা চাকতু থোংখরে। তরা

থোংবা লোইরগা মগল কৌথকপু তরা চাকপু পিজ্জরে। পৌদোংম্নুনা মমোম শোংগ্রীবু কৌরক্লবদা মমোম্নদি লৈতবনিনা নমু কনাম্নু থুম্লক্কে। কদায়দা লৈথ্রবনো কোয়থি থিরক্লেদো। পম্বৌগী ইংখোল চাউকোয়নুংগী করম্বা মফমদা লৈবনো উচান মৈরা চম্না কোয়থি থিবম্নু ফংদরে। লৈকাই মমাম্নবী লমলোই মরূপ কয়াগী মফমদা চৎনা হংলুববু লৈকাই মমাম্নবী কনানা ইতা শোংগ্রী লাক্কেনে ইমা ও! ঙসি কোরৌ অম্নিবু ইতাদি ঐখোয়গা উনদ্রি য়াম্না অমা ঙাওনদ্রি অসুম থুম্লক্লুনা মমোমদি থিবা ফংদরে। মতম অসিদা পলেম মমা পৌদোংম্নু য়াইবি থর়ায় চেঙখৈঙুম শমু মশা নীক্লা নীক্লা মমোম্না হায়রম্বা ব্বাবু শোয়রোইদৌরবর থন্দুনা। খোয়মা নারক-চৎ পামেল উরক- চঙহুনা অহিং তাংলোদা থিবম্নু থিখঙদ্রে। মোংবা মরান তমহুনা চাদ-থক্কনা মমোম ব্বাখলনা নুংবংননা শাংবা য়াহিপ তাখরেদো।

ইনুং শোয়ম্নাইমাদা শোংগ্রী লৌঙাকপীনা নিথি লাইজা ঈরেনপুংদা চোংথহুনা থৌহু নুংঙাচা মঙা ওইনা শানওম্না লৈরে। ইনুংহুমক শোংগ্রীগী য়াইবি থরাইনা পলেম মমাগী খোমলেন মঙলান্দা লাক্লগা "হে পলেম অপোকপী! নমোম ঐবু থিবদি থিফংলোই। নমোম শোংগ্রী ঐহাক্তি মাক্লং তুরেল লাইজনুংদা থৌহু নুংঙাচাবু ওইনা শানওল্লে। নমোম শোংগ্রী ওইনা তাইবংপান্দা লৈববু তাংজা ঈকাই নংলবগী তাইবং মপোক অমা ওল্লগে হায়না লৈবনি। নমোম্নু চেপখোল লোংখোম্না লৌখংপিরগা ফিরোল ৬ থুমহুনা কোরৌ শিংবুম ৬ নিবু থম্নবদি তাইবং শাইওল হোং- ঙমগনি! পলেম ইমা ঐবু লৌবিরো।" অসুম খোমলেন মঙফাও- নররেদো। পৌদোংম্নু মিংবপ থঙখোক খোকই। মমোম্না হায়রম্বা খোমলেন মঙলান ব্বাবু ব্বাচানহুনা তাংলৌ লম্নদা হৌদৎলে। চেপলোং খুত্তা পায়রগা নাকন্দা তুঙ্গোল য়ান্দুনা মমাম্ন নোংপোক পাংলক্লে। মাক্লং তুরেল তোর্বান্দা লেপলে পৌদোংম্নু মনিত্তা মপি তরং হৌ! ইমাগী ইবেম্মা শোংগ্রী! নঙবু ইম্নানা পেলহৌদে। তাইবং মপোক ওইনবা

ইমানা নঙবু থিরক্লি। মফম কৈদা লৈবনো ? অসুম হায়রদুনা লাইজা হুংদা কুমথরে ! চেপলোংদু তম্না খোল্লদো। লোংখোন খূদিং লবই ঙাচিং ঙমহাই ঙাখা ! পোদোংদুনা হে ঙাচিং পেংলোইনাই, ঙমহাই নোংয়েংবিচা, ঙাখা মৈঙাংবীও ! লেমলৈ নখোয়বু খোনবা নত্তে ! য়াইবি থরায় হিংনা লেমলৈ নহৌশা কায়দনা লাইজা ঈবোমুংদা লৈরু ! ইমোম শোংগ্রীনু যিবনি অসুম হায়দুনা হেক হেক থাদোকখিবোইরে। অমুক অমুক পোকনবদা নং মচা কয়া কয়া য়াওরকপবুসু হে থৌদু নুংঙাগাও ! নখোয়বু খোনবা নত্তে ওন্নোন শোংগীস খোনর্নিবো হায়দুনা তেকপী ওকলু পোন্দা লেচেং শেক্কা থক্তা হেক হেক লংখৎলগনা। অসুন্না কোয়ৌ দুর্গানা চুপ্পা খোনদা মনোমবু ফঙ্গরা খনবগী ..। খোঞ্জনবু যংদ্রে থল্ল না গোপ্না মনান তম্লক্লে।

অহিং মতম ওইরকে। চাবা থকপা চন্দ্রেগী পানান মনা পোকদাংদুনা য়াইবা মনুং হৌনা থম্মোই পিং পিং চেংনা নুংঙাইহনা খোমলেন ভুমখুন ঙানবদা মমোম শোংগ্রৌনা খোমলেন মঙলান চান্দা হন্না লাক্কুনা হায়ররেদো। পলেমও ! অপোকপী ! নমাম ঠবু খোল্লগা লৈরায় মুবী থক্তা থৌদু নুংচা ভুনানবীবু মান্না লৈববু পলেম্না খণ্ডবনা কোয়ৌ মৈশা য়েনা খাঙদুনা লৈর। ঙনি কে বৌমন, অমুক হন্না লারগা নমোমু লৌবিরো। হয়িং থোইচা ময়াম্না ইন্দরিউে কোবৌ মৈশা য়েদনিঙে নমোমু পুবিরো। মালেম থক্তা ফিবোল ও খানা ইথন্দা ফিসোম ও কৃপা লুক্রাক্পা থক-খা খুমদুনা লাংজন লীন য়েংলগা কোবৌ নোংজা ও নিবু ওাইখণ্ডায়ু হায়রর। মিংকপ খংথোক থোকই পোদোংনু ফুক হোগংলে। মচাগী রাখল্লা ঙাঙজবী পোদোংনু লোতাপ পায় মান্নং ময়ৈকৈ তম্না চেল্লে। তোর্বান হেক য়োরগা ওরাং হুন্দোক্লম্বা তোর্বান্দা তাবা নুংঙাচাশিং চাইখাইদুনা রেংজরে। থৌদু মুংজা মরক্তা থৌদু নুংঙাচা ওইদুনা মতু মনান নান্না লৈবা লেমলৈ অচঙবা অতুবু থেংনরদুনা চরৈ ফিগাউক্তদা য়োম্না মোংবা মরান তম্না হল্লক্ল। মোংবা মরানংদা চঙনা লুক্রাক্পা খাদা থক্ত, চরৈ

ফিরোল ৬ শেয়ে। থক্তা খোইং নংঙাচাবু হাপ্লে। থক্তা অমুক চরৈ ফিরোল ৬ খুম্লগা লুক্রোক্কা থক্তা কুপ্পুনা লাংজন ঙীনা য়েংচরে। কোরৌ মশেক য়ৈহন্দনা মোংবা ইমুংগী লপলেন কাদা থমলেদো। অমুক খুমিদাং ভাইবদা কোরৌ মশীং থীবদা লোইদাম ওইনা খনখিবা কোরৌ শিংবুম অমনা কুনজা ওইনা খনপ্রেদো। কোরৌ শিংবুম ৫ নি শুরবদা পলেম মমা পোদোহ্নুনা মমোমবু করম তৌরিবনো য়েংনিংঙখিবনা হায়নবা নোংজাদো কাউরুরে। লংজল্লাহু তম্বোক পোক চরৈ বিরোল ৬ তুবু খংহাং হেক হাংলহুনা চেংলৌ মিংয়েং শানখৈরুরেদো।

মমোম শোংগ্রী লৌভাকপাদ ভাইবং শক্তম লোকাত্তনা চেক্লা মতো তমঙন্না মচিল তেংনৌ য়োংকেন মান্না শমু হুক্লা তুবান্না চেক্লা শরা তুরৈ ওইহুনা লমশং ফিগে মান, মনিং তমফা মিংকোই থিনবা মান্নবু লৈরম্লে। কোরৌ মশীং শুদ্রিভৈ য়েংহৈদনবু য়েংলুরবগী চেক্লা ওইনা শানওন্না চেক্লা শাখপ তোয়না পোখী মঙক চোয়রক্লবদা "পলেম ইমা অপোকপী! ভাইবং ওইবা য়াদরে নমোম শোগ্রী ঐহাক্তি চেক্লা তুবান ওইহুনা লৈরেদো। ভাইবং ওইনা শানওন্না পলেম নাক্তা য়াঙ্গেইগে তৌববু য়াদরে" হায়রক্লবদা ইমান শোংগ্রী লৌভাকপীনা ওইবা চেক পোনবী লোনখঙবা চেক্লা লোম্বোকপা শেনবী তেংনৌবা নিঙখিবা ফিগে লমশং চিনবা চেক নহাক্তি ইয়ুম শেনবি কবোগী লমদা কৌবা ইমুং শোয়রগা শরীক লাইখম্নংদা তোংনা চীংখোং য়াহৌনা চেক্লা য়াকৈবা তেংনৌবা হায়না কোলোয় মিংথোনগে হায়না মিংথোনখিদো।

---

## ৩৭। উধুম ওনখিবগী বারী।

খায়না মমাংদৈদা হৈরেম খুঙ্গাল কৌবা খুঙ্গং অমদা কাচেং লায়বা কৌবা চাকনি-ফিনিহুনা লৈবা নিপা অমা লৈরম্মোইরে। মহাক্তা অম্মা

চাকনি·ফিনিহ্নবা মতালোয়বু থাক্তুনা পুন্সি লেল্লকইদো। নোংমদি হৈরেম খুঙ্গানগা খুম্থংনবা খুমনগী লমদা খুমন শলাইগী উক্রোং হোঙলম্বোইরে। খুনগী মী পূম্নমক চিথবা লৈতনা চাকহোঙ ঙাহোঙবা অসিদা লাক্লহ্নবা হরাও তয়াম্না মপূক থম্না চাক্লনি খন্দুনা মী পূম্নমক লাক্লরে। চাবা মতম ওইরহ্নবা মী খূদিংমক চাক্লূক মপা-মপাদা চঙশিন্নহ্না ফম্নরে। কাচেং লায়ম্নবগীদি চাক য়াওবা চাক্লুক্তি লায়রহ্নবা চাক হাপ্নবা লা ফাওবা থুংবিদ্রবা অতুদা কাচেং লায়রবতু মপূক য়াম্না রারোরবোইরে। ফুক হৌগত্তুনা য়াম্বা নিংথৌ খুমন থোঙথিনবাও! করি মতৌবু কৌবগে? উক্রোং হোঙগনি হায়রবদি মী খূদিং থুংনবা তৌফম থোকপনি। ঙম্লোই-দৌবা লৈরবদি কৈদোনা হোঙজবা শাবনা? ঈকাইনঙাইবু ওইদবরা? চাক য়েনশাং য়েনবনম্তু থুবিদে লা থাবনম্তু লা·থাদে করি মতৌনো সিবো ছায়হ্নবা হেক নোক্লরবোইরে।

খুমন নিংথৌনা কাচেং লায়রবগী নোক্ল রাহৈ অতু তাবদা খুমন পূম্বা ঈকাইখিবদগী কাচেংবু ঙৈ থোক্লা শাউরেদো। খুমন্না শাউরক্লবা মতম অতুদদি কাচেং লাম্নবা অদো কিমনখিবনা মমায় থেক লোংখত্তুনা খুদোল লৈবাক তাদবমখৈ মফি তাখত্তুনা মিংলৈ মাম্নবৈ য়েংলগা চেনখ্রবোইরে। কাচেংনা খুমন্না তাম্নরক্লগদরা থনবনা হন্না হম্না য়েংতহ্নবা চেনখিবনা লয়তাঙ য়ুমোইকোন লালোই পাউবিতেক কৌবা মফমগী লেমলৈ ঙাফাফমগী শোম্ন মরুমদা লোংলহ্নবা নমুকনা খঙহন্দ-উহন্দনা তুমিন্না খাঙহ্নবা লৈরবোইরে। কোয়ৌ নোংশোইবা ইনুং তাংলৌ কয়াদা অসুম্না লোত্তুনা লৈবনা উনথম খাম্ভবগা তরা চাপুক লাম্বগা খাঙনগে হায়বগী লেমলৈ অচঙবা ফারগা চাবা চেক্লা উথুম থুমবীচাবু ওইনা শানওন্না লৈরেদো।

মতৌ অসুম্না কাচেং লায়বা কৌবনা লয়তাঙ য়ুমোইকোন্দা চেক্লা উথুম থুম্বীচা ওইনা শানওন্না লৈখিবনা মম্নিম মোংবা মরানয়াইদদি মতা-লোয়না ইশাবিবু লাক্তরে। লম্দম কদোম পাংখ্রবনো? খুমন মখোয়নবু য়াইবি থম্বাই লৌখ্রবরা অতুম কোয়থি থিরক্লবদা মশাবী কাচেং লায়বনা

চয়ৈ তাখৎনা মমায় থেক্লা লোৎনা চেনখিবগী ৱাফম্‌ মরুপ কনাগুম্বগী মফমদগী তারক্‌না মার খোঙ্গুল লীরক্লে। লয়তাঙ য়ুমোইকোন্দা থুংলরেদো। লয়তাঙ পাংকী শোয়রেন ফু্‌ম্বীন্নুংদা চেক্লা ওইনা শানওল্লা উথুম ওইনা চেকওইনা নমু কনা অমা উহন্দনা শমু মহুকশাংবু লোৎলিবা অহুবু উৱগা হায়বোইরে।

ইশাবি ৱাচেং লায়বা নহাক্তি নশানৌ নকুম্বী ঐবু য়োকপা থাকপা ঙমদরবগী লয়তাঙ য়ুমোইকোনসিগী শোয়রেন ফুম্বিন্নুংসিদা চেক্লা ওইনা শাম্বুপ্লা লোৎপদি চেক্লা উথুম থুম্বিচা হায়না মিংথোনগে।

তাংলৌ অহিং চূপ্লা য়াতানা ইনুং শোয়য়াইমদা কৌবা চীংন্নুং নোংগা ঙাল্লবদা চেক্লা নঙনা তূম তূম হায়ক্না চেক্লা নখৌ পোঙনা খোঙক্না ঐগী লৈফমদি সিদনি, তুমিন লৈয়ু হায়না তাকপনা ইন্নুং ঙানবা মতমবু ওইরে খঙনগে। কোরৌ ঙসিদগী হৌক্না চেক্লা নঙবু লোক্তাক উথুম থুম্বীচা ময়িম মোইরাং মাইকৈগী ইন্নুং শীংখোং য়াকৈবা চেকপু ওইহৌরো হায়-রম্লগা মিৎলু পিরাং শিম্ব্না মশাবীবু কায়নথি হায়দো।

---

# ৩৮। কোকিল ওনখিবগী ৱারী।

থায়না মমাংঙৈদা শামলো কৌবা অথৌবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। নোংমা লাংবম্বাগী শারবা লৌচি লৌয়া কোয়বদা শাবনা ৱানরবা মতমদা মনাই অমগা লোয়ননা শা তানবা চৎলম্বোইরে। মপু মনাই অসিনা শা অম্মুম তাল্লকপদা শাদি অমত্তা ফাবা ঙমদরেদো। উচিন্না লমখুম্বু অমত্তংদা ফাজবোইরে। মনাই য়েংলগা শামলোনা হায়—ইদাইরেম্ব! ঙসি কোরৌ নোংজা অসিদি য়াওরৌ অমম্বু ফাঙমদরে। তৱা চাক্লা লাম্বনে, কোরৌ মৈশানগা লাংবনে শমু ঐখোয়গী হুকচাংসে মপূং ফান্না চোকথরে। কবো নিংথৌ পুরিংবগী মচা ইবেম্মা উপেমন্থ, মপল মাঙ্গো।

খেজংলাংদা চরৈ ফি শারিবসে য়েংউ! লৈমা নাক্তা চওত্না খাম্বী মৈনিরগা চেক্লা লমখুম্থ অসি লৌকরো! মাসিনা ঐখোয় অনিগী তরা চাকপু লাম্ববু ৱাংলেন গুহাক খাওনসি হায়বোইরে।

শামলো মনাই অচানবনা মপুগী য়াৎং তুংইং। চেক্লা লমখুম্থ অহু পুরগা কবো নিংথৌ মমোলোন্দা খাম্বী মৈনিক্নরেদো। শুম্মাং মতা ক্ষদা খোইজু মৈদা মৈকাম্না শীংবা মৈজাউ থারগা চেক্লাহুবু লৌজবোইরে। লৈমা উপেমম্থ নিঙথীবীগী চেংলৌ শক্লোয় চওখোনবদি কোরৌহনবনা খোকপদা লৈরাং থম্বালনা শাংপগুম, অহিং তাংলৌ অথেঙবদা শূক্ক মম্বা তরংদা খাক্ত মকোয় যবনা মদোম তরক ঙানবগুম য়েংবদা মিংক্ষম হোংঙমদা মূন-মূন য়েংলগা চেক্লাহুবু লৌবদা খাম্বীমুংদা চেক্লানা মৈতাল তাঙ্গোই তানা চাকপবু খঙহৌদরেদো মনাইনা। ঙাহাক য়েংলুরবা মতুংদা শামলো মনাই অচানবনা চেক্লা মৈদা লৌরি য়েংলুরে। চেক্লা মাদি মৈতাল তাঙ্গোই তানা লৈরবহুদা পায়মা নিংশা খিবগা লোয়ননা মবুংঙো শামলো অথৌবগী চৈরাক মীফু ফংলগনি খনবদা কিমনখিহুনা থম্মোয় তেংথা নাওইনা থম্মোই হীক হীরুহুনা কপ্লবোইরে।

শামলো মাদইরেম্না কপ্পা খোঞ্জেল তাবদা লৈমা উপেম্ন চরৈ ফিশা ক্ষমদগী হৌগংলে। মনাইগী নাক্তা লাক্লে। হংবোইরে নিপা! নঙবু ইরম মীম্থ মান্দে, করি লমদগীনো? করি অৱাবা লৈবগী অহুক থম্মোয় শোক্লা কপ্পনো হংলেদো।

লৈমা উপেম্নগী ৱা তাবদা শামলোগী মনাইনা হা ইবেম্মা! উপেমম্থ নিঙথিবী! ঐবু করি হায়সিবনো? খোমলেন মঙলানগুম থোকখরে। ঐগী ইবুংঙো শামলো অহেনবনা চানবা চেক্লা লমখুম্থবু খাম্বী মৈথাহুনা লৌবনি। লৈমা নঙগী নশক্তম নিঙথিববু য়েংলিঙৈ চেংলৌ নিঙথিবনা পায়মা ঐগী উনবিহুংম্বু মুংগুন পুক্লিং শুম্মাংথিবদগী চেক্লা লৌরি কাউক্নরে। খাম্বী মৈনা মৈরাইথিবনা চেক্লা মৈতাল ওইরম্লে। হোরেল ঐবুপম্থৌ পাবম্না পলেম পিবম্ননা কোরৌথক্নগী চিংথনা মীচৈরবগা শমু

ইখুৎ পুন্না রারক চৈথেং পীরগনি অতুগীবু য়াইবি থরায় রামনখিবগী কপ্পখনি হায়বোইরে।

মনাইসিগী রারম অশেংবা উনবি শেপ্ত-রাবু তারগা লৈমা উপেম্না ওাহাক মিকুপ অমবু রাখল তৌরগা হায়রকই। অতুদি কপ্পগনু ! অতুগী-দমকপু কপ্পা হৌনবরা ? নথরাই রাজরবা নগাক্কী নতেংদু এসু পাংবা ওমগনি। হিংনা চাবা য়াবা মরম ১০০ মুন্না চাবা য়াবা মথল ১০০/১০০ দি শমু ইখুত্তগী থোকহনগে ইনিংনি। হোরেল নবুংঙো অতু উনরগা চেক্লাতুগী মহুৎ শিনবা য়াবা অমবু এনা হৌজিক শেম্বিনি। রারম অসি হায়হনা শামলোগী মনাইবু পুকনিং ফাজিনবিরে। মোংবা মরানয়াইগী ইমুং তম্না তনচঙ চঙথরে। থোইদিং অঙৌবনা শুবা মকুপ নিঙথিববু লৌথোক্লে। পামেল এগী উশুম্বল লেইমোম মায়ঙৌ তানা শুনফম চরৈ ফিনা শেংনা তৈথোক্লে। থোইদিং মকুপ হুন্না হাপ ডাইরোং শিংনাউ ৩/৪ দং হাপ্লগা শয়িশূক্তি তুনানবী শমু খুৎনা পায়হনা শুরেদো। নপ নপ লাউনা শুরগা চেক্লা খুনুতু মান্না খুৎনা মেৎনা শেমজরে। খাম্বী মৈদা তন্না অমুক য়াইরগা নিঙথিবা লাতোন্দা হাপ্পুনা য়োম্বিরে। শামলো মনাই অচানবদা সে সে নিপা ! নবুংঙোদা কৎচরু পিবিরেদো।

শামলো মনাই অচানবনা লৈমা খুত্তগী লৌরগা হরাও-হরাও নোমজেন চেন্না লাকচরে। শামলোগী শমু মাঙদা থম্লরে। মদাইরেম্না থম্লবা অতুবু লায়োন তন্না হাংবদা থোইদিংগী মনম্নে ডাইরোংগী মনম্নে অনি পুন্দুনা শামলোগী নাতোন্দা য়ৈববু শামলো পুক্লিং ঙকখিদো ! চেক্লানি খন্না মচেৎ অমা তন্না লৌরগা মহাও তংলবদা হাওমনখ্রহনা মদাই-রেম য়েংনা হায়বোইএ। ইদাইরেমও অচানবা ! চেক্লাসিবু করম্না খাম্বীথক্ত। লৌবদা নুংশিবা মনম য়াওহন্না অম্বক্কী মতিক হাউবনো হায়-বোইরে।

শামলো মনাই অচানবা রাথুপ ঙাঙবা হৈত্তবা রাচুম শুবনা মথা ওইবনা অশেংবা থৌদোক অহু হায়দোক্লে। ইবুংঙো ! রাজোন নিংথৌ !

নদাইরেম্না লৈমানাক্তা চঙহন্না খাম্বী মৈনিরগা লমখুন্নু অহু লৌজরে। লৈমা মাগী শক্তম নিঙথিবা চেংলৌ অহেনবা মতৌ উবদা নদাইরেমগী পুক্নিং শুম্মাংখিবা মরম্না লমখুন্নু লৌরি হায়বা কাউরুবদগী খুন্নুদি খাম্বী মৈনা মৈচাক কন্না চাকখিবনা তাঙ্গোই মৈতাল ওইরম্লে। নদাইরেম্না ইস কন্নম তৌগনি ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা ঐবু চৈরাক চৈথেং পীন্নরগনি হায়রক্না কপ্লবদা লৈমা শকহেনবীনা করিগী কপ্লুরিবনো। কপ্লগনু মতুগী মহুৎ ঐনা পিবিগনি হায়রক্না ঙাইরোং শিং হাপ্লগা থোইদিং অঙৌবা অহু পুথোক্লুনা শুম্নন্দা শুরে। তন্না মৈদা অমূক লৌরগা লাঙোন্দা য়োমহন্না পিবিরকখি মহু নবুংঙোদা কংচরুরো হায়রক্না পিবিরকপন' কংচররিবসিনি খুমজরোদো।

মদাইরেমগী ব্রা হাবদা শামলোনা অহুদি তয়ম ইদাইরেমও! লৈমা নিঙথিবী অতুগী নাক্তা অমুক হন্না চংলু! "লৈমা নথৌরাংনা পিবিরকপা থোইদিং এম্বা খুনুগী মহাড়ুসে কাউঙমদে। নুজা চেংলৌ নিঙথিবীগী শক্তম্না শামলো এগী থম্মোয়নুংদ লূপ্না লৈববু চেক্লাগুম চিন্দিম্না পোম্বীগুম লোনহায়ননা চিনকোই পাওমেন্নসি" হায়রুও। অসুম হায়রবদা শামলো মনাই অচানবনা খূনিঙ কাঙনা খোঙথাং থুনা থাংহন্না পুরিং নিংথৌ মমোম লৈমা উপেম্নুগী নাক্তা চংখ্রেদো। হায়রুবোইরে—"ইবেম্মা! লৈমা নিঙথিবী! শেনবি নঙগী মঙুং নমান ওইবা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ শামলোনা শেনবি মরনদমদা হনগদববু য়াংলৌ লমশাং ওইবগা কোরৌমগা য়িমচঙলকপনা মোংবা শঙ্গায় তন্না হনরাইবসু মঙমদে। লৈমা নফম্লাংদা ব্রাইথুংগে ঙ'স ইনুং অসিদা নুংশি ব্রারী শাহন্না নুংওল পুক্নিং লোনহায়নববু য়াগবরা। পামেল কা হৈরোং লোংজুম পানবগী উখোংথাদা শামৌ নঙসু থোরকউ! পুক্নিং করি থনবগে! মাই ব্রাচানদববু পাউখুম্বিকদে; তাইবং পুন্সি খোঙদিম্ননা লৈমা হঞ্জবী ওইহন্না পুন্সি লৈপুন শেম্নসি হায়রকই" অসুম হায়না হায়রুরেদো।

তয়ম অচানবা ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা নুজা ঐবু খোয়দাবদি নুন্না লাইবক খেনলাইথোংবু ফবনি। ব্রাঙ্গোম নিংথৌ ম্রাথংবু মালেম লম্নদসু ভাইহন্নোই।

চরৈ ফিগাঁও শাহৌই হোয়েল চেংলৌ শকউনরগা নাপ্পা চীক্লা হায়রগে অসুম হায়না হায়রক্লবোইরে। শামলো মনাই অচানবর্না য়াঙোন নিংথৌ নাক্তা তন্না অমুক লাক্লগা লৈম মপাউ অপূম্বা চিথদনা পাউদম্লে। মপু মনাই অনিমক পূক্লিং হৈরাউ থোইহনা পামেল কা হৈরোং লোংজুম পানবা মখোঙদা লৈমা মাবু ঙাইহনা লৈরবোইরে। তাংলৌনা লৈথরক্লবদা লৈমা উপেমম্মু য়াঙোন নিংথৌগী মপাউবু কাউওমদনা পামেল উখোঙ তন্না লাক্লে। য়াঙোন নিংথৌ শামলোগা মুংশি য়ারী য়াহায়না নূংঙল পূক্লিং লীতিন্নহনা নাপ্প চীক্লা য়াহায়নরে। পুন্সি পম্বুং তানমিন্নসি তাইবং লৈপুন ওইনসি অসুম হায়রহনা খজাই লেংঙন-চুপ মুর থাদ পম্না পুন্সি ঈরাল্লে অরাং শক্ল লুতোংলৈবু মুরা হিগোক কুম্বাললৈগা তৈনা শরী পন্দোম্নরে। শামলো য়াঙোন নিংথৌনা ইমুং তাংলৌ অহুদা মশানৌ লৈমা উপেম্মবু লৈমা উপেমমু! নিঙথিবী ঙসি কোয়ৌ অহুদা য়াঙোন নিংথৌ ঐহাক্কী অরাম খৌরাং কোক্লবা চেক্লা খুমু লৌবদা তয়ম্না নচেংলৌ য়েংলিঙে খুমু মানা মৈতাল তাঙোই তানা কাবনা লৈমা খুমুকা হায়না কোলোয়গে। য়ারম অসুম হায়হনা কোয়ৌ শিংবুম ৫নি লৈমা নাক্তা শাম্বপ্না য়াঙোন নিংথৌ লৈখরে।

কোয়ৌ মুমিৎ ৫ নি শুরবগা শামলোনা লৈমা য়েংনা হায়রকখি— লৈমা খুমুকা নিঙথিবী! ঙসি কোয়ৌ অসিদা য়াঙোন ইরানয়াইদা থুংলসি লৈমা কমলেন লুচিংবী ওইহনা লৈবাক য়ায়েল থৌদানা হীক্ল হাইনা লৈক্লরসি হায়হনা মোংবা মরান তন্না লাক্লেদো। য়াঙোন নিংথৌ মহাক্না লৈমা উপেম্মগা অনিনা মোংবা মরানয়াইদা থুংবদা য়াঙোন নিংথৌগী লৈমা লুচিংবী য়াওংমুদি লেমলৈ ঙাফাবা চৎখিবোইরে। য়াঙোন নিংথৌম্মু তন্না অমুক শা তানবা চৎখরেদো। অস্মুমা ঙাহাক পুঙোয় চৎলুরগা লেমলৈ অচঙবা খরা পুরহনা মোংবা শঙায় তন্না প্রপ-প্রপ চঙলক্লে। মনিংথৌ শামলোগী লপলেনকাদা লৈমা উপেমম্মুনা লৈবহু উরগা অশাউ-বনা লুঙোন কাপ্ররোইরে। অয়াকপা খোঞ্জেন্না লাউরকই।

হা ইবেম্মা ! লম্মদোন তোম্মদগী লাকপী ! নঙনা নবেম্মা ঐ লৈনা লৈনা ইপুরোইববু মুনগে, লৈমা ইফম শিনগে লাকপরা ? নবেম্মা ঐদি মিংয়েং চোইদাদবী রাখল শিনশু ওন্নদবীনি। লৈমা ইতিক খঙঙু দো ! অসি হায়রল্লগা চেনশিল্লত্তুনা লৈমা উপেমন্নুগী মখুৎ শাগল লাক্কুনা খংচিং হেক চিংবদা উপেমন্নু খুজেং পৎ হেক তক্কুনা ঈঙাং পামফেম্মা ঈমু পাক্কুকুনা মালেমদা লৌখোং চেনবগুম পুমঙাঙ ঙাঙনা তারেদো। কোন্নং থনবী ইপিশিং নিংথৌ মনাই চঙহুনা রারোংনবা খাম্বন্নু নংহৌদে। উপেমন্নু তাংজা ঈকাই নংহুনা মোংব মরান তম্না খূদোল লৈবাক তাদনা চেন-খরেদো।

রাঙ্গোন নিংথৌ, য়াওরৌ শাফারুবা হল্লক্লে। মোংবা শঙ্গায় মনূংদা লৈমা উপেমন্নু লৈরমগনি খন্না প্রেপ প্রেপ হেক চঙলকই। লময়ায়দা ঈনা ইঙাঙ ঙাঙনা পরেং মতৎ-মতং তাবহু উরগা হংবোইরে। য়াওংন্নু ! পলেম পিন্থাং শিনবী ! রাঙ্গোন ঐগী মোংবা য়িমলেনন্নুং অসিগী খার্বুন থক্তা তারিবা ঈ সিবু লেম্মলে করম্বগী ঈনো ! য়াওরৌ করম্বগী ঈনো ! হং-বোইরে। মথংলেন শামলোগী রাহং অহু তারগা লৈমা য়াওংন্নুনা পাউ-খুম্নকই। রাঙ্গোন নিংথৌ ইপুরোই ! কায়রে য়েনকাওনবগী ঈরা খঙহৌদে অসুম পাউখুম্বোইরে। শামলো, পূক্লিং তপথবা লৈতরে, কোয়য়েং য়েংই মশানৌ লৈমা উপেমন্নুবু চেংলৌ শকউদবগী পায়মা ন্নুংবং-নরিঙৈ মদাইরেম অমা নাক্তা চঙলক্তুনা লৈমা অনিগী থৌদোকপুম্বা চিথ্বদনা পাউদম্লরেদো। মদাইরেমগী পাউদম মতুংইন্না শামলো পায়মা পিবুক্কুংদা খোয়রাং মিহুন চোংহ্ননা লৈমা খোঙ্গুল লীরকলে। ঈগী ঈরম মতুং ইন মার খোঙ্গুল লীরকপদা লৈমা উপেমন্নু নিঙথিবীদি ঈরোক লাইচম অশুকপগী লাইজা ঈশিং অরাবা ঈশং থাংবা মফমদা, তম্না তম্না ঈরোক অহু লাক্লিঙৈ শামলো অহেনবনা চেংলৌ শংদানক্করে। লৈমা নাক্তা প্রেপ-প্রেপ চঙলক্তুনা হায়বোইরে।

হে লৈমা নিঙথিবী ! রাঙ্গোল ঐগী মিরেল ওইবী ! লৈমা খুম্নকা

শকহেনবী ! নঔবু তাবরা ! নচেম লৈমা অহনগী রারক রাতেমথোবু পায়মা কন্নিগী পূকলৌ-রারোবনো চংখিগম্ব ! রাঙ্গোন ইরানয়াইদা হললাইরসি। মতুং অমুক তৌদনবা রাঙ্গোল এনা পাউমেনগে রারম অস্থুম হায়হনা লৈমা শমু চেজেং কোন শিনৌ কুরাং নান্না পাউথেম-জবোইএ। রাঙ্গোল নিংথৌ মন্না তাবদা লৈমা খুনুকানা মিৎলু পিরাং ঈচেন্না হায়রকই।

ইশাবী ইবুংঙো ! শেনবি খুনমিংথৌ অথোবা ! নতালোয়বু রারক থোদা ঙমদরবগী নশানৌ ওইবী ঐহাক্তি ঈমু ফিরাক শা ঈঙাং পাক্তক্লরে শমু ইখৃংঙোনবু তংলে। লৈকাই ইত্তারুপ লমলোই ইমান্নবীলক্তা চেংলৌ করম শকউৎনগবনো তাংজা ঈকাইজরে। মোংবা নরানয়াইদবু চঙজরবোইএ। অন্নাং কোরৌনা য়েংসন্ন মালেম লয়না খঙলসন্ন ! রারম অস্থুম শরী পন্দোল্লবদা শামলো পূকনিং তপথ ঙমদরেদো। ঈরোক লাইচম অশূকপদা লৈমা মাবু হুঞ্জেক্লম থাঙলেন থূত্তা পায়না মোংবা মরান তমহনা অশাউবনা লুতোন-কা মিংকোয় অনি কোরিগুম ঈঙাং থাংনা চেন্নকলে। য়ান্না অমত্তা হায়ঙমদে লৈমা অহল য়াওংন্ন থাঙলেন চেপ্পা হাইহনা থাঙয়ান অমুক হাইবদা শমু ফিরাক থায়থরে। মতালোয়গী মশানা লাইজা তমলেম্ম্ংদা হুস্থরে। য়াইবি থরাইনা থারম-থাত্রিঙৈ লাইজা ঈরোম্মংদা তাবনা মতালোয় য়াওংন্নগী শমু ফিরাক অথায়বদি লেমলৈরা লেমলৈ নত্ত য়াওরৌরা য়াওরোন্ন নত্ত কোঙ্গেংং কাগুপ ওইহনা ঈরোম্মংদা লৈখিদো।

ঈরোক লাইচম্মংদা লৈহোবী লৈমা উপেম্ম নিঙথিবীস্থ মপাম শেনবি খুন্দা রাইথুংলরে। লৈমা মতৌ উবদা পলেম পম্বৌ য়াকারে. লৈকাই মবুং মৌপ্বাস্থ লমলোই চান্ন-মতারুপ পূন্না তিন্না লৈমা মাবু শকয়েংনরবদা ওস্থোকএ ওস্থোকএ নহাক্তি ! পলেম য়াথং য়েংদবী পম্বৌ য়াকা ঙাইদবী লৈকাই নবুং মৌপ্বাবু মীরায় লমচৎনবীগী গ্রোস্কিক করি থোক্রে অপঙবী ! শমু পাংশোয় নীক্বা লেমলৈ ঙান্না ঙাতিন শেম্বগুম

ঈহং নাইহং শায়রেদো ! য়ারম অসুম হায়হনা লৈমা মাবু নোঙ্ঙ-য়াহ তাবদা লৈমা উপেম্, নিঙথিবী উনবি কাচক হৌরোইরে। মোংবা য়ুমঙুং চঙহনা য়েনলম্ মথেল শেম্ন-থাঙ সুরা শিনগু থাঙনা লৈমা থম্মোই তম্না থিন্দুনা য়াইবি থরায় মাঙথোক্লে। মোংবা মরানয়াইগী শঙলেনমুংদা থম্মোই শোক্না অা লাউরা খোনকম তাবদা লৈকাই মীয়াম চঙনা য়েংজবুবু লৈমা উপেম্, কৌবীদি শমু ফিরাক থায়না ঈমু তোংদম চেম্না মালেম লয়দা তাবহ উবদা লৈকাই মীরুপ হোহনা লময়াই কাইথিন্নদা পুং শেল য়েরে। মীকপ মীরাউ খোঞ্জেল য়াংনা কপ্পরেদো। মতম অসিদা মশাঙ্খী শামলো অথৌবসু মশানৌ লৈমা খোঙ্গুল লীরকলে। মীকপ মীরাউলক্তা চঙলক্লে। কনাগুম্বী মতারোইদগী লৈমা মপাউ ফংবগা হায-খোইরে। চঙশিল্লে লৈমা নাক্তা লৈমা শমু মহকচাংদা তপ্পা নাম্না হায়রকথি—

সুরা ইনেম্মচা শকহেনবী !
লুজা করি মতৌনো ওঙ্খোকএ !
তাইবংপান্দা লৈরিঙৈ
কা শুংদাই লোংজুমপাল
পামেল উখোং থাহদা
য়াইবি থারে থামন্নসি
তাইবংদা য়ারে য়ামন্নসি
য়ান্না অসুম য়ারেপ্পা
খুদোল খুনম চুপ্পনা
শারী পন্দেন্নাখিববু
ঙসি কোরৌ নোংসিদা
লৈরাং অতিংঙা ওইরেক্লো !
শিংঙেল অরেম্বা তারেক্লো !

য়ারম অসুম তেংথান্নবগা লৈমা উপেন্দ্র পোকচবী পালেম মমা অকোং নাক্তা অমুক চঙলক্লে। ইনেম-ও। অতঙ্গী। অকোং চন্নু পুককবী নমোম ওইবী লৈমদি খোইন্নম করম্বগী শাথিন্নো। চীংও করম্বগী নোংদম্নো নমান ঐবু খঙঙমদে। য়ারম অসি তাবদা মনেম অকোং চন্নুনা থম্মোই হীক-হীরুজনা পাউথুন্নকই—

ইমান য়াঙ্গোন নিংথৌ য়াইফবা!
নতালোয় ইমোম লৈমা ওইবীদি
মুংশি নঙুংশাং য়াঙ্গোল নহাকথক্কীবু
মোংবা নঙ্গী নশঙ্গায়মুংদা
তালোয় শীংদা চন্না চৎপদা
নতাখোয় অহনবী লৈমা য়াওংমুনা
শমু মথুং থংনা চিংলবগী
লৈকাই মতারুপ লমলোই মমাম্নবীলক্তা
চেংলৌ শকউৎ ওমদরবগী
মুরা শিনশু-থাও য়েনলম মথেল শোইনথাওনা
মুজা থম্মোই তম্না থিন্দুনা
য়াইবি থরাই থাবনিদো ইবুংঙো!
নপল ঐখোয় পুম্নমক খঙহৌদ্রে
উনবি কাচক হৌদ্রুনা তরং মালং ওইবনি।
য়াঙ্গোল নচেংলৌ য়েংলুগা
ইনেম্না খোয়মা মুংবং মুংওল্লে।

য়ারা অসুম পাউথেন্নবগা অমুক হন্নমু হায়বোইরে য়াঙ্গোল নিংথৌ মাকলৌরেম! নঙবু ইনেম্না করম খাইসিবমো মুংবংলে। ইমোম লৈমা উপেন্দ্র মথা তানা ফ্য়জবী চেংলৌ শকমমু শোয়দবী খোয়মা পুকচেলমু মান্নবী ইমোম অমা লৈরিদো য়াঙ্গোন মথুংক অসিদা লৈরোং লাইদা কংপংম লৈমা মতং শিক্লরগে মাকলৌরেম করি হান্নবগে পাউহংলে।

মনেম য়ারা তাবদা শামলোনা হায়বোইএ—
পলেম শিন্নবী ইনেমও !
চানিঙদবা হৈরাং য়াকুমদে
তংনিঙদবা য়েল্লম তিন্নুংদে
শমু হকচাং লৈরাং অহুনা
শমু শকমান্নরবস্মু
চেংলৌ শক্লোয় লৈবনা
তাইবং শক্কম খঙনৈদো
নমোম অহেনবী অসিনা
লৈমা মন্থুং শিনববু
করম্নবু ওইগবা ওন্থোকএ।
য়াঙ্গোন ঐনা কাউঙমলোই
শামলো কৌবা ঐহাকস্মু
খমন্নুং মায়কৈ তন্নগে
অপাম লাংওন থারগে
মুংশি য়াকয়ৈ তোংলগা
মুংশি চিথুং তাল্লগে
য়ারৌবিস্মু পলেম-ও !

য়ারম অস্মুম হায়রগা খাঙলেল্লিবী উপেম্মু, নাক্তা চঙহনা চরৈ ফিরোল কাঙলগা মুজা নাক্তা ফম্নরে। লৈমা শমু মহকশাং শিনৌ কুরাং নানবদা য়াঙ্গোন থম্মে'ই কায়বোইরে। য়াইবি থরাই য়াওন্ত্রবা লৈমা খজাই লেংওন-চূপ মিংলু পিরাং হৌহনা হায়রকখি।

লৈমা থম্নুকা নিঙথিবী !
পায়মা মঙগী নপূকচেল
কনমম্নস্মু কল্লিকো !
খমন্নুং লেম্মি চীঙ্গা জোন্নমখো !

নমান য়াঙ্গোন ঐহাকসু
থাঙলেন চন্না নোংমনগে।
খমলৈ মীনুং কোন্দুদা
লাংওমন্নসিকো লৈম-ও!

য়ান্নম অসুম হায়রদুনা খুৎশূথাঙ তেম্মানবনা য়াঙ্গোন খুত্তা চেৎনা পায় খোরী চাকয়ো লমদা তন্না থাঙলেন মচিন নাইবনা খিন্দুনা য়াইবী নোংমন্নরেদো।

শাবী শানৌ অনিগী য়াইবী থন্নাই মিরাংপান্না কোরৌ থক্তা লাকপনা নুন্না চীংখুথেন্দা লমওক্লরে। খমনুং মায়কৈ তন্নকপা য়াইবী অনিনা উপেন্ন য়াইবী মাঙদা-থা য়াঙ্গোন য়াইবীনা তুংদা-থং খমলৈ কুম্বদা কুম্মন্না শন্না তানবদা তানমন্নরক্লবদা লমলেন ঙাতা পাংকী লাইজ ঈরংয়াইদবু লমওক্লরেদো। লমলেন ঙাতা পাংকী লাইজ ঈরংয়াইদা লাফোং লৌওনবনা উরদুনা হায়বোইরে হে শামলো! অতোনবা! খমনুং লমদম য়োবদি লমলেন ঙাতা পাংকী লাইজ ঈরীক লাইশেং থোইবনা ঈক্ল শান্দেংগদবনে। নঙ হান্না ঈক্ল মায়তারু-ও! অসুম হায়রবদা শামলো অতোনবদি পায়মানুংদা থাজক্লবনা ঙাতা ঈরংয়ায়দা কুন্না ঈক্ল মায়তথিয়ে। মতম অসিদা লাফোং লৌওনবনা লৈমা উপেন্নগী খুজেং হংচি লাক্লা খমকোল খোঙয়াং থক্তা তোংনা পুখরে। লৈমা উপেন্ন মাই য়াকন ঙমদনা লাফোং য়ুমদা য়াইথুংলবগা ঙালোয় তুপ্তইনরেদো।

শামলো অতোনবদি ঙাতা ঈরংয়ায়গী শেক্তা চাংজৌ থক্তা কারগা চেংলৌ লয়না য়েংববু মশানৌ লৈমা উপেন্নবু উবা ফংলক্তরে। মায়কৈ কদোম চৎপ্রবা লমদম কদোম পাংপ্রবনে.কো ওন্থোকএ অসুন্না কোয়য়েং য়েংবদা মশানৌ লৈমদি উবা ফংদরে। খমলৈ মীনুংকোন শন্না মীথুরোন্দা কোয়না কোয়না চত্তুনা মশানৌবু কোয়থি থিদুনা লৈখরে।

লৈমা উপেন্নদি লাফোং লৌওনবগী মন্নানয়াইদ. কুমজা মথং লান্না লৈবনা মপারী অনি শাৎনা লৈমা হেন্দোকঙমদনা লৈরে। অসাইঙৈগী

মথংলেন শামলোনা শরা মীখুরোন্দা কোয়ম্বি থিরকপদা লৈমা উপেম্মদি লাফোং য়ুমদা লৈগনা মপাল্লী অনি লাইশাংনা লৈববু খওলবদা কঞ্চাউ মৈরী অরাংবা খাম্বী মৈকা লায়া শাত্তরহনা খংনাং চীক্লা খাওজরে। খোইয়ম মফম্নাংদবু করি তৌওমদবনা পারমা হুংদা থম্লকই।

হে খোইয়ম মিনম্বা! খোইয়ম নথৌরাংনা তাইবং ঐপী ইতালোয়বু খমম্নুং শরা নখুরোন্দা লাক্লগা ওম্মী মতাথোক্লা তালোয় তুমুনবদি খোইয়ম নতিক য়েংগে চীংও নওবু হেনবা খোইয়ম কোরৌ নোংনিংথৌম্নু লৈরি। খোইয়ম নাক্লা চৎলগা চীংও রায়েল চুম্বিয়ো রাকংকে অম্মুম হায়না থম্লহনা খোইয়ম কোরৌ নোংনিংথৌগী মফম্নাংদা লাক্লগা খুবাং তরা লোন্দুনা ইহু কাইদ লিশিংনা নোম্না চাংজৌ চেপ্পা লয়দা তাহুনা লাফোং লৌওনবা তাইবং তালোয় তুমুনরাগী হুয়েল লানপাংবিয়ো হায়রক্লে।

খোইয়ম কোরৌ নোংনিংথৌনা শামলোগী থরাই শোক্লা তালোয় তুমুন রাকংপবু থৌজাল লনকুবিরবগী হুরেল লান্দারকখরে। লাফোং লৌওনবদি কোরৌ নোংনিংথৌগী শমু মাওদা খাওওমদরবগী য়াইবি থরাই থানবা কোরৌ নোংশীংজংনা হন্না হন্না থাববু লাফোং শিগররা শিদরে। লৌওনবা মায়থি ফংবনা কুরাক শিদংবা শিনৌ মেন্দং মানবা ওইনা শাইওনখ্রে।

মতৌ অম্মুম্না লাফোং লৌওনবনা কুরাক শিদং ওল্লা শাথপ লৈনা হুম্না পাইখ্রবদা লৈমা উপেম্মনা মপাল্লী অনিমাহ্ন শম্নু খুৎশম্নুনা লাক্লেবো। য়াংলৌ লম্নখাংদা শামলো অথৌবগা লমওক্লরবদা মাওগী রারী নিঙশিংনা থোক্লখি পুম্না পাইট্রদম্নরবদা মশাবীনা হায়বেহ্নইরে।

লৈমা উপেম্ম লৌওনবী!
লহাম্লোং তাইবং নোংশা পাম্লব
লাপ্লা চীক্লা হাহারাবী।

পুর্নমি পম্বুং তামমম্নসি
তাইবং নৈপুন ওইমন্নসি
শরী পন্দোলনরকখিঙ্গী
রারম পূন্না কাউখিদে ।
মশাবী শামলো ঐহাক্তি
পাখং থাঙলেন খূত্তা পান্ন
খৌনাউ লোম্থোঙ লেন্দুনা
শন্না নতুং ইল্লকপবু
থঅজুং লমদা রাইথুংলবগা
লাকোং লৌওনবগী মরান্দা
মপারী নাউশাৎ তমতুনা
নথংলেন ঐবু তুংওইনা
তাল্লোয় তুপুক খায়রম্বা
মপারী অনি পুরগা
শামলো মাঙদা লাকপদি
কৈমা করি পূক্চেলনো ?

রারম-অগন্না পিবুক থনুং হুংওন্না তকলৌ শিদং শোন্দুনা রারক মীটচ পিরক্লে। নথংলেন শামলো ঐনা লাম্দবা, হুংশি নকাদা য়েকপা লাইথুন্না ময়েক লানা নৈরবদি নপারী কৈজুং অহনবনা কোকিল চেক্লা ওইরসনু, লৈকা অমুবনা শন্না লুমগা কোনবা চেকপু ওইহনা নৈসনু! লমলেন তুমু ল্যেকচাউ-য়িনী চাংলোয় ভাতান পাংপান্দা চীংশা কুংনা পাক্পা অল্লা উনায় তান্বদা-কুর্ষী মজুং নাইনা চেক্কানা খোংনা নৈবা অমুক খাইকৈ-চেকপু ওইরসনু অন্নম হায়না মীচৈরে। কোরৌ অসিনোংদগী কৈজুং অহনবনা পানওনচেক শন্না লুমগা কোননা নাউয়োক চেক চেল্লা হুকিল চেক-ও হায়না পিজৌখি হায়রো।

---

# ৩৯। পুরি পুরাবা মচিন মৌপ্া

থায়না মমাংঙৈদা লুখ্রাবী অমা লৈরম্বোইরে। মাগী মচানুপী পুরিবী কৌবা অমগা মৌপ্া পুরবা কৌবা অমগা অপিকপা খোমগী অমগা পোক্লম্লগা মপুরোইবত্থ শিখ্রবোইরে। অঙাং অনি অসিবু য়োক থাক্লবা হোংনবদা মহাক য়াম্না ব্রানা হোংনজবোইরে। লৈকাই কোণুখোং চঙহনা চগেম খরা হেক লৌজরক নোংমনা পাত্তা কুমহনা ঙা হেক ফারু নোংমনা চাংদা কারগা শীং চঞ্জ তৌহনা মচা অনি থাক্লকপদা মমৈদা য়াম্না ব্রারক্লহনা চাবা মচেৎ ওই শেৎপা মনিং থুংদনা লৈরকপা মরম্না কৈথেল কাহনা মচাশিং থাক্লকই। নোংমদি লুখ্রাবী অসিনা মচা থাকপদা খোমনোবীগা ওইননে ব্রামল্লহনা অতোপ্পা মপূক থাকপিবা ঙমগদবা নিপা অমদা য়ুম পাল্লগে খল্লবোইরে। অস্তুম্না নোংমা নিনি ব্রাথল তৌরক্লবদা অতোপ্পা নিপা অমদা মথুম পান্দুনা লৈথোকখরে। ময়ুমদা লৈহৌবা অঙাং অহুম অদুবু হুন্দোকপিরম্লে। মুমিৎ অদুদা অঙাং অহুম অদুনা কৈথেল কুমরকপা মতম য়োরবা ফাওবদা ইমাদি লাক্লে, হায়হনা মমা লাকপা ঙাইহনা লৈজবোইরে। মমাহনদি ইহন হল্লক্লবা অদুদা অঙাং অহুম অদুনা ইমা! ইম! ইমা, নঙবু লাক্লে-দকো হায়হনা কপ্লুনা অহিং অদু লেপ্পরে। অঙাং অহুম অসিনা মমা কৌরহনা কপ্পা মখোল অদু হিংচাবী অমনা তারহনা ফরেদা! ঙসি ঐগী ইচিপ্পাক লৈত্রে কদায়দা চৎলগা থিরুসিগে খনববু লৈরেদনা হায়হনা অঙাং অহুম অদুগী মমা শারহনা খোঙজিন্দা লেপ্লরেদো—হায়রকই—ইমাগী ইবেম্মা! ইমা লাকএ খোঙ হাংও হায়বোইরে। মমামক্তী খোঞ্জেল ওইরবোই নিঙহনা মৌপ্া পুরাবনা ইচে! ইচে! ইমা লাক্লে খোঙ হাংও হায়হনা কপ্পা তল্লরেদো। মচেম পুরিবীনা মমাগী মখোল মাপ্রহনা-পলেম ইমাগী মখোল মান্দে, খোঙ হাংবা ঙম্রোইএ হায়না খুমলে। অপিকপদি অঙাংহনগা কপ্লমিন্নক, মৌপ্াহনা মরোলমা ইমা

লাকএ টচে ! থোও হাংলুও ! হায়না কন্না নিঙাই তৌরবদা হিংচাবীহুনা ইমা লাকএনে ইচাশা ! থোঙ হাংও করি তৌরবগে নথোয়বু অসুম তোয়না লাউরক্লবসু মচেম অহল অহুনদি মমা নঙ্গে খঙলহুনা থোঙ অহু শুকহাং হেক হাংবিদরেদো। অহুম ওইনমক মৌপ্‌ানা কন্না তকশিল্লকপা অহুদা থাঙবা ওয়ক্লহুনা মচেনা থোঙগী মাতৈ খজিক্তং কাঙহুনা হেক য়েঙ্গে তৌবদা হিংচাবী অহুনা থোঙ অহু খঙনম হেক নমথেক্তুনা ইমুংদা চঙলক্রে। মচে অহুনা কিমনগ্রহুনা মৌপ্‌াবু নাকন্দা থৈহুনা থম্নবা কন্না হোৎনজে। অহুবু মৌপ্‌ানদি খঙদবনিনা ইমা ! করি লৈরকই ! ঙমোক লৈরকপন্না হায়না হংখোইরে। মতম অহুদা মচে অহুনা 'হাই" হায়রগা মৌপ্‌াগী মচিল মেনবা লাক্লরিঙৈদা অপীকপা অঙাং মচাহুনা কপ্লিবহু তাপ হেক লৌক্লরগা মতম্বাক্তা পল্লে। অহুগা অপিকপা অঙাং অহু মখোল থোকহন্দনা মখৌজেং মেত্তুনা হাল্তোকখরে। অহুগা হায়রকই—ঙসিদি ইমাদি করিমত্তা লৈরক্তরে। পোৎসু শিত্তে, তুমত্তম তুম্লুরো হায়রগা মতম্বাক্কী অঙাং অপিকপতুগী মথুৎ অহু থুদেল্লগা প্রোক-প্রোক শায়হুনা চাবা হৌরবোইরে। হিংচাবীহুনা প্রোক-প্রোক শায়বা মখোল অহু তাবদা পুবাবনা ইমা ! নঙদি করি-করি চায়। ঐস্থ চাগে খরা পিয়ু হায়বোইএ। হিংচাবীহুনা করম্বা অঙাংনো মথিবোংমকস্থ লাউগ্রে, থম্মৌ মতেক অমত্তং চাবসিফাওবা য়োৎপা ঙয়োইদৌবি- সে চারোসে হায়হুনা অঙাংগী মথুৎ খুদোম্বী মতেক অহু হেক লংলকপোইবে।

মচেম পুরিবীনা মুন্না য়েংলগা মৌপ্‌াদা ,"হায় ইবুংঙো !" হায়হুনা খোঙ্গেল পীক্লা চাদনব মখুৎ য়ৈথরে অহুগা ফক্লাং ময়াদা নপশিন্দুনা ভুন্না মাল্লবা থৌরাংজরেদো। মৈ মুংথংলে হিংচাবীনা অঙাং অহু চারিঙৈদা মচেম পুরিবীনা নাশোন থোকহন্দনা ফক্লাং অহু হোগাইরগা মৌপ্‌া পুহুনা লিখোক্লগা চেনগ্রে। থংনবা য়ুমদা চেল্লক্তুনা থোং হাংবিয় হায়রবদা য়ুম-থংনবা অহুনহু করিনো অঙাংশিং অসি য়াম্না কম্লিদকো হায়না চিংনরিঙৈ হেক থোক্ল রে। থোঙ হাংবিরে - পুরিবীবু ঊবদা করি তৌরে নমা লাক্তবরা

হৎরোইরে। পুন্নিবীনা ইমাগো ওসিদি লাক্তরে—হিংচাবী অমমা ইমা-শাত্থনা ইমুং চঙলক্লগা অপিকপা অঙাং অহুম চাথোকথরে, ঐখোয় অনিহুং তুমশিন্নবা শারগা কল্লাং হোগাইহনা চেল্লক্লবনি ঐখোয়বু কনবিয়ু হায়না জরেব্রো।

হিংচাবীহনা অপিকপা অঙাং অহু চাবা লোইরগা মথং অমম অমুক চারগে হায়হনা অঙাংনা লৈরম্বা মকমদা অথুৎনা লাল্লকপদদি অঙাং অনিমক অমত্তা লৈরমদরে। হিংচাবী অহনা অঙাং অনিমক চেনথ্রেরলনা হায়হনা মপান থোক্তুনা থিরকপদা অঙাং অনিদি অতোপ্পা ইমুংগী থুমদা চঙখিবনা হানগ্রহনা হিংচাবী অহু তকশি শোন্দুনা হনখ্রে।

অঙাং অনি অহনা মমা লাক্তবগী মুংঙাইতবনে অঙাং অপিকপবু হিংচাবীনা চাখিবগী মুংঙাইতবনে ইমুং অহুদা হীক হীক লাউনা শুৎ-শুৎ কপ্পা উবদা ইবেম্মা! কপকহু! চাক ঈশিং নবুক থম্মা চারো ওসিদি—হরেং নোং হেক ঙানবগা নমাগী লৈফম থিবিগে, নমাগী ননাক্তা থিনবিনি অম্মুম হায়হনা অঙাং অনি অহু থেম্মজিনবিরে পিজ-পিথক তৌরেরো। নিঙখিনা ফম-লোক থাবিহনা তুম্মল্লে।

নোংঙাল্লে. কৈরোই-লৈকাই চঙনা অঙাং অনি পুহনা মমা কদায়দা লৈবগে কোয়থি থিরক্লে। খুঙং ব্রাংমা লাল্লগা তুরেল ব্রাংমা তাবা খুঙং অমগী মমুংদা মতু মচা লৈতবা নিপা অমদা মমুম পান্দুনা লৈরম্বা অহু খঙলেদো। মফম অহু তান পুরক্লহনা অঙাং অহুদা নমাদি অসিদা লৈরবনি চঙঙো হায়না তাকপিরম্লগা মমামসু মমুম মমুম হল্লখরে। অঙাং অনি অহনা অপোকপী মমা লৈরে হান্দুনা ইমা! ইমা! হায়না হরাও-হরাও চেনশিঙ্গরক্লগা ইমা! ঐখোয়দি কদায়দা লৈয়ু হায়বগে? নঙনা ঐখোয়বু হন্দোক্লম্লগা মফমসিদনা করিগী লৈরম্লিবনো? চৎলসি ইমা! হায়রম্মী।

অঙাং অনিনা অম্মুম্মা ইমা ইমা! চৎলসি হায়হনা য়ৌ-য়ৌ তৌরবা মতমতা অহু উবদা নিপা অহনা, হাই মুপী! নঙঙু ঐঙোন্দদি নচা লৈত্তে

হায়খিবদাই হৌজিক্কা করম্না লৈরম্বি? করিগী মীনম লাংখাকলনো? হায়রকপোইরে। মরাক্তগী রা তাবদা নুপীসিনা ঈকাইমহুনা করিনোনে ভৌম্রিবসিবো? কদায়দগী অঙাংশিংনো? ইচাম্থু পোকচদবা এঙোন্দা ইমা! ইমা! হায়ম্রিবসিবু ঙক্লেদকো ঐদে! অম্থূম হেক হায়খোইরে। রাক্থু তাবদা নিপা অহুনা ফরে অহুদি, নচা অশেংবনি, লেংদবনি হায়বা অরেম্বা খঙনবা তারে হায়বোইরে।

হাই নুপীমচা! নঙনা নুংগী শূম্বল অত্থু ননিংশানা কাম্বদা লেঙলবা অত্থুগা শূক অত্থুনা য়ুময়াঙ লাম্না হুনবা ঙম্লবদি মচানি ঙমত্রবদি মচা নত্তে। অত্থুগা নিপামচা নঙনা শূক অত্থু নঙস্থু ননিংশানা কামউ মত্থু লেঙহল্লু অত্থুগা য়ুময়াঙ লাম্না হুল্লু। মত্থু ঙম্লবদি নঙস্থু মচানি খঙলগে নত্রবদি মচা অমত্তা নত্তে। নুপী! নঙ হান্না কামউ! হায়বোইরেদো।

রা অসি তাবদা মচেম পুরিবীনা মমিত্তা মপি শিস্থনা লাইনিংথৌবু থাদা কোম্না নিংশা খিংজরগা শূম্বলত্থু কাম্বদা শূম্বল মচী লেঙলে। অমুক শূক অত্থু পায়রগা য়ুময়াঙ লাম্না হুগ্লবদা শূক অত্থুনা য়ুয়াঙ রাংমা লাম্না চংখরে! মত্থু উবদা মচেম পুরিবীবুদি মচানি হায়রে। নিপামচা! নঙগী থোক্লে, নঙ অমুক কামলো য়েংলসি হায়রবদা অঙাংনিনা থোইয়ম করম্বা লাইবু শোনগদগে খঙদবনা ফনা এম্না কাম্লবস্থ শূক অত্থু মচি লেঙবা ঙমদরেদো। ঙমদ ঙমদনা শূক অত্থু অমুক পায়হুনা য়ুময়াঙ লাম্নবা হুনববু য়াঙলেন মকস্থু য়ৌঙমদরে। মতৌ অসি উবদা নিপামচা অসিবুদি মচা নত্তে নঙদি চংখরো হায়না তাম্থোকপিরেদো।

মচেম পুরিবীনা মৌপ্বাবু তাম্থোকপা অসিদা মপি তাম্রহুনা কপচরগা মূনা মূনা য়েংলদুনা লৈজরে। লোম্না চেস্থোররগা মৌপ্বাবু থামলে, ইবুংঙো! ইচেমগী ইবুংঙো! লাইবক থীবা। লমদম থাম্বা চংখিন্থু। মনিঙগী শীঙ্গে ময়াদা লৈবা চক মরক অসিদা লোত্তুনা লৈম্থু। ইচেম্না নঙগী চানবা পিরকনি অম্থূম থাম্নদুনা মৌপ্বাবু চক মরক্তা লোংহল্লে। মানা চাগদবা

চাক্লুক্ত্রী তংথায় অমমম হেক থাল্লগা লোম্না লোম্না পিজত্লনা থয়কপা চুমিং ১০নি শুজিল্লক্লেদো।

নোংমদি মচেম পুরিবীনা মৌপ্রাগীদমক চাক ওইনা পুথোকপত্ত খুদোং চাদবদগী চেঙ ওইনা পুরক্লগা মৌপ্রাগী ফিজিদা কিবিরে। তুমিন্না চংখ্রগা মফম অমদা থোংত্লনা চাক্ল হায়বোইরে। পুরাবনা হরাও হরাও চংখিত্লনা চেল্লকপদা রাক্লক্রাক অমদা খু নানথোকখিত্লনা নিঙথেংননা হেক তুরে। চেঙ অত্তস্থ জ্বাই লাউনা হেক চাইখাইরেদো। মতম অত্লদা রারা চেঙজাবা অমা থোক্লক্লুনা চেঙ অত্ব পাক-পাক থুন্দুনা হেক চাথোক-লবোইরে। পুরাবনা মথরাই সুংঙ ইত্রত্লনা মচেগী মনাক তানা তন্না হল্লক্লে। মচেমদা লুক্রাক্তা নাম্থুত্তদা চেঙত্ত হৈদোক্লে ইচে! ঐনা খুনগে তৌরিডৈদা রাবা চেঙজাবা অমা থোরক্লুনা লোইনা থুন্দুন চাথোকখরে হায়না মমিত্তা মপি তারহন পাউদম্লরেদো। মচেম্না ফরে ইচে পিরগে হায়ত্লনা অমুক্তা চেঙ খরা পুথোক্লুনা ফিজিদা পুনবিরে। হবাও হরাওনা হোবে-হোবে অমুক চংখিবদা হান্না নাম্থুবা মফম অত্লদা অমুক্তা হন্না নাম্থুরত্লনা চেঙত্ত হন্দকস্থ চাইখাইরে। মতম অত্লদা তসাইগী মতৌগুম রাবা চেঙজাবা অত্তস্থ থোক্লক্লুনা চেঙ অত্ব পাক পাক থুন্দুনা অমুকস্থ চাথোকখ্রেদো। পুরাবনা রাবা অত্ব ফাগে হোংনবদা ফাবা ঙমহৌদরে। মথরাই সুংঙাইত্রংনা মখা ত্রক-ত্রক চিরু খাঙলগা মচেম নাক্তা লাক্লুনা পাউ অত্ব অমুক তমগদববু মচেম্বু নিবদগী নোংজা ত্তত্ব চরা হেন্দুনা খাঙ-লবোইরে।

নোং ঙাল্লে, মপুক ইহাপ হাপ্লে পুরাবা। মথরাই যান্না সুংঙাইতনা মচেগী মনাক তানা লাক্লগা হায়ররে।

পলেম পিথাঙ শিনবী ইচেম-ও!
নঙনা শিবা তরাগী চেঙত্তবু
লোইবী লোকমায় হাইগংপা
লোকমায়গী য়োক্লবু ক্লাবদা

অনানবা লয়কুপ ওইবনা
খুৎনাম্থোক্লা তুরুবে তরাসু হৈদোক্লে
ওরাং কোরৌ চুপ্পদি তরা চাকহেল্লবনি।
রাবা মানা ভত্তনা থোক
তরা চেঙঙ্গ চাথোকপগী
রাবা অহুবু ফাজগে
শন্নাং মনাম তাম্বা ২/৩ দং
পিবিয়ুবা ইচেমও!

অসুম হায়রবদা মচেম পুরিবীনা মকোক্‌ শন্নাং মনাম তাম্বা ৩ দং শ-লগা মৌপ্‌াদা চেঙ খরগা পিবিরে। পুরাবা ওরাঙ-হবাও চৎখিহ্নুনা মচেমগী শম্না লাং শাহ্নুনা রাবা যাগে থৌরারে। দাগী মমাঙদা চেঙ খরা চাইরহ্নুনা থম্লেদো। চেঙ অহু উনা রাবা চেঙজাবনা খোক্লুক্নুনা চেঙ থুনগে তৌবদা শম্লাংনা শেম্বা লাংদা থুরে রাবদো। পুরাবনা রাবা ফারেদো। মতম অহুদা রাবা চেঙজাবা অহুদা হায়বোইএ। হাই রাবা চেঙজাবা! নঙ ঙসিদি পুরাবা এগী খুত্তা তারেদো। য়াইবী থরাইদো মাঙবা তারবনি ঙসিদি। নফৈ কৈফগল অনিনা ইচেম পুরিবীগী মাইয়োক ওইনগে। নশা মহাও য়াওদবনা পুরাবা ঐগী তরা চিন্দম্নগে খঙ্গনিদো হায়বোইএ।

পুরাবনা অসুম হায়বহু তাবদা রাবা চেঙজাবা অহুনা তাইবং মীরোল থোক্লা হায়রকই-- হে নারা পুরাবা! রাবা ঐবু হাৎকন্নু! ইখোঙ কৈফক অনিনা নচেম মাইয়োক থানগে হায়বসু হায়গন্নু! রাবা ইশা অসিনা পুরাবা নচিঞ্জাক ওইহ্নুনা তরা চিন্দম্নগে হায়বসু তৌগন্নু। রাবা ঐদি নারা নত্তেং পাংলুগে লাকপনি। থোকউ থোকউ হায়বা পোৎলমশিং অপাম অপাম্বা হায়বদা ফংবা ঙম্বা য়াইহ্নুবু পিবিগে। সনা থোকউ থোকঙম্বা লুপা থোকউ থোকঙম্বা য়াইনি অরাৎপা লৈতনা কঙ্গনি অসিহ্নুম লৌজৌ হায়রকলেদো রাবা মম্বাহুংদগী য়াই অহু ওথোক্লে।

পুরাবনা য়াই অহু পায়শিল্লে হায়রকই নঙনা হায়বনু ঐনা থাজদে। চাং য়েংথিনি নঙদি চেনবা য়ারোই হায়রগ। উনা অপাকপা অমগী মথক্তা য়াইহু পায়হুনা ঙসিগী চানবা অহাংবা তরা চাক্লুক ২ গা চরৈ ফিগা থোকও হুনবোইরে। য়াইগী ময়াইনা উনাহুগী মথক্তা তরা চিন্দম নিঙ-থিবা মথেল লুকোয় শুরবা চাক্লুক অনিগা চরৈ নিঙথিবা ফিজোল অনিগা ইখঙ-খঙহৌদনা মাঙদা থিন্দুনা লৈরেদো। চুম্নবা শোয়ত্রবা অহুদা রাবা চেঙজাবদা চাক্লুক অহুগা ফিগা য়াইহুগা শিন্নরম্নগা মচেম পুরিবীবু কোবা চৎখ্রেদো।

পুরাবগী মচেম পুরিবী থুংলরে, রাবনু পুন্দুনা থম্বা অহু মচেম পুরিবীনা চেনশিন্দুনা লোথোক্লে অহুগা হে রাবা চেংঙাচা! ইহু নাম্না পুরাবনা অঙাং ওইবগী খঙদবন নঙবু পুল্লুরে রারৌবিগনু হায়হুনা রাবাহুবু থাদোকখ্রে। মতুংদা মচিল মৌপা মাখোয় অনি অহুনা তরা চাক্লুক অহু চারগা চরে ফিহু শেংচিল্লে। রাবনা পিবা য়াইহু চরৈ ফিজিন্নুদা কিশি নথুপ নাইনা কিশিল্লগ ইচেমগী ইবুংঙো! চীংঙু লাইনা থৌজানবিবে। এখোয় মফম অসিদা লৈরগন্নসি চৎলসি হায়হুনা মচিন মৌপা অনিহু চেল্লক্লেদো। মাঙ-তুং হুন্ন-হুন্ন য়েংহুনা চেল্লকপনা নোংমগী লম্বী ওইরকলে। অশোঙবা উমং য়ৌরমদাইদা পাক্লবা লম্মাং থেংনরে। লম্মাংদা হৌব উথোঙ অমদা তহিং অহু লেল্লেদো। নোং ঙাল্লে, ঙস্তা অমুক হৌরগা অমুক অমগী মতম লাক্লগা পাক্লবা লম্মাং অহুগী মী পোং কনা তাদবা মফম অমা ওইক্লে। মফম অহুদ মচিল মৌপা অনিনা মফম অসি য়াম্ন ফজবা লমদম্নি। মফম অসিদা য়ুম্ন-কয় শাহুনহুম লৈরসি হায়না থন্নহুনা য়াই অহু পুথোক্লে। মচেম্না ইঙ্গরকপা ফিহু থুম্লগা থারে। মথক্তা য়াইহু থম্লগা—"হে য়াই! নতিক্ক লৈব ও! কোম্লংগা মাম্ননা দলান ফজবা ফোগয় চেঙগয় চোনবা, শগোম্না থনবা শগোল শঙ, শম্না থনবা শনগোল, সনা লনথৈ লুপা লনথৈ থোক-পিয়ু!" অমুম হায়না থুম্নজরবগী মফম ইখঙ-খঙহৌদনা লম্মাং অমুদা,

দলাল মখোল নিঙথিনা সন। লনগৈ লুপাগী লনগৈ, ফৌগয়, অয়ুখা শয়া থনবা শনগোল, শগোলনা থনবা শগোল শঙ থোকহল্লে। মহ উবদা মচিল মৌপ্‌া মাখোয় অনিনা য়াই অহ অমুক ফিজিদা কিশিঙ্গরগা দলাল মন্নুংদা চঙহনা লৈরেদো। অহিং অহু চাগদবা চা থক্কদবা থক্কহনা লেপ্লে। নোংঙাল্লগা অমুক য়াই অহু পুখোক্কনা কোন্নুংগা অকোয়বদা থাঙ্গমপাৎ লৈহনবিয়ু চেকপন্না পললকোর খাবিবু শামী লাম্মী থোকহনবিয়ু হায়ঙ্কনা য়াইহু হুঞ্জরে। পুম্নমক থোকলে। অৱাৎ-অপা করিস্থ লৈতরে। থাঙ্গম-পাৎকী ময়াদ পরেং নাইরবা হৈপাল লৈপান মফম চাবা য়েংলগা পুন্ত্রি লৈবা অহুদা থন্নো থম্বাল শাৎহন্দুনা চেক্না শিড়ি নাইনা শেন্দাল্লে।

অস্মুম্না কোন্নুংগুম্না নিঙথিরবা মফম ওঙ্গরহুনা লৈরবা মতমদা লন্দাংদা মচিল মৌপ্‌াদা লৈবহু নুংঙাইবহুনা নক্কবা অকোয়বদা লৈবা লায়রবশিংবু চাক পীজহুনা সনা লুপা য়েল্লগা ময়ুম মকৈ শাবিহুনা ইকোয় কোয়না খুন্দাহল্লে। অস্মূম্না মথং-মগং লাক্কুনা খুন্দানরবনা চহি ২/৩ লৈরক্লবা মতমদদি মপুং ফাবা খুঞ্জাউ অমা ওইরেদো।

অস্মুম্না মচিন মৌপ্‌ানা নুংঙাই য়াইফনা লৈরকবা মতমদা নোংমদি মমা অহুগা মপা অতোনবা অঙগস্থ পাউ তারহুনা মাঁয়োক মীচান ফবা মচিন-মৌপ্‌া লৈ হায়এ। মাখোয়গী নাক্কা চংলগা শেল থুম থক্ক নিক্কসি। মীদি য়ুম হোংহুনা খুন্দানবস্থ য়াওনরে হায়না তায়। ঐখোয়না লৈবসিদগী নোংমগা চাকচামাঙদগী লম্মি হায়নৈ। খুদোং চাগদবা লৈরবদি ঐখোয়স্থ মফম অহুদা অহুম লৈরবস্থ লৈথোক্লসি হায়না ঙাঙনবোইল্লে। মমৈথংদা মাখোয় অনি অহু চংপদা লেপ্পরে। লখীদা চান-থক্কবা চেঙ-জেল চয়োম শেম্লে। অহিং অহু হয়েংদি চংলগদবনি হায়হুনা অহিং অহুদা পুগাল্লবা পোৎ চৈ পূম্বা থোরাং লোইরেদো।

নোংঙাল্লে চয়োম চেঙজেল পুরহুনা চাবা থকপা লোইরগা মাখোয় অনিস্থ খোঙশাল্লক্লেদো। লখীদা অচৎ-অওক কনাগুম্বদা হুংবদা মাখোক্লনা হায়ঙ্গা তাক্কখিনা পাউ অহু চুম্লয়ে। পাউ অহু চুমম্নবা অহুদা

মপুক্কিং হয়াওহনা অসুম লাকপনা মুমিং তারমদাইদা অশোঙবা উমং মন্না অমদা মাখোয় অনিনা পুরকপা চেঙজেল চয়োম অহু থোং থাকুনা চারগা অহিং অহু লেল্লেদো।

নোং ঙাল্লে, ঙন্না হৌহনা চাগদবা থরা চারগা মাখোয় অনি অমুক লাক্লে। মুমিং মুংলকপা মতম অহুরাইদা মাখোয়গুম্না চাক্কি-ফিনিরুসি য়ারগনা মফম অহুদা অহুম খুন্দারুসি হায়হনা নিপা ৫ নুপী ৫ গা লম্বীদা ওক্লরে। কদায়দনো চংনরিবসিবু হংনবদা মচিল মৌপ্‌াগী মফমদা চংপা ওইরম্লহনা মাখোয় ২ খোঙবু ওইরেদো। থবা চংলগা ১২ মক কোম্নুং অহু ফংলবোইবে। মাখোয় ১২ না কোম্নুং য়োরক্লবদা কোম্নুংহুগী অকোয়বদা তারিবা য়ুমকৈগী মঙং পৃখ্রি, থাঙ্গমপাং মপান মপান্দা উগী পবেং লৈশুন। নিঙথিনা মকা ফং। শাত্তুনা লৈবা উবদা মাখোয়শিং অহু ইঙক ঙক্লম্ম। নিঙথিজনা খুন্দা লৈতাবা মঙং মতৌগী রানী শানা শানা লাকপনা কোম্নুংগী সনথোঙ থ্রেবক্লে। সনাথোঙদা লৈবা কোম্নুং ঙাক-পশিং অহনা মাখোয় ১১ বু উরগা কবি হায়দিগদবা কনা উনবিগদবা লৈবগে হংবোইরে।

মাখোয় ১২ গী মরক্তা থরা অহল ওইবা অমনা এখোয় অরাম্না মফমদগী লাকপনি। ইবুংঙো অসিগী মীচং মীথোক লুনা চাম্না তৌবগী রা তাবদা এখোয়সু চাক চরা অমত্তং চাক্লসি শেল থুমসু থরা থরদং নিক্লসি হায়নহনা লাকপনি। য়ারবদি ইবুংঙোবু অমত্তং উনহনবিয়ু হায়রবোইরে। থোঙশঙবা অহনা ফরে - অহানবদা মীয়ামগী চাকম শঙ অসোমদা চঙবিরো অহুগা মতুং তাবা য়াবা থৌরম শিঙ্গগে হায়হনা মাখোয় ১২ বু পুশিন্দুনা মী ১২ না লৈবা য়াবা কা ৬ তা পুশিন্দুনা মফি মরোল পিহনা পোথাহল্লে। চাক য়েনশাং থোংবা মী ৩ থোক্লকুনা মাখোয় ১২ দা করি করি য়েনশাং চাবিগদগে মাখোয়না পাম্বা য়েনশাং মরম থোংহনা মাখোয় ১২ বু মপূক থম্না থম্না শিজরে। মী ১২ দা শিজ পিথক লোইরগা মী খুদিংদা সনা লুপা ঙমজবা থরা থরা কংহল।

অম্মা চাবা থকপা লোইরত্না সনা লুপা ফংনরবা মতুংদা মী ৬ হায়রবদি নিপা ৩ গা নূপী ৩ গদি ময়ুমলোমদা হল্লসি হায়রত্না চংখরে । পুরীবীগী মমাগা মপা অরোনবাগা লোয়ননা মী ৬ তি লৈরৌরে । মাখোয়না হায়-বোইরে । ঐখোয় ৬ তি মফম অসিদা করিগুম্বা থবক ইনখাং শুযম নোমফম লৈরবদি খরা শূজগে হায়বোইরে । থবক শীল্লিবা লুচিংবা অত্না ফরে অত্থওইরবদি ওসিসি পোথাবিরো ! হয়েংদগী হৌনা নূপী ৩ না কোম্নুং মন্নুংগী লৈগু ময়াম অসি ঈশিং চাইবনা থবক ওইবিরো। নিপা ৩ গীদি মনুংসিদা লৈবা পুখ্রিশিং অসিগী মপান্দা চোমথরিবা নাপীশিং মন্নুংদা হুপ্না শন্দুনা হৌরিবা খরো থম্বাসবু কুপশিল্লকপা অসি শেংবিরো । মতুংগীনা মতুংগী অমুক শিঞ্জগে হায়ত্না মাখোয় ৯ না লৈবা য়াবা শঙ অমা তোপ্পা শীন্দুনা থম্বিরে। চান থরুবা চেঙ, হরাই থাউ থুম ডা. শীং চফ্‌ ইরাল, ঈশিংপুল মরম অমত্তা য়াত্তনা পিবিরত্না মাহ্ থোংলহনা চারগা অহিং অহু লৈরে।

নোংঙাল্লবদা থবক্কী লুচিংবা অমগা লোয়নন মাগী মাগী থবক মরম মতম চানা-চানা শুনরে । মতৌ অম্মা মাখোয় ৬ না হুমিং ২ নি শুরবা মতুংদা মাখোয়না উরিবা কোম্নুং অসিগী মওং মতৌ কোয়শিল্লিবা চেক-পলগী মরক্তা নূংঙৌগী নূংমুগী সনা য়ুম্বী, লৈনবা শঙ্গায়গী ফক্লাংদা থাম্লিবা মনিমুক্তাগী খূংহংনা থিল্লিবা লতেং, লৈরো মথল কয়াহু য়েংবদা সরারেনগী লৈবাক হায়বহুবু সিবু ওইবু ওইরিগদবা থম্নবোইরে । মরক মরক্তা শঙ্গায়দা চঙহনা ফক্লাংদা মিরাং থুবা উফুল য়াইফুল পাইশিন্দুনা নপ্পশিং অহু কম্পোক-খোত্তোকুনা শুবা হেক হেক চঙবোইরে ।

অম্মা হুমিং ৩নি শুনা শঙ্গায় শেংলকপা হুমিংকী অয়ুক অমদা পুরিবী পুরাবা মচিল মৌপ্‌ান্না অয়ুক্কী চামায় লাংবা লোইরহনা শঙ্গায় মাঙ্গোন্দা ভাহাক্তং পোথাগে ময়ামদ্দী মতেগ্রু য়েঙ্গে খোরুকপোইয়ে। লৈ পাম্বা্‌শিংদা ঈশিং চাইগে হায়রহনা পুরিবীগী মমানা ঈশিং পুল অম্না মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা পুরকপা অহু পুরাহনা হেক উরুরে। মচেম্‌

ইচে! আদা ঈশিং লুল পুন্নিবী মুপী অসিবু ইমা নত্রা য়েংউ হায়-খোইরে। মচেম্মা য়েংবদা মমা ওইরম্লহুনা মখোঙ খোল্লা ইমা! ইমা! কৌরকপোইরে, মচা পোকখি হায়বগী রাখল লৈত্রবী মমাহুনদি থুম্মক লেন্দ্রদো। পুন্নিবীনা হা ঈশিংপল পুবী! নহাকপুনি ঐনা কৌজরিবসি মহাক অসিবু ঐখোয় ইচিল-ইপবাবু পোকপা পলেম ইমাদো মাল্লিনে, নহাকপু কদায়দগীনো হংবোইরে। মুপীহুনা মচা অসিবু মুম্না য়েংলগা রা অমত্তা ভাঙদনা তুমিন্না চপ লেপ্প্রনা লৈরে। ঈকাইবদগী মমায় খেগুম লাংনা উংম লেপ্প্রনা রা অমত্তা ভাঙদনা লৈরবদা পরাবনা ইচে! মুপী অসিবু ঐখোয়বু পোকপী ইমাহুবু নত্রবরা? লহানসু মীগী ময়মদা ঐখোয়না ইমা হায়না কৌজবদা ইচাসু পোকচদবা ঐডোম্দা তৌবরিব-সিবু ভকচরেদা হায়খিহু নত্রা? হৌজিকসু ঐখোয়না ইমা হায়না কৌজবদা খুম্বিদে। অহুনা ঐ পুক্লিং মুংঙাইতে। হায়ঃমুগা মনাই-শিংদা কনা কনা লৈবগে? মুপী অসি মখুৎ তুংবুন্নরগা কৈশুমশঙদা থমউ! হেক হায়বোইরে। মতম অসিদা মনাই খরা চঙলক্লনা মমাহুগী মখুৎ অহু তুংলোমদা পুল্লে। কৈশুমশঙদা পুরগে তৌরক্লবা মতমহুদা মচেনা হায়বোইরে। ইচেমগী ইবুংঙো! ভাইহাক্লং ভাইখো! হৌজিক্তি পুন্নমক অসি নঙগী ননিঙনি অহুম ওইনমক মহাক অসে ঐখোয় অনি পোকচবী অশেংবী ইমাহুনি থাদোকউ হৌনদে হায়রবদা মমাবু পুনবহু থাদোকহল্লে।

মমোম পুন্নিবনা ইমা! নহাক খম্মোয় কনমল্লি। নবুক্তগী থোক্কপা নহাকমক্লা পোকপা নঙগী থাউ অমদগী ঐখোয় ৩ পোক্লমদগী ইনাও অতোম্বীনা মরাইবক থহুনা হিংচাবীগী খয়াত্ত তাথ্রবা মতুংদা ঐখোয় অনি হিংহৌরবা অসিবু নচা নত্তে হায়বা ঙমথ্রবীনি। অহুমক্কপু হৌজিকসু ঐখোয়না ইমা! হায়বা অরোইবা খোম্মাংনা কৌজরবা কাওবদা মচান্থু [illegible]শিবগী ঈচেল অহু চেম্ববিদ্রি কল্লিকো মহাক্কী অমুকচেলমে! ঈয়ে—মকম অসিদা ভাহাক্লং লৈবিখো! অহুম হায়হুনা

ইমুং চঙথরে. খিদা লৌরুহনা থারগা কন্নারে ; মপা অতোনবহুসু কৌরুরগা কম্মিন্নহল্লেদো। মচেনা মনাইশিং থাতুনা মতিক চাবা ফিরোল লৌহল্লুরগ' মমা মপা অনিগী শেংন-ইন্নবা মথল মথেল নাইনা পুথোক্লে। সনা মীপোৎ ২ লুপা মীপোৎ ২ পুথোক্লে. চেঙ হরাই ঘি থাউ মতিক চানা পুথোক্লুন' মমাঙদা থিনবিরে। অতগী মথক্তা লম্বীদা চান থরুবা অথোংবা মথল মথেল নাইনা য়োম্লে। মনাইশিংদা শামু অমা পুরকউ হায়দুনা পূরক্লে। শামু মথক্তা পোৎ পুন্নমক হাপ্লগা মতুং ইনবা নিপা ২ নুপী ২ য়াওহল্লে। মথোয় পূন্নমক্কীসু চাবা থকপ' য়াত্তনবা নিঙথিনা হাপ্পিরে অদুগা মচিল মৌপ্‌া মথোয় চঙলক্‌না ইমা! ঐথোয় অনিদি কন্নিসু থঙজদ্রবা লাইবক থীরবা ঙাক্তনি ঐথোয়বু য়ারৌবিগনু! পুন্নমক ঐথোয়গী ইরাম্মি ঐথোয়বু ঙাকপিয়ু। অস্তুম হায়না থুক্রুমজরে।

মচিল-মপ্‌া অনিগী মতৌ উবদা মমা অপোকপী অদু ঈকাইথিবনা মমায় হঙ্গৎপা ঙমদরে. য়াখলনা ফুম্বংনরম্মী। ময়াম চঙহুনা শামূ মথক্তা তোংহল্লে। য়া অমত্তা ঙাঙলমদনা মতৈ-মনাউগা লোয়নবা মী থরগা ময়ুমলোমদা লাকখি। লম্বীদা মচাগী য়াখল্লা ফুম্বংনহুনা মমা অদু ময়ুম য়েংবা ঙমদনা লমথাংদা য়াইবি থরাই থাখরে। মীয়াম্না হকমল্লি অপোকপা মচাবুদি মপুরোইবনা হেল্লি হায়বা য়াখল চেনবী ওইবগী মতিক লমশি শিরিবনি হায়দুনা য়া-য়া ঙাঙনখি।

পুরিবী পুরিবা মচিক মৌপ্‌ানা ১১। শিরে তাবদা : মাগীদমক অমন নোঙ্গাথৌগী থৌরম পুম্বা পাঙথোক্লে। মপা অতোনবনু মতিক চানা শিগদবা পোংলম পিহুনা ময়ুমদা হুলহনখি।

মতম থরা লৈরগা পুরাবগীদমক থংনবা লৈবাক অদুগী নিংথৌগী মচানুপী অমা হায়রুহুনা লুহোংলে। পুরাবনা মচেম পুরিবীনুসু অঙোম নিংথৌগী মচানিপাদা থাজহুনা মশেল মবাই চঙহুনা থোয়জেল লিংজেল তিজলগা লৈবাক অ ঙাক্তন্নিন্নহুন্না লুজাইনা পানখিন্নরে। মক্লনিংথৌ

অহনবু মমাক নিপা পুরাবদা অহল ওইরল্লকুনা মরৈবাক অহু শিজরম্লগা লাইরৈবাক তানখি।

---

## ৪০। হন্নুবী হনুবনা থাদা খুন্দাবা

থায়না মমাংঙৈদা হন্নুবা অমগা হন্নুবী অমগা মতৈ মনাউ মাখোয় অনিদা যুম পান্দুনা লৈরম্নোইরে। মাখোয় অনিগী মচা অমত্তা [illegible] মদে। হন্নুবনা নিপা ওইবগী লৌ ইংখোল শূ নোম্মী। হন্নুবীনা [illegible] লাইরম শেংবা চাক য়েনশাং পোংবা ফৌশু চেঙশু তৌবগী থবক তৌদুনা পুনশি লেনবোইরে। হন্নুবনা লৌ ইংখোল শূরগা ফংলকপা অহু কুমগী মতিক চানা চাবা ওক্লবা পৈশিল্লগা মশম চানা চার-থক্লকুনা মতম লাইনা লাই হেক হেক মিঙবোইরে। অদুম্না লাইনিঙ পরম চেংনা নিঙবদগী লাই-শিংগা উনহুনা মরুপ মপাংগুম্না তত্তুনা রারী শাহুনা হেক হেক উন-বোইরে।

নোংমদি হন্নুবী অহুনা ফৌ গুরিডৈদা লাই সরারেন্না হন্নুবগা রারী শাক্লগে হায়হুনা কূমথরকপোইরে। লাই সরারেন্না অদুম নেমথরক অদুম নেমথরকপদা লমথাংদা হন্নুবীগী শুক মতোল অহুনা রাংনা থিনগতুনা লৈবা মরম্না সরারেন অহু কয়থা য়েনা নেমথরক্কুনা কূমগে হোংনবা য়াদ্রবোইরে। মহাক্না কয়ারক হন্না নেমথনবা হোংনবদা শুকী মতোল্লা রাংথনা থিনগৎলবা অহুদদি নেমথবা ইয়া য়াদ্রেদো। মমৈথংদা কান্নদ্রে হায়হুনা লাই সরারেন অহু অমুক মরমদম মায়কৈ পাংহুনা রাংথনা কাখংথরেদো।

অদুম্না সরারেন্না হন্নুবা হন্নুবী অনিগী মনাক শোরকপা উমদগহ উরম্লুনা, হন্নুবা হন্নুবী অনি অসি মথরাই মুক্তাইথোক্লবোইরে। মদুরে লাই

সন্নারেম্না ঐখোয় অনিগী ইনাক তানা লাক্লগা চঙলকপা ঙমদবসি মুংঙাইতে ঐখোয় অনি মাগী মনাক্তা চংলসি ঙাওনরেদো। হন্নুবীনন্থু ফরে হন্নুবা ! হয়েং অসি চংলসি হায়নরক্লুনা মাখোয় মপোং মচৈ য়োম্নে। মানা মানা পুবা ঙমগদবা পোংংয়াম নম্মো পোরগা সন্নারেনগী মনাক তানা চংখরেদো। লাই সন্নারেনগী মনাক য়ৌবগা সন্নারেন্দা য়েংলুবদা লাই সন্নারেনগী মমিং ময়াম অমু উবদা সন্নারেন অসে ঐখোয়বু য়াম্না শাউরে। মমিং ময়াম আসনা ইপুন-পূন্না ঐখোয় অনিদা পুন্নপ ওইনা য়েংহনা লৈরে। শাউরিবসি থরা নেমথরগা চঙলসি। ঐখোয়গী য়ুমদা মহাক্কা লাকখিবা মতমদা ঐখোয়না নিঙথিনা তৌখিদবগী মপূক য়ারোরে। হৌজিক লোইদাম থাজ পাখংবগী মফমদা চঙ্লহনা পোথারুখিসি হায়হনা লাক্লগা লোইদাম থাজ পাখংবগী মফমদা পোথাহনা লৈরেদো।

হন্নুবা হন্নুবী অনিনা লোইদাম থাজ পাখংবগী মফমদা ঙাহাক পোথাজবা অমুদা থাজর্গা। অইংবা অওম্না নিঙথিবা পূকচেল উবদগী থাজ পাখংববু থাদোকপা ঙমহনা খাগী মচিদা হৌবা হৈবোং পাম্বী মখোঙদা য়ুম মচা অমা শারগা ফৌশু চেঙশু তৌহনা লৈবোইরে। অসুম্না লোইদাম থাজগী মফমদা লৈরবদা হন্নুবা হন্নুবী অমু নাহা অমুক ওই-রক্লহনা লোইদাম থাজদা হন্নুবীনা হায়জেদো।

থা থা থাবুংতোন।
নচা মোরাম্বী পোব্বিগে
পোবী শনম নথিগে
হৈবোং চরোং অমত্তং
থাদবিরকউ থাবুংতোন !

অসুম হায়রবদা লোইদাম থাজনা হৈবোং চরোং অমা থাদবি-রক্লবোইএ, মদু অরেম্বদা মফম চাদবা হন্নুবা হন্নুবী অনিগী মথি মমুং মরক্তা তাগ্রেদো। মদু উবদা হন্নুবীনা :—

ইহে- নখিমক্তা তাখরে,
নয়ুংলক্তা তাখরে,
থৃ্া কমানা চাবিনি !

অসুম হায়রকুনা মথং অমুক নিজরে। 'অসুম্না হৈবোং অহু নিহুনা চারগা পুনশি নুংশাংনা তাইবং চারী শমথকুনা পানখিদো।

---

# ৪১। সনা য়োইরাংচাবুগী ৱারী

থায়না মমাংঙদা খঙ্গাল খুল্লাকপগী মচান্নুপী মশক মতৌ ফজব্রবী অমা লৈরম্বোইরে। অশংবা লিক পরেংগুম নিঙথি ফজে হায়কুনা মাগী মমিং লিকশংনু কৌবোইরে। খুল্লাকপা অসিনা মচান্নুপী অসি হেক ফংবগা মতালোয় ওইবী লিকশংনুগী মমা অহু তাইবং পুনশি লোইকুনা অমন খোঙ্গাপ্রবোইবে মরম অকুনা খুল্লাকপা অসিনা মচান্নুপীবু লুনা-চান্না তৌজেদো। খুল্লাকপনা মমা লৈজব্রবী মচান্নুপীবু য়োক থাক্লুনা মপা মচ মাখোয় অদিদা অসুম লৈরকপনা লৈশাবী মপুং ফারক্লে। লিকশংনু মপাগী থবক্তা মতেং পাংবা ওম্লক্লে।

লোমদি লিকশংনুনা মপাগী মচুং শিন্দুনা পাম য়াম্নবা পামদা চংথিংকুনা পাম পম্না য়াএম্মী। মতম অসিদা খোইয়ম শাইওন তৌরবা পাখংবনা নিঙথিরবা মশক মতৌ ফজরবা পাখঙ অমা ওইনা লাক্লগা হায়বোইরে। হা ইবেম্মা নিঙথিবী! মুজা নদোম তমক্লা থানলৈ লৌম্মানববু উবদা পাখঙ এনা হুংডাইতে, নুবা থানলৈ লৌম্মানবদা পাখঙ থৌরৈ তেংবাংগে। মুজা নদোম শুবগা থানলৈ মওম শাললরোই। অসুম্না হায়কুনা চঙলক্লেদো। অসুম্না হায়রবদা লিকশংনুসু মাই হায়না ৱাকনবসু ওমদা থৌরৈ তেংবাংবিরো হায়বসু হায়ওমদনা চেংলৌ ঈক্লাই শংক্লাননা লৈরবদা খোইয়ম

শাইওন ওইবা পাখঙনা মুরা নাক্তা চঙতুনা হেকমায় হাইমাইননা থৌরৈ তেংবাংলরে। উনবি অনি লৈতিন্নবা থানলৈ লৌয়ানমম্নরেদো।

মালেম ওানবা কোরৌহনবনা মুমিং মথোঙ খুমলবদা মুরা মাসু মোংবা মরান তম্না হুনখরে। পাখঙ শাইওন তৌরকপা খোইরম পাখঙবা মহাকম্ব লৈচিন শিকালক্ক মচঙ্গ্রে। অসুম্না কোরৌনোংজা ও নি চুপ্না থানলৈ লৌয়াল্লবদা মুজা লিকশংমুনা পাখঙ য়োইহৈ তানববু উনবি কাউঙমন্দন। থম্মোই লাইমিম্মু্ংদা য়েকচবোইরে। মপল খুল্লাকপা মশঙ্গায় ইনুং তাংলৌ অথেঙবগী খোমলেন মঙলান্দসু পাখঙ মাবু তম্মনা উবনা নুরা খোয়জিখাদা পুন্দুনা মুংশি তেনগা থোংলকপা তেনবী মচিল অতুম্বনা মুজা মাগী লকাদা থুম্না থিনঙ্গমলখোইরে। ময়িম মোংবা মরানয়াইদগী থানলৈ লৌবুক তম্না লাল্লগা থানলৈ লৌয়াম্মনা মুংশি চিনকোই পাউমৈম্নে। পায়মা অনি খোয়জঙননা তিলাং থক্কয়োংন-রেদো। মুরা থাদা পম্না শিনৌ কুরাং নাম্না খজাই লেংওন চুপ্লতুনা মুংশি হৌরী কোনমিম্নরে। মতৌ অসুম তৌবনা মুজা লিকশংমুগা কোরৌ অসুম খাওলকপনা মুজা হৈনা মতুং ইনগে থনবনা। মোংবা মরান তম্নক্লে শাফবী খোঙলোয় তুংইম্নরকলেদো। মতৌ অসুম্না লিকশংমু মমোম্না মপল পঙ্খৌ খুল্লাকপবু খঙহন-উহন্দনা লংম্নাই তেংনা য়ুমগাহন পাখঙ মাগা লোয়ননা হৈরাং লোজ্ঞাননা তাউজিং লোম্পুম্না থাঙকপোইএ।

লোইদাম থাবুম অনি শুরবগা লিকশংমু শাফবীদি মুজা পীবুকমুংদা তাঙ্গা লাকোয় য়াং খোইরু মিতম্নবোইরে। তাউজিং হয়শিন ইথৌলাং তিজ্ঞং থানাং তোয়রবগা লোইদাম থাবুম ও শুরবদা মপল পঙ্খৌ খুল্লাকপনা মমোম মতৌ উরগা পায়মম্নুংদা চিংনরেদো। হায়রকই— ইপাগী ইবেম্মা! ইমোম লাংলেন পিথাং শিনবী! ইপাদা অলেংবা য়া হায়য়ু! মুজা মথোক্লকপগী তাংজা ঈকাই লাংলবসু নপল ঐঙোন্দদি য়া থম্নগয়ু। নমান কনাগুম্ববু লৈবরা? লাংলেন মহৌশা নম্নরে।

ইমোয়া তিলাং থাজুংনবা উবদা ইপানা চিংনদবা ওমদরে হায়বোইরে।

লিকশংছুনা মপল মাওদা ঈকাই শেক্লোই হাংবনা তাংজা লয়দা লুকুনা লৈরে হায়রকই। পম্হৌ পোকমাবা! নমোম শমু ইছক-শাংবু অনা তিনজেল লৈবগী তৌবনি ইমান কনা লমগুরুদেদা হায়না পাউথুম্লেদো। মতৌ অদুম্না মশাবীবু চরৈ মোনখুন্নরকপন। কোরৌ মোংজা অমদদি পম্হৌগী খুত্তা শোয়রগনি থনবগী পাখও মাসু লোম্না থ,ম্না লৈখরে। কোরৌনদি অসুম হৌ—লোইদাম মথং মথং ওইরকপনা থাবুম তরা য়ৌরক্লবদা লিকশংমু মতৌনা লোংপা য়াশিল্লক্তুরে। মতৌ অহু উবদা লৈকাই মমাম্নবী মমাক্লপ মত্তা লমলোয় পুম্বনা মুশুক মুশুক গুওনবা রাবু মপল খুল্লাকপনা তারক্লবদা মোংবা মযুম তুম্না প্রপ-প্রপ লাক্লগা মমোম য়েংনা চৈরকলে—মপা মপুগী মভিক খওদবা! মুজা লমহেনবী! মপল য়ারা হীক্তোকপী! শাপে মপা মপলবু অরাং কোরৌ-দগী চিংথবী! নওদি ইপাগী ইমোম ওইওমদে। ওসি কোরৌ অসিদগী মোংবা ঐগী ইশঙ্গায় অসি থাদোক্ত্ুনা চংপিগ্রো। তাংজা অসে ঈকাই জৈ। ইরূপ লক্তা চওনিংগ্রে ওক্তবী! অসুম হায়রহুনা মচানুপী লিক-শংমুবু তাম্হোকগ্রেদো।

লিকশংমু মপাগী মীচৈ কংনা তাম্হোক্লক্লবহুদা লৈকাই লেংমাম্নবীলক্তা তাংজা ঈকাই নংলবগী মপলবু লোম্না খুরুম্লগা লম্মাং মায়কৈ য়েংনা খোঙশানগ্রে। অশোওবা নারক উমং য়ামংচুংদা চওনা লাকপনা লমদম তামশিল্লক্লে। লম শাংনা লাকখিবনা য়ারহুনা উখোও অমদা ফম্লগা—হে নোংদম কাশা চাউবা ইবুংঙো। লাইবক থীবী মুজারক্তা পোল্লবী ঐবু করম থাওসিবনো! থাংউথক্তা মাঙবসু মমাওওমদে। মুজা পিবুক্কমুংগী পওবা নায়া অসিবু অসুম মাঙলো তম্নবরা য়ারেদকো ঐহাক্তি। অসুম শোল্লউে মশাবী চীংগু শাইওনবনা লিকশংমুগী শমু মাঙদা চপ লেপ্লগা হায়রকই —"হে নোংদম ওইবী শাক্লবী। কল্লিগী অম্না লৈথৈ চেনবনো! মুরা

পুক্লিং য়াগনু ! মশাবী ঐগী কোয়াং চৈশু তাবুম ৫ শানবু লৈএ। অসিনুম লৌহৌও ! পুক্লিং উনবি চেংনা তৌজোও ! কোংয়াংসিবু পায়ম্লিডে য়েক্কবা কনা চঙশমলোই য়াওরৌ কনানম্ন শোকওলোই। কোংয়াং মতিক লৈবনি চেকশিন্নবু থাগোম্লৌ ! কোংয়াংসিগী মতিক্কি নমু কনাগুম্বনা খোঙকাপ নৌরৈ থাংনা কানবদা য়াইবী মহোম নোংমনবনে।" অম্নুম হায়রম্লগা মশাবী ওইবা শাইওন্দি নারকম্নুংদা চঙখরে।

লিকশংম্নুংদি ইওক ওক্লা মশাবীবু খোমলেন মওলানওম চেংলৌ মিংকুপমরমদং শানকোওলম্লগা খঙহৌদনা মাঙখোকপ্রবদা কল্লিম্ন কল্লিম্ন চায়নবা ওমহৈদনা লৈরেদো। মশাবীনা শিন্নম্বা কোংয়াং অম্ব পায়ম্নুনা হৌগংলে। চৈংম্নুংগী কাজেৌ খিক্করে, হৈম্লিং হৈবোং চাম্নুনা উখোঙ য়াখোঙ য়ারেকলে। থাজ মপুং ফংবনা নাউরান পিবুকম্নুংগী পঙবা নাম্না অম্নুনা তাইবং কাওগে তৌবদা নাউয়েক নাউশংলকপনা নমু কনা উত্রবা তাইবং কনা লৈত্রবা অশোঙবা মোংশোং মরক্তা চীংঙ্ লাইছুইথরেদো। লিকশংম্ন শাকবীনা মপারী নিঙখিবা অমবু নাউশাংনরবদা নাম্নাম্নবু থাদা-পম খোইম্নম চীংঙ্ অখোইববু ম্নুংদা কোম্না হায়বকই। হে তেংবানবগী মপু কোরৌলকী শিদবা ! য়াইবী থম্লাই মপু ও! ম্নজা ওইবী ঐহাকপু পলেম পম্বী কায়না ইশাবী কনা তুংইন্দা ইথংলেন কনানা য়েংবিদা নারক মোংশোং মরক্তা ইম্নুম মোংবা ওইনা য়াঙ্গোইববু করম লৈশিবনো ? নাম্না পঙবা অপিকপা অসিগা য়াইবী করম পুম্নুনা পামেজ উখোঙ উরানা খাঙবা মোনথাংমনা করম য়াঙ্গোইসিবনো অম্নুম হায়রম্লগা খোমলেন তুমথুন তানখরেদো। ওাহাক পুঙ্গোয়মকমদং শাংবা য়াহিপ তাম্নুনা শমু হুকচাং চোকখবু পোথাক্করগা খোয়েন মিকপ থোক্কবদা পঙবা নাম্না অম্বু শমু নমদা থোংনা কোংয়াং চৈশু পায়ম্নুনা মমায় নোংপোক শাংনা খোঙশাক্লক্লে।

তুরোই ওাম্রোইনরবী লিকশংম্নুং মশাবীগী কোংয়াং চৈশু পায়ম্নুনা লাক্কপনা মোইয়াং য়াম্নকৈ তম্নকপা খুম্নোম য়াখোং শেংবগী মরানয়াইদা

চঙলক্লে। হুমিদাংবাইদী কোব্রৌনা যুমজঙলকপা মত্তমদা লিকশংস্নুনা নাৱা অপিকপা অমা প্রোত্নুনা চৈশূ গুত্নমা লাকপা উবদা হসু মাংলে কারবা কারবী অনিনা পাউহংলখোইরে। ইমোম ওইবী নঙবু পক্সৌ কনাগী মমোয়ো? পলেম কনাগী পিশিন্নো? করি অপাম্বা লৈরনা খুয়োল ইক্ষমদা লাকপনো হংবোইরে।

লিকশংস্নুনা হে পক্সৌ মানবা ইপা! পলেম মানবী ইমা ও! নমোম ঐগি লুপ্তাশিংদা চল্লবীনে, পলেম পাস্থৌ অনিস্থ নমোম এনা নাৱা ইখুঙেগী খঙহৌদ্রে। নুজা লাইখক থীরবীনে। ইপারীসিংগা চাউদবনে কেগে লমদা শাইদাংগে চেংলৈ খুন্দা খুন্দাগে তরা চফম থিরগে লাকংনি থূমবোইরে। লিকশংস্নুগী ৱারম মুংশিবা য়ারা খোস্থোক অহু তাবদা খুয়োল ৱাখোং শেংবনা হায়রকই।

ইমোম মানবী ইবেম্মা! নপল ঐস্থ খেনলাই ইরাইবক থীবনি। ইপারী অমস্থ মশাস্তে, ইমোম অমমকস্থ মফয়দে। নঙবুস্মে খুয়োল ঐগী মোংবা ইরানয়াইসিদা লৈত্নুনা নপারী অতুবু চাউনবা নাউয়োক-চরো হায়বিবে। খুয়োল য়ারা তাবদা লিকশংস্নুনা খোইয়ম নোংদম ওইনা থোজানবিবে খন্দুনা খুয়োন ৱাখোং শেংবগী মরানয়াইদা লৈরেদো।

অসুম্না নারা অপিকপবু থাগোম্ন খুয়োন মরানয়াইদা মপল খুয়োল ৱাখোং শেংবগী থৌরম তেংবাংলত্নুনা লৈরকখিবদি লোইদাম থাবুম ৭ গুরকলে। মোংমদি খূয়োন ৱাখোং শেংবমা. মোইরাংগী চৈরাক ৱায়েন শঙলা রায়েন থোদা য়াওরগে থৌরাংলে। মপল খুয়োম্না শমু পাজল শোল্লকপগী বপ্লাক নীকপা উবদা লিকশংস্নুনা মোংবা মমুং চঙলগা কোংয়াং মতাং ২ দা চৈশূক্ত কৎজুরে। থোরকই থুনমক। মপাল য়েনা হায়রকই— পক্সৌ শকপা ইপা ও! শমু পাজল মরেং তাবনা কাংজা: উদ্রাক ৱাংমশঙা চৎলাক্ত খাকত্ত ফোংজাই নীকাম্নু নমোদা

মেন্ডরক্লে। নশ্ লাইবক শীবগী কোংয়াং মতিক লৈবসিবু শমু পাক্লনা খোঙশানবিয়ু। শমু পাজল হাপ্পকনি। হোয়েন কক্তা শওলেন চঙলনা কোংয়াংহুবু খঙদা নমু কন অমমু খোঙকাপ মৌয়ৈ কালইন-থিগহু য়াইবি চঙনা নোংমনঙৈমে অমুম হাক্লকহুনা খুয়োল রাখোং শেংবদা চৈশূহুমু পীক্লয়ে। খুয়োল রাখোং শেংবমু মমোম শকপী লিকলংমুদা পীবা কোংয়াংহু পারঙদা শামু পাজল হাপকংনা শম পাজল কনখংনা কংলা মায়কৈ তম্লক্লে।

কংলা চৈরাক শঙ মোইরবদা অঙবা পুম্বা তিল্লয়ে। হোবে-হোবে চঙলকই। কোংয়াং চৈশ্ য়াওনা চৈরাকমুংদা চঙনিঙদবনা রায়েল-শঙগী খোঙজাউ ময়া কাচিন্দা চৈশ্হু ভাহুনা থম্লগা চৈরাকমুংদা চঙখরেদো। অঙবা লক্তা চঙহুনা রায়েল থৌরম থম্লরে। মতম অসিদা মোইরাং লৈমাবগী মপারী নারা অপিকপনা কাঙজে হুমদং পারহুনা শান্নবদা কাঙক্রম থরো গুল্লকপনা কোংয়াং চৈশূহু মালেম লয়দা ভাহুনা লৈরবোইরে। কাঙক্রন খুনগে লাকপদা কোংয়াংহুবু কাল্লরে অঙাংনা। নারা অঙাং ওইবদি মালেম লয়দা তাহুন চঙনা য়াইবি নোংমল্লেদো! মোইরাং নিংথৌগী মপারীনা য়াইবি নোংমনরাবু নাতারবদা কোম্লুং থনবা পুম্বা চেনশিন্দুনা লাইকয়বু কনবা ঙমদরে। করি করম তৌবদগী নারা অসিবু চীংগু কয়মগা লমঙক্লা খোইয়ম করদ্বগী লাইয়েনা য়াইবি অসি নোংমনবনো ওস্কোকএ হায়না, খুদাং পিকমতৈহুনা রা রা কপ্পরেদো। অম্মুম মীয়াম চঙহুনা লায়না করি করম তৌবদগী অমন চঙনা নোঙাবনোকো তাক্লরিঙৈ খুয়োন রাখোং শেংবনা হায়রকখি— ইনিংথৌ! লৈবাক মপু য়াইফবা! নপু ঐপী কোংয়াং চৈশূ ঙারম্বা তুহুনা লৈবা উজরে। চৈশূ অহু কাল্লমগনি। অহুগীদমক য়াইবি নোংমনবা শুইগনি, চৈশূ মতিক লৈবনি হেক হায়রকলে। অহুদি চৈশূ মতিক লৈবনি লৈতবনি য়োলসি হায়ংনা তাউবা হুই অমা কৌথোক্লে। চৈশূ অহু লালহল্লে। তাউবা হুই

অহুম্‌ লাংলেন কোংয়াং অহু কাঙহনবদা য়াইবি অমা লোমখ্রে। চুপ্‌দে হায়না হায়নরেদো। চৈশ্‌নুগী মরী মথোক্ত খিরকপদা খুমোল য়াখোং শেংবনা মমোম শকপী লিকশংহুনা হায়খিবা য়ারম অপুম্বা অহু চিথদনা পাউদম্লে। খুমোলন্সু য়ারী য়াতাই লোইরগা ওহোক-পনিদকো হায়না শোল্লগা ময়িম মোংবা মায়কৈক্তম্বা লাকচরে। মোংবা মরান্দা য়াইথুংবগা মমোম লিকশংহুদা খোকখিবা খোঁদোক অপুম্বা চিথদনা তম্লবোইরে। চৈশ্‌নুগু মতিক লৈবা চৈশ্‌নুনি ইপু! এমা লৌরগনি হায়হুনা লৌহৌরে অহুগা কোংয়াং অসিদি ইমোম লৈজে। মপারী অমা শাংচবা অহুগী মতিক লৈনা থম্বনি হায়রবদা ইমোম ইবেমা নঙগী নপারী নারা অসিবু নারা মখুরিঙেদা য়াইবী থরায় লৌহৌদবা য়াদে। নিংথৌ ইফম শিল্লপদোবা অঙাংনি। পুলেম মমাগা কোয়না কাহৌসি। ইপু নঙনা থেমনা নৌনা পুরকপা য়ারবদি পুরকও হায়রকলে। ইপলনা নঙবু করম কনশিবনো খঙজে হায়বোইরে। মপলগী য়া ভাবদা লিকশংহুনা পঙ্খৌ শকপা ইপা-ও! নিংথৌ য়াথং করম হিক্তোকনি। ইনুং নোংগা তৈরবদা ইপল তুংদ ইমা নমোম কোম্নুং কাজগে। অহুম হায়রহুনা অহিং অহু লেঙরে। নোংয়াই চবুক লোম্লকপা মীচিক মীয়াউ তাত্রবা মতমদা লিকশংহু মপারী নারা অপিকপবু শমু নমদা পোরগা থোঙগী নাতৈ কাঙহুনা মমায় নোংপোক পাংনা চেম্লে।

অহিং অমম্বা অতুদা লিকশংহুনা মপারীগী য়াইবি কনবা ঙম্লবা চেম্লকপনা অরোং তুরেল য়োরকলে। নোংঙান তু উনিং-উনিং মতম্নি। তুরেলগী ঈশিংনা ঈপাক ওইহুনা ঈরানবা ঙমদবনা কোয়য়েং-কোয়য়েং য়েংলকখি। মতম অসিদা তুরেল য়াংমদা শঙোই তাবগী মতাঙোয় শঙোই তাবীনা উরুক খুদেং অমদা ঙম্তা খিত্ত খিজামহুনা লৈবহু উরেদো। মনাক নকপদা য়াকয়ৈ হি মচা [illegible] খাংহুনা লৈবা উবদা লিকশংহুনা হায়রকই। হা পঙ্লেম মানবী ইম্মা-ও! ইমা ইচা এখোয়

অসিবু ইমাগী নাক্তা হিথাংবা ব্রাকয়ে হি মচাহুনা তুরেলসিবু অমুক্তদি লানবিয়্‌বা হায়বোইরে। শঙ্গোই তাবীনা হা ইবেম্মা ইমোম মানবী-ও ব্রাকয়ে হি অসিদি পিক্লপনিনা ঐথোয় অহুম শুনা লানবম্থ লানগুঙ্গোই। করম তৌসিবনো অসুম অওক অথোং তৌনবনা কোরৌহনবা মশেক য়ৈরকলে। মুমিংকী মঙালনা শরা শনবা হৌরহুনা মী পুম্বা হৌগংনরে। অচং-অওক উমরে। মতম অহু য়েংলগা লিকশংঙ্গুনা হায়রকখি। হে পজেম ইমাও! নশু চাউক্রিবা ইপাগীবু হান্না লানবিদ্রো। মতুং অমুক তাবদা নমোম ওইবী ঐহাকপু লানবিব্রনে ইমা-ও! অসুম হায়জররবদা অরোং শঙ্গোয় তাবীনা ব্রাকয়ে অহু পুহুনা মপারী নাব্রা অপিকপবু লানবিরেদো। তোর্ব্বান ব্রাংমা য়োরবদা মোইরাং লাম্মী অথৌবা কাওলুপ নাইনা লাকপনা লিকশংঙ্গু নাক্তা থুংলরে। মতৌ অহু উবদা হস্নুবীনা কন্নি মতৌনো অসিবো হায়হুনা মিপাই কোকন্নি কাহুনা নাব্রা অঙাং অহুবু উরুক থুদেংঙ্গুংদা থুনা য়াঙনা হাপচিল্লে। থক্তা চরৈ ফিনা থুমহুনা লৈরেদো।

মোইরাং লাম্মী ময়াম্না লিকিশংঙ্গু নাক্তা লাক্লগা সিদা লৈরে লিকশংঙ্গু, মথুং পুল্লু হায়হুনা লিকশংঙ্গু মথুং পুনখরে। নাব্রা নপারীদি কৈদা থম্লম্বা? হংবোইরে। লিকশংঙ্গুনা মপারী লৈফম তাক্তরে। য়াব্রা অশেংবা হায়দোক্তে হায়বগী ফু চৈহুনা শাক্ল-চিংনা মোইরাং তম্না পুখরেদো। কৈশুম শঙদা থমহুনা ৫ নি ১০ নি মরক্তা ফ্‌র ফ্‌র-হুনা হংবদা তাকখিদরে, লিকশংঙ্গু মচাগী লৈফম অশেংবা।

অরোং শঙ্গোয় তাবীনা মমাঙদা থোক্লিবা থৌদোক অহু উরগা মিরৎ-নারৎ য়েংলগা খোঙথাং কম্না লাক্তুনা মপুরোইবা শঙ্গোয় তাবদা হায়বোইরে। নিপা! তাবিয়্‌! খোইয়ম নোংদমখোম্মগী নাব্রা অমা ফংজরে। ইপারী শাক্তবা উহুনা খোইয়ম থৌজানবিবনি। লুনা চান্না য়োক্লসি। অসুম হায়নরহুনা অঙাং অহু য়োকখরেদো। অসুম্না নাব্রা অঙাং অসিবু লুনা চান্না তৌহুনা য়োক্লকপনা কুমজা ৭ শুরক্লে। শক্লেন

শনগাক ওয়রক্লে। মোইরাং মায়কৈদগি মন্না লিকশংহু মপায়রীগী রাবনা চাদ শক্তনা খাওবদা শরুদা উন্তনা মকূপলে। য়েংবদা মিৎকম কায়রকলে। মতৌ অসি উবদা কায়দ্রে, মানা নিংথৌ ওইগদৌরম্ব নৈতে, খাদোকখ্রো হায়রতুনা মোইরাং নিংথৌ য়াথং হায়রবদা লিকশংহুবু খাদোকলে।

অরোং শঙ্গোয় তাবগা শঙ্গোয় তাবীগা অনিনা অস্থুম য়োক্লকপনা শঙ্গেল শনগাক তৌবদা শঙ্গোয় তাবগী মতুং হেক হেক ইনজম্ব ওয়রক্লে। নোংমদি শঙ্গোয় তাবনা অঙাং অহু উবদা মথরাই মুংঙাই-জরহুনা ইবুংঙো ইপাগী য়োইরাংচান! ইপা য়ুমদা চৎলগা চান-থক্লবা লৌক্লগে। শনশিং অসি খরা য়েংলমউকো হায়রুনা মমান্নবা খরগী থম্মমহুনা অহুল অহু ময়ুমদা চৎখিবোইরে।

মতম অসিদা ঔরাগী মংত্র কোন্নুংদা নিংথৌ পান্দম্না মরম্না অঙম অথৌশিংনা শামু থাদোক্লুনা নিংথৌ থিবা লাকপোইরে। শামুনা লাকপা মতুং ইন্দুনা ঔরাশিংস্থ য়োৗরক্লে। শামুস্থ চীংয়াগী শঙ্গেনকমদা চঙলক্লগা য়োইরাংচানবু মনাতোম্না কোক্তুনা মনঙ্গন্দা থাক্লংগ্রে। মমান্নবা পুন্নমক শামু লাকপা উবদা কিহুনা কোয়চেল চেন্দুনা থাওলম্মী। য়োইরাংচানস্থ ইমা ইমা হায়না মচেনজৈ অহুবু শামুনা হেঞ্জিল্লক্লুনা ফাবনা হানখ্রেদো। মমান্নবা পুন্নমক অহু কপ লাউহুনা ময়ুম ময়ুমদা চেম্নরক্লে। শঙ্গোয় তাবদস্থ নচা নিপাদি শামু অমা লাক্লুনা মনাতোম্না কোৎলগা মনঙ্গন্দা হাপ্তুনা পুখরে তাক্লবোইরে। রাহু হেক তাবগা শঙ্গোয় তাবী থ্বাংদা খাংজেৎ তাপ শেৎলগা শামুগী খোঙ্গুল লীহুনা তান্নরকলেদো। শামুনা অস্থুম অস্থুম চৎখিহুনা মংত্র কোম্নুং য়োথরে। অঙম অথৌ পুম্বনা শামুথক্তা য়াওরকপা অঙাংবু শেংনা ঈরু মায়্লতারগা নিংথৌ কম্বাল থক্তা তোংহল্লে। নিংথৌনি হায়রুনা নৈবাক মীয়াম চঙনা খুরুম নৈপাইনহুনা নৈরে। য়োইরাংচানস্থ কোম্নুংদা নৈহুনা হুংঙাইনা নৈরক্লেদো।

শরোয় তাকা তাবী অঙিহু শাসুপী খোঙ্গুল লীরকপনা মংত্র কোসুং য়োরক্লে। হুসাং লৈরিক কারবা মায়খোংগা লোয়মনা সনখোঙ্দা য়োরবদা সনখোঙ মসুংসং চংলাক্লমা নিংথৌ নাক্তা খুংলরে। য়োইরাংচানবু উবদ ইবুংঙো! ইমাগী ইবুংঙো! ইচা লৈরেদনা! ইমাগি নিংথৌ নঙবু পোকপী পলেম নমানি। নপল পম্বৌসু য়াওরক্লি অস্তুম হায়রবদা নিংথৌ পোকপা মপা নিংথৌ পোকপী মমা লাক্লে হায়রগনা মীয়াম্না মকোক নোল্লহনা লুনা তৌরগা কোসুংদা হুংডাইনা লৈরবোইরে।

মতৌ অস্তুম্না থাবুম অমা নিংথৌ ওইরবা মতমদা লিকশংনু শাকখী মচাগী খোঙ্গুল লীনা লীনা লাকপনা ঙাম্নাগী লমদম য়োরকলে। মীয়াম মপাউ হংজরে। মংত্র কোসুং পনবাল লামশিল্লকহনা নিংথৌ নাক্তা তুরোই ঙাম্লোইনহনা চঙলক্লগা হায়বোইরে। ইপারী ইবুংঙো! হুংশিবা! লাইবক থীবী ঐহাকসে নিংথৌ নঙবু পোকচবী পলেম নমা ঐহাক্নি। নঙদি নপল ঐবু শকথঙলোই। হারম অস্তুম হায়রবদা য়োইরাংচান ঙকপদা থেংখ্রবোইরে। হায়রকই পলেম মানবী ইমা! ঐগীসু অপোকপী ইমাদি লৈজে অহুবু ঙসি অমুক ইমা নহাক্না নিংথৌ ঐবু পোকপী ইমানি পাঙতাক্লবসিবু নিংথৌ ঐদি ঙকখরেকো ইমা! অহুবু পলেম নঙনা ঐবু নপারী অশেংবনি হায়ববু থৌরম করম্না হায়বনো। মরম অমত্তা য়াত্তনা হায়বিরো হায়বোইরে।

লিকশংনু, কনাগী মচানো করম্না মপারীবু মাঙশাংলকপগে কনাগী য়ুমদা নাউয়োক্লনা য়াঙোইরকপগে করম্না মফম শঙদম্না কায়নখিবা! মরক্তী চহি কুমজা ৭ না মফম কদায়দা থাঙলুরগা মংত্র কোসুং অাসি য়োরকপনো হায়বহু অমত্তা চিথদনা য়ারী লীজখি। নিংশা মতেক মতেক ওইবা খোনফমদা মিংলুদগী পিশী ঈয়ানা মীয়াম্বু উদবমথৌ য়ারী তৌরবদা য়োইরাংচান মপুক্তা চিংনবা পোক্লে। অতুম-অতুম ওইনমক কুমজা ৭ শুনা নারা অঙাং ওইরিঙৈদগী অয়োং য়ুমদা চাউরকপনা অয়োম্বা য়াকম লেপঙক্লরে হায়রকই নিংথৌনা মমাইশিংদা অমম

নখোর কনা কন্মানো! হয়েং ইন্‌ৎ ওানবদা পলেম অপোকপী শকথঙগে। নিংথৌ লাইবক থীবনা পলেম অনি ফংবসি অরেপ্পা অমদি থজলগে। শগাই মখোল-তরেক্তা থকথল ৭ লোয়া থল্লো। মথাদা লারোল ৭ থাওও! শগাই মথক্তা কানবা পনবাল মখোঙ পায়া লেপ্পও! লৈবাক পাউম্‌ পাউজেল্লো অম্‌ম হায়রেদো।

নিংথৌগী য়াথং মতুং ইমা লৈবাক পাউম্‌ থাখরে শগোল পাউনা থুংখরে। মনাই ময়াম চঙহনা রাগী শগাই শাথরে থক্তা থকথল ৭ থগ খাদা লারোন ৭ থাহনা থয়েদো। লিকশংম্‌ পলেম মমাস্‌ অহিং তাংলো অহুদা চান থক্লবা পিহনা তাংলো অহু লেলহল্লে। নোং ডাল্লে লৈবাক হৌনা লাক্লরে। নিংথৌ মমা খনদৌরি অশেংবা মমা খনগনি। মমা অনি শুইয়ে হায়রে য়েংলুসি য়েংলুসি করম্‌বু খঙগবা হায়নশোয়হনা কানবকলে কোম্নুংদা। মীনা চোল্লে ক্রৃক ক্রৃক ইয়রে। হায়নৈদো ময়ায়া মমা অনি অসিবু করম্‌না চুমগবা! লাইগী য়াম্রেল য়েংলনি উবা ফংলগনি কুইরয়োই হায়নবোইএ।

নিংথৌনা লৈবাক মীয়াম তিনবা উবদা মমা অনি পুথোক্লে। মীয়ামস্‌ অঙঙশিংস্‌ মাগী মাগী মকম চানা চানা কম্নয়েদো। নিংথৌনা মতম চারে থল্লহনা কোম্নুং হায়া ফংবী শজোয় তাবী মমাদা ইমা। পনবাল শগাইথক্তা কাবিয়ু! ইমাগী খোমলাং শুমহনা হৈথবিয়ু নশারীবু পোকপা ইমানি শকথঙজগে হায়বোইরে। পলেম মমা শকপী শজোয় তাবীনা পুক্লিং চিংন-চিংননা পনবাল শগায়থক্তা কাখরে। খোয়াং তম্মা শুমজরে। চরৈ থকথল মরোল ৩ কাওনা শুমথয়বদা মথা তাবা ওমদনা তোক্লেদো। নিংথৌ মনাইশিং অহুনা ইমা কুমথবিয়ো য়ারগনি হায়হনা শজোয় তাবীবু কুমহল্লে। কমকমলাংলা নিঙথিনা কম্মাল্লে।

অনিগী মতুংদা সনা য়োইরাংচাম্ম ইমা। ইমাগী নওং অমুক য়েঙজগে পনবাহক্তা কাম্বিয়ো হায়রক্লে। লিকশংলুগী শাওং-শাদা শরুদা

উত্তনা কুমা মতৌ উবদা লৈবাক্কা চিবোন-চিবোন ভাউনখি। কর্ম্মবু ছুলী অসিনা থকখল ময়োল তরেং কাওনবু খোম্লাং শুমথবা উমগদবনো! অশেংবী মমা ওইরব-কাওবা ভম্রোইদকো মতৌসে হায়নৈদো। অহুম অহুম ওইনমক নিংথৌগী য়াথং মতুং ইমা লিকশংহু ভুরোই ভাম্লোই কাজয়ে পনবাহুক। মিংলুদা পিয়াংনা ভুয়েল অনি থাবাংননা চেহুবগুম চীংগু মশাইওন ওইভবা মখুংতোবু থাদা কোম্না খোম্লাং অহু শুমথজে। থকখল ময়োল গুনা ওয়্রো ওরো শুমথরকপা মতৌ উবদা নিংথৌ চেম-শিল্লে। পনবাহুক্তা কাথংলে পলেম ইমা অশেংবীনি হায়হুনা শমু নমদা পোনা কুমথরে। নাব ইখুঙৈগী খোম্লাং পিবুক থম্না থক্লকবা পলেম ইমাগী খোম্লাংসে ভসি কোরৌ অসিদা নিংথৌ ইপুক থম্না থকচরগে হায়হুনা পলেম মমাগী খোম্লাংনা লারোন ৭ তা তাবহু লৌহুনা থকচরে। পলেম মমাবু মখোঙ শোক্না মালেম লয়দা তানা থুরুম্নবগা নিংথৌ ঐবু পোকপি পলেম ইমা অশেংবীনা অসিনি। অহুগা নিংথৌ লাইবক থৌবনা পলেম শেংল-নাউয়োকপিবা ইমানা অসিনি হায়হুনা লৈবাক মীয়াওদা লাউ-খোক্লগা মমা অনিবু হুংভাইনা থমহুনা মংত্র লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহুনা পানখিদো। মতৌ অস্থুম্না মংত্র লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহুনা থুংকল পাঙ্গম্না পাল্লবদা মপা মপুগী খোয়রী লিনশাং তাকম য়েংহুনা মৈতৈ লৈবাক অমুক হন্না লান্দারকুনা চহি ৭ লৈরমহুনা খুন্তাকহনখিদো।

---

## ৪২। হোৌদোং লম্বোইবা অমসুং পেবেৎ

থায়না মমাংঙৈদা মপুং মরৈ কারবা লৌশিং লৈরবা হোৌদোং অমা লৈরম্বোইরে। মহাক্না নোংমদি ভসিসিবু ঐবু কদোম্বা চাক্তানিবনো খনবোইএ। ভাহাক থব্লুরগা মমায় নোংপোক পাংনা ওক্লহুনা লাকখিদো।

হৌয়েং অমিনা নৈবা ঐস্কুগী মমঙ্ড শক্তোরবা নৈরা কৌতরোঙ মরাক্তা ছেনদাং ময়াম জনপ্প চোংঙা অনি অহনগা চেও মচং তাবা পুনবা যাও চগোম তূপা যাও তৌরম্ উরেদো। মাগোয়মহ্ মহাক্না মশা অহ্ শাকপনকহনা মখোঙ্ তম্না তম্না থাংলগা অহুম নকশিন্নক কনা য়াম্না নক্লবোইরে। হৌদোংহূনা ময়ামহুগী মরক্তগী অমম্বংদা কাহনা চাকনা তম্বখিনকা হায়রহনা মকোই ফেং ফেং হেক চোংবগথে লুমজবোইএ। হৌদোংশিংগী মতৌ অহ্ চোংঙা অমনা হেক উক্তেদা। চোংঙা অহনা হুনা খিবক-গ্রহনা "কে-কে হৌদোং লাকএ পেক্তিংচো" হায়রহনা হেক লাউরকলে। চোংঙাহূগী খোঞ্জেল তাবদা ছেনদাংসু চোংঙাসু ফং হেক পাইরেদো। ছেনদাংশিংনা শাইজিন্দা থরা শম্নদা থরা তোংখরে। চোংঙাশিংহূনা অরাংবা উ, য়ুমথক্রচিংবদা হেক তোংলবোইরে। মহুদা হৌদোং অমি নিঙবা কায়রহনা তকশি শোন্দুনা নৈহোরে। ফরে চোংঙা নঙ শজনিবনা মতম অমা লাকখিনি। মতম অহুদা নকোক অহ্ হান্না শায়গেক্তা কায়রহনা শাউরহনা মনিঙলোমদা অম্ভুক লাক্লগা রাখোঙদা চঙল্লবোইরে। মতম অম্বদহ্ মহাক্কী চাবা য়াবা উচেক রায়া করিমতা ফংদরেদো অহনা মপুক লাম্নহনা য়াম্না রারবোইরে। মহাক্কা রাখল তৌরকই—কৌজিক ঐনা তৌরিবসিনদি করিসু কাম্নবা ফংলরোই। উচেক রায়া পুন্নমক ঐবু উবদা কিথিরনা ইনাক নকনিংদরে অহনদি ঐহাক শাহিঙ ঙাহিঙ চাজবা লম্বোইবা ওইরবা অমা ওইনা উহন্দবা য়াদরে খল্লরুবোইরে। মতম অহুদা লৌবুকলোমদা প্রপ-প্রপ হেক চংখরেদো। লৌবুক য়োরগা থরোই অহাম্বা থরা খোমজিল্লে পরেং শেম্নে মহু মঙক্তা হুকচিম্নহনা "শামু ককা লিলি ককা! শামু ককা লিলি ককা" হায়রহনা অম্নম লাকপোইএ।

লম্বীদা মহাক্না অহুম লাকপদা অউবা উচেক রাক্না পুম্নমক্না "হাইয়া! ইচে! ইচে! হৌদোংসে লম্বোইরমাল্লে য়েংউনহাই চে-চে" হায়রনা খোংবম্ব তারবোইএ। অহুদা হৌদোং অহনা থরেদো। ' . এ :

ঐবু কিবহ্ থরদি ফরমাল্লে, অসুম খল্লহ্না মোং হাবা লৈতনা তপ্পা তপ্পা অসুম লাকপোইএ। মানা সুম লাকপদা মাবু থাজবা উচেক মচা মশু অমদি উচিগুম্বা কয়ানচিংথা অহ্ মতা য়েংল-য়েংলহ্না কনা খঙহন-উহন্দনা অমমম লোল্লা-লোল্লা ফার-ফারহ্না নোংমগী চরা হ্রাক্তবা হোৎনহ্না লেল্লবোইএ। অসুম্না নেংমা নিনি হৌখ্রব মতুংগী নোংমদদি খোংবাল মল্লাগী নারক অশোঙবা অমগী মন্নুংদা লাকপোইরে। মোংশোং অহ্দা পেবেৎ অমনা মচা ময়ামগা মকোন্দা লৈবোইএ। হৌদোং অহ্না লাকপা অহ্ উবদা পেবেৎ মপী অহ্না "করম্নো! ইচাশিংদি মপূং ফাদ্রি, নিঙথিনা পাইবস্থু হৈতৃরি, খরম্না লেনসিবা" হায়না খক্করহ্না নিংশা থীনা লৈরবোইএ। অসুম্ন পেবেৎনা নিংশা য়াম্না থীনা লৈরিঙৈদা হৌদোং অহ্নদি মাথেৎয়ব্রু চানিংবনা মকোই অহ্ ক্রেং ক্রেং হেক চোংনা খাঙলেদো। অহ্মকপু লম্বোইবগী মওং ওইরুবনিনা হাম্নগুম থেংত্রে। মহাক্না খনখি—" ঙসিদি অশোঙবা মকমস্থু ওইরে, নিঙথিনা হ্মারী শাগে মসিদা করিগুম্বা উশং শৌঙইদনা মওং তৌরক্লবদি চোংশিন্দুনা হেক্তা লাক্লগে" খনবোইএ। অহ্না মহাক্না পেবেৎতা কৌরক্লদো।

হাই পেবেৎ!

পেবেৎনা—অয়ো-য়ো-য়ো ইবুংঙো!

হৌদোংনা—ঐগী ইশকসিবু কয়ামুক ফজবগেনহাই?

পেবেৎনা—এঃ এঃ ইবুংঙো! ইবুংঙোগী শক্তি করিগবু পাসিগে—

ফৌ শংবাই অথনবা
ঙারি পরেং অন্হ্বা
ঈশিং পল অথনবা
অহ্নস্থ হেন্দেদো
হুমিৎনা থানা মিনবগুম
মপা লৈতেদা ইবুংঙো

অন্নুম হায়না খুমকপা পেবেৎকী নৌরবা খোন্দাহুনা হৌদোং অহুনা পাক হেক লাকপা ঙমলরেদো।

হৌদোংনা হরে, হরে, অহৃদি চৎলেহাই!

অসি হায়রয়গা হৌদোংহু চৎখ্রেদো। মানা চৎখ্রবা মতুংদা পেবেৎ মপী অহুনা ইচাশা! হৌদোংসে মতৌ অমনি হাই। এখোয়বু অচেংবা ঙাইরিবনি, চেকশিনসিকো হায়বোইএ। অসি হায়রগা পেবেৎ মপী অহুনা মচাশিং অহৃ কৌথোক্লগা পাইবা তম্বীবোইরে। ইচাশা! পাইয়ু পাইয়ু! খপ্প খপ্প নশাদো! হায়হুনা মচাশিংবু পাইবা তম্বিরে। মচাশিং অহৃ লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা তম্না পাইবা তম্বিরহুনা মমাগী মতুং ইপ্পবা ঙম্নবা তম্বিরেদো। অহুগা মচাশিংদা ইচাশা! অন্নুম তৌহুনা নশা কনবা ঙম্নবা হোংনোকো হায়হুনা তাকপোইএ। মচাশিংসু হোয় হোয় ইমা! হায়জরহনা লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা তানা পাইবা ঙম্নবা মশা মচাশিং অহৃ খপ্প-খপ্পহুনা পাইবা কম্না হোংনজে। অন্নুম তৌহুনা অহিং অহৃ হৌখরেদো।

নোংঙাল্লে, হুমিংকী মঙাম্না য়ৈরক্লবা উচেক-রায় পুম্বনা মচিঙ্গাক তানখ্রবা মতম অংব্রাইদা হৌদোং অহৃ মপুক ইহাপ হাপ্পহুনা তুরোই ঙাম্নোই হৌগৎলক্লে। চাদ-থক্তগী হৌনবা মপুক অহৃ গ্রোং গ্রোং হেক খোংলহুনা থাঙবা ঙম্নক্তহুনা ঙরাংগী থরোই অগাম্বা পরেং অহৃ শিজিন্দুনা গ্যাউ গ্যাউ লাউনা পেবেৎকী লৈফম তানা লাকলেদো। হৌদোংনা লাকপহৃ উবদা পেবেৎ মপী অহুনা মচাশিংদ 'ইচাশা! হৌদোং অসে লাক্লেহাই, চেকশিল্লুকো! ইমানা ঙরাং তাকখিবশিং অহৃ কাউবা য়াদেকো হায়হুনা মচাশিংদা মিংকুপ নাছম থেংহনা লৈহল্লেদো। মচাশিং অহুনসু হোয় হোয় ইমা" হায়জরহুনা মিং নাকোং শিংনা লৈরবোইএ।

মতম অসিদা হৌদোং অহুনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকুনা করিসু নিঙ্ঙাইবা লৈতনা ইথৌ খৌশাদনা কৌরকই—

হাই পেবেং ! (পেবেংনা খুস্থিদরেদো)।
হৌদোংনা—(অমুকহন্না) হাই পেবেং ! নঙবুনিনহাই !
(পেবেংনা হন্দকমুকস্থ খুস্থিরক্লে)
হৌদোংনা হাই পেবেং ! ঐনা কৌবসিবু ননাহ্ন তাব্রাও ! ঐবু করি ওইনা উরুবগে হাই ?
পেবেংনা (থরা উশিত্তনা) হাই হৌদোং ! করি হায়গে ?
হৌদোংনা—ইয়া ! মাসি য়াম্না চাউথোক্লম্নেদা ! নত্তে ঐগী শকসিবু কয়ামুক ফজরগেনহাই ?
পেবেংনা এঃ হৌদোংগী হৌদোংহুনিদনা ! উয়ান্দা নকোক থিংজিল্লুবগী হৌনবা হামুক্কী হামুক মতৈব, হুরাল্লুবগী মহুরাম্বোক হৌদোংনিদনা ! অসুম্না হেক খুম্নরুবদা হৌদোংদো শাউবনা লুত্তোন কারেদো। অদুগা পেবেংতা মমিং কোরি কানা ম্লেংলগা হায়রকই—ইয়া মসি ওল্লেদকো ! নথব্রাই মাওনিংবরহে ? নও হাংশিরোয়া ! অসুম হায়রম্লগা হৌদোং-হুনা ফন হেক চোংশিনখিববু পেবেং মগী অহুনা ইচাশা ! হায়না হেক হায়রকপদা মাখোয় পূম্নংক লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা তম্বা মশাশিং অহু খপ্লহুনা পাইখোক্লগ্রে ! অদুবু ইতোন তোনবী পেবেং মচা অতদি মতু পূমশিন হৌবদা ওাইবা মরম্না মশা অহুস্থ মতু মপুং ফাদ্রিবোইএ। অদুনা হাথু হাথু পাইবা খিং ওমফাওবদগী লাংদোন অমা তম্না হেক চোংজরকপদা য়োবা ওমদহুনা লৈংাক্তা পোপ হেক তারেদো। হৌদোংনা চোংশিন্দুনা তাপ নমহুনা ফাখরে। পেবেং মপীনা মুংশা থীবগা লোয়ননা মচা শিবা তারে খল্লহুনা নিংশা শোংম মপী থবেং তৌরহুনা কোকচাউবী ফুং হেক কাখ্রে। করম্নো ইচা তোম্বী মথব্রাই মাওবা তাখরে, মমা ওইবী ঐগী ইমাওমক্তদা হৌদোং অসিনা ইচাবু হিংশায় হেক শায়খিবকো অসুম খনবোইরে। ওাহাক্কী মন্নুংদা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্লহুনা হায়রকই হাই হৌদং ! নবুক থনবদি লায়রহুনা চখোম অমবু ফাশিংলোইনে। চখোম ফানা

মহাও খঙনা চাজনিঙলবদি তাঙ্কপিগে হাই। ঐখোয় পেবেৎ হায়বা জাৎসিগী মহাও। নঙনসু চাবদা মতারবনিনা মহাও খঙনা চখোম ফানা চাজরোদনা হায়রকপা অহুনা হৌদোংহুনা হেক থাজরুরেদো!
হৌদোংনা- হাই পেবেৎ! নঙনা ওায়রিবহুবু অচুম্বরনহাই?
পেবেৎনা-ইয়া, ঐনা হায়রবু থাঙজ্রবাদ তোকচৌদনা!

হৌদোংনা—ফরে, হায়রো ওাদসি কবম তৌবগা চখোম ফানা মহাও খঙ্গদবা?

পেবেৎনা—হায়রগে মুন্না তাবা। আদগী খোংবান অসিগী অরুবা ঈশিং অত্থনা মশা কাগ চেনা থকবিরো! লোইরগা নখুবাক ময়ায়দা হাপলো! মমায় নোংপোকন ওল্লো! হুমিত্তা কচ্চরো! অত্থগা চাউরো শাংলো! হায়রনা মনঙ্গদা ৩ লক হেক মানবিরো। অহংগা নতু নমান কংও! চউরা শাংলো! ঐগী য়াউম কারক্লো! নতু মনাম খিঙও! অশুম হায়র গাছনগংছুনগত্তুনা ৩ লঙ্কুং শাংলো! অহু ওইরদি মশা অহু অহুন খুদিং নোয়থোক-চউথোক্লঙ্কান। অদুয়া হেক তাক্লবোইরে।

হৌদোংনা—ফরে ফার হোংলম চাওরবুনদি কমদোবা?
পেবেৎনা করিগী চাউদনি! ঐনা তাক্লিবসিনি। চাউরগদি ইচা অমসু হাপ্লিগে। ইচা ৫/১০ লৈরিদনা।

হৌদোংদো থাজবদা খন খেংলে। মহাক্না পেবেৎনা হায়খিবহুমক তৌরগে নিঙলনা খোংবান তানা চংলে। পেবেৎ মচা অহু ইরুবিরুরে। লোইরগা মখুবাক্তা হাপে অহংগা হুমিত্তা কংলেদো। চানিঙবনদি মতিল জোরো জোরো চোংলে, মকোই ফেংং ফেংং চোংলে অহুবু পেবেৎকী য়াৎতে ও কখিহশিং শুঙ্গি শলনা পেবেৎ মচাহুগী মনঙ্গদা চাউরো শাংলো হায়হুনা ৩ লক নানবিরে। অহুগা হায়বোইঞ

নতু নমান কংঙ !
চাউরো শাংলো !
ঐগী য়াউম ফারক্লো
নতু নমান খিঙও !

• অসুম্মা হায়রদুনা হুনকংপদুগী ২ রক হেক শুবদা পেবেৎ মপীদুনা লাংদোন মথক্তা "ইচাতোম্বী ফুং" ! হায়না হেক হায়রকপগ তাবদা পেবেৎ মচা অদুনা হৌদোংগী মখুবাক্তা মথি পেং লাউনা চিখোল্লম্লগা ফন হেক চোংশনখিদুন। মশা মচা অনিদনা খপ্প খপ্লদুনা লাংদোন থম্মা পাইখরেদো। মথং মথং পাইরক্কুনা মমাগী মনাক লাংদান অমদা অমুক তোংলবোইবে। মতম অদুদা হৌদোং অদুনা কোয়য়েং হেক য়েংলদুনা ইহে হায়দুনা তকশি শোন্দুনা লৈবে। মখুবাক্তা হন্না য়েং থরকপদা পেবেৎ মচাগী মথি চিখোক্লগা অগ উবদা মরেনা শংশৎ হেক লেক্লেদো। হাউমনখ্রদুনা হায়বোইরে "হস ! মথীমক্তা অমুক হাউ-বসিনদি মশামক্তুনদি কয়া হাউগবা" হায়দুনা লৈরেদো। মতম অদুদা পেরেৎ মপী অদুনা মনিং খানা য়েংলদুনা হোদোংদুন হায়বোইএ

খঙখ্রেদো ! হাই হৌদোং অশঙবা !
ইচা চাউবা ঙাইবনে খঙজোদো !
চানিঙমল্লবদি লেক্তুনা তোকপনি।

অসুম হায়রম্লগা নচাশিংদা "ইচাশা ! ফুং" হায়রম্লগা মখোয় পুম্নমক লাপ্পা পাইখ্রে হৌদোংনা য়েংদুনা লৈহৌরেদো। অদুগা অরাংবা অচৌবা উপাল অমদা মতম শাদুনা হুংঙাইনা লৈথি।

---

## ৪৩। লাশী নিংথৌগী ৱারী

থায়না মমাংঙৈদা অহল ওইরবা লৌশিং লৈরনা লমকই অমা লৈরম্মোইরে। নোংমা মহাক্তা নাগ তুরেল মপান্দা হুমিদাংৱাইরমদা

ঈশৈ য়াংনা শক্লহুনা সুম্‌ লাকপোইরে। মহাক্কী ঈশৈগী অহানবা শৈহৌ :"উ" হায়না হৌবা খোঞ্জেল অহুনা হোমনথ্রহনা ঈশিং মনুং-ফাওবা ফাওথিবোইরে। অহুদা লাইরেল নাগ নিংথৌ অহু তূম্বা কায়রেদো। নাগ নিংথৌ অহুনা এঃ কনাগী খোঞ্জেল্লোনে হৌজিক্কী অহুবু ওস্থোক্লা মু শিথরেদকো, মখোল ওস্থোক্লা ফংগ্রেদা! করম্বা ওজা ওই-রিগবা? মগাক অহু কনানো থিরগা ইচাশিং অসিহুম ঈশৈ তমহনবা তাই। অসুম খল্লহুনা নাগ নিংথৌ অহু কংফান্দা কাররে। প্রপ-প্রপ লাকুনা খোঞ্জেল মতুং ইন্না থিরকপদা লমছুই অহল অহু ওইরম্লবহুদা নাগ নিংথৌ অহুনা লমছুইদা হায়বোইএ · অজাবু করি লমদা লৈবিবা ওইর-বনো মিংনা করি কৌবিবগে? অসুম হংবোইএ।

লমছুইনা এঃ ঐদি তোর্ব্বান অসিরাইদা অসুম মরৈজৈ, ইমিংনা কুন্দোপা কৌই হায়না খুম্বোইরে। নাগ নিংথৌনা ওজাবু ঈশৈ তৌবি-বরা? ঐনা হৌজিক তাজবদা ওজাগী খোম্থাং অহু মুংশিমনথ্রহুনা ঐ ওজাবু খিজরকপনি হায়বোইরে। কুন্দোপানা এঃ ঐদি ঈশৈদা থরাই অসি লুপচরবনি, ঐনা পামজবা ঈশৈদি করি অমুক হায়রুরনি অহুবু ঐবু থিবিরকপবু করিগীনিনা? নাগ নিংথৌনা—ঐ তুরেল অসিগী নিংথৌনি। (ইমিংদি নাগ নিংথৌ কৌই। ওজাগী ঈশৈ অহু তাবদা ঐগী ইচা অনিদং লৈজে—মাখোয় অনিহু ওজাদা শিন্নরগা ঈশৈহুম তন্নকনজগে খল্লহুনা লাকচবনি অহুবু ওজাগীদা অঙাং অনিসি থাজরক্কে হায়ববু করি খনবিবগে? কুন্দোপা অহু অঙাং অনি হেক হায়বহুদা তনৌ-তনৌবনিকো খল্লবনা মভিল ওয়ো-ওয়ো হেক চোরে চানিঙবনা মকোয় ফ্রেং ফ্রেং চোংলেদো। অহুগা হায়রকই থাবিরকউ কৈদোগে—ঐগীসু ইচা ইনাও থরা লৈবসি য়াম্না ফৈ লাইবক ফবনি হায়না হেক খুম্লেদো। নাগ নিংথৌনা ফরে অংদি হয়েং অয়ুক্তগী হৌনা তম্বিনবা ঐ থাজরক্লগে হায়রম্লগা চংগ্রেদো। কুন্দোপাদি লাইরেল

মচা চাবা ফংলনি হায়না থল্লহনা হৱাওবনা ওয়থৈ লৈরে। অমুম্মা অহিং অহু হয়েংদি শোয়দনা চাবা তারে থল্লহনা লেল্লে।

নোং ঙাল্লে লাইরেল নাগ নিংথৌনা মচা অনিহু পুরহনা কুন্দোপাগী মনাক তানা লাক্লে। ওজাবু ঐদি অক্লাং থিঞ্জরক্লবনি হায়বহন্দ হুনি ফনি থম্বিরম্লো হায়বোইএ। নাগ নিংথৌন মচা অনি কুন্দোপাগী মনাক্তা থম্লগা ময়ুমদা হনখ্রেদো। নাগ নিংথৌ হেক চংথিবগা লমহুই কুন্দো কৌবা মচাগা কুন্দোমাল মাখোয় অহুম্না ফন ফন হেক চোংশিন্দুনা নাগ নিংথৌগী মচা অনি অহু লুশমন্দা লাক্লনা হাইদৎলগা চাখোক্লেদো। মুমিং ১০ নিরোম লৈরগা নাগ নিংথৌনা ইচাশিং অহু ওসি ১০ নি শুরে। পওলাপ লাপ্লসু নত্তে অহুবু ঙাহাক্তফাওবা লাক্তবসিবু কয়ামুক কন্না তম্বিবা ওইরিগবা য়েংলুগে খন্দুনা লাক্লেদো। নাগ নিংথৌ লাকপা উবদা কুন্দোপানা হাই মুপী চেকশিল্লু হাই! নাগ নিংথৌ অসে লাক্লে হায়হনা মাখোয় মমাগা মচাগা মাখোয় ৩মক মকোন্দা চঙশিল্লে। কুন্দোপানা মপাল থংবোইরে। নাগ নিংথৌনা কুন্দোপাবু কোয়থি থিরক্লে, ফংদহনা ময়ুমদা হনখ্রবোইরে।

নাগ নিংথৌনা কুন্দোপাগা মচাগা উনবা ফংদনা হল্লকপসিদা মচা উদবদগী মপুন্নিং মুংঙাইরক্তে। ইচা অনিহুবু করম তৌরমগবা মওলমওল্প থনবোইরে। অমুক্তা হন্না কোয়থি হেক থিরক্লে। কুন্দোপাসু মিকুপ নাহুমশিংনা নাগ নিংথৌনা উদনব কন্না লোৎলেদো অহুম্না থিবা ফংলক্তবা অহুদদি নাগ নিংথৌনা মমৈথংদা ইচাশিং অসি শোয়দনা হাংলম্বা তাক্লে হৌজিক কুন্দোপাসু মশক উবা ফংদরে। ঈশৈ তম্বিবগী খোম্বাংসু নোংমত্তা তাবা ফংলক্তরে। ফরে কোয়থি থিরগা মথল্লাই লৌনবা তৌহনা লম্মন শিংগে থল্লক্লেদো। অহুনা নাগ নিংথৌনা চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা চঙদনা তোর্বন্দা নারক শীংলক্তা তৌ মরক্তা হমক্ত মরক্তা মোংশোং মরক্তা শুম লুমহনা কুন্দোপানা থোক্লকপা মতম য়েংহনা লৈরেদো।

নোংমা কুন্দোপানা নাগ নিংথৌসু তুমিন লৈথরে। ঙাহাক কোয়থোক্লগা করি করম্বা অনৌবা অমা অমুক ফংবা য়াবা লৈরিগদ্রগে য়েংলুগে হায়রনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোরকপদা নাগ নিংথৌনা লুমহনা লৈবদু কোক হেক উরবোইদো? ইস! মাঙলেদনা! ঐ শিবা তারে করাম্না হায়দুনা মমায় ওলগ' নারক্তা ছুং হেক লৈশিনখিত্তনা মোংশোং মরক্তা চিং-চিং লিত্তুনা চেনখ্রে। নাগ নিংথৌনা ইয়া! মাসি মপূক চুমদ্রে,— ঐবু উরগা চেল্লে শোয়দনা ইচাশিং হাংলম্নগনি লম্মন থুমদবা য়াদ্রে হায়দুনা মখা ক্রেক' চীক্লগা তৌ শিংনাং ময়াম অদু প্রোক প্রোক প্রেক প্রেক লাউনা মমাংথেক্‌না তাম্নরক্রে। লাইবেলনা হেজিল্লক্রে, মন্ত উবদা কুন্দে'পা অত্ত পাখং'ত্তুনা উপথ্ননা হেক তুখিবদা মপা চারদুনা তৌরানা নাহুই লোনবা অমদা হেক থোক্লরেদে'। মখাদা তুমিল্লা কুন্দুনা লে'ত্তুনা লৈজরে। তৌরা ময়ামগী মরক্তা মশাদি লোংলগা পম্ম ক্তি চন্দ্রদুনা মমৈ অদু খজিক্তং লিংথোক্তনা লৈবদু উবদা নাগ নিংথৌনা চেনশিল্লক্তুনা মমৈ অদুদা তাপ হেক চীকপোইরে। লমহুইনা লৌশিং অমা তৌরগে খল্লদুনা হায়মা! নওদি ইমৈদদি চিক্লদনা তৌরাদা চিক্লবোইরেকো হেক হায়রক্লে। য়া অদু তাবদা নাগ নিংথৌনা মমৈদু নংপ নত্রেবরা মান্নখরেদা হায়দনা হেক থাদোক-লে। খুদোং চাবা ফংলবদো কুন্দোপা মনুং হজিন্দুনা নিওথিনা মফম চানা লৈজরে অদুগা হায়রকই! হাই অপঙবা নাগ নিংথৌ! ইমৈ নত্তে তৌরানি হায়বদো তৌরা নত্তে ইমৈনি খওঙবরা নওগুম্বনা ঐঙোন্দগী করি লৌশিং হেনগনি অসুম্না হায়রবদা নাগ নিংথৌ অদু মথরাই শোথ্রবোইরে। মহাক্তা য়াশকখিবা অদুগী মতুং ইম্না কুন্দোপা থোরকপা ঙাইবদা লাক্‌ংতা কাদুনা সুম সুম ঙাইবদা লাইরেল নাগ নিংথৌ কুন্দোপাবু ফংবা ওমদনা কংদুনা শিখিদো।

# ৪৪। তোনসিজগী লাং

থায়না মমাংঙৈদা তোনসিজ কৌবী মশক মতৌ হেন্নবী শাওং শাদাদা মীনা কন্নব্রবী, য়েংবদা য়াম্না তঙ্গি, য়াঙাংদা মী খোনবী অমা লৈরম্বোইরে। তোনসিজনা লৈবা খুল অসিগা থংনবা খুল অমদা অথম কৌবা নিপা অমম্ভু লৈরম্মী। মহাক্না তোনসিজব্ পাম্মনখিব-দগী মতম কুইনা নূপী থিদত্নুন অম্মুম লৈরকপোইরে। চহি ৫ চঙনা অথম্না তোন সিজদা কৈদৌগে তোনসিজ! নহাকপু ঐনা পামজবদগী কুরিং ফিরোল ৭ শুরে কৈজোম মরোল ৯ শুরে নঙ ঐ পুনশি লৈপুন ওইমিন্নবা য়াগবরা খাঙলকপনি হায়রুনা অম্মুম কোয়জরকই অম্তুবু তোনসিজনদি মপুক্তা মাবু ইয়া য়াহ্নিংদবোইয়ে। অম্মুম্না মতম কুইনা কোয়জরক্লবা ফাওবদা নোংমন্তস্ যাৰিবগী য়াহৈ অমফাওবা তাবা ফংলমদে। অত্নুম ওইনমক মথোক কারকপগী হৌনবা তোনসিজদি নোংম-নেংমেগী মপুং ফাগংলক্তনা ফজবগী মতৌ অসি অম্মুম অম্মুম হেন্নক্লেদো অত্নুনা লৈকাই পাখং কয়া অত্নুগা অরাপ্পদগী কয়ানা কোয়-রকপদা তোনসিজ অসি যিদা থাবগা হিদাক হানবগা লারে কোনবগা তৌবনা থবক অমা ওইরক্লেদো।

নোংমদি তোনসিজনা পাখংশিং অসিগী হিদাক হানবগা ফিদা থাবগদা ইথৌ শিংপনা হুমুংদা করিমত্তা পাংশিনবা ওমত্রে অত্নুনা পাখংশিং অসি শীজিন্নরগে খল্লক্লেদো। হুমিদাংল্লাই পাখং কোয়রকপ-শিং অত্নুদা ফিদা থারে হিদাক হাল্লে, অকোন-অহান নাইনা লাকপ-শিং অত্নুদা মথং মথং অমদা হায়বা অমদা তাহন্দনা হায়বোইএ— তাদা! হল্লেংদি ঐগী ফিশাবদা শীজিন্নবা নাওনখোক ফজবা অমত্তা য়ানবিরকউ অত্নুগা চংলমদাইদা চয়োম পুবিখো হায়বোইরে। অম্মুম্না

নাওনখোক য়াল্লবা হায়খিবা অসি পাখং ৭ গুরেদো। মখোয় পুন্নমক্তা তোঙান-তোঙানবা ঈশৈ চৎপগী চয়োলমদু ৭১ শীথি।

পাখংশিং অদু লৈশাবী অদুনা হায়রকপনিনা মথরাই য়াওনা নাওনখোক য়াল্লবা য়াদে খল্লদুনা নোং হেক ভানবগা খুত্তা থাংজৌ শায়রগা নাওনখোক থাঙবা চৎনবা লাক্লেদো। পাখংশিং অসিনা নাওনখোক থাঙবা চৎলমদাইদা চয়োম চেঙজেল অদু তোনাসিজনা পাখং অমমমদা তোঙান তোঙানা হেক হেক শীথি। পাখং ৭ অসি মহাক মহাক্না পামজবা নুপীগীদমক চীংদা কাদুনা নাওনখোক থাঙবা চৎনখ্রে। পাখংশিং অদুনা মওং মতৌ যজবা, মপোপ চুম্বা নাওনখোক খিনরকপগী মুংশাগী মৈশানা য়ৈবদগী চাক লায়রকদুনা মহৈ মহৈ ঈশিং কয়রবা লোক মকম থিনরক্লেদো। লাইগী নোংদমদগী ঈশিং লৈবা লোক অমদা মাখোয় ৭ মক হেক পুল্লরে।

মাখোয় মশেল করি লমদগী ওইরবনো করি থবক্তী লাকপিবনো হাংনদুনা য়ারী য়াতাই শানা শানা মাগী মাগী চয়োম চেঙজেল খোক্লরে। মহৈ মহৈ চাগদবগী থৌরাং তৌনরে। ইকোন হেক কোনবদা খরা নাহা ওইবা অদুনা ভাক্রো মমৈগী মকক অমা য়াওরমদুনা হেক পুখোক্লে। ময়ামদা কোয়েং য়েংবদা ময়ামগীসু মকক অমমম য়াওবা উরে। মদুনা লৈবাক মচাশা! ময়ামদা য়াওনবা ভাশিং অদু ঐগোন্দা অমুক্তা পিবিয়ু! করিগুম্বা অমত্তা য়েংজগে হায়রবোইএ। অতে অদুনা মাগীসিবু করিবু তৌগে হায়রিবনো হায়র-হায়রকনা ভা মককশিং অদু পিরে। মহাক্না পুন্নমক অদু লৌরগা মপুম শাজিল্লে ভা অদু মশা অমত্তা ওইরম্লে মদু উবদা মহাক্না হায়রকখি। ঐখোয় ৭ অসে তোনাসিজগী মকক্তগী হৌরকপা ভাজ্জা ওইরমাল্লে। চুমবরা হায়না হায়রকখি। মা অদু তাবদা মাখোয় ৭ অদুনা চুপ্পী চুপ্পী ঐদু তোনাসিজগীনি অদুম মহৈ মহৈ হায়জিক্লেদো। মমৈখংদা লাখী ... ওইখদুনা অদুম। ঐখোয় ... অসিবু করিদু তৌখবা ... ...

খরা রেকশাং হাপ্লে। অদুগা মীরৎ-নারং য়েংলগা চাক্তা হু খরা খরা হাপচিনখ্রেদো। অদুগা পাখং ৭ অদুদা তোনসিজনা হায়বোইঐ। ইবুং ৭ মক! ওসি ঐগীদি অয়োইবা মুমিং হায়বদু ওইরবনি অদুনা ইবুং ৭ কী সেবা অসি চপ মান্নবা ফংজগে। চাক চাবা অসি মতম চপ মান্নবা চাবিয়ু হায়বোইঐ। অদুগ খরা ওইবদুনা মতুদি অকবা য়ানি কৈনে হায়নরদুনা ঈশিং লোখা মান্নরে চাক হুকপা চপ মান্নরে। হাউনা খরা চারগা মাখোয় ৭ অদু চখোম চখোম চপ মান্নবা ময়াদা হুন্নরে। হেক য়োংপগা মাখোয় ৭ অদু চাকখুম ময়াদা লোংনা লোংনা তাদুনা শিরেদো।

অহিং ওইশিল্লক্লে মী উথ্রগনি হায়দুনা তোনসিজনা পাখং ৭ কী অশিবা মশা অদু মাগী ফমুংগী কাংখদা চিংশিন্দুনা লোংলেদো।

নোংওাক্লে, মুনিং খরা কাথংলকপা মতম অদুরাইদা তোনসিজবু হান্না কোয়জবা অথম্বা নিংবা থুংত্রদুনা তোনসিজনা য়াবিত্রবা মীনি। কন্নি তৌরগদগে অতৈ অতোপ্পা অমদসু কোয়জররোই। পুন্সি চুপ্পা য়ুম কৌবদা পাঙ্গররোই খল্লদুনা লম্বোইবগী ফিজেং শেংংলদুনা ভিক্ষা নিবা লাকপদা তোনসিজগী য়ুম মপা থোক্লরেদো। থোঙ্গাল হাংলগা চঙলকখি অথম। তোনসিজনা মহাকপু উবদা অজ্ঞা, বাবাজী! অজ্ঞানা মুমিং খুদিংগী ভিক্ষা চংপিরিবা অসি চেঙ হয়াই মনা মশিংদা কয়া য়াম্না হেক হেক ফংবিবনো?

অথম লম্বোইবনা ইবেম্মা! লাইগী নোংদম্নি নোংমনা খরা য়াম্নসু মফংই। নোংমনা ঐগী ইষ্টদা কংপা ওক্লনবদা ফংবসু ময়াওই হায়-বোইরে। য়া অদু তাবদা তোনসিজনা অদু ওইরবদি অজ্ঞা! ঐদি লাইবক থীরবীনি অজ্ঞানা ঐগী ইতেং অমত্তা পাংবিদবা য়াদরে। ওসি অসিগী মতিক চাবা চেঙ হয়াই মনা মশীং অদু ঐনা কচ্চরগনি অতৈদা অমুক চংপিরম্নু হায়বোইঐ! অথম্বা ইবেম্মা করম্বা মতেং পাংবা য়াবা লৈবগে হায়য়ু তাসিদনা হায়রেদো তোনসিজনা অজ্ঞা!

অজ্ঞা! করি হায়নবু হৌজংশিগে—ননাই তোম্রবীগী ইপুরোইবহু গুলি অহিং লৈতরে। ঐনদি মুপীনিনা মাবু যজ্ঞ তৌবস্থু ইতিক ওইদবে হায়বোইরে। য়াহু তাবদা নিঙবা কায়বদগী মথরাই থুংঙাইতনা লৈরক্লবা অথমগী মফমদা মানা মিতাজরম্বা তোনসিজনা মেঙনা অথোংপা য়াহৈনা মতেং পাংনবা হায়জরবা অহুদদি অথম লম্বোইবা অহুনা মহৌশাগী য়াথল খঙনিঙ হেক নিঙশিংলক্ক্‌না লয়থোকপস্থু তৌত্রে অহুনা ফরে ইবেম্মা! অহু মঙাইরে হায়রহুনা মাগী খুজি কাঠারি অহু তুলশিবোঙদা থম্রে। য়োংপাক অমগা শীংজং অমগা পিরো হায়হুনা লৌরে। অহুগা হায়-রকই— ইবেম্মা! ঐদি গৃহস্থ ধর্ম্মদি চক্রবনিনা নখোয়গী ইমুংদদি চঙবা য়াত্রে। নপুরোইবা অহু মাঙোলফাওবদদি পুথোয়কপা ঙম্রোইদয়া হংলেদো।

তোদসিজনা অজ্ঞ! ঐ মহু ওয়নবা হোংনজরগে হায়রম্রগা ইমুং চঙথিহুনা লৈরিবা অশিবহুগী তরেংকী মমুংদগী মথক থংবা অমা হেক চিংথোরক্লেদো। মহু লম্বোইবা অহুনা মফি তাখংলহুনা মরেংবান্দা থোক্কংলহুনা মমায় নোংপোক পাংনা চংলগা শীং য়াম্না হৌখা চীংয়াদা পোংলোইখা হৌখ্রে। শীংনদি ফবনিনা পোংলোইবহু থুনমক লোইরহুনা লম্বোইবা অহু ইরুরগা তোনসিজগী মমুমদা প্রপ-প্রপ লাক্লেদো। লম্বোইবা অহুনা হেক য়োরকপা উবদা তোনসিজনা অজ্ঞা! করম তৌরবগে অশিবা অহুদি অমুক হল্লক্ক্‌না মাগী মফমদা অমুক লৈরয়ে কয়দৌনি ঐদি? হায়বোইরে। য়া অহু তাবদা অথম লম্বোইবা ইঙক হেক ঙক্লে, তকশি শোল্লহুনা ইয়া! মাবু অসি য়োরক্লবা! ইবেম্মা! চিংথোরকউ হায়রেদো। মুপীহুনা কাংথদগী মথং অমা অমুক চিংথো-রক্ক্‌না পিরে। লম্বোইবনা মহু অমুক পুরগা হান্নগী পোংলোইফমদা অমুক পোংলোইরে। মহু লোইরহুনা লম্বোইবা অথম তোনসিজগী মমদা লাক্লেদো। তোনসিজনা অজ্ঞা! করম তৌশিগেনে ঐবু মহাক অদো অমুকস্থু হল্লক্লেনে ঐবু মফম খঙজে হায়রবদা অথমনা অচঙ্গা!

অমুম্বা ভোনাসিজনা নিপা অমসুং লেৱোইবা অৱমগী মাখোয়গী ৮ দা নাং কাংলুমা শিজিন্নখিরে।

## ৪৫। লেঙবিরো মাধব

পঙকুই কুইত্রিবা মতমগী রারীনি। থায়না হায়রবসু ময়ারে। মমাংঙৈদা খোংজোম মায়কৈরোমদা মাধব কৌবা লৌউবা নিপ। অমা লৈরম্লোইরে। মাধব অসি লৌ-শীং উজরক্না মাগী নুপীগা মাখোয় অনিদা পাঞ্জরকপনি। অত্থবু মহাক্কা লৌ উবা অত্থতনদি কুম অমদা লৌ হেঁক শি, কুম অমদনা মরেক-হেঁক তা অমদনা কুমগাংবা থোক্লুনা কৌ মতিক চানা ফংদবদগী মতৌ মনাও মাখোয় অনিগী মপূক পুজবা ফাওবা য়াম্না রানা লেল্লবোইরে। মহাকীদি মশাগী লৌকমসু লৈজদে অত্থগা শনসু লৈজদে অত্থনা লৌসু শাল্লি শনসু শাল্লি, মরম অত্থনা লৌশানগা শনশানগা পুবমজ্জনা অরাবা ওইথুনা লেল্লবোইরে।

নোংমদি মাধবনা মগী নুপীগা মতৌ মনাও মাখোয় অনি কয়ম তৌরগা লায়রবা অসি কোকপা উমগদিগে হায়থুনা রা তাম্নজবোইরে। মাধবকী নুপীনা-নিপা! এখোয়গী লাইবক অসি ওন্থোকনা থীনা উম্নববা মপোক্লি। অঙাং চেন্দুনা য়াম্ম। রাবসু নত্তে অত্থবু শুরু লৌম্ম খুদিংগী অরেঙ অরেঙ পুখবা হায়রবসু ওইরে অত্থনা এভোন্দা অহল লম্মঃ। শিখিরকপা সনা মচেং অমত্তং নাদা য়াম্লিবলি-কায়রগা শনসিনদদি লৈরসি মহুনা অনশান্দদি কন্নবা য়াবোইরে।

নুপীগী রা তাবদা মাধবনা করে নুপী! এদি রাত্থ হৌদোকপা ওমরক্না লৈরম্নবনি। শনগী শনশান শিমত্তদা কক্ছৌরবদি এখোয়গী থীবসি থবনদি কোরম্নগনি। লৌ লৈবসু ওমদবনিম্ম লাল হায়া লৈরুনা অমুক্কং কংবপা য়াপশরা য়ৌরদি। অমুক তাঙ্জারক্না নুপীচুগী সনা অত্থ

মাধবনা সনা শাকম অমদা চক্তুনা কায়থোক্লুরে অহুবু সনানদি পণ্ডয়াম য়ামদবনিনা শোলসু পণ্ডয়াম য়ায়া ফংত্রবোইরে। প্রপ-প্রপ হন্নক্লগা মাধবনা মাগী নূপীহুদা হায়খি নূপী ! নণ্ডগী সনা অহুনদি অশেংবা নত্তনা কোক্লিদা য়োম্বনিনা সনা অহুসু পণ্ডয়াম য়াম্নমত্রে অহুনা শেলসু য়ামত্রে।

ফংলকপা শেল অসিনদি লৌ শুবা য়াবা ঐথোয়না শিজিন্নবদা হুংঙাইগদবা অকনবা শল পাবোৎ লৈবা ফজনি নিঙত্রে। অহুনা ঐ ইফাল কারগে। বামন লৈকাইগী অজ্ঞা ঐগী গুরুগীদা লৈবা শল অহু শেল থরসি পিশিল্লগা শিজিন্নবা য়ানবা ঐ থুক্লম্নুরগে থরা থরা তপ্পা তপ্পা ফৌ ওইনা শিংজিনবা হায়চনি হায়বোইরে। নূপীহুনসু হোয় ঐথোয়না হায়জবা য়াবা মফম য়েংবা হায়হুনি হায়না থুমখিদো। মাধবনা ফরে হয়েং অসি ওস্তানা চাকঙন থোংউ; লম্নদি তাম্বনিনা পঙথেঙা থেঙনা থুংলুরবসু হুংঙাইরোই অস্থম হায়রহুনা অহিং অহু লেপ্লে।

নেংং ঙাল্লে, নূপীহুনা ওস্তা হোৎলগা ইমুংগী তৌগদব থবক ইনখাং লোইরহুনা হোবে হোবেনা ইরু মায়তাজরে। চাকখুম চঙহুনা মৈথৌ কম্না থারহুনা চাক থোংলেদো। অনিদা চাবনিনা চাক ওন্না লোইরে — মাধবসু প্রপ পপ্র ইরুজরুরে। অথিবা ফোঙ-ফোঙ শাবা চাক্তুচারগা মফি মরোল তনশেৎ শেত্তুনা বানন লৈকাই য়োনবা মমায় অরাং পাংনা কারক্লে। লম্বী থোংনগা ফওবনে লম্নগা শাংবনে পোখা পোখাহুনা লাকপনা বামোন লৈকাইদা হুমিদাংরাই থুংলরে।

মাধববু মাগী গুরু বামোন চাউবগী য়ুমদ। প্রপ-প্রপ চঙলকপদা হুমিং তাশিল্লকদোরে। মহাক্লা হেক চঙলকপদা বামোন চাউবনা মচা সেবক লাকপা উবদা হন্নাওরহুনা মাধব ! কুইরেদ্না, ইচা লাক্লবা ! নঙনা লাকপদি করি হায়নিঙবা লৈ হংবিরমবোইরে। মাধবনা প্রপ-প্রপ চঙলক্তুনা বামোন চাউবগী মথোঙ লোক্লা অজ্ঞা ! হ য়াহুনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজরে। অহুগা হায়রকই— ননাই ঐবু ফৌ শুনবা শল অমত্তা

লৈঙ্গদরে নোংমৈদি প্রাবুংদা অমদি লাইদা ফৌ শংবাই অমফাওবা কংপা য়াগদৌরি। অহুনা শল মচা পোংমদদি লৈজগে লাকপনি অসুম্না হৃঙ্গচ্চরে।

য়াহু তাবদা বামোন চাউবনা—ফরে ইচাসিদি খন্নদবা য়াত্রদো। ঙসিদি মুমিৎসু তাশিনখ্রে। হয়েং নোং ঙাল্লগা ইপাগী লৈরিবা শল অসি য়াগত্রা য়েংসি ঙসিদি কোন্নুংদগী নুংঙাইরবা মুপীগী বাসক অমা শক্কদৌরি। ইপাদি চংলম্লগে নঙসু য়ারম্লগনি। মতাবু ফনা চারে। ঙসাই অয়ুক্কী লাই প্রসাদ অশেংবা লৈবনি। মহু নঙ ফংজরো হেক লোইবগা কোন্নুংদা লাকউ ঈশৈ তারুসি ঙসিদি হায়বোইরে। মাধব মথরাই নুংঙাইজরহুনা—অজ্ঞা! হায়রবা খুমজৈদো বামোন চাউবসু য়াহু হায়রবা মতুংদা কোন্নুং তম্না চংখরে।

মাধবনা হরাও-হরাও মমা থৌরানি খুক্কম্লগা পুখ্রি তানা চক্তুনা মথোং মথুং হাল্লুরে। চাকখুমদা চঙহুনা মমা থৌরানিনা থাংদোকপিবা লাই প্রসাদি অহু চনিঙ তানা হাউনা চাজরে। চাবা থকপা লোই-রগা কোল লীক পূন্বা ফেঙবা লোইরগা মফি অমুক হন্না শেংচিল্লে। অহুগা তফিং-তফিং কোন্নুং তম্না বাসক তাবা চংলেদো।

মাধব অয়ুক্কী মপুং ফাবা চাল্লুক চারক্লগা মশা শেংদোক্লনগা লাকপনে গুরুগী য়ুমদা লাই প্রসাদি অমুকা খুল্লবদা কোন্নুং য়োড্রিডৈ লম্বীদা খোঙ হাম্লিংলবোইরে। থাঙ্গপাৎ ময়া য়োরকপদা মহাক্লা শোর থিংহুনা মথুল চপশিল্লহুনা থাঙবমথৈ খাঙলম্মী অহুবু মমৈথ দদি খাঙবা য়ারক্তুবোইরে। যরে মুমিৎসু তারে কনাসু উবা নত্রে অহুন্নদি খল্লবসু মীরৎ-নারৎ য়েংলগা বোরোই পান্বী অমগী মখোঙদা মখোঙ হাম্লেদো। মহাক্লা কন্না শংলহুনা মখোঙ হাম্লিডৈ অহুদা নিঙথিনা মমুন ফারবা বোরোই অচৌবা অমা পুপ লাউনা কেপ্পকুনা মমাঙদা হেক তারেদো। মাধব খংপ্রেক খংই, করিনো কোয়য়েং হেক য়েংজে। বোরোই অমুনবা ওইরয়ে। মহু উবদা ইস! বোরোই অসিদি ফজখ্রেদা!

ফরে মী কমামন্তা উবহ্ নত্তে চাহুম চারপে খল্লহ্না , মাংনা-মাংনা চাথোকলেদো। মথোঙ হান্বা হেক লোইবগা মশা অহ্ শেংদোকচরহ্না মফি মরোল শেংলে অহ্নগা কোহুং তম্না প্রেপ-প্রেপ হেক লাকচবোংগরে। মাগুব মন্নংদা ক রক্লগা মচি অমদা ফমথবদা মঙায়রি।

মহম অসিদা ঈশৈ শকপী ইবেমশিংনা শরুম্বদি, শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলি কুঞ্জদা অভিসার লেঙল্লুরগা কেশ্বব কৃষ্ণদা ংমুক শাক্লুনা শ্রীমতি রাধিকাগী নাক্তা লেঙলকপদা, রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণবু শাউবহ্না চঙহন্দবগী মংাংনি। সখিশিংনা ইবেম্মদি মান ওইশরে হায়বসি খঙনবা ললিতা বিশাখানচিংবা ঈশৈ বী সখিশিংনা কৃষ্ণব চঙহন্দবগী মতাং শকপোইরে।

ঈশৈদি ঃ— ' লেঙবিরো মা... !

লেঙবিরো মাধব !

ঙসি ইবেম্মা মান ওইখরে।"

লেঙবিরো মাধব।

অহুম্না খোম্বাং অহ নুংশিরবা স্নুবগা লোয়ননা কল্লক পেম্না পেম্না মথুং-ও-মশা-ও হাইর-হাইরহ্না শরুক্রে। ঈশৈসি হেক তাবদা মাধব নিংদোল পিং পিং চোংই মনিং মনা ওথক ওথকই। মমায় খজিক লুকথরগা ইস! এনা ঙসাই পোরাই চাখিবহ্ ঙলবোইরেকো! ঐ হৌজিক করি ভৌগানি! "ঐবু লেঙবিরো মাধব! ঙসি মঙদি মাংলে।" হায়রিবসিবু করম তৌসিবা অহুম খল্লদা। মমৈথংদা মহাক্না ফরে, খুকল্বা চঙলগে, হৌজিক ঐহাক শেম্না মেলহৌবা তাই নক্রবদি ওক্লগদ্দি য়ৌনরক্লুনা গুরুনা ঐবু ইম্বোকপিবা তারে ঐ পুন্নমাং মাংবা তারে অহুম খল্লবোইএ। ফুক হৌগংলি, প্রেপ পেপ মাগুব ময়ায়দা চঙলে। ঈশৈ হনবী নাক্তা চঙহ্না "অহ্নদদি হায়বিরক্লমু" অহুম হায়রহ্না মাগী য়াওজরকপা শেল অহ্ ফিরৈদগী লোথোক্লগা থারেদো।

মতম অহ্নদা ঈশৈ শকপী অহ্না ঐনা শকচরিবা ঈশৈ অসি পেমবিরহ্না মুংঙাইহ্না শেল থাবিরে খনদনা লেঙবিরো মাধব!

লেঙবিরো মাধব! অসি হায়রি-হায়রহুনা থরা অমুক কেথ থরা অমুক মথুংগী-মশা-ও তৌহুনা তানগা লোয়ননা হল্লা হল্লা কল্লা চেক শক্লে। মাধব ত্রোকম খঙদে থোক্লসি কদায় তিংঙক-মায়ঙক্লবগুদগী শেল অহু লোথোক লৌথোক্লুনা হল্লা হল্লা থারগা "অহুদদি হায়বিহু" হায়হুনা থক্লল্লদা ঈশৈ শকপীনদি চোংশিন চোংশিল্লা হুংঙাইহুনা তৌরিবনি খনবদগী হেল্লা শক্লে। মমৈদদি মাধব শেলসু লোইথোবখ্রে থানিং-ঙাইস্সু লৈত্রে। উপাই লৈত্রহুনা "হায়নিঙ হায়জৌ" হায়রল্লগা থোবক্লেদো।

অসুল্লা থোরকপনা গুরুগী নাক্তসু চঙলক্লে। গুরুগী মযুমদসু চঙলদনা অমাইং অমেওদা মযুম পাংনা প্রপ-প্রপ লাক্তুনা লৌখিবাইরে।



# ৪৬। ভম্ফা খুদোপ্পা নুং ওনবা

(লিখিদ মথুল চঙলমদাইদা চুম্মি।)

থাবুনা মমা ভৈদা খুঙ্গং অমদা য়াম্না লায়রবা নিপা অমগা ইনাক-খুনবা হিচ পা নিপা অমগা মুনা শিনবা মরুপ ওইরম্লোইরে। লায়রবা অহুনা হি লংলোননা ইনাকখুনবা মরুপ অহুদা ইরাউ! এবু শূরম-চংলম খঙদরে, নোংম নোংমগী চবা তান্দুনা অঙাং-মুবীশিং থাকপদা য়াম্না রাবে হায়বোইরে। ইনাকখুনবা অহুনা করে ইতাউ! ঐনা হি চংপসিদা লঙসু য়াওরো হায়বাইরে। লায়রবা অহুনা যরে ইতাউ! ঐ লঙগী মতুং ইল্লগে ঐনা শাবা পয়াগী পোথোকশিং ভসিসু পুজমগে হায়রল্লগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

লায়রবা নিপা অসিনা মাগী নুংগী অহুদা নুপী! ঐ ইতাউ ইনাক-খুনবগী মতুং ইল্লগে, মহাক হয়েংং হি চংকনি হায়রি অহুনা মতম থরদি

হারবস্থ্ হানা অঙাংশিং অসি য়োক থাক্লমউ হায়না শিন্নবোইরে। মগী ন্‌পীচুনা মপুরোইবনা লংফৈ চংলগনি হায়বা তাবদা লংফৈদা পুগদবা পোংলম পূম্নমক থোরাং তৌজরে। অসুম্না অহিং অহু হৌগ্রহুনা নোং হেক ঙাম্লকপদা ঙক্তা ইরু মায়তারহুনা চাক থোংলে। লোইরগা মপুরোইবনু পিঙ-পিথক তৌহুনা মফি-মরোল অহুগা পুগদবা পোং পুথা পুখোক্লগা ঈশিংশ্‌ঙ অখনবা ... অহুগা খোইগু লেখাম থ রহুনা থৌরাংলে। খাংরব অহুগু চাবা থকপা লোইরহুনা মফি মরোল শেংলগা লাইনিংথৌ থুরুম্নলগা নখো য়োমহুনা মঙাউ হি ললোনবগী মনাক তানা চংখরেদো।

ইনাকথুনবংনা লায়রবা মরুপ অহু উবদা ইতাউ! নঙ লাক্লবরা? ফরে নপোং-নচৈশিং অহু হিদা হাপ্লুরসি চংলসি হায়হুনা থোকমিন্নরক্লে। মাখোয় অনি মমায় অরাং পাংনা হি অহু হোনগংলক্লুনা অসুম মথং মথং লাকপনা ন্নমিং ১৩ নিরোম শুরগা মাখোয়গী লৈবাক অহু রাংমা লাল্লকহুনা অতোপ্পা লৈবাক অমা য়ৌরক্লেদো। মাখোয়না অসুম লাকপদা লৈবাক অহুগী নিংথৌগী মচান্নপী অহুগী মনাইহুবী অমনা হিদেন্দা ঈশিং শোকপা কুম্নরুম্বোইরে। হি মথক্তা লায়রবা অহুনা শাবা পয়াগী লুবাক মশক ফজবা পোলাং মখল কয়া অহুগা টাবু ফজবা চেঙবোল নিঙথিবা অমদি ময়েক মখল মখল থোকপা ফিরুকচিংবশিং উবোইরে। মাহু উবদা মহাক্লা খল্লে, ইস হি মথক্তা য়াওরিবা পোংশিং অসি ঐখোয়গী ইবেম্মনা উরবদি ওন্থোক্লা পানখ্রগনিদা হায়বু হায়রুখিগে খনবোইরে। অহুগা হি চংপা মাখোয় অনিদা হা তাদা! হিদা য়াওরিবা পোংশিং অহুবু য়োম্নবা ওইরবরা? ওইরবদি মজা ইবেম্মদা অমুক্তং হায়জরুগে ঙাহাক্তং পনবিরম্বা য়াগত্রা হায়বোইরে।

মরুপ অনি অহুনা ইবেম্মা! য়োম্নবনি, য়াগনি ঙাইজগে হায়রেদো। মাহু তাবদা নূপী অহুনা ঈশিং অহু থুনা শোক্লগা প্রপ্র-প্রপ কাথরে মবেম্মদা মানা উরকপা পোংকী মখল পূম্নমকী মওং মতৌশিং অহু

তমলুরেদো। রাহু তাবদা নিংথৌগী মচানুপী অহুনা চৎলি য়েংলুসি, হায়হৌনা লাকমিন্নরে। তোর্বান য়ৌরে। নিংথৌগী মচানুপী অহুনা তাদাখোন্নগী পয়ানা-শাবা পোৎশিং অসিগী মপু থোক্তাবদা অনিমক্তা হংবোইরে।। ইনাকখুনবা অহুনা ইবেম্মা পোৎ অসিনা ঐগী ইতাউ অসিগীনি। মহাক মশানা-শাক্তবা ওাক্তনি হায়বোইরে।

নিংথৌগী মজাইবেম্মনা অহু ওইরবদি পোৎ অসিগী মমল কয়া ওইরবনো ঐ লৈজরগে হায়রেদো। লায়রবা অহুনা ইবেম্মা। পোৎ অসিগী মমল অসুক থোকই হায়বা ঐ হায়জবা ওমদরে। ইবেম্মনা পিবিনিঙবা অহু পিবিরগসু য়াই হেক হায়দোক্লরে। নিংথৌগী মচানুপীহুনা অহুদি পোৎশিং অসিগী মমন্দি ঐগী তম্ফা খূদোপ য়াইওইবসিনা ওইখিরে। অহুগা তাদগি অসিগুম্বা পোৎশিং অসি শাবা হৈবনি হায়বনিনা হুমিং ১০ নি ২০ নিদংদি ঐগীদা লৈখিহুনা অতৈ মথল খরদংগা শাবিয়ুদনা হায়বোইরে।। নিপা অসিনা ফনহুম ফরে, নিংথৌগী মচানুপীনা পাম্বা পোৎসু ওইরে। অমুকসু শাখো হায়রবনিনা ঐগী খরদং কান্নবা তৌহোরগে হায়হুনা হোয়ঃহোয় ইবেম্মা হায়হুনা য়াথোকখ্রেদো।

নিংথৌগী মচানুপী অহুনা ফরে অহুদি তাদা অমসিনা অতৈ লমদা চৎখ্রিঙৈদা ঐগীদা মতম খরা লৈরুখিসি হায়রবদা লায়রবা অসি কোম্মুংদা চৎপা তারে। অহুনা মাগী মরুপ—ইনাক খুনবা ললোনবা অহুদা তুমিন্না মাগী খূদোপ অহু ইতাউ। মাসি ইতাউনা য়ুম য়ৌরগা নচল অহুদা খরা পিখিরমউ মহাক য়াম্না রারম্নগনি হায়র্না শিন্নরম্নগা মাহাক কোম্মুংদা মতম খরা লৈহুনা শেল খরা তাক্তহৌরে। মহাকা অদুম্না কোম্মুংদা লৈরিঙৈদা ইনাকখুনবা নিপা অহু হি লগোন্নুবদগী মন্নমলোমদা হল্লক্লে। মাগী মতাউ লায়রবগী মযুমদা চৎলপা ইবেম্মা। ইতাউদি নোংমা নিনি লৈহৌরিমে শেল খরদং তাক্লখিগে হায়দুনা লৌহৌরি অদুগা নানা নুং মচা-অসি পিরকই মাসি ইবেম্মদা লিখিবু-হায়রবগী

খুম্রিবনিনা অকনবা চৈরাক পীরগদি য়ায়োইদোবি অহুনদি লম্মন শিংহজগ খুবহুনা হায় লায়রবা। নওঙী নপোৎ অসি ইনাকখুনবা অসিনা পিরমলে হায়খসিনা চুম্রে মাগীদি উহৌবা মীসু ও লৈরে নওঙীদি কনা অমত্তসু লৈত্রে নওঙী খাসি মখা তানিওভাই লৈত্রে। রাকং অসি ইনাকখুনবনা থমলে হায়রেদো। রাহু তাবদা ইনাকখুনবা অহুনা শেরা ওইদবা হান্নহুনা মফি শং কল্লগা চংখ্রেদো। . .

লায়রবা অহুনা করিসু হায়কম খণ্ডদনা তিওক-তিওক য়েংলহুনা লৈবা মতৌ উবদা মন্ত্রি অহুনা, তুমিন্না কৌশিনবিরে অহুগা হায়রকই। হায় নিপা! ইনাকখুনবা নিপা অদু মচা নিপা পোকপরা। লায়রবনা অঙন্না মচানিপা অমখত্তং পোকচে খুঙ্গোইরে। ফরে অদুদি নওঙী পোৎত্তি মানা লৌথোকখরে। অহুনা হৌজিক্তি য়াম্না চান্নশিন্নরো মচাহনবু নোংমা চাকৌরো। চকৌজিবৈঙী মমাওদা নহাক য়োং অমা কারগা পোলাংনা উখুনা থমলো। অঙাং অহু চাক পিজরগা মফম অমদা থৈদোকখ্রো! মাঙী মহুত্তা য়োং অহু পুশিল্লগা পোলাংনা কুপলো অহুগা মচা অহু য়োং থত্রে করম তৌসিগে হায়রু। মতম অহুদা মানা অমুক রাকং লাকনি মতমহুদা নওঙী ওক্সা খুদোপ ফঙ্গনি চংলো হায়রহুনা থাবিগ্রবোইরে।

লায়রবা নিপা অসিনা মন্ত্রিনা তাক্লকপা অহুগী মতুং ইন্না রাখল তৌরগা ময়ুমদা হল্লক্রে। হুমিং ও য়োম লৈরবা তুংদা ইনাকখুনবা মরুপ অহুগী ময়ুমদা চংলেদো অহুগা হায়রে ইতাউ। নও শাউরসু। পুন্নমক অহু এৗঙী লাইমকনি। নিংথৌমচাহুপী অহুগী ওইরিভৈদা ওক্সা খুদোপ ওইরবা অহু লাইমক থীবা এৗঙী ইকমদদি অচবা নুং মচা ওইরবা তারে। মহু এৗনা খওড্রহুনা তৌবা তায়ে অহুনা নও এৗবু খায়োগসু হায়বোইরে।

ইনাকখুনবা অহুনা ইতাউ! হোয়নে এৗনবু তিরবা নওঙী খাওবা ফত্তংবা তৌবা হৌনদে। হৌজিক্তি নওনা নপুক শেংনা হায়রখনিনা

ঐ করিম্ রাম্নৌরম্নোই হায়না থুয়রেদো। অস্থুম তৌরিউদো। ইনাকথুনবা বতুগী মচানিপা অমত্তং পোকচবা অহু ইমুংদগী হেক থোক্লকপোইরে। অঙাং অহু উবদা লায়রবা অহুনা ইবুংঙো লাউ লাউ ইচাদি ম্নাম্না চাউরেদনা লাউ ইপা পমগে হায়হুনা পৈশা থরম্ পিরহুনা ভম্মোক চানবনিকো হায়হুনা লুনা ত্তৌশিন্নরেদো। মচাবু লুনা তৌবা মতৌ উবদা ইনাকথুনবা অহুস্থ হন্নাওজরে। মপানা হন্নাওবগী মতৌ থজিক্কং উংবদা লায়রবা অহনা এঃ ইতাউ! ইচাসি মশক্লগা ফজবনে মী নপত্রেদা চাক্লুম পীজকগেনা হায়বোইরে। ইনাকথুনবনা য়াই ইতাউ! নচানি কৈদৌরো পিজৌনে হায়বোইরে। য়াহু তাবদা লায়রবনা অঙাং অহু পুহুনা ময়ুম তানা চংথরেদো ময়ুম হেক য়োবগা হাই নূপী! চাক থোংহুনা ইচাসি চাক পিজসি হায়বদা নূপীহুনা ঙা থোংবিহুনা পিজনবা কন্না হোংনন্নবোইরে। মতম অহুদা নিপা অহুনা কোম্নথি-থিহুনা য়োং অমা কাক্লরে অহুগা থায়রেদো।

অঙাং অহু চাক পিজবা লোইরবা মতুংদা নিপা অহুনা মাগী নূপীদা মফম অমদা পুহুনা থৈদোক্লচো হায়বদগী নূপী অহনা অঙাংহু মফম অতোপ্পা অমদা পুহুনা থৈদোকথরে। মানা চারম্বা লুথাক চগুম হুচাই চাইনা তাবা মফমদুদা য়োং অহু থম্নগা পোলাং অমনা কুপ্পুনা থম্নবোইরে। অহুগা লায়রবা অহুনা তফি-তফিং শোম মপী হোম্নহুনা ইনাকথুনবা মতাউ অহুগী ময়ুম তানা চেল্লক্লে। অহুগা ইতাউ! ইতাউ! ঐ মফম থঙজ্রে করম তৌরিবনো হায়রম থঙজ্রে। ইচাদো চাক অস্থুম চারম্বদগী য়োং, ওল্লক্লে। করম তৌসিগে হায়ররোইরে। য়াহু তাবদা ইনাকথুনবা অহুনা করি য়ানো ইতাউ হায়রম্নগা মা[illegible]নি চেল্লক্লুনা য়েংখিন্নরে। ভিল্লিবা পোলাং হাংদোকে তৌবদা য়োং অহুনা চোংশিন্নগা থোংকবদগী মওং তৌহুনা ময়া খিগংলকপহু উবদা ইনাকথুনবা অহু কিন্নপা লোয়নননা হুংশা থীরেদো অহুগা হায়রকই :— ইতাউ! ঐ য়ারোই, ইচা শিংউ, লায়রবা অহুনা ইতাউ! করম্না শিংগদগে ঐস্থ

হায়রকম খঙদে থুরেদো। ইনাকখুনবা অহু শাউবনা মমিং ঈ কারে, কয়ে নঙ ঐবু রায়েনবা ওম্বা লৈ, চৎসি ঐদি রাকৎলগনি হায়হনা মন্ত্রিগী মকম তানা লাক্লগা রাকংলয়ে।

মন্ত্রিনা নখোয় অনি কয়ি অমুক তৌনয়ে? ইনাকখুনবনা অঙম্বা ইবুংঙো! ঐগী অমত্তং পোকচবা ইচানিপা অহু ইতাউ অসিনা চাক পীজগনি হায়হনা পুখিগ্রগা অঙাং অহু য়োং ওলহনখিগ্রে রায়েনবিয়ু লাক-চয়িবনি। রাহু তাবদা মন্ত্রিনা লায়রবদা হাই নিপা চুবত্রা? লায়রবনা অঙম্বা ইবুংঙো! চুম্মি, অঙাং অহু ঐনা পুই, চাক চারিঙৈদা য়োং হেক ওত্রক্রে। খুদক্তা চেন্দুনা ইতাউদা হায়জরুই অহুবু মচাবু চাক পিঙবদা য়োং ওল্লকপবু ননাইবু শিংউ হায়বিরে ঐদি করম্না শিংগর্দগে হায়-খোইরে। মন্ত্রিনা ডাহাক রাখল তৌরগা উম ঐ খঙলে, হাই ইনাকখুনবা নহাক লায়রবা নিপা অসিগী তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অহু পিখো অহুগা নঙী নচা অহু মী ওল্লকনি নত্রবদি নচা অহু য়োং ওইনা অহুম ফংবা ত বে অহুনা নঙ পিগে হায়বরা পিরোই হায়বরা হংলেদো। ইনাকখুনবা ননাই ঐনা পাম্মনখিহনা ওইদবা মীনম্বা থবক অহু ইতাউদা তৌরুরে —ঐনা লানবা পুম্বা ডাকপিয়ু ঐহাক খুদোপ অহু পীজরগে হায়হনা অঙম্বহুগী মমাঙদা খুদোপ অহু লায়রবদা পিরে। মন্ত্রীনা চৎলু নিপা মাগী মচা য়োং অহু মী ওলহল্লুরো অহুগা অসিদা পুরকউ হায়রেদো। •ায়রবন খুদোপ অহু কংলহনা ননাই ঐ অঙাং অহু লৌজরুরগে হায়রয়গা চংশ্রে। নাথৈহনা থম্বা অঙাং অহু লৌরুরে অহুগা কারুবা য়োং অহুবুনা থাদোক্লম্লগা অঙাংহু কোহুং তানা পুরক্রে অহুগা মন্ত্রিগী মমাঙদা অঙাং অহু শিন্নবিরেদো। মন্ত্রিনা হাই নিপা! খঙঙুদো চানিঙলবদি লেকনা তোকপনি অহুগা লিম্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্মি নচাহু য়োং ওল্লয়েদো। তম্ফা খুদোপ অহু পিরমত্রবদি য়োংহু নচা ওইনা কংলমগবহনি খঙঙু। অম্মুম হায়হনা মাখোয় অনিগী রায়েজ

ভক্কা থুদোগ্গা মং ওনবা হুন্দা

তাহনা লৈরবদা লায়রবহনা ভক্কা থুদোপ অহুগী মপান্না হেন্না হেন্না হুংঙাই য়াইফবা মী অমা ওইরক্না হুংঙাইনা পানথিবোইরে।

---

## ৪৭। ফক্তবা মরুপ অমগী খোন্নাংনা মাঙবা

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌমচা অমগা মন্ত্রিমচা অমগা মথোয় অনি য়ান্না লুনা তিন্নবোইরে। লুন-তিংবা মরম্না নিংথৌমচা অহবু অমুক্কী মন্তিক থাজখি। মানা হায়বা খুদিং অহু নিংথৌ মচা অহনা থাজহনজা লোয়নরবপোইরে।

মতৌ অম্মূন্না মাখোয়গী অনি লুন-তিন্নহনা লৈনরকপসিনা পাথং ফারকলেদো। অহনা নিংথৌ অহনা মচানিপা অসিগীদমক অতোপ্পা লৈবাক অমগী নিংথৌগী মচানুপী মশক মতৌ ফজখ্রবী য়েংবদা মী পুম্নমক্কী থম্মোই শুম্মাংনবগী মশক ওইবী অমা হুতোংনবা হায়নবদা য়ানরে। নিংথৌমচা অহবু নূপী অতুগী মশক মতৌ য়েংলুনবা হায়নবদা নিংথৌমচা অংনা মন্ত্রিমচা অহবু ইতাউ! নূপী অহু মহাক য়েংবিরু, নঙনা যম্রবথি এস্থ য়ারে নঙগী বা লৌগনি হায়হনা হায়বোইরে। মন্ত্রিমচা অহনা ফরে ইবুংঙো! এ য়েংজরুগে হায়দুনা চয়োম চেঙজেন সনা লুনা পুহনা নূপী য়েংবা চংখ্রেদো। লৈবাক অহু য়ৌরগা নূপী অহু মহাক ইশুম শুম্মাংখ্রে। হায়নিংঙাই লৈতনা যজবী অমা ওইরম্নবা অহদা মহাক কল্লকথিবনা হায়নিংঙাই লৈত্রবোইএ। মন্ত্রিমচা অসিনা—"ফরে মাসি য়েংবদা তুরুক্কবা পোক্লবী, হায়নিংঙাই লৈতনা মশক থীরবী নূপীনি ইতাউ! নঙনবু অসিবু লৌগত্রনে! হায়হনা ওয়তৈননা পাউ অসি তয়ুন্নগে" থম্লেদো। মহাক লৈবাক অহুদগী হল্লক্লে। মতৌ অমা লৈবাক য়ৌরবদা নিংথৌমচা অহনা মন্ত্রিমচাদা হায়রবোইরে। "পাউ অহু অমগদবা কাঙ্ঘা

ঐহাক ভুকচবা পোকই। থুনিঙ য়েংলে কপ্পাক য়েনা কায়বী, মশম য়েংলে তর লাউনা থোইবী, কুচু য়েংলে য়োংগুবীগী হাম্বকনি, মন্না য়েংলে শবীনি, মমিৎ য়েংলে মকুনি অহুননি মপা নিংথৌনা য়াম্না থুনা য়ারক্লিবা! অসিবু করম্না লৌহনা ইতাউগী ননাইমুবী ওইনা থমগদগে" হায়না পাউদম্নবোইরে।

মপা নিংথৌনা মক্লিমচা চংলুরে মচাগী পাউ তাগে হায়হুনা নিংথৌ শেনবা মনাই অমা থাজিন্দুনা। নিংথৌমচা অহুদা ইপানা হায়ব অসিদা ঐ হীক্লোকপদি ওমদবে ঐদি দুগী থিবাস পামদ্রিবনি অস্ময়া খুম্নেদো। অস্মন্না থুংবনিনা মপা এনা হাংবা ইনবা ইচানি, ঐগী রা য়েংহুনা লৈরে অহুনদি লুহোংবা তারে হায়হুনা লৈবাক অনি পাউ ফাওনহুনা অকবা লুমিৎ অকবা পুংফম য়েংলগা য়াম্ন চাউনা লুহোংলেদো।

লুহোংবা লোইরহুনা অওং অউন মাই য়াওনা নিংথৌমচাগী মমুমদা নিংথৌমচানুপী খিল্লক্লেদো। মতম অসিদা নিংথৌ মচা অহুনা খনবোইরে। মাগী মশক অহু শুকয়েংমক য়েংজরোই; পঙলৈ লৈসম্ন তল্লক্লগা মরাইনা কুখিনি খন্দুনা হুম্নফাউবা য়েংবিদবোইএ। করিগুম্বা মতমদা ফম কনবা মথোঙ হায়বা ঈশিং মাইশিং পুশিল্লকপা লৈশু পানা হৈ রা মচেৎ অমগুংদা হেক পুশিল্লকপা থুদিংদা নিংথৌমচা অহুনা "চৎলো, চৎলো! মশক্ক য়েংনিঙদে তীল হৌঃ' হায়হুনা হেক-হেক হায়বিবোইরে। মহু তাবদা নিংথৌগী মচানুপী ৫ নি ১০ নি অস্তুম তৌরক্লবদা মনাই ওইবা অহল অমদা "ইপু এগী ইবুংঙো অসিনা ঐবু হুম্ন-ফাওবা য়েংবিদে; করিগুম্বা অমত্তং শিক্ল খোৎলুব তোরবস্ম ভুথি-তথি হায়বিরকই। অসিবু করি তৌরবনো" হায়হুনা রা তাম্নবোইরে। মতৌ অসি অহল অহুনস্ম খঙলহুনা ইবেম্মা! য়েংখিসি ইবুংঙো অসি অহুক ফত্তবা মীদি নত্তে, মীগী থোইনশিন য়াওবা মাল্লি অস্তুম খঙহুনা লৈরেদে অহুনা নিংথৌগী মচানুপী অহুনস্ম খুদোংচাবা মতম অমত্তং ফংলবদি মাবু মশক উনবা য়োংনবগে হায়না মপুক্তা লেপচরোইরে।

অসুম্না মশরাই য়াম্না হুংঙাইত্তনা লৈবদগী নিংথৌমচাহুপী অহুনা নিপাগী ফিজেং শেঙ্কুনা মরক মরক্তা নিংথৌমচাগী মনাই শাহুনা থৌগল তৌবা হেক হেক চঙজবোইরে। নোংমদি নিংথৌমচা অসিনা শা তানবা চংকনি হায়বা তাবদা নিংথৌমচা নপী অহুনা হুন্দকী শা তানবা লেঙবা অসদা ননাই ঐস্থু থৌগল য়াঙজগে হায়বোইরে নিংথৌমচানা ফরে নঙবু ঐনা মরক মরক্তসু উবগুম তৌই। ঐথোয় অনি হেকমক চংশি-নসি হায়রেদো। মরম অহুনা নিংথৌমচনুপীহুনা মত্তিক চাবা শাপোং লানপোং চয়োম চেঙজেল শেম্লে। শগোন্দা হাপচিল্লে। মহাকসু নিপাগী ফিজেং শেংলহুনা নিংথৌগী মচাহুগা লোয়ননা শা তানবা চংথরেদো। মাথোয় অনি তুংথ মাঙথাননা অসুম লাকপনা অশোঙবা লঙ্খাং অমগী মরায়দা হুমিং তাশিনখ্রে। মরম অহুনা মফম অহুদা মাথোয় অনিমক লেক-চাননবা থেরাং, তৌরে। নিংথৌমচা অহুগা মাথোয় অনি চাক্তা থকপা লোইরে,/হিপ্পনবা থৌরাং শেমরে। নিংথৌমচাদি য়ারহুনা হিপ্প-থরবোইরে। মতম অহুদা নিংথৌ মচাগী মথক্তা উনা অমদি লিক্লা তারকপা অহু হুংঙাইত্রহুনা নিংথৌমচাহুপীহুনা মাগী থাঙ মচা অহু পুথোক্লুনা মথকী উনা উশাশিং অহু ককপোইরে। খুদোংচাদবদগী থাঙ মথোক্তগী হাঙ অহু হেক নাম্থোকখিহুনা থাঙনা তারকপদা মহাকী মথোঙ থোঙখিদা তারক্তুনা চক লাউনা হেক য়ুংলবোইরে। মতম অহুনা মহাক্না নামন-থ্রহুনা অয়ো! হায়না হেক লাউরকপদা নিংথৌমচা অহু থঙপেক থংনা তারহুনা ফুক হে গংলগা "করি তৌরে?" হেক হংলেদো। নিংথৌমচা হুপী অহুনা ইবুংঙোগী থক্তা তারকপা উনা লিক্লা অহু হুংঙাইত্রে হায়হুনা উনা ককপদা থাঙথোক্তগী থাঙ নাম্থোকখিহুনা ননাইগী থোঙদা তারগা হুংহুনা লৈরে। অহুদা নামনখিবদগী লাউথ্রে, ইবুংঙোগী তুম্বা কাপ্পখিবলিশীদমক ঐখু তাকপিয়ু হায়জবোইরে। মতম অসিদা নিংথৌ-মচাহুনা মাগী সনা ফিগে অহু মচেং অমা তম্বা শেগাম্রে অহুগা হুং লয় থাঙ অহু শংলগা য়েংশিনখিখি। অসুম্না অহিং অহু লেনখিদো।

নোংঙাল্লে, মাথোয় অনিমক হল্লসি কান্নদরে হায়ত্নুনা হন্নরল্লে। নিংথৌমচানা লৈখ্রিনা শঙ্গায় মচা অহু য়োগদবা খরা রাংশিঙৈদা মনাই অহুনা "ননাই ঐগীদি য়োরে। ঐ অসিদা লৈজহৌরগে" হায়রবোইরে। রা অহু তাবদা ঐনদি নঙবু হেক হেক উই। নয়ুম কদাইদনো হংবদা মহাক্না হায়খি "ননাইগী য়ুমদি পঙলাপ লাক্লা মত্তে। অসিরাইদা সুম লৈজে হায়না খুম্লগা মহৈ মহৈ ময়ুম-ময়ুমদা চংনথ্রেদো। নিংথৌ মচানা শঙ্গায় মচাদা চঙখবে হায়বা খঙলবা মতমদা নিংথৌমচাল্লুপী অহু নুপীগী ফিজেৎ অমুক শেৎলহুনা মাগী কাদা পোত্থাহুনা লৈরে।

মতৌ অসুম্না নিংথৌ মচাল্লুপীহুনা কন্না নাবগী মওংদা লৈশিন্নল্লে। অহুগা মনাইশিংদা পাউ থাখি। ঐহাকপু নিংথি মুংঙাইনসু তৌবিদে, ইয়াইখক থীবী ওইবীনিনা ইপা নিংথেংগী মনাক্তা চংচগ্রগে ইবুংঙোবু অমুক্কংদি খুকমজগে হায়য়ু হায়তুনা মনাই অমনা নিংথৌমচা অহুদা হায়ররেদো। রাহু তাবদা নিংথৌমচা অহুনা থল্লি চুম্মি ঐনা নুপী অহুবু নোংমতসু নিঙথিবা রাহৈ হায়বিখিদে তৌজিক্কি নাল্লে মপামদা চৎলগে হায়রবনিনা অমুক্কংদি য়েংবিরুক্কম থোকই। অসুম থল্লহুনা নিংথৌমচাল্লুপী অহুগী কাদা চঙলকলে। মাহাক্না হেক চঙলকপদা মাগী মনা ফিগে মচেৎ শেগায়খিবা অহুনা থোঙদা ঘ্লেত্তুনা লৈবহু উবদা মহাক ইঙক ঙল্লবোইরে। মনাক্তা চঙহুনা মুন্না য়েংলে নহাক্কিকো ঐগী শা তানবদা তুং ইনখিবদো। মানি ননাই এহাক্কি, ননাইনা পুক্লিংদা চিংনবা য়াওরহুনা মুমিৎ অহুদা থৌগল ইজবনি অসুম হায়নরহুনা নুপী অহুগী মশক মতৌ মওং মরিন পুন্নমক মুন্না খঙলেদো। মতম অসিদা নিংথৌমচা অহুনা পুন্নমক অসি ঐগী ইতাঙ্ক মন্ত্রিমচানা ঐবু ওজ-তৈনবা রাখলদা লমজিংখিবদগী থোকখিবনিকো। মরুপ্পি হায়হুবসু মী পুন্নমকপু থাজকম থোক্তবোইরে অসুম খল্লগা, নিংথৌমচাল্লুপী অহুবু লুনা তৌবিহুনা অশেংবা রাখল পুন্নমক কোঙলোল্লবদা হুংজাইনা পানবিং মিথোইরে।

মরম অদুনা ফত্তবা মরুপ অমগী থৌরাংনা মী মাঙহল্লি হায়রবা অদু মী খুদিং খ্রজকমগী পন্থুং নত্তে হায়বা অদু রারী অসিদগী খঙই।



# ৪৮। কোঙ্গোলগী বারী

থাম্নরা মমাংঙৈদা লায়রবা ওাক্তা ওইবা চাউবা কৌবা অমগা থোইবা কৌবা অমগা নিপা অনিথক য়াম্না নুনা তিরৈ। মাখোয় অনি নোংম-নোংমগী শুক নোম্নবদা ফংলকপা অদুনা ইমুংগী সুপী অঙাং থাক্নুনা লেনবে,ইরে।

নোংমদি চাউবনা ইতাও! ঐখোয় অনি রামনগ্রে, লংকৈ চত্নুনা শেল অসি অপুনবা ওইনা ফঙ্গদবা মওং য়েংদুনা শেল থরদং তাল্লুসি হায়দুনা অমনা রা অসি হৌদোরকপোইরে। অমঙনসু হোয় ইতাউ! মদুনা থরদুম ফরগনি। ফরে হয়েংবক চংলসি, লংফৈদা চান-থরুবা থর-থরদং য়োম্নরসি অসুম হায়নরেদো। অহিং অদুদা মাখোয় অনিনী ময়ুম ময়ুমদা হয়েংদি ইতাওগা ঐখোয় অনি লংফৈ চংলুখিগে শেনবুল থরা তাল্লবদি য়াম্না রাবা তরে ঙাঙনরে অদুনা পোংচৈ য়োমই হায়দুন মাগী মাগী সুপীদা মপোং য়োমহল্লেদো।

নোঙাল্লে, মাখোয় অনিমক পোংয়োম নম্বো অমগম পুনরদুনা ময়ুম ময়ুমদগী থোক্লরক্লে। মাখোয় অনিনা অসুম অসুম চংখিবনা সুমিং ৪ নিগী লম চংশ্রগা শোঙলবা লমদম অমা য়োরে। মফম অদুদা তনৌবা খুন্দাবলী লম্বী শেম্বগী থবক থেংনরদুনা মাখোয় অনি থবক অদুদা য়াঙরেদো। মতৌ অসুম্না চীং কক্তুনা শেল তাল্লকপা অদু থাও শুরক্লবা মতমদা মাখোয় অনি ফনা মিঙথিনা শেল তাক্লরে। মরম অদুনা মাখোয় অনি মতমসু কুইরক্লে। অঙাংসুবী থাদোক্লবা

৬ তুরেঁ অমুত্তুং থোক্লু খিসি। অমুক হুল্লক্লগা থবক অসি য়াওসি হায়নহুনা অহিং অহু চাক ওন্না থোংলগা চারহুনা মপোৎ য়োন্নরে। অহিং অহুদা চাউবনা ঐ ইতোমত্তগী শেল অসিনদি পঙযান য়াম্না নত্তবনিনা য়ুম য়োরগা অঙাংশিংগী মফি মরোল থরা লৈ নূপীগী ফিরোল থরা লৈ তৌথিবদা থা অমা কানা চাবা কোন্নররোই। হৌজিক ঐখোয় অনিনা লৈরিবা শঙ অসিসু তোপ্না শাবনিনা মী কনাসু খঙলরোই ইভাউ অসি হাত্তোক্লগে অহুগা পূম্না মপাগী শেলসু পুরগা চংলগে থল্লবোইরে। মহাক্লা হিপফমদগী তপ্না নাশোন থোক্ত্রনা হৌগৎলগা অখুং চাবা হুং অমা পায়রে অহুগা তুম্লিবা মতাউ থোইবগী মনাতোল অমম্লুং মকোক্তা হুম্না হুম্না শুহনা হ তোক্রে। অহুগা অহিং অহুদা মাহাক্লা মাখোয় অনিগী শেলথুম অহু পুল্লগা য়োমশিল্লে। নোং ঙাল্লকপা ঙাইরেদো।

নোঙ ঙানফুং ঙানফুংগী তু উনিং উমাং তৌরকপা মতমদা চাউবা ময়ুমদা চৎলগে থল্লহুনা মতাউ থোইবগী অশিবা মশা অহু মী কনাগুম্বনা উথ্রগা ঐত্তোন্দা তাইনরগনি অহুনা মী কনাসু উত্রিডে অসিদা লোকখাদা হুম্বখ্রগে হায়হুনা চিংথরকপদা অঙকপা ফংনা নোং কন্না চুবোইরে। নোং মরক অহুদা মতাউ থোইবগী অশিবা মশা অহু লোকখাদা ইম্বখিবা মতমদা ইরাপ লাপ্পনা লোকী থেল মচা অমদা হেক পন্দুনা লৈরে। মতম অসিদা মহাকসু মকম অহুদা নোং থুপ্পুনা লৈরি। মতম অহুদা নোংগী ঈশিংনা জম-জম য়া-য়া তাবত্তদা থোইবগী অশিবা মশাদা ঈশিংগী ঈরৈনা পন্দুনা লৈবদা কোঙ্গোল ময়াম্না পুন্দুনা লৈবা উবোইরে। ঙাহাক লৈরগা, নোং হাংলবা অহুদা মতম চারে চৎলগে ঐনা তৌরিবসি কনাসু খঙবা ঙম্মোই উত্রিবা হায়বমক্তু কোঙ্গোল অসিতনি হায়হুনা ময়ুম মাইকৈ পাংনা লাক্রেদো।

চাউবনা নত্তো চাউনা ময়ুমদা চঙলাকপা মতমদা মচু মচা পুন্নমক্তা অকম কুইনা লাকখিত্রবা মপা লাকপদা মচাশিং হয়াউজৈ মাপী নূপীসু

হায়রিংঙাই নৈতনা মুংঙাইজরহনা তরাম তরাম মপোং ওল্লে। ঈশিং হায়রিংঙাই নৈতনা মুংঙাইজরহনা তরাম তরাম মপোং ওল্লে। ঈশিং মশিং তনলুম লুমহনা মখোঙ মখুৎ হায়বা ভৌরে। মাগী নূপীনা চাক ঈশিং থোংহনা পিজ পিথল্লে। মুমিদাং অহুদা মাগী নূপীনা অদা খোইবগীদি কয়াম ফংলকপগে এখোয়গা মায়বরা হংবোইরে। এঃ ইতাউ অহু মওং অমনি পোৎলৌ কায়াম্পা মীওইনি। খরা ফংলে য়ূম য়ৌরুখিসি হায়ববু শুহৌখিনি হায়হনা লৈহে রি মাস্থু এগী চপ মায়না ফংলিবনি। ঐদি নখোয় পুম্বা চারম-থক্লম মফম খওলম্লরোই মায়না ফংলিবনি। ঐদি নখোয় পুম্বা চারম-থক্লম মফম খওলম্লরোই রায়মগনি খন্দুনা থোক্লরবনি খুম্বাইরে। অস্থুমা রর্রা রাতাই শানর-হনা অহিং অও লেল্লেদো।

নোং ওল্লবদা থোইবগী নূপীনা মাগী নিপাগী মরূপ চাউবা লাক্লে তাবদা প্রপ প্রপ লাকচে। চাউবদা তাদা! তাদদি ওরাং লাকপরা? চাউবনা ইবেম্মা! ঐ ওরাং থুংলে। নূপীনা ঐখোয়গী মপাদি য়াওরক্লবোইরে, কদৌওৈ লাকনি হায়বগে তাদা? খওবিরকপরা হংবোইরে। চাউবনা ইবেম্মা! ইতাউদো চংলসি কুইরে য়ূম থাদোকপা হায়ববু য়াদহনা লৈহোরে, মতম খরদং শেল তাল্লকখিনি হায়হনা লৈহৌরি। কদৌওৈ লাকদগে হায়বা ইবুং হায়বা উমল্লে। পওকুই কুইরোইদা হায়না খুম্লবদা নূপী অহুনা মপুরোইবা লাক্লবগী মখলনা মুংঙাইতহনা রা অমত্তা হায়রমদনা ময়ূমদা হল্লক্লে। ময়ূম য়ৌরগা মচাশিংনা ঐখোয় পাবা লকঅবরা লাক্লবরা ইমা হংবোইরে। মমানা লাকঅনি, লাকঅনি কুইররোই ইচাশিংগী ফিরোল শেংল-চানবা য়ামা শুরকনি হায়না খুম্লহনা লৈরেদো।

মতৌ অস্থুমা লৈরকপনা থা ৪ শুরবা কাওবদা খোইবা অহু লাক্লে হায়হনা মচাশিং অমদি মতুনচিংবা পুম্নমক্কি য়ামা রানা পুন্সি লেল্লবোইরে। কুমগী ইনৌ তাবা মতম ওইরক্লহনা নোং কম্না চুরক্লে। [illegible] দারিদা ফম্লপ্পা ইচম তাকমদা তারকপা ঈশিংনা কোঙ্গোল [illegible] হেক-কা অমুক হেক মূৎ তৌবসিদা মহাক্কা মরক মরক্তা

মোমোন-মোথোন হেক নোক ফাক-ফাক লাউনা হেক নোক তৌবোইরে। মাসিদা মাগী ন্পীতুনা নিপা! নঙবু করি তৌরগে? তুমিন-তুমিন হেক হেক নোক ফাক-ফাক লাউনা হেক হেক নোক তৌরিবসিবো মীনা ঙ'ওরমাগ্রে হায়ররনি হায়বোইরে। চাউবনা ঐঃ করিগুম্ নত্তেদা তুম খল্লদা নোক্লিংবা অমা য়াওরকুনা নোকপনি অসুম খুঙ্গোইরে। চাউবনা অসুম্না অয়ুক মুংথিল নাইদনা তুমিন তুমিন নোকপা মতৌ অনিদা য়ুমথংনবা মীশিংনসু করিনো চাউবা অসিবু হন্দক লংকৈ চংলুবদগী মিহুল অমা তৌরমাগ্রে মহৌশাগা ইমান-মাঙদরে অসুম্না চিরোন-চিবোন ঙাওনরবোইরে। মীন অসুম্না ঙাওনবা য়া তাবদা চাউবগী ন্পীনা মথরাই মুংঙাইত্রতুনা মপুরোংবদা নঙবু করি হৌবগনো হায়রুবা! ঐঙোন্দদি ফনা লুবা ওইরবসু হায়বদি য়াইদনা ঐসে নঙগী হুকচাং তংথায়নি হায়নবদাই অহলশিংনা। অসুম্না কন্না তকশিল্লকপদগী চাউবা অহু ঐ ঙাওবা নত্তে, মিহুল চোইবা নত্তে হায়বহু খঙননা হায়তুনা লংকৈদা মানা মাগী মকপ থোংববু হাংপদা উথিবা কোঙেলনা য়ারী তৌবোইরে। য়ুমনী অহু তারগা মুপী অসিনা য়ুমলোঙবা অহৈদসু ঙেরা ঙাওবা নত্তেদা লমৈদা মনা মী অনদগী শেল মুল্লুবদা থোকখিবা থোমাক অহু নিঙশিংবদা চুম্না নোক্লিংতুনা নোকচবনি হায় হায়তুনা পাউ তম্লবোইরে। অসুম্না মথং মথং পাউ অসিনা চিঙ্থং ঙৈনা চংখিবনা থোইবগী ন্পীসু তারক্লে। মতম কুইনা লংকৈ চংখ্রি হল্লক্লি হায়না খল্লম্বা অহু চহি হেঙ্গিল্লরবা ফাওবদসু হল্লক্তে, অহুগা নিপা অসিনা কোঙ্গোল উরগা হেক হেক নোকপগী য়ারী হায়নবদা লংকৈদা শেল মুনবগী য়া নিংশিংবদা নোকপনি হায়রবনিনা ঐগী নিপা অসিমক্তদগীসু ওইবা য়াই খল্লহুনা অঙবদা চংলগা য়াকংলে।

য়ায়েনশঙগী অঙহশিংনা চাউববু য়ায়েনশঙদা কৌথত্তুনা য়াশক-হল্লগা হংবদা লোৎপা য়াদহুনা য়ারী পুন্নমক অমতা চিথকনা অঙহগী মকনদা হায়দোক্লে। মশানা তৌরবা থবক পুথোক্লং য়াবাদৈদা

অহুনা অঙ্গবা অহু মরাল লৈরমুনা খী চাংলবদি মহাকপুমু হাংপা হৌনে হায়বা চংনবীগী মকুহইমা চাউববু মীয়াম মমাঙদা পুখোক্লগা হাংখিদো। অহুমা নুপীদা. অরোনবা অচেংপা ৱা হায়দোক্লুবদগী চাউবা মথৱ.ই মাঙখি।

---

# ৪৯। পেঙবানা নে কপা

খায়না মমাংঙৈদা লৈপাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী রানী তরেৎ লৈরম্মী। রানী ৭ অসিগা লৈ.বাক্কী অঙম্বা মন্ত্রিশিংগা লোয়ননা লৈবাক ঙাক্তুনা য়াম্মা নুংঙাইনা পাল্লম্মোইরে। নোংমদি নিংথৌ অদিনা মাগী ঈরুফমদদি লুত্রহুনা মীনা তুরেন্দা ঈরুনবা অসিবু কয়ামুক নুংঙাইরমগদগে ঐস্থু লুত্থনা য়েঙ্গে খনবদগী তুরেন্দা ঈরুবা চং-পোইরে। নিংথৌ অহুনা তুরেন্দা হেক কুমথরকপদা ঈশিংদা লৈবা পেঙবা অমনা ফ.ক্ ফাক্ লাউনা হেক নোক্লক্লে। নিংথৌনা মাহু উবদা থুনমক ঈরুবা লোইরগা প্রপ-প্রপ কারক্তুনা মাগী মন্ত্রিশিংদা হায়রম্মী। ঐগী অঙম-অথৌ মন্ত্রি পূম্নক তাউ! ঙসি ঐনা মী থাইনা তুরেন্দা ঈরুনবা অসি নুংঙাইরমগদরা য়েংগে খনবদগী ঐস্থু তুরেন্দা কুমহুনা ঈরুবা চংলুরে। ঐনা ঈরুগে হেক কুমথবদা পেঙবা অমনা ঐবু য়েংলগা ফাক্ ফাক্ লাউনা নোক্লকই। মানা নোক্লিবসি করি হায়ন্নিবনো ময়াম খম্নৌ মালি খঙদব' য়াদে হায়বোইরে। নিংথৌগী ৱা তাবদা ময়াম ভুমিন ভুমিন ঙক্তুনা লৈনরে। মতৌ অহু উবদ মন্ত্রী ইতোন তোনবা অহুনা নিংথৌগী পূক্নিং নুংঙাইনবা হায়রুনা ইনিংথৌ! ঐ কোঙজগে হেক হায়রুরে। নিংথৌনা মাহু তাবদা ফরে মন্ত্রি! নহাক্না ৱা অসি কোঙবা ঙম্লবদি ৱা.ৱা কৈ ঙমলবদি অঙাং ওনগদবনি হায়না হেক হায়দোক্লক্লে। ৱা অহু তাবদা মন্ত্রি অহুনা এঃ ঐদি নিংথৌনা পূক্নিং নুংঙাইফরা অহু থরদং

কক অতৃপ্পী মথক্তা অথাবা ফিরোল মোন থারক্তনা হিপহল্লগা অহিং অহ্ লেজ্রেদো। নোং হেক ওাল্লকপদা মনেম্বোক অহুনা মমাগ্নি অরাং ওগ্না কমূংদগী কূমথবা হৌনবা অহূদগীদি কূমজ্রহুনা মমায় নোংপোক ওল্লহনা মোন রাংমা লাল্লগা লুথুমলোমদগী হেক কূমথরকলেদো।

মত্রিমচা অহুনা ইস! মাসিদি কাল্লদরে—নূপী অসি লৌবা য়াজ্রে, মমা অসি চৎনবী খঙদবী নূপীনি খল্লহুনা মপোৎ মচৈ য়োল্লগা কনাদম্ব্ রা অমত্তা হায়রমদনা প্রপ-প্রপ হেক চৎখ্রেদো। মতৌ অহু উবদা মচানুপী অহুনা মপাদা বাবা! করি হায়রম্বগে? মহাক্তি চৎখ্রেনা হায়বোইরে। ইবেম্মা! ইপাদা রা অমত্তা হায়রমদে—অহুবু চৎকে হায়ং রবস্থ চৎখ্রসম্থ! অঙাওবা নিপা অহুদা নৈরুরগা ইচাগী ময়েং তাবনি হায়বোইরে। মচানুপী অহুনা বাবা! নিপা অহ য়াম্না শিংবা মীনি। মানা চৎখ্রিবা অসি ইনানা কমূংদগী হৌগংলগা নৈবাক্তা কূমথবদা চৎনবী মতুংইন্না অরাং ওগ্না কূমদে, মোন কাল্লগা লুথুমলোমদা কূখা মরম্না মমা কত্তে খন্দুনা চৎখ্রিবনি। ঐদি মহাক নত্তনা অতৈদা য়ুম পাল্লোই হায়রগ্লগা পুখ্রিদা প্রপ-প্রপ চৎখরে। নিঙখিরবা খম্বাল অমা হেক্লরে অল্লগা নিপা অহুনা লাকদবা মায়কৈগী অশঙ্বা লম্বী য়েংহুন লাক্লগা লম্বী ময়ায়দা শম্থি মপাক অমদা খম্বাল অহ য়ুংহুনা থম্মরগা ময়ুমলোমদা হুল্লক্লেদো।

মত্রিমচ অহুনা প্রপ-প্রপ লাকপদা লম্বী ময়ায়দা শম্থি মপাক অমদা খম্বাল অমা য়ুংহুনা হৌরম্বহ্ উবদা চপ লেম্নি ওাহাক রাথম তৌই। হাইস, শম্থিদা খম্বাল শাৎপা! মানিদি করিনো হায়হুনা ওাহাক কমথরে। খম্বালদি নৈখোমদদা শাৎপনি। অহুবু শম্থিদা শাৎপদি মমা কত্তবী, হৌকম কত্তবী ওইরবস্থ মচাদি অকবা পোকপস্থ নৈ হায়বনিনা হায়না মমৈদা মহাক চনিঙ তানা খল্লক্লে। অহুনাদি ঐনা হন্দোক্লবী নূপী অসি য়াম্না শিংবী নূপীনি। পেঙবানা নোকপা অসি মহাক শোয়দনা খঙ-লমনি অহনদি মহাক অসি লৌদবা য়াদরে খল্লহনা লৌউবগুলী ময়ুমদা

হায়ব্রেদো। হয়াও-হয়াও লৌউবা অহুদা ইকুবোক! ঐ চংপা য়াদরে। ঐগী অশেংবস্থু হায়জরগে ঐ লৈবাক অসিগী মন্ত্রিগী মচানি।, নিংথৌনা পেঙবানা নোকপগী য়ায়ম করিনো। হংলবদা মহু খঙলুগে লাকপনি অহুনা নচাইবেস্মা অসি ঐনা ঐগী ওইজরগে হুন্দোকচয়রোই হায়জবা লাক্লিবনি হায়বোইরে। মতম অহুদা মকুবোক অহুগা মনেম্মোক অহুগা ২ ঘি মন্ত্রিগী মচানি হায়রা খঙলবহুদা হরাওজরহুনা মচানুপী পুথোক্লগা কংলে। মতম অহুদা মচানুপী অহুনা ইবুংঙো ইকু মন্ত্রিনা য়ারিবা অহু ঐনা কোক-হনজগনি নিংথৌগী য়া পাউখোং অহু ফোঙগনি য়াবিরুস্থু! লেঙঙসি হায়হুনা মমা মপা খুরুমুয়গা মন্ত্রিচাগী মতুং ইন্দুনা চংথ্রেদো।

মন্ত্রিমচানা নুপী অহ পুবহুনা ময়ুমদা চঙলকপদা মন্ত্রিনা হায়বোই-রে। করিনো? ইবুংঙো! ইপাদি শিগদবা নুমিৎ লেপ্লে অহুগা নিংথৌগী য়া অহু খঙলুনি হায়হুনা চংথ্রগা নুপী অমা পুদুনা লাকপসিবো ইপাদি ঙকপনা থেংলে। কোনুংদনা নিংথৌনা মরোল অমা পেঙবানা নোকলে হায়রি অহুগা নঙনা মাহুগী মরম খঙলুনি হায়রগা নুপী অমা পুহুনা লাক্লিবসিবু করম্বা মওংনো ঐদি ঙাওরেদনা হায়বোইরে। মন্ত্রিমচা অহুনা পুরক্লিবী নুপী অহুনা ইকু মন্ত্রি, য়াবিরুগস্থু! ননাই ঐনা য়ায়ম অহু ফোঙজগনি হায়হুনা খুরুমলে। অস্তুম য়ারী শানরহুনা অহিং অহু লেপ্লে। নুমিৎ ৩ নি শুবা অহুদা মন্ত্রিগী মমৌনুপীনা ইকু মন্ত্রি ঙসিদি কে হুংদা লেঙখ পিরো। নিংথৌগী য়াকম পেঙবানা নোকপা অহু ননাই ইমৌনুপীনহুম ফোঙহন্নগে হাযবিরে খুদক অদদা সনা মাঙনা। "নিপা অমনদি চো বদা লাম্নোকপা ঙমগদবা অদগা নুপীনাদি চোংহুনা লানবা ঙম্রোইদোবা কৌম অমা" তৌবিয়ু হায়না হন্দংপিরো। মতম অহুদা য়ায়ম অহু ননাই ঐনা ফোঙজরগনি হায়রেদো।

নুমিৎ ৮ নি শুবদা অহুদা মন্ত্রিনা মমৌনুপী অহু পুরহুনা কোম্নুং কারক্লে। মকুপা মমোপ্পা চংপা অহ্নিদা অঙ্কবা মনা এঃ ৭ নিদি শুদরি

অহংবু নিংথৌগী রা অহু ওসি ফোংগদৌরিমাক্লে তারুসি হায়রুনা মধং মধং লাক্লনা কোহুং মলুং অহু মীনা চীক-চায়না ওমদরে। কোহুং শ্নোরক্লবদা নিংথৌনা মন্ত্রিবু উরগা হায়রকই। ইপু ! এগী রা অহু ওসি ফোংগনগে হায়বরা। মন্ত্রিনা ইনিংথৌ ! ওসি ফোংজরগে। রারম অংদি ইপুদে থম্ থম্বীথো ইমৌ নুপীনহুম ফোংগহন্জগে হায়বোংরে। নিংথৌনা ফ.র, ফরে ইপুদগী হেন্দুনা নমৌ অহুসু গুরদবা খোরবদি অনিংক এগী য়াথং শোয়বা য়াদবনিনা অঙাং ওনবা তারেকে। হায়বোইরে। মন্ত্রিনা ইনিংথৌ ! সনা য়াথং অহু ফিগাউ শাজরি মালেম লৈদা তাহন্জরোই। হৌজিক সনানাগুদা উবা য়াবা মকম অমা 'য়েংলগা ' নিপা অমনদি চেংবদা লাম্লোকপা গুমগদবা অহুগা নুপী অমন্তদি চোংহুনা লানবা ওয়োইদোবা কোম অমা তৌবিয়ু '' অহুগা পেঙবানা নোকপগী রারম যোংগহন্জগে হায়রেদো। রা অহু তাবদা মনাইশিংদা থুনা কোম অহু তৌরো হায়হুনা য়াথং হায়রকপা মতুংইন্না কোম অহু তৌরেদো।

কোম তৌবা লোইবগা মন্ত্রিগী মমৌনুপী অহুনা মংকাক্তা ফি খুন্নগা মীয়াম মমাঙদা খোরক্লে। নিংথৌদা থুক্রমলে। অহুগা হায়রকই। ইনিংথৌ ! ইনিংথৌগী রানী কয়া লৈবিবগে ? নিংথৌনা এগী রানীদি ৭ নি। নুপী অহুনা—অহু ওইরবদি কৈমা ৭ মক মথম অসিদা খোকহনবিরো অহুগা খোংবাল অসি চোংহনবিয়ু। মহু চোংহুনা লাম্লোকপা ওন্নীদা লৈমা লুচিংফমলেন ফন্নী হাপ্পিগনি হায়না সনা য়াথং জাকপিরগা মাখোয় ৭ মকপু চোংনবা হায়বিয়ু অহুগা ননাইনা পেঙবানা নোকপগী রারোল হন্জচগে হায়বোইরে। নুপী অহুনা হায়জবা মতুং ইন্না রানী ৭ কৌথোক্লে। অহুগা কোম অহু চোংহুনা লাম্লোকপা ওন্নী অমদা ফমলেন লুচিংবী হাপকনি নখোয় কনা কনা চোংগদগেহংলেদো মতম অহুদা রানী ৭ কী 'অতোবী' অমুক্না মরাই থই চৌংজলে; হায়হুনা থোরকলে। কোম অহু ইরায় লায়না মীক হেক্তোংলেলে।

মতম অসিদা মস্ত্রিগী মমৌ অহুনা ইনিংথৌ ! ইনিংথৌগী রাণী অতোপ্পী অসিদি নুপী নত্তে নিপানি। মহাক্কা নিংথৌগী মফমদা মিনম-হুনা নুপী শারগা ইনিংথৌদগী লৌথোকপা য়াবা লৌথোক্কে অত্রে রাণীশিংদা ইচে ইচে হায়রগা নত্তবা লমচৎ চৎকে তৌবনি, মাসি খঙহুনা পেঙবানা ইনিংথৌবু উরগা নোকলিবনি হায়রেদো। রা অহু ভাবদা নিংথৌনা অহুদি চুমই চুমদে য়েংউ হায়হুনা কোমচোংবীবু মফি লৌথোক্লগা য়েংবদা নিপা ওইরম্লে। অহুনা মরু কোক্লগা শুমু য়াইঙং তৈহুনা মীয়াম মমাঙদা থুঙ্গোইনরগা মন্ত্রি মমৌদা মনা-মথুম পিহুনা মুংঙাইনা পানখি।

---

## ৫০। শীং ললোনবা শামু

থায়না মমাংঙদা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্বোইরে। নিংথৌনা য়াম্না লুন-চান্না তৌবা শামু কৌবা মনাই অচানবা অমমু লৈরম্মী। শামু হায়বসিদি নিংথৌবু লাইমকি খন্দুনা অয়ুক মুংথিল হুম্নিদাং খাক্নুনা নিংথৌগী থৌগল তৌহনা কোন্নুংদা অসুম লৈথোকপা মরম্না মমুমদা মতম কুইনা হন্দ্রে। মতু মচা পুম্বা করি চারিগদগ করি থক্লিগদগে হন্না য়েংখিদে। মরম অহুনা মচাশিং থাকপদা মাগা মুপী অহনা পুবা ঙম্লক্লহুনা নোংমদি কোন্নুংদা কারক্লগা শামুদ হায়-বোইরে। 'নিপা নঙদি কোন্নুংদা মুংঙাই য়াইফনা চাবা থকপা রাত্তবা মফমদা নিংথৌ খন্দুনা লৈরে, ঐদি নচাশিং থাকপদা হায়-নিংঙাই লৈতনা রারে। নঙনা খরদং য়েংশিন্দ্রবদি মুপী ঐগী ইপাক্নদ-নদি হোৎনবা ঙম্লক্লে। হৌজিক করম তৌসিগে' হায়রবোইরে। শামুনা রাহু তারগা মুম্না থল্লে অহুগা হায়রকই। 'করে, ঐ লাক্লগে;

নিংথৌনস্থ 'য়ুমলোমগীদমক করিস্থু য়েংবিদে নঙ চংলমও' হায়রগ্না থাগ্রেদো। হুগী চংগ্রবা মতুংদা শামুনা পৈশা খরদং পুরগা ময়ুমদা হললগে ঐগীদমক কাম্নবা করিস্থু ফংগ্রে হায়না থদ্নহুনা ময়ুমলোমদা লাক্রেদো।

শামুনা ময়ুম য়ৌরক্লগা ঐ হৌজিক করি থবক শুরগা অঙাংশিং থাকপা ঙমগদগে অস্থুম খল্লি। মমৈথংদা লৌ উবা ইংখোল কোইবস্থু ঐদি নিংথৌ থনবি হায়হনা মতম কুইনা অকেম্নকাত্তা লৈরে। অহুনদি হৌজিক ঐনা হৈনগদবা থবক অসি শীং ললোনবা নত্তনা অতৈ থবক লৈত্রে। অহুনা শীং লংোল্লগে থন্দুনা মানা পুরকপা শেল খরহুনা শীং খরা লৈরগা ললোনহুনা মতু মচা থাক্লম্বোইরে।

মতৌ অস্থুম্না শামু শীং ললোন্দুনা মতুমচা থাক্লকপা চহী অম-রোংগী মতুংদা নোংমদি নিংথৌ অহুনা কৈংথল য়েংবা থোরক্লমী। নিংথৌনা পোংফম খুদিং মথং মথং অস্থুম য়েংসকপদা শামুনা শীং য়োল্লম্বা অহুগী মপা থোক্লুরে। নিংথৌ হেক উবদা শামু নিংথৌদা খুরুমজৈ। নিংথৌনা মহাকপু উবদা "হাইমা। শামু! নঙ উদবা কুইরে হায়বদি নঙদি শীং ললোন্দুনা লৈরবোইরে" হায়বোইরে। শামুনা 'ইনিংথৌ! ননাই ঐ অঙাংনুবী অয়াম্বসি থাকপা ঙম্নবা শীং ললোন্দুনা লৈজরে' হায়না খুমজবোইরে।

নিংথৌনা 'অহুদি নঙগী শীং অসিদি নোংমদা কয়া কয়া শিংচৈ'? শামুনা 'ইনিংথৌ! শেল ৫০/৫০ শিংচৈ' রাহু তাবদা নিংথৌনা— এঃ অহুদি য়াম্না শিংলিদনা নঙ হিংবা ঙমজবা তারে। মহু খরা নিঙথিনা হৈনা শীজিন্নরবদি তুংদা শেল খরদি পায়জবা ঙম্লগনিদনা! শামুনা ইনিংথৌ! শেলদি ৫০ খুদি শীংচৈ অহুবু ননাইগী শেল অসিদি লেজা ঙমদরে, য়াম্না য়ানা শীজরবনি। অহুবু চিংজাউনা কোম্নবগী মঙংদা লৈংর হায়না খুমজরেদো। নিংথৌনা মঙগী শেল ৫০ অহুবু

করি করিদবু শীজিন্নরিবগেনে? শামুনা 'ইনিংথৌ! ননাইনা শীজি-ন্নজবদি ১। শেল ১০ অমনা সমক্রুদা থাদজৈ!
২। শেল ১০ অমনা য়েক্লবদা পিথোকস্রে,
৩। শেল ১০ অমনা লম্মন শিংনজৈ!
৪। শেল ১০ অমনা পুথোকচৈ।
৫। শেল ১০ অমনা শাগৈগী অহন্দা পিথোকই।

শামুগী রা তাবদা নিংথৌনা মানা হায়রিবসিবু করি হায়রিবনো হঙ্গদবস্থু ঈকাইরতুনা ফরে—ফরে অতুদি ঐ চৎলগেকো হায়রম্মগা নিংথৌ কোনুং তান্না লাক্লে। অহিং অতু শামুনা হায়রকপা রাহু খন্দনতা লৈরে। রাখল লাম্বা ফংদরেদো। নোং ঙাল্লে, নিংথৌনা লৈবাক্কী মন্ত্রি ময়াম কৌথংলে। মন্ত্রিশিংদা হংই অমনকাওবা রাহৈশিং অতু করি হায়বনো হায়বা কনামত্তা ফোঙবা ঙম্মদ্রে। অসুমা নিনি ছুম্মি খনরবা ফাওবা হায়দোকপা ঙম্মদ্রবা অতুদা নিংথৌনা শামুবু কৌথংলগা মাগী অরোনবা কা অমদা পুশিন্দুনা ফম্মল্লে। নিংথৌ-না 'শামু! নঙনা নহাল শেল ৫০ না শীজিন্নবগী রাফম অতু ঐ খঙবা ঙমদ্রে মতু ঐঙোন্দা তাকউ' হায়রবদা শামুনা ইনিংথৌ! শেল ১০ অমনা সন্ত্রুদা থাদজৈ হায়বদি ঐখোয়না চাথোকই হায়বনি, ২। শেল ১০ অমনা য়েক্লবদা পিথি হায়জবনা ঐগী মুপীদা পি হায়জবনি মরমদি মচানা মপা ওইবগী কান্নবা তৌদে অতুনা মচাশিং য়োক্লবা পীবা মরম্মা মচা হায়বসি য়েক্লবনি হায়জবনি। ৩। শেল ১০ অমনা লম্মন শিংনজৈ হায়বনা ইপা ইমাগীদমক লাইদা শেল অতুনা ফংবা অনৌ-অপেল লৈতুনা কংচৈ হায়বনি অদুগা ৪। শেল ১০ অমনা পুথোকচৈ হায়বদি ঐগী হয়েংমুক্কী মপোক্কীদমক লাইদা হেক হেক কংচৈ হায়বনি অতুগা ৫। শেল ১০ অমনা শাগৈগী অহন্দা পিথোকই হায়বদি ইচা অহন্দনি মরমদি অহন্নিনা থাইদবা য়াদতুনা থাইবনি হায়না হজ্জচরে। নিংথৌনা ফরে অতুদি নঙ মাসি কনামত্তদসু হায়দোক্লকনু। ঐ পাউখোং

ওইনা চল্লগে ফোঙবা ঙম্বা মী য়াওবরা য়েংলগে হায়রবোইরে। শামুনা ইনিংথৌ য়াম্না ফগনি ননাই কনাঅমত্তদা হায়দোকচম্বরোই খুম্লেদো নিংথৌনসু ফরে অহুদি নঙ চংখরো হায়রহুনা শামুসু ময়ুমলোমদ লাক্লে। নিংথৌনা পাউখোং ব্রহয় ৫ অসি ফোঙবা ঙম্বা মীদা মন চাউনা পীগনি, ঙসি মুমিং ৫ নিঙ্গী মহুংদা ফোঙউ হায়হুনা ব্রায়েনশঙদা তিল্লিবা মন্ত্রি ময়ামদসু লাউথোক্লেদো। ব্রা অহু তাবদা নিংথৌগী রাণী অহল অহুনা খূদাংদা সনা খাউ লুপা খাউ য়াল্লহুনা মীয়াম তিনবা সরক য়েংল-য়েংলহুনা পাউখোং অহু ফোঙবা মী কনা লৈশগে মতিক চাবা সনা লুপা পীগনি হায়হুনা কোয়থি থিবোইরে।

নোংমদি কৈথেন্দা শামুগী নূপীনা য়েংশাং মনা মশীং য়োন্দুনা লৈরিঙৈদা নিংথৌগী রানী অহল অহু লাক্লগা পাউখোংগী ব্রাহু ফোঙবা ঙম্বা কননো মতিক চানা সনা লুপা পিগনি হায়বা ব্রাহু তাবদা শামুগী নূপী অসিনা ইবেম্মা! মহুদি ঐ ফোঙজগে হায়হুনা ফোঙলেদো। মহুদা পেল্লহুনা রাণীনা মতিক চাবা সনা লুপা পিবিরে। নহাক্তি কনানো কদায়দা লৈবগে হংলবদা— ঐদি নিংথৌ মনাই ওইরম্বা হৌজিক্ক শীং য়োঙবা ননাই শামু হায়বহুগী মনাইনুবীনি অহুগা লৈফমদি লরাই অথাম্লদা লৈজে হায়না মমিং মথা লৈফম তাকপোইরে। ফরে অহুদি ঐ চংলগে হায়হুনা রাণী অহল অহু কোম্নুং তম্না প্রপ-প্রপ চংখরে, অহুগা নিংথৌদা ব্রাহং ৫ অহুগী পাউখুম অহু ফোঙলুরে। রাণীগী ব্রা তাবদা নিংথৌনা নঙগী ব্রাফোঙ অসি কনানা তাক্লকপগে হংবদা রাণীনা শামু হায়বা লরাইদগী নিপা অমা কোম্নুং কারগা ইনিংথৌগী থৌগল তৌজরম্বা নিপা অহুগী মনাইনুপীনা তাক্লকপনি' হায়রবোইরে।

ব্রা অসি তাবদা 'ফরে নঙগীসু মনা পিগে অহুবু শামু অহু অমুক্তং কৌখিবা তাক্তি হায়রম্লগা মনাইশিং থাহুনা শামুবু কৌথংলে। নিংথৌনা কৌরবনিনা শামু কোম্নুং তম্না প্রপ প্রপ হেক্ক লাকচৈ। নিংথৌবু

উবদা থুক্কমজরগা ননাইবু সনা য়াথং কৌবিববু! অমুম হায়না হঙ্গং-লবদা নিংথৌনা হায়বোইরে। শামু নওগী পাউথোং অতু কনাদগুমু হায়দোকনু হায়রগা নওদি নওগী নূপীদা তাকল্লুরমাল্লে অতুনা নওবু মাওনবদি নওগী নূপী অসিনা শীল্লি অতুনা মথল্লাই লৌদবা য়াদ্রে সে থাও অসিমু পায়য়ু—সনা মতুম ও অসিমু লৌজরো হায়রবদা ফরে ননাই ঐ পাওথোকচররগে হায়তুনা থুকমমলগা চংখ্রেদা। শামুনা মথুম য়োৗরগা সনা অতু মফম চানা থমজিল্লে অতুগা থাও অতু পায়রগা মতুগী নাক তাম্না চওশিন্দুনা মওক কল্লগে খনবদা থাও থাধব' ঙমদ্রেদো। মহাক্না সনা অতু প্রপ-প্রপ লৌথোল্লগা কোম্লুং তম্না অমুম হল্লক্লে।

শামু লকপা উবদা নিংথৌনা "করম তৌরে শামু? নওগী থবক অতু পাওথোল্লবরা" হংবোইরে। শামুনা 'ইনিংথৌ! ননাই ঐ পাওথোকপা ঙমদ্রে' হঙ্গংপোইরে। নিংথৌনা থওওুদো! নূপীদা অচেৎপা য়া থম্বা অরোনবা য়া হায়দোকনু হাম্লবদো অসিনি। ফরে—নহাক চংলো সনা অতুমু লৌজরো অতুগনে নওগী নূপীমু কাইল্লকউ' হায়রেদো। শামুনা ইনিংথৌ! ননাই ঐ ননাইমুবীমু থাজরক্কে হায়-রল্লগা ময়ুম তানা চংখরে অতুগা মাগী নূপীদা নূপী! নওবু ইনিংথৌনা কৌরি লাক্কবা য়াদে হায়রকই তুক চংলুবা চুম্বরা হায়বোইরে। শামুগী মুপীনা নিংথৌনা ঐবু কৌবিবসিদি য়াম্না ফবা রাগী ওইরমগনি নিংথৌনা মনাইগী নূপীবু কৌবদি চানবিবগী রাফম নওনা অতৈ ওইরম্লোই খল্লতুনা—হোয়-হোয় চংকে হায়তুনা হাম্লরমগা কোম্লুং চংনবা মফি মরোল তনাম্না শেংল-ইল্লতুনা কোম্লুং তম্না চংখল্লেদো।

কোম্লুং হেক য়োৗবগা নিংথৌগী নাক্কা চওলক্কুনা "ননাই ঐ ননাই শামুগী মনাইমুবীনি। ননাইবু সনা য়াথং কৌবিববু করম্বা নোংদম অমা তাকপিগদবনো তাকপিয়ু' হায়তুনা হেক থুকমজে। নিংথৌনা 'উম নওলা! শামুগী নাহা হায়বিদো'? নূপীতুনা "ইনিংথৌ! ননাইনি হায়না থুম্মোইরে।

নিংথৌনা হায়ে — 'ঐ নঙবু উনগে, য়া থয়া তায়গে থল্লি। মতিক চানা মনা নুপা পিপনি। অদুগা ঐনা হায়রিবসি য়ারবদি অমদি পাঙথোক্লবদি রাণীশিংগী মকোক ওইবিসু হাপকনি।' য়াহৈ অসি তাবদা শামুগী নুপী অদু মোমোন হেক তৌজে। নিংথৌনা মহু উবদা 'খোইনা লুবা য়াকম নস্তে ইরায় লায়না পাঙথোকপা ঙমগনিদা য়েংঙোই! নঙগী নিপা অসে মঙক কক্লুনা হাংলু! মহাক লৈনা লৈনা নঙবু মহারানী মকোক হাপ্লদি লৈবাক মীনোক চঙগনি অদুনা নঙগী পাঙথাং ৫ হু কোঙবা ঙম্বী লৌশিং শিংথৌনি অদুনা নঙবু য়া ৗ মকোক হাপনিংই।' শামুগী নুপীনা 'ননাই ঐ ঙসি অহিংমক থবক অদু পাঙথোকচরগে' অসুম খুরুমপগা চংখরেদো।

শামুগী নুপী ময়ুম য়ৌরক্লে, হোরেল নুমিদাং মী পুম্নমক্লা তুম-হীপ্রবা মতমদা মপুরোইবা অদু হাংলগদবনি অদুনদি ঙসি অসি য়েঙ্গাং অহাউবা থোংদুনা পিজরগা নিঙথিনা হরাও-হরাও তৌরগে খল্লদুনা শরেং অমা লৈরক্লগা ফজনা থেংলে। নুমিং তাশিন্নক্লবদা শামুদু শীং য়োন্দবদগী হুন্নক্লদুনা অথোংবা চকা য়েংথাং অদু মপূক থন্না চারগা মাগী নুপীগা য়ারী-য়াতাই শানরম্লগা তুমখরেদো। য়াথম্না লম য়ৌপ্রবী শামুগী নুপী অহিং তুম্বা য়াদক্লে। শামুগী নিংশা লোজ মথোল তাদুনা মনা থাঙজদুনা লৈরে। ঙসি মাবু হাংলগনি হয়েংনা ঐনা মহারাণী মকোক ওইরগনি। তাইবং অসিদি করিসু লৈতে, ঐ ফরগা লোইরে অসুম খনবনা তপ্লা তপ্লা হৌগংলে। চাকথুমাং চঙলে; চাকথুমদা শীতিম্নবা য়েনশাং শেন্নবা থাঙ অদু মথুক্তা চেংনা পায়রগা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলদুনা মপুরোইববু অমুক্তং য়েংলম্লগা খঙহৌ-দনা থাঙনা শামুগী মথৌরিদা খিন্দংলেদো। শামু লাউবা খোংবা ঙমদনা কমুংথক্তা কুং-কুং ওদুনা শিরে। অহিং অহুমক্তদা শামুগী নুপীনা কোমুং তাম্লা চেল্লক্লে। খোঙশঙবদা নিংথৌগী য়াথং পাঙ-থোক্লবনি ঐবু নিংথৌগী মনাক তানা চঙহনু হায়দুনা চঙলক্লে।

নিংথৌনা তুপ্তহ্ হৌদোক্লগা খুরুম্জনা মনাই ঐ শামুগী নাহাক্সুবীনি। মনাই ঐ থবক অহ্ পাওখোকচক্লরে হায়হনা থাওনা কৎলে অহ্গা মথুন্তা তৈবা ঈ অহ্ উৎলবোইরে।

নিংথৌনা ক্ক হৌগৎলদা "উম কয়ে নোংসু ভাল্লগনি ভাহাক লৈখো হ ম্রহনা লৈনরে। নোং ভাল্লকপদা মনাইশিংদা হায়হনা কংলা পুংজাও থিল্লে- মীয়াম কানরক্লে। নিংথৌনা ন্পী অহবু মনাইশিংদা হায়হনা মীয়াম মমাঙদা পুথোরক্লে। মতম অসিদা শামুগী ন্পীনদি ওসি ঐ অসি সনা য়াথং মতুং ইন্না মীয়াম খওনা য়াণী মকোক হাপ্পিগদৌরি অস্থুম খঙ্গবেইরে অহনা হয়াও হয়াও মীয়াম মমাঙদা খোরক্লেদো। নিংথৌনা হায়—ইনাইশা! ন্পী অমগী মথৌনা মতিক অসিদি অওকপনি। মরা হাংলু হায়বদা হাংপা ওইবীনি অহনা মক্ক কোক্লগা ওনু য়াইভং তৈরো! অঙাংশিংগী লঙনকম ওইহনু কৈথেল ৯ দা পুহনা খুঙ্গোইনৌ। অস্থুম হায়রক্লবদা শামুগী ন্পী মীয়াম মরক্তা মমিং উথিল্লে লেপ্পি হায়বা খওব্রেদো। অস্থুম তৌরিবৈদা নিংথৌ মনাইশিং চওলক্তুনা মক্ক কোকলে মফি মরোল লৌথোক্লে নাকন্দা য়াকোক য়াল্লহনা কৈথেল ৯ গুনা খুঙ্গোইনবা পুথিদো অহনা অঙাংশিংগী লঙনকম ওইনথিদো।

মরম অহনা অহল-লম্মা ন্পীদা থাজবা থমগনু হায়বা পাওজাক অসি য়ারী সিদগী খওবা ওয়ে।

---

## ৫১। অপঙ অশিং মচিনমনাউ অনী

থায়না মমাঙদৈদা য়াম্না পওবা অমনা অহল ওইরগা য়াম্না শিংবা অমনা মনাউ ওইবা মচিনমনাউ অনীখক লৈরম্মী। মপা নমা শিগ্রদা

মতুংদা মপানা থল্লগ্বা মরল মথুম পোৎচৈশিং অহু মাগী মাগী শরক মশক খঙনন্বা য়েন্থোক্লবোইরে। মনাউ অহুনা ময়াম্বদা তাদা ত'দনা অহুল্লি। পাবনা থল্লগ্বা শল অমোম অসি ইচিল ইনাও য়েন্নবা তারবন্নিনা তাদানা মকোক্তগী তংথাই অমা লৌবিরো! অহুগী মতুংদা লৈবমখৈনা ঐগী ওইজরগে হায়বোইরে। মনাউগী রা তাবদা মযাম্বনা হবাও-হরাও চুমই ঐনা অহুল্লি, মকোক লৌফম খোকই হায়না খঞ্জরহুনা হোয়-হোয হায়হুনা য়্যাম্বিরেদো। অস্লা ইংখোলস্থ মথ'থ'বা উরুম লাংবা পোৎচৈ পাবনা ফবা ওমদ্রবা মফমদা ময়াম্বনা মখা থংবা লৌফম থোকই হায়দুনা পীবিরে। ময়াম্দি অহুম হরাও-হরাওনা লৌজি। ইংখোলগী ময়ায় চপ-চানা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমদি হৌবোইরে। মহু য়েন্নবা তারহুনা মনাওনা হায়বোইরে। তাদানা অহুল্লিনা উ মশা লৌবিরো মথক্কী মশা মরেং অহুগা মনাশিং অসিনা ঐগী ওইরগে হাযবহুদা মযাম্বনা হরাউনা য়্যাবিরে। অহুগা মতুংদা কাঙখল অমত্তং মপানা থল্লগ্বা অহু য়েন্নবা তারবদা মনাও নিপা অহুনা ত'দা! কাঙখল অসিদি অয়ুক মুংখিলদা মী পোৎ লাকপদা ফজনা থনবা উননবা তাদা লৌবিরো মুমিদাংদদি ঐ লৌজগে হায়রবদা ময়াম্বা অহুনদি পঙবমিনা মনাও অহুনা হায়রিবমখৈ মাগী অফবা ওইরবোই নিঙজহুনা হায়রিবমখৈ য়্যারিবোইরে।

মতৌ অস্লা পোৎ য়েন্নরবা মতুং ৫ নি ১০ নি শুরক্লবদা শল অমোম অহুনা মীগী ইংখোল্দা চঙহুনা য়েনশাং মনা মশীং চাথোকপিরে হায়হুনা য়্যাকংলবমক্তদা ময়াম্বনা মহু ভৌদনবা হায়হুনা শজিক ফাল্ল-ফাল্লহুনা শনবী অহু থাকচবোইরে। মতম থরা হৈরগা শনবী অহু মচা লাবা ফজরবা অমা পোক্লক্লে। মহু মনাওগী শরক্তগী ফংবনিনা মনাক্তগী ওইরে। মনাওনিপা অহুদি শঙ্গে ম শুমহুনা খি লৌহুনা হাউনা চারহুনা মুংঙাইনা লেল্লেদো। অহুম ভৌরকফাওবদা ময়াম্বা অহুদি কল্লিস্থ শাউরুদে। মনাউনিপা অসিনা হৈনৌ মুল্লকপা মতমদা অমুনবা হৈনৌ অহু মাগী শরক মর্শাদা পানবনি হায়হুনা মানা হেক হেক চাই. অরেম্বনা কৈখেন্দা য়োল্লি।

মকৈনবা মনা অম্ভুলা মশা মরেং অকংবমখৈনা শীং থানৈ। অহুদা মপানা থম্বা কাঙখল অহুনা অয়ুক খুংখিন্দনা ময়াম্বগী কমুঁদো খলইরে। অহুগা হুমিদাংদনা মানা কাঙ চৌক্তনবা হেক-হেক খল্লি। ময়াম্বনা কাঙখল য়াওদনা হিপ্লদা কাঙ খাঙহুনা অঙিং-অহিং লেল্লি। মতৌ অম্মম তৌবা মওং অসি উবদা লৈকোক-লৈকাইগী মীশিংনা অপঙবা ময়াম্ববু হুমিদাং খুংশিরহুনা লোংদা লৌশিং তাকপিরেদো। হায় ইবুংঙো! নপাজল য়ানবা তারে নঙনা শল থাকপসি। শঙ্গোম চাবহু ফংদে। মচাসু ফংবা নত্তো করি কায়গনি? অহুনা ননাউদা হায়রু। ইবুংঙো! ঐ শল অসি থাকপা য়াম্না বারে। ঐগী শরুক মকোক অসিনা মীগী ইংখোন্দা চঙলুবগী মীয়াম্ব ত্তারে। মসি কোক্লবা মকোক অসি মখৈ তোঙাম্না কল্লগা থম্লগে হায়রু। অহুগা হৈনৌসু নঙদি অমুনবা অমকাওবা চাবা ফংজবা নত্তে মপাম্বী অসি শীং লৈত্রে য়াল্লগে হায়রু অদুগা কাখঙল অহুনা অমুক খুংথিলদা ঈশিংদা হেক তিঙহুনা থম্লো। অহু ওইরবদি নঙগীসু কায়বা ফজনি তাকশিল্লেদো।

ময়াম্বা অপঙবা অহুনা ময়ুমদা প্রপ-প্রপ লাক্লগা লৈকাইনা তাক্লকপা য়াকম পুন্নমক মনাওনিপা অহুদা হায়রে। ময়াম্বগী য়া তাবদা মনাউ অহুনা তাদানা শনগী মকোক অহু কল্লগা থম্লবদি শনদি শিরগনি। ফরে মচাসু য়েন্নরসি, শঙ্গোমসু চামিন্নরসি অহুগা হৈনৌসিসু য়ানবিরগহু। মনা মশা য়েন্নহুনা থামিন্নরসি মপাম্বী অহু য়াল্লবদি হৈনৌসু চাবা ফংল-রোই। মাসিসু চামিন্নরসি। শজিক ফানবসু ফানমিন্নরসি অম্মম হায়হুনা য়ানরে। হুম্বিং ৫ মিরোম লৈরগা কাঙখল অহু ঈশিংদা তিঙহুনা খুংথিলদা থম্বা মরম্না হুমিদাং ওইরক্লবদদি চোংনা থনবা য়াত্রহুনা মনাওনিপানা য়াখল তৌরকই। ঐগী ইয়াম্বসি মীনা ইনশিল্পনা তৌরিবনি ফরে ঐনা লানবা মরম্না তৌরিবনি। অহুনদি তাদদা হায়জরগে খন্দুনা তাদা! কাঙখল অসিসু ইচিল ইনাউ নোংমা-নাংমা থম্লবদি অহু নত্তহুনা মম্নাই লেপায়রগা য়েন্নরবসু তাদদসু কায়দা ঐত্তোন্দসু কায়বা কাহামাঙ খুজাই কায় হায়বহু খোকপা তারে। অম্মম হায়নরহুনা অজিল মনাও মাখোয়

[illegible] খোয়রেল [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]
[illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] পারমিদো।

---

প্রেম কাব্য ওইবা য়াৱী

# ৫২ । অকোংজাম্বা কৌরোইবী

থাম্লনা মমাংঙৈদা থাংজিং কৌবা লাইগী কোয়রেন লৈমা কৌবী লমইরেম্বগী রা তাম্লবোইরে। থাংজিং লাইনা মতালোয়দা ইশানৌ কোয়রেন লৈমা নিঙথিবী ! খোইয়মগুম শানওম্ন চীংঙু হেম ল্যাংওম্না কেগে লম্ককোয়পুংম্না পানবদি তাইবং চারী শুমথগে লাকপনিদে। হৌজিক লাংওন মতৌ ৭ খোঙ্গা থৌগাই উৎলসি। তাইবং চারী শুমথখনা শূরোল শূথাং কম্নাদা চংলম হৌরম থওনা থমলাংপা য়ারী অসিবু থওনব লাংওনসি হায়বোইরে। কোয়রেল লৈমনা ইশাবী চীংঙু অহকপা ! খোইয়ম নপাডি তাবদা নশানৌ ঐম্ম পায়মা মুংওল্লি। শানওন মতম ওইরক্রে অম্বু ইশাবীনা তাইবং কনা ওইহৌবা নশানৌ এনা লৈমা কনাগী শক্তম লাংনা শানওম্নসিবনো হংবোইরে।

থাংজিংনা ইশানৌ কোয়রেন লৈমা নিঙথিবী ! [illegible] ময়ামদি থাংজি মপান [illegible] [illegible] তৌদকয়েই। [illegible] পুনশি হিংনবাইদি থাংজি [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] ওনসি। ইশানৌ [illegible] [illegible] কৌওইবী [illegible] [illegible] মশাবী ঐনা [illegible] [illegible] নিংঙোনবীদা [illegible]। [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] অম্না হায়না রা [illegible] চীংঙু [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] হৌরক্লে।

লৈরোং লাইদা কংপঙ্গম খম্বোই অমা লীত্তিল্লা উমবি অনি লীয়েংবনা মুজা পুনশি ওইববু কংচরেদো। ইনূং মামা খমথিবফাওবা কোরৌ অঙাংবনা য়ালেমদা খোঙদাগ্রিফাওবা শাইশুন অনীনা মুংশি মঙলান্দা লুপয়িল্লক-খোইয়ে। নোং ওাল্লক্লে চাংখৈ ঝিল্লূপ তল্লা হাংলক্লে, কাকী লানপাউ শীল্লক্লে, চয়োই তেতু খোংলক্লে। কৌওইবী মিংলু পিরাং হৌরদুনা কায়নরমদাই মতমদা হায়রকই। "ইশাবী থংলেন পাম্বুবা! পাম্বু নওগী নরানয়াইদা মুজা ওইবী এহাকপু কোরৌ করম্বা লোংজাল্লা য়াইথুংনা তালোয় ভুওইনা মুংশি থৌগাই পুববু ওইগদগে" হায়খোইয়ে।

অকোংজাম্বনা ইশানৌ নিঙথিবী! লৈবাক থৌগাই পুবনি নিংথৌ য়াথং ফিগাউ শীরকপনি, শাশীং শুদবা য়াদেদো, অচওবা মরম চাম্বনি অশিবা মরম চাম্বনি, চাম্বা চাম্বনা খূজিং ওইবনা শাশীং শুদবা য়াদেদো। কংলা উল্লোং হাওবগী থৌগাই পুবা লাকপনি। ওসি কোরৌ অসিদগী ভরানি মঙানি অসিদি তোরবুং লমজাউ অম্নিদ লেনথিরা তারি।

মুংশি নওবু মুংশিকদে
পাম্বুই নওবু পাম্বুকদে
নিংথৌ পল্লি—লালহৈদে
লৈবাক থৌনি থৌগাইফদে।

অসুম হায়বা য়া তাবদা কৌওইবীনা কয়ে ইবুংঙো! ওসি কোরৌ শিংবুম ৫ নিদি য়েংজগে। কোরৌনা ৬ নি শুবদা অকোং নরানয়াইদা লাক্লগে,য়ারম অসুম হায়রগা অকোং মাবু চিংন-স্লেং অয়ুক মতম নিঙথিবদা কৌওইবী খোঙকাপ কামজাও হুনখরে অকোংজাম্বসু মুংশি মাবু য়েংদুনা তোরবুং লমজাউমুংগুদা লৈহৌদো।

কৌওইবী কাউবা লৈত্তে পায়মংংদা কোরৌ মশীং খুংথেকুনা পাইজ। মুমিং ৬ নি শুবগী মুমিদাংবাইদা কেগে অকোংজাম্বা মরান তল্লা তাংথক্লগে লাক্লেদো। অকোংজাম্বগী খরায় খোজাল য়ৌবগা লোয়বা মরান তল্লা প্রপ প্রপ হেক চঙজরকখি। কৌওইবী মতৌ টিবদা

অকোংজাম্বগী পলেম মমা অপোকপী থোইদিংজাম্বীদা হংলুরে। হে পলেম মানবী ইমা ও! নপারী অকোংজাম্ববু লৈবরা ? রা অহু তাবদা থোইদিংপাম্বা মমানা খুল্লকই।

হে ইমোম মানবী, ইপারী অকোংজাম্বা কৌবদি য়াওরো শারম লীবগী চকমোম ওমথাই তানখি। অসুম খুল্লবদা ফৌওইবীনা অহুদি পলেম মানবী ইমা-ও! ঐদি নপারী অকোংজাম্বনা উনেগ লাকপবু করম শোয়নম্নবনোকো হায়না শোনবোইরে। ঙাহাক রাখল তৌরগা, ইমাও! পলেম মানবী! ওসিদি মুমিৎসু তাশিল্লকলে। হনখিবদা লম্বী লমদাং উররোই, অহুনা ওসি অহিং অসিমত্তুংদদি নওগী ফুঙ্গা লাইরু মরাদা অহিং অসি নোংলেঙ্গখরগে হায়জবোইরে। ফৌওইবীগী রা তাবদা অকোংজাম্বগী মমানা ইবেম্মা! নওবু মীরা হায়বসু মী মানগুম তৌ চপ চানা য়েংলবসু মীসু মান্দবগুম তৌ কিবু কিশিল্লকলে। নওক্তা ফদি-ফরা রেৎপা মত্তৌ উবদা শজিবু লৈখুন তৌবী, মিরেন পাবোৎ লোনবী অহিং ইঙ্গুং হুরান্নবীবু মানশিল্লকলে, অহোয়নহুম হিংচাবীহুম মাল্লকলে। নওনদি এগী ফুঙ্গা লাইরগী মচি অমদা অহিং ে"কথ্রগে হায়রি। তাউবা ইহুই য়াম্না লৈ, হুইনা চীক্লগা রায়াম থৌয়াম্নগনি ওমজরোই অসুম হায়না খুম্লক্লেদো।

রাহু তাবদা ফৌওইবীনা পলেম মানবী ইমা! অহু নত্রগা নহাক্কী মাজোল মচি অমদা লেকচথ্রগে হায়রক্লে। থোইদিংজাম্বী মমানা অহুসু য়ারোইএ। ইনাই ময়ামগী লেক্লফমনি। অহিং য়াকারকপা মীয়ামগী বীতিনকমনি য়ারোই য়ারোই খুমোইরে। পলেম মমা ওইবীগী রাহু তাবদা ফৌওইবীনা ইমা ফরে অহুদি ওসি অহিং অসে মমথিহুনা মতৌবনি নওগী য়েনখাদা ওইরবসু নত্রগা শনগী শনগোন্দা ওইরবসু লেকচথরগেনে ওসিত্তদি হায়হুনা হম্না হম্না হায়জরবদা থোইদিংজাম্বীনা হা ইবেম্মা য়ারোইএ, য়েনখাসু ওক ময়াম লৈদো অহুগা শনগোলসু শনসু শীক থম্না লৈদো লেকপা শুকম্না হেক য়ারোই হায়বোইরে।

খানবদা য়াংদৌ শারম লীবগী হায়নবা কোরৌ শোন্নখরে। য়ারৌবিসিং হায়রকই অন্নুম হায়রবদা হে কেগে পাসুয়াং! মশানৌ ঐদি ভক্তয়োই। নয়াম্বা অকোংজাম্বদা পাউমেন্নু—

অপাম্বনা সুংশি শাবা
সুংশি নখূং চনগেনীং
চঙঙয়োইনে সুংশিকা।
অপামবদি পামজবনি
সুংশিবদি সুংগা সুংগা অনীবু
পুনশি লৈপুন ওইবনি!
সুংশি খোঙ্গুল লীবদি
অপাম নঙনা ফংঙয়োই।
চংলগে ঐহাক ঙশিদগী
লীরকউ সুংশি খোঙ্গুল,
থম্মোয় হীরী কোন্দুনা।
ঈথাই কাইরেম্বা মশাইকোন
লাংওন অমা হোংবদা
সুংশি পম্বুং য়োনসি
শাংলমগে লৈরাং লৈশক-ওই
মপোক তুরেং লাংওনসি
হায়নখিববু কাউবরা!

অন্নুম্না কে ওইবীনা হায়রকপা পাউ অসি মরোম্ন পাওয়াংনা তাবদা রাখল চনিঙ তাদরে। ইঙাও ঙাওনা লৈরিঙৈ কৌওইবী লাইরেম্মাদি মমায় নোংপোক পাংনা খমকোল থক্তা তোংহুনা চংখরে। মরোম্ন পাওয়াং তৌকম খঙরহল্লা অকোং নাক্তা প্রপ-প্রল হল্লকে।

ঈমুং অমগী মতালোয় ওইবী খোইজু হোংবীগী পিবুক্তুংদা চঙহনা হেজু হায়না লাংওনখ্রে। অকোং মানা শাইওনবা হেজু খাঙ্গা ম কোনদা হেক লয়তারকপদা মপল পন্থো ওইবা খোইজু হোংবাদি মপারী নাগী অথুববু কায়না মৈশা লাংনা পুনশি পিথরখি। পলেম মমা ওইবীদি ওয়া লুখ্রা শীংদা চন্দুনা মপারী নাউপাক্না রানা পুনশি লেল্লকপি। পাত্তা কুমই লোংখোল্লি। চীংদা কায় শীংঙল্লী। লৈকাই কনাগী মফমদা চঙহনা ফৌশু চরা তাল্লি। অসুম্না খোইদোম লুখ্রাবীনা মপারীবু চাউনবা নাউয়োল্লকখি।

লাইনা থাবা খুথানি লেম্না মাঙবা য়াদে মতানি। কোরৌ নোংমা নোংমা হৌথিবনা শাবি শানৌ অনিরক মোংম-নোংমগী হুম-হুম চাউরক্লুনা পাখং লৈশাবী ওইরকপগী নিঙখিবা মতম ওইরক্লে।

নোংমদি লাইরৌ লেপ্পীনা মতাংদোয় চান্নবী পেন্থু কৌবী অমগা লে য়ননা লেংক্তা লেংলৈ অচঙবা কাগে হায়বগী ঈল চিংবা চৎলম্মী ঈল শোল্লুবদা অতৌবা ঙাজাউ অমা লকলে। ঙাজাউ অহু ফানবা হোংনরিভৈদা চীংঙু মাগী দোল্লুনখোলবু মতম হেনগ্রগনি মতাংগুম নোংলৈ অকনবা মুংশিং অঙাউবগী শঙম কন্না য়ৈরকখি। মালাং শহুম-না য়ৈরবদা ঈঁ বকমুংগী লেমলৈ অহু ফাবা য়াদহুনা কন্না হোংনরিভৈগী মতম্না। মতম অসিদা খুন্দোল লায়নবা মপারা হেঙ্গ শু পলেম মমাগী থৌবে ভেংবাং ওইনবা কপোং হেক্কে লাক্লমমী। লাপ্তকপদা মুংশিংনা ঈল হুনদাক্লুনা য়ায়া রানা ঙাকপা হোংনরিবা মতৌ অহু উবদা হেজু পপ-প্রপ চঙশিল্লকখি। হঙেল পৌরা তাপ পায়, রা অমত্তা ঙাঙদনা মুংশিং মায়ওন তুংওইনা ঈল মমায় লৈথোক্লে। ঈনর কমুংগী লেমলৈ অচৌবা অহু ফারগা গুরা মাগী তুজোল-থুংদা হাক্লিরে। শাবী-শানৌ অনিরক শক-শক চিংন-য়েংনহুনা লৈরগা অহেংজৌ অনি মমায় মমায় লুকমনহুনা লৈনখি। থম্মোয়মুংদা মুংশি পরম লম্লনখি। অগায়, মুংশি অনিগী 'শকম জিংশোল'অহু থম্মোয়মুংদা মমি তানখি।

মতুং খোইদাম থাবুম থরা নৈরপা কুমথি চয়হৌ থা ওইরকপী লোইরাম লমতা থাজগী থংজা অহানবা ওইরক্লে। ময়িম লাইয়িংথৌ সনানয়িদা কৎনবা কেগে থারি কৈথেললেম্বা নমু মীয়াম চোমা্থিরে। ময়িম মোইরাং মাহকৈগী নমু ইংথোল চাউগোইম্বংদা পানবা তেন, য়েল্লম মথেল লৈজবা পুম্বা পুখোক্নুনা মহৈ-মহৈ লৈনরে য়েংরে। ফরং শেঙ্গা পিহুনা লৈবা পোংকা পোংকা শিন্নবা কয়ানি। মতম অসিদা খোইজু অহোঙবী মমাম্নু লোইবি চীংদা কাহুনা পামেল শীংভল্লুকা কোকথোংহু বৈথেলসিদা য়োল্লমী। ময়িম লাইয়িংথৌদা বংনবা অনৌ অপেং থরা লৈভরে। ওমোক থরা লৈরিঙৈ মোইরাং নিংথৌ মলাইশিং লঙ্গোই শগোল তোংহুনা লৈবাক পাউথাং লাউরকখি।

“তাও! তাও! কুমশি কুমদি কুমওংম্বাক,
থাংজা মঙা পানবা লোইদামনি।
তিনমু লাইমু তিনশঙ লাইশঙ কল্লি।
নচা নশ্ চেকশিল্ল ঈমু ফিরাক শাদোৌরি।
ঈঙাং পাকেম্মগনি খোইয়ম লাইশঙ কনগনি।”

অসুম্মা খোইয়ম লাইপাও চেল্লরে। নিংথৌ প উসি তাবগা অমাই পাউতাক ফংবগা কৈথেল বাবী হুপীশিং নৈপদবা পোং, ঙম্মদবা পোং-লমপুম্বা থুনা য়াঙনা লোইশিল্লে। মোংবা মরান হুম্বা থুনা য়াঙনা লোইশিল্লে। মতৌ অহুম তৌবদা হেজু পোকপী পজেলহু থুনা য়াঙনা লোইশিল্লে। ময়িম মোংবা মরান তমহুনা প্রেপ-প্রেপ হেক লাকখিলো। মুমিং তাশিল্লক্লে। কোয়ৌহনবনা য়ুমজঙকবদা ইমুংগী মতম ওইবনা মরেম শীমা মমথরে। খোইদোম লুপ্পানা মোংবা মরান তমকপা ময়িম দারী হেক য়োবদা মমানা ইবুংঙো! ইমাগী অহেনবা! ওসিদি লমতা থাংজা অহানবনি। নমুম লাইহু থুরমমু তিনমু লাইমু কল্লি তিনশঙ লাইশঙ কল্লি, ঈঙাং পামকেম্মগনি ঈমু ফিরাক থাদোরি হায়না খোইয়ম লাইপাউ অজেংববু মোইরাং নিংথৌ থাংজা শগোল পাউ ওইনা

য়াংলৈঙম্বী মশাইগোন্দা হুবা লাইরেম্বী লেশ্বীনা ঙসি কোয়ম্বী অসিদদি পুখঙ ওইবা মহাকম্থু লাকনি। লহান্নবা কোয়ম্বী নোংজামদা লোক্লাক পাহা শিংচানখিবা লেমলৈ তাকাবদা তেংবংখির। অদুবু ঙসিদি পাখঙ মগী নাংদা হুয়া পুক্নিং তেহোংগে হুংশি চিংলোক্লনা য়াহৌগে। মীচা পোক্তি পাখঙও! পাম্বা হায়না কাইহৌনা হুংশি পন্দোম লোয়গে অস্সুম থল্লহনা শিঙজেল নিংথিবা নাচোম-শেমহনা পাখঙ নাপ্পদা থেংনবা থৌরাংঙৈজে। মতাক্রপ কয়া তিল্লয়ে, শামান্নবা পাখঙ কয়াম্থু য়াঙল্লরে। কোয়না কমহনা লিকোল শান্নবা হৌরবদা লাইরেম্বী লেশ্বীদি চানিঙ তাবা লৈখিদয়ে। হুজা মথম্মোয়ম্নুংদা মিতাক্নবা হেঞ্জু লাকপা কোয়বা লৈত্রবদা হুয়া পুক্নিং ওল্লক্লে। পুংলুপকী মতমদি থেঙজিল্লক হেঞ্জু মানদি য়োৎলক হুয়া ফম্বা ওল্লক্লবোই। ঙসি কোয়ম্বী অসিবু লাইখুন্দিল নোংজানি। লিকোল অসি লোইরসি য়ারা অস্সুম হায়দুনা মতারোই কয়াদা হায়রবদা লৈবাই মতারোই ওইবীশিং থাঙ পাখঙ কয়াম্থু চুম্মী ফরে তোক্লসি অস্সুম য়ানরহনা লিকোল অদু লোইশিনখ্রে। শাবি শানৌ পুম্নমক থাঙ পাখঙ পুম্নম্থু মোংবা নরান তম্লখ্রে।

অহিংগী তাংলৌ ওইরক্লে। হেঞ্জু নিঙজবা মাগী হুম্ম মশাইকোনবু তম্লহনা লাকপনা থারী কৈথেন য়োরমদাইদা খুন্দিনবী কোয়বা লমহুমনা য়াইথুংলে। খুন্দিনবীগী লমলোং ও ফাংবদা চীংজু শিঙথক শিঙথাক্না থোইহন্নবা লাইয়াম তিনহনা ছয়োই ও য়োই য়াংনা থিল্লম্বহনগা মায়োক্লক্লবদা হেঞ্জু মং য় থন্দুনা চেনশি চেনঙদা চঙশিন্নাস্থ কদায়, পুম্নিং তঙক চঙক্লহনা চপ লেপ্পনা লৈরে। চেনখত্রবা মতম্দি, নিপা ওইনা পোক্লপা শিববু থিবা হৌনরবা-খোইয়ম নেংদমংম য়েংলগে, থন্দুনা চীংজু ঙাক্নয়নজা চঙশিল্লে। খোইয়ম লাইয়াম্না য়েন্দুনা চানরিবা পুম্নমক চীংজু মমাংদগী চাশিরে। য়াবনৈখে তুংলোয়্ম্দা ছন্দোকনা মক্ষুম থবা থাঙনরে। পুংলাক তাল্লক য়েংহনা চেনশিনবগী থৌরাংঙৈজে। নম্ম নীঙ্গম তারগী চীংজু অয়াঙবা, চিংনক্লবা মত-দা হেঞ্জু খুজা কাঙহ চেংনা পাইরগা ফুক হোৎখংলগা মাংলং

মাঙদা থাদুনা মুরা মায়কৈ তনুগা চেংল্লে। চীংঙু লাইয়াম্না নমু মীরুপ অম্না শ্বাওরম্রে তান্দবা য়াদে হায়দনা হেঙ্গুগী তুংদা তান্নরক্লে। লায়রবা হেঙ্গু কাঙজৈ লয়না-লয়না চেল্লবপনা খোইয়ুম লাইয়াম্না তান্নরকপা খোঞ্জেলছু তাবদা কাঙজৈনা কন্না লৈবা হাইবা তৌবনা হেঙ্গু নাক্তা চঙবা ভমখিদ্রে। চেল্লা-চেল্লা হেঙ্গু মশানৌ মরাল য়ৌরক্লে। য়াংদৌ লম্মখাঙদা লাউরকখি। ইশানৌও মুংশিবী! পোম্বীলক্তগী অহেনবী! নঙদি খঙলিরোইকো মতৌসে। চীংঙু খোইয়ম লাইয়াম্ন নশাবি ঐবু তান্নরক্লিবা অসি মুজা নঙদি খঙলিরোইকো। অদুন্না লাউর-লাউরদুনা চেল্লকপনা য়াংলৈঙম্বগী মোংবা মরান য়ৌবক্লে। পম্হৌ মাঙ্গোল খেঙ্গংলাংদা হেক চোংথংলকপদা কাঙছুগী কাঙনিঙ ছুইথাদবা অদুনা উখোকতেন্দা পানখিবনা কাঙছু উচল নাম্ভোকখ্রে। চীংঙু লাইয়াম্না মতম অসিদা শমু তুংদা লাক্তা হেঙ্গু মশম তাপ পায় লোংনা চুরিদ চিংথুখ্রে। শাইজিল ইচুম তাকমদা শমু লোংনা তাবগা খোইয়ুম লাইয়াম চঙদুনা হেঙ্গু য়াইবি চুপথরে—ময়া ঈভোং ওদুনা হেঙ্গু থরায় থাখরে। খোইয়ম লাইয়ম পুম্বমু চীংঙু মথোঙজিন তম্না হন্নখ্রিদা।

মতম অসিদা মশানৌ ওইবী লাইরৌ লেম্বীগী খোম্লেন মঙলানচান্দা থোক্লিবা থৌদোক অহু শংশংনা উরবদা তফিং তফিং হৌগংলে। কাংখোল পাবম্বক্তগী ফন লাউনা চোংখরে। মুজা মোলাংখাদা থম্বা নিংভোলম্বী থাঙলেন তোঙ্গুবী নৈমা খুভা পারজরে। খোঙগী নাতৈ তনকাঙ-কাঙ ইনুংগী শুরু মরদা চেম্ভোরক্লে। পম্হৈগী মাক্তোনয়ায়দা চপ লেপ্তুনা ময়েংলৈ। শাইজিলগী চুরি তাকমদা লোংনা তারিবা অতবু খঙউ হেক উবদা লাইরৌ লেম্বী চেনাশাল্ল। কাম্বনো তোংবা মতৌ অসিবু অসুম থল্লদুনা তম্বা হসিবু কনাকো মুনা মুনা য়েলন্নি। মুরা মানা খঙলকখি। মুক্তা থম্মোয়দুদা য়েবখিবা পুনশি পিথয়গে লেপখিবা থুন্দোনমচা লায়রবা হেঙ্গু মাবু ওইরে খঙলবদা মুরা পিহুকুংদা পিং পিং চোংলক্লে। য়াম্না খোঞ্জেল খোরুজয়ে! তিনবাল থকথা ব্রুক

গ্রক কংনা শমু মশাপূম্বা নঁক্লা মশাবী নাক্তা চত্তশিল্লে। মশাবীগী শমু মহক-চংঙ্গ কেংলগা থম্মোয়মুংদা কপচখি। মতম অসিদা লাইরৌ লেম্বী পোকচবা মপল পম্মৌ য়াংলৈগুম্বগা পলেম মমা ওইবী য়াংলৈঙম্বী অনিম্মু ইমোম-হুবু অহিং তাংদৌ লৈনা থেঙবদা ইনুং—শূরু মম্বদা শজায় ইকোয়ংদগী মপাল থোকখিবসিবু ওইথোক্তনা ওইথোকই করিনো য়েংশি থোক্লকখি। তৌরম্লিবা মতৌ অহু উবদা ইণ্ডক ওরুহুনা লৈকাই মীয়াম ভনকৌ কৌ-খরে। মোইরাংপূম্বা তিল্লরে, কেগে ছপ্পা পুল্লরে। কেগে মোইরাং মীরুপ্পা চে'ংগা সুংগুং শিম্রবদা লাইরৌ লোম্বীনা হায়রকখি। পলেম পম্মৌ অনীমক! লৈকাইগী ইপা ইতোল পুম্নমক! ইবুং ইপা ওইবশিংসু তাবিয়ু। খুন্দোন মচা লায়রবা নমান ওইবা অসিনা য়াইবি থকয়েনহুনা লৈবরু নমোম ইশুংলাংগীনি। খোইয়ম চৈকু থেংবনা চাঁংঙ্ শটম য়েবনা নমান য়াইবি মাঙবনি। চীংঙ্ মখোয়বু লাইতাইগে। খোইয়ম মখোয়বু ঈরাংকে। থাঙলেনফমদা থল্লগা ফিশাং ৭ না কোয়রিও। থকখল ৭ থনবিয়ু। রারম অসুম হায়রবদা লৈকাই মীয়াম চওহুনা মুরা মনিঙ থুংনবা মীয়াম হৌহুনা পাঙথোক্লে। থৌরাং পূম্বা লোইরবদা লাইরৌলেম্বী চণ্ডশিল্লে, মশাবী নাক্ত। কমজরে। মিংলু পিরাং ঈহৌমনা হায়রকখি। ইশাবীও! মুংশিবা! লহান মপোক অনরকা লাংওন মতম অহুদা মুজা এনা মাওওইনবরু ইশাবী নওনা লনশিংবরা! অপাম্বনা লময়োদে মুংশি-বনা পম্মুংনি তাক্কে হায়না থৌরাংত্রা? তাইবং মালংপানসিদা মুংশিবী নক্কম থারগা পাম্মুবা মখোঙ হামগে থল্লবদি শিংঙেল অরেম্বদা তা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেকো। অপাম্বনা লমথুংদে মুংশিবনা পনখৈনি। মুংশি নতুং ইনলক্কে। রাহৈ অসি হায়রগা থাঙলেম্মা থম্মোইমুংদি ভমখরে। ঈমুঙী ফিরাক থায়রেদো। মশাবী নাক্তা উপ্ল-তা হেজ মাগী নাক্তা শাংবা য়াহিপ তাথরেদো।

ওহাক পূজোই লৈরগা মমোম লাইরৌলেম্বীনা মশাবী নাক্তা চত্ত-খিবদি রাংলেন মতম শাংখরে। য়েংলুসিদা করি না? অহুনবা মীয়ামগী

অতৌ অসুম্না চীংঙু থাংজিং লাইপাউ তারিঙৈ অয়াং লৈমগী মমাঙদা কবোক চাইনবা কবোক পোকচৈদা মোইরাং নিংথৌগী মনা হুকথং অচানবা ওইবা কদেং থাঙসাহনবগা কদাং ফাকংহনবগা মাখোয় অনিস্থু য়াওরম্মী। অসুম্না কবোক পোক্লিঙৈদা লাইজিং লাকপগী মমোম নিঙথিবী তোম্বু লাইজিং লেম্বীসু মবেম্মা অয়াং লৈমগী কবোক পোকপা য়াওরম্মী। কবোক পোক-পোক্লা কদেং থাঙসাহনবগা তোম্বু লাইজিং নিঙথিবীগা অনিদি অপাম মুংশি শাংদথু মুংশি পরয় লৈনহুনা মুংশি লাংলি য়েংমিন্নরেদো। অসুম্না শাবী শানৌ অনিনা পাম্ব-মুংশি খোঙদাপি মহুনা তাইবংলক্তা লৈরিঙৈ কোরৌ নোংজা অমদা কেগে চৈরাকশঙদা মোইরাং নিংথৌনা কেগে অঙম্বা মোইরাং অকনবা নিপামখৈ কৌখৎলে। চীংঙু লাইপাউ তমহুনা শারম চাম্মা ঙারম চাম্মা ফাবা ঙমগদবা কেগেদা অকনবা কনা মোইরাংদা অথৌবা কনা লৈবগে ? লৈবাক্তা য়ারবা মতম অঙম্বা পাম্বোম তিংগদবা তমবা নিপা কনা লৈবগে হংলকখি। নিংথৌগী য়া অহু তাবদা মনাই অচানবা কাদেং থাঙসা-হনবনা চরৈ ওক্তা য়েং খুকউ লয়দা তাহুনা নিংথৌ মাঙদা খোক্লকলে। মনা থুয়া খাদা নোঙ্গরে। "ইনিংথৌ ! ঐবু লোইবা লৈমাবা ! লৈবাকী নিংথৌগীদমক মনাই কাদেং লৈজরি। ইনিংথৌগী মফমদা য়াইবি অসি রুংনা লৈজবা মনাইনি। লৈবাক্তা য়াগদবা লৈরবা ইনিংথৌনা য়াগদবা খোঙফমদা মনাই ওইবা ঐহাকনা তৌবা য়াবা থবক থৌরম কয়াদা য়াইবি অসি কচ্চগ থাঙজিল্লিবা মনাইনি। মপু মনা নোংদরি, চীংঙু ইবুংঙো থাংজিংগী খোইমম লাইমাঙদা শরেন চুরবা শারম চাম্মা অসিদি মনাইনী শক্তক ওইজরগে মনা নোংরম ঙম্লিবো।"

অসুম্না চরৈ ফিগাউ শারহুনা মনা য়াখং চাইহুনা লৈরবদা মোইরাং নিংথৌনা হায়রক্লবি। "ইদাইরেম অচানবা কাদেং কৌবা অথৌবা চীংঙু মাখী মনা পুক্নিং থুংনবা শারম চাম্মা কাগদৈ য়াম্বি চীংঙু মানা

কুসনু থাংজিং মানা থৌজাল্লসনু। তমবা নমায় পাক্লকউনু লৈবাক য়াবা কোক্লসনু" অদুম্না থৌজানবিরক্লেদো।

মতম অসিদা কাদেং থাঙসাহনবগী মরুপ কদাং ঙাক্লংহনবসু কাদেংগী মতৌগুম সনামাঙদা চঙশিল্লে, হঙ্গংলকই। ইনিংথৌ! লেলোই ঐগী উপাতাউ লমলোই ঐগী চান্নবা কাদেং থাঙসাহনবনা মপু থাংজিং লাইমাঙদা কংনবা শাগী শারম চাম। ফারগা চীংঙু মাঙদা শারেন চন্দুনা লৈবাকী য়াবা কোক্লবা থৌদাং লৌখ্রে। ননাই ঐসু চীংঙু ইবুংঙো মাগী লাইমাঙদা ঙারম চামা ফারগা শারেন চনবা য়াওনবা ননাইগী শক্লক লুকথুং ওইরগে, সনা নোংদম তথিয়ু হায়না মালেম লয়দা থুকউ খুদক শনশানা মপুগী সনা থুয়াথাদা থুক্লনজরক্লে। মতৌ অসি উবদা নিংথৌনা " ফ:রদা, তয়ম অচানবা! ঙসি কোরৌ অসিদা তয়ম নখোয় অনিনা লৈবাকী অয়াবা কোকথোংনরম্বা নিংথৌ ঐগী য়াথসবু অয়াবা পোৎলুম থাবদি চীংঙু মানা কুসর! ইবুথৌ থাংজিংনা থৌজান খিরসনু। লৈবাক চাক:হাঙ ঙাহোঙনা সুঙাই মরাং কায়না পাল্লসনু। অঙবা! লেপ্পমক ঙারম চায়া ফ:ঙরা'! অদুম্না থৌজানবিখি।

লেলোই মপাতাউ অনিনা নিংথৌ থুংনবা মকুৎ কাদেংগা কদাং ঙাক্লংহনবগা অনিনা ফমল্লাংদা ফল্লগা য়ারী শানরকখি। কদাং ঙাক্লংহনবনা ইভাও ইবুংঙো অথৌব! চীংঙু থাংজিং লাইমাঙদা ঙারম চাম্বা কংনবা লোক্তাক পাত্তা কুন্নগা লেম্লৈ ঙাকান্নুনা খোইরম নাগী থৌজান্না ঙারম শুনা থুনমক কাবা থোক্লবদি ইতাও নত্তেং পাংলগে পমলেন ভোর্কং লমদা উনসি। মত উ কদাংগী য়া তাবদা কাদেং থাঙলো- হনবসু মতাউ ঙাক্লংহনবা য়েংলগা হায়রকই। পাথৌ ঙাক্লংহনবা ঐসু করিগুম্বা ইবুথৌ থাংজিং মাগী মক্লকুলগী শারম চাম্বাসিবু থুন ফাজবা ঙম্নবদি শারম চাম্নদো থয়ম্লগা অক্লেন লোক্তাক মায়কৈ তম্লক্লে পাথৌ নত্তেং পাংলগে অদুম হায়ক্লহৌনা খোংবা মজান তম্নরক্লে।

হুমিদাক্সাইমী মতন্নি, কোয়েৌনা চান্নককপা, থাংজিং চীংজাউবী চীং-শাংগী নমজোম্দা কোয়ৌহনবনা নৈথরকপা মতন্নি। কাকেং খাংসাহনজনা মশান্নৌ তোম্বু মায়কৈ তমহুনা লাইজিং লাকপগী মোংবা মরান তম্লক্লে। লাইজিং লাকপগী মমোম লাইজিং লেম্বী অহেনবী মশাবীবু উনগা কক'মা খাজরে। মশাবীবু কম্লক্লে। মতম অসিদা কাদেংনা মশানৌ চেংলৌ য়েংলগা মুরা লাইজিং অহেনবী! পাখঙ ঐগী মিতাবী! মপু থাংজিং লাইমাঙদা শয়েন চন্নবা হয়েং কৌবা কোয়েৌদা য়াওয়ৌ শাতানবা চংলুগে। চীংঙু ইবুংঙো মাবু থাগোম্নরম্মুকো! অম্মুম্না মুংশি পূকমেন পাউমেম্না অরৈবা তাউজিং চামিম্নরা মুংশি কোলোয় চিনদিম্নজরে। রাংলেন থরতগী মতম্নি খঙহৌদে, পাম্নমচুংদা খল্লকই তোম্বুনা য়াউরৌ পোংতপ-মাবু হায়নিরা! হায়রগে নিঙলে লাইজিং লেম্বীনা। মোম্মোন মীনোক য়ারানা মশাবী কাদেং য়েংলগা হায়রকই। ইশাবীও! মুংশিবা! লমলেন তোর্ব্বুং লমদম-দা মপু থাংজিং লাইগী শয়েন শাকা তানবদা চীংঙু মানা মনকুমন্থু। অহুগী মথক্তা ননাওগীম্বু য়াওরৌ শক্তি মচা অমক্তংদবু হিংনা কাবিরকউগবা অম্মুম্না হায়রকখি। তোম্বু য়াবা তারগা কাদেংনা হুরা ইনেম্মচা! থাংজিং মানা কুলমু! মতম অসিদা মশাবী কাদেংগী নাজদা লৈরাং নাচোম নিংথিবা অমা থেংশিন্নে হায়রকই। ইশাবীও! মুংশিবা! লমলেন তোর্ব্বুং লম-জাউদা য়াওয়ৌ শাফারুবদা অরা হকচোক লাংবান ননাও ঐম্বু য়াওনি হায়না পাম্নমচুংদা খনবিয়কো। ঙলি কোয়ৌ অসিদা পায়খঙ নাদা লেং-লিবা লৈরাং নাচোম অসিনা নশানৌ মচং শিল্লি খনবিয়ু। কম্নিঙবদা লৈরাং নাচোম ওশিনা পত্তুনা থুইহুনা লৈমন চক্লিবনবৈ ননাঙম্বু তেক্ত-কান্নদনা লৈরি খঙনমি। অহুম হায়র না চিংন-জিনা য়েংমরে। মুংশি কোলোয় পাউমেম্নরম্নগা কাদেং থাঙনাহনবম্বু মোংবা মরান তম্লকখি।

লোংঙাক্লে, কদাং ঙাক্লহুনবম্বু লোয়নগদবা মচা মনাও কাঁউনা লোয়ন-ননা লোক্তাক মায়কৈ তমখরে। কাদেং থাঙনাহনবম্বু পুগদবা খুংম্বু খুংলাই, লোয়নগদবা মচা মনাই করাম্না লোয়নরহুনা তোর্ব্বুং মায়কৈ

পানিনরক্রে। শান্নী শারন থেং লাজোই চন্না কোয়শিন্দুনা ত্নাওরৌ শারম তাম্না কানবা কন্না মহৈ মহৈ হৌইনরে।

মতম অসিদা মৈইরাং কংলৈপুং মপ্নোনগী মৈইরাং নিংথৌ পুরিক-লাইগী লিক্লাই লিকথাং ওইনবা লৈমা নীংদা চনবা য়াবা মৈইরাং লৈমং রৌপ্লক্পা নিংথৌগা কোপে'স্ন মিংনাম্নবু নিংথৌ মনাইশিংনা থিরকথি। মমেথংদা লাইজিং লাকপগী মংমাম অহেনবী তোম্বু লাইজিং লেম্বীগী মফমদা থোক্লরেদো। লাইজিং লাকপগী মরানয়াইদা মৈইরাংগী ফম্নাইবা ওকশুলাকপা, তোলোংখোম্বা অতৃগা কৈশুমলাকপনচিংবা অওম্বা মরাম লাক্লেদো। লাইজিং লাকপগী নোংবা শঙ্গায় তম্না প্রপ-প্রপ চওনরকই। লাইজিং লাকপা ফমেন্দা ফম্লি। ময়াম উবদা হুরাউ হুরাউ কৌশিন্দুনা ফম্মিনৈ। হৃক্তে লাইজিং লাকপনা পাথৌ ফম্নাইবা ইপাতাউ পুগা। মরুপ ঐগী ইফমদা লেঙওংবপদি মপু মৈইরাংনিংথৌগী করম্বা অথুবা সনা য়াথং লৈরবা তংকশিসিনা। ওকশুরাকপনা পাথৌ! মতি মরুম থুপ্তুনা থম্লরোই, পাথৌ কাদা চেক্তা হঙ্গংলগে। হন্দক্কী মৈইরাং নিংথৌগী সনা য়াথং অসিদি সনাগী মথক্তা তম্না থিনবা থোক্লে ইতাউ। হায়ম্মু মপু মৈইরাং নিংথৌগী সনা হকথ ওইবি রিবনিদো অতুগীম্বু মথক্তা নমোম ইবেম্মা লাইজিং লেম্বী অসিবু সনা লিকথাং ওইনগে লিক্লাই মরু থুমনি লৈনকোন্দা কাহুনা নিংথৌকেন্দা ওংহল্লসিনে পাথৌ!"

রারম অসি তাবদা মপল পক্লৌ লাইজিং লাকপা পারম্মুংদা হুরাউ মখোই কাগবরী নিংথৌগী মকু ওইদৌরি হায়বা রাথলদা থৌইনা থম্লুবা লৈথিনরে। "থৌইনহুম কক্লাউরকথি লাইজিংনা।" তাহাক চনিও তানা থম্লুরে, হায়রকই পাথৌ লালোই অপুম্বা! লাইবক কর্থনিহে ঐহাকসে— অহুম অহুম ওইমমক! মপা ঐনা মপানি, ইমোম ওইবী মহাক্তি মথক্তা ফম্ম শারুবী মথাদা অম্না পোমদবীনি। ৩ নিংভোল ওইবী মহাকী অপাম্বা ম্নিং মতুংইন্নবথি, মগা ওইবা ঐথোয়গী থৌরাংনিকো পাথৌ! করিঙ্গম্বা ইমোম অসিনা লৈমকোন্দা লৈনিঙবগী ঈহল, তম্নমদবা থোক, মপানি হায়-কুনম্বু ঐনা করি ওমগবা! রারম অসি তাবদা ওকশুলাকপবা হায়রকখি।

তৌস্নুদা লাইজিং লাকপা অওম্বা! নিংথৌ সনা য়াথংনি থাওদম্নু হায়জখ্রে। অতুগীস্নু মথক্তা নচা ইবেম্মা অসিনা লৈবাক্কী মমা ওইববু অকবানি থদ্রে-বদ্রা অথৌবা! রাহৈসি তাবদা লাইজিং লাকপা শাওনিংলপ তৌই। মমল য়াম্লবা য়াইবি থরাইবু নিংথৌগী য়াকা অমদা লৈরোং লাইদা কংপগুম কংফম থোকপ্রা থল্লি। অতুগা হায়রকই—চুম্মি অথৌবশা! ইমোম্মি পলেম পন্তৌ ওইবা ঐথোয়স্নু লৈরি অহুমওইনমক চানিংদবা হৈরাং উরগস্নু তিপ্পরংদে। ইমোম মাগী য়াইবিনা অমনিদো পায়মন্নুংদা করি থল্লমগবা খত্নদে। রৈহৈং অসি ফাওবদা ওকগুলাকপনা পাথৌ! কেগে ইনিংথৌনা সনা লিকথাং লৌনবা নিংথৌ পয়িমা থোয়দারবনি, অতুগীস্নু মথক্তা পলেম পন্থৌগী য়ারা মপাউমেনবু ঙাক্ত ইন্দবা কেগে ইরৈবাক অসিদ দুংজা কনা পোকখিগ্রিনা অওম্বা! লাইজিং লাকপনা মখা তারকখি। পাগো অওম্বশা! হৈরাং লৈরাংদি চিননিংলগা পং থত্তুনা নাম্লদা ঙাঙ্গবা য়াই অতুবু তাইবং ওইবা ঐখোয়দি থম্মোয় থম্মোয় চানবা নহনা অরাক-অশঙনবা ঙম্মী মতাগুম হৈক তৌবস্নু কদায়নোঁকো মখল্লি। ওকগুলাকপনা অহু ওইরবনি ফরে অওম্বা নিংথৌ সনা য়াথংবু মালেম লয়দা তাহনবিবদি কৈদা ঙম্বা তারিদো নমোম্বুদি শোয়দনা পুবা তারিহে অওম্বা!

অম্নুম্না অওক:অথাং তৌহনা অকনবা রাফম ওইরক্লবা রাওাড অহু ইম্নুংদা মমোমওইবী লাইজিংনা তাথ্রবোই। থম্মোই পুবী য়াম্লিজে। থল্লক্লে মপাবু কয়দনা কৈরাগ অতুগা "লৈবাকি রানা কনবরা হুংশি পান্না উইবরা" জেঙেন্দা থোক্লরেকো থল্লকই। হুরা পায়মন্নুংদা মিহুল কৌক্তা কারহুনা নিংলু পরাং যেইজনা থঙ্করকই—ইশাবী কাদেং মহাক্কা শরী-নখিবা পাম্নু হুংশি অনিগী হীরি চিংনাখিবা অপুম্বা! লৈবাক রানা কনখিবনা লৈনশিংদা চনপ্রগে পন্থৌ মরি কাম্নগী কল্লমখিগে। ইপক খামা কুম্নদা লৈগদবা অসিবু মমোম ইগুংলাংগীদমক পুনশি লৈল্লুপদবা অসিবু খোইয়ম নোংদম্বা করম্নগী খুংশিলনোকো ওংম্বাকউ। ইশাবী কাদেং

নহাক্তপু অপাম মুংশি অসিগী পন্থুংদা পন্থেংনিংগে খক্সরহু চীংঙ্ক্ করকী লোংদম্লো খোইরম করবগী ঈহলনা খাইনগী মুংশিং ঈরে অমনা লম্মখাঙদা থংলরেদো। অম্মম শোক্লগা খোরকলে, তকিং তখিং খোরকই চপ লেপ্নি অওবা মরাম মাওদা চওশিল্লে। অহুগা পন্থৌ মানবা ইপাখোই! লৈবাক নিংথৌনা কনবনি। পন্থৌবু হাউনা চরৈ তুংবুম্না করম্না কয়দা পুগদগে পুকরোই। রাকম অসি তাবদা মপগ পন্থৌ লাইঙ্জিং লাকপনা ইপাগী ইমোম অহেনবী। নওদি খওলিরোই— ইপান কয়গুমশঙদা রাগদৌবদি কোরৌ নোংজা খরনিতগীনি। ইমোম নওনা রাগদবদি অপাম কাম্থু নম্ভবা। মুংশি ননিঙস্থু থুংঙমদা নপল ঐগীদমকপু কোরৌ নোংজা খাক্তনা পিরেম ঈচেম্রহুনা অরা শোর পাবোং লোম্না লৈমকোন্দা খাঙলুগদৌববু ইপানা করম খাওহৌনি? অম্ম্না রাহৈ অমা অনিদং ঙাংনরবা মতুংদা লাইজিং লেম্বী মপল পন্থৌবু কয়গুমশঙদগী কল্লগে খনগ্রবোই। পন্থৌ অপোকপা নমোম ঐগী ইফমদা লৈমা ওইনি হায়বগী হরাও মখোই কাজবা নঙে ইপল নঙনা করম্না নমোমগীদমক কয়দা গুমগদগে। নমোম্নি ঙাকপিনি। অম্মম হায়রম্লগা মখোঙ শোক্লা খুরুমজরে হায়রকই। নিংথৌগী অওবা পন্থৌ মানবা ইপলখোয়! ঐবু পুবিয়ু। ইপলবুদি খম্বিরমলো অম্মম হায়রহুনা অওবা মতুং ইনথরে। কেগে কোম্নুং য়োরক্লে। মোইরাং পুরিল্লাই সনা মাঙদা অঙম্বশিংনা লৈরোং লাইদা কৎপঙম লাইজিং মাবু কৎখরে। কেগে লৈমাবা মোইরাং পুরিল্লাই নিংথৌনা হরাও হরাও কৌশিল্লে। লৈমশিংদা চলহম্না লৈমকোন্দা লৈহল্লে।

কাদেং থাঙজাহনবদি তোর্বুং লমজাউ মায়কৈদা চীংঙ্ক্ থারেন চম্বা য়াওরৌ শায়ম চাম্না ঙমা কাখরে। মশানৌ লাইহুঙ্গীদমক পোং-ভম্মকপা য়াওরৌ শক্তি মচা অমগা কাবদা কোরৌ মৈনা ৱ.রররুনবী থারেন উংখোং থাদা চওহনা [illegible] পোকারম্মী। মতমসিদা মাম্মনৌনা নাজদা থেংনকপা [illegible] নাচোম খওনিং নিঙশিংই। নাম্মগী

ভনলৌ লৌথোকই য়েংজে মুন্না। শিংঙেন নাচোম্মা খুইরম্বা লৈরাংনা লৈমন চনবা মতৌ উবদা মপুক্তা চিংনবা পোক্লকখি। হিঃ। নুরা মাগা ত্নেমশিংনরকপা শরী পন্দোম্নরকপা রাশকী মিংথৈ খঙনবা শিংঙেন্না লৈরাং লৈমন চল্লক্লিবা অসিবু নুরা মাবু কর্ম্না অরা খুরৌ চল্লবনোকো! অস্নুম পুক্লিংদা চিংনবা হেল্লক্লবদা য়াওরৌ শক্তি মচা অহু কৈবমননা পমজয়ে। মচা মনাই ওইরিবা শারোই পুম্বদা হায়রকখি। তয়ম ইদাইরেম শারোই পুম্বা! শারম ১০০ অসি নখোয় পুরকলো শাশিং রাৎহনবা য়াবা নত্তে। ঐদি মাও থারম্লগে অস্নুম হায়রম্লগা কোরৌ নারল রায়রকঃ পদা মোংবা মরান তম্লক্লে। মোংবা মশঙ্গায়দা চঙদনা মশানৌনা লৈবা মায়কৈ তম্লকখি। য়াংদৌ লম্মথাঙবা লাইজিং লেশ্বী মতারোই থোইদু কৌবী মাগী চান্নবীগী মফমদগী নশানৌ ওইবী লাইজিংদি লৈমশিংদা চনখরে। লৈবাক রানা কনবনা নিংথৌ য়াথংনা চাউবনা নুরা মানা অপাম্বনা পামদশা পামদবনা অপাম শাহুনা নুংশি থোঙকাপ থাঙমদনা য়ৌখরে অঙম্বা! হারবা পাউদমথোল তাবদা কাদেং পায়মা নুংবংনৈ। চিনবাল মথক মথা কংজখি। নিংশা থাম্বী মৈহৌরবম্নু লৈরাক নিংথৌ মকাদা থোকখরেদা খল্লুবদা থম্মোই ওমচাক্লা মথাঙজে। নিংলু পিয়াং থোইদুনা য়াওরৌ শক্তি মচা য়েংলগা খল্লকই। হে য়াওরৌ শক্তিমচা-ও! ঐনা নওবু পলেম নম কায়নহল্লা তাইবং ইশাইকোন্দা পুরগা নুরা খুত্তা শিন্নগে খংবগী থৌরম্বু য়াওরৌ নওগী লম্মল্লা! কাদেং ঐনা থাঙজবদরে। য়াওরৌ নওবু কবম্না নুরা মনাক য়ৌশিবা! য়াওরৌ নওনা পোৎজল ওইংবম্নু কাদেং ঐগী ইফমদদি নুরা থুদোল ওইনগে খনব নিকো! অস্নুম খন্ন-খন্না লাকপনা কেংগে কোল্লুং নক্লকখি। মোইরাং লৈমকোল য়ৌরকখি। খঙদে কনান লমজিংবিরকপা! খঙহৌদে কাদেং লৈমা তাদোই অভোম্বী লাইজিং লেশ্বী নাক্তা খুং মুন মুন য়েং চত্তশিজে লৈমা নাক্তা। হায়রকখি তম্না! লৈমা লাইজিং অহেনবী! কাদেং কৌবা ঐহাক্তা চীংজু শারম চাম্মা কাক্লবদা য়াওরৌ শক্তিমচা

অমবু য়াওরকই।" লৈমা শরুক তমজরকখি লংনবিগনুকো হায়দুনা কচ্চরে। লাইহিজিং লেম্বী মুরা থম্মোয়দুংদা লাইজা ঈফুংনরক্নে। য়ুরা মপাল থোকে তৌরক্নে। য়াবা মক্ম থোক্তে—খণ্ডনিঙ-মিঙ-লিংশা চনিং তাম্বনা কমথরগা মুংঙাইজরেদকো অথৌবা! য়াওরো মচা অসিদি য়েংবদা পুক্লিং হুজেদা! লুনা চান্ন থমজগেকো! য়ুরা অসুম হায়হনা শাম্ম খুত্তগী মুংশি পোংতপ য়াওরৌহুবু পায়জরে। মুরা মিংলু চিংনস্নেং নিংঙমদবগী মৈনা-কা মুংশিবগী ঈথক্লা যৈ য়াওরৌহুবু পায়হনা মিংফম অনি হোংদনা চপ লেপ্পনা লৈজরে।

কাদেং থাঙগে খন্না মখাঙজে-মুরা য়ারা খুদিংনা অচাকপা মৈদা থোইজ মানা ওইবতম হেন্না হেন্না চাক্লকপনা মুরা মাঙদা লেপঙমদা মোংবা মরান তম্বগে খল্লকখি। মশানৌদা চিংন-অমুক্তং য়েংলগা খোঙকাপ কামজাউ হুল্লকখি মোংবা মরান তম্নকখি।

কোরো কয়া খাঙ্গুনা কাদেং মথুখোক্কী মথুখোক থাঙলেন নিঙথিবা অমা শাজরে। থাঙগী নাকল অমদা লাইহিজিং লেম্বী মিতম য়েক নাকল অমদা কাদেং মাগী মিতম লৈয়ি থমহনা তনান-তনান শাজরে। কোরৌ নোংজা অমগী য়াইফ পুংফম য়েংহনা কেগে লৈম বা মোইরাং পুরিক্লাই নিংথৌগী সনা মখোঙ খাদা কংলুরেদে। মনাই অচানবা কাদেংনা বংকবা থাঙনি হায়বগী মোইরাং নিংথৌনা হরাউ হৌ উৌশিল্লে। কদাং ঙারুংহনবগী ঙারম চাম্মস্থ কাদেং থাংশংহনবগী শারম চাম্মস্থ মণীং গুনা উরহনা মপু থাংজিং লাইরাঙদা চঙনা শারেন চন্ন গা লৈবাক রাবা কোক্লরে। অদুম অদুম ওইনমক কাদেং মাগী রাবাসি কোরোনা মথং মথং রাংলুকপগুম থম্মোয়ঙ্গুদা অরা মৈরি রাইরক্লে।

কোরো নোংজা অমদা মোইরাং নিংথৌনা মনাই অচানবা কাদেংনা কংলম্বা থাঙলেনগী শক্তম য়েংলুরে। হিং থাঙলেন অসিদি মরেল লোমুরিনা অঙগ্না খল্লহনা কংলা চৈরাক শঙদা পুখোক্লে। থাঙগী থাঙলেন খঙ্গে। মতম অসিদা রাংলা চৈরাক করিবা অঙবা পুহনা

হায়েন তৌরবদা কাদেং থাওসাহনবদি নিংথৌদা অয়োন চওলবগী চকাদি উচাম থাওনবা লোক্তাক ওাদি থেম্রব' অস্মুম্না অওঙা রাথং তারকলে। মতম অসিদা কাদেং থাওসাহনবগী শেলোই মপাতাউ কদাং ওাক্নহনবনা রাগী রাথোও শেংদোক্লে। থাওগী থাওলোন হাংদোক্লে। রাকম অমি তাবদা মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই থম্মোইস্কুংদা লেনখরে। মতাদোই লাইজিং লেম্বীবু লৈমকোন্নগী কৌথোক্লে, কাদেং থৃত্তা শিমরে। ইদাইরেম অচানবা! নিংথৌ ঐনা ভয়ম নওগী নফমদা য়োনখরে। ভয়ম নওবু হারোম্বু নিংথৌ ঐনা খওনা থোদৌ অসি মুম্লুবা নত্তে। রারম অস্নুম হায়হুনা অওং অউন তয়গা কাদেং য়ুমদা থিনবঁরে।

মতৌ অস্মুম্না কোরৌ নেংজা থরা লৈমিংরবদা থাংজিং মাগী মশাইওন মপুং ফাত্রি হায়বগী কাদেং থাওসাহনবদি থোমলেম মণ্ডলক্না য়াইবি থরায় মিরাংপাম্না মালংলক্তা ভিলহল্লে। মথং লাংওল শমথনবা পলেম মমা ওইরিবী লাইজিং লেম্বীগী শিয়োম্নুদা লিক্লাই মপারী নাউপুবা লোইদাম থাবুম ৩ গী পওবা নাব্রা অতুদা থাংজিংগী থৃংতম চওখিদো।



## ৫৫। কতনগী মচা লায়রবা চাউবা

থায়না মমাওঙৈদা য়াম্না তনবা নিপা অমা লৈরম্বোইরে। মাহক হায়নিওওাই লৈতনা তনবা থবক ওকশ্মক শ্দবা মীনি। কয়ামুক তনবগে হায়রবু হুমিদাং য়োরবদা মথোঙ-মথুং হামহুনা তুম্বফাওবা হেক্ক তাম্রি। অয়ুক হুংখিনগী হুংশা শারবদা ইরু মায়তাগী মতমকাওবদা মথোঙ-মথুং অচু শং-ফাওবা নাম্লোক্তে। অচোৎপা মফিত্থু ওমহুনা হুংশাদা কৌনিওদে। মহাক লায়রবী মমানা মাবু চাউনবা য়োক্লকপদা কবিওবদা মমাগী

মচাবু চাউনবা য়োক থাক্লকপদা হায়গী য়াম্না নংলবা মওংদগী হেন্না-হেন্না য়ারগী। অদুম্না য়ানা-য়ান লেপ্লকপনা মচা চাউবা অদু পাথং ফাজরক্লে। কণ্ঠনগী মচা চাউবা অসিদু অপাদগী শন্নক অনি হেন্না তনবা মী ওইরম্মী। মরম অতুনা মানা ওম্বা শ,-নোমতুনা মমা লায়রবীগী কৱিওম্বা মতেং অমত্তা পাংলমদে। মরম অদুনা হায়নিংঙাই লৈতনা য়ারবা ইমুং অমা ওইরক্লেদো। লৈকায়না মহাকপু মাগী মতৌ উরগা চাউবা লায়রবা হায়না শকথঙনরক্লে।

নোংমদি মহাকী ময়ুমদগী থরা চথোক্লগা অচিকপা মকম অমদা তুমিন্না য়াথল তৌতুনা ফম্লম্মী। মহাকী পুনশিগী শিঙ্বা-অমি কৱি ওইরমগদগে লাইনা করম হায়না তম্নমগদগে হায়বা য়াথল লমিংদা তুম্না থম্লম্মী। মখৈথংদা ঐগী পুন্সিগী থবক মরম অমসি লাইগী লাইপাউ অমা তারগা থঙদোক্তবা য়াদরে থম্লক্লে। অতুনা মাইবী অমগী মকম তাম্না লাকখি। মাইবীতুদা ইমা মাইবী! ঐসু লাইগী লাইপাউ তাজরগে অসি হায়রতুনা হৈ-লৈ থরা কংলম্মী। মতম অদুদা মাইবীনা "ইদাই-রেম—মঙদি অঙনবা লায়রবনি, অতুমকপু লায়রে কৱি য়াবগে ময়ু ঐনা কুবিরগে। লৈবাক অসিগী মিংথৌগী মচানুপী ইবেম্মা তম্ফাসন সিংজুম নতাগোয় ওইহল্লগে" অসুম খোইয়ম লাইগী মপাউ তাক্লক্লেদো। লাই-পাউ অদু তাবদা লায়রবা চাউবনা থম্মি – ঐনবু করম্না নিংথৌগী মচানুপী ইবেম্মা তম্ফাসনাতুবু লৌতুনা অচোম্বা মী অমা ওইরকদৌবা! ওক্লেদকো অসুম থম্না থম্না লাকপনা ময়ুম য়োরক্লে।

মমা লুপ্রাবীনা মচাবু হেক উবদা হায়রম্মী। ইবুংঙো! ঐখোয় হৌজিক য়াবনা পন্দোল লোম্বা হায়বদু য়ৌরে। ইমা ইচা লায়রবনা থম থেংলে। ইমাসু অহল ওইরক্লবনিনা পাজলসু শোজক্লেদো।' অদুগা নওসু নপাজল মচাউরক্লে। ইমাগী তেংবাংঙো য়াবা অমক ইমম্বাং থরা য়েংতুনা শ,-নোম্বা তৌবদি মতুং অমা চাহক্লরোই। অদুনা কঙ্গিলো থরদি ময়েংশিদু হৌরবি। মসীগী কা তাবদা লায়রবা চাউবনা হায়খি—

ইমা ! য়ারুহু করিস্নু । নচা ঐসে ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা নিংথৌগী অময় ওইনা খোকচবী তন্ফ্যাসনা অসে নমো ওইদোউরিবনি। মাদি য়াক্লোন নিংথৌগী মছুং শিন্দুনা মানা য়ায়েনশিংগী মকোক ওইরিবীনি। মানা য়ায়েনবদা নিংথৌনা অমুক মখাতাবা লৈত্রে। নিংথৌনা তৌবা য়াম্বেন্দি মানা অমুক য়ায়েনখিবা ঙম্মিদে। অদুননা অসিংদগী অরাং-অপা লৈত্রবী ইবেম্মসি নমো ওইরগদৌরিবনি। শোয়দ্রবনি করিস্নু য়ারুরগদু য়া অসি খোইয়ম লাইফাও ওইনা হায়রকপা তারহুনা ইমাদা পাউ অসি তম্লবনি মচাগী য়া তাবদা মমানা ইবুংঙো ! নতিক নপা ওইদে অহুঙা য়াহু অমুক হন্না হায়গদু। নচিল-নরৈ হেনগদু। নিংথৌগী মন্যাকোংদি মক্কাংদা থেংলি হায়বা য়া লৈ। করিগুম্বা তাখিবা থোক্লবদি ইমা ইচা অরাবা তাগলি, হায়হৈদে, অস্নুম হায়খি। মমাগী য়া তারগা ইমা ! অসিবু ঐনা হায়গে হায়না হায়বরা লাইনা হায়জরকপনি। অস্নুম হায়রগা লাইরম্বা চাউবা, তৌফম খঙত্রহুনা ময়ুমদগী অস্নুন থোকখিবনা লম্বাং অম্ব য়ৌরক্লেদো। লম্বাং অহু য়োরবদা উপাল অমগী মখোঙদা ঙহাক ফমহুনা পোখরম্মী। অস্নুম কল্লিভৈদা মহৌশা মহাকা য়াম্না লুনা তিন্নজরম্বা মরূপ অমনা চুহী খরদং য়োল্লুগে হায়হুনা চুহী কফু অমা কোকথোংদা পুরহুনা লাক্লম্মী। নিপাসিদি য়াম্না শ.-নোম্বদা কনম্না মরম্না ঈনাকখুনবা নিপা অমা ওইরে অহুম ওইনমক মহাক লাকপগী য়াকম্নদা হায়রকবদি ককচেঙনা চিনি চাখিবকাওবা তাম্নহুনা মচিন্দগী মুনবা মীওইনি। মহাক লাকপা উবরা লায়রবা চাউবনা হায়—ইতাউ ! নঙ কদায়দা চংলিবনো ? চুহী য়োনবা অহুনা হায়—ইতাউ ঐ চুহী য়োল্লুগে। চাউবনা হায়—অহুদি ইস্তাউগী চুহি চফু অসি য়োল্লবদি শেল কম্না কয়া মহৌশ্যা ফংবা ঙমখিরগে ? চুহী য়োনবনা ইতাউ লাইবুক কন্না মুমিজদি শেল ৫০ গকা য়োবা ঙম্মী। অহুদি ইতাউ ! নঙদি শেল য়াম্না কংপ্রপোঙনিদনা। ফরে— নঙনা মাম্নু পুবদা য়াবহু ঐ য়ারগে ঐভোন্দা শেল খরজদি খাইবিয়ুদনা। ঐ লাক্লরমনখিবনা শ.ফম নোমফম খঙজরে।

রা অহু তাবদা কৈ ইতাউ ! চুহী চক্‌ অসি পুথিল্লো । হোরেল মসি য়োল্লগা ফংলুকপা শেল অহুদগী ঐনা গুমশদবা শেল ৫ দা খ্বাইরক্‌নু খাইরগে হায়খি । চাউবনা রুরে অহুদি হায়রহুনা চুহী চক্‌ অহু মকোক্তা খোনগংলহুনা মাখোয় অনি তুংথ মাঙ্গথা লাকমিল্লরে । কৈথেল য়োনবা অসুম লাকপদা চাউবনা রাখল তৌই । হৌজিকপুদি ঐসে লাম্নবা মী অনা ওইরি, মতম খরা লৈরগদি ঐন্দু নিংথৌগী মচা ইবেম্মা তম্ফাসনাগী মপুরোইবা ওইহুনা মুংঙাই য়াইফবা মী অমদি ওইগদৌরিবনি । হয়েং তম্ফাসনাগী মতৌ ওইবা মতমদা কোম্নুং কাবদা শোয়দনা শগোল অমা তোংহুনা কারনিসে । মী থুদিংমক্তা তাঙাং হায়না ঐবু ঙাকাইথম্মরগ-দৌরি । অহুদি শগোল চুক্নী অহুনা খুং ওইনা পায়রগা য়েংনা শগোল শাজে অহু পায়রগা শগোল অহুগী মথক্তা খোঙ য়েং অসি শং হেক হাইগংকদবনিকো অসুম খল্লহুনা মথুং অনিহু ওইনা চুক্নী য়েক্তা শাজে অহুগা মখোঙ য়েং অহু শগোল মথক্তা শং হেক হাইগংপগী মওং তৌবদা মকোক্তা পুরিবা চুহী চক্‌ অহু কাউবদগী মকোক্তগী শং নাম্বহুনা লৈবাক্তা পোশ লাউনা তারে । চফ্‌ অহু কায়রহুনা চুহী অহুনা পুমচাই চাইরে । মহু উবদা চুহী মপু অহুনা ইস ইমাইপেম্মা ! ঐ দৈ করম্মো হায়হুনা মথবাক ফ্‌হুনা হায়রকই । ইতাউ ! রুমদৌনি হৌজিক ? মুংশা থীনা হংলকখি । লায়রবহুনা ইতাউ ! মসি ঐন্দু মফম থঙদরে । নঙ ঐ লাইবক থীবা খোঙফম হায়রহু খোক্লেপ . চুহী মপুনা ইতাউ ! ঐদি মসি মাঙবা ঙম্মোই ইতাউনা শিংবা তাই । লায়রবহুনা ইতাউ ! ঐ হৌজিক করি তৌগনি মসি শিংনবা ঐগীদি করিগুম্বা অমফাওবা লৈরা নত্তে । লৈরগবু ঐনা নঙগী নপোং পুক্তা থাগুগে হায়গন্না ? হৌজিক তৌগদবা হায়রবু ঐবু পুরগা রায়েনুপ-ঙদা পীবা।খাব। চৈরাক পীহনগদোবা মঙায়রে । ঐ করিহু তৌনিঙাই লৈতে অসুম খুমখি । রাহু তাবদা ফরে অক্ষুদি ইতাউ রায়েনপক্তা তাক্সা চংলসি । অঙম্মপিংদা রায়েলহল্লসি হায়হুনা মখোয় অনি তুংথ মাঙথ লাকমিল্লরেদো ।

খরা চৎলগা নিপা অমগী মঙ্গ্রব শগোল শমাখী অমা শক্তমনী নাহোক্লুনা চেনখিবহ্ তাঙ্গরকখি। মাখোয় অনিনা লাকপা লমীদা শগোল অহ্ চেরকপনি। মপু অহুনা লাপ্পা নিপ অনি অসি উকনা —হো অমুক্তা খৎপিয়ো, অমুক্তা খৎপিয়ো হায়না লাউরকপা খোজেল তাবদা লায়রবহুনা তেংপাক ক্রং—ক্রং লাউবা অমা তাপ খুল্লগা কোক হেক লংব্রে। তেংপান্না শগোলগী মমিত্তা পাল্লে। শগোল অহুগী মমিং অহ্ কন হেক চোংথোক্লুনা মমিত্তগী ঈ য়া-রা হেক চেহ্বরে। শেগোল অহ্ মকোক ভাওহুনা চেনবা য়াব্রবদা মপু অহুনা ইস! করম তৌপনি হৌজিক? ঐদি চুম্বতগী চেনখিবা শগোলহ্ খরা খৎপিয়ু হায়জবনি অহুগা তেংপান্না থাবিবদগী হৌজিক্তি ঐগী মমল য়াব্রবা শগোল অসি মমিং থুগাইবিরে। য়োলবস্যু শিংলয়ে ই অহুগীস্যু মখক্তা ঐগী শগোল অসিদি লমজেল্লা মপা লৈতনা মমিং চচ্চরিবা মমলস্যু য়াংনা লৈরিবনি। মসি শিংদবা য়ারোই হায়হুনা লায়রবহ্ ফারে। চুহী য়োনবা অহুনস্যু মরুপ! ঐগীস্যু চুহী চকু পুবিগনি হায়হুনা পুবিবদা চক্ হ্ থুগায়হুনা মহুগীদমক য়ায়েলশঙদা পুরিবনি হায়খি। লায়রবহুনা ঐনা শগোল অসিগী মমিং থুগাব্রগে হায়হুনা থুগায়রবা নত্তে। অদোম্মা খৎপিয়ু হায়বহুদা তেংপান্না থাবদা মপা চারুবদগী মমিত্তা পানখিবসি শোয়খিবা হায়বহনি। অহুবু ঐ মসি শিংবদা কক্তিগুবা অমকাওবা লৈজদে। ঐবু পিবা য়াবা চৈরাক শীননবা পুবিনিঙবা মকমদা পুবিরো। রাকম অসি ঐ ইশানা য়ারবনি। চুহী য়োনবগা শগোল মপুগা ওয়াহাক শমরবা মতুলা কাজয়ে কাবি য়ায়েন-শঙদা পুবনা ঈকপনি হায়না লেপ্পরহুনা মখোয় অনিনা লায়রবগী অমুৎ খাম্ব-নাম্ব লাখরহুনা কোত্রুং তাম্না লাব্রেদো।

অহুম লাকপদা অহুীদা লায়রবগিনা য়াথল খনখন খতুলক্তুহুনা মখোয় অনিগী মখুত্তগী নাহোকপ্পগা ঐজিদা শিংবসয়া খনপ্রে। অহুনা থুৎলক-তাক্লক য়েংহুনা নিপা অনিসিগী মখুত্তগী শৎ হেক নাহোকখিহুনা

মখরাই খুবাক্তা হাপ্পু না খুৎশিংকী মমাঙ্ঙ থানা চেনখ্রে। নিপা অনিমহু তুংদা কয়া তারকখি। অহুমকপু তারবা থংখিদ্রে। লায়রবহু লুম চেক্লকপনা তুরেল অমা য়৷ৌজে। মহাক তুরেল অহুগী য়াংকা-লাম্বা চেনখ্রগে খাঙদ্রী মথম অহনা তুরেল অহুদা মকোক্তা য়ুংনা জম লাউনা চোংথখ্রে। মতম তসিদা ঙা ফাহুনা পুনশি লেৱ্বা নিপা অহুল অমগা মচানিপা অমগা মথোয় অনিনা ঈশিং মহুংদা ঈরপ্পু না ঙা কারিউৌরী মপা থোক্লুরে। লায়রবহুনা হেক চোংথরকপগা মপা চাক্লহুনা অহুল অহুগী নাকথংদা মকোক অহুনা য়ুংনা তারক্কু না ক্‌জিল্লকপদগী হুৱ্বা অহু ঈশিংদা মঙৌ-ময়া কাহুনা খুদক্তা শিরে। শিবগে হায়না ঈশিংদা চোংথরকপা লায়রবদি শিহৌদরে। মতৌ অসিদা ঙা ফারিবা মচানিপা অহুনা মপা হাৎলিবা লায়রবহুবু ফারে। মহাক মী হাৎপ মীনি হায়হুনা নিংথৌপী মকম তাম্বা পুরক্লেদো। অস্নুনা পুরকপদা লম্বীদা চুহী মপুগা শগোল মপুগা অনিগমু থেংনরে। মাখোয় অহুম র.রী শানহুনা লায়রববু পুরক্লে। কোম্মুং য়ৌরবদা নিংথৌগী মকমদা য়াকল্লু না কংলেদো।

মখোয় অহুম্না মথং মথং, ননাইগী চুহী চক্‌ থুগায়বিরে হায়খি। মথং অমনা ননাই ঐগী শগোল মমল য়াম্বা অমগী মমিং থুগায়বিহুনা মমিং তাংহনবিরে অতোপ্পা নিপা অমহুনা ননাই, ঐগী ইপা, হাৎপা মীনি অস্নুম্না নিংথোদা য়াকংলেদো। য়াশিং অসি তাবদা নিংথৌনা হায়রকই—হাই নিপা! নমিং করি কৌই? লাইরবনা ননাই ঐগী ইমিংজি ৩ বু গুই। অশেংবা ইমিংদি চাউবা কৌই। লৈকাইনদি ননাইবু লায়রবা কৌই-অহুগা ইমানদি ঐবু থরাইজাউ হায়না কৌবি। অহুদি নিপা ও অসিনা ঐঙোন্দা হায়রিবশিং অসি চুহব্রা? লায়রবনা ইলিংথৌ! থোক'থবা থৌদোক পুম্বা ঐনা তোগে হায়হুনা তৌথিবা অমত্তা নত্তে। পুম্নমক শোয়থিবা ঙাক্তনি। মহুগীদমক ঐনা শিংবা হুরগী থৌরাংমু লৈজরে, মরমদি চুহী চক্‌ পুনদা ঐনা য়াথল অমা থঙ্গক্লে। খুম্না থম্না

শগোল তোংবদা নাম্বহুনা চুহী চক্‌থু কায়খিবনি। অদুগা শগোল অদুসু চেরকপদা থংপিন্নু হায়রকপদগী থংপদা তেংপাক্লা থাক্লবদগী শোরখিবনি ! পুম্নমক অসি থাগুবা গুমত্রহুনা মখোয় অনিগী মথুক্তগী নাম্বোক্লগা ঈশিংদা চোংথহুনা ঐসিদা শিঙ্করগে হায়না তুরেলগী ঈশিংদা চোংথক্লবদা ঈশিংদা ঈরুপ্লবা অহল অদুগী মপা থোকউরে। মতম অদুদা ঐগী কোক্লা য়েশিন্দুনা অহল অদু শিখিবনি। ননাই ঐনা হাংলগে হায়রুনা হাংপুবা নচ্চদে। ননাইবু পিখিবা য়াবা চৈরাক অদু সনা নোংদম তখিন্নু হায়রুনা থুক্কম্নবোইরে।

নিংথৌনা ভাহাক রাথল তৌই। শগোল মপু, চুহী মপু অমসুং ভাখিবগী মচাগা অদুমদা হায়খি—ফরে, মখোয় অদুম্নক হনখ্রে। মাদি মরাইবকীনি, কৈগুমশঙদা চৈরাক পীদুনা থম্বা তারে। নিংথৌগী য়া তাবদা মখোয় অদুম্নক হনখ্রে। লায়রবা চাউবা, কৈগুমশঙদা পুখ্রো হায়না নিংথৌনা য়াথং হায়দোরক্লুনা কৈগুমশঙদা পুশিন্দুনা থমখ্রে। মতম অসিদা নিংথৌনা থল্লকই - ঐগী ইচানুপী তম্ফাসনাগী মরাইবক অসিবু খ্বাইদগী লায়রবা নিপা অমগী নুপী ওইগনি হায়না লৈবাক্কী পণ্ডিতনা হায়খিবদু — ফরে নিপা অসিগী হুতিগী চাক থিলহনবনা শক্কহল্লগে থল্লক্রে। মচা ইবেম্মা তম্ফাসনা কৌথোক্লে অদুগা হায়রকই ইপাগী ইবেম্মা ! নঙগী নরাইবক্তি নপুন্সি অসিগী মুম্বাক্তোদা থোঙদা-রকপদা য়াম্না লায়রবা নিপা অমদা শোয়দনা থোক্লগদৌরি। অদুনা হন্দক লায়রবা নিপা অমা কৈগুমশঙদা থম্লিবসিগীদমক অয়ুক্কী চরা অমমমদংদি তগুনা নঙ থিক্ল ! মদুনা নরাইবক্কী নোংদম অদু শক্কহনসি। রারম অসি নহাক য়াঙবা রাদে মরমদি ইপানা নঙনা হেক হায়রিবা পাম্নকপা তৌরিবা থুদিংদা রায়রক্লবনি। নিংথৌগী য়া তাবদা তম্ফাসনানা ইপা নিংথৌ ! পাবুংনা হায়রিবমখৈ নমোমসু ইঙ্গগনি অসুম হায়নহুনা য়ানরে। অয়ুক্কী চাগদবা মতম য়ৌমক্লহুনা তম্ফাসনানা লায়রবগীদমক চাননবা চাক য়েনশাং পুহুনা কৈগুমশঙদা থিল্লে।

মঙৌ অম্বুয়া নোংজা ১০ নি থাখায় ফারক্লবদা নোংমদি লৈবাক অমগী কয়াইবা লুচিংবা অমগা থোঙমী লাম্মী ময়াম পুরহুনা লৈবাক অসিদা থুংলরে। মমৈ মকোক খঙবা ওয়দবা চৈশূ অমা সনানা মখুম পাল্লগা উতোং অমদা হাপ্লহুনা পুরকই। অম্বুয়া লৈবাক কয়াদা "চৈশূ অসিগী মকোক মমৈ খঙবা ওয়বদি ঐথোয়, লৈবাক অতুদা লোইপোং কাজগে, ওমত্রগা ঐথোয়দা লোইপোং কাগদবনি" হায়বা মরোল ইবা লাইরিক থেংলহুনা কোয়না লাকপা কাঙবুনি। অম্বুয়া লাকপনা কাঙবুসিদা লোই হারকপা লৈবাকসু ১২ শুরে। অম্বুয়া কাঙবুশিংসিনা লৈবাক অসিদা থুংলরবদা নিংথৌদা পাউ তম্লুরে। নিংথৌনা কাঙবু অছু কৌশল্লহুনা ঙাঙনবা য়াবা ব্রারম কয়া ঙাঙনবদগী মথোয়না লাকপগী মরম খঙলেদো। মমৈথংদা অখঙ-অহৈ ওইরবনি হায়হুনা থমলিবা নিংথৌগী পিগুতশিংবু চৈশূ অছু য়েংহল্লে। কনামত্তা হায়বা ওয়রবদা নিংথৌনা লুচিংবদা হায়খি করে হুমিৎ ৫ নিদংদদি মতম পীয়ু মসি খঙবা ওয়নবা ঐসু ঐগী ইরৈবাক্কী মীশিংদা হংখিগে হায়হুনা মতম থা-নরম্মী। নিংথৌনা অঙম অথৌ পূম্বা কৌথংলে – য়েংবৈ হুম্না হন্না অছুবু চৈশূ অছু কনা অমত্তনা মমৈ মকোক পুথোকপা ওয়ত্রে। মহু উবদা নিংথৌ অসিনা পাঙ্গল থোক্লা লাল জৌনবসু য়াদ কয়িগু লৈত্তবা চৈশূ অসিগী পাথোংদা ইরৈবাক অসিবু মীজোন্দা লোই হান্নুনা মীখা পে নবা তাথ্রগদবকো অম্বুয়া য়ানা খল্লম্মী। চাক ঈশিং চঙথিত্রে। অসিগুম্বা মপা নিংথৌগী মুংঙাইতবা য়াখল্লা ফুম্বংনহুনা মচাইবেম্মা তক্কাসনাসু মায়থোং লাংশিন্না জায়রবগীদমক কৈগুমখঙ তানা চাক থিনবা লাক্লম্মী। খরাই মুংঙাইতবগী মায়খোঙ উবদা লায়রবনা হংলম্মী। নিংথৌগী মচা ইবেম্মা! মুত্তি হুমিৎ খুদিংগী লায়রবা ঐগী চাক থিনবিরকপদা ওইবা শক্তমগা ঙসিগী শক্তমগা ইমান মায়দে। পুক্লিংদা কয়ম্বা মুংঙাইতবা লৈয়বগে হায়জখি। [illegible] কৌবনিনা তক্কাসনানা তাদা! [illegible] হায়নবু পাউদমজিগে। [illegible] লৈবাক

অসিবা অতোপ্পা লৈবাক অমগী মীশিং লাক্লুনা থুংলরে। মাখোয় চৈশ্ অমা পুরকই। চৈশ্ অতুগী মমৈ মকোক থঙলবদি লৈবাক অসিদা লোইপোৎ কাজগে ভমদ্রবদি ঐখোয়গী লৈবাক্তা লোইপোৎ কাবিগদবনি হায়বা পাউখোং অমা চল্লরে। মতুগীদমক মথরাই মুংঙাইখিদবনা ইপা নিংথৌদি চাক চাখিদ্রে। মরম অসিনা ঐসু থরাই মুংঙাইতন্থনা ফোবমি। অদি হায়রগা চাক অতু থমলে। মতৌ অসিদা লায়রবথুনা ঙহাক থল্লগা ইবেম্মা! রাবিরুগনু অতুগা ইনিংথৌদা হঙ্গথপিয়ু। সনা পূক্লিং মুংঙাইনা লৈবিরো! লুক মপুংফানা হাবিয়ু। মতুদি কন্নিসু লৈতবা রাক্মি—ঐহাক কোঙজগে হায়বিয়ু। অতুবু ইবেম্মনদি এবু চাজৌ হায়থুনা চাক পুবিরক্লীবসি ইনিংথৌনদি চাদ্রগা ঐনদি করম্বা চারুগদগে ঐসু ইনিংথৌনা চাত্রিবমথৈ চাজররোই অসুম হায়রক্লেদো।

তম্ফাসনানা ভাদদি হুমিদাংসু চাবা মত্তে, য়াম্না রারগনি নাসি চাবিরো হায়রম্মী। অতুবু লায়রবনা অমুক হন্না ইবেম্মা পাবুংনা হাদ্রি-মথৈ ঐসু চাজররোই হায়থরে। রাফম অসি নিংথৌ য়ৌদকা য়াদবা রাফম ওইরক্লহুনা তম্ফাসনানা থুনমক চৎখরে। পাউ পূবা চিথদনা নিংথৌদা তম্মরে। ইথা থাজদবা রাফসু লায়রবা অতুনা শোয়দনা ফোঙবা ঙমগনি হায়বসিবু হায়না ওরুবদগী নিংথৌনা ফরে মহাক কৌমকলো হায়খ্রে। নিংথৌশেনথশিংনা থুনা য়াওনা কৈঙমশঙদগী লায়রববু লৌরুরে। নিংথৌ মাঙদা য়ৌবগা লায়রবনা নিংথৌদা থুরুমজে।

লায়রবা উবদা নিংথৌনা হায়রক্লিবা রাকমশিং অদি অচুম্বরা হংখি। লায়রবনা নিংথৌদা "ইনিংথৌ! অচুম্বনি লুক হাথুনা সনা পূক্লিং মুংঙাইনা পোথাথুনা লৈবিয়ু। মতু ননাই ঐহাক ফোঙজগে, সনা পূক্লিং রাবিরুগনু! কম্লিগুম্বা ননাইনা হজক্কবসিনা ঙমদবা থোক্লবদি ননাইবু অঙাং শুমহনবিরবনু সনা রাখং লৈন্যাক তাহজরোই।" লায়রবগী রা তাবদা নিংথৌ-ভাহাক্তং ঙজক তৌই অম্মওইনমক থানা লৈরুবা থোঙকমদা মতু ফোকপা য়াবা পাউখোং ফোঙবা ঙমদ্রিক্তাবদা

পুক্নিং থকা হুংজাইরম্ভূনা হায়খি—ফরে, নহাক শোয়রমোইদ্রা ? লায়রবনা হয়ক্ষরিবসি লৈবাক্কী ইনিংথৌ অমগী মচমদনি—নিংথৌনা ফরে – নওম্থ চাক অহু চারো ঐস্থ চারগে। শোয়দনবা রাখল ত্তোরো হায়রম্লগা মহৈ-মহৈ চাক চানরে। চাক ঈশিংগী থবক লোইরগা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না লৈন্নাক পাউ চেল্লে। হয়েংদি মীরৈবাক্কী পাখোং শোয়দনা ফোঙলগনি, মীয়াম কারকলো অস্থুম হায়দুনা শগোল পাউ থারে।

নোংঙাল্লে, কোন্নুংদা মীনা ফিজৌ ফোররে। মীরৈবাক্কী পাউখোং ফোঙলগনি। ওয়রোই মীথা পোনবা তারে থমরম্বা অহুগী অরাবা কোক্লগনি থনবদা চংনিঙদবা কয়াস্থ মহৈ-মহৈ লাক্লহুনা চোন্না তিল্লরে। মতম ওইরক্লহুনা নিংথৌগী মনাক্তা অঙম-অথৌশিং পুম্বা কারক্লুনা থৌগল তৌররে। লায়রবা নিপা অহুবু কৈগুমশঙদগী কৌথোক্লরো হায়না সনা য়াথং তৌথিহুনা লায়রবা অহু লৌরুরে। নিংথৌ মাঙদা চঙশিল্লগা নিংথৌদা অমদি লৈবাক মীয়ামদা থুরুমলেদো অহুগা হায়রকই। ইনিংথৌ ! লৈবাক্কী অঙম্বা চোন্না তিনবিরে, লৈবাক মীয়ামস্থ পুম্ববিরে। মীরৈবাক্কী পাখোং অসি ননাই ঐ ফোঙজরগে তৌবদদি ইনিংথৌগী সনাম্মাঙদা অমদি লৈবাক মীয়ামগী মমাঙদা ঐনা ফোঙজগদৌরিবা অসি চুম্লবদি চুমলে অহুগা চুমত্রগনা চুমদে লাল্লে হায়বসি অচুম্বদা হায়গনি হায়না হুমিং থা মালেম অসি য়েংনা রাশকহবিয়ু নক্ত্রগদি ঐদি অঙাং ওনগদৌরিবনি অস্থুম্না হঙংলে। লায়রবগী য়া তাবদা মীরৈবাকচাশিংস্থ চেনক্ত্রবনিনা মীয়াম মমাঙদা থোক্লকলে। অহুগা অচুম্বদি হায়জরগনি থোক্লিবা হুমিং থা অমদি মালেম লৈন্না অসিনা থঙসন্থ ’ হায়না রাশকথ্রে।

মতুংদা লায়রবনা নিংথৌদা জনংলি! ইনিংথৌ ! মপাঙল ফবা তমবা নিপা ৮ দং ননাইদা পিবিয়ু। নিংথৌনা পুনমক য়াথং হায়থ্রে। মপাঙল ফবা নিপা ৮ মীয়াম মন্নাইদা চঙলক্লে। লায়রবনা হায়খি। নিপা ৪ না মীয়াম মন্নায় অসিদা কোম লম অমা শাংবা অমা তৌ। য়াথং অহুগী মতুং ইন্না মী ৪ না কোম অহু তৌরে। .তোঙ্গহৌবা

নিপা ঃ হুদা কোম অসি থরবা ঈশিং হৈয়্ হায়রুহনা ঈশিংনা কোম অহ থরকবা হৈরে। লায়রবহ্ সনানা য়োম্বা চৈশ্ নিংথৌগী মাঙদা লৈকহ্ লৌরে। সনাগী মথুম হাংলে। থাঙ অহ্ শং চিংথোক্লগা কোম অহুদা থৈনা থাদয়ে। চৈশ্‌গী মকোক মমৈ মহৌশানা ওইজবগী মতুংইন্না মকোক্লা মথাদা লৃপথরে মতোল ওইবা শরুক্লা থক্তা তাউহনা লৈরে। লায়রবনা মতোল থংবা চৈশ্ অহুগী শরুক অহুদা পায়রগা মীয়াম মাঙদা চিংথংলে অহুগা নিংথৌদা ওনশিন্দুনা ইনিংথৌ! ননাইনা পায়জখিবা মায়কৈসিনা মতোননি। চুম্নবয়া হায়হনা মীরৈবাক্তী মচাশিংদা হংবিরো হায়না হঙ্গংলে। নিংথৌনা মীরৈবাকী লুচিংবদা করি থোকপগে হংলে। মীরৈবাক মচা অঙম্বা অহুনম্ রাশরুখিবগী মতুংইন্না অহুম্বনি হায়রবহ্ হায়দবা য়াদবা মরমদগী চুমলে পাউথোং ফোঙবা ঙম্মে হায়রকখি। হে নিংথৌ! লৈবাক ১২ না ফোঙবা ঙম্নরুবা পাউথোং ওসি নরৈবাক্তী মীনা ফোঙলে। মরম অসিনা ঐথোয় পুম্বা নফমদা লোই হাবা তারে হায়হনা লোই হান্নবা য়ারোল ইনরে। লৈবাক পুম্নম্ হয়াউ মথোই কাহনা ময়ুম ময়ুম হন্নখ্রে।

মতুংদা লায়রবহুগী মতৌ অহুদা নিংথৌনা রাখল তৌরম্মী। "লায়নবা অসিগী মতেংদগী ঐ মীথা পোলহৌদ্রে। মহাক লৌশিং শিংবা মী হায়বহ্ থোক্রে। মঙোন্দা ঐগী ইচান্নুপী অসিমক পীদবা য়াদ্রে। মমাংঙৈদা ইচাগী মরাইবক্তা লায়রবা অমদা শোয়দনা থোক্লয়গনি হায়রবহ্নগম্ মপা থোক্লরে।" অসি খল্লহনা মনাইশিংদা লায়রবগী মমা অতনবীহ্ কৌরুনবা দোলাই পুহনা চৎলু! হৌজিমক ইচান্নুপী অসি লুহোংবা তারে হায়রু হায়হনা মী থাদ্রে। নিংথৌ মনাইশিং লায়রবগী ময়ুম য়ৌরে। নিংথৌ মনাই মরাম লাকপা উবদা লায়রবগী মমাদি নিংশা পীথিবনা শোয়কাওবা শিঙথিরা... হোনবা চুমদ্রে। অহ্গা মপুক্তা থল্লম্মী ইচাদো ওম্মোকপানি ওনিদি খীগী চুহি চাং থুনায়রবগা, খগোল মমিং থুনায়রবা অনক্তি ভাম্বিরা মপা অহ

হাৎলুবগীদবক নিংথৌনা ইচাবু হাংগা তারকুনা পাউ থারবা লাক্লিবনি ওক্লোক্লা থীনা তমথ্রবা লাইবক্কীদকো হায়দুনা পক্কথ্রো কল্লে। মতম অসিদা নিংথৌ মনাইশিংনা অংনরম। লৈতনা হা ইবেম্মা! হা, ইবেম্মা! হায়না কৌরদা লায়রবগী মমামা হা ইবুংঙোখোয়। ইচাম্মা অকোনবা কয়া তৌরগা মমানি হায়দুনা ঐঙোন্দা মরল শীবা য়ামদ্রা? এবু কদ্দি ইরাল লৈরবগে অক্লুম হায়দুনা ক্রং ক্রং চোংদুনা কল্লু মা লৈরে। মতম অদুদা নিংথৌ মনাইশিংনা "এঃ অদুগী নত্তে, অদুগী নত্তে! থক অমনা হা মনা-মথুমক্তম ফংগদৌরিবনো চৎলে" হায়রবদা থেম্মা কিদুনা অমুক্তা হয়া ক্রং ক্রং চোংদুনা কল্লে, মরামগী মকক্কী অহল ওইরবা অমনা তপ্পা তান তানা রাকমশিংদু তাকপিরে। মমেদা লাইরবগী থমাদু তাব তারকদুনা লোল ই মথক্ত কাখংদো মরাম চঙদুনা কেংদুং তামা পুরক্লে। মমা লাক্লবদা নিংথৌনা লাইরবা মচাদুগীগ অনিবু সুথোরম্লে। অদুগা লাইরবগী মমাবুনা মনেম ইবেম্মা হায়না মীয়াম্মা ঐকাইখুম্নবিদুনা হুংগাই রাইকনা পানখি। লাইরবদুস্থ মকু নিংথৌগী লৈঙাক রাবোল মাওদুনা রাজ পাদবা মীয়ামা থুকম লৈপাইনবা মী ওইরি। মরম অদুনা ইনাক থুনবা মচা কৌগু চেঙগু তম্ম লাইরবা মচা শগোল তোংবা তম্ম হায়রবদুমক থোকখি।

# ৫৬। নাপঙবা ইমুংগী রাজ়ী

থায়না মমাংঙেদা মনা য়ামা থীনা পঙবা অহল অমা লৈরম্মী। মহাক্কী নুপী অদুদু নাকবদগী মনা অদু থীনা পঙশিনখ্রে। মথোয় অনিগী মচাদুগী অমত্তং পোকচে। অদুম্মা ইমুং অদুদা মথোয় থাজনমক চাম্ম। লোংমা মপা নাপঙবনা ইংথোলগী মক অরাং থরা থামনবা থনুবোং কমা থোইরম্মী। মতম অদুদা ইদুবী অদুনা হুমেনদি থনবোং থোইথরে। লোইরকপদা চাক লোইরবদি চৈব-থাওবনা লৈকম

মশক মতৌ কনা কজহুনমু নাবক্তা খাংপী লৈরাংজম অরেম্বা। তেখাওপা অনিদা পোক্লকপগী কাম্নবা মহৈ কংদনা পুনসি শিখম্লখি।

# ৫৭ । লাইবকী লাই

থায়র্না মমাংডৈদা মচানিপা অনীথক্তা পোকচবা অহল অনা লৈরম্মী। মহাক্না অহল ওইরক্লহুনা শিরমদাই য়োৗরক্লবদা হক্লেং তুংদা মচানিপা অনী থংন-চৈনদনবা হায়হুনা মাগী মরল মথুম লৈজবা পুম্নমক্তা লোয়ননা লৌমু চপ-চপ মান্ননা তথাই-তথাই য়েনখিরম্মী। অসুম্না মচা অনীগী মরল-মথুম য়েনখিরহুনা পুক্সিং ঈংন। মতম থম্না পাম্লবগা অহল অহু শিগ্রে। অহল অহুনা শিরবা তুংদ মচিন মনাউ মখোয় অনীমু মী ওইবা ওম্নবা লৌ কন্না উহুনা থবক ইনথং পু-নোম্বা য়াবা পুহুনা হোংনরম্মী। অদুম ওইনমক মনাও অতোম্বদি অহুক য়াম্না পঙকব কন্না পু-নোম্বমু লৈ:ত অহুবু তৌক-তৌকবা থবক খুদিং ইকাম্ব-মকাম্নে। কৌ-চেঙসু-পঙথোক মখোকই। অসুম তৌখিনা মনাওনিপা অহুদি নোংম-নোংমগী ফুংঙাই য়াইফবা অহুম হেনগংলকখি।

ময়াম্বা অহনগীদি হেক নোম্বা য়াবনথে মনোম্মি, অহুবু নোংম-নোংমগী পুখবনা অসুম থেঙিলক্লুনা মমৈথংদদি লায়রবনা হায়লিংঙাই লৈতনা অয়াবা ওইরবা মী অমা ওইরক্রে। নোংম-নোংমগী অসুম অসুম মক্লে তারকপনা অঙকপা ফংলে। মচাশিং চাবীনবদি সত্রং লে। খিনবঙমক্রে। কৌকৈদা কৌ লৈরক্তে। চেঙফুদা চেঙ পুয়া-মকাওবা হাম্না ওমশিনক্তে।

নোংমদি মচাশিংগা লোয়ননা মম। অহুমু তৌকম খঙত্রহুনা মপুক পায়হুনা ইমুংদা পঙকণ্ড কপহুন্না লৈরে। মখোয়না কপ-লাউবাদি মখোল তাম্বদনা মনাও নিপানা করি তৌরবনো ইতৈমখোয়গী ইমুংসিবো। য়েংহুম-য়েংলুগে হায়হুনা চঙক্লপা : তৈমদা ইতৈমা! করি তৌরবগে

কিরুপন্থ। ঐগা মাগা লাকমিন্নবনি অহুবু ঐখোয় অনি মকমহুনা পোথাখিন্নরবগী ঐদি ওাইহাক্তং ঙ্মুখোখিগে নত্ত চৎলমলো হায়রতুনা ঐদি লাক্লবনি। "মাবু হৌদোক্লগা লাকমিন্নরো। অহুগা মাঙোন্দা হায়জবা য়াম্বমথৈ হায়রক্লো "হেক্তা ঙ্মুংঙাই য়াইকবা ওইরগদবনি খত্তঙ্।" অসি হায়রক্লগা লাই অহু খাঙথোকখ্রে। মতৌমহু মনাওনিপাহু ময়াখন্থু মথোয় অহুম মলুক্লোমদা লাকখিন্নরেলো।

ময়ুম য়েৌরগা ময়াম্বনা মনাওনিপাদা। "ইবুংঙো! ইয়াখন্থু লাইবক য়েংনিংলে মতৌমগা নচাশিংগা পূন্নমক অসি নঙনা খরা য়েংশিন্নমু।" হায়রতুনা শিন্নরক্লগা চ য়াম চেঙজেন খন্না মনাওদগী নিংহুনা য়োক্লগা য়মায় নোংপোক পাংনা চৎখরেদো। অম্মুম চৎ অম্মুম চৎ, নোংঙানবদগী সুমিৎ ভাবা কাওবা অহুগা অহিংগী মতম খরন্থু চৎপা য়াবনা চৎলে, য়াদবা মফমদা উখোং য়াখোঙ য়েংতুনা অহিং লোন্নি। অম্মুম্মা চৎলক-পনা চীং কয়া জঙ্গল কয়া মথং মথং তুরেল পাৎনচিংবা কয়া লাক্লগা অফংবা খরা চা চন্না খন্না হেন ভৌহুনা লাকপনা মমৈথংদা এলাই তাক্লকপা সমুদ্র অহু থেংনরে। সমুদ্রগী ওমথৈ উদনা পাক্লবা ঈপাক অহুগা ঈশিংগী ঈওল্লিবা মতৌ অহু উবদা মহাক অকিবগী মপাক ওইরহুনা অরেম্বা তাবগত্র খন্নকখি। মমৈদা মহাক্লা মতৌ অম্মুম্মা অশিবা মাগী মতৌওম কাম্নদনা হিংগদৌনন্নী শরুকপুদি শিখিবনহুম হেম্ন। ফয়ে অহুনা কংহুনা শিবন্থু শিবা অতুগা সমুদ্র অসিদা চোংথহুনা লানবা ওয়গনা লাই অহু থেংনবা ওমত্রগনা--অহুম শিখিবা হায়বহুনি লাইবক য়েংঅপে খন্দুনা "সমুদ্র" অহুদা চোংথহুনা ঈরোইয়ক্লে। অম্মুম্মা মতেক খন্না ঈরোইয়ক্লবা মতমদা উয়া ফক্তুনা ঈচেন্দা তাউরকপা উজাও অমা থেংনর-হুবা মহাক্লা মহুদা কাখৎলে। ঈচেল মতুং ইন্না খজিক খজিক চেংলগা লোয়্ননা থোংলহুনা লাকপনা হুমিৎ কয়ানিমুক্তী মতুংদা সমুদ্র অহুগী য়াংমা ওইবা তোর্বান অহু কংজরে। অম্মুম্মা লানঙমত্রবা সমুদ্র অহু লানবদা চাদ খঙনা লাকপনা মখোঙ থাংবা ওন্নক্তবনি অহুবু খানবা

ছুমজরো ! খুদোপ অহু চেকশিন্না ঝিজিদা কিশিল্লো—হি অশিবুদি ঐ হোনবিরগে" অমুম হায়রহুনা লায়রবহু 'ইঙ্কুদা ছুমখথরে। 'লাইহুনা হি অহু হোজরে ! থরা লাক্লগা সমুদ্র মপাল য়ৌরহুনা লাই অহুনা লায়রবা অহু হৌদোকপিরগা মখোয় অনি পরপ পরপ ঈশিংদগী কাথংলগা ল,কখি। লখীদা পান লমপাক অমা হৌরম্মী। পানশিং অহুন্না "ঐখোয়বু থরা পুবিয়ু" হায়বদা লায়রবহুনা "করি য়ানোদা ! ইশা-মকন্সু চংপা ঙমজরবা মতম অসিদবো" হায়না খুমলে। য়াহু তাবদা লাই অহুনা 'হেক পাম্নাউ ২ দংদা পুজেম্মু পুম্নমক মরাইনা লাকচগনি হায়না তাক্লবদা লায়রবনা পান মনাও অনিদং য়েপশিল্লে। 'থরা চংলগা শিং লমপাক অমসু হৌরম্মী। পান্না হায়বগুম শিংসু হায়রে। মহাক্না পানবু পুরগুম শিংসু মনাও অনিদং য়েপশিল্লে। থরা চংলগা লফু হৈকোল অমা হৌরম্মী। 'মখোয়সু 'হো নিপা ; ঐখোয়বুসু থরা পুবিয়ুব।" হায়রবদা লায়রবনা পীকপ্রবা লফু পাম্বীমচা ২ দং পুহুনা মখোয় অনি পরপ পরপ লাকখি। অসুম্না পাম্নাউ থরা শিংনাউ থরা লফু মচা অনিহুগা মাগী পাইহু থল্লহুনা নাকন্দা য়াল্লগা লাকপনা ময়ুম য়ৌরে। লাইনা মাঙ থারহুনা চঙলকই। মতু মচা মচিন-মনাও পুম্বা উনরহুনা হরাওমিন্নরে।

মতুংদা লাইহুনা নিপা নওগী পাইহু পুরক্লো পাম্নাউ শিংনাউ লফুহু লোইনা অহুন হাপ্পু অহুগা ফৌ মরু থরংগা হাপলো। হৌজিক্তি লৌবুক্তা চংলসি অমুম হায়রবদা লায়রবনা খৌরাং গুনবা তৌরে। মখোয় অনি লৌবুক্তা থুংখরে অহুগা লাই অহুনা লায়রবহুগী লৌবুক্তা লোংনা হিপথরগা হায়রকই। "নিপা নওগী পাইদা য়াক্তবা মরু মরাং পোৎ পুম্নমক ঐগী থবাক্তা পঙলংতা লংশিন্নকলো" হায়না তাকপিরে। নিপাহুনসু পঙলংতা লংশিল্লে। হেক লোইবগা লাইহুনা "অরে নও নমু মদা পোম্বাজকরো।" য়া অহু তাবদা লায়রবহু মরু মদা চংখল্লে। লায়রবনা ময়ুম হেক য়ৌবগা মাগী ওক্তা খুদোপ অহু জলুনো

মনাক্তোম্না অসোমগী থুম্নাদা মুঙ্গ্রিবা শৌ অছু শংমবা জোনবা য়াবমকৈ হোংনকৈ, অচুবু তাইবং মীওয়নদি হেক তৌবা ঙমদি মতুবনিদা হোংনকৈ হায়বছু মতাই করিস্থু কানবা ক'দয়ে। অহুল কৌক্র লাইশা অহুনা অতুম লাক্‌না তাইব: মা খিরকপদা পানাবনা হেকপা লাক্লিবা চাউবাখোইনী কাওবুনা ভথাদা হীপ্তুনা লৈবছু থেংনরুবে। তুমদনা, মনা হেকপা মীওই অনিঅহুম্না শামু লাকপা উরহুনা মহৈ-মহৈ হোঞ্জো-রুহুনা কোয়চেন চেম্নগ্রে। মায়কৈ শলাই থঙনখিগ্রেদো। চাউবদি মতম অহুদা নুংথিলগী মৈশা লাংলকপগা মপা চারুহুনা কন্না তুমথবা মতম থোক্‌রে। অস্থম মাগী মরুপ মপাংশিং অহুনা চেনখ্রবদা চাউবনা তুমহুনা লৈবহু শামুহুনা উরহুনা মনাতোম্না কোংলপা মনজন্দা ছনগত্‌না চাউববু পুহুনা চংগ্রে। অরাপ্পদা লুমহুনা লৈবা মাগী মরুপ মপাংশিং অহুনা করম্মো চাউবদি শ'মুনা ফাগ্রে মহাক শোয়দনা মথন্নাই মার্লউগনি থন্দুনা ম্ন্‌ম্না রানরেদো অহুনা মহৈ-মহৈ ৎম্নাই হিংনবা চায়না থন্দুনা মনাম্নু হেক্নে। ময়ুম মায়কৈ পাংনা থন্নাই থুবাক্তা হাগুনা চেম্নগ্রে। ময়ুং হেক য়োবগা চাউবগী ইমুংদা লাক্‌না জজলদা থোক্লিবা থৌদোক, শামুনা চাউববু ফাহুনা পুখিবগী মাকন অছু অমত্তা চিথদনা ভয়্‌রে রা অছু তাবদা চাউদগী দুম্নি কিয়াংঅইবী কোবীদি হেক তাবগা মালেমদা হাইথহুনা রাম্বথরে। শিগ্রে হায়রহুনা জেংথা নাওইরগা ও থোংনা কপ্তুনা লেপ্লে।

নোংতাঙ্গগা লৈকাইগী মীয়ামদা হায়রুহুনা পাজোংনা মী শারুনা শিবগী হৌনবী মথৌ মতম তৌনবা রা থম্নগ্রে। মতম অসিদা জজলদা কৌক্র লাংশানা চাউবহু শামু অমোম অহুগী মথোঙ শৌ মুখিবা অহুগী মনাক্তা থম্নদা লাকপদা চাউবনদি থঙদবনিনা ফং ফং জোংহুনা লাইকথ কম্নি। মনৈদা শামু অমোমগী মনাক্তা মামু তম্না থম্বিরগা লাইনাম্নুনা অম্নোম অহুবু লেজনবা মনাক্তোম অনি য়েংশিন্নুনা কম্না কম্নুনা লৈবহু উম্নদা চাউবলো থন্না থম্না চনিঙ্ক তাগে। ভনি ঐবু শামু অনিনা

কারনা অমোম অসিগী মনাক তান্না পূরকসিখ। অসিদি ঐবু হাংকে তৌবা নত্তে। অতুম খল্লহুনা অমোম অহুদা মুন্না য়েংলুবদা মখোণ্ডদা শৌনা য়ুহুনা লৈমহু হেক উবদা মহাক্না খল্লকই। ঙসি ঐবু শামু অসিনা মকম অসি তানা পুরকসিখসিদি ঐবু হাংকে তৌবা নত্তে। অমোমসিগী মখোণ্ডদা মুরিবা শৌ অসি শংহনগে তৌবনি হায়বা খণ্ডলে। মহু খণ্ডলহুনা শামু অমোম অহুগী মখোণ্ডদগী শৌ অহু শংপিরে। অহুগা কৌব্রু লাইশা অহুগী মমাণ্ডদা চণ্ডশিল্লক্লগা মালেমথক্তা শাংনা তাহুনা থুরুল্লগা হায়জখি। "হে লাঙোই হকচাউবা! ঙসি নঙনা ঐবু থরাইস্নু হাংপিত্রে নঙগী নতালোই ওইবী লাঙোইগী শৌ য়ুবস্নু ঐনা শণ্ডোক্লে। নঙগুম্বা লৌশিং লৈরবা নচা অমত্তংদদি এবু কংহনবিয়ুকো" অসুম হায়রবদা কৌব্রু লাইশানা মনাতোন্না মনজন্দা শিং-শিং নানবিবোইরে। অহুগী মতুংদা চাউববু মনজন্দা অমুক হাপকহুনা মোইরাং মায়কৈ তন্না লাক্লগা ময়ুমদা খিনবিরম্রে। অহুগা লাইশানা চাউবগা "মাঁগী মুগী কিয়াংচাইবীগা তানিবু মুন্না য়েংলল্লগা নোম-নোম তৌহুনা চংখরেদো।

চাউবগী ময়ুমদদি শিত্রে হায়হুনা মথৌ মঙম তৌনবা মী পুম্বনা লাঙনরবা অহু শামুনা চাউববু থিল্লক্লে তাবদা মী পুম্নমক পুমণ্ডক ওক্লখ। চাউবদা করম-করম তৌরকপগে মরী মখোঙ অহু নিঙথিনা রাব্রী লাঁয়ু, হায়বদগী চাউবনা থোকখিবা থোদোক পুম্বহু অমত্তা চিথদনা মীয়ামদা পাউ তমখি। অসুম্না মথৌ মঙম তৌগনি হায়না খম্নরমহু তোকখরে। অসুম্না পুন্সি লেল্লকপনা থরাই মিপাইখিবা মিরেন হাঞ্জোইনখিবনা লায়না ওইহনো চাউবহু চহি কাদনা অমন খোজা তানখিবদগী কিয়াংচাইবী লুপ্রাবী ওইহুনা মোইরাংদা লেজরকখি।

লোংমা চহি মপুং কাপ্রবা মতুংদা কৌব্রু লাইশা অহু মচা অমা কংলহুনা মাগী লোয়নবী শামু অমোমহুগা মজা অপিকপা অহুগা লোয়ননা কাথোক্ল অঙম মোইরাংগী চাউবগী ময়ুম তান্না লাকখিবোইরে। লাইবক লাইশানা কোয়েংং য়েংহনো থিরকপদা চাউববুদি উদরে। মঙম

অসিদা লৈকাইগী মী অউবা পুম্নমক্না "শামু অহুম্না কোয়শিনহৌরে চাউবগী ইমুং" হায়না পাউ তম্নরকপদগী মীয়ামস্তু য়েংবা লাক্লম্মী। মীয়াম লাক্লবদা চাউবগী মতাংলোই লুখ্রাবী কিয়াংচাইবীদা লাইশাংদা মাগী মচা শামুমচা অহু মনাতোম্না ইমুং তানা ঈনশিনবিরে, উপাকখোঙ অহু খিংজিন্নয়গা শামু মতৌ মনাউ অনিহু জঙ্গল তম্না পরপ পরপ হনখিরম্মী। অস্তুম্না কিয়াংচাইবী লুখ্রাবীনা শামুমচা অসিবু মচা অপোকপগুম লুনা চান্না য়োক্তুনা থমজখি। শা-মক ওইরবস্তু মীগুম লৌগ্লিং শিংবা শামু মচা ওইরক্লে। মতম লৈবা থিবিক্তা কিয়াংচাইবীগী মতেং পাংলতুনা শীং থিবা পোংচৈ অরাম অরাক পুবনচিংবা ভৌতুনা মতেং পাংলগা লৈমিন্নরকপনা মতুংদগী কৈথেলমুনী পুম্নমক্না ময়ুমদা হল্লকপা ফাওবদা কিরবস্তু মানা হেক-হেক থিনবিরম্মী। অস্তুম্না শামুমচা অসিবু মচাগুম লোইতুনা লৈরকপা মরম্না কিয়াংচাইবী লুখ্রাবীবু "লুখ্রাবী শামু লোইবী" হায়না মমিং চংখি। মমৈথংদা মৈতৈ লৈবাক্কী মৈতিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাকথন্নগা জিলা দরবার লেওবদা ছাওখিবা হেরামত, খিবন্তার, কোন্দুম্বা অমসুং মোইরাংশা হাবসিদগী মসুংদা য়াওরিবা মোইরাংশা অসিমক লুখ্রাবী শামু লোইবীগী শামু অহুমক্তি হায়নৈ। মহাকপু অরিবা পুরাদা 'কিয়াংচাইবী মশাগী লৈম রোন্দা লুওইশা লয়হাউরোন্দা তোং-ওইশা। অস্তুম্না মৈতৈ অশৈবম্শিংনা মোইরাং শাবু শৈথানৈ। (চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা)

---

## ৫৭। তেনবা চন্দ্রসখী

থায়না মমাঙঙৈদা হন্নুবা অমগা হন্নুবী অমগা মখোয় অনি মচা অমত্তা পোকচদনা হুন পাম্মী। মখোয় অনিগী মচা লৈতবা অনিনা হুংঙাইত্রংনা তেনবা মচা অমা লোঙীরম্মী। অস্তুম্না তেনবা অনিনা য়াম্না

পীক্লা হনুবা হনুবী অনিগা লৈমিন্নরকপা মরম্না মহাক মীরোল থোকপদা নুঙ্গা য়াম্না অ্যান তাবা উচেক অমা হান্নবহু ওইরম্মী। মতম অহুদা হনুবগা হনুবীগা অনিমা মাবু য়াম্না লুনা তৌজে অংগা তেনবা অহুনসু হনুবা হনুবী অনিবু য়াম্না লুনা ক্বিনা অমসুং মুংশিনা তৌজে। হনুবা হনুবী অনিনা য়াদবা কন্নিমত্তা মহাক থক তৌদে। হনুবা-হনুবী অনিনা চাম্না অহল ওইরক্লবা মতমদা নোংমদি হনুবীদা মহাক্না হায়রখি "ইবেন! ঐ ওসিদি ঐগী ইরুপ ইপাংশিংগা লোয়ননা হৈ চাবা চংলুগকো।" তেমরাগী রা তাবদা হনুবীনা অহুদি নপুদা হান্নরগা চংলু, নপুদা হায়জো শোয়দনা য়াবিধকনিদা হায়খি। হনুবীগী রা তাংলুংইরা তেনরানা হনুবগী নাক-তানা লাক্লহুনা "ইপু ঐ ওসি দ ঐগী ইরুপ-ইপাংশিংগা লোয়ননা হৈ চাবা চংলুগে।" হনুবনা করে নও অহিং লোম্রকহু য়াবমথে থুনা লাকউ! নও লেত্রবদি মিং থক্ষম লৈতে— অহুবু নওনা চংলুখিগে হায়রবনিনা চংলো চংলো হায়বিরে। হনুবনা হাবিরবা অহুদা তেনবা অহু হয়াউবগা লোয়ননা মশা মচা অনিহু ক্রং ক্রং কঞ্জরহুনা মপাং মাইকৈ তম্না পাইখ্রেদো। অসুম্না মপাংশিংগী মরক্তা থিন্নহুনা মথল শুনা থোরবা অচৌবা হৈকোল অমদা মপাংশিংগা লোয়ননা উংথ ম্রাহৈ কয়া চাজিরে। অসুম্না হৈরা চানিবা মতমদা নিঙথিরবা হৈ অমা ফংলে। হৈ অহুদি মহু হেক চারদা নাহা ওইশোকপা ওম্বা হৈনি। মহু থওলাহুনা তেনরানা হৈ অহু মচীন্না জেন্দুনা পুররে।

চন্দ্রসখিগা মাগী মরুপশিংগা হৈ-রা চাবা লোইরহুনা পুত্রি অমদা ময়াম ঈরুমিরে। চন্দ্রসখিদি হৈ অহু মপুগীদমক তম্নকপানিনা মহাক মহ চাখিত্রে। পুত্রি মপানদা হৈহু থম্নগা মপাংশিংগা ঈরুমিরমখি। অসুম্না তেমরা অহুনা মপাংশিংগা লোয়ননা ঈরুরিরৈজেদা অচৌবা লিল অমা প্রেপ-প্রেপ লাকুনা হৈ অহুবু য়াই ওইজরাই 'লিজ্জনা হৈ অহু তমা লাকখি। লিল অহুনা হৈ অহু তাপ চীকুনা পুংগ জোবদা য়াই নজো থওলাহুনা শাজেনদগী হৈ অহুগী তস্তথাই অমদা হু কামশিল্লরে। অহুপা

লৈতনা মাগী কোন্থুংগী অকোয়বা অমন্থুং কোন্থুং মন্থুংদা অরোনবা ফিজেং শেন্থুনা অহিংদা কোয়চং-চংলম্মী। অসুম্না নোংম-নোংমগী [illegible] চংলকপনা হুমিং ৭ নি শুররুবদা নিংথৌগী খা থংবা সনথোং অহুমক্তদা নূপী অমনা কন্নগী খোঞ্জেল তাখি। মহুগী মনাক তান্না নিংথৌ অহু প্রপ-প্রপ চঙশিল্লগা নূপীদুগী মনাক তানা ?াক্তুনা হংখি। "ইমা নীনাকা অসুক থেংথ্রবা অহিং অসিদা নংতম্বা মকন অসিদা কপ্তুনী লৈরম্লিবদি করি অন্নাবা নংলবগে।" নূপী অহুনা ইবুংঙো! "ঐহাক কৈথেল লাইরেম্বীনি, হয়েংগী অহিংমক্তদা লৈবাক অসিগী নিংথৌ অসে শোয়দনা শিবা তারে অহুগীদমক ঐহাক হুংডাইত্রহুনা কপ্লম্লিবনি।" লাইরেম্বীগী য়া তাবদা নিংথৌনা থন্না হুংশা থীবগা লোয়নননা হায়রম্মী। ইমা! লৈবাক অসিগী নিংথৌ হায়বহু ঐহাক্কি-ঐহাকপু তাকপিয়ু- হয়েংগী অহিংমক্তদা শিগনি হায়না তাকপিরিসিবু করি মরমগীদমক লায়জোরিবনো? ননাইগী অন্নানবা করম্ব লীচং লৈগ্রবগে তাকপিয়ু হার[illegible]। লাই[illegible]বী নিংথৌ! অকায়বা লীচং লৈখিবা নত্তে, নঙগী পুক্সিগী তাককা অসিগুম্বা অন্নাবা নংউ তম্ব মন্নম লৈবননি, হয়েংগী নোংয়াই চবুক কেক য়োবদা কাল কোবা লাইনা লিল ওই লাক্লগা নঙবু চিকলগদৌরি, হৈহৌত্রবদি মতাং অসিদা নঙগী পুক্সি লোমখিবা তারে। য়া অসি তাবদা নিংথৌনা অওদি ইমা! থৌদোক অসিবু কনবা ইম্না য়াররোইদৌবরা তাকপিয়ু হায়রখি। নিংথৌগী য়া তাবদা লাইরেম্বীনা ঙাহাক লকক তৌরগা হায়:— মহারাজ নথন্নাই কলহৌরগে নিঙলবদি নঙগী থাগী সনথোং ময়াদা ফজত্রবা পুত্রী মচা অমি তোরো। অমনা শঙোম্না থম্না হৈরো অহুগা অমনা চুইনা থল-হন্নু অহুগা মনাক্তা নিঙখিরবা শঙ মচু অমা শারগা মহুদা তনান-তনানবা কন্নুং অম্না থাহুনা থম্নু অহুগা নঙনা মহুগী মনাক্তা ফমহুনা লাইনিঙহুনা লৈরো অহু ওইরবদি নহাক্কী পুক্সিগী তাককা থুদোং থীপজোবা অহুদগী নাহোকহৌবা য়াই অসুম তাক্লয়গা লাইরেম্বী অহু মাঙখোকখ্রে।

কৈথেল্ লাইরেম্বীনা তাক্লম্বা অক্নগী মতুং ইন্না নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পীহনা হায়খ্রিবা থৌরাং পুম্নমক অহ্ অমত্তা চিংথদনা তৌহল্লগ মানা ফমুং মনাক্তা ফমহনা ব্রত তৌবগা লোয়ননা লাই নিঙহনা লৈখ্রে। ধূপ থাউমৈ থারে লৈশু মনম মুংশিরবা কয়ানা লা তাঙ্গোইদা হাপ্লহনা থম্লে। মতম্না অস্থম অস্থম চংখিবগা লোয়ননা নোংয়াই চবুক য়ৌরক্লে। নিংথৌসু মমিং কুপ্তনা মায়কৈ কদোমদগা করম্না লাক্কদৌরিবনো য়েংহনা লৈরম্মী। নোংয়াই য়ৌবগী মতম্না চপ চানা হেক য়ৌরগা কাল কৌবা লাইনা অমুবা অচৌবা লিন অমগী শক্তম লৌহনা সনথোং অহুদা মরেং মরেং চঙশিল্লকখি। অহানবদা শঙ্গোমগী পুখ্রি উবদা লিল অহু চপ লেপ্পুন শঙ্গোম অহু হেক থকই। মঙক থরা কাঙখংলগা অমুক য়েংলকপদা চুহীগী পুখ্রি উই। মহুদা অমুক লাক্কুনা মপুক থম্না থকথরে। অস্থম্না শঙ্গোমগা চুহীগা মপুক থম্না থকখিবহুগী মতুংদা তনাল্লবা ফমুং অহু হেক উবদা লিল অহনা ফমুং অসিদহুম ঙাহাক পোথাখিগে মতাগুম কাখত্তুদা লৈখ্রে। অস্থম্না কাল কৌবা লাইনা পোথাহনা লৈখিবা মরম্না নোং ঙানফুং-ঙৌনফুং তৌরে। হু উনিং উমাং তৌরবদ কাল কৌবা লাইনা লিলগী শক্তম থাদোক্কনা লাই ওইনা খোরক্লগা নিংথৌদা হায়খি। হে নিংথৌ ঙসি নঙগী অরোইবা পুন্সি মমিং ওইহল্লগে তৌবনি অদুবু নঙগী থৌরাং অসিনা ঐ পেল্লে নঙনা নিনিংবা বর অমা নিজরো ঐ চংলগে হায়রকখি।

লাইগী য়াহু তাবদা নিংথৌনা ঐ শিবদগীদি কনবিরে, অহনদি সনা লুপাগী য়াস্থ ঐঙোন্দদি খোইদোক্তে অহনা করি নিসিংগ ঙাহাক্কং থল্লম্মী অহগা হায়রকই। হে কাল কৌবা ইবুংঙো। মনাইনা পামজবদি পৃথিবীদা লৈরিবা শা উচেক তীল কাঙ পুম্নমক অসিনা ঙাওনরিবা মরোলশিং অসিতদি খঙজনিংই হায়ম্না হঙংলে। লাই অহনা মরে নঙনা নিঙলিবা অহু লেপ্পা খঙজবা ওইরো অহুম ওইনমক ঐনা নঙোন্দা তাক্লিবা অসি কনাগুম্বা অমগী মফমদদি হায়দোকপা য়াদে, হেক হায়দোকপা মতম অহদা নহাক শিবা ওইসু হায়রম্লগা কাল কৌবা লাই অহু চংথরে।

"মতৌ অসূম্না নিংথৌনা অহিং অমা তুমদবগী সার মচিদি থরাই মাংভলগদৌববু শিহৌত্রে হায়বা থঙলহুন মহাক থাজবা পোকখি। মতুংদা নাংমা নিংথৌনা মাগী লুক হাফমদা লুক হারিঙৈদা পুথমদগী চাক মরু অমথক লৈবাক্তা তাখি। মনাক নক্না চৎলম্বা ককচেং অমনা মচু উরহুনা চাগে চঙলকপদা হয়িং অমসু পাইশিল্লকুনা মথোয় অনি চাক মরু অহু কন্না মুন্নরবোইরে। অহুদা ককচেংনা হায় নঙদি নশা পান-[illegible], কোয়পাই পাইহুনা অতোপ্পা চিঙ্গাক থিরুবসু মঙম্মী অহুনা চাক মরু অসি ঐগী ওইরগে হায়খি। ককচেংগী য়া তাবদা হয়িংনা হায়খি নঙসু নংথাঙ য়াঙবা অহুগা পেশিনবা কনবা জীবনি, কোয়না চঙুনা নঙহুম অতৈ চিঙ্গাক থিরু। মসিদি ঐগী ওইরনি অসুম হায়নহুনা মথোয় অনি কন্না খৎনরে। অনিনা খৎনবা তাবদা নিংথৌদি য়াম্না নোঙ্কিংলম্মী অহুবু মমৈদা নিংথৌনা চাক মরু অহু তঙখাই তানা থায়দোক্লে। তৌরিবা মতৌ অসি উবদা রানীনা পুমঙক ঙল্লহুনা কন্নিনে। ইনিংথৌ! ঙসিদি [illegible] পৃদিংগ। ইমান [illegible] করি মরম লৈরবগে তাকপিয়ু হায়না কন্না [illegible]মী। অহুবু নিংথৌনা স্নুক্তাক তাক্লমদে। মমৈদা রানীনা চংথৌদা হায়রকখি:—মতম অসুক কুইনা ননাই ওইহুনা লাকপবু ঐবু হুংশি বিদহুনা রাকম অহুকাওবা তাকপিনিংত্রবদি ঐহাক লৈকহুনা কায়ত্রে ঐ ঈশিংদা চোংথহুনা থরাই থাজখ্রগে হায়রম্নগী তুরেল অমগী মপাল তম্না লাকখি। নিংথৌসু অচুম্বমক ওইহুনা শিদ-শিগদৌরিবরা হায়না থল্লহুনা রানীহুগী মতুং ইল্লকখি। অহুগা রানীদা নিংথৌনা কায়দে হল্লকও! ঐগী রাকম অহুদি নঙোন্দা তাকপা য়াদবা য়া ওইহুনা তৌবনি হায়রে। রানীনা তাক্কুবদি চৎলোই হায়, নিংথৌনা তাকপা য়াদে হায়। অসূম্না মথোয় অনি খৎনহুনা লৈরিঙৈদা লমহুই মতৈ মনাও অনিথকসু তুরেল থাংমদা কন্না খৎনবোইরে।

লমহুই অমোম অহুনা লাবদা ঙসি হুমিত্তা শা অমা পূরক্কুবদি ঐ শিরুরগনি হায়। লাবা অহুনা শিনিংলবদি শিজথোদনা। ঐবু

নজনা হেক হায়রিবমখে য়াগদৌবোই নিঙত্রা ? য়েংউ তুরেল য়াংমদা লৈরিবা নিংথৌ অসিগা রানী অসিগা অনি অসিগী মতৌ ওইরবোই নিঙবরা হায়রহনা লাবহনা অমোম অহদা তাম্না তাম্নহনা পঙচীক-চীক্রে অয়ূনা খুদাং অহনা মমায়দা পঙঙ্কু ফুরে। মমৈদদি লমহই অমোম অহু শাউহনা কারচে হায়হনা শাউবা তোকখরে।

মজ্জৌ অসি উবদা নিংথৌনা রানীদা তোকলো চংলসি কোম্পদা, হায়রগে হায়হনা লাকমিয়রে। কোম্নুং হেক য়ৌবগা নিংথৌনা রানীবু কা অমগী মঙ্গংদা পুশিল্লগা থোঙ কম্না লোনশিল্লে অহুগা চৈ অমা পায়হনা রানীবু হংখিগত্রা হংখিগদ্রা নঙনা থঙবা য়াবা নত্তে হায়রকমঙদা হেম্না হেম্না নিংঙাই তৌবদি হংখিগদ্রা হায়হনা তপ-তারুমটে ফুয়ে। মহুনা রানীসু থাঙবা ঙমত্রহনা হংজররোই হায়দুনা থুয়ে। মতৌ অম্সুমা রানীবু ফুবদগী নিংথৌ অহু শিগদোবদগী অমুকসু নাম্নোক্তুনা মথরাই হিংখি। মতৌ অম্সুমা সার মচি অহুম য়োনবগী হাহৈ অসিদি ওম্বোকা চুমগ্রবা মমল য়াম্‌দ্রবা পাউতাক্লি লহনা নিংথৌনা মনাইশিং থাহনা সার মচি য়োনবা নিপা অহুবু কৌশিল্লে। মহুনা হায়রকই। হে সার মচি য়োনবা নিপা! নঙগী সার মচি য়োনবগী থবক পুম্নমক ঐ চাং য়েংলে পুম্নমক অফবডাক্তা ওইরে। অহুনা ঐনা নঙগী মচি অহুম অসিগী মমল ওইনা পীবদি মতিক চারোই। নুঙ্গী পুন্সিগী চাবা ওঙবা সনা মীপোং অসিগা লুপা মীপোং অসিগা পুথরো। ঐ পেন্নে হায়হনা মফি মরোল হোংলগা চাক নিঙথিনা কৌহনা মপুক থম্না পীজরগা লায়রববু মহুম তানা মনাইশিং থাহনা থিরহনখি। অম্সুমা ওজাগী পাউতাকপু গুরাই য়াঙনা লুনা তৌজবা অহুপা ওজা গুরুনা তাকপা পাউতাক অহু তাকা চৈবুংদগী অরাবা খুদোং থীবা কয়াদগী বাহোকপা ঙদনা ঐজুনা অকুবা য়াউজুনা।

মকাং অসিদা মণিপুরী লোক সাহিত্যগী শরুক খুদম পুম্নমক্কী অহানবা তাকপ লোইশিল্লে।

